নিকোলাই ওষ্ট্রোভস্কী

# য়োৎপু করম্না মথৌ হাপখিবগে

(2nd Part)

শ্রীবীরমঙ্গল,
কক্‌চিং

## Departed friend,

( Nikolai Ovstrovsky )

O singer of the down-trodden !
You have bid adieu untimely,
To your treasured mundane existence,
To your revered Memory,
Of a long span of Time,
I have nothing to offer.

As if all the offerings
That belong to the creator
Are offered back to Him again.
This pearl of you sp'endidly glittered
But made it defiled by my corrupt hands,
I put yours on the blank papers
Of your revered Memory.
With these few humble words.

Let the small stream of my heart
Meet even for a single moment
With the Interminable ocean of your heart ;

Yours
Sri Biramangol
Kukching.

---

মণিপুরী Original দগী মাওরেম চঙখৎলিন শিংদু, খুনথাই লৈবাকনা হন্দোকপা।

# নিকোলাই ওষ্ট্রোভস্কী



# য়োৎপু করম্না মথৌ হাপখিবগে

**( How the steel was tempered )**

(১৯৮৫, জুন)

শ্রীবীরমঙ্গল
ককচিং।

# অহানবা মতাং

অহিং নোংম্‌লাইনি। ইরোই লোইবা ট্রামগাড়ী, মহাক্কী তেক-কায়রবা হকচাং পোলাংবু কুইনা চিংহনা চংলুরবা মতুংদা ষ্টেলন্দা হল্লকলমই। নিংথীরবী থাজগী মঙাম্না থোঙ নাউদা কাওজিল্লকুনা, ঙৌরনরবা মঙান্দুনা কমুং থকপু কুম্লমই। থাজগী মঙাল ফংদবা কাগী শরুক মখৈদি মম্লমই। কাগী কাচিন অমদা মেজ অমগী মথক্তা থানবা টেবল থাউমৈগী কোয়রক কোম্লবা মৈঙান্দা, মহাক্কী থারবা নোটবুক ডাইরিদা নোম্বরহনা রিতা ফমলি। ভুমলবা মহাক্কী পেন্সিলগী মচিন্না মাহৈশিংবু অম্লুম্না ইশিল্লি:

"মে ২৪

"অমুক হম্না, ঐনা ঐগী পুক্নীংদা কাওরকপশিংবু ইশিন্নবা হোৎনরি। অহবু, অচৌবা শরক শিবা অমুকম্নু লৈখি। ইকোন কোনবা ঐনা ইশিনখিবহ হাপ্তা ঙরুক হৌগ্রে, ঙৌইঙম্নসুং ঙমদি ঙমদে।

"কম্না ঐনা ঐগী ডাইরি ইশিন্নবগী মঙম ফংগনি? হৌজিক অহিং নোংম্লাই হেনগ্রবনি, অহবু ঐদি অম্লুম ইহনা লৈরি। ভুমলিংবনা ঐবু নাম্বোকপীরমলে। কমরেড সেগাল ঐখোয়বু থাদোক্লমহনা সেন্ট্রেল কমিটিদা থবক ভৌরুগদৌরে। পাউ ঙসিনা ঐখোয়বু অন্নুকী মক্তিক নিংবা কাম্লহললমই।

লাজার আলেকজেন্দ্রোভিচ অঙকপা মী অমনি। হৌজিক কাও বদা ঐনা খংজরমদে, মহাক্না মরুপ ওইবগী মরি অসিনা ঐখোয় পুম্নমক্কা কয়াদা অর্থ লৈরগ্রবা হায়বদো। মহাক্না চংশ্লবদা ডাইয়ালেক্তিকেল ক্লাস মচেং মচেং তারগনি। ঙরাং ঐখোয়, মহাক্কী য়ুমদা, থেংলব পুংজা কাওবা ঐখোয়গী ছাত্রশিংনা চংশিল্লক্লিবা চাওখৎ-খোঙথাংগী মরমদা নৈনরমই। কোমসো মোলগুবনির্ম্না কমিটিগী সেক্রেটরি অফিস লাকলমই। মহুনা টুকতাবু কৌহল্লমই। ঐনা মিষ্টর নো অল (পুম্নমক খংবা)বু লেপহনবা ঙম্লমদে। পার্টিগী ইতিহাসকী মরমদা য়েংনবা মতমদা মহাক্কী ছাত্র কোর্চাগিন্না টুকতাবু য়াম্না নিংথীজনা হৈ-শিংনা মায়থীবা পীবা উবদা সেগাল পেনজরমই। হোই, থা অনি সিদি ঐখোয়না মতম অমকা ওবা মাংহল্লমদে নহাক্না, অসিগুম্বা নিংথীজরবা ফল উরবদা নহাক্কী থবকশিংদা পেন্দবা তৌগনু। 'জুপ্রাই মিলিটরি রিজনগী স্পিসিয়েল ডিপার্টমেন্টতা হোংলে হায়বগী পাউ তারি। ঐদি, করি মরমগীনো হায়হুনা ঙকইবনি।

"লাজার আলেকজেন্দ্রোভিচ, মহাক্না ছাত্রি, ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্রমই। 'ঐনা হৌরম্লবা থবক অসি নহাক্না লোইশিনবা তাবনি,' মহাক্না হায়রমই। লমখাংদা লেপকনু। নং অমস্তুং মহাক রিতা, অমনা অমদগী য়াম্না তমননিঙাই লৈগনি। নুপা মচা অসি হৌজিক কাওবদা মশাগী থৌশিল-থৌরাং লৈজদরি। মহাক মহৌশানা লাংজবা পামবা শাথিবা, অনিং-অনিংবনা কোইপু পুবা মীশকনি। ঐনা থাজে, রিতা, নহাক্না মহাক্কী থ্বাইদগী হেন্না চানবা লমজিং ওইগনি। নহাক লোইশনা মায় পাক্কনি হায়না থজি। মোস্কোদা ঐঙোন্দা ইয়কপা কাওগনু।

"ঙসি সোলোম্যেনস্কী 'ডিষ্ট্রিক্ট' কমিটিগীদমক অনৌবা সেক্রেটরি অমা 'সেন্ট্রেল কমিটিদগী থায়রকই। মহাক্কী মমিং জাকি কৌই। ঐহাক মানা লাম্পীদা লৈরিঙেদা খংখিবনি। হয়েং, খ্রিশ্চি ডুবৱানা কোর্চাগিন পুন্না লাকনি। ডুবৱাগী মতং

মতৌ অমুক্ত তাকচগে। মরাই ওইনা বাংই, মশা মতৌ কৈন ১৯১৮ দা কোমসোমোলদা খাওই অমসুং ১৯২০ দগী পার্টি মেম্বর ওইরক্লি। 'বার্কস'গী মায়োক্ত লৈক্লবগীদমক কোমসোমোল গুবর্নিয়া কমিটিদগী তাক্লোকখিবা মখোয় অহমগী মনুংদা মহাক অম ওইরমই। মতুংদা পাওতাক পীবা তাকপা হায়বসে অরায়বা নত্তে। সুমিৎ খুদিংগী মহাক্না মশাগী নাইরবা বাহং কয়া হংজিলক্তুনা থৌরমবু হেক হেক কায়হল্লমই' অমসুং ঐখোয়না রাক্ল অতুদগী পুক্লীং চোইথোকহল্লমই। মহাক অমসুং ঐগী অতোপ্পা ছাত্রি, ওলগা য়ুরেনেভা, মখোয় অনি করি 'মতুদা চংশিনমিন্নবা য়ারমদে। মখোয় অনি অহানবা উরবা মতমদা মহাক্না মহাকপু খোঙদগী তোন কাওবা য়েংখৎলমই অমসুং য়েংথরক্লমই, অমসুং হায়রক্লমই:

নহাক্কী নঙং — নপৌ অসিদি পুমশোই পোইরে লৈশাবী শরী। নহাক নাওদা শাউন তোপ্পা খোঙ্গ্রাও শেংকদবনি, খোঙুপ থুনীঙদা য়োং তোপকদবনি অমসুং বুডিয়োন্নি টুপী অম অমসুং থাংশাং য়ানগদবনি। মসিগী মওং অসিদি নহাক করি'অফাওবা মাস্ত্রে।' "অওইবমক ওলগানা মতুগীদমক মায়োক য়ারোই, অমসুং ঐনদি মতুদা মরক থৎপা, থিংবা তাবনি। ড্রাবডা কোচ'াগিনগী মরুপ অমমি হায়না ঐনা থাজৈ। মুমিদাংসিগীদমক্তদি মসিনা মতিক চারসি। হৌজিক তুম্বগী মতম ওইরে।"

চাকথেক্লগদবগুম শারবা মুংশাগী মৈশানা মুবদা পৃথীবী অসে অক লুকথরমই। রেলৱে প্লেটফোর্ম মথক্ত থারিবা খোঙলঙ্গীথোংগী মোংকী রেলিং পোকদোবগুম শারমই। কোয়ৌ মৈশানা শোকহল্লবা চোকথহল্লবা মীসিংনা মানা খোং অমুবু কাথংলমই। মতুদা, কাথং-কুমথ তৌদুনা চংখোক চংশিন তৌরিবা মীশিংগী 'মনুংদগী মমাস্বদি রেলৱে ডিভিজনতা লৈবা মীশিংনি. অমকোয়বা মাস্ত্রিকশিং নত্তে। মখোয়না টাউন চংপা

মতমদা থোং অহু লান্দুনা চৎলি।

পাভেল থোংগী থাক থাক কুমথরকপদা ৱিতাবু উরমই। মহাক্ক মঙোন্দগী হাম থুংলম্মলে। অহুনা থোংদা লেপ্লা লৈতনা লাংথোক লানশিন তৌৱিবা মীশিংবু য়েংহুনা লৈরমই।

পাভেল মঙোন্দগী (ৱিতা) খোঙকাপ অছয়োম লাপ্প লেপ্লমই। মহাক্কুদি মাবু উরমদে, অহুনা নৌনা ফংবা পুক্নীংগী মনুংঙাই অমগা লোইননা ৱিতাবু মুম্না য়েংলমই। মহাক অৱাংব ব্লাউজ লিংলি অহুগা মমনা শংবাম্নবা মচুপ্পী অহোংবা ফীনা তুবা অকৌবা স্কর্ট শেংলি। অথোংপা শাঙউনগী জেকেট অম মহাক্কী লেংবান্দ য়াল্লমই। কোৱৌ মঙাল য়ারিবী মহাক্কী মায়থোং থম্বাল চোইজাইনরবী শয়াংনা লৈতেংলি। শারবা নুংশাগী লংলবা মঙান্দা মমিং থুইক্কুম্না মায়থোং নোনখৎলপ লেপ্লমই। ৱিতাগী চেংলৌ নিংথীরবী মুর্তিবু উরুবদা অহানবা ওইন কোর্চাগিন, মহাক্কী থম্মোইদা করিগুম্বা ৱাখল অম ফাওরকলমই। মহাক্কী মরুপ অমস্থং ওঝাস্থ ওইরিবী ৱিতা কোমসোমোল গুবর্নিয়া কমিতিগী ব্যুরুগী মেম্বর অম ওইবত নত্তন — — — তৌইগুম্বস্থং অদুগুম্ব 'পাপপুনিঙাই' ওইরব ৱাখল খল্লুবদগীদমক মহাক লাংতক্কজরমই। অহুদগী মহাক্ক ৱিতাবু কৌরমই। "ঐহাক পুং অম চুপ্প নহাকপু য়েংহুন লৈরকইবনি, তৌইগুম্বস্থং নহাকনদি ঐবু খংদমাল্লে," মহাক নোকলমই। "লাকঅো, ঐখোয়গী গাড়ী থুংঙহুন লৈরে।"

মখোয়না, চংথোক চৎশিন তৌৱিব খোঙ ফাওন প্লেটফোর্ম ভানবা চৎলমই। মমাংগী নুমিত্ত গুবর্নিয়া কমিতিনা ৱিতাবু কোমসোমোলগী ডিষ্ট্রিক্ট কনফরেন্স য়াওরকপগীদমক মখোইগী মীহুৎ ওইন খল্লমই। কোর্চাগিন মহাক্কী তেংবাংবা ওইনা চৎপ তারমই। মখোয়নিগী থুমকী ওইব অরুব ৱাকমদি, অৱায়বা থবক অম ওইরব য়েলগাড়ী তমনা চংশিনরবনি। রেলৱে ষ্টেশন অদো, অহুগুম্ব পংন খোক্তব থৌদোক্তদি,

রেলশিংনা লাকপা, মকমদা শক্তী, লৈরবা য়ী মঙাল্লা, শাবা কমিটি অমন চংখোক চংশিন তৌবগী থবক পায়রমই। হায়-রিবা কমিটি অলিদগী অমাবা চেয়োল অম য়াওদনদি, কনা অমত্তনা প্লেটফোর্মদ লৈবা নত্রগা চংবা য়াদে। প্লেটফোর্মদ লৈরিবশিং অমদি চংলকলিবা পুম্নমকপু কমিটিগী মীশিংন ঙাক-শেল্লমই। মীশীং হেন্না তোংলবা রেলগাড়ী অদুনা থম্বীরমগনি হায়না খেংইরাংলবা তিল্লিবা মীয়ামদুদগী সুপ্লঙ্গী মী থরতদক পুখিগনি, তৌইগুম্বস্তুং, কনা অমত্তন লুমিংদুম্না, মথং তাক্কব রেলগাড়ী অম লাকপা ঙাইনিংলমদে। অসিন মরম ওইদুনা মী লৌশিং লীশিংগী নোংলৈ অমন প্লেটফোর্মগী থোং ভন্না কুজিল্লমই। মতুন; কংলরোইগ্রবা রেলগাড়ী অদুগী মীয়াম নমথায়দুনা তোংননবা অদুগুম্ব লুমিংশিং অদুদদি ষ্টেসন অদো মশানা লানগোয়ন্ধরক্কুনা কৱিগুম্বা মতমদা অকনবা থৎন-লাওনব অম থোক্লমই।

প্লেটফোর্মগী চংকমদা পৈরিবা মীয়াম মরক্ত কাওদুনা চংনবা ঙমলরোইগ্রবা মহোংন হোংনক্কব মতুংদ ষ্টেসনগী চংকম অমদি থোককম খুদিংমক থংব পাত্তেলন রিতাবু লগেজকা কাওনা লম্বজিংলমই। য়ামন য়ান মখোয়না কোচ নং ৪ ভাবা লম্বী কংলমই। রেলগাড়ী অদুগী থোংদ চেকাগী মী অমন, থৈশাদুনা মশা পুম্ব হমাংন পুমলুপ লুপন মীয়ামদুবু উংহোনবা হোৎনরমই অদুগা হম হম হায়রমই:

"গাড়ী মীন পিক থরে, অদুন বকবদ নত্রগ যোত্তি মথক্ত তোংবদি নিয়মন য়াদে।"

শাউরব মীশিংন কমিটিনা পীরকপ টিকেটশিং মহাক্কী মথাংদ হাইরদুন মঙোয়োমম ক্কশিল্লমই। মকম খুদীংমক্ত শাওরবা শিল্লাপ কয়া, লাক-থোক্কনা ইন্নাং লাংলমই অমদি কানা, খুমিংঙক মীন ক্রিক ক্রিক ইরমই। মতুংগী পাত্তেলন কানমই মতুদি, অদুব মথংদ রেলগাড়ী মহুং চংবা হায়বনে

হাউ-দি টিল 'ম্যাজ টেম্পরত— ।

মরাকপী "দনীদা মপা মপাগী পোৎশিংগী মথক্তা 'কয়লিবা মী' শিংগী মথক্তা মেৎথরহনা পাম্ভেলনা রেলগাড়ী অহুগী মরাক তমনী, মীয়ামনা মহাক্কী "মথক্তা চুথরক্লিবা অপাউ মীচৈ কয়াবু কফিঙ্ -খৌশাদনা চংশিল্লমই ।

"অখিত্ত্ "উত্রনে, 'মুক চিল্লবা মরকসিদা চংলিনদুবু কদায় মনো, পাপী" পাম্ভেলগী খোঙনা লৈমায়দা নেৎথরকপদা মর্পা নোমবী মুপী অমগী খুকউদা কাংজেনরুবদগী মুপী অহুনা চৈথরক্লমই । মহাক্কী স্টোন ১৮ লোম লুমলবা মপা অহু সিত অমগী মপান্দ নপুনা কয়মই অহুগা মখোঙ খুকউ অনিগী কারক্তা থাউ টীন অমম্ভ্ থমলমই । শম্মা হাম্নরবদা, গাম্ভী মপুং অহুগী মথক্কী পোং থমকম থান্না পুম্নমক থাউগী টিনশিং, থ্মুক তাইরক অমদি বোম্ভাথাউনা পিক থল্লমই । মরমমহুনা রেলগাড়ী মপুং অহু খর কাওবা নিংথী-মুংঙাইনা হোনবা চুমলমদে । মহাক্কী মথক্ত চৈথরকলিবা মীচৈ কয়াবু কফিঙ্ খৌশাদনা পাম্ভেলনা তাল্লমই : "মহাক্কী টিকেট অমুক্ত য়েংজগে" " করি, ঐগী !" মুপী অহুনা তয়াম্না ওকপীত্রবা টিকেট কলেক্টর দা য়েংলকই ।

মথক ইথং থবা বার্বতগী মুপা অমগী কোক লিংথোরক্লমই অহুগা য়ামনা লুজত্রবা খোঞ্জেলনা ঙংলক্লমই, "ভাসকা, অপংবা মানথহনা পামজিবহু করিনো । মঙোন্দা টিকেং অমত্ত পীথোক-খোঁ, পীখিগত্রনে ?" পাম্ভেলগী কোকথকমতুদা, 'চাওরবা মুপা, অথবাক্ত কোইনা পুমম্ মুবা, ইঁরং লংবা মমিংনা' মঙোন্দা মুনা য়েংহনা লৈবদু ভাসকানা তশেংনা উরমই ।

"মুপী অহু অমুক্তা হাংনা লৈহল্লু, নংবু ঙখোইত্র ? করিগীরমক্তা 'মখোয়না টিকেট পাম্জিবনো ?"
মথক্কী বার্বকী নাকল্লগী খোঙ মুম্না মমিনা য়াহরি, অহুক্তা খোঙ্ মরিহুগী অপুশিং মখোয় মশেন লৈংকোয়হনা "ইয়াং-লাংহম মুমিংলৈ মরু চারি । পাম্ভেলনা মখোয়গী মায়খোং হেক উবমক্ত

দাং থংবা "ওইরমই মথোর কনা কনানো হায়বা : মথোর চিন-জাক-নপোননা. ওঙা কাংবু অমদি। মথোয়না . নৈথাঙ্কুনী মকম থূদীংদা হয়ং হন্দা চংতুনা চিনজাক-লৈরমই অহৃদা য়াম্না হেনজিনব মমলদা য়োল্লমই। পুমনমক অহু পাভেলনা থংলবম্ব্ মথোয়গী মৈয় শংদানফুলা য়েংনবগী মতম লৈরমদে। মহাকী তৌদবা য়াদবা মথৌদি কৈনোমা তৌহনা রিতাবু য়েন মন্নুংদ চংহনবনি।

"মসি কনাগী উপুনো?" থোংনাওগী মথাদা থমলিবা উগী উপুদা থিল্লহুনা মহাক্ক থর অহল ওইবা য়েলবেগী কীজোন শেংপা মুথা অমদা হংলমই।

"মহাকীনি," অতোপ্পা অমহুনা য়ামনা শাংবা অপাবন উংমান মচুগী মোজা তোংলিবী মুপী অমদা থিন্দুনা তাক্লমই।

থোংনাউ হাংদোকে হোৎনরমই অদুবু উপুদু লৈবনা য়ারমদে। ইখোককমন্ম্ লৈতে। মরমদুনা পাভেলনা উপুদু মথকী বার্থতা কমলিবী মপুদা পীরমই।

"মীকুপ অমত্ত পাইবীয়ুবা থোংনাউসি ঐ অমুকতা হাংদোকে।" "ঐগী পোত্ত পাইবীরুনু।" পাভেলনা উপু অদু মহাকী থুকউ মথক্ক থমলুবা মতমদা মনাতোন পাক্তানবী মুপী দ্না লাউরকলমই।

"মোটকা. মদিগী মুপাসিন তোগেন থল্লিবসি কল্লিনো?" মুপীহুনা মহাকী নাকন্দা কমলিবা মুপাহুদা হায়রমই। মুপীংহুগী বা তাবদা মুপাহুনা মহাকী সেন্দলগা লোয়ননা থোঙ্গা পাভেলগী মনিংদা কাওরমই।

পাভেলদি থোংনাউহু হাংদোকুবা হোৎনবদা -য়ায়মক চিনজরমই, মরমহুনা মহাককী মীঙ্গা কাওরুপা হুমিনবা থাংলমই।

"থম্বিক:, নৈথোবগীয়ুবো"- মহাক্কা জেমরেকী মী খাঙ্গা হায়রমই।

## হাউ টিল রাজ নৈম্পরন্ড — ১

অতোপ্পা 'পান্না অমস্তু মকমতুদগী খাংদোক্লকহনা পাঙ্ভেলনা থোংনাউগী মমাংহু খজিকতং হাংহল্লমই। রেলগী মখা, প্লেটফোর্ম মথক্ত লেপলিবী ম্নিতানা থুনমক বেগ অহু মঙোম্বা লানখৎ-নক্লমই। খাউগী থিন অমগা কমলিবী শানোইবী মুপীহুগী মতমবাক্ত বেগ অহু লংশিল্লগা পাঙ্ভেল থোংনাউদা মশা তংখায় অম লিংথোক্লগা নোম্বহনা রিত্তাগী মথুং পায়রমই অদুগা রিতাবু রেলগাডী মনুংদা চিংশিল্লমই। মপান্দা মীয়ামগা তক্লবদা কোয়লাউ-লাউরিবা গার্ডনা আইন কায়না তোংবা মতোং অহুবু খংলকত্রিঙেদা রিতা রেলগাড়ীগী মনুংদা চংলমই। ভাকু কাংবু অহুনা লাউ-খোংলিঙৈ মরক্তুদা রিতানা রেল মনুংদা চংলকপা ওইবনা ময়ামহুবু উবদা মহাক পুমঙক ঙক্লমই। চিল্লবা মীয়ামগী মরক্তুদা মশা ফাওবা নিংথৌ- নুংঙাইনা লেপ্পগী মফম ফংলমদে, অহুবু অনেম্বা বাথকী মপান অমদা মহাক্কী খোঙকম অমতং লেপ্পবগী মফম ফংলমই, মথক্কী বার্থকী মপান অমদা মশা তুনদনবা পাইরহুনা মফমহুদা লেপলমই। মহাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা মীয়ামা মহাক্কী মথক্ত চৈ থাংলক্লমই। মথক ইথং থংবা বার্থতগী লুত্রবা খোঙ্জেল অমনা খেকথরক্লমই:

"মহা ভুততুদা অমুক্ত য়েংঙু মা মতোমত চংলকপদগী হেন্দোক্তুনা মতুংদ অমস্তু পুশিল্লকলি।"

অহুগুম্মা মথক্রোমদগী খোঙ্জেল অমনা অমুকস্তু লাওথরক্লমই: মোটকা, নাখাংহুদা কম্না অমুক্ত থিনজিল্লু।"

মুপী অতুনা মানা হেক ঙমজবমথৈ মহাক্কী উনা শাবা উপু পাঙ্ভেলগী মকোক মথক্ত থম্নবা হোংনরমই অনৌবা চংলকপা মীনৌ অনি অহুবু ফত্রবা, তমথীরবা মায়থোংনবা মীওইশিং অতুনা কোয়শিল্লমই। পাঙ্ভেলদি অহুগুম্বা থবক্তুদা রিতাবু ফিভমদুনা পুশিনবা তারকপা অহু য়ামনা নুংঙাইরমদে। অহুমওইনমক মহাকস্তু ম্যাগী ঙমজবমথৈ হোংনহুনা থবক অহু পাংথোক্পা নম্ভনা করিস্তু তৌনিঙাই লৈতে।

" মখোয়গী খাঙ্কপিং লৌখোকখো অহুগা কময়েঙসিগী মমল পীয়ু," অস্নুমনা মহাক্না মখোয়না মোটকা হায়বা কোথা খুপাহুদা হায়রমই, তৌইগুমন্নুং বাক্কে অহুগী পাওখুম অহু অস্নুক মখিক লুপ্তরমসে মচুনা মাবু খামনা শাউহল্লমই। মহাকী মেংথংবা শীম্নুম মথক্ত মীহুল তিং তিং চোংলক্লমই।

"গ্রাইখোখো মীকক্ত, মদুগীদমক পাউখুম পীগে," পাজেলনা ডাকুন্দা হায়রমই, অদুবু মদু হায়রকবগীদমক মহাকী মকোক্ত মথকী বার্বতগী কাওরক্লমই।

" নংনা তৌরিদ্রে, ডাসকা মঙোন্দ অমুকা থিনজিল্লু।" অস্নুমনা মায়কৈ খুদীংমক্তগী ফুজিলহস্নিংবগী খোঞ্জেম্না লাও-শিল্লক্লমই। মথৈদদি পাজেলগী মশাবু লাকশিনজবগী পাঙ্গল মাংখিরমই। অসিগুম্বা মীকুপসিদদি পাজেলগী থবক খামনা থুই, শোইন্নু শোইগন্দে।

"পোং মমল হেন্না য়োনবা ডাকুপিং, অহুম্না নং নাঞ্চোক-খিগনি খনব্রা?" মহাক্ন শাওনা লাওরমই অহুগা. য়াম্না থুনা মথক্তী বার্থলোমদা মশা চিংখৎলহুনা তমথীবগা লোয়ননা মীৎচি-মীয়েংনরিবা শক-চকয়বা মোটকাগী মায়থোংদা 'দক' লাওনা থিনজিল্লমই। থিনজিল্লকপগী শাফু অমদি চৈনাখোন্নুনা গুন্দা মোটকা মীয়ামগী কোকথক্ত লোংনা হায়থখিরমই।

"মকমসিদগী থুনমক চংথোকখো ওকতবা ওকমানবা, নত্রবদি নখোয় খুদিংমক কাপথুরগদবনি," অস্নুমনা লাওরহুনা পজেলনা মখোয় মরিদা মহাকী রিথোলবর থাজংলহুনা মী খুদীংমক্ত কোয়মু মুরমই।

থুনমক মকমচু হায়গী ঈরাংদগী ওল্লকলমই। কনাগুম্বনা কোর্চাগিন্দা নমথগে হায়বগী থৌরাংলকলবদি শোইদনমকী কাপ্লগদবা কোর্চগিন্দা রিডানা চেকশিন্না য়েংলমই। পাজেলনা থাজদনা তৌরক্লিবা মতৌ অহুদা কীরহুনা মথক্তী বার্থতা তোং-লম্না অমদি মথাদা লম্বী চৎকমদা তোংলম্না মী পুমনমক

থংনবা কমপার্টমেন্টতা লোইনবা চৎনখিরমই। অহূনগী পাভেলনা রিতাবু মথক্কী হাংলবা বার্থতা কাথৎপদা তেংবাংবগা লোয়ননা অপুমনা হায়রমই:

"নহাক মফমসিদা লৈবীরমখো, ঐহাক মখোয়শিং অদো করম তৌরিবনো য়েংলুখিগে।"

মহাক্কী মওংতুদা চিংনরতুনা রিতানা পাভেলবু খায়মই।

"নহাক মখোয়গা কুনরোইকো, কুনগত্ররনে?"

"কুনরোই," রিতাবু থাজহনবগা লোয়ননা খুম্মই।

"ঐহাক থুনা হল্লকনি।"

মহাক্না রেলগী থোংনাউ হাংদোক্লমই অহুগা অমুক হন্না প্লেটফোর্মদা মথক্ত চৎলমই। মীকুপ খরগী মতুংদা, মহাক্কী হায়গী চিক ওইরম্বা ট্রান্সপোর্ট চেকাগী ত্রমেষ্টরগা য়ারী শাররমই। লেটট অহুন মহাক্কী য়াবু তাবীবগা লোয়নন পাড়ী মনুংদা তোংলিবা মী পুম্নমকপু চেক তৌনবা য়াথং পীরমই।

"ঐনা হায়রখিবতুনি" ত্রমেষ্টরনা ঙংলতুনা হায়রক্লমই।

"কমিটিগী মশিংনা থংলাম্রিদৈদগী মনুংসি ঙওানা পিক থমগ্ররবনি।"

চেকাগী মী ১০ না শাবা কাংবু অমনা গাড়ী মনুংদা তোংলম্ব ঙওাশিং তানথাঙহুনা মফম চাংদনা থম্বা পোং-চৈ পুম্নমক মপু মপুদা শেমজিনহনবগী থবক তৌহুনা গাড়ী অহু শেংদোকলমই। পাভেল মহাক্কী হায়গী থবক্ত চংহুনা গাড়ী তোংলিবশিংগী চে-চাং চেক তৌদুনা চেকাগী মীশিংবু তেংবাংলমই। মহাক্না মাগী মমাংগী মকুপ চেকাগী কমরেডশিংগা লৈমিন্নিবা মুংশিনবগী মরী অদু কৈদৌঙৈদম্ব থুগাইনবা তৌরমদে। অহুগী মথক্ত কোমসোমোলগী সেক্রেটরি অম ওইনা মহাক্কী ওমজবা শক্তীগী মনুংদা, কোমসোমোলগী অফবা মেম্বর থর খাদুনা চেকাগী থবক্তা তেংবাংহল্লমই। অহুওম্বা চেক

তৌবগী থবক অহু লোইরবা মতুংদা পাভেল দিত্রগী মনাক্ত হল্লক্লমই। হৌজিক্তী রেলগাড়ী অদো মথল অমগী মীনা পিক্ক থন্না তোংলম্লেঃ রেড আর্মিগী মীশিং, ফেক্তরিগী মীয়াম অমস্তি অফিসতা থবক তৌবা মীশিংনা মখোয় মখোয়গী থবক্তীদমক্ত।

রিতা অমস্থং পাভেল কা অমগী কাচিন অমদা লৈবা খুইদগী মথক থংবা বার্থ অমদা তোংলমই। তৌইশুম্মস্থং মকম অহু খবরগী মপুন মপুন্না য়ামনা অমদি য়ামনা পৈত্থনা থম্না ওইবনা রিতা থক্তাদা তুমফম লৈরমই। পাভেলগীদি লৈরমদে।

"করিমত্ত খল্লুগনু," রিতানা হায়রমই, "য়ান য়ানবা শিনশি।"

মমৈদদি রেলগাড়ী অদো চেনবা হৌরকলমই। রেল অহুনা তপ্না তপ্না চেনবা হৌরকপদা মখোয়না প্লেটফোর্ম মথক্ত বোডাখাউ অমগী মথক্ত মশা নোয়বা নুপীহুনা ফম্লগা লাউ হে বহুগী শক্তম তশেংনমক উরমই।

"হে মনকা, ঐগী থাউ টিন্দু কদাইদা চংখ্রে ?"

থংনবদা কোংলিবশিংবু মখোয়গী মনাক্ত পৈরিবা খবরগী মপাশিংনা মাইখৎরদুনা মখোয় অনি য়াম্না নকশিল্লনা ফম্লহুনা তল অমস্থং হৈত্থুপ চাম্বিনবমই অহুগা মখোয়গী খোঙচেন্না হেক হৌবকপদা থোকখিবা নোক্লিংবদগী তাম্না লৈরবা য়ারীবু নোক্লীংবগা লোয়ননা নিংশিংলমই।

রেলগাড়ী অদো অস্থুম চেল্লমই। মল্লবা, নাকল অমদা পৈথরবা অমস্থং মী হেন্না তোংলবা গাড়ী ক্রিক ক্রিক লাওনা ডংলহুনা রেল তাল্লী শমনফম খুদীং লানবা মতমদা তমথীনা লৈক্ল-হুনা চেল্লমই। নুমিৎ তারকপগী মমনা শংবাম্নবা মশ্তালয়া থোংনাউ ফাওজিল্লকমই। অদগীদি, গাড়ী অহুবু অমস্তগী খা-বুম্না উমশিল্লহুনা নুমিদাং ওইরক্লমই।

চোকথরবী রিতা মহাক্তী বেগ মথক্ত য়োনখাংনবহুনা উইথরমই। পাভেল বার্থকী মপান্দা ফমলদুনা চুরুট থক্লমই।

মহাকম্ রিতাগী মতৌশুম চোকথরবনি অদুবু মহাকীদি ছুথনবা মকম লৈরমদে। সুমিদাংগী ইংলবা, তদেক্লবা মুংশিংনা থোং-লাউদা হুমজিল্লক্লমই। রেলগাড়ীগী খংলোম লোম্বা অমনা রিতাবু হৌগংহললমই মহুদা অমমবদা পাভেলনা 'চুরুট থকপগী মৈশুল উরমই। মহাক্লা মুংঙাইনা পোখবা অহুদা অপনবা পীদনবা অহিং চুপ্পা কমছুনা মিশেল খাংলকপা মাল্লি।

"কমরেড কোর্চাগিন! অদুগুম্বা বুজ্রু'রাশিংগী চংনবী অহু থাদোকউ, তুম্মিদসি লাউ" রিতানা য়াংনা হায়রক্লমই।

পাভেল মহাক্লা হায়রিবহুদা য়ানিংনা রিতাগী নাকন্দা হিপথরকলমই অদুগা মহাকী কুইনা কোনশিনবদগী চিকলবা খোঙশিং মুংঙাইনা তিংথোরক্লমই।

"হয়েংদি ঐখোমগী তৌগদবা থবক মপৈ মপৈ লৈ। মরম'হুনা ঙাইহাক তুমনবা তৌ, চরাংনবউ।"

রিতা, মহাকী পাম্বোনা পাভেলগী ঙকশমদা থাজনা কোল্লমই, মহুদা পাভেল, মহাকী খজাইদা মহাকী শন্নাংনা শোল্লকপা কাওরমই।

পাভেলগী মফমদদি, রিতা য়ামনা শেংজবীনি। মহাক মহাকী কমরেড মরুপ ওইবত নত্তনা রাজনীতিগী লমজিং-বীনি। অহুম ওইনমক মহাক নুপীনি। পাভেলনা মসিগী রাখল অসি অহানবদা খোঙলম্বী-থোংগী মখোঙদা খল্লুরবনি। মহুননি, ঙসি মহাক্ল কোল্লকপা মতমদা মঙোন্দা অমুকী মতিক থম্মোইদা কাওরকলিবা। করিগুম্বা নক্লবা মকম অমদা মহাকী চিনবাল লৈবনা লুমনা হোল্লিবা রিতাগী খবগী মনিল কংলমই। অহুগুম্বী, থোংলবী রিতাগী চিনবাল অহুবু নক্লদুনা কংনিংবগী চাওরবা কামগী ঈহৌ অম মহাকী থম্মোইদা কাওরক্লমই। অহুবু পাভেল, মহাকী পুক্লীংদা কাওরক্লিবা কংনিংবগী অপাম মীছন অহু কম্মা পুক্লীং কাথহুনা নমথরমই।

পাভেলগী পুক্নীংনা পাম্নরুপদবা অপাম্বা অহুবু মাঙ্ক্লোননা থংলবা রিস্তা, অমম্বদ্ৰা ভুমিন্না মোমোক নোক্লমই। মহাক্তি কংনরগী মুংঙাইবা। কাম্নলবগী অরাব থংনকলবীনি। মহুদি মহাক্কী থম্বোইগী মুংশিববু বোলসেভিক অনিদা কংথোকলু-রবনি। চামথোইরবা মথোয় অনিমক তমথীরবা লামকমদা হ্যাইট গার্ডকী নোংমৈ গুলিনা চামজরবী মহাক্কী মকমমক্কী, মথাম্মুংদগী মুন্দুনা পুবীগ্রবনি। অমনা, মশা মউ ফরবা। রাং চাউরবা অমস্তুং হৈ-শিংলবা ব্রিগেড কমাণ্ডর অমদি তরু তরুরবা শংবাম্নবা মীংসলানা লৈতেংবা মুপামচা অমা।

লেপ্পা লৈতনা চেল্লিবা রেল চাকাগী ত'ম্বানা পাভেলবু গুমথিরমই মহুনা মথংগী অয়ুক্তা ঈনজিল অহুনা অয়াংপা থোনজেলগা খোংলম্ক্রিবথে পাভেল কৈগংলমদে।

থবক চিন্নবদগী রিতা মুমিদাং য়ামনা থেংলবা মতম ফাওবা থবক শুহ্না লৈবা মরমনা মহাক্কী ডাইরি ইশিন্নবগী মতুম ইকং ফংলমদে। মতম থর নংলুম্নবা মতুংদা করিগুম্বা থর শম্নপ্না ইশিল্লমই।

"অগষ্ট ১১"

"গুবর্ন য়াগী কনফরেন্স লোইশিনখ্রে। ঐঙোন্দ অফিসকী চে-চাং পুম্নমক থম্নগা উক্রেন কনফরেন্স য়ারুনবগীদমক্ত অকিম, মিখাইলো অমস্তুং অতোপ্পা মেম্বর কয়ামুক খারকোভতা চংখিরমই। ড্রাবেভা অমস্তুং পাভেল গুবর্নিয়া কমিটিদা থবক তৌনবগীদমক থাগ্রে। ডমিত্রি, পেকোস্ক ডিষ্ট্রিক্ট কমিটিগী সেক্রে-টরি হাপখিবদগী থবক য়াম্না চিনবা মরম ক্লাস তৌবা য়াওবা লাকগ্রে। পাভেলদী থর পাহ্নুনা লৈননবা হোংনবনি, তৌইগুনস্তুং ঐখোয়না করিমত্ত তৌহৌবা গুমদ্রে মরমদি ঐনা থবক চিনমনবা নত্নগা মঙোন্দ অত্ত,থর শিন্নজিল্লক্লনা মহুগীনমক্ত মানা চংথোক খিবা। হৌগ্রিক হৌজিক রেগরেশিংদা লৈরিবা ফাঙমসিনা মরম গুইদুনা কোমসোমোলশিংস্তু লেপ্পা লৈতনা থবক তৌরি।

ওৱাং অার্কি ঐবু উৱবা লাক্লমই। মঙোন্দগী লৌথোকখিৱ। মুপামচাশিং অমুক্কী মহাক্কা ঐঙোন্দ ৱাকৎলমই। মুপামচাশিং অদো মঙোন্দা য়ায়মক দৱকার ওইৱে হায়দুনা মহাক্কা ঐঙোন্দ হায়ৱমই।”

“ আগষ্ট ২৩

“ মেনেজরগী অফিসকী মপান্দা কোর্চাগিন, পানক্রাতোভ অমসুং অতোপ্পা মুপা অমগ লেপতুনা লৈবা উবা মতমদা ওসি ঐনা কোরিডোরদা কুমথরমই। ঐনা মখোয়গী মনাক্ত নকশিল্লকপা মতমদা কোর্চ গিন অসুমন হায়বা তারমইঃ

“ মকমসিদা কমলিবা মীওইশিংসে কাপ্থুবদা মতিক চারবনি। ঐখোয়গী ৱা অসি মায়োক য়াহুনা ৱা থৎপগী নংগী অধিকার কবিস্ত লৈতে,” অসুমনা মহাক্কা হায়ৱমই। মকমসিদা রেলরে ফাইয়ারড কমিটীনা বোস ওইৱিবনি অদুগা নখোয় কোমসোমোলদি মকমসিদগী চৎথোকখিবনা হেন্না ,কৌ” নহাক্কা মাগী মশক উরম্মনি, অদুগা মকম অসি মাগুম্বা মীয়েম কয়ানা পিক থল্লবনি। ৱাহৈশিং অসি মহাক্কা শোক্লবা খোনজেলগা লোয়ননা হায়ৱমই। মতমসিদা পানক্রাতোভনা ঐবু উখিৱমই মরমদুনা পাভেলদা খুনীংনা থিল্লমই পাভেল লৈদুনা য়েংলক্লমই অমসুং ঐবু উখিৱমই। মহাক মায়থোং লাংশিল্লদুনা ঐগা মীংচামরমদনা চৎথোকখিৱমই। অদুদগীদি মতম থৱ মহাক মকমদুদা লাক্লমদে। মহাক্কা থংলমই ঐনা কৈদৌঙৈদসু লুজবা লোন শিজিন্নবদা থাংবা ওমলোই হায়বা।”

“ অগষ্ট ২৭

“ ঐখোয়গী ব্যুরুগী অরুবা মীটিং অম লৈরমই। মরমদুনা হৌজিক কাওবদা ঐনা মদুগী মরমদা য়ামনা কুপ্পা ইবা ওমদে। অকিম য়ামনা মুংঙাইতবা মায়থোংগা স্ত্রিজনেল কনফরেন্সতগী হল্লকলে। ওৱাং অতোম্বা সপ্পাই রেল অমসু তালীদগী ওল্লমই।

ঐনা ডাইরি অমুক হয়া ইশিন্নবা হোংনগে হায়না খল্লরোই। মসি তশেংনমক হেনমল্লবনি। ঐহাক কোচ্‌'াগিন উৎনিংলমই। অত্তোপ্পা মুমিং অমদা মাগা উয়রমই। মহাক অমম্বুং জাকি' মখোয় অনিনা মী মপ্তানা শাবা কম্যুন অমা শেমগদৌরি হায়না ঐণ্ডোন্দা হায়রমই।"

নোংমা রেলরে সোপতা থবক তৌরিঙেদা পাভেলদা তেংলফোন তে রকলমই। তেলেফোন তৌরকলিবা মাদো কমান্ডু নত্তে রিতানি। রিতানা হায়রক্লমই মহুদি মুংথিল অহু মহাক শংগনি, মরম অহুনা মখোয়না তম্বা হোপ্রবা পেরিস কম্যুন্না লৈবা তাখিবগী মরম হায়বা পারা মতাং অহু লোইশিনসি হায়না।

মুংথিল অদো, পাভেলনা ইউনিভরসিটি ষ্টিটতা লৈবা রিতাগী য়ুম নকশিল্লকপগা লোয়নননা মহাক্ল মথকলোমদা য়েং খংগা মতমদা রিতাগী খোঙনাউদা মৈঙাল অম উরমই। রিতা লৈরম্লগনি হায়বগী আশাগা লোয়নননা মহাক্তা মুংগী লিভিগী থাক থাক কাখংলমই অহুগা মহেৌশাগুম্না খোঙদা থ'ল্লদুন, কা মমুংদা চংলমই।

পাভেলনা ঙকচখিবদি কনাগুম্বা কমবেড অমত্তনা মীকুপ অমকাওবা হিপ্লন্দি লায়রহুনা ফরা ফাওবা য়াম্রগা রিতাগী কমুংদা ইউনিফোর্মগা লোয়নন। মুপা অমা হিপ্লুনা লৈরম্বহুনি। টেবল মথক্তা রিবোলভর, নোংমৈ মকুগী থাউ অমদি অঙাংবা স্টারগা লোয়নননা লৈরি। রিতানা, পাভেলগী মফমদা মীতোপশকখংদবা ওইরবা মুপা অহুগী নাকন্দা ফমলহুনা মুপা অহুবু চেংনা কেল্লহুনা ফমলি। অনি অদো য়াম্না লুনা অমদি মুঙাইনা রারী শায়রি। পাভেলনাচংলুবা মতমদা অরংবা মায়খোংগা লোয়নন রিতা য়েংখংজকলমই।

মুপা অহুনা রিতানা কৌনশিনবদগী কোমথোকচয়হুনা হোংগংলক্লমই। "পাভেল," রিতানা মহাকপু' কৌয়হুনা ধুৎ

শোক্লমই , " মহাক "

"ডেভিদ উস্টিনোভিচ," মুপা অহুনা মশাগী মীং হায়রক্ত-বগা লোয়ননা পাভেলগী খুৎপু ভরামনা শোক্লমই । "মহাক ইথ্রা থাজদনা লাকপনি , " য়িভা হরাউজনা নোকলহুনা হায়রমই। পাভেলনা মীনৌ অহুগী খুৎপু থৌওইদনা পায়-রহুনা নিকনমই শোয়ননা মহাক্কী মাংসনাদা। শাউনিংবগী মমি তারকলমই। মুপা অহুনা শেংলিবা ইউনিফোর্ম কুয়িংকী পাম্বোমদা নপলিব কোর স্কোয়ারদগী মহাক কমপনি কমাণ্ডরনি হায়বা খংলমই ।

য়িভানা পাভেলগী মকমবা করিগুম্বা খর হায়গে ভৌরমই অহুবু পাভেলনা মরক থংখিরমই ।

"ঐনা হৌজিক চংলকইবদি. নুংথিল অদি হিথাংকমদা উ কাপ্পগী থবক চিংগদৌবি হায়গে লাকপনি " ,অস্তুমনা মহাক্না হায়রমই "অম অম ওইরবসু হৌজিক নহাকপু উনবা মী অমা লৈরে ফরে. ঐ থোকপ্রগে. অচাংবশিং মথাদা ঐবু ঙাইরি । "

পাভেল মহাক্না খংহৌদনা চংলকপগুম খংহৌদনা থোঙগী য়াংমদা মাংখিরমই । মথোয়না মহাক্না সিডীগী থাক-থাকতা তহাননা প্রপ প্রপ কুমথখিবগী খোনজেল তারমই। অহুদগীদি মপানগী থোঙজাও গম লাওনা থিংজিনখিরমই লোয়ননা মকমহু পুর্মচিক চিকখিরমই ।

"মঙোন্দা করিগুম্বা খর শোইদনা লৈরমলগনি," ডেভিদকী হংনিংবগী মতৌ উরহুনা য়িভানা চিংননা হায়রমই।

থোংগী মথাদা ঈনজিল অম মাগী কল্লবা থম্মোইমুংদগী সনা মহুগী মৈরিক মপৈ মপৈ কামথোক্লহুনা ঙংলি ।
মৈরিকশিং অহুনা নিংথিজরবা জগোই অমগী মতৌগুম থেক্ল-খোইনা য়াংনা অতিয়ারোমদা পাইখংলগা মৈথু মরক্ত চিকমাং চিকমাং মাংখিরমই ।

পাভেল থোংগী রেলিংদা ঙাথরহুনা ম্বিচবোর্ডকী মথক্ত কুকেং

কাফেং ভাল্লিবা মচু শংলবা সিগনেল লাইটতা মুন্না য়েংলমই।
অহুদগী মহাক মমিং উইশিল্লমই।

"করিগীদমক্ত ঐনা খংল্লিবনো, কমরেড কোর্চাগিন,রিতাগী মপু-রোইবা অম লৈ হায়ব খংবদা করিগীদমক্ত অম্বুকী মতিক খম্মোইদা শোক্লিবনো? করিগুম্বদা মহাক্না নত্তোন্দ মহাক্কী মপুরোইবা লৈত্তে হায়খ্রবা? অহুগা করিগুম্বা মাগী লৈরম্লবদি করিগীনেং নংনা অহুমনা লৌক্রিবা? কমরেড, নহাক খল্ল, নং অমস্তং মাগী মরক্ত লৈরিবা মরিসে ইচম চম্বা মরুপ ওইবগী মওংহুনি, অত্তৈ করিস্ত নত্তে অহু ওইরবদি নংনা করম্না অম্মুম্না থোকহনগ্রিবনো?" মহাক মশা মতোমতা অস্তুমনা য়াম্না লুপনা হংজরমই। "তৌইগুম্বগুং করিগুম্বা মহাক্না মাগী মপুরোইবা ওইরম্বদি? ডেভিদ উস্টীনোভিচ মাগী মবুং নত্রগা মথুবা ওইবম্বস্ত য়াই ... . করম্বা মওংদনো নংনা মুপা অহুদা চুমদবা নত্তগা শমচং চংখ্রিবা হে বুহ জপংবা নংসে ওক অমদগী করিস্ত তাদ্রবনি। মহাক রিতাগী মবুংনি মবুং নত্তে হায়নসিদি য়াম্না লাইনা খংবা ছুমই। করিগুম্বা মহাক্না নবুং অম ওইনা নত্রগা মথুবা অমা ওইনা তৌরকএ হুগনা খল্লসি অহু ওইববদি নহাক্না চংখ্রিবা লমচং অদুগী মতুংদা নংনা মাবু করমনা মায়োক্লগনি। নত্তে, পুমনমক তৌক্রসি নহাক মাবু উবা অসি তোকগদবনি।"

কম্না তুংলিবা ঈনজিল অমনা খোংলকপদগীদি মাগী ভাপকী দলান অহু কার্মিগরমই।

"মতম অসি থেংলে। য়ুমদা হনবগী মতম ওইরে। অসিগুম্বা মপোং মরম খংদবা রাশিংসে য়ামনগ্রে।

রেলবে রার্কশিংনা লৈরিবা সোলোমেনকা ডিস্ট্রিক্তা নহা ওইরিবা মী মত্তা পুম্নুনা মী মত্তানা শাবা অপিকপা কম্যুন অমা শিংখৎলমই। মখোয়শিং অদুদিঃ ঝার্কি পাভেল, ক্লাভিসেক মতম চুপ্পদা তুত্তাইনত লৈব শমফব জেক মচা নিকোলাই

ওকুনেভ অমদি রেলৱে য়াড কোমসোমোলগী সেক্রেটরি অমম্তুং হৌজিক হৌজিকমক্তু রেলৱে চেকা ওইনা থবক তৌরিবা বোইলর রিপয়াররমেন স্টপান অর্টীখুগুনি ।

মখোয়গী কম্যুন অহুগীদমক্তু কা অমা ফংলমই। হুমিং ছুমনি চুপ্না মখোয়গী অহাংবা মতমদা কা অদু শেংদোকপা, রং তোব অমম্তুং শুগ্নু হাইবনচিংবগী থবক শুরমই। মখোয়না হঙ্গৎ-হন্দা চফুশিং ঈশিং পুবদুনা চৎলমহ মতুদা যুমলোয়ব-শিংনা মখোয়গা যুম মে চাল্লবোই নীংলমই। মখোযনা মখোয়গী কাংখোলাশিং শাজরর্মই অহুগা পাকতগী উনা খোম শুহুনা মোনপাক শেমলমই। মরিগুবা হুম তদি ফক্লাংদা পেত্রোভস্কাগা অয়েকপা গে টো অমা অমম্তুং অচৌবা মেপ অমা থেংলমই। অহনগাদি কা অহু চপ চানা লু-নাম্না উরমই ।

থোঙনাউ অনিগা মরক্তা খাঙা অমা লে। মতুদা লাই-রক্লা রাংনা পৈরমহ। পোং-চে হাপলকপগা উপু আনগী মথক্তা শাহুচে থাজিল্লগা চোকি ওইনা শাজিন্নরমহ, অতোপ্পা খরা চাঙবা উপু অমদনা ফোল-ফি ক থমনবা টেবল ওইনা শাজিন্নরমই। বাগী ময়ায়মক্তদা চাঙরখা ফদায়াওদবা বিলিয়াড টেবল অমা লৈ। হায়ারবা টেবল আস কাহুদা লৈারবা মীশংনা রায়ার হাউসতগী মখোয়গী লেংবান্দা হাপ্পুনা থাংলকপনি। অয়ুক নুংথিলগী মতমগা মহুবু টেবল ওইনা শাজিন্নরমই, নুমিদাংগী মতমদনা ফমুং ওইনা শাজিন্ন হুনা ক্লাভিসেক্লা মদুগী মথক্তা তুমলমই।

শুপামচা মঙা অহনা মখোয়গী পোং চৈ খুদিংমকপু খোমজিল্লমই অহুগা থবক য়ামনা পাংথোক্লিংবগী রাখল চেনবা ক্লাভিসেক্লা মখোয়গী কম্যুনগী পোংশিং অহুগী লিস্ট অমা শেমলমই। মহাক্লা মহু ফক্লাংদা লাই থেংপগী মতৌঙুম য়ানহুনা থেংনিংলম্বনি অদুবু ময়ামনা য়ারমদে কা মনুংদা

লৈরিবা পোং খুদিংমক মীয়ামগী ললনি হায়না লাওখোক্লমই। মখোয়না তানজক্লবশিংঃ চেং অমদি করি গুম্বা য়ুমদগী থারক পোং খুদিংমক মখোয় চপ মায়না য়েন্নরমই। সুপ্নতগী মখোয় মখোয়গী ললনাইগী পোং হায়ববু পায়নরিবা খুংলায়শিং অহু তনি। করি'মত্ত য়েংনবা য়াওদনা অস্সুমনা লেপ্নরে, মহুদি, কম্যুনগী মেম্বর কনাগুম্বনা ললনাই তানিংবা নত্রগা ললনাই তৌ নিংবা নত্রগা কম্যুনগী য়ানরিব' আইনবু থ.গায়রবা নত্রগা কমরেডশিংগী থাজবা মাংহল্লবা অহু ওইরবদি মেম্বর অদু কম্যুন দগী তাহ্নোক্কনি। ওকুনেভ অমস্তুং ক্লাভি'সেক্কা তকশিল্লক্লমই মহুদি কম্যুনগী মায়োক্তা চেংকপা ওপা অহু কম্যুনদগী তাহ্নোকপত নত্তনা মখোয়না লৈরিবা কাহুদগীস্তু তাহ্নোক্কদবনি হায়না। মখোয় অনিগা মেসন অহুবু য়ানখিরমই।

ডিস্ট্রিক্ট কোমসোমোলগী একটীভ মেম্বর পুমনমক কম্যুন য়ুম শক্লাবগী পাটি অহুদা য়াওরমই। য়ুমলোয়নবা য়ুম অমদগী চাওরবা সাযোন্তর অমা রাযরমই। অহুগুম্বা শক্লাবগী পাটি অহুনা কম্যুনগী লৈজবা চিনি লোইনবা চাথোকখিরমই। চা পাটী অদুগা মতুংদা ময়াই কারবা নহা ওইবগী খোজেম্মা খোম্থাং রৈনা মখোয় পুম্না ঈশৈ শক্লমই:

পাক চাওরবা পৃথ্বী পুম্বসে পাঁয়াং পাঁয়াক্লরে
তমথারবা মাওং-মানৈ মরক্তা লেল্লকপে ঐখোয়
অহুবু, ভাইয়ু, থোক্লক্লগনি অমুক্তা লংলবা মঙাল

ঈদাক মনাগী কেক্তরিদা থবক তৌবী লৈশাবী টালয়া লাগুটিনানা মীয়ামগী ঈশৈ অহুবু চিংলমই। মহাক্তী মকোক্তা কুপ্লবী অঙাংবা মচুগী কুমান কোক্তী নাকল অমদা নাম্নবত নত্তনা, করিগুম্বা লোনম মীংয়েং অমগা মীংয়েংনরিবী, কনা'মত্তন মহাক্তী মীয়েংহুগী মমুং ফাওনা উবা ঙমখ্রিবী নীংথিরবী মীংসনা নাম্নবুস্তু কুপখিরমই। টালয়াগী মীবু শুমহং ঙমলবা মীনোক অমস্তু লৈ অহুগুম্বী মীনোক্তুগা,

মহাক্কী চহি ১৮ গী মক লাওরবা, লংলবা মায়খোংগা লোয়ননা সংসার অনিবু অর্থ লৈনা য়েংলমই। হৌজিক্কী খেংলবী শাখোম অনি থাজংলহুনা: ক্রমপেটকী ষেংনা খশলিবা হুমাইগী মতৌগুম হাইরহুনা খঙোই য়াওনা ঈশৈ শকল্লমই:
শঙ্গোকপ্রসন্দু, ঐখোয়গী ঈশৈসে ঈচাও 'মগী মতৌগুম,পৃথ্বী থুংনা, শাইরসন্দু, "ঐখোয়গী কিরাজনা নিং-ঙয়া শাক্লবা অতিয়াদা। চাকসসন্দু মৈরিখোক্লা , ভায়সন্দু , মৈঙালহুনা পৃথ্বী পুম্বা , খঙোই ঐখোয়গী ভাংলবা ঈথক্ত চাক্লীবা মৈসি ।
খেংলবা মতম কাওবা শাটি অহু চংখরমই। নহা ওইবগী নৌরবা ঈশৈগী খোঙ্খাংনা চিক্লবা অহিংগী লম্বীবু হৌদোক্লমই।
টেলিফোন ক্রং ক্রং খিংলক্লমই জার্কিনা রেসিভর থাজংলমই।
"তুমিন লৈয়ু, অমুক্ত লাংগন্দু করিমকাও তাবা ঙমজ্রে !" সেক্রেটরিগী ওফিসতা পুন্দুনা লৈরিবা লাংলিবা কোমসোমোলগী মীয়ামদা লাওরমই।
লাংবা অহু খজিক্কং নেমখখিরমই।
"হলো! অহ, নংলা, করে করি এজেন্দানো খমগদৌরিবনু? অহ, হায়গী য়াকমদো, হিথাংকমদগী শীং পুরকপগী। অহুদি করিগীনো ? নত্তে; মহাক বদায়দন্দু থাখিদে। মহাক লৈ। মহাক্লা য়ারী শাবা পাম্বাক্রা ? মিনিট অমখক্ত ঙাইবিয়ু।" জার্কিনা পাভেলবু ইঙ্গিত তৌহুনা কৌরমই।
"কমরেড উস্কীনোভিচ নঙোন্দা করিগুম্বা খর হায়নিংমাজ্রে, অদুম্বা হায়রহুনা রিসিভর পাভেলদা পীরমই।
"ঐনা খরম্বদি মহাক টাউন্দা লৈত্তে হায়বনিনি," পাভেলন রিতাগী খোজেলনা হায়রকপহু তারমই "ঙসি মুংখিল অসি ঐহাক শংগনি। মহাক লাক্রোইরনে ? ঐখোয় তাচৌ হনজ্রে। মহাক্লা টাউন অসি কাওহুনা লাকপদা ঐবু উনবা লাক্লমনি। ঐখোয় অমনা অমবু উনদবা চহি অনি কাররনি।"
মহাক্কী মবুং ?

পাভেল কপ্নি মস্ত তাখিত্রে। খুমিদাং অমদা থোংগী মথক্ত মহাক মত্তোমত লেপচখিবা লাইবক থীরবা হুমিদাং অহুবু নীঙমদনা নীংশিংলি। হোই, মহাক শোইদনমক মহাক্কী মনাক্ত চংকনি অদুগা অসিগুম্বা ৱারী অসিগী অরোইবা ওইহল্লগনি। খুংলিবা হায়বসিনা মীওইবদা থাংগুমদবা চৈনা অমদি চিংনবগী লাংতক্লখা য়ায়া ফাওবনি। অসিগুম্বা মতমসিবু অহুম্বশিং অদুগী মতমলনে?

মহাক্কী নাকোংফদি থোক্কেল অহুন। হায়রিঃ "নহাকপু ঐনা হায়রিবসি তাত্রনে?"

"হোই, হোই। তাই, ঐ নংবু তাই! য়ায়া ফরে, হোরেল ব্যুরগী মিটিং লোয়রবা মতুংদা ঐহাক লাক্লগে।" অসি হায়রহুনা ফোন থম্লমই।

পাভেল চুমহ্লিং রিতাগী মীংসনাদা য়েংলমই, অহুগা উযুং উগী টেবলগী মপান্দা পায়রহুনা মহাক্না হায়রমই: "ঐহাক নহাক্কীসিদা লাক্কুনা নহাকপু অমুক হন্না উনবা ঙমগনি হাক্কনা খল্লে।" মহাক্না ৱাহৈশিং তাবদা মহাক্কী মুরবা পাম্শিংনা মথক্লোমদা ইনখংলকপা উরমই। য়াংনা ইরিবা মহাক্কী পেন্সিল চপ লেপখিরমই অহুগা হাংদোকলিবা পেডকী মথক্ত হুমিক লেংক তারমই। "কপ্নিগী লাকপা ঙমলোইদৌরিবনো" "হৌজিক ঐগী অহাংবা মতম ফংবসে ৱানা থোকই। নহাক্লম্ব্ খল্লৌরিবক্লুনি হৌজিকসি ঐখোয়গী অহাংবা মতম ফংবসে অরায়বা নত্তে হায়বা। ঐহাক খুংঙাইজদে, অহুগা ঐখোয়না মসি লেপ্লগনি খনবদম্ব খুংনাংবা পোকচে ... ... ... ... ...।"

মহাক্ল মসিমম্ব খংজরমই মতুদি মহাক্কী অরোইবগী ৱাহৈ-ৱরহ কনানম্ব তাব তাবা ঙমলোই হায়বা।

"কপ্নিগীনো নক্না খাকোয় ওম্নিবহুবু?" মথম্মোইঙ্খুংদা মত্তোমত শাউজরমই। "অহু ওইরবম্ব পুমনমক কোক্ল লাম্বা শেংনা হায়দোক্লবগী নংগী থৌনা নৈরোই।"

খোজেল হোনা মহ'ক্না হায়রমই : " অনুগী মথক্ত, মতম থরদগী ঐনা নহাক্কী নকমদা ৱাসি হায়নিংহুনা লৈবনি ঐহাক নহাক্কী শন্দোক-ৱাশিং অর্থ লৌশিনথদা য়ামনা ৱানা থোকচৈ। সেগাগগা লোয়ননা তমলিঞ্চৈ মতমদদি ঐহাকনা থরা থংজবমখৈ ঐগী কোক্ত লৈহৌরমই, তৌইগুমম্বং নহাক্কীদি মচু ওইদে। মসিনা মরম ওইহুনা, ইবানিগী পরা লোইরবা মতুংদা পরাশিং মীংথিজনা ভাপ তানা তাকহন্নবগীদমক তোকায়েন্ডতা চংশা তারমই। মসি ঐগী ইরান্নি - ঐগী পংলবা কোকসিনা করিস্ম লৌশিনবা ঙমদে। নহাক্না থর হেন্না মঠা ফবা ছাত্র থাবায়্ ।"

ৱিতাগী চমমনবগা লোয়ননা মুন্না য়েংলিবা মীংয়েংদগী পাভেল লৈথোক্লমই, লোয়ননা তপ্না তপ্না মহ'ক্কী লম্বীস্ম মৈ চাক্লক্লমই অহুদগী মহাক্না য়ামনা ৱায়োনা শমথরমই :

"নহাক্না থংবীরিবহুনি। মসি অমুক চংথবদা ঐখোয়গী মতম মাংনবত ওইরগনি।" অসি হায়রগা মহাক হৌগংল-ক্লমই, মখোঙনা চৌকি মখোংদা ইল্লগা, মখুংনা চৌকিগী নমঙাদা শায়রহুনা চেকশিন্না চৌকি অদুবু নাকন অমদা থৈদোক্ল-হুনা, পুন্না চমমনরবা হায়ফম থংজ্রবী ৱিতাগী টেবল থাউমৈগী মঙান্দা মায়থোং লাংশিন্না নোঙ্গরিবী মায়থোং থম্মালদা য়েংলমই। অহুদগী টুপী উপশিল্লহুনা হায়রক্লমই :
"করে কায়নরসি, কমরেড ৱিতা। ঐহাক্না নহাক্কী মতম য়ামনা মাংহনবগীদমক্ত লুংঙাইজদে। মতম কুইনগী মমাংদা ৱাকম অসি নহাক্কী নকমদা হায়রমগদবনি। মসিদনি ঐবু ইয়াল শীবিগদোবা।"

ৱিতা হংনা শাবা মীগী মতৌগুম পাভেলদা মহাক্কী খুং ডিংথোক্লমই। থঙহোদনা ওইরকলিবা পাভেলগী মওং-মতৌ অহুনা মহাকপু অশ্লক্কী মতিক য়ৈহংগ্রে মদুদি স্নপ্নগী ৱাহৈ থরদগী কেন্না হায়নিঙাই লৈথিদরে।

“পাজেল, নঙোন্দা কৈদৌনুংদম্ক নরাল শীদে। করিগুম্বা ঐনা নংবু নীংথীজনা জাপ তাহয়বগী মায় পাকপা লম্বী অমা কংবা ওময়রবস্তু ঐহাক অস্তুমনা খল্লিনে।”

পাজেল নুংঙাইতনা থোঙলোমদা থোকখিরমই মহাক্না থোক্লবা মতুংদা থোঙ তপ্না খিংজিল্লমই। মহাক মথাদা মীকুপ অমরোম তুমিন্না লেপ্লমই – মহাক্না মকমদা অমুক হন্না চংতুনা রাকম খুদিংমক শন্দোক্না হায়রুনবগীদমক্তদি হৌজিক য়ামনমক থেংমনবদি নত্তে ... . অহৌবু মদু হায়রুবগী করিবু কান্নগনি। করিগীদমক্ত? মহাক্না মীচৈগী পাওখুম অতৌদগী অমুক হন্ন মপান্দা থোকলকপা? নত্তে চংলুবগী অর্থ লৈতে।

শাজিল্লবা য়াত্রবা, তেক কায়রবা রেলগাড়ী থমকমগী ডালিশিংদা য়াত্রবা ঈঞ্জিনশিং লৈ। লেপ্পা লৈতনা শীংলিবা মুংশিংনা উথায়কমগী কংলবা হোয়াই মকুপশিংবু মীতাত্রবা চিক্লবা জঙ্গলদা হুমজিল্লি।

টাউনগী অকোয়বা,'শোংলবা উমংদা অমম্ভুং লুরবা লোক্লুং-দা ওলি'কী শুন্দা কাংবুনা লোত্তুনা লৈরমই। অমুক-মুংখিলগী মতমদা মখোয়না অকোয়বদা লৈরিবা পিক্ল পিক্লবা খুজংশিংদা নত্রগা উমংদা. তুমিন্না য়ৈশিন্দুনা লৈরমই তৌইগুম্বস্তুং মুমিদাংগী মতমদা তমথীরবা অচুম্বগী মরিক অমকাওবা য়াওত্রবা শাজংকা রেল ডালিশিংদা থোরকনি, রেল ডালিশিং কাপথাইরমগনি অদুগা অমুক তুমিন্না মখোয়গী লোংকম মকোন্দা চংখিগনি।

হনবা লৈত্রবা, তমথীরবা শগোলশিংগা লোয়নবা শুন্দাশিং অতুনা রেল লম্বীশিং খুগাইরমই রেলদাবাশিং মচেং মচেং ডানা কাপথাইরমই, মরাল লৈজত্রবা তুমলিবা মীশিং কামথাইরকপগী অতেক অকায়শিংগী মথাদা তলগী মত্তৌগুম পুমপাক পাক্লা ননথাইরমই অতৌদগী মমল য়াম্নবা পোং-চৈশিং, চীঞ্জাক অমম্ভুং পৃথ্বী অঙাংবা ঈগী ঈশিংদা লুপ্লমই।

গুণ্ডা কাংবু অহনা অপিকপা খুঙ্গং খরদা শরাক তম্লিবা উচেকী মতৌগুম খংহৌদনা হুমজিল্লকনি , মচিঙ্গাক চারিবা য়েনবী অমস্তুং য়েন্নাউশিংবু মায়কৈ খংদ ভানখাইরমগনি নোংমৈদি য়ান্না কাপতে। ভোলেস্ট সোভিয়েট য়ুমগী মপান্দগী করিগুম্বা উজাও অমনা প্রেক-প্রেক লাওবা খোঙ্গেল্লগা লৈমায়দা ছুথরকপগী মতৌগুম নভ্রগা করিগুম্বা পেক্লেক পেক্লেক পোং খর খোঙনা নেংখায়বগী মতৌগুম মেচিনগম্মা খপথরক্কনি অহুদগীদি গুণ্ডাশিং অদুনা মখোয়গী মশা ফরবা শগোলশিংগা মখোয়গী লম্বীদা লম্লাল্লবা খুদিংমকপু ককথংলহুনা খুঙ্গং-রোমদা চেনশিনখিগনি । মরাল লৈজন্ত্রবা মখোয়গী শন্নাকশিংবু করমনা য়াঙ্থবগে হায়ব২ ঈংনা তপ্পা শীং খায়বগী মতৌগুম য়াঙ্থরমই । নোংমৈদি মরু ৱাংপনা মরম ওইহুনা য়ান্না তোয়না কাপতে, মরক মরক্ক অমুক ' মুক্তমক কাপই ।

গুণ্ডাশিং মখোয়না খংহৌদনা থোরকপগী মতৌগুম য়ান্না থুনা চংখিগনি । নিংথোগী নাদি ফক্লাংনা থেংলি হায়বদো অহৃগী মতৌগুম মখোয়গী মনাস্থ ফক্লাংদা থেংলমই । মফম খুদিংমক্ক মখোয়গী মাং নাকোংশিং লৈ । ভোলোস্ট সোভি-য়েটকী অভৌবা শঙগী থারবা ফক্লাং ফাওনা মখোয়না উবা , তাবা ঙমলমই । করিননো হায়ববু উবা ঙমত্রবা পিক্লবা লংলানা লাইনিংবা পুরোহিতকী য়ুমদগী অমস্তুং কুলাকশিংগী য়ুমদগী শেংলবা মী কনা চংদ্রবা উমং তানা তিংলমই । মসিগী লম্বীসিদনি মখোয়না নোংমৈ মরু উপু উপু ওকশা অমদি খুঙ্গংগী অশুংবা য়ু থাজিল্লৌবা । পাও পীবস্থ মসিগা অমহানি । অহানবদা মখোয়না পাও অহু খর হন্থবা আট-মনশিংগী নাকোংদা চিরোন তৌখিগনি , আটমন অহনা অমুক অরোনবা লম্বীদা ওলি'ক মশামকী নাকোং তানা থিল্লগনি ।

গুণ্ডাশিং অহু মী চানি চাহমদগী হেন্দ্রবস্থ , মখোয়বু কাবদদি অন্নাবা অমা ওইরমই । মরমদি মখোয়না পীক্ল-

শীক্লবা ইউনিট কয়ামুক থোক্লা খায়দোক্লমই অদুগা মতম অমত্তদা ডিস্ট্রিক্ট অনি অহুমদা লুট তৌরমই । অসিনা মরম ওইহনা মখোয় পুম্নমকপু ফাবা হায়বসি অৱাবা ওইবত নত্তনা ভমস্থু ভমলমদে । ভরাং হুমিদাং লুট তৌরবা গুণ্ডা অহুনা মখংগী হুম্বিত্তা ইচম চম্বা লৌমী অমগুম মস্নুয়দা চকু শাগনি, শগোল শজিক পীজগনি নত্তগা মুংঙাইথোক্ল চুরুট চিংলদুনা পেক্লোম্লিং চংলিবা শগোল লান্মীশিংবু লৌথুপ লৌকোয়-মায়েংনরহনা কোস্থোংদ। লেপ্তুনা লৈরমগনি ।

আলেজেণ্ডর পুজিরেভস্কী, মহাক্কী রেজিমেন্টকা লোয়ননা জিলা অনি অহুমদা গুণ্ডাশিংগী হিংসাগী থবকপু নীংহন্নদবা থোনাগা অরেপ্পা লৈত্তনা থিংহনা মখোয়বু ফানবা তাম্নরমহং। করিগুম্বা তাঞ্জা অমদা উচিন নাচিম্না মখোয় থরবু ফারমই । অহুগুম্বা মায়-পাকপা অহুনা থা অমরোম লৈরগা ওলিক্লা মহাক্কী কাংবুশিংবু জিলা অনিদগী লৌথোকপা তারমই অদুগা অপিকপা টোরটোর অমদা হেংংখিরমই ।

সহরগী পুন্সি হায়গী চংনরক্লবা খোঙথাংদা অহুম্মক থাংজিল্লি । মহাক্কী কৈথেল মঙাদা লাংলবা মীয়ায়া হয়িংখোই ময়ামনা মহুমদা য়োমশিন্দুনা ঙুং ঙুং ঙংবগী মতৌগুম তিল্লি । তিল্লিবা মীয়ামহুবু স্মুপ্নগী রাখল অনিথক্ল থুহম চল্লমই মহুদি য়ারিবমথৈ য়ামনা লৌহৌবা অঙ্গুগা য়ারিবমথৈ খজিক্তমক শীখিবা । মরম অসিনা মকমহুদা পোংকী মমল কা হেন্না লৌহনা য়োম্লিবা শার্কশিং অমদি শেন্দোং হেন্না লৌনবগীদমক মীনম শোরিরিবা মীশিংগী মকমদদি মখোয়গী তৌত্তবগী শক্তি শীজিন্নবগী ভমথৈ লৈরমদে । থাজনিঙাই ওইত্রবা মীওই চাম চাম, মখোইগী মীয়েংনা পুম্নমক কোংদোকলবস্থু মীয়ামহুগী মরক্তদি মখোয়গী পুকচেল শেংজববু কায়হল্লমই । শম্থি থীবাক অমদা হয়িং ময়ামনা য়োমশিনবত্তম সহরগী মী পুম্নমক্ত মকমহুদা তিল্লমই । তিল্লিবা মী পুম্নমক কম্বিগুম্বা অনিংবা

অমথক্তনা হৃমদুনা পুরমই মহুদি অপংববু তুহংপা। রেল-গাড়ীনা থুংঙবা মতমদা বোড়াখাউ, বোড়াখাউ পুবা মীয়ামনা কুক কুক ইমনা রেলগাড়ীদগী কুমথরক্লমই অতুগা মখোয় মখোয়গী পোং য়োম্নবগীদমক খুদক্ত কৈথেল তমনা চংশিন্নরমই।

নুমিদাংগী মতমদদি কৈথেল অদু পুমচিক চিকলমই। পাঙেং লৈরিবা য়ুমশিং অমদি হুকানশিং য়েংবদা অকিবা অমদি খুদোং থীনবগী শক্তম লৌরমই। হুকানগী মতুং খুদিংমক্ত খুদোংথীবনা লুমহনা লৈরবা নুমিদাংগী চিক্লবা মতমদা মকম-হুদা চংলুবা নুপাদো ওস্থোক্লা থস্মোই চাওবা মী ওইগনি। ইতং তত্তনা, নুঙথংনা য়োংপাক অমদা য়্রবগী খোঞ্জেলগুম নোংমৈ কাপলমই অতুদগীদি মী খরগী মঙকশমদগী ঈখেং হাথগনি। অদুগুম্বা মতমতুদা, মিলিসিয়া (সোভিয়েট পুলিস) ময়াম অমা খ্বাইদগী নকপা বাটতগী থুংলগনি অহুবু ককথং-পীরমলবা মীশিং নত্তনা মখোয়না কন্নিমক্ত ফংলোই। (অদুগা মখোয়তনদি কন্নিমক্ত চংশিল্লোই)। মীহাংপশিং অহুদি চেনখিগনি। অতুদগীদি, নুমিদাংদা কত্তবা থবক তৌবা মীওইশিং অতুনা থংহৌদনা হুন্নকপা নোংলৈ হুংশিংকী মতৌ-গুম, কৈথেলগী অৱাংববু হুমতুনা পুখিগনি।

কৈথেল কাকমগী মায়োক্লবদা ‘ ওরিয়োন ’ সিনেমা হোল লৈ। কৈথেলগী লম্বী অমদি মতাইগী খোঙলম্বী ঈলেক্ট্রিকী মৈঙাম্মা পুমঙাল ঙাল্লমই। সিনেমা হোলগী চংকম খোঙ মীনা, কুকু কুকু ইমন্নমই। হোল মনুংদদি সিনেমাগী মেচিমা ঝ—ত্র—লাওনা চৌরবা পর্দাৱদা মীয়ামনা পামজবা, হুংশিরবা ফিলম কাপলি। থংহৌদনা হৌজিক ফিলম তংখিরমই। মরমতুনা অপরেটরনা মেচিন লেপহনখিরমই। অতুদগীদি য়েংলিবা ভাবকশিংনা পেন্দবগা লোয়নবা লাওখোংলক্লমই।

সহৰগী মনুং অমংনুং মতাৱগী পুন্সি মহৌশাগী কীতমদা অহুম্নক লৈরমই। লালহৌবশিংগী অচৌবা দায়িত্ব লৌরিবা

খোইদোক্না হৈ-শিংলবা পার্টি '' গুবর্নিয়া কমিটি ফাওবা তুমিন লৈরমই। পুমনমক তুমিন লৈরমই। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা মথলগী অইংবা, ইংথবা অসি চুমনগী মপাম্বোংদতনি।

সহরদা নোংলৈ অমনা হুমজিল্লক্লমই, মতুদি মাইগৈ কয়া-মুক্তগী মফমতুদা লাক্লিবশিংনা লৌমীগী অচোনবা কোটকী মমুংদা নোংমৈ ইকোং ফোংনা পুরহনা চেকশিন্না চংলক্লমই। মখোয়না চীঞ্জাক ললোনবগী শক্তমদা শকলোংলহনা রেলগাড়ীগী বোদি মথক্ত তোংলহনা লাকলমই। রেল থামলবা মতমদা কৈথেলদা মখোয়না পুরকপা বোভাখাউশিংগা চংবগী মতুত্তা মখোয়না হাম্না থংলবা থুংডুফম অমদা চেকশিন্না চংখিরমই।

পুমনমক অসিদগী থংলে, মতুদি, ৱার্কশংগী ভিস্ট্রিক্টশিংনা মসিদগী হেন্দোক্লনা বোলসেবিক ফাওবনা চংশিল্লক্লিবা নোংলৈ অতুগী করিগুম্বা ঈঙ্গিত অমগু থংলমদে। অতুবু, সহরহুদা লৈরিবা বোলসেভিক মণ্ডাখক্তনদি তৌরকলিবা মগুংদু কবিগীনো হায়বা থংলমই।

রেড লাম্মীনা হরাইট পোলেগুদা তানশিনখিবা পেটল্যুরাগী লেমহৌখাক কাংবুনা রাসোপা ফোরেন মিসনশিংগা লোম্না মরি লৈনহনা অতুগুম্বা ঈরাং অতুদা শরুক য়াননবগীদমক থৌরাং-লমই। অমুমনা লেমহৌবা পেটল্যুরা রোজিমেন্টশিংনা বোল-সেবিকশিংগী মথক্ত লান্দাবা য়াননবগীদমক রেডিংকোর্স অম শেমলমই।

লালহৌবশিংগী সেন্ট্রেল কমিট্রগী মেম্বর নিকুতরেংনা শাবা ওর্গেনাইজেসন অম সেপটোভকাদা লৈ। মেম্বরশিং অতুগী মমুংদগী অয়াম্বদি লোকেল চেকানা চিংনদলা নিংতমনা থম্বীরল্লবা মমাংগী কাউন্টব রিভোলুসনরিশিংনি। ফাদর ভজিলি, ইনস্পাইন ভিম্নিক অমম্সুং পেটল্যুরাগী অফিসার কুজুমেনকো ওর্গেনাইসেসন অতুগী লুচিংবশিংনি। পুরোহিতকী মচা নুপীশিং, ভিন্নিকী মনাও নুপা অমম্সুং মপা অদুগা

অহুগা ঈকজেক্যুটীভ কমিটিগী অফিসতা থবক তৌবা স'মোটিনিয়া কৌবা মৃপা অমনা লোয়্ন পাউ পীবগী থবক তৌরমই।

ওর্গেনাইজেসন অহুগী মক ওইবা পান্দমদি নুমিদাংগী মতমদা গেনেডকা লোয়্ননা ফ্রোন্টিয়ার স্পেসিয়েল ডিপার্টমেন্টতা থাদ্দাবা অহুগা বন্দাশিং থাদোকপা ঙমলগনা রেল ষ্টেসন অহু লৌশিনবনি।

চৈরক্তুদা. ঈহোৌ অহুগী ময়োন ওরইগদৌরিব সহরহুদা অফিসারশিং লোয়্না পুনশিন্দুনা লৈরমই। অসিংগী মরম ওইদুনা গুণ্ডাশিংগী যুমপোয়্নবা জঙ্গল থরদা হোংখিরমই। মফমহুদগী কুমানিয়াগা মরি লৈনবা, পাও ফংওনবা অমদি পেটস্যুল্লা মশা-মক্কা উন্নবা হায়বসে মখোয়্না য়্যামনা চেংনা পল্লিবা এফেক্টশিংগী মতেং নত্রগা মখোয় ফাওনা তৌগদবান।

স্পিসিয়েল ডিপার্টমেন্টকী অফিসতা লেপ্পা লৈতনা থবক শুরিবা ফিংদোর জুথ্রাই, থবক্না মরম ওইদুনা অহুং তরুক নিংথ নুংঙাইনা তুমলক্ত্রবনি। সহরগী মনুংদা গুমজিন্নক্লাবা নোংলৈ নুংশিৎ অহুগী মরমদা থংবা বোলসেভিক মঙাহুগী মনুংদা মহাকস্থ অমনি। মহাক্কী শবাক ঙমনা চোংশাল্লিবা অচৌবা শাতানবা অদুগী অপুম্বা থৌবাংশিং অহুবু মশামক থংনা য়েংদুনা লৈরিবা এক্স সেলর ফিওদোর মী-শা অহুদা চোংশিনগদবগী ঙাইহুনা লৈরমই।

মহাক্না, খুদোং থীবা অদুবু লাওহংপা নত্র ১ য়েংগায়নবা করিস্থ কৌরমদে। মীওইবগী ঈ খোয়াংলিবা হীংচা - য়াইতম্বা হীংচাবা অদুবু য়াম্বংকদবনি। মহুতদা, মোংশোং খুদীংগী মরুমদা অকিবপা লোয়্ননা য়েংদনা, শান্তি লৈনা থবক শুবা ঙমগনি। শাশিং অহুগী লেমহৌথাক অমা ফাওবা থমহৌরোইদবনি। হীংবা নত্রগা শিবগী লানফমদা য়াম্মক দরকার ওইরিবদি থাংবা কনবা অমম্তুং পুক্চেল লেপ্পনি মসিননি নোংম জয় ওইহনগদনা।

অমগা অমগা খুং-থোক্লপদবা. নুমিৎ অদো য়াম্না নক শিল্লকলে। টাউনগী করিগুম্বা মফমদা বোলসেভিকশিংগী মা-য়োক্ত চিয়োল তৌরিবশিংনা মখোয়গী লোংফমদা থবক চৎপদবা নুমিৎ অহু লেপলমই। মতমদি হয়েং নুমিদাং।

তৌইগুম্বস্থং, মহুবু খংবা বোলসেভিক মঙাহুনা লেপ্নরমই মহুদি মখোয়না ফুজিল্লক্ত্রিদৈদা হান্না ফুজিলহোবা মতমদি, নুংমিদাং।

নুংথিলহুমক্তদা, খুংলায় য়াওবা রেলগাড়ী অমা তুমিন্না রেলরে য়ার্ডতকী থোকখিবমই। গাড়ী অহুনা থোকখ্রবা মতুংদা ষ্টেসনগী চাউরবা কোম্বোং তপ্না থীংজিল্লমই।

টেলিগ্রামগী মরোলনা তারশিংদা লাক্রমই। অথুবা পাওশিং অহুগী পাওথুম পীবা ওইনা রিপব্লিকী সেক্যুরিতিনা পুম্নমক শান্নববা হৈ-শিংলবা, থোদোক খুদীংমকপু মীৎ না শিংনা য়েংহুনা লৈরিবা নুপা অদুনা মাহাংপশিং অহুগী মকোনবু থুগায়নবা খুদক্ত থবক পায়খংলমই।

অকিমনা জার্কিদা টেলিফোন তৌরকলমই।

“ সেপগী মিটীং ফজনা চৎখ্রিত্রা ? ফরে। মফম অসিদা কনফরেন্স অমা পাংথোকনবগীদমক নহাক্না লোয়ননা পার্টি ডিস্ট্রিক্ট কমিটীগী সেক্রেটরি পুত্ননা লাকউ। শীংগী য়াকম অদো ঐখোয়না থল্লম্বদগী য়ামনা হেন্না খুদোং থীরে। নহাক্না মফমসিদা লাক্রবা মতুংদা মহুগী অকুপ্পা মরোল থন্নসি।”

অকিমগী খোনজেল য়ামনা চেকশিনবা অমদি তহানরমই।

“অসিগুম্বা শীংগী য়াকম অসিনা ঐখোয় পুমনমকপু অপংবদা তাহল্লে” জাকির্না রিসিভরদা ডাংখিরমই। লিটকেনা য়ামনা থুনা সেক্রেটরি অনি অহুবু হেড কাটস্ত থীল্লক্রমই। মখোয়না অহানব ক্লুরদা কুমথবা মতমদা থুদক্না উরমই মহুদি মখোয়বু শীংগী য়াকম থন্ননবগীদমক কৌদে হায়বা। অফিস মেনেজরগী ডেস্ক মথক্তা মেচিনগন অম থিল্লি। স্পিসিয়েল

তাঙ্ক ইউনিটকী গন্নৱশিং নোংমৈ অদুগী নাওন্দা থবক ৱামনা চিল্লি। সহৱগী পার্টিদগী অমসুং কোমসোমোলদগী থাবকপা পার্ত্তশিংনা কোরিডোরদা তুমিন তুমিন লেপলি। সেক্রেটরিগী পাক্লবা থোঙগী মনুংদা পার্টিগুবর্নিয়া কমিটী ব্যুরোগী ইমার্জেন্সি মীটিং অম ৱামনা লুনা ফমলি।

সড়কলোমদা কাংপা থোঙনাউগী ফেনলাইটতা ফিল্ড টেলিফোনগী ওয়ার অনি তিংলি। মাগী মনুংদা হৌদবা খোনজেলনা মুরুম মুরুম ৱারী শারি। কা মনুংদা ফমলিবা মীওইশিংদি অকিম ৱিতা অমসুং মিথাইলোনি। ৱিতা মহাক্ক কম্পান পোলিটিকেল ইন্সত্রক্তর ওইৱবগী মতমদা লা•ফমদা শেংপা কাজেং রেড আর্মীগী টুপী খাকগী স্কর্ট অমসুং লুমলবা মাউজর য়ানবা শাউনগী জেকেট লিংলি।

"পুম্নমক অসিবু কৱিগীনো?" জ.কীন ম ঙান্দা ঙক্লা হংলমই।

"ড্রিল তৌবদা হৈ শিংঙু, ফনয়া, নখোয়গী ডিস্ট্রিক্তা ঐখোয় চংতুনা ফিফট ইনফেন্ট্রি স্কুলদা চংগদোৱবান। কোমসোমোলশিংসু মখোয়গী সেল মিটিং লোইৱগা মফমদুদা লাক্কনি। ঐখোয়গী মরু ওইবা থবক্তা ঐখোয় মফমদুদা মী কনা মতা থংহন্দনা থুংঙবনি।"

মতম কুইনদগী লৈরক্লবা মিলিটরি স্কুলগী লম্পাক, হৌৱিবা চাওরবা উয়ুং পাম্বী, চেন্দ্রবা ঈশিংনা লৈতেংলবা নাপী-শীংবী হৌজিনবদগী শোংজিল্লবা পুখ্রি অমদি শেংদোকপীত্রব পাক্লবা লম্বী পুম্নমক্লা অচিকপগী মরুমদা তুমিন তুমিন লৈরি।

লম্পাক অদুগী ময়ায়দা অঙৌবা মচু শংলবা ৱাংলবা চেকপল অমগী মলিংদা স্কুলগী ব্যুল্ডিং লৈ। হৌজিক্তা ফিফট ইনফেন্ট্রি স্কুলগী য়ুম অসে রেড আর্মী কমাণ্ডরশিংন লৈৱে। অথেংবা অহিং ওইবনা স্কুল ব্যুল্ডিংগী মথক্তা মথোল পুম্নম ময়মই। মপান্থোংদদি, অচিকপনা মৱম ওইহনা স্কুলগী মনাক্ত

কনাগুম্বনা চংলরবদি অম্মুমনা খনগনি মহুদি. স্কুলদা লৈবা মী পুমনমক লোয়না তুম্নমলগনি হায়না। অহুগদি করিগীনো. য়োংকী কোম্বোংনা হাংদোক্লুনা লৈরিবা অহুগা মহাক্কী চংক মদা ভূত প্রেতকী মুর্ত্তিনবা অমুবা মুর্ত্তি অনিনা লেপতুনা লৈরিবা ? রেলরে ডিস্ট্রিক্টকী মফম খুদীংমক্তগী মকমহুদ তিল্লরিবা মীশিংনা খংলমই মহুদি, মীৎ না-শিংনা লৈগদবা মুমিদাং অমদা স্কুলদা লৈরিবা কনা'মত্তনা তুম্বা ওমলোই হায়বা। কোমসোমোল অমস্তুং পাটি সেল মীটীংদা লাওথোকখিবগী মতুং ইন্না মেম্বরশিংনা মতোম মতোমত ওইনা, জুরা ওইনা অমস্তুং মী অহুমদগীদি হেন্দবা কাংবু ওইন। তুমিন তুমিন লাকনরমই। মেম্বর খুদীংমক্না লাকপা মতমদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী নভ্রগা কোমসোমোলগী মেম্বরসিপ কার্ড পুবক্লবমই কনাগুম্বনা হায়বিবা কাড অশিবু পুরকত্রবদি য়োংকা কোম্বোং মমুং লানশিন্দুনা চংবা য়াদে।

এসেম্বলি হোল অদো ওাল্লবা ঈলেক্ট্রিক্কী মৈওান্দা মীনা পিক থন্না তিল্লমই। হোলগী থোঙনাউ পুমনমক থারবা দম্বুর ফিনা নিংথীজনা খনজিল্লমই। মফমহুদা লাক্লনবগীদমক কৌরবা বোলসেভিকশিং লেপ্তুনা, তপ্না চুক্লট কোন্দুনা থক্লমই; থোক্লগদোরিবা লানফংগীদমক মাংজোননা লৌরিব থৌরাং অহুগী মরমদা ফাগী জুগাই তৌনরমই। তিল্লিবা মীয়ামহুগী মমুংদা কনা'মত্তনা মদুবু অশেংবা চেকশিন থৌরাংনি হায়বা খংলমদে। অহুম ওইনমক. নিংথীজনা তম্বীরবা লান্মীশিং অহুনা স্কুলগী স্মুমাং অহুদা থুনমক চংলকপগা অচুম্বা চেকশিল থৌরাংগী খুদমশিং উরমই। মখোয়না হেন্না চেকশিনবগী মায়থোং উৎলমই। মপান্দা ছাত্র প্রেটুনশিংনা য়াথং ওাইহুনা তুমিন লেপ্লি। লোনা, লোম্বা তুমিন তুমিন কাগী মমুংদা মেচিনগনশিং পুশিল্লক্লমই। মখোয়না তৌরিবা থবকশিং অহুবু মীনা খংথি-উখিদনবা প্লীক্লবা মৈগী মঙাল অমত্তম্ থোঙনাউদগী লিংথোহল্লমদে।

" অরুবা রাখল্দা লুপলিত্রা, মিট্যাই ?"  নুপীমচা অমগী নাকল্দা খোঙ্গনাউগী খোঙবাদা কমলিবা ড্র্যাবভাদা পাম্ভেলনা হংলমই। নুপীমচা অদুবু উৎবগা পাম্ভেলন নিংশিলক্লমই নুমিৎ থরগী মমাংদা জার্গীগী লৈফমদা উখিবদু।

ড্র্যাবভানা পাম্ভেগী লেংবান্দ অরুবা রাখল্দা পোপ পোপ থারমই।

"ইহ পুক্লীং হস্বরব্রনে ? কৰিমত্ত খল্লুগদু ঐনা নখোয়গুম্বা মী শংদা মতৌ করম্না ল'ম্বেংনগদগে হায়বদু তম্বীগনি। নখোয় অনিবু শকখংনদ্রিব্রনে নহা৽ মাবু খংদ্রনে ?" মহাক্না নুপীমচা-গোমদা মঙক ইল্লদুনা হংলমই। "মহাক অম্নানি, মহাক্না অনিগুবা মীং খংদ্রিত্রা, মহাক এজিটেসন অমস্তুং প্রোপেগণ্ডা সেন্তরগী ইন-চাজ'নি "

অসুমনা শক তাক্লবী নুপীমচা অদু৽া কে'র্চাগিনবু থক্লাই তানা য়েংজরমই। মঙ্গ্রা মচুগী রুমান্না কুপলিবী কোক্তগী শন্নাং চবুল অমনা খংগৌদনা নীংথিরবী লাইবক্তা নান্থরক্লিব ইনখংলদুনা কে'র্চাগিনবু মুম্না য়েংলমই। কোর্চাগিন অমস্তুং নুপী মচা অনি অদুগী মীৎ মীকুপ অম-অনি চানরমই। নুপীমচা অদুগী লংলবী মুরবী মীসনানা তথপ তথপলিবী পাশিংগী মখাদগী পাম্ভেগী মাংপু শাংনরি। পাম্ভেল ঈকায়বন' মমায় গুাং-শিল্লক্লমই মরম'দুনা শুদোকলদুনা মহাক্না মীংয়েং ড্র্যাবভাদা হোংলমই।

" নখোয় অনিগী মরক্ত পুক্লীং লাংতক্লহল্লিববু কনানো ?" ড্র্যাবভানা নম নোক্লদুনা হংলমই।

মতমসিদ হোল মন্নুংদা মরাং মরাংনবা অম তৌরক্লমই। কম্পনি কমাণ্ডর অমনা কান মথক্তা কাখংলদুনা লাওরক্লমইঃ

"ফাষ্ট কম্পনিগী মেম্বরশুদীংমক পরেং লেপলো। কমরেডশিং হামনা থুনা, থুনা-থুনা !"

জুপ্রাই. গুবর্নিয়া ঈকজেক্যুটীভ কমিটীগী চিয়ার্মেন অমস্তুং অকিমগা লোয়ননা চংলক্লমই। মখোয় হৌজিক থুংলরে। হোল মনুং অদো হৌজিক্তী অহৌবদগীনা অয়োইবা কাওবা পরেং লেপ্পা মীনা পীক থল্লমই।

গুবর্নিয়া ঈকেক্যুটীভ কমিটীগী চিয়ারমেন. তমননবগীদমক খিল্লিবা মেচিনগন মথক্তা কাখংলহুনা মখুং ৱাংনা থাঙ্গংলমই।

" কমরেডশিং, " মহাক্না হৌনা হায়রমই "নখোয় পুন্নমকপু মফমসিদা থোইদোক্না লুবা অংদি য়ামনমক দরকার ওইরিব ৎবক অমগীদমক কৌরিবনি। ঐহাক্না হৌজিক নখোয়দা হায়গদৌরিবসি সেক্যুরিটী রিজনন। মরম ওইদুনা গুরাং ফাওবদা হায়দোকপা ওল্লমদে। হয়েং নুমিদাং মফমসিদা হৌরকলিবা কাউন্টর রিভোল্যুসনরিশংনা সহর অসিদা অমসুং উক্রেনগী মফম কয়াদা লান্দানবগী মতম লেপখ্রে। হরাইগার্ড অফিসারশিং অমদি গুণ্ডাগী ইউনিটশিংনা সহর কোয়শিন্দুনা লৈগ্রবনি। অদুগুম্না চিরোল তৌরিবশিং অদুগী শকক্ থরদি টেঙ্ক ডিটেটচসেন্টতা চংলক্লুনা হৌজিক মফমদুদা ড্রাইভর ওইনা থবক তৌরিবনি। অদুবু লাইবক ফবদগী চেকানা মতম চানা মখোয়গী থৌরাং অদ্ খংলক্লুনা ঐখোয়না পার্টি অপুন্বা অমদি কোমসোমোল ওর্গেনাইজেসন পূম্নমক খুংলায় পায়হন্দুনা থল্লিবনি। ফার্স্ট অমসুং সেকেণ্ড কম্যুনিষ্ট বেটালিয়নননা মিলিটরি স্কুল ইউনিটশিং অমসুং চেকা ডিটেচমেনশিংগা পুন্না লাল তাগনি। মিলিটরি স্কুল ইউনিটশিংদি লানচংগ্রবনি। করেডশিং, হৌজিক নখোয়গী থৌদাংগী মতাং লাক্লবনি। হৌজিক নখোয় নখোয়গী খুংলায়শিং লৌননবা অদুগা অমুক পরেং লেপ্পনবগীদমক মিনিট ১৫ লৈরি। কমরেড জুপ্রাইনা লান্দাবা অদুগী য়াথংবা ওইগনি। মরম অসিনা ইউনিট কমাণ্ডরশিংনা কমাণ্ড তৌবা মতমদা মডোন্দগী য়াথং লৌগদবনি। মরম অসিনা ঐহাক্না

অসিগুম্বা থবকসিদা পুক্নীং চিংশিন্নবা কম্না হায়নিংই মতুদি হয়েংগী লালহৌ অহ্ ওসি মমায় লৈহনগর্দবনি

পুং ১গী মরি থোক্না থায়দোক্লবা মতমদা খুংলায় পায়রবা লাম্নী বটালিয়ন্না স্কুলগী স্থমায়দা পয়েং লেপ্লমই। জুপ্রাই, য়াথং অমগী মথাদা লেংদনা তুমিন তুমিন লেপলিবা লাম্নীশিংদা য়েংলমই। লেপলিবশিংহুদগী থোঙকাপ অহুমলোম মাংদা কাথংলগা মুপা অনিথক শাউনগী পেটী কারহুনা লেপলি। মথোয়হুদি, উরলদগী লাকপা য়ামনা ৱাং চাউবা কাউন্ত্রী ৱার্কর বেটালিয়ন কমাণ্ডর মেনয়াইলো অমস্নং মহাক্কী নাকন্দনা কমিসার অকিম। ওইথংবা শরুক্তনা ফার্স্ট কম্পনিগী প্লেটুনশিং মথোয়গী মমাংদা থোঙকাপ অশি চংথংলগা কমপনি কমাণ্ডর অমস্নং পোলিটীকেল ইনস্ট্রক্তর লেপলি। মথোয়গী তুংদনা মী চাংহুমলোমনা শারবা লীংলবা কমুনিস্ট বটালিয়নগী লাম্নী-শিংনা তুমিন্না লেপলি।

অদুদগীদি ফিংদোরনা "হৌবগী মতম ওইরে" হায়বগী ঈশ্নীত পীবমই।

তুমখুন হুনগ্রবা সহরগী লম্বীদা কমুনিষ্ট বটালিয়নগী মী চাংহুমনা তুমিন্না চংলমই ডিকায়াগী মায়োক্লবা লভোভস্কায়া স্ট্রীততা বটালিয়নগী লাম্নীশিং চাইথায়বক্লমই লাল্লোংগীদমক, তুমিন তুমিন মথোয়না ব্যুলডিংশিংবু কোয়শিল্লমই। ব্যুলডিশিং অহুগী মনুংদগী হুকান অমগী মমাংদা বটালিয়ন হেড কার্টর্স ওইশিল্লমই।

গাড়ী অমা সেন্টরগী মায়কৈয়োমদগী মহাক্কী মমিংনা অমত্বগী ময়ায় থায়হুনা অরংবা লম্বী শেয়হুনা লভোর্ভস্কায়া স্ট্রীতা থৌঝরক্লমই। অহুগা বটালিয়ন কমাণ্ড পোস্টকী মমাং-মক্তদা থংলেপ লেপখিরমই।

মতম অসিদনি হগে। লিটকেনা মপাবুং পুরকইবসি। গাড়ী অহুদগী কমাণ্ডেন্ট কুমথরক্লমই অহুগা য়ামনা নকনা

মচানুপাদা ফাজল্লবা লেটট মরোম্দা করিগুম্না রাহৈ খর হায়রমই। মপাগী রাহৈ খর মুন্না তারবা মতু দা লিটকে গাড়ী মাংলোমদা থোঁখিরমই। লম্বীগী কোনা অমা লৈশিনখিবদা কন্না চেল্লিবা গাড়ীগী মৈগুাল ক্লাস লাইটকী মতৌগুম খংগুাল গ্নান্না উখি-বদগীদি উখিদ্রে।' লিটকে গাড়ীগী ‘ষ্টীরিং চাকা' চেংনা পাই-রতুনা মমিংনা লম্বীদা মুন্না য়েংলগা হিংচাবগী মতৌগুম কন্না থোঁখিরমই।

চুমই নুমিদাংগী মতমসিদদি লিটকেগী তমথীরভা গাড়ী মথোগী কান্নবস্থু লৈ। অসুমনা কনমন্না থোবগীদমক মহাক গার্ড হাউস মনুংদা অহিং অ'ন লৈগদৌমাল্লমলবনি। মীংয়েং করিমত্তা চোইদনা লিটকে য়ংনা পাইরিবা থৱানমিক 'অমগী মতৌগুম থোথখিরমই। মীংনা কুপ্পগী মনুংদা সহরগী অরোইবা মক্ষম অমদগী মক্ষম অমদা কোইপূ পুরিবা জুগ্রাই লিটকেগী গাড়ী মথো অংবু য়াল্লিংনা অসুম্না হায়রকলমই:

" করিগুম্না নহাকনা গুসি নুমিদাং অসি মী অকাওবা থেংগায়রবদি হয়েংদি নহাক সংাগী ঘডী অমা ফংগনি।"

হগো হরাওনা খুমলক্লমই " ঐনা খল্লমবদি মথো অসিগীদমক নুমিং তারা ন জেলদা লৈরে হায়না "

কুইনদগী লৈরক্লব ব'ন্দশিং অমদি ডোকুমেন্টশিং স্পিসিয়েল দিপার্টমেন্টতা পীখিদ্রিবগুে মমাংদ অহানবা ওইনা চিবোল তৌবশিংগী য়েড ক্রাটস লান্দারমই।

ডিক'য়া স্ট্রীটকী হ উস নং ১১ দা লৈবা পাওগী মতুং ইন্না চেকাদা লৈবা জুব ট হরাইটগার্ড প্লোটতা মহাক্কী পীক্লবা থেদাং অমগুম্ন জোৗরমদে। পোদোল এরিয়াদা ওপরেসন তৌগদবা অ'ফিসারশিংগী ইউনিটশিং মহাক্না গ্নাক শেল্লিবনি, মহাক্কী মথাদা লৈবিবনি।

সেনিওরয় লিটকে মশামক ফাবগী ৎবক অদূ চংথলবগীদমক ডিকায়া স্ট্রীত্তা লাক্লমই। মমাংদা লম্বোইরবীশিংনা লৈরম্বা

কা মহুদগী অৱাংবা ফল্লাং অমত্তনা থন্দুনা তোঙান্না তারবা জুর্বর্তকী কাগী থোঙনাউশিং ঈখোল্লোমদা কাংলি। মতমহুদা জুর্ব'র্ত মাগী ময়ুমদা লৈরমদে। মহাক্কী য়ুমলোম্নবাশংনা হায়-বদি মহাক নুমিংচুপ্লসি মফমহুদা লৈবা উদে জুবর্ত লৈরবস্থু থৌজিনবগী থবক্তা অদুম্মক চংথরমই। থৌজিনবা অহুদা চিরোল তৌরিবশিংগী মীগী মমিংগী পরেং অমদি লৈফমনচিংবা য়াওবা চেশিং ফংলমই লোয়ননা হেঙু গোনেড কেস অমস্থ ফংলমই। লাল্লমলুনবগীদমক য়াথং ফংলকলবা লিটকেনা চেশি· অহুবু য়েংননবগীদমক মীকুপ থর চোল্হনা ক'হুদা লৈরমই।

ঈখোলগী চিদাই কাচিন অমদা লেপ্তুনা লৈরিবা শঙ্গী তারিবা মিলিটরি স্কুলগী নহা ওইরিব ছাত্র. মহ'ক্লা জুব টকী থোঙন'উদা ঙাল্লিবা মৈঙাল অহুবু উবমই। অমম্বা কাচিন্দ মতোমত তুমিন লেপতুনা লৈবসি কৌরকপগুম তৌরক।মই। অহুবু মঙোন্দা শীন্নরিবা থৌদাংদি অমম্বহুদা তুমিন লেপ্পত নত্তনা ৱাংলবা চেকপল অহুদা মীশিং নাশিংনা য়েংহুনা লৈবনি। মহাক্লা লৈরিবা মফমহুদগী থোঙনাউদা ঈংনা ঙাল্লিবা মৈঙাল য়ামন থাগনা উরমই। অকিবা অমদি চিংনবতনা তুজুংবা পোল্লকলবা মীকুপতুদা. ফল্লবা গৌদোক থোল্লকলসনু মতাগুম থাজস্থ লৈচিলগী মকমদা লোংখিরমই। মুমিদাং হায়বসিদদি কীবু কারক্লবদি পানখোক্রানা লাই শাবগুম, পীক্লবা হাবুং অমনা তমথীবগী শক্তম লৌরক্লুনা মীওইবগী থরাইবু লৌরগদৌবগুম চিংনহল্লি। অদুগুম্বগী লাংদা থুরবা, নহা ওইরিবা লাম্মী শঙ্গী চিংনবতনা লানগোয়রহুনা করিস্থ লৈত্রবা অমম্বদা মহাক্কী থৌরবা শঙ্গীন্না লৈতেংলবা নোংমৈনা মাগী অকোয়বদা কোয়রৈ লৈহুনা মুরমই। অদুবু করিবু থেংনক্লগনি।

"অস্থুক ৱাংলবা. কনা'মত্তনা কাবা ঙন্নরোইত্রবা চেকপলসিবু য়েংশিন্নবগীদমক ঐবু মফমসিদা করিগীদমক মথোয়না থখী-ৱমলিবনো? অহুবু, ঐনা খল্লি মহুদি ঐহাক থোঙনাউসিদা

কাখৎতুনা মন্নুংদা করি থৌরিবনো হায়বা য়েংবা তাই” অম্মুম্না খুল্লদুনা নহা ওইরিবা শল্লী রাংলবা চেকপলদা য়েংলহনা চোং চোং লাওরবা লৈহিং নম্নবা মাগী লেপফম কাচিন্দগী মাংলোমদা চংশিল্লমই। মহাক্না থোংনাউদা কাখৎতুন য়েংবা মঙমদা লিটকেনা টেবল মথক্তগী চেশিং লৌখৎলমই। মীকুপ্তুমক্তদা চেকপলগী মথক্ত কনাগুম্বা অমগী মমি উরক্লমই। মতমদুদদি থোংনাউদা লৈরিবা শল্লী অমদি থা মন্নুংদা লৈরিবা মী মখোয় অনিমক্প তশেং তশেংনা উবা ঙম্লমই হোদোংগী মঙোগুম মশা খিং খিং লাওবা অমম্ববগী মমি অহু উ অমদা চোংখংখিবমই অহুগা লৈমায়দ চোংথখিবমই। অহুদগী তপ্না তপ্না মহাক্না শারাক তম্না শিং শিংতুনা চংশিন খিরমই। মরাইবক থিরবা অকি অখংনা য়ৈহৎলবা শল্লী অদুগী মঙকশমদা নেঙাগী ছুরি অমনা মকোক য়েৎবমখৈ থুম্না থিনজিল্লমই। অহুগুম্বা খুগিন অমুক্তদা নহা ওইরিবা শল্লী লৈমায়দা উপ্রাক্লনা তাখিরমই।

ব্লোক অহুদা কোয়শিন্দুনা লৈরিবা মীশিংতু খংলেক খংনা নোংমৈ অমুক কাপ্লক্রমই। লুমিদাংগী অমম্বহুদা মখোয়গী খোঙথাংগী মখোল হেংনা। ম শিংতুগী মন্নুংদগী মী তরুক্তী যুমলোমদা চেনশিল্লমই। কাগী মনুংদা ডোক্যুমেন্টশিংবু লৌখৎলিবা চেশিংবু য়েংলিবা লিটকে টেবল মথক্তা উপ্না তুথরকলমই। মহাক্না শোক্লবা মকোক্তগী ঙাংলবা ইখেং হাথরকলমই। মাগ্নি লিটকে শিরবনি। মফম খংদনা কাপ্লকপ নোংমৈগী চৈফুনা খোঙনাউগী থোঙনা অহুদি মচেং মচেং থোক্লা কায়খিরমই। তৌইগুম্বস্নুং মীহাৎপা অহুনদি ডোক্যুমেন্ট শং অহুবু পুনখিবগী মতমদি লৈরমদে।

নোংমৈ মৎং মথং কাপ্নগী খোনজেল স্যুনরি চেকপলগী বাংমদগী তাররুমই। তানজাহুদ স্যুনরি চেকপলগী মথক্ত মীহাৎপ কাখৎলহনা লম্বাদা তারমই নোংমৈ কাপ্ল কাপ্লহনা লুক্যানোঙ

অহাংবা লমহাং তাম্নুনা নাস্নোকখিনবা চেল্লমই। তৌইগুমবনুং নোংমৈ-মরু অমনা মহ'কী মাংনা চেল্লিবা লমম্নেলবু থংখিরমই।

অহিং চুপ্পা মীহাংপশিংবু থীজিনবগী থবক চংথরমই। হাউস কমিতিগী বুকশিংদা রেজিস্টার তৌদবা, চিংনবা মাবা চে-চাং পায়বা, খুংলায়ন'চংবা পুবা মীওই চাম-চামরোম মখোয়বু অয়ান অচুম য়েংবগী থবক তৌরিবা চেকাগী কমিসন্দা থাখিরমই।

মকম খুদিংমক চিয়োল ছৌবশিংনা অমুক হন্না লান্দা-মকলমই। অসিগুম্বা লান্দা অসিদা বিল্যানস্ক্যার স্ট্রিভা সুন্দ্রংদা কাপ্পা নোংমৈ মরু অমনা পানবদগী এস্তোন েবেদেব শিরমই।

মুমিদাং অদুগী লানকমদা সোলোমেনকা বটটালিয়নগী মী মঙা শিরমই অদুগা চেকাগী ওইনা, মপুকচেল লেপ্পবা, আইস ঙাক্লা চংপা, রিপব্লিক অদুবু চেকশিন্না ঙাকল্লিবা, থম্মোই শেংলবা বোলসেভিক জানলিটকে শিরমই অদুম ওইচুনমু হোৗগংলকলিবা হয়াইড গার্ড'শিংবুদি ময়োম্না ককথংলবা প'স্থীগী মতৌগুম হৌগংলকপগা নমথরমই। অহিংচুমক্তদমু কাদয় ভজিলি মাগী মচামুপীশিংগা কোননা কারমই। অমুম্মা ঈরাং অদুবু নমথরমই। তৌইগুমবমুং অনৌবা য়েক্লবা কাংবু অমনা অমুকমু টাউন অদু মিপাইনকল্লমই মখোয়না রেল লম্বীশিং থিংলমই মদুগী ফলদি প্রজাশিং চয়া হেনবা অমদি নিংথমথাদ্দা উনংনবা।

হৌজিক্কী পুয়মক চিপ্লাক অমদি শীংগী মখা পোয়ে।

---

# অনিশুবা মতাং

ফিওদোর মচিন্দগী তেল্লবা চুরুপ লোৌখোক্লমই। মাগী হৈ-শিংলবা খুংশানা চুরুট তন্দী অদুবু এস্ট্রেদা কহ্রমই অদুগা মুথংলমই।

কাগী মফুংদা থাগিবা চৌকি অমদা গুবনি´য়া ঊকঙেক্যুটীভ কমিটিগী চিয়ারমেন কমলি। কমলিবা মীয়াম্না থকথদগী কারকপা চুরুপকী মৈখুনা শীলিংগী মখাদা নৈশিন্দুনা পাইরি। কাগী চিদাইদগী য়েংবদা টেবলগী অকোয়বদা কমলিবা মীশিংগী মায়থোংশিং মৈথুগী অমম্বদুদা শেংনা উবা ঙমলমদে।

মাংদ থারিবা টেবলদা মশা ঙমথরহুনা চিয়ারমেনগা হেক থংননা টোকারেঙ কমলি। মহাক্কী চয়া চয়াবা মকোইদা মথুংনা নাল্লদুনা অকোয়বদা কমলিবা মীশিংবু মরক মরক্তা মীচিনা য়াম্না খুনা কং-কং য়েংলমই। মকোক তাংবা, খোনজেল সেল্লাওনবা মুপা অহুগী লোইনাই থম্নাইদবমথৈ, শককম কাইদবা অহুবু মযুংতি য়াওয়ব য়েক্নমগী মতৌঙুম, অর্থ য়াওয়বা প্রমান পাহ্ন কয়ামুক শীজননহুনা ঙাংলিবা অহুবু তারি।

অকিম কুইনা বার্কর ওইরক্রবা মুপাহুগী হাথ্নবা মীংয়েংবু ওক্রমই। মতমদুদা মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈ পুক্সিদা খুজংদা থোকখিবা থৌদোকপু নীংশিংলক্রমই। মহুদি, কাওনরিবা য়েনবানা মাগী লাম্বা য়েক্রব ওই´রবা অনোমদা চোংশিনগদবগী য়েংখিবা মীংথেংদু মদুগা ঙসিগী টোকায়েঙকী মীংয়েংগা কয়াদা মান্নপ্রবা।

অম্ময়া গুবনি´য়া পার্টী কমিটিগী মীটিন পুংথায় অময়োম চথবক্রবনি। কোকতাংবা মুপাসিনা রেলবে ফাইন্যারবুড কমিটিগীদি চিয়ারমেন ওইরিবনি।

হৈ শিংলব মহাক্কী থুংশানা মাংদা লৈরিবা চেগী মপৈ অহুবু হাংদোক্লহন কোক্তাংবা মুপাহুনা য়াম্না থুনা থপথরক্রমইঃ

"মসিগী কীভম মতাশিং অসিনা তশেং তশেংহল্লে, মহুদি গুবনি´য়া কমিটিগী অমদি রেলবে মেনেজমেন্টকী য়ারেপ পুরকপা ঙম্রোই। ঐনা অমুকন্সু হয় হায়রিবসিনি, ঙসিদগী হৌরহুনা থা অমা কাওব ঐখোয়না শীং ক্যুবিক মিটর চামরিদগী হেমা পীবা ঙম্কঙম ঙমলোই। ক্যুবিক মিটর চাম অমম্তুং লীশিং নিপাল দরকার ওই হায়বহুদি পংহায় হায়বা হায়বহুনি। য়া

ঙাংলিবা হুপাসিনা ‘পংহায় হায়বা’ হায়বা রাহে অসি য়ামনা ঋককংনা শায়রমই। মহুদগী মহাক্কী পীক্রবা চিনবাল অহু ঊমশিনখিরমই।

মমাংগী রাকম খরসিদগী মীয়াম পুমনমক কনা কুইনা তুমিন তুমিন লৈনখিরমই। মফমহু পুমচিক চিক্লমই।

ফিওদোর মহাক্কী খুৎশা অনিনা চুকপ চপ্লমই অহুগা তন্দী কহ্বরমই। মমৈথংদা মফমহুগী অচিকপবু থুগায়রহুনা রা হৌদোক্লকখিবসি টোকারেভনি।

"মসিদনে রা য়ামনা ঙাংনদুনা মতম অমম্থং ইনর্জী মাংহনবগী কাম্বা করিস্থ লৈতে" মহাক্কী গোরো গোরো লাওবা খোজেন্দ, ত্রং ত্রং হায়থবা হৌরক্লমই। "রেলরে কাইয়ারবুড কমিটীগী শীং অমকাওবা লৈতে, মমাংদস্থ লৈখিত্রি; মতুংদস্থ লৈরক্কনি হায়বগী থাজবস্থ লৈতে ···· ···· চুম্মেকো?"

কোক্তাংবা শুপাহু মরেংবান শুপকং ক্লমই। "ঙাকপীগনি, কমরেড, ঐখোয়না শীং পৈশিন্দুনদি থমজরম্বনি, অহুবু শীং পুবীনবা গাড়ী রাংপদগী ·· ···· "অসি হায়রগা মতিন য়োং-থক্লমই, অরাংবা ক্লমান অমনা লংলবা মহাক্কী লাইবক অমদি অতাংবা কোক তৈত্থোক্লমই অহুগা ক্লমান অহু মাগী কুরিত-খাউদা অমুক হম্না হাপচিম্বা কয়ারক হোৎনরমই। মমৈথংদা ভাপ মেন তাদনা মহাক্কী ফাইল কোভর মনুংদা হাপচিনখিরমই।

"নহাক্কদি শীংশিং অহুবু থাদোরক্লবগীদমক করিদি তৌবীগ্রবগে? মক্ক ওইবা লুচিংবশিংনা চিরোল তৌবশিংগা তিশিন্নখিবা অহুদগী মখোয়বু কাখিবা পুমনমক অসিগী মতুংদা শীং পুখোরক্লবগীদমক অফবা মতম কয়ামুক লৈগ্রবনি" ডেনেক্কোনা মহাক্কী মায়কৈদগী য়ামনা কুপনা হায়রক্লমই। চিয়ারমেন কোকতাংবা ডেনেক্কোদা অমুক ওনশিল্লকলমই। "মতিক চাবা গাড়ীগী খুদোংচাবা পীগ্রবদি মসি পাংথোকপা ওইথোক্তবনি ···· য়ারহুন্না রৈনা রেলরে এডমিনিস্ট্রেসনদা অহমলক ইজখিবনি।"

টোকারেভনা মহাকপু থংলমই। "মহুদি ঐখোয় হান্না তারে থংজেনে" মহাক্না তপ্না ইংনা কোক্তাংবহুনা খাম্না রেংলহুনা হায়রক্লমই। "নহাক্না ঐখোয়সিবু অপংবা চাক্তনি হায়না খনজ্রনে ?"

চিয়ারমেন, হন্দক্কী টোকারেভকী ৱাহৈশিং অহুনা ইকায়বা অমদি পুক্নীং হল্হনবগী শাফ, অমা পীরক্লমই। মরাং কোয়া মক্ক লুকথখিরমই।

"কাউন্টর রিভোলুসনরিশিংগী খোঁদোকশিংগী মতাংদদি ঐনা পাওখুম করিস্নু পীবা ঙমলোই," য়ামনা হন্থবা খোজেলদা হায়রকলমই।

"মহুগী মরমদা ঐহাক তাই, তৌইগুম্মসং ঐগী প্রোভিন্সকী ৱাংমদা করিগুম্বা সেন্তর অমদা মওং তারক্তব ঐনা ইথক খোংব-শিংগী পুক্লিং চিংশিনবা ঙমলোই।"

"নহাক্কী থবক অহুদদি মী কয়াদি লৈ ?" ট্রেড ইউনিয়ন কাউন্সিলগী চিয়ারমেননা তকশিল্লক্লমই।

"মী চানিয়োম," কোক্তাংবনা খুম্লক্লমই।

"অহুদি মী অমমমনা চহি অমদা ক্যুবিক মিটর অমমমতমক্কী থবক শুরবা!" তোকারেভনা থয় শংগংলগ ঙংলক্লমই।

"রেলৱে কাইয়ারবুক্ত কমিটীদা খ্বাইগী ফবা চেং পীরিবনি, থবক শুবশিংনা অফবা চিঞ্জাক কংলিবনি, অহুগা য়েংও নহাক্না তৌরিবসি করিনো হায়বা ? থবক শুবশিংগীদমক্ত নহাক্ন কংখিবা য়াম গাড়ী মপোং অনিহুনা করি তৌনব্রে ?" ট্রেড ইউনিয়নগী চিয়ারমেন্না তকশিল্লক্লমই!

মায়-মারবা, মচিন তুম্নবা ৱাহংগী নোং কয়ামুকনা মাইকৈ পুমনমক্তগী কোকতাংবা লুপাহুগী মথক্ত চুথরকলমই। অহুগুম্বা মহাকপু ৱ'হল্লররিবা ৱাহংশিং অদুদগী নাম্বোক্লবগীদমক মহাক্না য়ায়া লুজদবা মওংদা পাওখুম পীরমই। মতোমত গুরু গুরু নৈশিন্নুনা, চারিন কৌবা চাগী মতৌগুম হুং হুং লৈহুনা অপা-

ননবা পাওউখুম পীদনবা কয়া হোৎনখ্রমই। মহাক্তী মখিংনা অকোয়বদা লৈরিবুশিংবু ভাপ মেন ভাদনা কোইক কোইক য়েংলমই। মহাক্ খুদোং থীরে হায়না থক্করমই অদুনা মহাক্তী লৈখা তাম্বা আম্বানা য়ামনা কয়া মত্তোন্দা ভকশল্লক্রমই মদুদি, য়ারিবয়দৈ য়ামনা থুনা মকমসিদগী চৎথোকখিবা অদুগা মহাক্তী হৃংচাইরব মুমদা চংখিবা, যৌবন ইথকী মখিল মাংখ্রিবী নহা ওইরিবী মহাক্তী মুপী মহাকপু চাইবদা 'পোল ভি কোক' উপন্যাস পাম্বুনা হুংচাইন মতম লেপ্লিবী মহাক্তা লোয়ননা চাকলেন চামিম্নবা।

কোক্তাংব হুপাহৃগী পাওথুমশিংবু মুম্ন ভারগা কিওদোরনা মহাক্তী নোটবুকত অম্মনা থীনা ইশিল্লমই: "মসিগী হুপা অসি মতিক চানা চপথংপগী দরকার লৈ। মসি ইচম চম্বা মরাল লৈবহ্ নত্তে। ঐহাক্তুস মহাক্তী মরমদা থংবা অম অনি লৈ ....... । থম্রবা অসি লেপলসি মহাকপু চৎহনগ্রসি অহ্ ওইরবদি ঐখোয় ঐখোয়গী ইথৌদা পুক্রীং চংবা ভুমলগনি।"

চিম্নারমেম্ন কিওদোরগী অইবা অহুবু পারমই অদুগা য়ানিংনা মচক নোম্নমই।

মতমম্বুদ জুগ্রাই টৈলিফোন ভৌনবগীদমক্ত মপান থোক্তুনা কোরিডোরদা চংলমই। মহাক্না হন্নকপ মংমদা চিম্নারমেম্না বারেপ পাখোক্রমই।

" .... " হাম্না থবক পুরিবা রেলবে কাইম্নারবুভ কমিটিগী থবক পুবশিং মখোয়গী থবকপু থৌশাদনা অমদি লৈখা ভাহন-বগীদমক্ত থবক্তগী লৌখোকলে, অদুগা শীং-উগী থবকশিং ইনভেস্তিগেশন অখোবিচিদা শীম্নবে।"

"কোক্তাংনা হুপাদুগী ভীকম কংচিন্নজে। চুমই, মহাক্তী থাক্ত থাক্তনবগীদমক্ত মহাকপু থবক্তগী লৌথোকপা হায়বসিদা মহুত্ ওইগোক য়াক্তা হারবগী বাহং অম্ লাকনি। ভৌই-ভবহুং মহৃয়ি, কনিষ্ঠ লৈফনা য়াকফনি। অদুনা বোম্নাকাগী

রাকথগীদমক্তদি মহাক করিদ্দু রাদে মরমদি মহু মহাক্কী শ্রো'ডক্কী মক্সুং চদে। অহুমকপু "চেকা'শম্না তুকথংলক্লে" হায়না মতোমক হায়জরমই, "ঐনা থনজরি —— মখোয়না কঁরত্ত্বা থম্ম তশেংনমক থোগংলকলে"

হৌজিক্তী 'চিংনজবা, কীতবা পুম্ব কোক্লুবগুম. চৌশিং মহাক্কী পোট'কোলিও মক্সুংদা হাপচিন্নহুনা হায়রকলমইঃ "ঐ দি পাটিদা য়াওদবা মী অম ওইবা মরমনা নখে য়না ঐঙোন্দ নিংঙমনা থাজদবা ওমই। তোইগুম্বমুং ঐগী য়াথল পরিং অসিদি তশেং তশেংলবনি। ঐনা তোগদবা থবক কয়ামুক শাংথোকপা ওমথিরমদবা য়াই মরমদি মহু ওইথোকপা য়ায়োইদব ওইবননি।"

মহাক্কী বা ভারগা কনা'মত্তনা অয়েংপা অমকাওবা তোরক্লমদে। মহুনা, মহাক্কী অশোয়বা পুম্নমক্তগী মশাবু তশেংনমক কনজরে হায়বগী য়াখল্দা থুনমক মথাদা কুমথথিরমই অহুগা সভক তাবা থোং হাংদোক্লমই।

"অদোমগী মীং করি কৌবীবগে" আর্মীগী ইর্ভিংকো'ম শেংপা ক্লুপা অমনা হংলমই।

মক্ক লুকথরবা থম্মোইগা লোয়নন্না কোকতাংবা মুপাহুনা লং লং তোনা খুমলক্লইঃ "চর ——— ভিকটি —— "

মথক্কী কাদগী মীতোপ অহুনা হেক চংথিবগা কোক তরাহুমদোইনা য়ামনা নকশিন্ননা চাওরবা কনকরেন্ন টেবন্দা নৌম্বরহুনা য়া থমরমই।

"অমুকত য়েংবীয়ু." জুপ্রাইশী খুংশানা হাংদোক্লুনা লৈরিবা মেণ্ডা খিল্লহুনা হায়রক্লমই। কদি লোমাক'। ষ্টেসনী'। সু তাদুনা লৈরিবা থকরহু ষ্টেশন্দগী ওর্ট' তরকলোঁব লাম্না লৈ'। থকমহুদা ভ ক্যাবিক মিটর লাক কুন পৈশিন্দুনা অর্থলবনি। লাখী পুম্নমক্কা থা ত্রিপাল হুনা শীংশিং অহু লৈশিনবগী থবক শুরকপনি; অহুগা থদুগী কন্দনা করি'প শোলাম। য়েনবে থমজুং

জুগ্রাইগী রা তারগা রেল্‌রেগী মকোক ওইরিবা চিক চিংনবগা লোয়ননা মকোক হাইরমই।

"অসিগুম্বা ফীভমশিংসিগী মরক্ত অশোংবা উমংদা ভষ্ট তরেৎ শাংনা লম্বী শেম্বা, বসন্তগী নোং অমদি নিংথম থাগী উন থুংগুরগনি .... ...." মহাক রাজবা হোৌরক্লমই। তৌইগুমম্নুং জুগ্রাইনা মহাক্কী রা অদুবু করুত্নুনা তেনশিলহন্নমই।

"এৈন্রেফজিলৈভিচ, মহাক্কে শীংগী থেংনরিবা খুদোং থীব অসোমদা হেন্না পুক্লিং চিংশিন্নীংই। লম্বী অদো শেম-গদবনি অমদি ঐথোয় মদু শেমনবা চংশিন্নবনি। ঐথোয় নিংথম থাদ খুৎ কোনশিন্দুনা উনংনদুনা শিননবগীদমক্ত কৈদো-ৈঙ্গদম্মু চংশিল্লোই, ঐখোয়বু চংশিনগন্ত্রনে?"

খুৎশু - খুৎশায় মাওবা অরোয়বা উপুশিং রেল মথক্ত হাপচিল্লমই। রেলগাড়ীগী মীশিংম মা মাগী মফমশিংদা তোং-থৎনরে। নোংম্নু থিৎলি থিৎলি চুরি। লংল লংলবা নোংগী মরিক মরিক্লা রিতাগী খোংনা লংলবা শাউনগী জেকেট মথক্তগী তারকলি।

রিতা পুক্লীং হরাউনা টোকারেতকা খুৎ শোকনরমই। "অকবা লাইবক অমগীদমক আশা তৌজরি," রিতানা য়ামনা খোং নৌনা হায়রমই।

মহাক্কী রাইহ তাবদা অহল অদুনা মহাক্কী অহল ওইবগী চৌরোক চৌরবা পিশুমনা থনজিল্লবা মীৎনা গুংশিনা যেংলক্লমই।

"হোই, মখোয়না ঐখোয়দা খুদোং থীবা য়ামনা পীরে, মখোয়সে কাপথায়গদবনি," মহাক্কী রাথলগী পাওখুম মতোমত মপুক্লীংদা ওংলহুনা পীজরমই। মফমসিদা করিগুম্বা খুদোং থীবা থোক্লবা মতমদা চৈথেং থর পীবা ওমনবগীদমক মহাক থর চেকশিনবা ফৈ। থবক্ত পুক্লীং লুপশিন্নুনা লৈবা মক্তনা অম-হায়না করিম্নু তৌদনা লৈবসিনদি করি'মক্ত তৌবা ওত্রোই।

অসি হায়রগা অহনহু মাগী জেকেটকী কুদাম পারশিল্লমই। কায়নরমদাই অরোইবা মিকুপকী মরক শৎতুনা রিতানা হংলমইঃ "কোর্চাগিনস্সু মীয়ামসিগা লোয়ননা চংকদৌরিব মল্লা? হুপামচা মরাম মরকসিদা ঐনা মাগী মশক থংবা ঙমদ্রে।"

"নত্তে, মহাক কোব সুপারিন্টেণ্ডেন্টকা লোয়নন ঐখোয় মরামনা থুংঙ্বদা নৈকম চাকমগী থৌরাংনবগীদমক ঙরাং হেণ্ড কার তোংলহনা চংল্লবনি।"

মীকুপ্পুদা কার্কি, ড্যাবড অমস্তং অম্না বোরহর্ট মখোয়গী লেংবামশিংদা জেকেট অমমম রাল্লহনা অমদি ভবায়বা খুৎশা অনিগী কারক্ত চুরুট অমমম চপলহনা প্লেটকেতমদা মখোয়-য়োমদা ভহাননা লাক্লমই। লাক্লিবা কমরেডশিং অহনা মখোয়গী মরক্ত ভিল্লবিষ্ঠৈগী মমাংদা রিতানা অহনহুদা রাইং অমস্তু হংনন্নবগী মতম ফংলমই।

"কোর্চাগিন নখোয় অনি লাইব্রিক পাবা, নৈনবগী থবক করম করম চথবিবনো?

রিতাগী রাহু তাবদা অদল ঙক্ক মঙোম্দা য়েংলমই।

"করি, পাবা, নৈনবা? সুপামচাহুদি নংগী কাংলুপ্তু নৈবনি, নৈত্রনে মাবু? মহাক্ত নংগীমরমদা ঐঙোন্দা বারী য়ামনা শাই, অসিদস্তু নত্তুনা নংগী তাইবঙ অমগী রাখলস্ন থঙ্গরিবনি।"

রিতা চিংননা য়েংলমইঃ "নহাক্ত হায়রিবহু শোইত্রত্রা, কমরেড টোকারেভ? ঐনা মঙোম্দা ভস্থারস্বদগী মতুংসিদা নঙোম্দা ব্যাখ্যাগীদমক সুংতিগী লাকত্রনে?" রিতাগী রা তাবদা অহনহু হৌনা নোক্লমই।

"ঐঙোম্দা? করিগী লাক্লোরিবা, ঐদি নোংম কাওবা মাগী মশক মবিস্ন উদে।"

মতমহনা চংকদবগী ভাইরবা ঈঞ্জিন ভংলক্লমই। ক্লাভিসেক্লা য়েলগী কা অমদগী লাওরক্লমইঃ

" হে কমৱেড উষ্টিনোভিচ, ঐখোয় পাবুংত্থ থাদোপীরক্লো। মহাক য়াওত্রবদা ঐখোয়না কররিনো তৌদোঙ্ৱিসিবো ?"

চেক মচা অহু মথা শমখত্তুনা থা হায়মিংলম্বনি, অহুবু থেংনা লখিপা অহুমহু উবদগী মশাবু চেকশিনজনা তুমিন লৈরমই। কায়নবগী অৱাবা মীনোক্লা লৈতেংলবী অমাগী লাং-ত্তক্রবী মীংম্নানা ড্যাবন্তদা য়েংলিবত্থুগী অর্থ খংলক্রমই মরমহুনা মহাক থোঙনাউদগী লৈশিল্লক্রমই।

মশা লুমথরবা, নোং পুবা লৈচিম্না পাইরি নেমনা পৃথিবীগী মথক্তা কীন্থবক্লগদৌবগুম। অহল ওইরকপগী হিশং কাশিল্লবা খুইজিল্লবা উনশানা লৈঙেংবনা মশা ইতন তন্থরবা, হৈনিংদবগী শক্তম পুরবা, পুন্সিগী থেংলবা বসন্তনা মহি ময়াই চমহল্লবা উজাওশিং ইরোম লোমনা উরি। তশেংনমক, ময়াই চায়থরবা বসন্তগী থুংশাশিংদা মথোয়গী মহা ওইবগী থোংচ-নৌজবা অকে অমোগী লৈতেং থুদীংমক মুনবীগ্রবা উজাওশিং অসিনা কীজোল অমত্ত লৈত্তেংদন লেপলি অৱাবগী শক্তমদা। অসিগীস্থু মথক্তু, চুথরি লেপপা লৈতনা বসন্তগী নোংনা মথোয়গী মায়খোংশিংদা।

অপিকপ ষ্টেসনগী শঙনা মওং তাদনা তুম্পক্লা তরক্ল লৈরি জঙ্গলগী ময়ায়-া। খুঙ চল্লবা ষ্টেসনগী প্লেটফোর্মদগী তৌবদ শাইরিবা থোং মচাগী মরি অমনা জঙ্গল মনুংলোথদা চংশিনখ্রি। থোং মচাগী মরি অত্থুগী অরোয়বদা ককচেংগী মতৌগুঘনা মীনা ইকোয় কোয়শিন্না থবক শুরি। থবক শুরিবা মীশিংগী মথোঙনা নেংপদা নোংনা চোংলবা লৈমায়থক অহু লৈথোম চবিৎ চবিৎ থোকলি। থবক শুবশিংগী কয়েন্টি য়োংপাক্ল লুঙগী মথক্তা য়াম্থক্লবা অত্তবদা ক্রেং ক্রেং লাওবা থোনজেল থোক্লি।

করিগুম্বা উতোং অহোবা অমদগী হৈথরকপগী মতৌগুম্না অয় অয় চুররিবা নোংনা থবক শুরিবশিংগী ফুরিত কাওরক্লুনা ইংলবা ঔশিংগী মরিক্লা থবক শুরিবশিংগী হক্চাংগা থেংনরি।

লেপ্পা লৈতনা চুরিবা নোং অহনা থবক শুবশিংবু কীহন্নি মচুদি মখোয়না খোং মমুংদগী তোৌখৎতুনা খোংগী নাকল মথক্তা পৈরিবা লৈবাকশিং পুম্নপ অমুক্তদা নাক্ষরকুনা খোং মমুংদা তাশিল্লক্লগদৌরগুম। ফুরিং মথক্তগী কাওজিল্লকপা লোংগী ঈচুম্না চোংহল্লবা, ইংহল্লবা মীশিং অহুনা কোরৌ মঙাল শামপ্রবা মচুং কুইন ফাওবদা থবক শুরমই। অসুমনা শুবনা মরম ওইদুনা লোংম লোংমগী লাংখোং অহু জঙ্গলগী মমুংলোমদা অসুম অসুম চংশনখিরমই।

মতম অমদা ফজরবা চেক্তী য়ুম ওইরম্বা, হৌজিক তেকথ-কায়থরবা, শরুগী পোলাংতমক ঙাইরব', মমি শামিরবা য়ুম অম ষ্টেসনদগী পংলাপ লাপ্তনা লৈ। মপান্থোংগী লৈঙেংগী শক্তমদি কল্লিগুখ পোকখায়বা অমনা মতম কুইনগী মমাংদগী পুরীপ্লবনি। ঙ্গংলি হায়বতমক থোকলবা ফগাংদা থোঙনাউ অমদি থোঙগী মচত্ত লাওনা লাওনা হোবা অহোবশিং লৈ। চাকশং ওইরম্বা কাগী খোংগী মচত্ত লৈরিবা অহোবগী অকোয়বদা অমুবা মৈখু চুরি। তেকথরবা অমদি মফুৎ মফুৎ হোরবা য়ুমথক্তী উরা ছুমদাংশিং য়েংবা মতমদদি মীওইবগী হকচাংগী মতোং য়াওদ্রবা শরুগী পোলাংগুম উরি। তেক কায়রবা, হিক-থরবা দৃশ্যশিং অসিগী মমুংদগী করিস্থ শোক্তনা লৈরিব হায়ববু চাওরবা কা মরিগী কাংক্রিক্তী লৈমায় অসতনি। মুমিদাংগী মতমদা অসিগুম্বা লৈমায়থক ক্লাসদনি মী চামরিনা মখোয়গী চোংলবা, লৈখোম লৈনাং তৈরবা ফীজোলগা লোয়ননা তুম্নিবা লৈখোম লৈনাং তৈরবা চোংলবা ফীশিং খোংজিন্দা শুম্বা মতমদা লৈনাং ওইনা মচুম চেন্থরমই। অহদগীদি মীশিং অহুনা লেপ্তনা চুরিব লোং অমদি লৈখোমবু চৈবা হোৌরক্লমই।

মখোয় পুম্নপ্না কাংক্রিক্তী লৈমায়থক অহুনা লুপ্নানবা চরু থর চাইশিল্লগা তুমলমই। মখোয়গী চোংলবা ফীশিংগী মলিল কাপ্লমই অহুবু কংবদি ঙমলমদে। চুরিবা লোংনা মুংশিংকা

লোয়নবা খোঙনাঙগী অহোবদা থল্লিবা খোড়াদা হৌজিক্লদুনা কেন্দোরক্লগা উগী খোংবা য়াওরবা চেকী খোংবাদা ঙৈরম্লগা লৈখায়থক্লা ভারমই। অদুগুম্বা নোং অদুনা মতং মতং শেগায়রবা, নাকল অমা নমথরবা ভিজব মথক্ত অহোবা খোন-জেলগা লোয়মনা হৈথদুনা লাওনা লাওনা হোরিবা খোঙ পানকমশিং কাওমা সুংশিংকা লোয়মনা ইমুংলোমদা ভারক্লমই।

নোং ঙানবগী অয়ুকী মতমদা থবক শুবশিং অদুগুম্বা তেকথরবা য়ুম অদুগী মনুংদা তেকথরবা চাকশংদা চা কপ অমমম থকনি অদুগা অমুক থবক শুকমদা চংদুনা থবক তগনি। চাকলেন খুদোংদা স্ত্রপ্পগী খোংই হায়বতমক খোক্লবা হবাই মুহোরিগী ইনছাং খুরগা মুমুক মুরবা তল তংখায় অমগতমক চাগনি। অদুগা মখোয়গী থবক্তোদমক নোংমদা এলাউয়েনস ওইনা পাউণ্ড অমমম পীগনি। মসিথক্তনি টাউন অদুনা মখোয়দা পীবা শুমলিবা হায়ববু।

অহল ওইরবা, মশা কোন্দরবা, মচিনবান ময়াদা অরুবা দাককম অনি লৈবা তোব স্থপারিন্টেণ্ডেণ্ট ভলেরিয়ান নিকো-ডিমোভিচ পাটোস্কিম অমদি মশা থাবা, মশক থীবা, মনাতোন মতোন চাওবা টেক্নিসিয়ান ভাকুলেনকো মখোয় অনি ষ্টেসন মাষ্টরগী য়ুমদা লৈরমই। অদুগা টোকারেভনা ইফিংদা ফিংবা, মী পিকপা চেকা এজেন্ট, মখিংনা খোলীয়াভা কৌবা মহাকী পিক্লবা কা অমদা লৈরমই।

অস্নমা থবক শুবশিংনা তমথীনা য়ায়বা কয়াবু খাংহুনা থবক শুরি। লেপ্তুনা তবা ওইবনা নোংম নোংমগী রেল লম্বী শেমনববগী কোম অদু ঙজক্লোমদা অমুম অমূম চংশিনখ্রি। অদুমনি, অসিগুম্বা অবাবগী চৈথেং অসিনা মরম ওইদুনা থবক শুবা মী খাংগমদদুনা চেনখিবা য়াওখিদবা নত্তে। অহানব-মক্তদা মী মাপল অদুগা সুমিং থরনিগী তুংদা মী মঙানা মকম অদু খাংদাক্লুনা চংখি।

মানববগীদমক থললমই। "মুমিদাংসিমক্তদা নথে'মদা মাম থারকলগনি" মমৈথংদা মহাক্না হায়রকলমই। "নহা লিটকেবু গাড্রীগা লোক্ষনমা থারকলগনি। মরমদি মহাক মকমতুগী লম্বী থংবনি। মরেং অযুক্তদি নখোয়না ম ম অহ্ন শীজিন্নবা য়ারগনি।"

নোংমাল্লকপদ লৈখোম লৈনাং মরক্ত মাম থাউশিং মাওমব' গাড়ী থৌরকলত্তুনা লিটকে ল'ক্লমই অত্তুগা মাম থাউশিং স্টেশন্দ থাথরমই। মমিদাং তুমদনা গাডী থৌরকপদগী ডাইকেং ড'ইন কুমাউরনন ঙৌখোকলবা মাথথোংগা কুমথরক্লমই।

রেলবে লাইন্দ থবক শুবা হায়বসে হেনগংলক্লিবা খুদোং থীবশিংগা মায়ন্নোকনবদা লান্থেংন অমশুম থো'ক্লমই। রেলবে এডমিন্স্ট্রেশনসম্না মসিমম্ভ কাওখোকপ্রবনি মতুদি রেল তালিগী উ লৈত্ত্রে হায়না। মরম অ'সনা রেলবে অখোম্বিটিনা রেলশিং অমদি ইনজিনশিং রেলবে জোবতা পুরক্লবগী উপাই লৈরমদে। অসিদস্থ নত্তনা ইনজিনশিং নিংথিকনা শেমজিনক্রবদি শীজিন্নবা য়ারোই। অহুদগী অমুকস্থ হায়দগী থবক শুরিবা কাংবু অহুগী মহুং শিনবীনবা থবক শূবা কনানস্থ মকমহুদা লাকলমদে। ম.খাইগী শক্কক পুমনমক শুরবা মীওইশিং অদুবু অমুকস্থ হম থামহুনা থবক শুহমবগী বাদি হায়রুবগী কামদ্রে।

মরম অসিনা পার্টিগী লুচিংবা মেম্বরশিংনা তেকথরবা শঙগী মনুংগা িংশেল থাউঁম থাল্লহুনা অবেংবা অহিং কাওব কৌশম অত্তুগী মরমদা থন্নরমই।

মথংগী অযুক্ত টোক'রেক্ত, ড্যাবভা অমদি ক্লু ফ্লিসেক মী তক্কক পুরদুনা টাউন্দা ইনজিনশিং শেমজিনবা চংলমই। মখোয়না ইনজিনশিং শেমজিল্লমই অহুগা রেলগী মপোং মচৈশিং পামশিল্লমই। মশামা বিসকুট শাবা অম ওইরকপা ক্লাভি-সেকপু মপনাই ডিপার্টমেন্টকী ইন্সপেক্টর ওইনা থারমই অহুগা মখোয় অনিনা পুছাভোটিক্টাদ্ধ চংলমই।

নোংদি অহুম্বক লেপ্পা লৈতনা তারি।

পাভেল কোর্চাগিন নপ নপ লাওরবা লৈখোম মরক্তগী ভগ্ন ভগ্ন মহাক্কী বুট শংলমই। ইংবদগী ফংলিবা কন্নব। চৈ-খেংদগী মহাক থংলমই মহুদি মহাক্কী খোংগুপ খোঙয়াগী মপান থংব' শাউন অহু নাম্বোকলে হায়বা। মহাক্কী শেগায়বা বুট অহুগা লোয়ননা থবক অহুদা চংলকপা মুখিভগী মহাক অহুম্মক মুংঙাইরবনি। নোংমা লেপ্পা লৈতনা চুবা মরমনা মফমহুদ অকংবা হায়বদো মচি ঙমা ফাওবা লৈরবনি। অহু-গুম। নোংলক অহুদ। মহাক্কী খোঙয়া হোবদ নন্তনা মথকন্থ শেগায়রবা বুট অদুগ। চৎপা মতমদদি খোঙুপ মথুংদা লৈখোম চংহুনা চবিৎ চবিৎ দাওরাংই ঙমদি খোঙুপ তোংদবগা ঙম্মা ওইরমই। হৌজিক্কী খোঙুপ নাম্বগী খোঙয়াগী শাউন অহু পুন্নপন নাম্বোকখ্রে। মরম অহুনা উনগুন ঈংলবা লৈখোম মহাক্কী খোঙবু করুগদবগুম ইংহল্লমই। পাভেলনা মহাক্কী বুটকী শাউন অহু লৈখোম মরক্তগী লৌথংলমই। কনা ভমথীবা চৈন। পীরবস্থ করিগুম্বদস্থ মহাক্ক এ! আঃ হায়রোই হায়না মতোমতগী থস্মোইদা অচেৎপা রাশক অমা লৌজখিবহু, তশেং-নমক কায়খিরমই। থাংবা গুমক্তহুনা, উনগী মতৌগুম ইংলব লৈখোম লৈনাং মরক্কুদা খোঙুপ য়াওদনা থবক তবা থাংবা গুমক্তহুনা মখোঙ কুপথাং থাংহুন। শঙদা হন্নকলমই অহুগা লৈরংগী মাকন্দা ফমথরমই। লৈখোম লৈনাংনা পুমলুপ লুপ্লব খোঙমোজা। লৌথোকলমই অহুগা ইংবনা পুমপং পংশিল্লবা মখোঙ তিংথোক্কুনা চাকথুমগী মৈদা য়াইরমই।

লাইলথেনগা পুগী ঙেংবাংবী গুডার্কা, চাকশংগী টেবল মথক্তা কোবী মকুজাবী শোইরি। চিংলেম্বী, চহি মতাং থর হায়জিল্লবস্থ নহা ওইরিবী, নিংমিক্কবী থাইম, নোম-নোয়রবী নীঙ, তচাও তচাওরবী কৈগন অমদি মুপাগী মতৌগুমনা পাক্লবী লেংবান, পুমনমক্কা মহাক্কী নহা ওইববু শৌগংলি। মহাক্কী হৈ-শিংবী খুংনা লেপ্প' লৈতনা ইনছাং শোইরকপনা অশোয়ব। ইনছাংনা চৌংমুক য়াংনা টেবল মথক্তা পৈরি।

ওজার্কানা খোঁওই ৱাওইদনা পাজেলদা য়েংলক্লমই অদুগা ঙাংলক্লমই, "ন:না চাক চাবা চংলকইবহ্ খরা ঙনমল্লিনে, হুপা মচা। খবক্কী অহুমনা নত্তন থৈবহ্ ঈকায়গেদি হায়গ্রদনা, ঈমকান্নু ম্লাইরবা শাবি! অহুদা থৈ ম্লাইগন্নু হন্দোকওসে। মসি ইক্রজকম লত্তে, চাকথুমলে!"

তপেংনমকন্ন লৈরং অহুগী মথক্তা চাক খোংলিবনি।

"ঐগী তংলবা খোঙ্গুপ বুট অসি মতং মত্তং তংল্লে," অন্নমনা পাজেলনা মহাক্তা মত্তম চাদনা চাকশংদা চংলকপগী মরম শন্দোক্লা হায়রমই। খর অহল ওইবা পুজারীনা পাজেলগী তংলবা বুটতা য়েংলমই, অদুগা ওজার্কাদা ওনশিল্লদুনা হায়-রমই: "মহাক্কী মপুরোইবনা মহ্ খরদি শেম্বা ঙমগনি মরমদি মহাক খোঙ্গুপ ভুবনি। মাবু খর য়েংহনবা কৈ নত্রবদি নহাক খোঙ্গুপ ম্লাওদনা থবক শুবা ঙমদবত নত্তনা অকবা ওইররোই। ওজাকান মসি তাবা মত্তমদা মহাক্কী অনৌবা মীংয়েং অমনা পাজেলগী বুটতা য়েংলমই।

"ঐনদি নং বত্তন থৈরকইবোই লিংলুরে" মহাক্লা ঙাংখিবা পুম্নমক লাল্লে হায়বগী মওংদা হায়রকলমই।

পাজেলন্ন মোমোন নোকলমই মরমদি মখোয়গী মরক্ত মুংঙাইনদবা রাখল করিন্সু লৈল্লে থংলবদা। অদুদগী ওজার্কানা অহৈবা মী অমগী মীংয়েংগা লোয়নবা বুট অহুবু য়েংলমই।

"মসি কোৎতনা খোংজনা তৌরুবগী কায়রবোই," খোঙ্গুপ অহুগী কাওত য়েংলগা মহাক্লা অরোইবা মত পীরক্লমই।

"তৌইঙ্গুম্নসং ঐনা তৌবা ঙম্বা অমদি লৈ মহ্ হায়গে, ঐখোয়গী য়ুমদা তাত্তনা লৈরবা শীজিম্নত্রবা অমনবা ম্লোং-পীশিং কোক্ষিলং কায়বা বুট অম লৈ। মহ্ নংনা শীজিম্নবা ম্লাগনি। অহুগী বুটতুদি শীজিম্নক্লরম্নু। মহ্নদি থবক শুবা ঙম্নরোই, শিরনি। হৌজিক্তী ইংবগী মত্তম হায়বা ঙমত্রবনি, হুখিং অমদগী থেক্তা ওইরকপনি।

অহুমগী ওডার্ক, মীপুংশি অমসুং লৌমনবা ইনজুং শেরবা চুথি থমলগা থোকখিরম্মি অতুগা ৱাখলা নুমাংজুরকখিবা মত্মং লুবা থোঙ্গুপ অমমবা অঙাং অবাবা লাইনেন কী মখাং অমসুং পুরকনমই

লাইনেন কী অতুম পাভেল মখোইদা কেংশিনরকই অচুম্বা থোঙ্গুপ মঙ্গুংদা মখোয় থিংজিল্লমই। হৌজিক্কী মখোইগী ইকং কংলে অদুগা লুনবা লুম্লে। মহোম্বা থৌজালগী মীংয়েং অমগা লৌমনবা মীসুংশি উংপীরকপগী তৌবীমন থংবগী মীং-য়েং অমনা ওডার্কাদা পাভেলবা য়েংলমই।

টোকারেভ টাউন্দগী লাওনা হল্লকমই। অদুদগী মহাক্না কম্যুনিষ্ট লুচিংবশিংগী মিটিং অমা থোলিয়াডাগী কাদা কৌরমই। মিটিং অদুদা মহাক্না পুংগাইতবা পাও তমলমই।

"অথিংবা লীবশিং মন্তুনা লমীসিদা কয়িস্ত লৈখিদরে। মখোয়না চংপা মকমদা মখোয়না মখোয়দা লৈশিল্লকখোই নিংগনি অদুবু মখোয়বু ফংবদি মরৈল্লে। কয়ামুক থাদনা কয়ামুক য়াম্না লৈখিরবো হয়াই রেতশিংদো। মখোয়বু থেং-নবা হোংনবদা ঐখোয়গী পুক্নিংগী মতম অসি কোয়রগদবগুম তৌরি। ঐনা বাবরিবসিনি অচৌবা, থবক থুদীংমক কীভম কত্রবনি। হৌজিক কাওবদা ঐখোয়গী ইচুং শিনবীনবা লৈ-ত্রবনি, কয়াম লৈরিগে হায়বগুম কনানসু থংলোইই।

থোকঅগদবা পুমনমক্কু থোক্লক্রিবগী অমাংলিদা, লৈখোয় লৈনাং মরকসিদ ওইদুনসু ঐখোয় থবক লোয়খোকহৌগদবনি। ভং ইংঙ্গনা চিংশিনগদবা মতাংতু ৱাত্রবনি, অতোমদ কাওবা লাইবদি থেংমনব হায়বদু ওইরগনি। মকম অসিনা, মখোয়না টাউন্দা ফত্তবা থৌদোক থোকহল্লিবশিংবু থেংমনবা হোংনজি-ল্লেন. ঐখোয়গী পাঙ্গল থৌনা থামদগী লকখিনি হেক্নাকয় লোংনদুনা থবক য়াংশিনহনগদবনি। রেল লম্বী অসি লোকখা তাবনিনা ঐখোয়না থবক অসি লাংথোকপদা শিয়া তাঙ্গদুনু

থবক অসি শুবদি লোকপা য়াদে। করিগুম্বা ঐখোয়না থবক অসি শুব। কিন্নুনা চেনবা তারবদি ঐখোয় বোল সেবিক হায়বস্তু নত্তে, সমুদ্রগী মন্থন তনবা, কীগনবা দ', কেলি কিস ওইরেদনা।" টোকারেভকী পিক্রু মরু হকলবা খোনজেলনা অতাবশিংদা অকনবা বাহৈগী চৈথেং অম পীবদ নত্তনা হায়কী শোংলবা পিশুম হকতোত্নুনা য়েংলিবা মীংয়েংদা লায়না থংবা হুরবা করিগুম্বা অকুবা মীংয়েং অমগী মতাম য়াওরি।

" অসি ঐখোয়না মিটিং অম কৌগনি অহুগা পার্টি মেম্বরশিংদা পাও পীথিগনি, অহু ওইরবদি মরোংদগী ঐখোয় থবক শুরগনি। অমুক্ত ঐখোয়না পার্টি য়াওদবা মীওইশিংবু চংহনগ্রগনি অহুগা পার্টিগী মীওইশিংদি লৈহোগনি। বাকম অসিগা মরি লৈননা শুবর্নীয়া কমিটীগী বারেপ অমত্ত লৈরে।" অসি হয়্যা মহাক্না পানক্রতোভদা থুংচিনবা চেনা অম পীরমই।

পাভেল কোর্চাগিন্না পানক্রতোভকী লেংবান লান্না চেদা লোনা য়েংলহুনা পায়মই; " ইমাক্তে'জি ওইবনা কোমসোমোলগী মেম্বর পুম্নমক অগল্পক লেংদনা থবক শুহুনা লৈগনি, অহানবা শাংগী কনজাইনমেন্ট থুংওত্রিবা কাওবদি কনাগুম্বা মেম্বর অমত্তনা থবক থাদোকুনা চংখিবা য়ারোই। শুবর্নীয়া কমিটীগী সেক্রেটরিগী মহুৎ শিন্দুনা সহি তৌরবা, আর উষ্টিনোভিচ।"

চাকশংকা মীন শিক থলমই। মী চানকুম্না অমগা অমগা তাশিনহুনা হেক চল্লিবা মথৈ লেপলমই। কনাগুম্বা কল্লাংদা তাখদুনা লেপলমই। কনাগুম থরনা টেবল মথক্ত কাথংলমই। মসিদগী হেক্কোকুনা কিলড কিচনগী মথক্ত কাওবা কাথংপা য়াওনরমই।

পানক্রাতোভনা মিটিং হৌদোক্লমই। টোকারেভনা তিল্লিবা মীয়ামহুবু ইপা পাথংহনবা, হৈবিংদবা চৈথেং অম পীবা শঙ্খংগা য়া অম তাংলমই;

রুমুখিকটশিং—অমদি কোংগ্রেসমেলিশিংনা হৱেংদগী থবক শুবা হৌরগদবনি।"

অহলশিংগী ৱাঙাংনা অবোইবা ৱারেপ অম লৌরবগী মতৌ-শুমলবা ৱাঙাং অম য়াওরমই। মদুনা, খুদোংথীনিঙাই ওইরবা মকমদুদগী হন্দুনা টাউন্দা চৎপা অমদি য়ুমদা হনবগী মীয়ামগী আশা অপুবা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমনা হুমদোক্লুনা পুথিবগুম ভৌরমই। মরম অদুনা মীকুপ খরদি মকমদুদা তিল্লিবা মী পুম্নমক ছুং ছুং নিল্লমই। নিল্লিবা মীয়াম্না কা মহুংদুদা মরেং মরেং চৎপনা মরম ওইদুনা থাউগী থাউমৈগী মৈরি পুম্মুং মুৎকদবগী মতৌগুম ফর ফর হাইরমই অদুগুম মমথরবা মৈগী মঙান্দুনা অমুকা হেন্না মীয়ামগী লাংবা হেনগৎ-হল্লমই। হপেংনমক, মী পুম্নমক 'য়ুমদ' হনবা পামলবনি। মখোয়না লেপ্পা লৈতনা ৱাকংশিবদি মখোয় মখোয়গী থাংব য়্যাবদগী হেন্না থাংলবনি হায়বসিনি। মীয়ামদুগী মরক্ত কনাগুম থরনা ভুমিন্না পুম্নমক্কী ৱাবু তারমই। অদুবু মীয়ামদুগী মরক্তগী মী অমথক্কুনদি মকমদু থাদোক্লুনা চৎপগী ৱা লাওনা ঙাংলক্লমই

"অহুম ভৌরবদি মাংলেদনা" য়াম্না লুজদবা অয়াকপা খোনজেল্দ কাচিন অমদগী ৱা পরেং অম শাওনা লাওরক্লমই

"ঐদি মকমসিদা নোংম ফাওবা চোঙ্দুনা লৈরম্মোই। মহাক্ক মাহাং মীপুন অমা ভৌগে হায়রবদি অমুক চোঙ্দুনা লৈহুনা থবক শুরবস্ন য়াই। ভৌইগুমদুং ঐখোয়না করি ভৌগে? মখোয়না হায়বা পুম্নমক য়াহুনা অন্নুবা থবক শুহুনা লৈরবদি ঐখোয়দি অপংবা ওয়াগে। ঐখোয় হাগ্না অনি চুপ্প অসিগুম অরাবসি থাংলবনি, মসিনা ঐখোয়গীদি অপুম্বক য়ারে। অদুনা ৱারেপ লৌবা মীশিং অদুনা খোকপীরক্লুনা মখোয়না থবক অসি শুথীয়ু। ওইবা য়াই, কনাগুম্বা মীওই থরনা অসিগুম্বা থবকসিদা মখোয়না হায়বা ইন্দুনা অন্নুবা শুথিবা,

অহৃবু ঐগীদি হিংননবগীসমক পুক্সি অমদগী হেন্না লৈজদে, ঐ হয়েং মকমসি থাদোক্নুনা চংলগ'ন।"

অশাউবগী খোজেল অহ্ন ওকুলেন্ডবী অহুনবী লাক্লমই, মরম অহুনা ওকুমেন্ডনা মৈখেং খেংতুনা মী অত কনানো হায়রতুনা য়েংলমই। অশাউবগী মায়থোংনরিব অমম্ভুং রা ঙাং-লখগী মচিন কাখৎলিবা মী অতুগী মায়থোং মৈখেং মকুগী মৈঙানগা মায়য়োক্লবা মীকুপতুনা ওকুমেন্ডনা মহাক কনানো হায়বা খংলমই। মহাক কনাস্থ নত্তে গুবর্নিয়া ফুড কমিসরিয়াট বুকিপরগী মচা মপানি।

"ইহ; থিম্ব খিগংলকইমাল্লি ?" মহাক হেন্না লুজদবা খোনজেন্দা হায়রক্লমই। "খিগংল্ল কৈ, অহুবু ঐ করিম্ভ কীদে মরমদি ঐ হয়ানবা নত্তবনিবা।"

চাকলিবা মৈখেংকী মৈ মুৎখিরমই। হৌজিক্তী পানক্রাতোড কংলম্বদগী পুন্না লেপখৎলকলমই।

"করম্বা মথলগী বাঙাংনো মহুবু ? পার্টিগী থবকপু থবক কয়া শীজিনহুনা হাৎতোকপগা অমহানি হায়হুনা চাংদমনবা কনাগী থৌনা লৈ ?" অমুমনা পানক্রাতোডনা মখাংদা কমলিবা খীগী পয়েং অহুদা কিহনবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা য়েংলহনা লাগুরকলমই।

"মহু নত্তে, কমরেডশিং, ঐখোয় টাউন্দ চৎতুনা মুমদা হল্লোই, ঐখোয়গীদি মকম অসিদা লৈগনি। করিগুম্না ঐখোয়না মকমসি থাদোক্নুনা চেল্লবদি লমদমসিগী মীয়াম উননংনহুনা শিবা ভাবনি। ঐখোয়গী হায়ববু থবক অসি অদুকী মতিক থুনা লোইখোকলিবমখৈ মুমদন্ত থুনা হল্লে। মকমহুগী তৌরক্লিবা মরম চাদবা রাকংতুদি ঐখোয়গী কীদম অমদি লমচৎগা চানদে পানক্রাতোডনা বা শাংনা ঙাংবা শামদব', অহুবু বাকম খমবু কজনদি শেংদোকলিবা বাঙাং ওইহুনস্থ মখাংদা লাগুরকখিবা মুদবা খোনজেল অহুমক্লা অমুকস্থ মরক থংলকদ্রই।

"পার্টি যাওবা মীওইশিংদি মখোয় হয়েং চৎলগদবা নত্রা?"

"হোই, চৎলনি।"

অকোবা ওভরকোট লিংপা মুপামচা অমা মীয়ামবু ইখোক ইখোক্লদুনা মাংদা লাক্লমই। কোমসোমোলগী মেম্বর সিপ কার্ড অম পাইরকুনা পানকাতোভকী থবাক্তা পাল্লমলগা টেবল মথক্তা তাহনা টেবলগী মপান্দা ভুমিন্না তাররমই।

"অহুনা লৈরে, লৌজরো, কার্ড মচাসিগা ঐনা ঐগী ইশাগ কৈদৌঙৈদম্ভ শীররোই।" মহাক্কী অরোইবা বাহৈদ অশাউবগী অয়োবী টচেল অম যাওরমই।

"মংবা লংলিবছু করিনো হায়বা থংঞ্জা।"

"নশাগী ইজজৎ ওাক্তবা, থাজবা মাংহনবা হুই।"

"কোমসোমোলদা যাওবা হায়বসি মানদি ইরায় লাররোই খল্লিনে।"

"যাবু থিজুনা ইখোকথো।"

"মহাক্কু ঐ তৌগে!" অস্নুমনা মীয়াম মরক্তগী লাওনবক্লমই। থবক্তগী নাখোক্কে হোৎনরিবা মুপামচাছ মায়খোং মুক্রুপনা খোকথিরমই। মখোয়না লেপ্পোলি পকলথ মী অমগী মতৌঙম করিস্থ শোক্লদনা লম্বী চাওনা পীদুনা খোকহনখিরমই অদুগা মহাক খোকথ্রবা মতুংদা পম লাংওবা খোমজেল অমগা লোয়ননা খোঙ থিংজিল্লমই। পানক্রাতোভনা টেবল মথক্তগী চৎনত্রবা মেম্বর কার্ড লৌথৎলমই অদুগা থাউমৈগী মৈদা চুমমই। শক্তি চেনা শাবা কার্ড মৈনা চাকপা মতমদ মপান কোনথৎলক্লমই।

মোংমৈ কাল্লগী খোজেল অমনা অঙলদা খোঙ্মাং মৈথিরমই। শগোল ভোংবা মুপা অম তেকথরবা শঙ মমাংগী লৈখোকশিন্নমই অদুগা উংগী মনুংলোমদা শগোল খোজিনখিরমই। মীকুপ অমরোম লৈরগা শঙগী মনুংদগী অংদি কুলশঙগী

মনুংদগী মীয়াম অমা থোয়রক্লমই। মী অমনা ইমুংদা লংশিল্লকপা প্লাইর্উড মতেক অমা লৌথংলমই। মৈখেং খেংলমই। ঁংখেং মক্লগী মৈ মুংখিদনবা থুবাক্লা থল্লগা প্লাইর্উড মথক্তা খোরি খোরি ইরিবা ময়েকশিং অহবু পায়মই.

"মকম অসিদগী চংখিহনা নখোয় নখোয়না লাকপা মকমহ্নুদা থুনমক হনস্লো। করিগুম্বা রা অসিবু থৌওইস্রবদি নখোয় পুমনমকপু কাপথ্রগনি। হয়েংগী তুম্মিদাং ক ওবা নখোয়না চংখিনবা মতম পীরি। আটমন চেসনোক।"

চেসনোক ওর্শিক্নী কাংবুগী মীনি।

রিতাগী কাগী টেবল মথক্তা ডাইরি অমা হাংদোক্লহনা লৈ।

ডিসেম্বর ২

"ঐনা ভ্যাচেসলেভ ওলসিনস্কি য়ুমগী স্ট্যারদা উম্নরমই। অদুদগী ঐখোয় অনি লম্বীদা পুনা চংমিন্নরমই। ঙসি অসি অহানবা উন তাবা অহুক্নী। য়ামনা ইংই, চিংশিনবমখে।

"ঐদি চহি খুদিংগী তঙানবা উন তাবা তুমিংতা লম্বীদা চংতুনা উন মরক্ত চংপগী নুংঙাইবা লৌই, মহাক্ত ঐঙোন্দা হায়রমই। "তশেংনমক অসিগুম্বা তুমিং অসিগী মতৌওমনা, নুংশিরবী; নত্রেনে?"

"তৌইগুম্মসুং ঐদি বোয়ার্কাগী মরমদা থন্দুনা লৈরমই লোয়ননা মঙোন্দা হায়রমই মহুদি, উন অমসুং নাগী অইংবনা ঐবু নুংঙাইহনবা ঙমদে। অহোইনহুম মদুনা ঐবু বাহল্লি। মাসমসু ঐনা মঙোন্দা হংলমই, মহু করিগীনো হায়হনা।

"মদো, নহাক্লা রাকম অমদা পুক্লিং লুপ্ল থল্লবগী অশেংবা কললি," মহাক্লা থুম্লক্লমই। "কনাগুম্বনা রাকম অসিদা হংলকলবদি, হরাউ-নুংঙাইখোকপা লালগী মতমদদি তশেংনমক য়াদে। অর্-অনা হায়বসি লাম্হেংনরিবা লালকমদদি অদুমক লেংদনা লৈ অমদি মকমহুদা অশিবা কৌবনা মীওইবনী পুক্সিবু কৌহল্লি। অহুম ওইহনস্থ, মীওইবগী পুক্সিদি অচুম্বত থক তৌদে।

কৌনিঙাই ওইরবা তমথীরবা লানগী নোংমৈ-গুলি মরক্তা মীওইবনা নোকখোকই, নুংঙাইখোকই: লানকথদগী অমুক হাইদোক্লগদি পুন্সি অসিনা মপৌশাগী ওইবা মরমচ-অহুমক চংলি: নোকনি মীওইবনা, কপকনি অরাবা থাংগনি, হরাউ-গনি, নুংশিবগী ঊপাক্ত লুপকনি, কুমৈ য়েংগনি লৌলানচিংবদ পুক্নীং হরাউখোকনি অরা-অনা পুমনমক্কী কাওরবগুম নুং-ঙাইবগী ঊথকা শাগনি।"

"লোন চক্লবা অর্থ নৌবৰ' বাহৈ ওন্সিন্সকিগী বাহৈনগী পুখোকপা লায়দে। ওন্সিন্সকি পিপলস কমিসারিয়াট এক হোরেন এফিয়ারসকী রিপ্রেজেন্টেটিভনি। মহাক শোক ১৯১৭ দগী পাটিদা য়াওই। কিজোল ফজনা শেংলি, মতম চুপ্পদা নিংথীজনা কৌই ককই অমদি মহাকী মশাদা থাউগুম্বা মনম নুংশিবা অম কাওবগুম তৌই। মহাক ঐখোয়গী লৈকমদা লেপালগী কানা লৈ। করিগুম্বা মতমদা নুংথিলদা ঐবু উমবা লাকই। চহি কয়ামুক পেরিসতা লৈরুবা মরমনা মহাক ইউ-রোপকী মরমক' নিংথীজনা খংই ময়ম অদুনা মহাক্না য়ায়ী শান্নবা য়ামনা নুংঙাই। মতুং ত্রৈন' চিংনজবদি মহাক অমদি ঐ, ঐখোয় অনি অকবা মকুপ ওইনমকদোরিঝা হায়বসিনি। ত্রৈন। অম্নুমন' চিংনজবগী মরম ঐনা নুপী ওইরম্বনি। অচুম্ব-মকম্ব ঐনা পাটি কমরেড অম ওইরম্বগীদমক্তদি মতুংবু মহাক্ক য়া মথং ওইনা লৌই। অশেংবনি, অসিগুম্ব মায়কৈসিদা মহাক্না মহাকী পুক্নিংগী অনিংবা, অপাম্বা অমদি মত কৈদোই-দপ লেংহনা থংদে। মহাকী পুক্নিংগী য়া অমদি অপাম্বশিং-গী মক্ত মচোন্দ মতিক চাবা থৌনা লৈতে, অকিবা লৈতে। মহাক্না মহাকী অনিংবশিং অহু ফজরবা বাহৈ য়াতাগী কুয়োম য়োমশিল্লুনা কোংদোরকই। অচুম ওইনবক, ঐনদি মাবু পামদে।

"য়াঙাং-শঙাংদা থোং-নৌবা কয়া য়াওরবম্ব ইচম চম্বা কুপ্রাইনা ইউয়োপয়ানগী কেসন্দা মচু শংলবা ওন্সিন্সকিদগী ঐখোয় চানম হোয়।

"বোয়ার্কাদগী পাওশিং শয়া শয়া থারকলমই। সুমিং খুদিংগী গজ চনি চনি শেমই। থবক শুবশিংনা য়েল ভালিগী কম্যাকশিং ইংথনা কমজল্লবা লৈমায়থক্ত অপৈ অবাক লৈহন্দনা চুমত্রিংনমা থমমনবা হোংনরমই। অথেনবা উকম শোইদংতুন মকম চ'না চানা পানশিল্লমই। হৌজিক্তী থবক অহূদা মী চনি নিকু থক্তনা থবক শুরে। অনৌবা মীহুংশিল্লকপা মী ভংথায় অমদি চেনখ্রে। অওইবমকমু অহূগুম্বা ইংলবা উন মরত্তুদা থবক শুবা হায়বসি কীনিঙাই ওইরিবনি। অইংবা মরক্তুদা করমনা মখোয়না থবক চংশিনগদৌরিবনো ভাপনা অসুম শাজিনজবা কাওবদা ওমজদে। ড্যুবভানা চংখিবা হাপ্তা অমা কারে। পুছাভোভিটজাদা মখোয়স্থ ঈনজিন নিপালগী মহুংদা মপ্তাদগী হেম্না শেমজিনবা ওমদে মরমদি ঈনজিনগী পার্ট মতিক চানা লৈত্তে।

"ডমিত্রিগী মথক্ত ব্রামকার অথোরিটিনা ক্রিশিনেল চার্জ অমা থাজংলকলমই। মরম অসিনা মহাক্তী পুছাভোভিটজাদগী ট্রাম ওইনা টাউন্দা চেনবা ক্রেটকার পুম্নমক থীংলমই অহূগা গাড়ীদা তোংবা মী পুমনমক কুমথহল্লগা বোয়া-কা লাইনমীদমক য়েলগাড়ীগী মপোৎ-মচৈশিং হাপচিল্লমই। অসুমনা মখোয়না য়েলগী মপোং মচৈশিং ব্রামগী ভালিগা লোয়মনা গাড়ী মপোং ১৯ টাউনগী য়েল ষ্টেসন্দা পুরক্লমই। ব্রামগী কাংবুদি মখোয়মু ভেংবাংবদা সুংঙাইজরমই।

"সোলোমেনকা! কোমসোমোলনা য়েলগী মপোং মচৈশিং য়েলবে কারশিংদা হাপচিনবগী থবক সুমিদাং কাওবা তৌরমই অহূগা ডমিত্রি মাগী ব্রিগেডশিংগা লোয়মনা বোয়ার্কাদা চংখিরমই।

"ড্যুবভানা কোমসোমোল ব্যুরোদা লৌথংলকলিবা থৌদৌ অহূমু অকিমনা য়ানিংলমদে। ডমিত্রিনা ব্রামকার এক্টমিনি-ক্লেনগী পেয়রত্রবা মীকমু লামদ অমদি লুজদবা থবক্তী মথমদা

ৱা হাংলমই। মরমদি মখোয়না থবক অদুগীদমক পাত্রো অনিদগী হেন্না পীয়ু হায়বা চাননথক য়ারমদে।

“ অহুম ওইনমক, চুকটানা লনাই ওইনা ড্যুবভাবু চৈরমই। ‘হৌজিক নংগী অদুগুম্বা পার্টিসানগী থৌশিল-থৌরাং থা· দোক্লবগী মতম য়োরে;’ মহাকনা হায়রমই, ‘নত্রগদি নহাক্না থংভর্ক্লৈঙ্গী মথাংদা নশামক কাদোক ভারগনি। অশেংবনি, খুংলায় শীজিন্নদনা করিগুম্বা য়ানবা অমদা নহাক চংবনা কন্না?’

“ ঐগী পুন্সিসিদা ড্যুবভানা অহুক য়াবনা শাথিনা শাওবা কৈদৌঙৈদম্ব উশিন্ত্রি।”

“ করিগীনো নহাক নশামকনা মখোয়দা বা হায়রনবা হোংমন্ত্রিব, হে অপুম্বা কলমগী মী?” মহাকনা শাউনা থেক-থরমই। “নংনা তৌজবা ওমলিবা কায়ববু চৌকি কোনবা অহুগ নবৈদুনা করিনো করিনো পংথাং ভাংবা। ঐনা রেল পুদনা বোয়ার্কাদা হনখিগনি হায়বশিবু নংনা মত্তৌ করমন থন্‌লুরিব-নো? মকমসিদা কমজিন্নুনা মী খুদিংগী কোক্ত কক কক শোক্লদবগী শক্লকপুদি নং নশামক মফম অমদা কায়গদবা থবক থর শুক্লনবগী-দমক মফমসি থাদোকখিন্না কৈ। টোকারেভনা শোইদনমক্কী নঙোন্দা করিগুম্বা বাথল থর কাপশিন্নগনি।” ডমিত্রিনা অসুক্কী মত্তিক লাওনা চাংলমই মতুদি ব্যুলডিংহুদা লৈরিবা মী পুম্নমক্ক মহাক্ক চাংবা অড়ু শোইদনা ভারমগনি।

টক্ফতানা ড্যুবভাগী মথক্ত বাকং চে অম ইরকলমই, তৌইগুমম্বং অকিমনা ঐবু কা অহু থাদোক্লুনা চংশিথিনবা অমদি মখোয় অনি চিকনা মিনিট হন্নারোম বারৌ শান্নবা হায়রমই। মহুগী মতুংদা টক্ফতা য়ায়থোং চাংশিন্না অমদি শাওনা খোঙথাং কন্না মপান থোকলমই।

“ডিসেম্বর ৩

“ মথংসিদদি গুবনির্ম্বা কমিটিনা ত্রান্সপোর্ট চেকাদগী -বাকং অম কংলমই। বাকং চে অহুনা ভাকশিবশি পানক্লাতোঙ্ত,

ওকুনেভ অমদি কমরেডশিং থরনা মোতোভিলোভকা ষ্টেশন্দা চংতুনা অহাংবা বিল্ডিংগী পোঙগী থোঙবাশিং অমদি থোঙনাওগী থোঙবাশিং লৌথোক্লে হায়বসিনি মথোয়না লৌথোকপা পোং-চৈশিং ক্রাইট রেলদা হাপচিনবা হোংনরিবদা ষ্টেসন চেকাগী মীনা মথোয়বু কাননবা হোংনরমই অদুবু মথোয়না চেকাগী মী অহুগী থুংলাই মুনথোক্লমই। মথোয়না লৌথোকপা পিস্টোল রেল অদুনা চেনব হৌরক্লবা মতমদদ চেকাগী মী অদুদা অমুক শিন্নরমই। অমুম্না মথোয়না থোঙবাশিং পুরগনা চংখিরমই।

"সপ্লাই ডিপার্টমেন্টনা তোকারেভকী মথক্তা চার্জ অম তৌরমই। মহুদি তোকারেভনা বোয়ার্কা রেলরে ষ্টোক্তগী য়োংপী *পুড কুন লৌথ্রে হায়হনা। তোকারেভনা য়োংপীশিং অদু লৌমীশিংদা য়েনথোকখি, রেল তালিগী উশিং হোনবদা মথোয়না তেংবাংবগী থুংশুমল পীবা ওইনা।

"ঐনা বাকৎ পুন্নমক অসিগী মরমদা কমরেড জুখ্রাইদা হায়রমই। ঐগী বা তারগা মহাক নোকপদনক নোক্লমই। "পুন্নমক অদুগীদমক্ত ঐখোয়না চেকশিনগদবনি।" মহাক্ল থুম্নক্লমই।

"রেলবেদা থবক শুবগী থবক অসি নোংম নোংগী লাকশিল্লক্লি, অদুনা নোংম হায়বসে য়াম্না মথল নৈরক্ল। মরম অসিনা করিস্ত কান্নদবা থোদোক বাথোকশিং অসিবু খাংননবগীদমক ঐখোয়গী থৌনা লৈবা তাই, লোয়ননা শুবনীয়া কমিতিদা অখিবা পীরকপশিংবু থংহনবা তাই। অসিগীম্ত মথক্তা থবক শুরিবা মুপাশিংনা থবক শুগী আইনবু হেম্না হেম্না থুগাইরক্লি।

"ওন সিন্সকনা অপিকপ ইলেকত্রিক ষ্টোভ অম পুরক্লমই। ওলগা মুরিনেভ অমদি, ঐখোয় অনি মৈকুদুদা থুং শাহন্নমই, তৌইওমম্বং অপিকপা মৈকু অদুনা কাদুবুদি শাহনবা ঙমলমদে। অসিগুম্বা অইংবা অসিগী বাথল থম্নরগা ঐহাক ঙক্তবা ঙমদে,

* কুসিয়াগী অরুম্বা ওনবগী চাং।

সুপায়চাশিং অহুনা জঙ্গলদা ভময়থীরবা অটংবা অসিবু করম্বা থাংলিবনো ? শুনগায়া ঐহোন্দা হায় মসি অস্পকী মস্তিক টংই মহুদি ডাক্তর থানাদা অনাবশিংনা থারবা কম্পুরগী মখুং কাওবদ নিকুনা থাংই। ডাক্তর থানাদি সুমিৎ নিশিগী মমুংদা নোংময়থক্কুং শাহল্লি।

"নত্তেনে কময়েত ও' সিন্সকি, লানগম অমদা অহা অনা নংবা হায়বসে লানকমদুগী মতুংদস্ত অহুম্মক নংই।"

"অহিং চুপ্পা উন তাই। বোয়ার্কাদগী থবক শুবশিংনা ইরকই মহুদি পোং থুদিংমক উন্না কুপশিনগ্রে ময়ম অহুনা মথোয়না রেল তালি শেংদোকপা লেপ্পা তাদ। ছসি শুবর্নীয়া কমিতিনা রাষেপ অম লেপ্লরমই। বেং লম্বী শেম্বগী অহানবা শরুক হায়বদি উ যাল্লিবা মফময়ু কাওবদি লাক্লিবা অমুয়ারিগী তাং ১,১৯১২দগী থেংথদবা। রাষেপ অসিগী শাওন বোয় কি দা থুংবা মতমদা টৌকাসেভনা অমুম হায়কলমই;

"করিগুম্বা ঐথোয়বু শিশিথিত্রবাদ, থবক অহু তৌপনি"

"অসিগুম্বা রাশিং অসিগী ময়ক্তা ঐনা করিগুম্বদম্বু কোচাগিনগী ময়মদা লাদে। ঐনা হেন্ন গুকইবদি রাকংশিং অসিগী ময়ক্ত হায়বদি পানক্পনোভকী 'কেশ' অসিগুম্বা মহাক্ক মাওংক্তবা অসিনি। হৌজিক কাওবদ ঐনা থক্রবা ভমন্ত্রি, কগীদময়ক্ত মহাক্ক ঐবু থাদোক্লিবনো হায়বা।"

"ডিসেম্বর ৫

"ভরাং ডাকুশিংনা রেলরে থবক শুকমদা ইথং থংহৌদনা লান্দারমই"

থুদোংথীবা থোকঅগত্র হায়বগী অকিবগা লোয়ননা থোঙ্ক-কম পুংথরয়া উনগী মংক্ত থয় কুইন কুইনা হোন্দুনা চংলমই। হৌজিক্তী শগোল অমগী লোঙনা উনগী মথাদা লৈবা অকংবা শীংজা অম লেংলমই। লুমলবা থোঙনা নেংথরকপনা উপা মচা অদু গ্রেক লাওনা ভেকলমই। মতমত্তদা শগোল অকিবা

অমদি চিংনবগা লোয়নন মতুক থাজংসমই অহুদগী খোঙ্জেল অহুনা মহাক্কী যুংখংলগা মনাকোংদা হেক থৈরবদগীদি পাখংপগা লোয়ননা খুকপ থাংদুনা চেল্লমই। অহুমগীদি শগোল পুম্নমক মথং মথং চেল্লমই।

অত্থুমনা চেনখিবনা শগোল তোংবা থরদি, হৌজিক কাওবা ঈনা কুপত্রিগ চীংগী অওম্বা চংশাং পরেংগী রাংম লানখিরমই। মকমতুনা শগোল তোংবশিং অদুনা মখোয়গী শগোল চুপলি চীংখংলমই। শগোল চুপলি চীংখংলতুনা চংপা মতমদা সাবন্দগী রাম্থিরবা য়োংকী খোঙনেংনা লেংবা মতমদা শেংদবা, মখি শাঙ্গিবা খোনজেল কয় থোক্লমই। মখোয়গী লুচিংবন তোংলিবা মশা ওয়িত্রবা শগোল লাব লমশাং লেপ্পুনা চেল্লকপদগী মশা পুম্বা কমাংনা পুমচোং চোংনা মক মরক লালব খোনজেলগা লোয়ননা লেং হাইরমই।

"মকমসিদা লৈরিবা মখোয় পুম্নমক্কী থুদোং থীকম অম লৈরে," শগোল তোংবা লুচিংবা অদুনা উক্রেংগী মরোলদা হায়রমই। "অহুনা ঐখোয়না মখোয়দা থৌমক ঈশ্বরগী তমথীরব লোংদম অহু শীংগনি।" আজমন হায়রমই মদুদি কাওবশিং অদিনা শীং-উ হেন্না মাংহনবা মরম ওইদুনা মখোয় হয়েংগী নুমিৎতগী মকমতুনগী তানখোরনি।

মখোয়না ষ্টেসন কাওবা পদেং অমঙতদা চংলমই অদুগা অপিকপা রেল-লম্বীগী মাকদা লক্লা চংলমই। কুপ শাগুগী মনাক্কী উ-বা কোকখোক্লবা লমহাং উরকপদগীদি মখোয়গী খোঙথাং তপথরমই, লোয়ননা খোঙনা চংপগী অতপ্পা খোঙ-থাংদা চংলমই। অহুদগী মখোয় লেপলদুনা উগী মকমদা অহংবদা খোজনা লৈরমই।

উগী মকমদগী অমুক্তদা পুম্না কাপশিল্লবা নোংমৈশিংগী খোনজেল অহিংগী অচিকপবু থুগায়রমই। অদোম্বা নোংমৈগী খোজেল অহুনা বির্চ উগী উশাদগী থৈরোইনা চোংবগী মতোউদা,

অতৌবা উনগী মপাক অম ঙাংলবা থাবলগী মঙাল। অমংখা মুপাগী মচেং অম তারকপগী মতৌঙুম ত রক্লমই।

অসুমনা নোংমৈশিংন উংশংগী মরক্তগী অমম্বা ক্লমিদাংদা থংঙান থংঙংন ঙংনবা মৈঙাল অমগা লোয়ননা কাপশিল্লমই। নোংমৈ মকুনা ফক্লাংগী লৈমায়দা চংলমই অমদি লৈমায়থক অহু মচেং মচেং মচেং কায়তুনা তারমই। অহুগী পানক্তোঙকী খোঙনাউগী মীংশেলদা নোংমৈ মকুনা পানবদগী মিংশেল মচেং মচেং কায়বগী চোংথোরকপগী অমংবা মঙাল উরমই অমদি খোঙনাউগী খোঙবা মচেং মচেং খোক্লা কায়রমই।

থংহৌদবা অয়োনবা লান্দা অহুনা কাংক্লকী লৈমায়থক্ত কমহুনা লৈরম্বা মীশিং থংপ্রেক থংনা চোংথংলমই। অতুবু অশিবগী তিল অহুনা কা মনুংদা পাইশিল্লকপা মতমদদি মখোয় মশেল অমনা অমগী মথক্তা তাশিল্লমই।

"কদায় চংতৌরিনো?" ড্যাবভানা পান্ডেলগী কোটকী কীজি পায়তুনা থাবলমই।

"মপান্দনি"

"পাকথৌনে অপংবা!" ডমিত্রিন লোনা হায়রমই।

"নংনা নকোক হেক লিংথোকলুব মিকুপ্তা মখোয়না নংবু কংগ্রগনি।" মিং না শিংদবা য়াগ্রবা তাংকম অদুদা মখোয়না খোঙগী হেক মনাক্ত, নাকল অমমমদ লৈনরমই। ড্যাংভা লৈমায়থক্ত পাকথরতুনা রিবোলবরনা খোঙলোমদা মুরহুনা লৈরমই। পান্ডেল খুকউ নাম্মা লৈতানা নীঙকাংনন', পাথং-পগা লোয়ননা মহাক্কী রিবোলবরগী ড্রমদা পায়তুনা লৈরমই। মহাক্কী নোংমৈ রাউণ্ড মঙারকীনি, অহানবা চেম্বর কাপথোক-খিরমই মরমতুনা অতোপ্পা চেম্বর অমগীদমক মহাক্তা মহাক্কী নোংমৈগী সিলিন্ডর লৈরমই।

অসুম্না ঙাইহাক কাপনরবা মতুংদা থংহৌদনা কাপনবা অহু লেপখিরমই। অতুবু, কাপনবগী মতুংদ ওইরকলিবা

শাত্তি অমদি অচিকপা অদু অয়াংব ঈয়াং অমা য়াওরমই।

"খুংলায় পায়বা মী খুদীংমক মকমসিদা থোরকউ," ড্যুবভানা নিকপগুম তৌরবা থোনজেন্দা লাওরমই।

ড্যুবভানা লাওগ্রবা মতুংদা পাতেলনা য়ামনা চেকশিন্না অমদি খুকউ পেনবগা লোয়ননা থোঙ তপনা হাংদোকলমই। ত্শেংনমক অহাংবা মতেক অঙ্কুদা মী কনাম্ব লৈরমদ্রে। মতুগী মতুংতা উনগী মরিক মরিক্না অথোংপগী শক্তম পুরক্নুনা তারি।

জঙ্গলগী মমুংলোমদা শগোল তোংবা মী তরানা মথোয়গী শগোল শাজৈ থারক্লুনা কম্না থৌজিনখিরমই।

মথংগী নুমিৎতা ট্রোলি অম টাউন্দগী থুংঙরমই। গাড়ী অদুনা থুংঙবগা জুপ্রাই অমদি অকিম য়াম্না হরাউরমই অমদি মথোয়না টোকারেভ অমসুং খোলিয়াভা উমরমই। গাড়ী অদুদগী মেচিনগন অম, মেচিনগন মরুগী বেলট য়াওবা উপুশিং অমদি রাইফল ত ন অনি ষ্টেসন প্লেটফোর্মদ থাংথরমই। পো শিং থাংথবা লোয়রগা থুনমক মথোয়না রেলরে লাইন্দা চৎলমই। ইম্না তৌরোক তৌনা কুপশন্নবা উত্তগী মথক্তা কিওদোরগী অচোনবা কে টকী কিনানা ডনগী লৈমায়গী অকুৎ-অতোংগী তাম্বা ইল্লক্নুনা চিংক্নুনা চৎলমই। মাং তাকহনবা গুমবা খুংলায় হায়া ডেক অমগী অ নম অরাং নাইরবা কমবাক্ত চৎপগুম, তরুব তরুব থাংবা নিংথীজদবা খোঙথাংদা কিওদোর চৎলমই। মখোঙ শাংবা অকিম কিওদোরগা খোঙথাং মান্ননা চৎলমই তৌইগুম্নমসুং টোকারেভনা মশাগী খোঙথাং কান্ননা চৎক্নুনা মথোয়গা মান্ননা চৎনবা হোৎনরমই। থৌজিক্তী মখোয় অহুমক চপ মানবা খোঙথাংদা চৎমিন্নরমই।

"ডাকুশিংগী লাম অসিদি ঐথোয়গী হেন্না খুদোং থীবদি নত্তে। মসিদগী হেন্না খুদোং থীবদি রেলরে লাইনদা লৈরমলিব অতোং-অকুৎ থর অসিনি। মসি ঐথোয়গী লাই-বক লৌবনি। ময়মদি মসিনা মথোয়বু থবক হেন্না শুহন্নুনা থর হেন্নমক তৌথবগী অয়াবা কংবা তাবনি।"

রা থব অসি ঙাংলমলগা অহল অদু লেপথিরমই। মুংশিং শিংলকপা মায়কৈদা ভুং ওনশিল্লগা মৈখেৎকী চাকলিবা মৈবু থুবাক অনি কোন্তক্ল থল্লহুনা চুকট চমলমই ; চুকপ অচু অমুক অনিরক চিংলগা মাংদা হেনগৎপ্রবা অতৈবু কংনবা খোঙথাং থুনা চৎলমই। অকিমদি মহাকপু ঙাইড়না চৎলমই, তৌই-ঙম্নমক্তুং থুথাই মঙোম্লগী হেনগৎতুনা চৎলমই।

"ব্রেল লম্বী শেম্ব' হসি মতম চানা লোইবা ঙমগনি হায়না নহাক্ত থনত্রা ?" অকিমনা টোকারেভনা হংলমই।

টৌকারেভ পাওথুম পীক্রিনৈঙদা ঙাইহাক্তং ভুমিন নৈরমই।

"হোই, মসি অঙ্গুয়া তৌবনি ইচাম্বুপা," মহাক্ত পাওথুম পীবা হৌরক্লমলই।

"মরামনা ঙংনবদদি মসি লোয়বা ঙম্মরোই। তৌই-ঙম্নমক্তুং মসি লোইথোকপা তাবনি, নংম্ভ থবক অহুদা য়'ওরিবনি"

মখোয়না ফিওদোরনা চৎলিবা খোঃকাপ তামথৎতুনা পয়েং অমত্তদা নক্কনা চৎলমই।

"থবক অসি করম করম তৌদোরিবনো অমদি হৌজিক্ক করি ওইরিবনো হায়বহু মসিনি," টোকারেভনা শেংন হায়বা হৌরকলমই।

"ঐখোয় অনিভনি, মকমসিদা লৈরিবা পাতোম্কিন অমম্তুং ঐ মাংসদগী থংলগনি মহুদি অসিগুম্বা ভীকমসিদা থবক অসি লোইবা ওইথোকলোই হায়বসি। থুংগু থুংলায় বাংলিদো, ঐখোয়গী গুবগী শক্তি বাংলিদো। তৌইঙম্নমক্তুং মীশিং অহুগী অয়োইবা মী অমমম থুদোংমক্লা শংই, লাইন অসে ঐখোয়গী অঙম্বা পাজল-শক্তি অপুম্বা শাজিন্নদুনা গুবা তাবনি হায়বসি। নংম্ভ থংঙেদনা, করিগুম্ব ঐখোয়শা উমংনহুনা শিখিক্রিবদি থবক অসি লোইক্রিবা কাওবা গুবা তাবনি হায়বগী মরম। নখোয়মু শপা নতোম নভোমভ ভুমিন্ন বিচার তৌদুনা হেংঙ, থা ১খোম

হেন্না ঐখোয় লৈবাক তৌহনা লৈরকইবনি। মরিশুবা মহুৎ শিল্লকপা কাংবু পোথাবা য়াররবনি অহুবু মখোয়গী মচুংদগী মরু ওইবা মীশিংদি নুমিৎ চুপ্পা থবক শুহনা লৈরি। অসি-শুম্ব' মখোয়গী পাজল অমদি অর্থাৎ কনবগী শক্তি অসি মখোয়গী পাংথং ওইবগী থৌগালনি, মখোয়না থবক অসি অস্তুম শাংথনা শুবা হেমলিবস্ত। তৌইশুমন্থং মখোয়গী ওংখোয় মমদি কা হেন্না হংলব নৈ। পুম্নমক অসি য়েংশুরবদি ন্নপামচাশিং অসে সনাগী অরুম্বগা চাংদমনবা য়াররবনি। অহুম ওই হুনন্থু খুদোং থীনিঙাই ওইরবা মকমসিনা মমল লৈরবা মীশিং অসিগী মচুংদগী অমদগী হেন্না শিহনগদৌরি।"

ষ্টেসনদগী অপিকপা রেল লম্বী কিলোমিটর অমরোম শাংনা শেন্না লোইরে। মসিগী রাংচনি কিলোমিটর অমগা তংখায়-রোম শাংনা লৈতেম মামবা লম্বীগী মথক্তা নোং নুংশিংনা কুদেকপদগী উশিংনা রেল তালিগী উবু পুম্না কুপশিন্দুনা থম্মিবা অহুগা মসিগী রাংমদগীদি অতোংবা শরুক মথেতনা হাইহ্রে নুপ্পগী লৈতম মাম্না মতেক থর নত্তনা।

পং ক্রাতোত্তকী ব্যুলডিং ক্রিমু নং ১ না সেকসন অসিদা থবক শুরি।

ন্নপা নিকুনা রেলতালিগী স্লিপরশিং পানশিল্লিটৈ মতমদা কারোটকী ভুস্বৌদোনা মকোয় চোম্বা লৌমী হুপা অমনা থুরুম তোংলহনা তাহাদনা গাড়ীদগী উককশিং রেল লম্বীগী মুমকমথক্ত থাথরমই। হকমহুদগী থর থাগুক্লা গাড়ী কয়া-মুক্তগীদু উককশিং থাথরমই। রেল তালিগী স্লিপরশিং অমেম অরাং মামনা শেমনবা অশাংবা য়োংচৈ অনি লৈমায়থক্তা তাহনা লৈরি। শিচুংশিং অরোইবা মতোল থক্তিং কোনবা অপৈ অরাক চুমননবা য়োংকী খুৎলায়শিং, বিরচানরচিংবা লৈরিবা খুৎশূ খুৎলাই পুম্নমক অমে রেল তালি কিংথৌজনা শেমননবা হাতনি।

ষ্লিপর মকম চানা চানা পানশিনবা হায়বসি য়াম্না তপই হোংনবা চংই। ষ্লিপর লৈন্নুংদা য়ামনা চেংনা অমদি হাংবা মায়না ফুমগদবনি অদুমনা ভোরবদি রেলগী চাকানা চংপা মতমদা তালি অনিমক্ত চপ মায়না নমথৈ।

অরুবা য়াকম অম লৈরিবদি মী কাংবু অতুগী মনুংদা সুপ্রগী মী অমথক্তনি রেল তালি চনবগী মঙং থংলিবসি। মহাক অদুদি লাইন কোয়মেন ওইনা থবক তৌরিবা, মুতুক মুবা মকোয় থাকপা, চহি ৫৪ গী অহল অদুবু, মকোক পোক অমত্ত হৌদবা তালয়াগী মপা লাগুটিননি। মহাক থবক অতুনা হেক হৌরকপদগী অরাবগী শরুক্তমক লৌরক্তুনা মহা ওইবশিংগা শুমিন্নরক্লবা অমদি কংবু অতুগী ঈজ্ঞং তাল্লক্লিবা অহল অমনি। লাগুটিন, পার্টি মেম্বর অম ওইত্রবস্তু পার্টিগী কনফরেন্সনচিংবা কয়াদা মহাকপু নিংথীজনা ঈকায় খুম্নবীরবা মীশক অমনি। টকায় খুমনবা অতুগীদমক মহাক য়াংনা চাওথোকচৈ অমদি মহাক্লা হায়দোকখিবা য়াবু থবক অদূনা লোইহ্নিবা কাওবা ডাকলগনি মায়না খল্লিবা মীশক অমস্তনি।

" ঐনা নথোয়ত্তবু থবক অসি শুননবা করমনা থাদোক্কনি ? থবক অসিদা থংলবা অচৈবা মী অমনা য়েংশিনবা নত্রবদি থবক অসি অশোয়বা শোয়দনা য়াওগনি। অস্তমন শোয়বা য়াওরক্লগদি; ষ্লিপরশিং শেমজিল্লিব মতমসিদগী চেক্নোক্তনা লৈবাক অসিদা ঐনা নিংশিংবা ডমদবা মতম কাওবা ঐচেত্নদা চৈরগনি ;' অস্তমনা মহাক্লা ফজবা কাগীগী লোন্দা, মাবু মহুং শিমনরা হায়রুবা মতম খুদীংমক্ত হায়পনি। মরম অসিননি মহাক্লা শিনবা নাইদনা হৌজিক কাওবা মকমসিদঃ লৈরিবা।

পাতোঙ্কিন্না উরে। ' মহুদি লাগুটিন থবক অতবু ফজনা থংবা-হৈ ঙা ওইবঁনা মহাকী থঁং শোইরমমোই হাঁয়না থাজবদগী সেকসন অদুদা পংমেং য়েংশিনবগী থবক তৌদে। থবক শুম্বিবা কদম অতুদা তৌবাসেত, অবিম অমত্তং জুপ্রাইনা লাকপা

মতমদা পানক্রাতোভ স্কিপর অমগী মকম তৌথোকপদা মামায় মথিং ঙাংশিন্না হুমাংনা পুমচোং চোংনা থবক শুদুনা লৈরমই। অকিংনা ষ্টেভডোর অহুবু লায়না শকথংবা ঙমলমদে। মরমদি পানক্রেতোভ য়ামনা ময়েং তারমদে। তাইকেং তারবা মোংলবা মায়থোংদা থক্তাইগী শক্লশিং নিংথীজনা উরে।

"মুংঙাইরে, মুংঙাইরে," অকিমদা মহাক্কী থবক শুবগী শাগংলবা অমদি হুমাংনা চোংলবা খুৎ পীনা পীনা হায়রমই: "অচৌবা লুচিংবশিং লাক্লেদনা।" অহুদগীদি য়োং পায়রহুনা থবক শুরম্বশিং লেংখিরমই। মাগী অকোয়বদা লৈরিবা থবক কুইনা শুরকপদগী মায়থোং তাইরক্লবা মীশিংগী মায়থোংনা মুম্না মুম্না য়েংলক্লমই। মখোয়গী কোটশিং অমদি জেকেটশিং করিম্মু থোশাবা তৌদনা উনগী মথক্ত পৈশিল্লুনা থমলি। লাঙ্গটিনগা শমনা বারী শামরবা মতুংদা টোকারেজনা পার্টি অহু পুরহুন মুঙকুককমদা চংলমই। মহাক্ক পানক্রাতোভপুম্মু মকমহুদা চৎপা য়াওনবা হায়রমই। স্টেভডোর (পোং লৌথবা অমদি থাঙ্গৎপগী থবক তৌবা মী) জুখ্রাইগী নাকন্দা চংলমই।

"ঐঙোন্দা অমুক্ত হায়মু পানক্রাতোভ, মোতোভিলোভকা স্টেসন্দা করি থোকখিবা?" চেকাগী মী অহুদগী খুৎলায় মুন্দুনা তৌখ্রিবা থবকশিং অদুবু নংনা কা হেয়া থবক তৌগ্রে হায়না খন্দ্র? ফিওদোরনা বা ঙাংবা ও ঙ্রবা ষ্টেভডোরহুদা শুকদোকপা মীংয়েং অমগা লোয়ননা কংলমই।

পানক্রাতোভ মক্ক মুকথনা মচিনথান মথাথংবা চিক্লহুনা ইতে তেংবা থম্লকলমই।

"মদো করিগুম্বা য়ানবা অমগী মথাদা তৌখিবনি, মহাক্ক ঐখোয়দ মহাক্কী খুৎলায় লৌথোকুবা হায়রমই। ঐখোয়না থবক অহুগী মরমদা মঙোন্দা হায়বা মতমদা মহাক নিংথীজনা ভাপ তাই, মহাক অকবা মী অমনি। ঐখোয়না মঙোন্দা থবকশিং অহু অমুবনা তৌশিবনি হায়রহুনা শন্দোকল্লবা মতমদা

মতিক চানা কল্লবনি। করে, হৌজিক্তী ঐখোয় থর হেন্না মরু ওইবা রাকমলোমদা চৎলসি।" অহুদগী জুপ্রাইনা ডাকু-শিংগী লান্দা অহুগী মরমদা অকুপ্পা মরোল হংনবরোমদা চংশিল্লমই।

খোয়ার্কা ষ্টেসন্দগী কিলোমিটর মরি মথাগোম লাপপা মফম অমদা মী কাংলুপ অমনা লাইন্দ লৈবা অতোংবা শরুক অম কন্না থবক শুদুনা তৌথোকলি। মী তরেৎনা ডিটেচমেন্ট অদুগী লৈকপ খুৎত খুৎলায়শিং পায়রি— কোর্চাগিনগী নোংমৈ অমস্তং পিস্তোল খাশির'ভানা পায়রক্লুনা অমদি পানক্রাতোক্ত, ড্যুতত্তা অমম্পুং খোমুত্তোভনা থবক শুরিবশিংবু ষাক শেল্লি। পাষ্টোকিন্না সৈত্তোং অতুগী মতোন্দা কমলগুনা মহাক্কী নোট বুক্তা কিগর-শিংবু ইশিল্লি। থবক শুরিবশিংগী মনুংদা মহাক মতোমতনি ঈ· ভিনিয়ার ওইরিবা। টেক্নিসিয়ান ভ'কুলেনকো থবক শুবদগী চেনবগীদমক ডাকুশিংগী খুত্তা শিবদগী হেন্না শাথিরবা বিচার অমদা মহাক খোক্লদবনি; অহুবু মহাক হুমিং অহুগী অরুক চেনথিরমই।

"চীংদোংগুল্লবা অতোংবা শরুক অসি তৌশায়বদা হাপ্পা অতিরোম চংগনি। লৈবাকসিম্ন য়ামনা কনশিল্লে," মহাক্কী মাকন্দা লেপশিব' মশক মুবা খোমুত্তোভত্তা পাত্তোক্কিননা য়ান্না নেম্বা খোনজেল্ল হায়রমই।

"লাইন অসি থুংনা তৌনববা ঐখে'য়দা হুমিং কুমিত্তদমক পীরিবনি, অহুগা নংনা লৈতোংসি তৌবদা হুমিং তরামথানি পারিবা," খোমুত্তোভনা মনাত্তোন স্তু''য়গী কোটকী মত্তোন মচিনবান্না শায়খোই না-খো' তৌরহনা থাংলক্লমই।

"লোয়বা হখোইয়ে- ঐ কীরে। থবক শুবা মীশিংপা অসিগুবা য়ানবা অম থমহনা ঐ কৈদৌঙৈদম্ব রেল লাইন শেমথিজ্রি। ঐ শোয়বা য়াবগী অকিবা লৈ। অশেংবমকম্ন মথাংদ অনিরকম্ন শোয়রবনি।"

অহুয়া থক থবগন্থ, ঐখোয়না পাণ্ডেলগীদমক চেকশিনগনি। ঐখোয়না মাবু চাকশংদা ওভার্কাগী তেংবাংবা অম ওইনা থবক পীবদা মঙোন্দা ভোট পীগনি। কয়িগুম্বা মহাক্না অপংবা মী অম চন্দ্রব'দ লৈরংদা তকলুবা অমম্পুং মাইকবা মাই নত্রগা ওভার্কা মশামক্ত।" একুনেন্তকী অকোনবগী বাহৈ অদুদা মখোয় মখৈ খোনজেল হৌনা নোক্লমই; পুমিং অহুদ নোকখিবা অহুনা মখোয়না থবক অত্ত গুরকপদগী অহামবা নোকপনি।

ফিওদোরনা লৈতোং লৈরিবা মকম অহু নিংথীজনা য়েংলমই, কচুপা টোকারেভ অমদি পাটোস্কিনগা লোয়ননা গাঙী মচা তোংহুনা ঊ তারিবা মকমদা লাক্লমই। মহাক্না হল্লকপা মতমহু কাওবদা থবক শুবশিং অদুনা য়ামনা অথাং কনবগা লোয়ননা চাংদোং অহু ভোহুন লৈহৌরমই। ফিওদোরন মসিমস্থ উরমই মহুদি খুংলৈ খুরবা য়োংশিংগী লৈথা অহুগা অকনব। শক্তি অমগা লোয়ননা থবক শুবশিংনা মথাং কোন-থত্তনা নোম্হবিবা। পুম্নমক অহুবু উরগা ফিওদোরনা অকিমদা ওনশিল্লকলমই অহুগা নেমলবা খোজেন্দা হায়রক্লমই:

" মীটিশিং তোক্লবগী কাম্নব লৈতে। এজিটেসনগী দরকার লৈতে মকমদসদা। নহাক্ত হায়বা চুমই, টোকারেভ, নহাক্না হায়খিবদো মুপামচাশিং অসে মনাগা খন ওমবা ম'রে হায়দুনা, চুমই, টোকারেভ মকম অসিদনি য়োংপু মখৌ হাপনিবা।"

অম্মুমনা হায়রহুনা জুথাইনা লৈবাক ভৌরিবশিংবু অপুকপ অমদি মীপুংশিগা লোয়ননা য়েংলমই। অহুম ওইনমক মহাকী থম্মোইদা পেনজবা অমদি চাওথোকপগী খোংলবা বাথল অমদি কাওরমই। মখোয়শিং অসিগী মমুংদগী মী থরদি মতম থরগী মমাংদা মহাকী মমাংদা মখোয়গী নোংথৈগী শজীনশিং য়ুংথহলদুনা লেপলম্ননি। মুমিং অদো লালহো অসি ভৌত্রিহৈগী ক্লবিবাংদনি। অহুপা হৌজিকনা মামবা লীংজেল অমম্ভা

মখোয়না হমাং ঔরি শিন্দুনা পাজল তেক্লা থবক শুরি, মতুনা কল্লবা ৱেল তালিগী য়োৎপু মথৌ চেলহন্দুনা থুংঙ্গ্রগনি মমল নাইত্রবা পুক্কিগী নুংঙাইরবা লমদমমতুদা।

য়াম্না চীংলেম্বা অমদি মরাচেৎলব’ রা অংগা লোয়ননা পাক্তোক্লিয়। ফিওদোরনা উৎকমই মতুদি কাপ্পা অনিদগী তাদনা পীরিবা মতম অদুগী মঙ্গুংদা হৌরিবা অদু লোইবা ওইখোক্লোই হায়বা। ফিওদোরনা মহাক্কী রাকম অদুবু হাপ্লা খংলবগী মওং অমদা মুম্না তারমই, রাকম অদুমক্তম্ন মহাক্কী মপুক্কিংদা থন্দুনা লৈরমই।

“লৈত্তোং অদু হৌবগী ৎহক পুম্নাক লেপলো অদুগা রেল লাইন শেম্বয়োমদা চৎথরো। ঐখোয়না থবক অসি অতোপ্পা মওং অমদা পুরগে.” মবৈমথংদা ফিওদোরনা হায়রকলমই। অদুদগী ফিওদোরনা ষ্টেসন্দা চৎতুনা টেলিফোন্দ মতম শাংনা লৈরমই: মহাক্কী গার্ড ওইনা মপান্দা লেপলিবা খোলিয়াভানা ফিওদোরগী অচৌবা খোনজেল্লা তাংবা তারমই।

“মিলিটরী এরিয়াগী চিফ অফ স্টফ তা পুতিরেৎস্কীগী রেজিমেন্ট রেলবে জোবতা থুদক্তা হো’লরবগীদমক ঐগী মিংদা টেলিফোন তৌখো। তাকু লালহৌবা শিং অমুক থিনথবা তৌদনা তানথোকখিদবা য়াদে। থুংলায় য়াওব রেল গাড়ী অমগা চৌং কাপথায়নবা মীগা লে’য়নন’ থ’রকউ। অতৈশিং অদুদি ঐ ইশামক্তা য়েংশিনগে অদুগা ঐ থেংনম্ন হল্লকনি। অহিং নোংয়াইদা পিটকে গাড়ীগা লে’য়ননা ষ্টেসন্দ. লৈরম্মু হায়য়ু.”

বেরেক মঙ্গুংদ অকিমনা অতেনবা র: থর ঙাংলবা মতুংদা হুম্রাইনা অমুক ঙাংলমই অদুনা পুং অমরোম কংৱেডশিংগী ওইবা রাথমবদা। হৌথিরমই রা শম্নবা অদুদা ফিওদোরনা কংৱেদশিংদা হ’য়রমই, থবক শুবা লোইমনবগীদমক অকক্লনা

শীরীবা মতম জন্মমাবিগী তাং অমসে মসিদগী'দি অমুক শাং-দোক্লবগী বা লৈররোই।

" অদুনা হৌজিক্কী ঐখোয়না চীংদোং তোথোকপগী থবকসে লাম্নীশিংগী মথুংতা শীন্নরবনি." মহাক্না মথা অমুকস্ত শম-ংরমই "পার্টি মেম্বরশিংনা কমরেড ভ্লাবভানা রাথংবা মী অমা ওইনা স্পিসিয়েল ভাস্ক কম্পনি অমা শেমগনি। কম্প'নি অদুগী কা লুপ তরুকমক্তা অকক্লবা থবকশিং লৈগনি। থবক্তা লেম-হৌবা শরুক অহু চপ মাম্নব' শরুক তরুক থোক্না থায়দোকনি চিম তরুক্ত'দবক। অদুগা জন্মমারিগী তাং ১ দদি থবক থুদোংমক পুম্নোই লোইগদবনি। থবক ইহান হান্না লোইবা চিমন' টাউন্দা চংপা য়াগনি। অদুগমে, প্রেসিডিয়ম অক দি গুবর্নীয়া ইকজেকুটিভ কমিটীনা খাইদগী কবা চিম অমদি থবক হানবা লোয়বা চিমদা ওর্ডর অক দি রেড বেনর পীননবস্থ হায়জন্নি।

"কমরেড পানক্রাটোভ, কমরেড ত্যবভা, কমরেড খামুতোভ কমরেডপু লাণ্ডটিন, কমরেড কোর্চাগিন অমদি কমরেড ওকুনেভপু চীমশিংগী লুচিংবশিং ওইনা খল্লগনি। অদুগা থবক-শিংগী চিকভি, থবক ভসিগী পোলিটিকেল এডমিনিসনোটী ভ লিডর ওইন্নিবা এনভোন নিকিফোরভিচ টোকারেভনা হান্না ওইরকপগুম মহাক্না ওইগনি।" অদুমনা কমরেড জুম্রাইনা বা ডাংনবগী মতুম লৈরব থোনা অমগ অমদি ম'শিং অহুবু অভাবশিংনা য়ামিংনবগী অকবা য়াথল চেমবা ঈথব অমদা তাংলমই।

উচেক শদু অমনা পাইগদবগী মশা' থপলকপগুম. কিওদোয়গী বা ভারবা মচুং'গা মীয়ামগী থুংশিংনা তপেনবগী থুবাক থুরমই অমদি থবক লোইবা চপরোই হায়বগীদমক তুক-শুমলবা মায়থোংশিং অপেনবা কৌবা মহাক্ন' যোমোন লোকপগী শায়েহোং তমম পুথিরমই। নিংথীরবা বাহৈগী থৌনা অমনা হমজুনা পুরবা কিওদোয়গী বারোইশিন অদুনা মীয়ামবু অকা

অপূমনবা পুকনিংগী লাংদগী লিংথোকহুনা ময়া লাওনা নোকহল্লমই।

মীটিং লোয়রবা মতুংদা মী কুনমুক্তা ফিওদোর, অকিমবু ষ্টেসন তানা থিনদোকপা চংলমই। ওায়নরমদাই মীকপুদা ফিওদোর অমদি পাভেল থুং শোক্লরমই। মথোয় অনি থুং শোক্লবা মতমদা ফিওদোরনা পাভেলগী উয়া পিক থম্না য়াওরবা গেলোস বুটতা য়েংথরমই। মচেং মচেং শেগায়রবা বুটতা গেলোস হোপশিন্দুনা য়াম্বনা মুংঙাইতনা পাভেলনা শিজিন্ন-রিবা মওং অহৌদা ফিওদোর মুংঙাইরদে।

"ঐনা নংগীদমক বুট জুরা অম থারক্লগনি," মহাকনা নেমলবা খোনজেলদা হায়রক্লমই, "নহাক্না তৌরিবা মওংসিবু নংগী নখোঙচুবু পূমপঙ পঙশিন্নৌরনে?" "থর থরদি পোমথংলে," পাভেলনা ইচম চমনা খুমলমই। মতাংহৌমক্কদা মতম থরগী মমাংদা ফিওদোরগী মকদা মহাক্কু হংজিনবা য়া থর নিং-শিংলক্লহুনা ফিওদোরগী পাঙ্গোম পায়রমই। "ঐহোক্ন ঐগী রিভোলবরগী মরু থয়দং পীবীবা ঙমগদ্রা? ঐগী মক্কু অহুমথক্ক ঙাইরে।"

জুপ্রাই য়ানিংদনা মকোক হাইরমই, অদুব পাভেলগী নিংবা কায়বগী মায়থোং উবদগী থুনমক মশামক্কী মাউঙ্করগী মরি লৌথোকলমই।

"সিদা নংগীদমক খুদোল পোং অম লৈরে।"

অহানবমক্কদা পাভেল থাজবা ঙমলমদে, মদুদি মতম কুইনদগী মহাক্কী থম্মোইন নিংকররুব পোংশক অমবু তশেং নমক ফংলে হায়বসিদা। মহাক্কা অন্নুমনা থনফহুনম্নু, জুপ্রাইনা মহাক্কী লেংবান্দা শাউনগী নোংঠৈ মরি অন্নুমনা হায়রহুন। য়ানশিনবীরমই।

"লৌয়োগে, নহোক্ন পীরবনি! ঐ থংই নহাক্কু মসিগীদমক মতম কুইনদগী নিংজরকনবনি। অদুগা ঐহুভো জেকতি

চেকশিনগদবনি, মসিমনে ঐখোয়গী মীদা কৈদৌঙৈদনু নংমা তাপ্পা য়াদেকে'। মরু থমা য়াওরবা ক্লিপ অহুমশু সিদা লৈরে।"

খুদোলপোৎ অম কংবগী মুংঙাইরবা মীকুপ্তুদা অতোপ্পশিংনা মঙোন্দা কন্নকন য়েংলিবা মীৎয়েং অহুম্নু পাভেল থংজরমই।

"হে পাভেল," মীয়ামদুগী মরুক্তগী কনাগুম্বা অমনা লাওরক্লমই, ঐনশু নঙোন্দা য়াউ মতু মমুংদা য়াওবা বুট জুরা অম পীগনি।"

পানক্রাটোভমা লাংতক্লনা পাভেলগী মংমগন্দা খুনিংমা ইল্লমই। "লাকঙো, ঐ নঙোন্দা শামতু হাপ্পা খোঙ্গুপ বুট জুরা অমা পীগে। মংমা কৌজিক শিজিন্নরিব খোঙ্গুপ গেলোস হুদুনা অহুম মথা শাংথনা শিজিন্নবা তারবদি নহাক খ্রিষ্টমাস য়ৌরিব্রৈদা খোঙ্গদনা শিরগনি।"

খুদোলপোৎ কংবগী মুংঙাইরবা ইনংসিগা জুপ্পাইনা মখোঙনা ত্রোলিগী কাপংকম থাক্ত থাজংলদুনা থুকত্ত মথক্তা পাভেলগী মক মাউজরগী পার্মীট ইরমই।

মথংগী অয়ুক্ত, ঈনজিনদগী কাংঙগী মচুগী মতৌগুম চৌরোক চৌরব ঈনিলগী মপৈ অমা কামথোক্লহনা রেল ষ্টেসন্দ থুংঙরমই। ঈনজিন্দগী কামথোরকপা ঈনিমা লিংথমগী ঈংলবা তক্ত তক্তরবা অতিয়াদা তিনখিহুনা মাংখিরমই। রেলগাডী লেপলবা মতুংদা য়োৎকী দাবাদগী শাউনগী ফিজোল শেংপা মীশিং কুমথরকলমই। পুং থর নৈরবা মতুংদা চৌং কাপথাগদবা মী অহুথক্তা ঙাচৌগা অমুবা শাইরেন মানবা মগা পানবা পোৎশক অনিথক চৌং মথক্তা ফুমজিল্লমই। অদুগা মথোয়না পাউ তাকুবা ওইনা মোংমৈ অনিরক অতিয়াদা কাপথংলমই। মোংমৈ কাপথংখিবা ঊবা অমদি থোলজেন তাবপা লিংথাইদোরবা চৌংথক্তদা লৈরিবা মীশিংনা নাকল নাকন্দ চেনথোকখিহুনা মা মানা থোকপা মচি মক্রমদা পাকথনরমই। মী অমত্ত মংমহুদা চৈজেবা মতমদা চৌং কাপথাগদবা মীশিং

অহুনা ঙ্যাকশী মচিন্দা মৈখেং খেংভুনা চুরমই। ঙ্যাক অদো অশাংবা মৈরিগা লোয়ননা চারুমই।

মীকুপ খরদি মী অপুম্বা থঙ্গ খিল্লবমখৈ ভুমিন ভুমিন লৈনরমই। মীকুপ অনিগী মতুংদা চীংগী লৈমায়থক অহু নিরুংকলমই অহুগা কৌনিঙাই ওইরবা শক্তী অমগা লোয়ননা চাওর-চাওরবা লৈবাক্তী মপৈ মপৈ অতিয়া ভম্‌' পাইখৎলক্রমই।

অনিশুবা পোকথায়বা অহুনা অহানবা পোকথায়বদগী কেময়ুক শাফু কল্লমই। পোকথায়বগী কল্লবা খোমজেন অহুনা জজলগী অকোয়বদা খোঙ্গাং মৈখিহুনা, মকমদু অকিবা কংলবা খোজেন্ন চুং চুং চংলদুনা নিল্লমই।

যোম কাপথিবগী পাইখৎলকপা লৈকুপকী উচুন অমদি মৈখু থমগ্রবা মতুংদা চীংহুনা লৈরবা মকমদুদা চাওরবা কোম অমা ভোথায়রম্লে অহুগা চিঁন অচৌবগী মভোগুম মকুপ মকুপ খোক্তা কায়রবা উনগী পায়খোরকপা মকুপশিংনা মকমদু মী অকোয়বদা খোঙকাপ কয়ামরুম লাপ্পা কাওবা পাইখোরক্তুনা ভারমই।

অদুদগীদি মীশিংনা বেয়চান্দ, পয়েন্তিনচিংবা পাইরহুনা পোকথায়খিবগী কোমদু ভম্বা চেন্নশিন্নরক্রমই।

ঙুঙ্গাইনা চংগ্রবা মতুংদ, মা মাগী কাংবুদা শীরিবা থবকশিং হায় লোয়রহুনা মা মাগী কাংলুপকী ইকায় খুম্নবা চাক্লনবগীদমক অঙকপা কংশবা ভামবা অম থোক্রমই।

মোং ভানগবগী মায়া বাংলিংদগী কোচাঁগিন ভুমিয়া হোৌগৎতুনা অমদি অতৈ হৌগংলক্তনবা চেকশিনজনা ভুমিয়া ইংলবা লৈমায়দা খোউ্প তোংদনা চাকশং ভাবা চৎলমই অহুগা মহাক্তা লৈরং হোৌগৎতুনা চাগীদমক ঈশিং শাহল্লমই। চা লোনবা লোয়রগা অমুক কল্লক্তুনা মহাক্তী মীশিংবু হোৌদোক্ল-মই। মহাক্তী মীশিংনা হোৌগৎলকপা মতমদদি মোংভানবগী ঙুঙ্গাই হায়দোরক্লে।

অদুগুম অয়ুক্কুদা পানক্রাটোভনা চিল্লখা বেৱেকী মনুংদা মহাক্কী লখী শেমলদ্রনা ড্যুখভ অমদি মহাক্কী কাংবুনা চান্না ৱাল্লিবা মকমহ্নু তানা লাক্লমই।

"তারিবরা, মিত্যাই?" মহাক্না থর শাতক্ল হায়ৱমই।

"পাভকানা মহাক্কী মীশিংবু জুমিং থোকল্লিরৈদা চংতুন হৌদোকই হায়রি। হৌজিক কাওবদা মখোয়না গজ কুন শেম্ব লোইরে হায়বসি ঐদি চিংনৈ। মীনা হায়রিবদি মহাক্না রেলৱে শোপকী মুপামচাশিং কংলে অহুগা মখোয়না তাং কুনমত্তাদা মখোয়গী সেকশন লোইগনি। মসিনদি মখোয়না ঐখোয় পুম্নবু নমখবা পামলে। তৌইগুম্নম্নং ঐনা হায়রি মহুদি— মখোয়ন করিম্নু তৌদে।"

মহাক্কী ৱাহু তাবদ' ড্যুখভা য়ানিংদবা মীনোক অমা নোক্লমই। মরমদি মহাক্না খংলমই করি মরমগীদমক্ত রিভর-পোর্ট কোমসে'মোলগী সেক্রেটরিনা ৱেলৱে রিপায়র সোপকী মুপামচাশিংনা তৌথ্রিবা থবক অহুদা শোকলিবনো হায়বদো অশে'বদি পাভেলনা মত্তোন্দগী থোঙকাপ থর হুৎনপ্রে, ড্যুখভ-দগীম্নু। মদুগা পাভেলনা মখোয়দা ৱাহৈ অম কাওবা হায়রমদনা ইচম চমনা কম্পনি অপুম্নবু শী'লি।

"মরুপ মপাংশিং অমম্নং মরুপ নত্তবা পুম্নমক, খ্বাইদগী থবক কম্না শুবা মীদুননি মায় পাকদৌৱিবসি," পানক্রাটোভ হায়ৱমই।

জুমিং য়ুংবগী অহুর ইদা কোর্চাগিনগী মীশিংনা থবক কম্ন শুরিদুনা মনুংদা ইথা থাজদনা অপএবা অম থোকলখি, মহুদি সম্নী তারিবা গার্ড অহুনা শগোল তোংবা লাম্নী কাংবু অম মখোয়ৱোমদা চংশিল্লকপা উরমই অহুদগী সম্নি অহুনা পাওতাক নোংমৈ কাপলমই।

"খুংলায় তমনা চেনশিল্লো মুপাশিং, ডাকুশিং লাক্লে।" অম্লমনা লাওরহ্নুনা পাভেলনা মখুত্তগী য়োং লংথোকলহন মহাক্কী মাউজর য়াল্লিবা উ তমনা চেনশিল্লমই।

অতোপ্পশিং অহুনা মখোয়গী লোংমৈশিং পায়রদুনা চুমথ্রিং উনগী মরক্ত লাইনগী মপান তমনা চংশিল্লমই। মাং থংবা শগোল লানমীশিং অহুনা মখোয়গী টুপী লৌথোকলদুনা হাইরকলমই।

"তপথো কমরেডশিং, কাপকনু।" মখোয়গী মজুংদগী অমনা লাওরকলমই।

বুদ্যোনি টুপী উপ্পা অরংবা অঙাংব ষ্টার থেংপা শগোল লাম্মী মাইখৈরোমনা লম্বীদুদা লাক্লমই। তশেংনমক পুজিরেভস্কী রেজিমেন্টকী ইউনিট অমনা থবক্তু য়েংবা লাকপনি। যজরবা ৱাউথাংনবা মচুগী, মরাইমক্ত অঙৌবা মতু থর হৌবী, মনা নাম্মগী নাতোন তৎথ্রবী, কমাণ্ডরনা তোংলিবা শগোল অদুবু উবমক্তা পাভেলনা খংলমই। পাভেল মাংলোমদা চংশিল্লকপা উবদা শগোলদুনা থুমাং অনি ৱাংনা থাজংলমই। পাভেলনা চংশিন্দুনা মহাক্কী মোল্লব মশোঙদা পায়রমই। মদুদা হৈনদদুনা মঙক যর ফর হাৎরমই।

"লাইস্কা, লীরবী, করিগীনে। ঐখোয অমুক হন্না উম্নরকখিগনি হায়না খল্লুথ্রিবা! উম্নরিবসিগী মরমদি, নহোন্দ নোংমৈ মরুনা পানখিদে. নত্রনে ঐগী না নাম্মত ঙাইজরবা ফজবী।" অদুম্ন হায়রদুনা পাভেলনা মহাক্কী থোৎ নৌরবা ঙকশমদা মুংশিনা কোনবীরদুনা। তনিক তনিক নিকলিবা মহাক্কী নাতোন মথক্ত তপ তপ মৈরমই।

শগোল মথক্তগী কমাণ্ডর পাভেলদা তুমিন্না মীকুপ অমরোম য়েংদুনা লৈরমই, অতুদগী অৎকপা অমগা লোম্নলনা লাওরক্লমই: "হায়, মসিবু পাভেল নত্রনে! নংনা শগোলসিবু মশক থংলবা অহুগা নংগী লীরবা মরুপ সেরেদাবুদি উদবা। মুংঙাইরেদা মুপামচা।"

মতমচুমক্তদা ট উন্দগী মফম থুদৌংমক্ত লাইনগী মুলডিংদা লান্দায়গনি হায়বগী শাফু য়াওরবা পাউ অম শন্দোরকলমই। মচুনা খু ক্ত ৎবক শুকমদা চেথেং অম পীরমই। জার্কিনা

থুনমক কোমসোমোল ডিষ্ট্রীক্ট কমিটিগী মুপাশিং কৌখোক্লুনা মখোয়বু বোয়াকাদা থারমই। মরম অহুনা সোলোমেনকাদদি মুপী ঙাক্তমক লৈরমই। অসিদগী নত্তনা মহাক্না রেলবে ক্লুলদগী ছাত্রগী কাংবু অমস্তু থাখিনবা চংলমই।

"ঐ হৌজিক মফমসিদা মুপী প্রোলেটরিয়েটতগা লৈহৌরে," মহাক্না অকিমদা মহ কী থবককী ফলগী পাউ পীবা ওইনা হাগী তৌরমই। "ঐগী কাগী থোক্তদা 'উইমেনস ডিপর্টমেন্ট' হায়না ইহুনা থেংলগা টালয়া লাগুটিনাবু ঐগী ইহুং শিল্ল-হল্লমলগা ঐ ইশামকস্তু বোয়াকাদা চংলসিরা হায়না খল্লি। মুপী ময়ামসিগী মরক্ত মুপা ইত্তোমত্ত লৈবসি কৈনোম তৌরে। নংস্তু হেক উবদা থংগনি মশোয়না ঐত্তোন্দা য়েংলিব লুদবা মীংয়েংসে। মখোয়না ঐত্তোন্দা শোয়দনমক্কী অসুমনা হায়রগনিঃ 'য়েংঙু অরোনবা থবক তৌবা চাকনিবসিনা মুপা পুম্নমক লোইনা থাদাকখ্রগা মত্তোমত্ত লৈহৌরিবসি,' নত্রগা মসিদগী হেন্না ভমথীবা রাঙাংশিং। অদুননে, নংনা ঐবুস্তু অমুক্কা চংহল্লুবা।"

তোইগুম্মস্তুং অকিমদদি জার্কিগী রাহৈশিংহুনা ইচম চম্ন নোকহল্লমই।

হৌজিকতী অনৌবা থবক শুগদবশিংনা বোয়াকাদা থুংনরক্লে। মখোয়শিং অহুগী মশুংদা মী হুমফুদি রেলবে ক্লুল-দগীনি। অনৌবা থুংঙরিবা মীশিং লৈননবগীদমক্ত রেলবে এডমিনিস্ট্রেসন্দগী মী তোংনবা গাড়ী মরি থারকনবস্তু জুশ্রাইনা রেলবে এডমিনিস্ট্রেসন্দা হায়রমই।

ড্রাবভাগী টীম থবক্তগী পে থাহন্দুনা পুজাভোডিটজাদগী ঈনজিনশিং অমদি অপিকপা লম্বীগী ক্লেট কার হুমফুমঙা লৌক্লনব থারমই। মসিগী থবক অসিস্তু মখোয়গী মেকসন্দা শুরিবা থবকী শক্লক অম ওইনা থাগনি।

ড্রাবভাম মকমদু থাদোক্লুনা চংব্রিহৈগী মমাংদা টৌকা-রেভতা ক্লাভসেকপু অমুক হন্না টাংন্দগী কোহুনা বোয়াকাদা

অনৌবা শেমলকলিবা থবক শুনবা কাংবুশিংগী থবক পানবা ওইহনবা হায়রমই। মহাক্না হায়রম্বগী মতুং ইমা টোকারেভনস্থ তৌরমই। ডুাবতানা অহুম্না মঙোন্দা হায়রিবহুগী অশেংবা মরম মহাক্তী থংলমদে।

সোংগোংনকাদগী অনৌবা লাকলিবশিংনা অমাদগী নোট অমা পুরকলমই।

অমানা ইরমই। "ডমিত্রি, ক্লাভিসেক অমদি ঐ এখোয় অনিনা নহাকোদমক্ত লাইরিক মথাম অমা থোরাং তৌহনা থমদে। নঙোন্দ অমদি বোর্য়াকাগী থবক রামা শুরিবশিংদা ঐখোয়গী মুংঙাইবা পাউ অসি তমজরি। নখোয়গী পাজল থোনা অঙকপানি। ঐখোয়না নখোয়বু অনৌবা পাজল অমদি অনৌবা শক্তিপা লোয়ননা থবক শুগনি হায়বগীদমক থজরি। চরাং ঐখোয়না অরোইবা উগী মপৈ য়েনখোকপ্রে। ক্লাভিসেক্ত এঙোন্দা নহাকী নকমদা মহাকী মুংঙাইরবা পাওজেল থাখিনবা হায়। মহাকস্থ অঙকপা মী অমনি। মহুদি বোর্য়াকাগী তল পুম্নমক মহাক্তনা হৌই। মহাকনা য়াম নিকই, য়াম খিংলি, অদুক য়াম্বত্তু। মহাক্ত তৌরিবা অহুমনা তৌগনি হায়না মহাক্না কনাবুস্থ থাজদে। মহাক্না খ্বাইদগী কব মথলগী য়াম ফংননবা হোংবৈ মরম অগনা মহাকী তল য়াম হাউই। তদি কাওবদা ঐনা চারকপদগীদি মহাকী তলনা খ্বাইদগী হাওই। ভুংথিলগী মতমদা মকুপশিংনা ঐগী কাদা পুলাল লাগুটিনা, আর্তোখিন ক্লাভসেক অমস্থং করিগুম্বা মতমদা জার্কি মহুদা ঐখোয়না লাইরিক থর পাই অয়াম্বা মতমদি মী পুম্নমকী অমদি পোং থুদৌংবকী মরমদা বারী তৌই, মরু ওইনা বোর্য়াকাদা লৈরিবা থবক শুরিবা নখোয়গী মরমদা: মুপী-শিংদা টোকারেভতা য়ামনা শাউই মরমদি মহাকনা মখোয়বু রেলরেগী থবক শুবা য়াওগে হায়বা য়াদবগীদমক। মখোয়না মুপাশিংগী মতৌগুমনা থবক শুবগী অথা অনা খাংবা ঙমগনি। টাংয়ানা মথামদা হায় মহুদি মহাক মহাককী মপাগী ফৌজোল

শেংলগনি অহুগা বোয়´কাদা থবক শুবা চংলগনি। ' ঐখু মকম সিদগী মহাক্না তাম্বোকপীনবা হোংলবীমু.' মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রমই।

" মহাকী বা ডাক্লবদি ঐহাক করিস্লু হক্লোই। চানবীহুনা মখিং মুবা মকপ্তু্দা ঐগী মুংঙাইবা পাওজেল অসি তম্বীমু
" অম্না "

থংহৌদনা নোং - মুংশিং তৌরকলমই। মশা লুমথরবা রাউথাংলবা লৈচিন্না অতিয়া থুংনা কুপখিরমই। উনসু থানা থানা তারকলমই, মুমিদাং ওইরকপা মতমদদি অকনবা উন পুবা মুংশিং শিংপা হৌরকলমই। মৈখু উতোংশিংগী মমুং কাওনা মুংশিংনা কম কম্না হুমলকলমই, উশিংগী মশাশিংদা উ উ লাওবা খোঞ্জেনগা লোইননা উন পুবা মুংশিংনা কম্না কম্না হুমনা খোঙ্খাইয়েরবা জঙ্গলদা অকিবা ফংলবা খোঞ্জেল্না নিল্লমই।

অহিং চুপ্পা লেপ্তুনা অকিবগী মশক ফংলবা নোং-মুংশিং শিংলমই। মরম অহুনা তেকথরবা ষ্টেসনব্যুলডিং মমুংদা লৈরুং অত্রম্মক হৌহুনা থমহুনস্নু শিংলিবা মুংশিং মমাংদা কাদুবু শাহন্দুনা থম্বা ঙমদবনা মীশিং নিক্তুনা থাংলমই।

অহিংচুপ্পা উমংনহুনা থাংলুরগা অঙনবা অমুক্ত থবকশুবা মীশিংনা পুথরবা উন মরক্ত খোইদোকপগী মতৌশুম মখোয়গী খোংবু চিংলহুনা মা মাগী সেকসন তমনা চংলরমই। রাংলবা উগী মতোন্দা খোরক্লিবা মুমিংকী মঙাম্না শংবামররবা অতিয়াদা মঙাল শন্দোরক্লমই। অহিং চুপ্পা নোং-মুংশিং তৌথিবা ওই-হুনস্নু অমুক্তুংদি শিক্লবা লৈচিলগী মপৈ অংঙম্নু ইংলা শন্দোরকলিবা মহাকী মঙানবু থংশীনবা লৈরমদে।

কোর্চাগিন অমদি মাগী কাংবুগী মীশিং অহিংচুপ্পা উন হাবদগী উম্না কুপশিল্লিবা মাগী সেকসনগী থবক শুবমগী লৈমাযমু শেংদোক্লমই। হৌজিক্তদা পাজেলনা থংলকাল, মী অমনা

"ঐনা উন কোৎপগী থবক অসি তৌরোই, কনানস্থু ঐহোন্দা থবক অসি শু হায়বগী অধিকার লৈরোই। রেলৱে ইনজিনিয়ার অম ওইনা, করিগুম্বা মখোয়না হায়রবদি থবক অসিগী চার্জ পূবস্থু ঙমই, অদুবু হৌজিক্তী ঐ অমম্তুং ঐখোয় অনিনা কৈদৌঙৈদস্থু উন কোৎপগী থবক শুরোই। মসি রেগুলেসনগী ওয় তৈন্নবনি। মসিগী অহলসিনা আইনবু খুঙ্গায়রে। মসিগীদমক্ত ঐনা মাবু কাবা ঙমই।

"নখোয়গী কোয়মেন কদাইদা লৈ?" মুপা অহুনা মহাক খ্বাইদগী নকনবা থবক শুবা অমদা হংলমই।

মহাক্না অস্থুমনা হায়রিবৈঙৈ মতমদা কোর্চাগিন্ন মনাক্তা চংশিল্লকলমই। "করিগীনো নহাক্না থবক শুত্রিবা?"

— মুপা অহুনা পাভেলবু খোঙদগীনা তোন কাওবা য়াম্বনা তুকচনা মুন্না য়েংলমই। "নংদি করি ওইরিবনো?"

"ঐ থবক শুবা মী অমনি।"

"অদু ওইরবদি ঐনা নহোন্দা করিস্থু হায়নবা লৈতে। নখোয়গী কোয়মেন নত্রগা নখোয়না মহোন্দ করি হায়রবদো মহাক থারকউ।

য়াঙ্কু তারগা কোর্চাগিন্না চৈয়কলমই।

"নহাকনা পামব্রবদি থবক শুবগী দরকার লৈত্তে। তৌইশুম্মস্তুং য়াকম অমদি, ঐখোয়না টিকেট অহুদা কাউন্টর লাইন তৌত্রিবা মখৈ কনা অমত্তনা রেলগাড়ীদা চংবা য়ারোই। মসি কক্সরকসন চিক্কী য়াথংনি।"

"নংগীনা করম তৌবা?" পাভেলনা মুপাহুগী মনাক্তা লেপ্লিবা মুপীত্রদা ওনশিললুবা মতমদা ঙকপগী পন্দোল লোমংলমই মহুদি মহাকী মাংদ. লেপলিবী মুপীদো তোনগ্না তুম্বালোভ ওইরমই।

মখোয়বু ময়াল শিহুনা চৈরিবা, শেগায়রবা কীলোলনা লৈরেংলিবা, শীজিন্নবা য়াগনি হায়ব থাজবা ঙংরবা টবু

তোংলিবা, মোংলবা টাবেল অমমা ঙকশমদা অমদি মায়থোংদা য়েংলিবা, মুমিং কয়ানিমুক চামথোক্কবগী মোংলবা মায়থোং অদুবু উরুবদা তোনয়ানা মহাকপু মতম অমদা মহাক্না থংনখিবা, মুংশিনখিবা পাঙ্গেলনি হায়বদা থাজবা বারমই। মহাকী মীংত্তদি মমাংঙৈগী মতৌগুম অদুম্মক লংলমলি। মহাকপু য়েংলগা মতম অমদা মহাকী মুংশিববু পীখিবা অদুবু নিংশিংলক্লমই। মসিনদ মহাক্না থল্লুই, অসিগুম্না পীরুবা ভীব অসিদ করম্না থগৎলোই পীথোকখিবা। পুম্মক অদো মতৌ করম্না ওনথ্রবা।

মহাক মুপা অচুম্বা লুহোংখিবা কুইন্ড্রি। মহাকী মপুরোইব সিটি কেলরে এডমিনিষ্ট্রেসন্দা মরু ওইবা কম অম পায়জরে। মহাকী নৈনশাবী অমা ওইবগী মীনুংশি অদুনা অসিগুম্না লমবীসিদা চংখিগনি হায়বা কমানা থললুগনি? হৌজিক্তী, মহাকী তনৌরবা পংত পীবা ফাওব ভুক্কনরে। তোনয়া ফাওবনা অসুক ভুকচরবদা ফাদর ভজিলিনদি করি থল্লমগনি? অসুক য়াম্না কোর্চাগিগী নৈনথা ভাখিবসি কয়াগী মতিক বানিঙাই ওইগ্রবা প্রমান পীবা তারবস্তু নহা ওইবা ষ্টোফার অসে থবক 'শূবা' মী অমদগী নেনপংপা ঙমদ্রে।

মীকুপ থরদি মহাক নিংজিং-মাংজিংনবা মায়থোং ঙাংলংঙাংশিন্না লেপলমই। মতমচুমক্কনা য়েলরে ঈনজিনিয়ার অচুম মশোয়বু চৈরিবা পাঙ্গেনা মহাকী নুপীদা য়েংবা থাংবা ঙম লমদে, মরম অদুনা মহাক্ন মপুগী বিরচাম থাথরদুনা মহাকী মুপীগী নাকন্দা লেপলমই।

"ঐথোয় চংলসি. তোনয়া, অনিগুম্না মুপাসিগী Lazzarone গী মীংয়েং অসি থাংনা ঙমদে"

কোর্চাগিনস্থু গরিবালদিগী বারী নিংথীজনা পারবা ওইবনা মহাক্ন হায়রিবদুগী অর্থ নিংথীজনা থংই।

".হাই, ঐ লাজারোনে অম ওইরবস্থু য়াই, অদুবু মংদি অপুম্বা বুর্জ্জুয়া অখনগী হেনদে," মহাক্ন থোজেল ঢৌন হাজমই.

অহুগা তোনয়াদা ওনশিললহুনা ইশন শঙনা মথা তাররমই। "খিরচান অম পাররু, কমরেড তুমানোভা, লাইন্দা চংদুনা থবক শুসি। রাইফলগ অসিগী মতৌ তমগনু, ডাকশীগদি ঐখু, মহাক্কু করিগুম্বা মহাক্কী মরি মতা ওইররবদি।"

পাভেলনা তোনয়াগী শা মতু রাওগা বুটটা য়েংলমই অহুগা তমথী যোমোন মীনোক্লদুনা হায়রমই:

"মকমসিদা লেপত্তুনা লৈমনবা ঐ নত্তোন্দ হায়রজদে। হৌখিবা সুখিনাং অমদা ভাকুশিংনা ঐখোয়গা লান্দাখিবনি," অসি হায়রলগা মমায় লৈথোরক্লুনা চংখিরমই। মহাক্কু চংগ মতমদা গেশোস অতংগা থুখ'না পাক পাক য়েরমই খুয়াদা।

মহাক্কী অরোইবগী রাইফেশিং অদুনা রেলবে ইঞ্জিনিয়ার অদুগী খম্মোইদা পাল্লমই; মদুনা মরম ওইদুনা তোনয়ানা মহাকপু থবক শুনমবা হায়জবদা মাং পাক্লমই।

জুমিদাংরাইরমদা জুমিং অদুগী থবক লোইরদুনা, মীয়াম্না ষ্টেসনলোমদা তুরেলগী ঈচেলগুম মরি মরি হল্লকনরমই। তোনয়াগী মংগ্রোইবস্থ রেল মমুংদা সিট ফংহৌনবা তত তহানা লাকলমই। মতমদুদা তোনয়ানা মী গ্রুপ গ্রুপ চেন্দোকপ্রগা লেপত্তুনা লৈয়মই। প'ভেলনা ময়ামদুগী মনিং ইথং শংনা খোঙথাং চোকথনা মহাক্কী বিরচান্দ মশা ডাথনা লাকপ উরমই।

"হলো পাভলুসা" তোনয়ানা কৌরমই অহুগ চংশিন্দুনা মহাক্কী নাকন্দা লেপলমই। "ঐনা হায়গনি অসিগুম্বা রা-নিঙ্গাই ওইরবা কীভমসিদা নহাক লৈরমগনি হায়না কৈ'দো-ইঙদসু খললূদে। মথক খোংবা ওখোরিটিনস্ত শোইদনা থংকম খোকই, নহাক থবক শুবা হায়বা শিনফমসিদগীনু হেম থবক তৌবা ওমই হায়বসি। ঐনা খনজক্লবদি নহাক হৌজিক্কী কমিসার অম নত্রগা মহুগ মায়বা কম অম পায়রমলগনি হায়বসিনি। পূন্সি অসিনা নত্তোন্দা অসুক্কী মতিক খোজান-বীক্রবা অসিবু কয়াম ঙংশিনিঙ্গাই ওইরবা ......"

পাভেল লেপ্লমই অতুগা অঙকপা অমগ লোয়ননা তোনয়াবু য়ূনা য়েংলমই।

"অতুগা, ঐনস্তু মহাক অঙক য়াম্না থক্লোই হোৱী অমা ঙাঁগনি হায়না কৈদৌঙৈদস্তু থজে," মহাক্না মহাক্কী থক্লোইগী অমিংথশিং কোংদোক্লুবা, মহাক্না থমজবদা থ্বাইদগী ব্যবহার য়াওরবা অকক্না বাহৈ থম্দুনা শীজিন্নরমই। বাহৈ মতুনা তোনয়াগী নাতোম ওাংশং ওাংশিনহনখিরমই।

"নংদি হান্নগী মতম্গুম অতুম্নক বাঙাং বাতা লুয়মক্রিনা।"

কোর্চাগিন মরেংবাম্দা বিরচান্দ থাংজংলদুনা থোঙ থাংবা হৌরমই। অতুবু থোঙথাং থর থাংলগা লেপখিরমই।

"ঐগী লুজদবা, কমরেড তুমানোভ," মহাক্না হায়রমই, "বাহৈশিং অসিনা নথোয়না হায়নরিবা চাংলেম্বা বাঙাংনা বাকোংদোকপদা তংথায় অম য়োবা ওয়দে। অতুগা ঐগী পুন্সি সিগীদমক্তদি নহাক করি অমত্ত ৱাংবীগন্নু। ঐগী পুন্সি অসিদদি করিগুম্বা অৱানবা অম কাওবা লৈখিদ্রি, লাল্লিবদি নংগী পুন্সি অর্থনি, ঐনা থনজরম্বদগী হেন্না। চহি অনিগী মমাংদদি নহাক থরমই মতুদি থবক শুবা মী অমগা থুং শোক্লুবদা নহাক ইকায়রমদে। হৌজিক্কী নং নমথীবা মনম নমলে। অশেংবা হায়রবদি নং ঐ অমনা অমদা করিস্ত হায়ননবা লৈত্রবনি।"

পাভেলনা আর্টেমদগী চিঠি অম ফংলমই। চিঠি অদুদা আর্টেম লুহোংলগনি হায়দুনা লুহোংবা কুমিংতা মনাও হৌপা পাভেলবু শোয়দনমক লাকুবা ইরকলমই। কম্না শিংলিবা হুংশিংনা পাভেলগী মথুংনা পায়রিবা চে অতুবু শেগায়হল্লমই অতুগা হমতুনা অহাংবা অতিয়াদা পুথিরমই। ময়াম্না মনাওগী মকথদা অতুম্না ইরক্লুনস্তু মনাওগী মথমদদি লুহোংবগী পার্ট অদুনা মতোন্দ অর্থ অমত্ত পীবা ঙমদে। কময়ম্নু মহাকনা থবক অতুবু থাদোক্লুমলতুনা চংকনি? ওয়াংতদা শাওয় থাম্বা পানজ্জাটোভনা মহাক্কী চীঠবু থংহৌদনা মীয়ামবু ওবক্লমা

খোংকাপ অম লাক্লোকহনব্রে। অদুগা মহাক্না টিবশিংগী তাম্বা অহুদা মহাক্না চীমনা মকোক খোংনমবগীদমক অকনবা ৱাখং পীব্রে। মহাক্না মহৌশাগী ইজেবা অদু খাদোক্লুনা অশাউবা অমগা লোয়ননা মহাক্না পঙ্‌ংং তম্না শাক্তে থারি।

পাটোস্কিন চমক্লনা মকোক হোংলহনা অয়োনবা থৌনা অমগা লোয়ননা থবক শুরিবশিংগী শকতিবু থংজিললি। "মখোয়শিং অসিবু মীয়া নত্রগা হিংচাবর ?" অঙকপগা লোয়ননা মতোমত হংজরমই। "মখোয়গী অসিগুম্বা মাংহনবা শুমদবা পাজল অসিবু মখোয়না কদায়দগী — কারিগুম্ব অসিগুম্বা ঈয়াং লৈত্রবা অতিয়াগী তরু তরুব থায়খোংসিনা হুমিং নিপামিগুম্বদংগা চংথরনা লৈরবদি মখোয়গী থুম্ত অসিন শোইদনমক্না উ লৈরিবা মফমদু য়োগনি।

ফজনা হেকনিহাই ওই! মীশিং অসিনা ইন্দ্রিয়েটশিংবু থুগাইরকলি"

ক্লাভিসেক মহাক্না শাজবা তলগী অরোইবা মপৈ পুরক্লন টাউন্দগী লাক্লমই। অহানবা থুংহবদা মহাক্ন টোকারেভকা উমহনা ৱাৱী শারমই, অদুগা কোর্চাগিন উমবা চংলমই। মখোয় অনি উমবা মতমদা হরাউনা থুং শে কুরমই। ক্লাসি-ভিসেক্ন মোমোন নোক্লহনা মহাক্না য়ামথাউ নন্দংদা য়েংথরমই অদুগা খেডনবা শাবা মনুংদা শা মতু তোপ্পা শাউনগী জেকেট অমা লৌখোরক্লমই।

"মসি নহ'ক্নানি!" থোংলবা শাউন মথক্তা পোপ পোপ থার-হনা মহক্না পাভেলদা হায়রমই। "কনাদগী ওইরমগদগে হায়বহু অমুক থললু? করি! নং থংদেবা? নংসিমা থংমনদে, হুপা! মসে কমরেড উস্টিনোভিচ তগীনিনে। মসিমা লৈর-বদি নং ইংহরোইকো। তৌববুদি মসি ওলসিক্সকিনা মহোন্দ পীরকপনি, মহুদগী মহাক্ন নহোন্দা অমুক লৌদবা য়াদে হায়বা অমগা লোয়ননা ঐহোন্দা শিন্নরকপনি। মরমদি অকিমনা

মঙোন্দা হায়রমই মহাক অইংবা মরকসিদা পায়রবা জেকেট অমগা থবক চুরি হায়দুনা। ওলসিঙকিস্থু ৱারী অচুগী শরুক থজিক্ত য়াবা ওইনা মহাকী মায়খোং হায়রপ নৈথংলকলমই। "এন্স্থু কমরেড অচুদা আর্মী কোর্ট অম থাবা চুমগনি." মহাকনা হায়রকলমই। তৌইগুম্মসুং রিতাদি মহাকী ৱাহৈ তাবদা নোক-লমই। 'খনবী রুপং;' রিতানা খুমলমই, 'জেকেট অসিকতমস্থু মহাকপু থবক নিংথীংনা চুকললগনি।'

হকম্বা পাঙেংনা কজরবা জেকেট অমা ক্লাভিসেকী খুত্তগী লৌরমই, হাইনাকুং খংজানরগা লিংশিল্লমই। খুদক্কুদা মোমোন লাননা শা মতু থবাক্ত অমদি লেংজুমদা হাপলি-বত্নপা হকচাংপা তাইনবদা অক্লপা কাওরকলমই।

" ডিসেম্বর ২৩ "

"বোয়ার্কাদগী টাইফদনা নাবা অতোপ্পা মী তরেং অমত্ত টাউন্দা পুরকল্লমই। ওকুনেতস্থু মথোয়শিং অচুগী মমুংদা অম ওইরমই। ঐনা ষ্টেসন্দা চংপা মতমদা ইংননা চিংশিল্লবা মী কাংবু অম থারকোড্ড রেলগী বন্দদা তোংলতুনা চংখিবা উরমই। হোসপিটালশিংস্থু মৈশা পীবা চুমদবনা ইংই। শিরাপকী মশক ওইরবা উনগী নোং মুংশি সি কৈদৌঙৈ লোয়খিগদবা ?"

" ডিসেম্বর ২৭ "

"হৌজিক্তদা জুয়াই উরব্রি। হৌখিন চহিংদা ওলিকী কাংবুনা বোয়ার্কাদা লান্দাখিবগী তোকত্তা অচুগী তাংদাংবা মহাক্লা থংপে। লান্দ্রংন অচু মুখিং নিনি চুপ্পা চংখি। পাউ চংনবা ৱারং শিং ককথংখিবা মরম্না হৌজিকী অয়ুক কাওবদা অশেংবা পাউ ফংজ্রি। লান্দারক্লিবা কাংবু অদুবু মায়থীবদি পীত্রে হায়রবু টোকারেভতি নোংমৈ মরু অমনা মহাকী থবাক্ত পানবদগী লোকলে। ওসি মহাক টাউন্দা পুরক্কনি। গার্ড তারিবশিংগী ইনচার্জ ওইরিবা ক্রানজ ক্লাভিসেক হাংখে। মহাক্লী গুন্দা-শিংগী লান্দা অচুবু ইহান হান্না থংখিবসি, অচুগা মীয়াবদা

থুদোং থীবা লৈরে হায়বগী পাউ তাকখিবসি। লাঙ্গাবশিং অহুবু মহাক্না হেক থংবগা মহাক্ন মখোয়দা নোংমৈ কাপ্পা হৌরমই অদুবু মহাক্ন ফুল শত্ত য়ৌক্রিথৈদা মখোয়না মাবু কংখিরমই। থৌরবা থাংশোং অমনা মাবু ককথখিবনি। মহাক্ত নত্তনা ব্যুলডর তরামাখোই অমস্থু শোকখি। হৌজিক্তী মযমত্তদা খুংলায় য়'ওবা রেলগাড়ী অমগা শগোল লানমী স্কাড্রোন অনিগা লৈরে।

"পানক্রাটোভনা থবক অহুগী চার্জ লৌরে। চসি পুজি-রেভদ্বীনা দাকু কাংবু অহুগী শরুক অম গ্রুবোকি থুজংদা ফারমই অদুগা মখোয়বু তাম্থোকখিরমই। থুদোং থীবশিং অসিনা পার্টিদা য়াওদবা মীথরদি রেলগাড়ী চাইবা তৌদনা টাউনগীদমক রেল লম্বীদা খোঙনা চৎপা হৌখিরমই।

"ডিসেম্বর ২৫

"টোকারেভ অমস্তং অতোপ্পা শোক্রবা মীশিং থুংলরে। মখোয়বু হোসপিটালদা থমলে। হৌজিক ফাওবা জ্ঞান লৈদ্রিবা অহল অসিবু ডাক্তরশিংনা মথরাই কন্ননবগীদমক অচেৎপা বাশক লৌরি। অহুগা অতোপ্পশিং অহুগীদমক্তদি থোইদোকপা খুদোংথীবা নৈ.ত।

"বোয়ার্কাদগী ঐখোয়দা অমদি গুবর্নিয়া পার্টি কমিটিদা টেলেগ্রাম অম লাকলমই। 'ডকুশিংনা লাম্দারকপা অহুগী পাওথুম পীবা ওইনা অপিকপা লম্বীগী ব্যুলডরশিং ঐখোয়না কোর সোভিয়েট পবারগী থুংলায় পুবা রেলগাড়ীগী ক্রিউশিংগা অমদি রেড আর্মীমেন শগোল লাম্মীগী রেজিমেন্টকা লোয়ননা পুম্না মীটীং অসিদা পুল্লে অহুগা ঐখোয়না নঙোন্দা বাশক অসি চেংনা থমলি মহুদি মকম অসিদা খুদোংথীবা কয়া লৈহনস্থু অমদি লৈরক্কনস্থু অদুম্বারীগী তাং অমদা টাউন্দা শীং শোইদনা কংগাল খোয়গী থৌনা পুম্মক খোমজিন্দুনা অমদি পুনশিন্দুনা ঐখোয় থবক শুরে। ঐখোয়বু মকম অসিদ

থাবীরক্রিবা কম্যুনিস্ট পাটি মতম কুইনা 'হংসনু ! মিটীংগী সভাপতি কোর্চাগিন, সেক্রেটরি বর্জীন।'

"সেলোযেনকাদা মিশিট'রনা ইকায় খুমনবা উৎতুনা ক্লাভিসেকী অশিবা হকচাং লৈরোন চনস্রে।"

মাংঙ্রবা আশা অমুক উরক্লেদি হায়ববু মদোমদা চংশিনবদি অরাবা কংনা তপই মরমদি টাইফদকী লায়নানা হেন্না হেন্না দরকার লৈরবা মীশিংবু বুালডরশিংগী কাংবুদগী মুনবীরি। মোংম কোর্চাগিন থবক শুরুবদগী থেটসন্দা হল্লকলমই, মু ঙাওরবা মী অমগী মতৌগুম মথোঙ কৈরেং ভুরেং থাংহনা, মথোঙশিং অমুনা মহাক মশাবু পুবা ঙমদনা তেকথগ্রগদবগুম। মহাক মমাংগী নুমিৎ থরনিদগী লাইহৌ হৌরকলবনি অদুবু মহাক্ত নহংহনা থবক শুরকলি। ঙসিদি তপনা তপনা পাযশিললকপা খুপায় ৬ হু লোইশল্লগে মতাগুম থংলাক লাকশিনগ্রে। মহৌশাগা মায়দনা হেন্না কন্না, চেৎনা।

ব্যাল'ডিং ডিটেচমেন্ট রেঙ্ককী মশীংবু হল্লহল্লকইবা, তমথীরবা ৫ রুম লাইহৌনা ঙসিনি অনৌবা মচিঞ্জাক ঋম থিরকলে। পাভেলগী থাংবা কনবগী থৌনা-লীংজেল অমুনা তমথীরবা লায়না অতুবু থিংহনা থমলগা মশাগী হকচাংবু নুমিৎ মঙানি চুপ্না পুন্নন' চংপা ঙমলকলি, মহাকী চক্না মোনপাকথক্তগী কাংক্রিক্কী লৈমাযথক্ত অদুদগী থবক শুকমদা, মরামগী থবক শুবা মরক্ত হৌভিক্তী মহাকী অথাং কনবগী শক্তি কন্নান থিংম থিংনা লাইহৌনা প'ভেলবু মহাকী ওইশিল্লকলে। রিভানা নুংশিজনা শীরকপা লুমনবা জেকেট অমদি মপুংদা শা মচু হংপ্ল বুট অইংবনা চিকথংলবা মহাকী থোঙবু য়োমলিবা ফিওদোৎগী খুদোলনা কল্লিস্থ তৌবা ঙমখিরে।

মহাক্ত মথোঙ থাংবা খুদীংগী ময়াহৌরবা অনাথা অমনা মহাকী থবাক্ত চীকপা হৌরকলে, মন্না ক্ক ক্ক চীকশনরক্রে অদুদি মমিৎ মপেল মথাংনরকলে অদুগা য়েংলুবা উপান

থাপ্লদ পুন্নমক উরু উরু লৈরকলে, অহুকপা মতৌ অমগুম; পুন্নমক অহুবু পুনা পুনা লুমলবা থাংগৎনব্রবা পে'ংলূপ অমগুম, মশাবু চৌংলহনা য়'না ষ্টেসন কাওব' লাক্লমই। ময়তুদা হৈনগ্রব অয়াংবা অমনা মাবু লেপহনমই। লাইহৌনা পুমণাও চাওহনবা মমিংনা দাবা পুন্নমক শুনা য়াওরবা শাংনবা রেলগাড়ী অম প্লেটফোর্ম থ'ংন' থাদুন লৈবা উরমই। রেলগাড়ী অহুদা লাকপা মীশিংনা নেরো-গুরেজ ঈনজিনশিং, রেলশিং অমদি স্লিপরশিং থাংথবদা মথৌ চিঙ্গি। মতমতুমদকুদা পাভেল মথা'লোমদা খোঙ থাংলমই অহুবু মহাক্না মখোঙনা মশাগী অক্লম্‌বু পুবা ঙমগ্রে। মহাক চেপনা লৈগায়থকু হায়থগ্রে। ফনমক জ্ঞান মাংহনম্ম মকোক্ন লৈমায়দা য়্রেব মতমদা অনাবা থরদি কাওরমই অহুদগীদি মপুং কানা ঈংলবা উনগা মহাক্না পোক্তদবগুম শায়বা থজাইগা তাইনখিরমই।

পুং কয়'মূ'দ লৈবব' মতুংদা মহাকপু ফংলাই অমম্মুং ষ্টেসনদা পুরকলমই। মহাক করি অমত্ত' জ্ঞান তাগ্রে, মহাক্না অকোয়বদা লৈরিবশিংবু কব্রি ঙমক্তা খ'ংগ্রে, লুমলবা শয়না ফুইনা ফুইশা হোনবা নত্তনা:। অ'রমোড' টেনগী এসিষ্টেন্ট তাক্তরনা পাভেলবু য়েংলমই অমম্মু' মহাকপু ঙাংহনক্রিবসি নিউমোনিয়া অমম্মুং টাইফদ ফেবরননি হায়রমই। মহাক্না তেম্পরেচরম্মু ১০৬° গী মথক্তা লৈরে। মসিমক্ত এসিষ্টেন্ট তাক্তর অদুনা থংলমই মতুদি মহাক্না তাংশিংদা মৈহৌবশৌনা শারিবা অমদি ঙকশমদা পোমথংলিব মতুতনম্ম মী অমর মতিক চানা ঙমহনদবা ঙমই অহুবু নিউমোনিয়া অমদি টাইফদ অসিগা চাংদম্নক্রবদি মখোয়শিং করিম্মু নাদবগুম তৌরি। ময়মদি টাইফদতনম্মু মাবু ইথায় লায়না শিহনবা ঙমই।

টাউন্দগী থুংগুরবা পানক্র্যাতোভ অমদি ড্র্যাঙ'না পাভেলবু মখোয়না ঙমলিব' মথৈ কনবা ঙম্রনবা হেৎনেরমই। হোৎনে হোৎনবা পাভেলগী লমদা লৈবা, বকমহুদগী লাকপা অনিগুবা

অলিযোগা কোথানস্কীদা পভেলবু মহাক্কী মুগী মীদা শিন্নবা শিন্নরমই।

কোর্চাগিনগী টিমগী মীশিংগী মতেংনা মক্ত ওইনা খোলিয়াভাগা লোয়ননা অমদি মহাক্কা অনাবা শেন্নবা মী অম ওইনা পান-ক্রাটোভ অমদি ড্যাবভানা মীনা পিক থন্না তোংলবা রেলগাড়ী মন্নুংদা কোর্চাগিনবু হাপ্লনবা অলিযোশাদা হায়বগা লোয়ননা শিন্নই। টাইফদকী লায়নাবু কীরবা মীশিংনা অনাবা অদু হাপকে হায়বদা করিগুম্বা হাপলবদি লম্বীদা লংথখিগনি হায়বগী অকিবা পীবগা লোয়ননা কন্না থিংলমই।

মখোয়গী তমথীরবা রাইটং তাবদা খোলিয়াভানা মখোয়গী মমাংদ মহাক্কী নোংমৈ মুরহুনা শাউনা লাওরমই: "মহাক্কী লায়নাসে রায়নগনবা নত্তে! ঐখোয়না নখোয় পুম্নমকপু হন-দোক্লমহুনা চংগা তারবন্তু মহাক্কী রেলগাড়ী অসিদা পুদবা য়াদে। কাওগনু কত্তবশা, করিগুম্বা নখোয়না মত্তোন্দা খুংনা কক শোকলবা অদু ওইরবদি ঐনা টেলিফোন তৌখিয়ন নখোয় পুম্নমক রেলগাড়ী মন্নুংদগী শাম্বাকনি অদুগা ফাহুনা থমগনি। আলিযোসা সে, মসিদ লৈরে পাভেলগী মাউজর, পায়শিল্লু অদুগা পাভেলবু রেলগাড়ী মন্নুংদগী মপান্দা ইথোকে লায়না ইহান হাম্না হোৎনবা মুপাহুদা থম্বা য়াওদনা কাপশিল্লু।" অসি হায়হুনা খোলিয়াভানা অহেম্না মখোয়না কীবা য়াবা বা কয়ামুকন্তু ভাংলমই।

হৌজিক্কী রেলগাড়ী অদু ষ্টেসন থাদোক্লহুনা চৎখিরমই। মী কয়া অমত্তা লৈত্রবা প্লেটফোর্মদা ভুমিন লেপ্তুনা লৈরিবা ড্যাবভাগী মনাক্ত পানক্রাটোভ চংশিল্লমই।

"মহাকপু শোইদনমকী পুখিগনি হায়না থনন্না?"

ড্যাবভানা খুমলক্তবা মরমনা রাহংতগী পাওখুম লৈরমবে অমদি পাওরাব লৈতনা অঙ্গমক লৈখিরমই।

"লাকও, মিত্র্যাই, উপাই লৈতে। হৌজিক ঐখোয় পোৎ থুদোংঙক্তা পাওথুম পীগদবা মতম্নি। মুমিদাংগী মতমদা ঐনজিনশিংদগী পোৎ-চৈশিং লৌথরগা অযুক্ত মখোয়বু চং-হনখিনবা হোৎনসি।"

খোলিয়াভানা লাইনগী মকম থুদোংঙক্তা থবক তৌরিবা মহাক্তা চেকাগী মরুপশিংদ টেলিফোন তৌরমই মহুদি— মকম অম অমদা নায়বা কোর্চাগিনবু লৌথবীদনবা হায়রমই। অহুগা মসিমম্থু মহাক্ত হায়রমই কোর্চাগিনবু য়েংবা য়াবা য়েংলগা মহাক ফমুংদা হিপ্পা য়াবে হায়বগী তাংদাংবা ফিভম থংজ্রিবা কাওবা মহাকপু অপনবা পীদনবা।

লাইন্দগী য়ামনা থাপলবা রেল জঙ্কসন অমদা মহা ওইরিবা মশম মনা ফবা নুপা অম চংশ্রগদবা রেলগাড়ীগী দাবা অমদগী লৌথরকলমই অঙ্গগা প্লেটফোর্ম মথক্ত থমলমই। কনা ওই-রিগবা মহাকপু, করি মরমগীদমক মহাক্ত শিরিবা, কনানম্থু থংলম্:দ। খোলিয়াভানা হায়জবা মিংশিংলকলদুনা ষ্টেসন চেকাগী মী অহুনা দাবা ভমনা চেনশিল্লমই তৌইগুশ্রম্থুং মহাক্ত নহা ওইরিবা নুপা মচা অহুমু উবা মতমদদি মহাক শিরয়ে। অহুদগী মহাক্ত অশিবহুবু অশিবা থমকমদা শকথংজ্রিবা কাওবা থঙ্গনবা য়াথংখিরমই অদুগা থূনমক হুপা মচা অসিগী পুক্সি-গীদমক য়ামনা থন্দুনা, মরুপ অম ওইনা মরুপ অমগী মথরাই কম্মিংবগীদমক বাজরিবা, খোলিয়াভাদা মহাক্তা হুংশিরবা মরুপ অহু শিয়ে হায়না টেলিফোন তৌখিরমই।

মথং মথং বোয়াকাদগীম্ব গুবর্নিয়া কমিটী অফ কোমসোমোলদা কোর্চাগিন শিবগী অশম্বা টেলিফোন অম থারমই।

মতমহুদা, মরুপ অম লৈখিদবগী কয়ামুক বাহুনম্ব অলিয়োসা কোথানস্কীনা নাহুনা শিরবা কোর্চাগিনবু মহাক্তা ইমুংগী মীদা শিন্নরমলগা মশামক লাইহো তৌহুনা হন্নকলমই।

"জনুৱারি ৬

"করিগীনো ঐগী থম্মোইনা অদুক য়ামনা চৈনা কংলিবা ? কমথক্রিয়ৈঙগী মমাংদা ঐহাক নোং খোংবগুম কপ্লমই। কনানা থাজগনি, রিঙানা অস্পুহা অরাবা অমগা শোয়নন থম্মোই শোক্লা কপকনি হায়রবা। পীরাং হায়রবাসবু থম্মোই শোনবগী খুদম নত্রবে ? ঙসিদি মহাক্কী অরাবগী শরুক য়াহনা ঐগী মীৎলুদা পীরাং ঈহৌরকলি লেপ্পা লৈতনা। অইংবগী কৌনিঙাই ওইরবা মতাংদ্রা লোইশিহনা রেলবে ষ্টেসন খুদীংদ মমল য়াম্রবা শীংনা চীংগুম পৈরবা, অরাবগী কীজং কয়া লৌথোকপ্রবা, মায় পাকপগী হুংঙাইরবা সুমিৎ, টাউন সোভিয়েটকী মী পুন-নমক পুন্দুনা মায় পাকপগী পালন সুমিৎ, রেলবে জোবকী হেরোশিংবু ইকায় খুম্নবা উৎপগী শেনবা নাইত্রবা সুমিৎ অসিদা কবিগীদমক্ত অরাবনা লাক্রিবা। চুমই, মায় পাকপগী হুংঙাইরব সুমিৎনি অচুবু মী অনিগী পুক্সিদি মাংখ্রে ক্লাভিসেক অমম্তুং কোচাগিন।

"পাভেলনা লৈখিদবা অসিনা অচুম্ববু উহমবগীদমক ঐগী মিৎ পাংহল্লে, ঐনা মাবু থবজবদগী মহাক্ক ঐবু হুংশিবনা হেল্লমলে। "অহন হৌজিক্তা ঐ ইরবোই, কায় অমত্ত ইর-বোই, খুমজিল্লগনি। অমুক ইরকখিগদ্রা হায়বগী চিংনবদি লৈ। হয়েংদি উক্রেনিয়ান সেন্ট্রেল কামটীগী থাবকোংতা ঐহোম্না পীরিবা থবক অসে লৌনববা ইগনি।"

——————

# অহুমশুবা মতাং

অকুম লাইহৌগী চেংলবা খুপায়না পাক্তেলবু থাদোক্কবমখৈ পায়শিনবা ঙমদ্রে। মহাকী পাখং ওইবগী ঈচেম্না কয় ওইরে। মরিরক খুবা ওইনা মহাক্না অশিবা কৌবগী লমখৈ লাম্হোক্তুনা হিংগৎলক্রে। কমুংদগী হৌগৎ কাংখৎপা ঙমদবসি থা অহুম মপুম্মি। মায়খোং তাইবেং তায়রে, মচু থোকত্রে। ঙসিদি মহাক কমুংদগী হৌগৎতুনা মিক্লবা মখোঙনা কাকৈ কাফৈ থাংতুনা কক্লাংদা মখুংনা মশা ঙাক্তুনা কাহ্ন লাম্থোক্কবা হাংনরমই। পোকচবী মমানা ঙাকলৌ ওইদুনা খোঙনাউ ফাওবা চংলমই।

লম্বী মথক্কী কোমফুংশিংদা পিক পিক থম্না লৈরিবা শোৎদোক্লবা উনগী ঈমায়ংক্ক, হৌরকপা বসন্তগী অয়ুক্কী মঙাম্না মৈরবদা তম্নক তম্মিক ইরং লংলিংবু কুইন চেপ্তুনা য়েংলমই। ঙসি অসি চহিগী অহানব উন শোৎদোকপা মুখিংনি। খোঙ-নাউগী মমাংমক্তদা মথা রাউবা শেল্লাং অমা চেরী পাম্বীগী উশা অমদা তোংলদুনা মচিম্না মশাগী মতু মরক্ত হকচাং হোং-পগী মতৌঙুম ভুবোই কবিবোই শামরহনা পাক্তেলদা তথক তথক্ক লোম্না লোম্না য়েংলকলমই।

" নং অমত্র ঐ নিংথমথা লানখোক্কলেকো হা' চেক্লা?" খোঙন উগী খোঙবাদা তপ্প পাহয়রহনা পাক্তেলনা হায়রমই চেক্লাহদা। মহাকী বা অহু তাবদা মমানা মঙোন্দা ঙকনা য়েংখৎলমই।

"অহূদা নংনা ভাংলিবহূবু কনাদনো ?"

"শেন্দাং অমদা, মকমসিদা হৌজিক্ত তোংলগা, মহাক পাইখ্রে, অপিকপা চলাক লৈবা শেন্দাংদো।" অসি হায়রদুনা পাভেল মপুং ফাত্রবা মোমোন মীনোক নোক্লমই।

পাভেলনা টাউন্দা অমুক চৎলগে হায়না খনবা হৌরকপা মতমদদি বসন্ত মপুং ফানা ওইরকলে। মহাক টাউন্দা চৎ-নবগীদমক্ত মপাঙ্গল চপ চানা কল্লবস্ত্র করিগুম্বা ওকনিঙাই ওইবা লায়রবা অমনা মহাকী মপাঙ্গলবু শোম্হল্লি। নোংম মহাক্ল হিংখোগদা স্নুম চংলিবৈ মতমদা খংহৌদনা মাংলেল শক্লদা য়াম্না কন্না চিকপা অম ফাওরকলমই মহূনা মহাকপু ভুহল্লমই। য়াম্না বানা মহাক হৌগংলমই অদুগা মহাকী কা ফাওবা বানা লাক্লমই। মথংগী নুমিৎতা পাভেল ডাক্তরদা মশাবু নিংথীজনা চেক তৌরমই। ডাক্তরনা মহাকী তুংগী শক্লকপু য়ামনা মুন্না য়েংলবা মতুংদা শক্লদা নমথবা মকম অম ফংলমই।

"মসি মতৌ করমনা শোকখিবগে ?" ডাক্তরনা হংলমই।

"য়োভনোগী মনাক্ত থংনবা অমদা শোকখিবনি। ইফি অহূমগী নোংমৈ অমনা ঐখোয়গী তুংদা হাইবেদা কাপলক্লমই অদুগা মুঙ অমনা ঐগী ইশাগী তুংথংবা শক্লক্তা পাল্লমই।

"অহূদি নংনা মতৌ করমনা চৎননবা হোৎনবগে ? মহূনা নংবু অকায়ব করিস্ন পীদবরা ?"

"পীখিদে, মসি খোকপ্রবা মতুংদা পুং অম অনিরোম ঐহাক হৌগংপা ওবলমদে। অদুদগীদি অনাবা মাংখিরমই, ঐস্ন অমুক হন্না শগোল তোংলমই। মহূনা ওসি কাওবদা ঐহোন্দা খুদোং থীবা অমত্ত পীরক্তি।

ডাক্তরনা মহাকী অনাবা মকমদুবু য়েংবা মতমদা ডাক্তরগী মায়থোং য়ামনা বাথন খনবগী মমি তায়মই অমদি থবাই যাওনা য়েংলমই।

"চুমই, মরুপ, মায়না লুদবা থবক হায়বদুনি। শরুদা মৈখিবগী মকম অশি তোংবংলক্লরোইদ্রবা মাল্লি। মসিনা কম্বিগুম্বা কত্তমুংদ অমত্ত থোক্তনা স্ত্রুমনা চংখিবা আশা তৌসি।" অস্কুমনা হায়রহুনা ডাক্তর অহুনা মহাক্তী অনাবদা শকলোংবা মীংয়েং অমনা য়েংলমই।

নোংমদি পাভেলনা লুহোংখিবা কুইস্ত্রিবা ময়াম্বা আর্টেম উয়বা চংলমই, আর্টেম মহাক্তী সুপী অমস্থং নুপীগী ইমুং মন্থংগী মীশিংগা লোইনা সুপী মযুমদা লৈ। মহাক্তী সুপী টাইওসা ইচম চম্বা লৌমী সুপী অমনি লৈত-লাইয়গী চৈথেংলক্ত হৌরকপীনি।

ময়াম্বগী যোংলবা স্তুমায়দা মমিং শুকতোকপা, মীওই চাদবা অঙাং অম শাম্রহুনা লৈরমই। পাভেল চংলকপদা অঙাংহুনা মনাত্তোন শুগংলহুনা পাভেলদা অতমনমা মুম্মা য়েংলকলমই!

"কবি পায়নো?" অঙাংহুনা হংলক্লমই, "নহাক হুয়ানবা মীরা? নহাক চংখিবনা কগনি নত্রবদি ইমামা নংবু ক্ষুরগনি।"

শেগায়রবা, মম্লবা শাঙপোক্ত থোঙনাউ অম হাংদোক্তুনা লৈ। থোঙনাউদগী আর্টেম মপান্দা য়েংথোরকলমই।

"মন্থংদা চংলকউ, পাভেল।" কুইনা উথিত্রবা মনাওবু উবদা আর্টেম্ম কৌরমই।

অহল ওইরবী, মমায় মাওগী মমায়গী মতৌগুম হন্দামপাল মচু মাম্লবী সুপী অমনা লৈরংদা থবক চিম্নি। মহাক্ত পাভেলগী মনাক্ত চংশিল্লক্তুনা মরুপ মপাং ওইদবগী মীংয়েং অমনা য়েংলমলগা চংখিহুনা অমুক হম্না কোল-লিক লোইশিন থো-চিনবগী থবক তৌখিরমই।

মশম বেনি লোনবী সুপীমচা অনিথকন্থ লৈরং মনাক্তা চংশিল্লকলমই অহুগা লৈরংগী মপান্দা কাথক্তুনা কমলমই।

মকমক্তুদগী মখোয়না পাভেলদা চজোইরপ তৌবগী মীংয়েং অমগা লোয়ননা মুন্না য়েংথরকলমই।

আর্টেম টেবল মনাক্ত কল্লমই। মহাকী মায়ংথোং য়েংবদা দুংগাইতে মরমদি মহাকী লুহোংবদা মমা অমসুং মনাও মুপা য়াওখিদে। মখোয়না ভাপ ভাব ওয়লমদে, করিগীদমকত মীয়োল কয়াদগী প্রোলেটরিয়াটা ওইরকলবা আর্টেমনা, মহাক্কী চহি অহুম চুপনা কোইরক্রবী ষ্টোনমাসনগী কজরবী মচানুপী, ফুংবিত ভুবনা শিনকমস্ত ওইজরবী, গালয়াবু খাদোক্তুনা ষ্টাইওসাঙুবী পংলবী নুপী অম লৌরুমা মী মতাপী তলশুংবা ওইনা য়াম্বা তমিজাই ওইরবা মওং অমদা হিংলিবা। হৌজিক্তী মহাক মাগী নুপীগী ইমুং মনুং অমদি মশামকপু হিংননবগীদমক্ত নুমিৎচুপ্পা য়েলরে য়ার্ডদা থবক শুক্রগা মাংথরকলয়া ফাওবু অমুক হিংগৎহন্নবগীদমক শনবোং খোইরি।

আর্টেমনা খংই মহুদি মনাওমুপা পাভেলমা তৎতনা হায়রিবা "পেটি বুর্জ্জুয়াইস ইলেমেণ্টস" তা মহাক্ত চংশিনখিবসি য়ানিংদে হায়বা, মরমদুনা মনাও মুপানা ময়াম্নগী ইমুং মনুংগী মুয়াল করমনা পাল্লিবনো হায়না য়েংলি। মতম থর মচিন-মনাও কমমিয়দুনা মতাংদুগী ওইবা অতোনবা বায়ী থর অদোই অখুম তৌদুনা শাময়মই। থুনমক চৎনিংলবা পাভেলমা চৎ-ননবগীদমক হৌগৎলমই অদুবু আর্টেমনা মাবু থামলমই। "চাইহাক্তং চাইখো, করিগুম্বা থর চামিয়খিসি। নতৈমানা শঙ্গোম পুয়ক্রগনি। নাক হয়েং অমুক চৎক্রগনি সিয়া? নত্তেনে, পাভেল নংবু নিংথীজনা নপাজল করে হায়বসিবু শোইক্রবরনে?"

অম্বুয়া মচিন মনাও বায়ী শামবিদৈ ষ্টাইওশা চংলক্লমই। মহাক্তা পাভেলবু নয়াওনা ওকলমই অদুগা আর্টেমদা মক্ত ময়াং থমকব শঙ্গা শোং অম থাংবদা মতেং থর পাংথীয়ো হায়রমই।

হৌজিকতী পাস্তেল মতোমত ঙাইহৌরে ভথৰীরবী হনুবী অহুগী মনাকতা। মতমতুগা খোঙনাউদগী চর্চকী কাংশি মখোল লিংশিল্লকলমই। খোনজেন্দ্ ভাবদা হন্নুবী মখুত্তগী চেগপ থম-লহনা মাক্ল মচিন্দা মুকুম মুক্লম শোনবা হৌরকলমই.

"পূরমকী মথকতা লৈরিবা মবুংঙো, য়ুমগী থবকী কল্লবা শিরাপ অসিগী মরকত মী অমনা প্রার্থনা তৌজবগী মতম কংবা যাই।" মহাকী ইমকি লৌথোক্লগা, মীনৌথুদা তুকচনা য়েং-লহনা মতম কুইনা থম্লকপদগী মশাগী অমংবা মচু কোক্লবা ঈমক মকশিল্লবা ঈশ্বরগী অশেংবা মুর্ত্তি. য়াল্লিবা কাচিন্দ চংলমই। মকমতুদা মতোং য়াওৱবা থুংশাশিং পাম্নশিল্লগা মতোমত লাইশোন শোল্লমই :

"ঐগী ইবুংঙো স্বর্গদা লৈরিবা, অশেংবা ওইসমু মংগী মিং!" অস্থমনা অহল ওইরকপগী থুইজিল্লবা মচিনবান অনিনা লোয়া শোল্লমই। মতমতুদা মপান্দা শাম্ন'ম্নবা শুরুপ চাদবা অঙাংহনা, মনা লেকথবা অমুবা ওক লাবা অমগী মথক্তা তোংথংলমই। মথোঙ নাকম নাকন্দা নিংথীজনা য়াম্বরহুনা ওকী মওকী মতুদা চিংলমই অদুগা মনিংশা খম কি যি হোল্লিবা শাহুদা চেম্রনবা লাওরমই:" চেল্লু, চেল্লু! লেপ্লু, লেপ্লু!" অঙাংহনা লাওথদা ওকলাবা অদু মনথগন্দা অঙাংহ পুম্রহনা কৈরেং ছুরেংনা স্থমাহগী অকোয়বদা অঙাংহু লংথনবা কোই-চেন চেল্লমই অহুবু থমিং পৈবা অঙাংদুগি কমকম চানা কমবনা ভারমদে।

অঙাংহনা মপান্দা লাংবা ভাবদা হনুবীগী লাইমিংবা কায়রমই। মরমতুনা অহনহু মকোক খোঙনাউদা লিংখো-রকুম্না লাওরকলমই।

"মীকুপসিদা অপিকপা ওকতু ভানথোকথো, নম্নথদি অপিকপা শা, মংবে নওক্ত লৈহংকনি।"

মথৈথৈংদদি, ওজুনা মহোন্দা হুংহোইডবা পীরিব, মনমগন্ন ভোংলিবা অঙাংছু লংথরমই। অহুদগীদি অহলছু ইংথরদুনা মহাক্কী লাই শোনফমদা চৎখিদুনা মহাক্কী লাইশোনগী খাদৈ-শিং মাখনা শেংবা মঙং অমদা লেংশিল্লদুনা চৎথরক্লমই:

"হে ঈশ্বর নংগী অচুম্বা লৈঙাকলোন অছু লাক্লসনু..." মীকুপ্পু মতুদা অঙাংছুগী মোংলবা মায়খোংদা পিরা চোং-লহনা খোঙজিন্দা কপলদুনা চংলক্লমই। মহাক্কী ফুরিট খুদাংগী কীনা, ওত্থবগী নাম্বা মনাতোনদা পাম্বদুনা, চৈনাখোম্না হিক্ক হিক্না কপলদুনা, কপহায় হায়বক্লমই:

"মমি, ঐহোন্দা পেন-কেক অম পীয়ু!"

অদল হুপীদো অঙাংছুদা মশাউবা অমগা লোয়ননা ওনশিল্লমই। "ঐ লাই খুক্লমই হায়বসি নং উম্মা হে মমিং কৈপৈ চৎপা, কত্তরা, হে-নংমে,— — সয়তান মানবা।" অহুগা মহাক্ক কান মথক্তগী শাকৈ অমা লৌরগা অঙাংতুদা মুরমই। চৈছু উবদা অঙাংতুদি পাইদুনা চেনখিরমই। কুথৈ অদুগা লৈরং মথক্ত লৈরিবা হুপীমচা অদি অছু থিক থিক নোক্লমই।

অঙাংছুনা মপান্দা চেপ্তোকপ্রবা মতুংদা অহলদু অহুন্নক শুবা ওইনা প্রার্থনা তৌরমই।

পাভেল মম্নাম্বু অমুক ঙাইদনা তৌগংলগা থোক্লক্লমই। মহাক্ক কোমখোং থিংজিনবা মতমদা খাংপোকশঙগী থোঙ-নাউদগী চিংনবগী মীংথেংনা হনুখীদুনা মহোন্দা য়েংলি হায়বসি খংলমই।

"করম্না কত্তবা লাইনা আর্টেমবু মকমসিদা পুখীরিবনো।" পাভেলনা মাখনা হুংহাইডনা খল্লমই। "হৌজিক্কী মহাক্কী হুংগী পুক্নি অপুম্বা চেৎনা পুনশিনপ্রগনি। চহি খুদীং টাই-ওসানা অঙাং অমমম পোকনি অহুদগীদি আর্টেমনা থিদা তিম্না মরেং মরেং চৎছুনা নৈশিন্দুনা লৈবঙুম লৈরগনি। লাইথক থীবদি, মহাক্ক রেল ষ্টেসনগী থবক কাওবা থাদোক্লবা

য়াই।" টাউন মচা অহুগী মী চংত্রবা লম্বীদা চংনা চংনা পাভেলনা ময়াম্বশিংদমক রাজনা রাখলগী পোৎলুম থমি পুরমই। "অদুগা ঐখা থনজরকপদি ওরবদি মাবু রাজনীতিগী থবক থবাই য়াওহনগে হায়না।"

হয়েংদি মতুম থাদোক্লমদুনা, মুংশিল্লরবা মসাবু থাদোক্লমহুনা মহাক্কী থম্মোইনা মুংশিজরবা, মরুপ কময়েত্তশিং চাওরগা টাউন্দ শোইদনা উমরগনি হায়না থললুবদা পাভেল মুংঙাইজরমই। থবক চিল্লবা পুক্তিশিংনা লৈতেংলিবা, শাংলবা ভুয়েলগী মতৌ-ওম মীনা লোইব থম্বা লৈত্তবমথৈ চৎলিবা, ট্রাম গাড়ী শংনা মা মাগী মথৌ মংননবা য়াংনা য়াংনা চেল্লিবা, চাওরবা সহরগী দৃশ্য অতুনা পাভেলবু য়োৎচাবীনা য়োং চিংশিনবগুম চিং-শিন্নমই। পুম্নমক্কগী মহাক্ক হেন্না পামজরিবদি চাওরবা চেক-ফেক্টরিগী বুলডিংশিং, য়োৎলবা মৈথুনা পিক থল্লবা শিন-শঙশিং মচুদা লৈরিবা মেচিনশিং অমদি ট্রান্সমিসন বেলটকী হোৎনা ঙুং ঙুং ঙংবা খোজেলনি। সিমন্তু মহাক্ক পামজরমই চাওরবা মেচিনগী অচৌবা চাকানা লেপ্পা লৈত্তনা উংলিবা, মেচিন থাউগী হৈনরবা মনম·পুম্নমক অসিনা মহাক মশামক্কী শরুক অম ওইবগুম ভৌরি। ময়ামদি অচুগুম্বা মহাক মশামককী পোক্লকম পোতিনসেল টাউনগী চিরবা লম্বীশিংদা কোয়রা মতমদা মচোন্দ নিংবা কাম্বগী মখি অম হেক হেক তারমই। মহাক্ক হক্তে ময়ামদি মকমতুদা মবাক অসি মীতোপ অম ওই থমি। চুমগী অয়ুক তুংথিলদা কাওব টাউন কাওহনা চৎপা মতমদা মচোন্দা হৈনদবা অমদি থাংওমদবা অম হেক্ত কাওই! মখাং কোম্হনা কথলিবী বায়েন তাংবী মৌশিংগী মমাংদা চৎলুবা মতমদা, মথোয়গী তল্লবা বাঙাং তারগা থাংওমদবা নঙনা মহাক্কী উপাই লৈজদে।

"কীমন শেৎপা হূপাসি কনা ওইরিগবা?"

"য়েংবদা মাসি টি. বি. পকপা মাগি, মাসি লৈতসকী লায়নানা নাবা মীনি।"

"আয়, ফজবা জেকেট অমসু লৌংলিয়ে, হুরাল্লকপা ওইরিনি।" সিদগী হেন্নবা কয়া অমনি মঙোন্দা হায়বীরিবসি। তশেংনমক পাভেল পুম্নমক অসিবু য়াম্না ভুক্কৈ। অসিগুম্বা কয়া অসিবু মহাক্ক মতম কুইনগী মমাংদা থাদোক্লরবনি। হৌজিক্তী অম্তুম্বা লৈবাকমচা তাদবগী লমচৎ কয়া অসিংগী লাপনা হেন্থোক্লুমা চাওরবা সহরগা কেন্না মরি নকশিনরে, মচুনমু মাবু অকনবা শক্তি অমনা পুন্নবীরে, পাজর্না লৈনা থোনা হাপলবা কমরেড অম ওইবগী থবক কয়া শু-নোম্বগী নিংহন্নদবা লিংজেল যাওবব শীপুম্না চেৎন পুন্নবীরে। মহাক্ক পামজবমু মসিনি।

হৌজিক্তী মহাক উচানগী উমং য়োরকলে। মকমতুগী লম্বী লমলোংদা ভাইহাক্তং তুমিন্না লেপ্লরম্ই। মহাকী য়েংথংবা শরুক উকক্তন বাংনা বাংনা য়ুংহুনা শাবা থাইনগী জেল লৈ অতুগা মতুগী মাংমদনা ডাক্তর খানাগী ব্যাল্ডিংশিং লৈ। মমমসিদনি কাঁসিতোব মুপাগী থৌরি কোঙোয়না মুংশিরবী ভলয়া অমদি মহাকী কমরেডশিংগী মুংভাইরবা পুক্কিবু মাংহনখিবসি। পাভেল কাঁসি শগাই শারম্বা মকমদুদা মীকুপ খর অমুকম্নু তুমিন্না লেপলমই অতুদগী লৈতোং কাথংতুনা, তমথীরবা হবাইগার্ডকী মচিঙাক ওইরবা মথোয়গী অপুনবা লৈয়োন চনকম, অপি কপা মোংকম সেমিল্লিদা কুমথরমই। তনৌরবী থুংশাশিং তিংখোক্তুনা মোংকমথক্ত থল্লিবা স্পুস পাম্বীনা মোংকম-চগী অকোয়বা নিংথীজরবা শগ্গল ওইনা হৌরি। চপ তিংবা উচাম পাম্বী মচানা লৈতোং মংক হৌরি অতুগা চমথবা লৈমায় থক্তনা তনৌ তনৌবা মাপীনা অশংবা কাজং কিবী লিচা থাবতুম শন্দোক্লুমা হৌরি।

ইংলবা টাউনগী মতাইসিদা অরাবগী অচিৎপা অমদি লৈরমই। অশৌবা মালেমগীথক্কী প্রকৃতিগী হকচাং :খুদোংদা লৈত্তেংলবা মসত্তগী মুংশিবা মনম লীরি হমলিবা মালংনা পুরকলি। দৃশ্যগী লৈত্তেং ওইরিবা উচান পাম্বীশিংনা অমগা অমগা নকশিন্নহুনা লোনা লোন প্রকৃতিগী মুংশিবা মনমবু শৈথাহুনা চীবোল তৌনরি, লোটবা নাইদনা — —। মকথ-সিমকত্তদনি, পাভেলগী থরাইমক্তা মান্নবা মুংশিজরবা মরুপ কময়েত্তশিংনা থৌনা ফনা মথ্বাই কংখিবা। কন্নাদা কত্তব্রবা লাইরনা পোকলুরবা মথোয়গী পুন্সিশিংদো, কন্নাদ মুংশিব্রবা।

অরাবগী ঈথকমা থম্মোই থল্লবা পাভেল তপনা তপনা মথুং থাঙ্গংলগা মকোকতগী টুপী লৌথোক্লুনা ০িংতম্বগী লান-ফমদা মথবাই কংগ্রবা থৌনা কবশিংবু ঈকায় খুম্নবা উংলমই।

"মীওইবগী খ্বাইদগী হেন্ন মুংশিজবা পোত্তি পুন্সিনি, মসি মীওইবদ অমুকত্তমক পীরকই, অদুগা মহাক্না হিংগনি হৌগ্রবা চহি কন্নাদা অওং অনৈগী মুংহাইতবা লৈখিদবগুম, করিন্থু লৈব্রবা পুকচেল পীক্রবা অমদি কামব্রবা অমগী ইকায় থৈশা লাংখিববু করিন্থু খন্দনা; অসুম্না হিংগনি মহাদ, শিরন-দাই কাওবদা মহাক্ত হায়গনি: ঐগী পুন্সি, ঐগী পাঙ্গল শক্তি থৌনা পুন্নমক সংসারগী খ্বাইদগী হেন্ন ফত্তরবা মরমগীদমক পীথোকপ্রবনি— মীওইবা জাত্তিগী নিংথা তবগী লানগীদমক।"

"মরমহুনা ইথং থংহৌদনা অনাবা থন্নমা মত্রগা বানিহাই ওইরবা খুদোং থীবনা ত্তেলহল্লবা মীওইবগী পুন্সিবু মী অমনা পুন্সিগী মীকুপ খুদীংবু মমল লৈনা শীজিন্নগদবনি।"

রাথল্‌শিং অসিগা লোয়ননা পাভেলনা নিংঙ্খমনা সেমিত্রিদগী লৈথোক্লমই।

য়ুমদদি মমানা মথবাই নুংহাইতনা মচানুপা পাভেলগী চৎলনবগীদমক থৌরাং তৌরি। মমাবু য়েংলগা পাভেলন থংলমই, মহাক লোম্না পীরাং শিন্থরি।

"নং অসুম লৈরম্ব য়াবনি, হুংশিবা পাক্তেল? মমানা চংশিল্লকমই। "অহল ওইরবা চহি মতাংসিদা ইতোমতা থাদোক-লগ্না বারবসে অরাবগী মর্ণক্কি।' নংগী অঙাং কয়া লৈরমদুনা মখোয় থুদোংমকনা চাউরগা নংবু থাদোক্নুনা চৎখিবগী বাস্ত মত্তে। করিগীনো নংনা সহরদা চেনগদৌরিববু? মকমসিদস্থূ নহাক হুংঙাইনা লৈব য়াইদা। নত্রগনা কমাওসী শব তেম্না ককপী শকহেনবী শরনা নংগী হুংঙাইববু কাগ্রারা? নখোয় হুপা মচাশিং অসিনা অহল ওইরবী মবাদা করিস্ত হায়দবনি। আর্টিমস্থ নংদোমনা য়ুম থাদোক্নুনা চংখি অহুগা ঐঙোম্দা বাইহে মমঙস্থ হায়রমদনা লুহোংখি। বা অসোমদা হায়বা ভারবদি নংম অমুক মহাম্দমী শাক্তবা হেনবনি। ঐনা নংবু উবা ফংলিবসি নংনা শোক পন্দুনা চংপা খোংপা ওম্মক্তবা, নায়কনবা মতমপতনি।" মপাকী য়ামজনবা পোৎ-চৈশিং তক তক্লগা বেগ মমদা হাপচিন হাপচিন্না মমানা ইংনা ঙাংলমই।

মমাগী বাশিং ভারগা পাংভলনা মমাবু লেংবান্দা পায়রগা মঙোল্লোমদা চিংশিল্লমই।

"ঐগীদি শকহেনবী কনাস্থ লৈতে, ইমা! নংবু খংদ্রনে, কৈনা কৈ, তোকপনা তোকপা হায়নবদো? অহুগা নহাকনা ঐবুস্থ সহরগী শক হেনবা অমা ওইনা লৌরিবরনে?"

মচাগী বা ভারগা মমাদো মোকচরমই।

"নত্তে ইমা. পৃথিবীসিদা বুর্জ্জুবাগী লৈঙাকলোন অসি লোইশিন্দ্রীবমখৈ ঐ দুপীদগী থাপনা লৈগনি হায়না বাশক-প্রবনি। ঙাইগদবা মতম য়াম্না বাংলি হায়না নহাক্ক হায়খিবদো, ইমা, হৌজিক্কী বুর্জ্জুবাশিংনা কৈদৌঙৈদস্থ থক কুইনা পায়রোই। থুনঙক মী থুদোংমকী অচৌবা রিপব্রিগ হায়বদো লাক্লগনি। মতমহুদদি মখোয়ঙম', পূজি চুম্না থিংনমবগীত থবক ভায়ক্লবা অহলশিংসে কনববা লৈবাক ইউ।নিদা চংলগদবনি।

মকমতুগা নিংথমগা হায়রগো নৈজনি ইমা। ঐথোয়না অমেরিকাগা যুদ্ধ্বাশিং লোইশিনবা তংগ্রিটেদা নথোয়বু ঈনাক খুনবা মীশিংগী কোল্লংশিংদ তৈজলমগনি, মতুদা অহল ওইরবী নথোয়না নথোয়গী মহল ওইরবা শকশিংবু খুংগা যাইদুনা খুংঙাইনা লৈগনি।"

"মতুদি হেনোইগী খুংঙাইবা বারী হায়রদুনি, অচাং, অহবু ঐগি মতুনা অচুম্বা ওইরকপতু খেংননবা হিংলরোই — — নহাক মসে লৈখিদ্রবা নংগী নপুখোংকুগা যাম্না মারে। মহাক হিথোন নি অদুবু অসিগুম্বা বাখল নিংথীজনা লৈরম্বা খুপানি। চপ চাবা ডাকু (কাওবদা নত্তবা) ওইরম্বনি, ঈশ্বরনা মখোই কাওবদি কনবীখিবনি। সেবাষ্টোপোলদদি মহাক পুথলোই লোইমে অহুনা থুমদা মখোঁও চাম্ব, মখুং নাম্না যাওদনা থমাক ক্রোশ অনিগা লুপাগী খেতল অমগা হল্লকখি। তোই-শুমখুং মহাক লায়রনা শিখি, খুঙাইখিদে। শাওগল্লি। মহাকী বাঙাংদগী অকিসকী থবক তৌবা মী থরগী কেংক অমুক্ত শোকহনখি। মতুনা মাবু চহি অমরোম জেলদা থমখি। মতমতুদা মাগী মিলিটরি ক্রেণ শিংথুনা করিম্ব তৌবা য়াখিদে। হোই, মংনা তৌরিবসে নবুখোক্কু লৌবনি, করিম্ব বারেংকুমিঙাই লৈতে।"

"করে ইমা, হৌজিক ঐথোয়না অরাবগী মায়থোংগা লোয়ননা কায়নবা ওমলোই, অম্বুম বাববদি কায়লবা ওমগত্রবে ? ঐগী এন্কোর্ডিওন্দু অমুক্ত পীয়ু, মতু শোক্রকখিদবা কুইরে।"

এন্কোর্ডিওন্দা মকোক নোম্বদুনা অমদি অশেংবা মচু চংবা লংলবা, মথক্ত মথুম পরেং পরেং হংলিবা মথুমশিংদা কায়লদুনা খোংবা তৌরম্নই। মমানা খোনজেল অদুবু যুগা তাননই অমদি খোনজেলনা অনৌবা শুমহৎলগী শুর অমা য়াওরমই। মপাংহৈদা মহাক অম্বা তৈবৌতৈদন্দু খোংয়ি-লম্মি। [illegible]

মতমদা থোংদা মী অমকাওবা লৈরমদবনা চাইহাক্তং লেপ্তুনা মকমহুনী কতরবা দৃশ্যবু য়েংলমই।

অহাংবা অতিয়া অমুবা বেলবেট কিনা কুপ্পগুম, মুস্তুক মুনা শক্লোকখ্রে। মৈ চাক্তনা মত্তাল লৈরবা থরানথিচাকশিংনা চাল্লি তকুপ তকুপ্পা অরংবা মতাংলপা লোয়মনা নিংথীজরবা অতিয়াদা, মীওয়েংগী অয়োইবা লমদম অমদা অতিয়া অমদি পৃথিবী মথোয় অনি শমজিন্নখিবগুম তৌরি। চাউরবা সহরগী অমম্বু মশীং থীংমদবা ইলেক্ত্রিকী মৈঙাংশিংনা ইমং লংনা চালহল্লি।

ৱারী শান্নবগী মতৌ য়েংনবগী, লাওনবগী অরাংবা থোক্কেন্না অহিংগী অচিকপবু কাপ্পারক্লমই। মহুনা পাভেলগী ৱাখলগী মুংঙাইরবা অচিকপা মীওয়েংবু খুগায়রমই। কনাগুম্না থর লাকলমাল্লে হায়না পাভেল মকাক্কী মীওয়েংগী শুমহৎলবা সহরগী মৈঙান্দগী লৈথোরক্লুনা থোংগী কুমকম থাক্ত কুমথরক্লমই।

এরিয়া স্পিসিয়েল ডিপার্টমেন্টতা মথৌ তারিবা মুপা অহুনা পাভেলদা জুগ্রাই মহুম কুইনগী মমাংদগী টাউন থাদোকখ্রে হায়না তম্লমই। পাভেলনা হংলকপগী মতুং ইন্না মুপা অদুনা পাভেলদা থংনিংনা ঢাহং কয়ামুক হংলমই। চাইনাক ৱারী শান্নবা মতুংদা মুপা অহুনা পাভেল জুগ্রাইগী মরূপ অশেংবনি হায়বা থংলমই। মরম অহুনা মথৈথংদা মুপা অহুনা জুগ্রাইদি টরকেস্টান ফ্রন্টকীদমক্ত টাসকেন্টদা থবক তৌনবা থাখ্রে হায়রমই। ৱাফম অহুনা পাভেলবু অম্সুকী মতিক নিংবা কায়রক্লমই মদুদি মহাক্ত মথা তাবা অকুপ্পা মরোল অমুক হংথবা তৌদনা মমাং লৈথোরক্লুনা থোক্লক্লমই। মহাক্ত থোককপদা থংচোক চোকথবা অম কাওরক্লুনা থোঙজিন্দা চাইবাক্তং পোংথারমই।

অহুনগী অমুক মতাক লমীদা চংলমই কনাগুম্বা মহাকী মরূপ অমত্তুক থিননবগীদমক। থোমজেল হৌরবা শাবমাড়ীনা

লম্বী অপুন্বা পুমনিল ফিলহন্দুনা চেল্লি। লোইবা নাইত্রবা মীয়াংগী ভুরেম্বা চল্লি মখাক্ত লোইনাইদবা। সিনেমা হোলগী চকম গেট অতুবাইদা সুপীশিংগী সুংঙাইনা নোকপগী হৌনা লাংলবা খোনজেল, পাখংশিংনা লাওনা লাওন বা ঙাংবগী খোনজেল অমদি থাজদনা যখোল চাওবা সুপা অহল অমগী খোঞ্জেল পাজেলনা তারমই। চিল্লবা মীয়ামগী মরক্ত মীশিংনা তঙানন হল্লকপা অমসুং চংখিবগী ঈচেল অদু লোইবা নাইত্রমদে মমাংগী মৈ যঙাম্না থাল্লবা ট্রামগাড়ী অমদি গাডীশিংগী মৈঙাম্না সিনেমা হোলগী চংকম, মীয়াম্না হজং হন্না চংলিবা মনাক নকপা অকোয়বগী শরুকশিং পুমঙাল ঙাল্লমই। অল্লম্না সহবগী মফম খুদীংমক্ত মীশিংনা চৎনা চৎনা বারী শান্নবগী চিকংবা নাইত্রবা অরাংবা খোনজেম্না লম্বীবু ইনিল নিল্লমই।

লম্বীগী পোখাবা লৈত্রবা অরাংবা অঙ্গনা ফিওদোরনা চংখিরম্বদগী মহাক্ত ফংলিবা অরাবগী সুংঙাইতবা রাথলবু পংশিলহল্লি। হৌজিক মহাক মফম কদায়দা চৎকনি। মহাক্না মরুপশিংনা লৈরিবা সোলোমেনকাস্থ মফমতুদগীদি লম্বী য়াম্না শাংদ্রে। ওনগম থংত্রবা রাথলগী মতাংতুমক্তদা থংহৌদনা নিংশিংলকলমই ইউনিভর্সিটি ট্রিস্তালৈবা য়ুম অম। য়ুমদুদি মহাক্ত চৎলিবা মফমদুদগী পংলাপ লাপ্ত্রে। মফমতুদা চৎপা তাবনি মরমদি মহাক্ত উমগে হায়না খন্দুনা লাকপা ফিওদোর লৈরমত্রবদি, মমাংদা উমগদবা অহানবা মীদি য়িভানি। অদু ওইরবদি সুপিদাং অদু মফম অফিমগী য়ুমদা লৈবস্ত্র য়াই।

অথাম্লদগী মহাক্ত রিতাগী কাগী খোঙনাঙদা মৈঙাল উবমই। থাংঙমদবা থম্মোইগী ঈহৌ কয়ামুক কাথরগা মপানগী উয়ুং উবাক্তী খোঙজাও হাংদোকনবা ইল্লমই। মীকুপ খরদং লৈমায়থক্ত ভুখিন লেপলমই ইমুং চংত্রিবৈদা। রিতাগী কাগী ইমুংদগী মীগী খোনখেল তারমই অমদি কনাগুম্বা অমনা পীতর খোংলমই।

" ও হো, মহাক মিস্তরখোংবা মাবয়োইরে। উম, মসিদা মাপু পোংখাহল্লবা মাই" পাড়েল মতোমত শোনজরমই। মচিন্নবান চিকশিনহনা মিতা লেংহায়মই পুক্নিংগী লাংজরবা ঈথিলবু থাংলগা মানুনা মহাক্ত খোঙদা থিন্নখই।

মপম খেঁনা লোন্নগা মকেক্ত অমুক য়েংশিনবী মুপী নহা অমনা খোঙ হাংদোক্লক্লমই অদুগা কোর্চাপিনদা হংনিংবা য়েংলকলম্মই:

" কনা উরমীনিংবনো ?"

মুপী নহা অমুনা খোঙ থ'অক্ং হাংজগা পাড়েংদা য়েংলকপা অত্তেনবা মীংয়েং অহুন। অর্থ অম ফোংলি মঙদি পাড়েলদা মকমহুনা লাকপগী পান্দম মহে থারে।"

" মিস্তা উস্টিনোক্সিচ অমুক্ত উমবা য়াগজ্র ?"

" মহাক্তী মকমসিদা লৈতে। হৌখিবা জন্নয়াম্নী থাদগী মহাক থাককোক্তণা চৎখ্রে। ঐনা তাজবদি মহাক হৌজিক মোশ্কোদা লৈ হায়।"

" কংয়েন্ত অক্নিমদি মকমসিদা লৈরিবরা নত্রগা মহাকম্ থাদোকখ্রবরা ?"

" লৈতে, মহাকস্ মকমসিদা লৈতরে। ওত্তেনা শুবর্জিয়া কোমসোমোলগী সেক্রেটরি কৌ জক মহাক্ত ওইরে।"

কারি অমন্ত জোকনিজাই লৈতে মাম লৈহুনা হল্লকপা মন্তনা। মকমসিদা লাক্লগা খুংগাইশনি হায়না খঙবা মহাক্তী পাক্লবা আশাগী তোর্বান অমু থংকোকনা নিংথামজকলে। খুংগাইরবা থংখোইগী লৈরাং অদে। লৈমন চনখ্রে। অহুবু, অনুমনা ওইহুনম্ অকন্না বাকম মমদি খুম্মিদ্রাংদু মহাক কনাগীদ অহিং লেনগনি।

" মকমসিদা লৈত্রবা নগী মকুপশিংবু থীজ্রনা নংগী মখোঙদা নংবু পুহুনা চংগা ওমলি।" জিংবা কাহ্নবগী ইপাক্তা খুপলদুনা মহাক মথা মতোমত শাগজরমই। পুন্নক

ওইরম্লে মহাক্কী অমুকা হন্না, মহাক্কী মরুপ পানক্রাটোভ টাইহাসিদ লেংদনা লৈরিবরা মায়কী লাইবক্কী চাং লেংলে মায়হৈ লেপপনই মংখদি তৌফভোর অমুক বাতসকীং মনাক্তা লৈবনি। মকমতুনা সোলোমেনকাদগী থম হেক্না নক্কই।

মহাক্কু পানক্রাটোভকীদা থুংবা মতমদদি মহাক হায়খক লোকপদে। "করিগুম্বা পানক্রাটোভন্না মকমসিদা লৈরমজরবদি, ঐহাক ঐগী মরুপশিং শীবগী থবক অমুক মখা চৎথররোই, ঐ মকমতুদা লৈরবা হি অমগী মথংদা চংলগা অহিং লেক্লগে।" মহাক্কু পানক্রাটোভকী, মতম অমদা হজাবপাল মচুগী মচু তৈংম্ব খোঙদ থিমা থিম মতোংগী বারেপ লৌজরমই।

অহল ওইরবী মুপী অমনা খোঙ হাংদোকলককমই। কোক্কোক্কগী খদাং কাওবদা রুমান অমনা নিংথীজনা কীরিবী মহাক পানক্রাটোভকী মমানি।

"ইগ্নেট মুমদা লৈবরা, ইমা?"

"মহাক হৌজিক্ক চনখিল্লকলি।"

ইগ্নেটকী মমানা পাভেলবু শকথংবা তমত্রে মুখিদাংদুদা, মরমতুনা লৈথোকখিতুনা মচাবু কৌরমই:

"ইগ্নেট, কনাগুম্বা অম নহাক উম্নবা লাক্কই!"

পাভেল মুপী অহলতুগী মতুং ইন্নরতুনা ইমুংদা চংলমই, ইমুং মৌরগ মহাক্কী পোৎ চৈ হাপ্লিবা থাউ লৈমায়রখক্কা থমলমই। টেবলদা ফমতুনা চাক চারিবা পানক্রাটোভ মচুক থাজংতুনা অনৌবা চংলকলবা মুপাতুদা হায়রগ থুনা য়েংলকলমই অমুগা অমুক খুদক লোক্ক্‌থরমই:

"নঙনা ঊজলিংইবসি ঐনিকো, ভাইহাজকং কমইদুনা পোৎথাঙ, ঐ চাক খজিককং মাখিদ্রে, তসাই অমুক্তই চৌনশিন করিগুম্বা চৌক্কখিত্রবনি" হায়দুনা পানক্রাটোভনা অমা শারা অঙাওবা চয়াতু অম থক্না মাক লোক্ককলমই।

লাকল অমদা পাভেল তেকখিগদৌবা মাল্লবা চৌকি অমদা ভুম্বিল্লা ফমলমই। মহৌশাদগী মরাক্তু হৈনজরকলবা মওংদা মহাক্কী টুপী লৌথোক্লগা সুম্মায় পায়শিন্দুনা মরাইবক অমদি মমায় তৈথোক্লমই।

"ঐবু কয়ামুক য়াম্না শকওল্লবগে, ইগ্রেট কাওবনা ঐবু শকথংবা ঙমজ্রবা ?" বায়োজবগুম করিগুম মতোমত হংজরমই।

পানক্রাটোভ হরাই থোংবা চমচি জনি অহুম কোৎলবা কাওবদা মহাকপু উয়গে শাক্লিব মীহুন র অমকাএবা ঙাং-লকতবহুদ মংক থাজংতুনা য়েংলক্লমই। "য়ারে, করিগীনো হায়রো নংবু করি থল্লিবনোয়ে ?"

তুল মচেং অমতুশকে হায়নুনা থাজংলকপা মহাক্কী থুং চিনথু য়োদ মথাদম্ হন্থদনা ময়ক অচুম্বক লৈরে। অঙকপগা অমদ মুংনাংবগা লোয়ননা মহাকপু উয়নবা কমলিবা সুপাহুদা মুম্না য়েংহুনা লৈগ্রে।

"হে, করিনো তৌরকইসিবু ?" পুমঙক চুকই হে !"

অচুম্বা মত্রগা করিনো হায়বগী থাজদবা মীংয়েং অমগা লোয়ননা পাভেলদা য়েংলবা পানক্রাটৈভাকী মীংয়েং অঙকপগী ঈথক্তু কজনা লৈতেংই। চমম্বা অমদি অঙকপগী ঈথক্তু থুগায়হুনা অশেংবনি থংলবদা নোকথোক্লদুনা হৌনা লাওরক্লমই:

"পাভকা !" "ঐংথাবনদি নহাক শিগ্রবোই নিংলুর ! হাইখো, হাইখো নংবু হৌজিক থুংঙবরা ? নমিংনা করি অমুক কৌরবা ?"

পানক্রাটোভনা লাওবহুন মচে তরদি মমা অতোপ্পা কা অমদগী লাওরিবা কাদা চেংশিল্লক্লমই। মখোয়সু পাভেলবু উবদা পুমংক চক্লমই মরমদি মহাক শিগ্রে, শিগ্রে হায়না লাওথোকপ্রমনি। মখোয় তহুম্বক্তু পাভেলদা কয়মনা মহাক শিক্লবগী হিংশংলকপা অমদি কয়াম কুইনা নাক্লবা অহুগা কয়বা মকমদা লাকইবনচিংবা মথদ মথাগী হাংং কয়ামুক

হংলমই। অঙকপগা লোয়নবা বাহং পাওখুমগী লানকমদা পাক্লেন বায় পাকলে, মহুনা মমৈথংদা মখোয় শেংলজরবুনা লাক্লিবা হুপালে পাক্লেন কোর্চাগিন মজুনা অতৈ কনাগুম্বু নুংঙ্ক থারবা য়াজরমই।

ইমুংগী মী পুম্নমক লোইনা ভুমগ্রবা কাওবদা পানক্রাটোক্তনা হৌখিবা থা মরিক্তুগী মনুংদা থোকখিবা থৌদোক-থাথোক্কা মরমদা পাক্লেনদা থারী শারমই।

“হৌখিবা নিংথমথাদগী ভার্কি অথম্বুং মিত্যাই থারকোক্তত চংল্লে। বেগরশিং অদুনা চংলিবত কদাইদনো হায়বা মহাক থংব্রা? কম্যুনিষ্ট ইউনিভর্সীটিদনিনে। প্রেপারেটরি কোর্স য়াওননবগীদমক্কনি। অহানবদা ঐথোয় ভর্যামচানি কোর্স য়াও-ননবগীদমক থৌরাং তৌরম্মনি। ঐন্দু য়াওনিংদুনা দরখাস্ত থাবনি।

ঐনা থনজরমম্মদি মতমহুবাইদা ঐ করিস্ত পংখিদে।

মক্তে, নংবু শাজরনে ঈকজামিনেসন বোর্ড অদুনা ঐবু ইথোয়রক্কনি হায়বা?”

পানক্রাটোক্ত থোকখিবশিংবু নিংশিংবা ওইনা থম্ম শাংনা হোরমই অংগা মথা ভারকলমই:

“অহানবা হৌরকপদদি ঐ য়ান্না ক্বয়মই। হিরম খুদীংমক্ক ঐ অহুম্মক মতিক চাবা চায়বত্ত ওইরমই মতুংদি ঐ কোম-সোমোলদা মতিক চানা কুইনা য়াওরক্কুবনি, পার্টি কার্ডসু পায়জরিবনি। অসিগী মথক্ত ঐনা তৌজরকপা থবকশিং হায়-বদি-বেকগ্রাউন্দ অমদি পারী-পুরীদগী ঐগী অপোয়বা অমত্ত লৈতে। তৌইওমম্বুং, রাজনীতিগী অানগী মতাংহুদদি ঐনা হুমাং পাথংবিবা।

“ঈকজামিনেসন বোর্ডকী হুপা অমগা ঐগা অরাই-অপুন থম্ম তৌনরমই। মহাক্ক ঐতোম্দা নুংদবা অসিগুম্বা বাহং মচা অম হংনকলমই: ‘ঐতোম্দা অমুক্ত হায়ব্রু, কমরেড পান-ক্রাটোক্ত অপোয়না কিতেলামোকিগী মরমথা করি খংবীবগে?”

অশেংবদি ঐহাক ফিলোসোফিগী `মরমদা ৱাং অমত্তা ওইবা খঙদেবনি। অদুবুনে ঐখোয়গা পার্টিসভা থবক শুবিদুনা গ্রামারগী হাত্র ওইরকপা, মতুংগী কল ওইনা ষ্টেডদোরগী থবক তৌরকপা ইমামবা অদুম লৈ। মহাক্না ঐহোক্না ৱাহং খুদোংমক্কী পাওখুম থংবা, মঠা লৈবা, মীয়ামদা ফিলোসোফর থাবনা কৌবীব মী থবগী মরমদা চারা লৌখিবদো ঐ নিংশংলি। মী অমত্থু লৈরমই, মমিং ডিওসিনীজ হায়বরা করিনো, কাওব্রে পুক্নি চুপ্পা থুবক্কুংগা লোয়ননা লৈখিব —, অদুগুম্বা মী ওইশিং ময়াম্বদগী থাইগী শিংবদি অমুববু অতোৌবনি হায়দুনা অমদি অতৈববু অমুবনি হায়দুনা নিফুরক্কগী হেন্না প্রমান পীদুনা য়েংখবা মুপ হৌনি। নংত্থু উবেদনা, ওইদবনা কাগী তৌবশিংসে? মতাং দা গ্রামারগী হাত্রদুনা করি হায়খিবনো হায়বদু নিংশিংলক্লমই অদুগা ঐস্ মহাক্নু হায়বগুমনা ইশা ইতোমত শোনকরমই:

'অহ, মহাক্নু ঐহোক্না খোঙ থাংফিনক্লবা হোংনদ্রি' ঐনা শোনজবা অদুদা ঈকজামিনর ঐহোক্না মমিং লংখনা য়েংলকখিবদু ঐ শংলমই, মরমদুনা ঐনা অসুমনা খুমখিরমই। 'দর্শন-শাস্ত্র' হায়বসি করিনত্থু কায়দবনি, ঐনা মদুগী মরমদা করিনত্থ ভাংনিংদে, কমরেডশিং। পার্টিগী ইতিহাস হায়বসে, হৌজিক্কী মকমসিদদি অতোপ্পা ৱাফম অমনি। অদুনা ঐনা ৱাকমসিদা মত অমত্তুং পীজরবদি ফুংগ ইগ-' সিমত্থ করে মদুদি, ঐনা ভাংলিবা অদুদা অফবা অচুম্বা ওইনা লৌবদুনা অতকপা জ্ঞান অদু কদাইদগী ঐনা ফংজরবনা হায়বসি মখোয়না খংনিংলমই। মরম অদুনা, ঐগী ইমাম্নবা গ্রামারগী হাত্র অদুগী মরমদা অমদি মহাক্নু হায়খিবা থংগী মতাংদা ঐ ভাংলমই। ঐগী ৱাদু তায়গা কমিসনগী মী পুম্নমক মমায় লৈখোক লৈখোক্লুনা পংনোক্ল নোকলমই। মখোয়না নোকলিবা অদু ঐহোক্নি, অদুদা ঐ হৈরাংদুনা মপাদা খোকজকলমই।

"মতুংগা ঈকজামিনর অদু না গুবর্নিয়া কমিটিগী অফিসতা ঐবু থাম্লগে অদুগা পুং অহুম চুপ্পা ঐচোম্না মা ছাংলক্কে। মাংাক্লা ঐহোৎঙ্গ তশেংহল্লে. গ্রামারগী ছাত্রদো কিলোগোকিগী মতাংদা করিম্বু থংদে হায়বা। তশেংবদি কিলোগোকি হায়বসি য়ামনমক মরুওইবা অমদি অকবা শোংশকনি"

"ভুৱাবতা অমদি ডার্কিদি পরিক্ষাদু পাস তৌরে। মত্যাইদি লাইরিক পাবদা মরৌশানা কনবমি, তৌইগুম্মশুং ডার্কিনা ঐহোৎন্দগী হেন্না কবা ওইদে। মহাক্কী গুণ্ডবনা-মমম ওইহুনা মহাক্ক পরিক্ষাগী মায় পাকপা ংবা ওইরম্বা য়াই। অম অম থংদে ঐ মপাথীহৌরে। মথোয়ন ইউনিভর্সিটিদা চৎপ্রবা ভুংদা রাব্ধিদতা ঐবু 'এসিষ্টেন্ট চিফ' ওইনা থবক পিনবগী থবক পীরমই। মহুদা ঐনা অয়াম্বা মতমদা মহা ওইবশিংগী মতাংদা রারী শাম্বকপা মতমদা মেনেজরশিংগা চিঞ্চা পাও-দানরমই। হৌজক্কী ঐ ইশানা মেনেজর অদুম্বক ওইজরে। মতমসিদ করিগুম্বা ঐনা, থবকপু লায়থোক্কুনা খৌশাদবা মতম তমবা কন গুম্বা ঐগী থবক শুকমদা থেংনরবদি ঐনা মাবু করুলা মংক্ক মহাক্কী মেনেজর ওইবগী কম অমদি কোমসো-মোলগী সেক্রেটরিগী ওইবগী কমগা অনি পুম্না লংশিনগনি। মহাকনদি ঐহোৎন্দা করিশু তৌরকপা ঙমলোই। অদুগা ঐগী-দমক্কদি অহুম করি হায়বা য়াই। মথা তানা মহোৎন্দা করি হায়ননবা নৈদ্রি? অকমগী মতাংদদি নংনা হেন্না থংলে, টুকতা মতোমতনা ডাইরে ঐখোয়গীনী হায়বা মরুপশিংগী মহুৎগী গুবর্নিয়া কমিটীদ নৈহৌরিবসি অদুগা মহাক্কী হায়গী থবক্ত অদুম্বক লেংদনা নৈরিব। টোকারেভ সোলোমেনকা ডিষ্ট্রিক্ট কমিটিগী সেক্রেটরি ওইনা থবক তৌর। মখোয়গী কম্যুনিষ্ট মেম্বর ওকুনেভ ডিষ্ট্রিক্ট কোমসোমোল কমিটিদা' নৈ। 'ডাল-য়ানা পোলিটীকেল ডিপার্টমেন্টতা থবক তরি। টকভেটায়েভনা রিপার্টার লোয়া নংনা হৌয়বা থবক অহু তৌরি।... মাগী

চংলমই। কমিটিগী সেক্রেটরি ক্রুসিয়ান কুরিং অমা লৌংলদুনা চাওরবা টেবল অমগী মনাক্ত' কল্লমই। পাভেলনা চংলকপা অদুদা হায়রপ য়েংখংলক্লমই অদুগা অমুক হন্না মাগী ইরিবা অদু চংথখিরমই।

পাভেল মায়োক্লবা চৌকি অমদা ফমদুনা মহাকী মকুপ অকিমগী মচুংতা লৈরিবা সেক্রেটরি অদুগী মওং মতৌবু য়েংদুনা ঙাইহাক লৈরমই।

"করি ভৌশিগে ?" মহাক্ন ইরিবদু লোইরবদা পাভেল হংলকলমই। মহাকী অহাংবগী তানজা উরদুনা পাভেলনা মহাকী ৱারী লীরমই।

"ঐহাক হায়গী মতৌগুমনা অমুক ঐগী মেম্বরসিপতা হনজিন্নীংলে, অদুগা ঐবু য়েলবে ৱার্কসোপ্তা থাবীয়ু, মদুগীদমক দরকার ওইবা চে চাং পীবীয়ু।"

সেক্রেটরি মহাকী চৌকিগী নমঙাদা ঙাথকদুনা থুম্লক্লমই:

"করি অমত্ত হায়ন-খোংনত্রবস্থ ঐনা নংবু মেম্বরগী লিষ্টতা য়াওহনগনি, তৌইগুম্মন্নুং নংবু ৱার্কসোপ অদুদা থাবা হায়-বসিদি খজিক্তং কজদবা তাগনি।" চিংনবগী মওং অমদা থুম্লক্লমই, "মরমদি টক্সভেটায়েভ মকমদুদা লৈরিদো। মহাকন্থ গুব-নির্ম্না কমিটিগী মেম্বর অমনি। অদুন, ঐখোয়না নংগীদমক অতোপ্পা থবক অম য়েংবা তাবনি।"

কোর্চাগিনগী মিংয়েং হন্দরক্লমই, অদুগা হায়রমই:

"টক্সভেটায়েভকী থবক্ত অয়েংপা পীগে হায়না ঐহাকী থমবা লৈতদে, ঐহাক ঐগী শিনফমদা থবক শুবা মী অম ওইনা শুজগে, সেক্রেটরি অম ওইনদি নংচদে। ঐগী পাজল শোন-জবনা অতৈ থবক্ত ওবগী শক্তি ঐগী ৱাহ্নি, অরমদুনা ঐবু অতোপ্পা শিনফম অমদদি থাবীগন্থ।"

পাভেলগী খোংজবা ৱাহোল অদুদা সেক্রেটরি য়ায়মই অদুগা মহাক্ন চে অমদা য়াহে থম ইরমই।

"চে অসি কয়রেঙ টুকতাদা পীবীয়ু মহাক্কু নংগী থবক্তী-দমক্ত শিন্দগনি।"

পার্সনেল ডিপার্টমেন্টতা পাভেলনা টুকতাবু উমরমই। মহাক্কু চংলুবা মতমদা টুকতা মহাক্কী তেংবাংবা মুপাদ বা ঙাংদুনা লৈরমই। মরমদুনা পাভেল মিনিট অম-অনি লেপদুনা ঙাইরমই। মসু ঙাইদুনা লৈরবদি মহাক্কী থবক য়ামনা কুইথরগনি। খল্লিজং খুমিংবনা মহাক্কু মরক থংদুনা হেক্তমক বা হৌদোকখ্রমই।

"অদোমগী বা অদু কোমা য়াম্না ঙাম্বীবো, টুকতা এইগী থবক্তী মখম লেপনবগীদমক চে অম পীদা লৈতে, অমুক্ত য়েংবীয়ু।"

টুকতা ইহক হেনলমই। মহাক্কু চেদা অমুক য়েংলমই অদুগা পাভেলদা অম য়েংথংলকলমক, হাপ তাস্রিবা কাওব।

"ও, নং শিবদি শিরমস্ত্রিবোইবে? নত্তে সিদা এনা তৌদোরিবসি করিনো? মসিদি য়ারোইবো, মরমদি নং সেক্সসতা য়াওহৌদ্রে মরম'দুনা মেম্বরসিপ লিস্টতা নংগী মিং য়াওদ্রে। ঐ ইশামক্তুনি নংগী কার্ড অদু সেন্ত্রেল কমিটিদা ওনখিবা, নং শিদ্রে হায়দনা। হৌজিক্তী করিস্থু হায়নিঙাই লৈত্রে, কোমসোমোল সেন্ত্রেল কমিটীনা থোকখিবা 'সেক্সসতা রেজিস্টার তৌদবা মী খুদীংমক তোক্লুবনি' হায়বা অদুগী মতুং ইন্না। অদুবু হৌজিক নংনা তৌবা য়াবা চেয়োল অমদি লৈরি মহুদি অদুবা লম্বীদা নম্বথাক্ত অমা য়াউ।" টুকতাগী খোল্লেন্দুদা য়েংলুনিঙাই করিস্থু য়াওদে।

টুকতাগী বা তাবদা পাভেল শাওরক্লমই।

"আইন্দ য়েংদনা, নপাগী বাখল লৈতবা নংথীবা টুকতা, নং করি অমত্ত হোংস্রিনা। কৈদৌরৈ নংনা মী অম ওইবগী বাখল খল্লা হ্রজমদে?"

পাভেলগী বা তাবদা টুকভা তেরা ককচেংলো চিক্লবগুম মুং হৌগংলো শাওরকলমই।

"ঐহোক্তা লেকচরকাক তৌবকনু, ঐ মকমসিগী ইনচার্জনি সারকুলারদা পীরিবা ইনস্ট্রকসনশিং অসি হৈনগদবনি, মচুবু নমথাক তৌগদবা নত্তে। নংগী অহঙবা অরানবা চাংশিং অচুবু চেকশিনখো!"

মাশিং অসি হায়দুনা টুকভা কমথশিল্লমই অচপা পৈদুনা লৈরবা হাংদোকখিবা অনৌবা থুংলবা চিঠিশিং মশা লাবলপ তৌনা মথোংগোংমদা চিংশিল্লমই।

পাভেল হুংগ'ইত্তনা খোঙলোমদা খোকপা হৌরমই অদুবু কমিটিগী অম নিংশিলকলদুনা অমুক হনজিলহুনা টেবলমথক্তগী সেক্রেটরিনা ইরকপ' চেম্ভু পৌখংলগা খোকশকলমই। টুফ-ভানা মনাক নকলব পাভেলবু মুমা য়েংলকলমই। নহ' ওইবগী চাওখোকচবা বাখল মাওদম' পুংচেল শীকপা মীনি মহাক। অচৌবা লাগা অশিংবা মান্না ফমলবস্থু মহাক লৈবাক মচা ভাদবা মীনি।

"করে টুফভা," পাভেলনা মামনা ইংবা নোকনবগী খোনজেলদা হায়রমই। "ঐনা ষ্টেটীসটিকস থুগাই হায়বগীদমক নংন পাম্লবদি ঐবু চৈথু, মাই, তৌইগুম্লস্নুং মসিমদি ঐহোক্ত হায়দু, পৃথিবীসিদা লৈরিবা মীশিংনা কনাদস্থু ভচুম্বা মওংদা হায়' শাওতাক্লমদনা চংশিন্নবা, শিল্পবশিংহুদা মংনা কররমনা দত্তি পীগদৌরি? পূর্ণমক অসি ওইহুনস্নু ঐনা হায়রি, মী অমনা মহাক্লবু পাম্লবদি মশা ভমদবস্থু মাই, নত্রগ মহাক্ল নিংলবদি শিবস্থু মাই, মমবদি মসিগী মরমদ নংগী ইংস্ট্রকসন্দ অমত্ত মাওদে।"

"হো! হো! হোঃ"

পাভেলগী বা তাবদা টুফভাগী তেংবাংবদু মাগী মীচং মাইবগী মাখল কাদিনেবা ভমজনহুনা হংলকলমই।

শাওরংননা ইরিবা টুকতাগী পেন্সিল মচিল খুমক্কুদা ভেকখিরমই, মদুদা হেন্নমুক শাউরহুনা টুকতানা পায়দুনা লং-লমই। মহাকনা দৈবায়দা তারিবা পেন্সিল খুনজিল্লিডৈগী মমাংদা মীময়াম অম বারী শায়হুনা অমদি নোক্লহুন। ঃ মনুংহুদা চংলকলমই। ময়ামচুগী মনুংদা ওকুনেভস্থ য়াওরমই। ওকুনেভ পাভেলবু উবদা পুমচক চক্লা সুংঙাইবগী পন্দোম লোমলমই। মহাক্ল পাভেলদা মশীং লাকচমত্রবা বাহং কপ্পা-মুক হংলমই। মিনিট খর অমুক লৈরগা নহারোল কাংবু অমস্থ কাহুদা চংলক্লমই। মখোয়গী মনুংদনা ওলগা যুম্নিনেভা য়াওরক্লমই। মবাকস্থ পাভেলবু অমুক হয়া উবা ফংবহুদা অচকপা অমদি সুংঙাইবা অনি পুম্না পাভেলগী খুৎপু চাইহাক পায়শিন্দুনা থমলমই।

অমুকস্থু হয়া পাভেলনা মহাকী বারী মরুপশিংদা লীরমই। মপুকচেল শেংলবা, লোথুপ লোকোয় লৈত্রবা মহাকী কম-রেড মরুপশিংগা উম্নবগী মীকুপ্তুদা, মরুপশিংনা মাগী খুৎপু পায়খীরমই অমদি মহাকী নমগন্দা মরুপ ওইবগী মীপুংশিং লোয়ননা নাম্নকলমই। থাজদনা কমরেড ময়াম অম উম্রবগী সুংঙাইরবা মীকুপচুদ পাভেল টুকতাগী বাকম চাইহাক কাওব-শুন ভোরমই মহাক্ল মাগী বারী লোইরবদা, মরুপশিংদা টুকতাগা মাগা চাংনখিবা বাবু তমলমই। মহাকী বা তাবদা মরুপশিংনা পেন্সবা অমদি টুকতাবু য়ানিংদবা কোংদোক্লমই। মরক্তুদা ওলগানা টুকতাদা মহাক চাংনেবগী অর্থ লৈত্তে হায়-বগী মীংয়েং অমনা য়েংলমকগা ঃসেক্রেটরিগী অফিসতা চয়া চংলমই।

" লাকউ নেজভানোভ, ঐখোয় পুল্লপ চংসি, " ওকুনেভনা লাওরমই " মহাক্ল টুকতাবু য়েংশিনজন্ন।" বা অসি হায়রক্তুনা ওকুনেভনা পাভেলগী লেংহুমদা পায়রুমই। অদুদগী নহারোল কাংবু অমুনা ওলগাগী চুংদা সেক্রেটরিগী অফিসতা চংলমই।

"টুকতা মহাকী থবক্তগী লৌথোকপা মতিক চাদ্রে, অমদি রার্ডসতা পানক্রাটোভকী মথাদা থবক শুনবা মহাক চহি অম থাগদবনি। মহাক অসে য়াথনা রাথল পিকপা বুরোক্রেটনি!" ওলগানা সেক্রেটরিদা নোংলৈ মুংশিং অমগুম ছমজিল্লমই।

শুবর্নিয়ঃ কমিটি সেক্রেটরিনা ওকুনেভ, ওলগা অমদি অতৈ কমরেডশিংনা হায়রিবা রাকং অদুবু য়ানিংবগী যোমোন মিনোক অমগা লোয়ননা মুয়া ভারম্বই। মশোয়গী রাকং অদুদি মরু ওইনা টুকতাবু পারসনেল ডিপার্টমেন্টকী লৌথোকতা হায়বগীনি।

"করিগুম্বা য়েংনবা অমম্ত য়াওদনা কোর্চাগিনবু থবক হনজিলহনগনি," সেক্রেটরিনা হায়রক্লমই। "অনৌবা কার্ড অম খুদক্ত শোইদনমকী পীগনি," মহাক্ল মথা ভারকলমই। "টুকতা আইন থীবা মী অমনি হায়না নখোয়না হায়রিবদো ঐশু য়াই। মসিদনি মহাক্ল মায় পাকপা শুমত্রিবস্থ। তৌই-শুম্বস্থং মসিমস্থ নখোয়না য়াগদবনি, টুকতানা মহাকী থবক্ত কৈদৌঙৈদস্থ করনা তৌদে। কোমসোমোল পারসনেল ষ্টেটীস-টীকসকী মতাংদদি ঐনা হেক থবক তৌরুবা মকম খুদীংমক্তা মপীং থাবা শুমদবমগৈ লাল্লি, অচুম্বা অম কাওবা য়াওদে। অদুবু, ঐখোয়গী পারসনেল ডিপার্টমেন্টদদি ষ্টেটীসটীকস অসি য়াম্বা করনা চুমনা তৌরি। নখোয়নস্থ থংইবদুনি, টুকতা তোয়না তোয়না মুমিদাং অফিসতা কমচুনা থবক তাই। মতাং-সিদনি ঐনা করম্বা য়েংশিনগদগে হায়না খল্লুবসি। হোই, মহাক লৌথোকপা য়াই, অদুবু মহাক লৌথোকপ্পা মহাকী মকম শিনহৌগদবা মীছুনা থবক লায়থোকপা, রেকোর্ড করম্বা থম-গদগে হায়বা থংদবা মী অম ওইরমলবদি, চুমই, ঐখোয়দা বুরোক্রেসি লৈখিদবা য়াইদি হায়ববু ঐখোয়গী মথং-মনাও শাইবগী মওং অদুদি লৈয়রোই। মরম অসিনা, মহাক মহাকী থবক্ত অহুমক লৈবসন্থ, ঐ মঙোন্দা হায়বা য়াবা হায়গে।

মদুনমক্তু মতম থরগীদি কায়গনি, মচুংদদি ঐখোয় য়েংবা তাবনি।"

"করে মহাক অদুম লৈরসনু," সেক্রেটরিগী বাকমচুদা ওকুনেভ য়ানিংবা কোংদোক্লম্মই। "লাক্লো পাভেল, ঐখোয় সোলোমেনকাদা চংলসি। তুমিদাং মকমদুদা ক্লবতা মিটীং অম লৈ। করা অমতন নহাক কল্লকলে হায়বা খংদবনি। 'কোর্চাগিন হৌজিক বা ওাংলগনি' হায়না ঐখোয়না লাওথোকপা মতমদা মখোয়না কয়াদ ওকচগদবা। প্রোলেটরিয়ান অমগী শিবা হায়বহুদা নহাক্ক করি অফবা তৌগ্রবা? পাভেল, হৌশেংনমক নহাক অচৌবনি শিক্লবদগী হুকপগীদমক। অস্তুম হায়রহুনা ওকুনেভ মরুপ পাভেলগী লেংজুমদ কোললহুনা কোয়িদোরদা খোয়কলম্মই।

"নহাকী লাকলোইদ্রা, ওলগা?"

"করিগী লাকনি, লাকনি।"

কোর্চাগিন চাকলেনগীদমক পানক্লাটোভকী য়ুমদা হল্লমদে। অশেংবমক তুমিং চুপ্পা মহাক হল্লমদে। ওকুনেভনা মহাকপু হাউস অফ সোভিয়েটতা পুদ্রুন। মহাকী কাদা হেক ওমজব-মথৈ হোংনহুনা চাক ইনজাং হাওনা পীজরমই অতুপা থবর মপৈ অম অমগা লোয়ননা। ডিষ্ট্রিক্ট কোমসোমোল ব্যুরু মিটিংগী মারেপশিং য়াওবা অথাবা কাইল অনি অমম্ভু পীরমই।

"মহু য়েংও, চাইকদনা নংগী নহা ওইবগী মতমবু লৌরিটে মতমদা থৌদোক কয়ামুক থোকপ্রবনি। করে, মহু পারম্মু, ঐ তুমিদাংবাইরম হল্লকনি অতুপা ক্লবতা চংসি। তাবগা জ্ঞাইহাক পোথাখিনিংলবম্মু পোথাউ।"

কুম্মিডথাউদা মথল থুদোংগী চেনা শিক থনবমথৈ হাপ্লগা ডিষ্ট্রিক্ট সেক্রেটরি অহুনা পাভেলদা 'গুড-বাই' হায়রমলগা চংখিরমই।

মহাক্কু হন্নকপা মুখিদাংবাইরমদা মহাক্কী কাপী লৈমায়থক্ত মোনপাক মথাদগী লৌথোরকপা লাইরিকশিং অমদি চে চাংনা পিক থম্না চাইহুনা লৈরমদে। টেবল মথক্ত লাইরিক খরদি নিংথীজনা পৈহুনা থমলি। পাভেলনা কমুংদা কমলহুন, সেল্লেল কমিটীনা থারকপা চিঠি অম অরোইবা ওইনা পাদুনা লৈরমই। মদু পাভেলনা মহাক্কী মকুপকী মোম মথাদগী কংখনি।

"হে ওক্তবা, নংনা ঐগী কাপি নিংথীজনা চায়থারবীরে?" তৌরমলিবা মতৌহ উবদা শাওনিংনা ওকুনেভনা লাওরক্লমই। "হে, কমরেড, মীকুপ অমত্ত ঙাইখো, নংনা পারিবদো য়েংবা য়াদবা চে-চাংনি! নংগুম্বা মনাত্তোন শাংবা মুপা অম ঐগী ডিপার্টমেন্টা চংলকপা মতাংদা ইবা চেনি!"

পাভেল ভুকক্কবা মীনোক অমগা লোয়ননা চেহু মাকন্দা থমলমই।

"অকক্লবা চে অসিত্তমক অরোনবা ওইবা য়ারোই," পাভেলনা ওকুনেভতা হায়রমই। "নংনা মৈহাল থম্নরিবা চেসিগ্ন 'কনফিডেনসিয়েল' থাবি। য়েংহু, চেগী মপান থুনীংদা থারিবশিংসি।"

ওকুনেভনা মৈশানা কাথেক্লবা চেহু কৌরগা মথক্ত ইরিবা মিংহু য়েংলমই। মহাক্কা তৌরবলিবা অহু শোয়রে হায়দুনা মতোমত্ত মরাইবক্ত নিংবা কায়না খুদুম্না শুকরমই।

"ঐনা চে অসি মুখিং হমনি চুপ্না খিরকলিবনি। কদাইদা লৈরমগদগে হায়বা খংখিব্রবনি। হৌজিক্তী ঐ নিংশিংলক্লে, ভোলিন্টজেভনা চেশি মৈহাল থমবা শাখিবনি অহুগা লোং ঙানবদনা মহাক মশামক্লা কোয়থি খিবদা খংখিব্রবনি।" অহুংগী ওকুনেভ মৈশাবা মশা কনথংহল্লবা, থরগু কাথেক্লবা চেহু নিংথীজনা থুপচিন্নগা মোনপাক মথাদা থমজিল্লমই।

"উম, তৌজিক্কীদি মরে, মকুংদদি মওং জানা, মথং-

মনাও নাইদ থম্মগে," শোইরোইরবগুম ওকুনেভনা মতোংদা ছায়ুংজরমই ।

"পাভেল সে হৌপংলো, করি করি থর চাখিসি অহৌগা লৈবদা চংনবা !" অসি হায়রগা ফুরিভথাউদগী থবরনা য়োম্না অত্তাওবা অশাংবা ঙা পুথোক্লকলমই, অতোপ্পা ফুরিভথাউ লাম্নদগীনা ভল মপাক অনি পুথোক্লকলমই। টেবল মথক্তা থবর অম শম্নোক্লুনা থম্লগা মহুৎনি মথক্তু ঙা অত্তাওবা অহু মশা থোংনবা টেবলগী মপান্দা মকোক্ত পামরগা থম্লমই।

অদুমনা মথোর অনি টেবলদা কমলহনা ভল চাখিনরমই। মপুক কবা ওকুনেভনা পাভেলদা মথল মথাগী পাও তম্লহনা মখোয় অনি ঙাইহাক কাগী তৌদুনা নোকখিনরমই।

লৈবত্তা ওকুনেভনা কোর্চাগিনবু পুহনা স্টেজগী মনিংগী চংকমদগী স্টেজ মমুংদা চংলমই। চাউরবা হোলগী ছেৎজগী নাকচি অমদা থমলিবা পিয়ানোগী মনাক্ত টালয়া লগুটিনা অমসুং অম্না বোরহাত, রেলৱেজিন্স্ক্রিক্কী কোমসোমোল কাংবু অমগা করি। অম্নাগা মায়োক্লবদা রেলৱে সোপকী কোমসোমোলগী সেক্রেটরি, ভোলিনিটজেভ কমলি। মখাক্কী মায়থোং অগন্ড এপলগী মতৌগুম ঙাংশং ঙাংই। শম অ সুপিশুম অমি মুল্লবা ৈহথাগী মত্তৌগুমই। মহাক্না লিংলিবা মুগুক মুবা শাউবগী জেকেট নিংথীজনা মহু থাংলি। মহাক হেক থংলনা করিম্নু থৌশাদন খুনিংনা পিয়ানোগী মপান্দা ঙাথহনা কম্নিব শকহেনবা, মশম রাউথাংনবা, নিংথীজবা চিন বালনা মহাকী শকী মগুন হাপলিবা, টজভেটায়েভ থথবাক্কী ফুরিট কুদাম থাদোক্লুনা কমই।

ওকুনেভনা মীয়াম মরক্তুদা চংলকপা মতমদা অমানা হায়বা ভারমই:

"মী থরদি থবক পুদৌংমক ভৌরি, মথোয়না কদায় কাওবা

তৌবগে হায়বদু অনৌবা মেম্বর পৌবা কাওবদা থুদোং থীহল্লি, মথোয়হূগী মহুংদা টকতেটায়েভস্ত অমনি।

"কোমসোমোলসে পিক্কিক গ্রাউন্দ অও নত্তে," টকতেচায়েভনা উশিংবনা ভুকচবা অমগা লোয়ননা থুম্লকলমই।

"য়েংহো, নিকোলাই লাকলো!" চালয়ানা ওকুনেভপু উরহুনা লাওরক্লমই। "কেংদোক্লবা, সাথোঙরনা ভুমিদাংদা লংবগুম, ঙসিদি মহাক লুংঙাইনা উই, মায়থোং মকা লাবই!"

ওকুনেভনা ছেৎনা চংলকপা মতমদা মীয়ামনা মাহংগী মম ময়াম অম থাথনরকলমই।

"ঙসাইমথৈ কদাইদা চংলুবনো?"

"থেংঙকইবদি করিগীনো?"

"মিটিং হৌরসি।"

ওকুনেভ মথুং থাজংহুনা মীয়ামদু লাংবীদনবা হায়জরমই। "লাংবীখিগন্নু, মুপামচাশিং টোকারেভ হেক লাকপগা ঐথোয় হৌজরগনি।"

"হু, মহাক লাকলে," অমানা হায়রকলমই। অমানা হায়বগুমনা ডিষ্ট্রিক্ট পার্টি কমিটিগী সেক্রেটরি চংশিল্লকলমই। ওকুনেভ সেক্রেটরিদুবু ওক্লবা মমাংলোমদা চেনখৎলমই।

"চংবীরকউ ডাদ ঙসিদি ষ্টেজ মনিংদা ঐনা নত্তোন্না ঐগী মরুপ অম উমহনগদৌরি। পুক্লিংগী হয়াউ লুংঙাইবা অহূগীদমক পেন শাবীয়ু!"

"মংবু করি অমুক তৌরিবগেনে?" অহলহুনা চুরুপচিংলহুনা ঙংলকলমই, তৌইঙমহুং ওকুনেভনা মহাকী কুরিত থুদাংগী ফি পায়রহুনা চিংলমই।

ওকুনেভ মিটিং হৌদোক্লবগীদমক সভাপতিগী বেল থিংলমই। মহাক্ল বেল অহু য়াম্না কমা থিংলমই মদুদি য়াম্না লাংগনবা ডাকক কাওবা তুমিন লৈখিরমই।

চোকারেভকী মতুংদা নোংশা নশুন চেন্নবা 'ক্রস্যাডিঙ্ক মেমিকেকৌ' বিংথোক্লবা থিংশেল চন্থুনা মীয়ামগা মায়োক্নরা থেংনি। ওকুনেভনা মীটিং হৌদোকপা মৃতমদা ক্লেকশী ফিরেৎ মমাকী ভানজা ভাইতুনা লেপলিবা কোর্চাগিনমু উরগদে।

"কমরেডশিং! ঐখোয়গী এজন্সাগী মতুং ইন্না ওর্গেনাইজেসনগী বা থমজিলৈগী মমাংদা মকমসিদা কমরেড অমগা বা থয় ভাংজগে হায়রি। চোকারেভ অমদি ঐহাক্ন মহাকপু বা ভাংকনসি হায়না মীয়ামদা হায়জরি।"

য়াবিংবনী ভুং ভুং নিনবা খোমজেল অম মীয়ামদগী থোরকলমই, ভামজাহুদা ওকুনেভনা লাওরকলমইঃ

"ঐহাক্ন পাভেল কোর্চাগিনমু মিটীং অসিদা ব ভাংবীনবা কৌখোকচরি!"

কেৎলদুদা ভিল্লিবা মীশিংগী চাম্নগী মতুংদা মী মরিকুদি কোর্চাগিনমু থংই, মরমথুনা ময়ামনা পামজবা মুর্তি অতুনা স্টেজ ফুট লাইটকী মৈঙাল্দা থোক্লকুনা লেপলরবা মীকুপ্পা অমদি মথেপ বাংবঃ কুচু ভাইরবা নবা অহুনা বা ভাংলকপ মতমদা, হরাওঙ্গা থুংভাইবগী খোনজেল্না নোং খোংবগী মতৌগুম মীয়ামনা লাওরকুনা হোলছু পুমনিল নিরমই।

'হুংশিজরবা কমরেডশিং!'

কোর্চাগিনগী খোনজেল তপলমই ভৌইংঙমলুং থম্মোইগী ঐথিলদি থাবা ভমলমদে।

"মরুপশিং, ঐহাক শিরুবদগী অমুক হিংগদলকুনা ময়ামগী মরকসিদা ঐগী ইকথ লোয়নবা লাক্নলে। অশিবা কৌবা লমদমদগী অমুক হল্লকুনা ময়ামগী মরক্তা অমুক চল্লা ভিরজবা থংবসি, ঐগী লাইবক কবগা লোয়ননা হায়ভমথবথৈ থুরেঙাইথৈ হৌজিক্তী ঐহাকনা উৎবা থংলে — ঐগী মশীং য়ামলবা কম-রেডশিং অমাম্বা মকমসিদা পুরে। ঐবা মসিমক্তু থংজরে মরুমি ঐখোয়গী কোমসোমোল হায়বগী ওইরবা মশীংগী হৌজিকনা

চাদা কুল্লাবোম ৱেবর মপীং হেন্নগৎলে। মেখরশিং অসিনা কায়থানা শঙ মথুংদা অমদি মার্ত্তা চুকপ থকত্রে। ডেক-কায়রবা ৱেলগাড়ী ঊনজিমশিং ৱেলবে লেমিত্রিংদগী পুরকুনা নিংথীজনা শেমজিনবা হোৎনরি। মসিনা তাকপদি ঐখোয়গী লৈবাক অসিনা মাংথবা খৌরা। পুরবক খোমজিল্লুনা অমোবা পুন্সি অমমা থোক্ত থাংজিল্লকলিই অসিঙথা মতমসিদা মচৌ করম্বা ঐনা অশিবগী লৈবাক চৎপা ঙমগদগে। মহুৎসিদবক হিংবা-তাবনি!” মাহেশিং হায়রগা পাতেল হবাউ-মুংতাইবগী মীনোক্লা মোয়োন মামথোং লৈত্তেংলমই।

মা চাংবা লোম্বরবদা, পেল্লবা মীয়ামগী লাও-খোংহুনা থাগৎপগী মরক্ত কৈথেলগী কুমথরকুনা অমা অমদি টালমানা কমলিবা মকমদা চংলমই। মহাকন তিংখোক্কুনা চাইরবা মকপশিংগী খুৎপু শোক্লমই। মরূপ অনিদুনসু মথোর অনিগী মথক্ত কাকম পীহুনা কমহল্লমই। পাতেলগী তিংখোক্লিবা খুৎত টালমানা মহাকী খুৎ থম্নহুনা চেৎনা পায়শিল্লমই। অমাদি ওক্লা মমিৎ ইরং লংথৎনা মিংশাল অনি তমিক্লা পাতেলবু তরাগা ওক্কুনা য়েংলি।

হুমিংশিং থংহো থংহৌদনা য়াংনা য়াংনা চৎখিরমই। অচৌব ওইরবক চৎলিবা লমীহুদা অদুম ককচিল্লুনা লৈবদি নত্তে। নোংম নোংমগী অনৌ অনৌবা থবক তৌরমই। অমুক্তী মতমদা পাংথোক্তে হায়না মহাক্তী রাথল্দা থনজহুনা থম্বা থবক পাংথোকপা ঙমহৌদনা থনজরগম্ত জোকহৌই, মরমদি মতমদি কমাদা তেনগ্রবা।

পাতেল ওক্কুনেত্তনা হায়রবদা য়াথিরমই। হৌজিক মহাক য়েলবে লোগ্লা এসিক্টেক ইলেকট্রিকেল ফিটর অম ওইনা থবক তৌরে ওক্কুনেত্তকা পাতেলগা মথোর অনিগী মরক্ত য়েৎনবা অমদি লৈবি মহুদি ওক্কুনেত্তনা পাতেলবু কোমসোমোল মুচিংবগী থবক তৌহল্লিংই, পাতেলনা মতম থর থবকুদগী পোথাক্লনা লৌদ্লিংই।

"নংনা বার্কসোগ্গা তুমিন্না লৈবসি ঐখোয়না তাইঙ্গমদব মী ওইবনিনা ৎাইতুমজ্রে," ওকুনেভনা পাভেলগী অনিংববু অপনবা পীরকলমই। "মশা ওথক্লি হায়নদি ঐহোক্পা হায়গনু। ঐহু টাইকদকী লায়রনদগী হৌগংলক্লগা থা অমরোম চৈতগী মতেংনা চংলম্বনি। অদুনা নংনা ঐবু অপংবা শিগনু। ঐ থংলে পাভেল পুরমক অসিগী মরুমদা করিগুম্বা থর্বাদি লৈরে। করিনে মদু ঐহোক্পা লোংকনু," ওকুনেভনা তকশিন্নরমই।

"চুমই ৱালগা, নংনা হায়রিবদো, অচুম্বনি, মথুংসিদা করিগুম্বা থরদি লৈ — ঐ লাইরিক থর পাবা পামইনে।"

"অচুগী ওইরেকো!" পাভেলগী অমিংথা থংলহনা ওকুনেভনা হুংগাইবা কোংদোক্লমই। "ঐহু থংই, নং লাইরিক পানিংই হায়বসে। মতে নংনা থনবব্‌ ঐনা লাইরিক পাববু পাম- লম্মোই হায়না নংনা থনজবে? মদো নং মশানীঙ ওইবা তাথম্মি। নংনা লাইরিক পাবা চংশ্রিঙৈদা থবক পুমনমক ঐখোয়গী লেংথাঙ্ক থোরম্মু। অদুদি মতুনা নংনা ঐখোয়দা কৃরিম্মু হায়দবা, করে মুপামচা হয়েংদগী নহাক ওর্গেনাইজর অম ওইনা থবক তৌবা হৌরো।"

অক কন্থু পুমমক কুইনা থমরবা মচু'দা ওকুনেভনা পাভেলগী অপাম্বা অহুদা মায়কলমই।

"উঁম, মামনা করে, হৌজিক্তৌ ঐনা নংবু নত্তোমত থা অনি চুপনা থাদোকনি অচুগনে ঐগী পুকচেল চাওবগী মতৌ অসিবু নংনো ইকায় খুমনগনি হায়বগী অশা নত্তোক্পগী ঐনা তৌরি। অমনা, মামা হায়রগা লোয়রে হায়না থমবা টক- ভেটোয়েভকা নংগা মরুপ ওইমরকনি হায়নদি ঐ থজে।"

পাভেলনা বার্কসোগু অমুক হন্নকপসিনা টকভেটোয়েভপু মাবনা চেকশিনলহল্লে। মহাক্কু হপেংনা থংই, কোর্চাগিন্না লাক- পসি মুচিংবা ওইনবগীদমক চংশিন্নকপা অহৌবা লানজংনি হায়বসি। মতুনা, মাগী মশাবু চুমই হায়না থম্মুনা পাংথোক্লগা

থবক-থৌরাম কয়াক অশোকপা নী। মতমু থীংনবগীদমক থৌরাং তৌজরমই। পুরমক ওইতুনমু, মহাক লানথো হায়নদি ইকুই কুইদনা থংলকলমই। কোর্চাগিনা, মহাক মশামকপু কোমসোমোল য়ুনিটকী মেম্বর অম ওইহনবগীদমক থৌরাং তৌরি হায়না থংলকলবা মতমদা, কোমসোমোলগী সেক্রেটরীগী ওফিসতা চুমজিং চংখুনা, রাকম অমুমু এজেন্সিদগী লৌখোকপীনবা, ওকুনেভনা শেংদোকপা মী অম ওইনা লাল্লকয়মই। পাভেলনা য়ুকন থবক তৌনবগীদমক থাজবমু, কোমসোমোলগী লোপ সেলদগী পোলিটিকেলগী ক্লাস অম লৌরমই। মহাক মশামকনা লুচিংবা অমগী নিয়মগী মতুং ইন্না চপ-চাবা থৌদাং লৌরবমু, কলেক্তিব রার্কগী কেজ থুদীংমক মহাক্কী ঈথিল পীরমই। কমরেড অম ওইবগী, মী থংহনদবা মওংদা টকভেটায়েভপু থুদোং থীবা কয়াদগী [illegible]কখোক্লমই।

মোংম টকভেটায়েভনা রার্কসোপ্তা চংলকপা মতমদা মহাক অঙকপা পোকলমই, মতুদি কোমসোমোল সেলগী মেম্বরশিং অমদি পার্টিদা য়াওদবা মী ৩৬ লোয়না রার্কসোপকী থোঙ-মাউশিং, চহি কয়ামুক শেংদোকবনা অচোংপা থাউথীন হাজলবা মেচিনশিং শেংদোকলমই। মীশিংতুনা অমোংপগী মপৈ মপৈ পুরতুনা রার্কসোপ য়ার্ডতা চংপা উরমই। পাভেলনা মখুত্তা অচৌবা দুরা অম পায়রতুনা মেচিনগী থাউ অমদি গ্রীজনা লৌরাল অম থাগংলবা লৈথারবু কয়া ভতুনা লৈরপা উরমই।

"কমনা শেংইনা? করি থৌরম লৈবগীনো?" পুরমক উরগা টকভেটায়েভনা পাভেলদ চংশিল্লকুনা হংলমই।

"ঐখোয়না পুরমক অসি শেংলিবনি মরমদি মকম অসে চহি কুনমুক শেংলকদ্রবনি। হাপ্তা অমগী মতুংদা ঐখোয়না মকমদি ইকৌ [illegible] অহনবা অম ওইহনগনি," শমপংবা কোর্চাগিনা খুমলমই।

পাত্তৈদনা যুমলকপা পাউরুম তাম্নবা মপ্রেখোন শ্চইনবংনাম্নপা 'টাকভেটারেক্ত চংখিরমই।

কাংবু অদুনদি ৱার্কসোপ মনুংদা অমদি ৱার্কসোপ শেংদোকপনা পোক্নহুনা কেন্দ্রী য়ার্ড কাওবা পাম্নশিন্নকলমই। চাওরবা য়ার্ড অদু চহি কয়ামুক্তগী শিজিন্নবা যাম্নবা পোং চৈশিং পৈশিনকম অম ওইরক্লবনি। ভেকলবা গাড়ীগী চাকাশিং এক্‌-জলশিং, কাম্নর্ৱা কোলহিং কাম্নবা য়োংভেকৌ মপৈশিং, ম্নেলশিং, থকম্নশিং, এক্সজল যোকসশিং পুম্নমকনা চৌম লীশিং লৌশিংগী মথক ওইম্নমগনি, হাংলবা মকম অদুদা পৈশিন্নুনা লৈম্নিবা। ভৌইওমম্নুং কেন্দ্রী মেনেজমেন্টনা নহায়োলশিংগী থবক অদুমক্‌ অথিংবা পীম্নকলমই।

"ঐখোয়গী হেন্না মরু ওইবা ভৌপদবা থবক কম্নামুক লৈ, য়ার্ড অদুদি কোম্না তৌম্নবম্ন য়াই." অম্নমনা মখোয়না হায়রক্লমই।

অথিংবা পীম্নুনম্ন, নহায়োল ইলেকট্রিসিয়ানশিং থবক ত্তবাদ শেপলমদে। মখোয়না ৱার্কসোপকী চংকম খোঙ মমাংদা মতেক থম্ন হা'হম্নমই অদুগা মকমদুদা ভ'য়ানা শাবা কক ৪৮০ অং থমলমই। মদুন চংখোক চংশিন ভৌম্নিবা মীশিংগী খুয়াগী অখোংপা তৈখোক্লবগীদমক শঙ, মপুংদনা মখোয়গী থবকী পুংজা লোয়রবা মতুংদা শেংদোকপগী থবক চথম্নমই। হাপ্পা অমগী মতুংদা নোংম চিক ইনজিনিয়ার স্ট্রীটজ লাকপা মতমদা ৱার্ক সোপ অদু পুমলং লংনা লৈরম্ন্হ উম্নমই। চাউরবা মীহুং-খোঙগী খোঙবা অমদি বাম্নশিং থাউথীনা লৈয়োল অম থানা কুপশিন্নুনা ইমক মকশিন্নবহ মদুগী মহক্তা অরংবা রজন' লৈভেংলমলে। ইমক মকশিন্নমলবা ঈনজিনগী পার্টশিংদগী মুংশাগী মঙাম্ন অরংবা মশেক শন্দোক্লমই। অচৌবা পার্ট-শিংদা অশংবা মচু সিংথীজবা শংলমলে। অদুগা, মতমদুদম্ন কনাগুম্না অমম্ন' চাউরবা চাকাগী মশাশিংদা হম্নাবপাল মচুগী রজন। ভেক্সইক ৱার্কশিংদা সিংথীজনা মচু তৈহুনা লৈম্নম্নি।

"য়াম য়ম্নে, য়ম্নে" অঙকপগা লোয়ননা স্ট্রিটতনা শোল্লমই। বার্কলোপকী কাচিন অথৌনা মহাক্লোম থক মথোক্কী থবক লোইশিল্লি। পুম্নমক য়েংবা য়েংবা চিক ঈনজিমিয়ার স্ট্রিটত চংখিরমই। মহাক্ক চংপা হৌরকপদা লৌবীদা কোর্চাগিন রুমগী তিন অথ পুরক্লুনা লাকপা থেংনরমই।

"মীকুপ অমতং চাইথো মরুপ ইনজিমিয়ার অক্লুনা পাণ্ডেলবু খাক্লমই।

"মহাক্ক মকমসিদা পাংথোকলমলিবা থবকশিং অসে অকবা চাক্কনি, ঐ য়াই, তৌইগুমনুং, মহাক্ক রুমসি কদাইদগী লৌ-কুমনো? ঐনা অয়াবা পীখিত্রবদি রুম লৌহুনা শীশিনবা য়াদে হায়বসি মহাক থংত্র, অসিগুম্বা থবকসিদা অয়েৎপদা রুম শিজিনবা য়াদে। রুমশিং ঐথোয়না ঈংজিনগী পার্টশিং মচু শংননবা থম্বনি"

থম্ববা তৌদনা পাণ্ডেলনা খুমলক্লমই "শিজিনত্রবা অহাংবা রুম তিনশিংদগী চিথোকপনি মরাম অসি। ঐথোয়না মুখিং নিঙি চংনা অহাংবা তিনশিংদগী রুম চিথোকই, মতুদা রুম পাউণ্ড কুনমঙারোম কংই। কমরেড, ঈনজিনিয়ার, ঐথোয়না মকমসিদগী আইন থুগায়দ্রনা থবক করিস্থ তৌখিদে অমদি তৌস্থ তৌরদে।"

পাণ্ডেলগী বা তারগা ইনজিনিয়া অক্লুনা অমুক্লু মথা তারকলমই অত্থু মহাক্কী মীংখেং অক্লবদি ওইরমদে। "অত্থু ওইরবদি কৈদে, চংথৌ। মসি অকবা থবক অক্লুম ওইবনি, থাগৎনিঙাইনি! মসিবু করম হায়না হায়গদগে— — — করি হায়না কৌগদগে — — অক্লুমনা থবক শুথশিং লনাই থোক্লুনা মতম মাংহন্দনা বার্কলোপ শেংদোকপনিবু? থবক পুমনমক অসিবু বার্কলোপকী থবকী মতম লোয়রগা তৌমনিকে,"

ঈনজিনিয়ারগী খোনজেলদা অঙকপা অমদি ওইরমলিবা থবক মওং অদুদা জান চাদবগী মওং অমদি তক তকনা

"মরি, মার্কসোপকী থবক মতম লোইরগা তৌখ্রি, মহাক্না করি হায়না থমখীবগে?" পাভেল খুমলমই।

"অহুম্না থমখনি, অহুম্...... — —"

"মসিদা করি অমত্তা ওকনিঙাই লৈতে, কমরেড স্ক্রিটত। বোলসেবিকশিংনা অখোংপা মরক্তা অমুমক থবক শুগনি হায়না কনানা হায়বা লৈবগে? শেংদোক-তকথোকপগী থবক অসি মওং তাঞ্জিবা কাওবদং চাইরগা য়েংখীবু। ঐখোয়না তৌরকপা থবক্তা মহাক্না ওকদবা মথাম অমত্তু লৈত্রি।"

অস্ত্মনা কায়রম্লগা পাভেলনা ঔনজিন্নিয়ার অদুনা মক চোংদমবা চেকশিন্না থৈদোক্লগা চৎখিরমই।

নুমিদাংবাই অথেংবদা কাওবদা পাভেল লাইব্রেরীদা লাইরিক পাদুনা লৈরমই। মহাক্না মহাকী লৈজবা, মীপা তোংন-তিন্নবগী, শক্তি শীজিন্নদুনা, লাইব্রেরী অহুগী লাইব্রেরীয়ান অচম্বক মরুপ শামবক্লমই। মহাকী হৈজ-শিংবমা মরম ওইদুনা মতৈখংদদি মহাক্না লাইব্রেরী হোলদা চংদুনা মহাক্না পাপজবা লাইরিক থম্মুনা পাবদা অথিংবা পীরমদে। বাংলবা লাইরিক উপুদা কৈরাক তারদুনা মহাক্না পুং কয়াম্বুক তোলুমা মথং মথং হায়দোক্নুনা য়েংলমই। লৈরমলিবা লাইরিক অয়াম্বা কুইরবা লাইরিক্না অয়াম্বনি। যোর্ডন লিটরেচরগী কাংলুপ্না পিকতক্পা লাইরিক উপু অমদা হাপই। উপুত্তুদা সিভিল ৱারগী লেমহৌবা পমকলেট খরা, মার্কসকী 'ক্যেপিটল' জেক লণ্ডনগী 'দি আইরন হীল' অসি নত্তবা অতৈ লাইরিক কয়া অমম্বনি। অহুগুবা মরমবা লাইরিকশিং অদুগী মরক্তা মহাক্না কয়া থীদুনা 'স্পার্টেকস' ফংলমই। লাইরিক অহু নুমিদাং অনিদা পারা লোইথোক্লমই। পাবা লোইরগা অমুক হন্না লাইব্রেরীদা চংদুনা যেস্মিম গোর্কীগী লাইরিকশিংগী মাতংদা থমলমই। অনৌবা রিভোলুসনগী পাওজেল মাওরবা, অক-অকবা লাইরিকশিং থম্মুনা পাবদা মতম খর চংলমই।

পুম্নমক অসিদা লাইব্রেরীয়ানশিং অদুন। অখিংনা করিসু পীরমদে।

ইংনা তপনা, কোমসোমোলগী থবকী পুন্সি অমদা মেলবে সোপশিংদা লৈজরগী মুংঙাইরবা তানকা অক্তদা অপনবা অম থোকলকখি। লিপাংশিংদা চংথরবা থবক্তা অখিংবা পীরকলিবদি রিপায়ারর ৱার্কর ওইনা সোপ্তা থবক শুরিবা, সেল ন্যুক্যাগী মেম্বর অমম্তু ওইবা, মরেং শুম্না, মনাক্তোন নম্ব। লাইথোকখিবগী মমায়দা দাকক্ম লৈবা, কোসত্যা ফিদিননা মপান লমদমগী লৈবা মমল য়াম্লবা য়োং হুংনবা থুংলায়, ত্রেল অম করিগুম্বা য়োং মচা অম হুংনমবা হোংনবদা থুগদকলমই। থবক শুবশিংদা অপনব পীরকলিবা ফিদিনগী রাকম অসে, থবক্ক চেকশিন্দবা, কাম্বানা মরম ওইত্তুনা থোকহনবনি। অমরোমদ ফিদিনগী মফমদাদি নিয়ম লায়া নমথাক তৌত্তুনা থবক শুবনি।

থৌদোক অসি অযুক্তা থোকখিবনি। মোংম অমুক অমদা সেন্সির রিপা'য়ার, খোদোরোভনা খোসত্যাদা য়োং মপাক অমদা মথুল কয়ামুক হুংনবা হায়রমই। অহানবদা খো'সত্যায়া য়াজরমদে অহুবু ফোরমেন অহুনা হমা কমা হায়বদগী মহাক্ক থুংলায় পায়দুনা হুংপা হৌরমই। মতাং চাদনা থবক থৌদাবা বতাংস্ত্রি, খোদোরোভ থবক শু'রবা মীয়ামপা থোইদোকন চানদে। হায়া মেনসেভিক অম ওইরকলবস্থু মহাক্ক ৱার্কসোপ সমাজগী থবক্ক করিসু থৌদাং লৌরমদে। মরম অদুনা নহায়োল কম্যুনিষ্টনা মহাকপু য়াদে। অসি ওইহনস্থু খোদোরোভ য়াম্না থবক হৈবা মুপা অমনি। মহাক মহাক্কী থবক্ক অম্বকী মপিক লিংথীজনা তৌবা মীনি। মহাক্কী য়াথং মন্থুং ইমা খোসত্যানা হুংলিবা অহু থাউ হাপ্তনা নমকুদা ইকং-কংনা হুংলে হায়বসি মহাক্ক উরমই। থুদক্ক মহাক্ক চেনশিন্মুনা মেচিন অহু লেপহল্লমই।

“ নংবু নখিং তাংলত্র', করি তৌরবনো ? অহুগুম্বা মও'দুদা ত্রিল শিজিন্নবদগী হেন্না অতৈ মওং নং খংদনাল্লে !”

কোসত্যাদা মহাক্তু লাওরমই। মহাক অহৈবা শিনমী অম ওইবনিনা নিংথীজনা থংই, অস্নুমনা খুৎসায় শিজিন্নরবদী কৈদৌঙৈদম্ব খুৎলায় অহু কুইনা চৎলরোই হায়বা।

খোদোরোভনা লাওরকপা অহুদা কোসত্যা হঙ্গৎনা য়েংলক্লমই অহুগা মথাগী হৎলিবা য়োংপাক অহু শেংদোক শেমজিন তোরমই। মতমদুদা খোদোরোভকী ডিপার্টমেন্ট চিকতা বাকৎপ চৎখিরমই। মতমহুমক্কদা, কোসত্যানা মেচিন থাদোক্তুনা থাউ লৌবা থুনা চৎকমই। মহাক্তু থাউ পৌহুনা হৎলিবা মকমহুদা থাউ থাকহৌরবদি করিগুম্না চিক লাক্লুনা য়েংল-বদি থাউ থাক্তুনা হৎলিবোইরে হায়না খনখিনবা। লাইবক থীবদি মহাক্ত থাউগী তিন পুহুনা লাকপা মতমদদি ত্রিস ভেক্তুনা লৈরগলে।

ডিপার্টমেন্ট চিকনা ফিদিন লৌথোক্লবা রিকোমেন্দ তৌহুনা চে থাগৎলমই। কোমসোমোল সেলনা মরম পুল্লক নিংথীজনা খংলবস্ত, ফিদিনগী মায়কৈদ লেপতুনা, খোদোরোভ কোমসোমোল সেলগী মেম্বর পুম্নমক্ত নুংঙাইতবা হায়দগী লৈবগীনি হায়হুনা কোসত্যাবু থবক্তগী লৌথোকপা য়াৎমদে মেনেজমেন্ট-মদি ফিদিন লৌথোকদবনি হায়দুনা কম তকশিন্নমই। মমৈদদি য়াশিন্নবা শুমদহুনা বার্কসোপশিংগী কোমসোমোল ব্যুরোদা বাফম অহু থাঙ্গৎলমই। অহুদগীদি থবক শুমিন্নবশিংগী বাকম অহু পাংথোক চাওথোক্ত নৈনবা কৌখিরমই।

কোমসোমোল ব্যুরোগী মেম্বর অহুমনা কোসত্যাগী মায়কৈদ লেপতুনা কোসত্যাবু থবক্তগী লৌথোকপা হায়বসিগী মহুত্ত খুৎলায় থুদেকপগী দণ্ড ওইনা অফিসিয়েল রিপ্রিমাণ্ড অমগা অতোপ্পা মকম অমদদা থবক হোংদোকপীবনা কৈ হায়না মত্ত পীরমই। টক্সভেটায়েভ মথোয় অহুমহুগী মমুংদা অম ওই-রমই। অতোপ্পা মেম্বর অনিহুমদি ফিদিনবু দণ্ড পীপদবনি হায়না কাওব থনখিদে।

বাখোক অহুগী মীটিং টক্কভেটোয়েভকী অফিসতা কৌরমই। কোমসোমোলগী উত্তরা সোপকী মীশিংনা চনবা চাউরবা টেবল অমগী মথক্তা অচুংবা ফিনা কুপ্লহনা, অকোয়বদ বেঞ্চ-শিং ১দি টুলশিং থায়হনা থমলমই। কাগী কক্লাংগী অকোয়-বদা লূচিংবাশিংগী কোটোশিং থেংলমই। রেলবে বার্কসোপকী অচৌবা মেম্বর অমম্তু টেবলগী মতুংগী কক্লাংদা চাউনা ইহনা থেংলমই।

টক্কভেটোয়েভ হৌজিক্তি 'ফুল টাইম' কোমসোমোল বার্কর অম ওইরবনি। অশেংবদি মহাক য়োংশুবা মীনি, অকবা থৌশিল থৌরাংবা অম ওইবদগী মহাকপু কোমসোমোল গী মথক থোংবা কম অমদা পুথংখিবনি। হৌজিক্তি মহাক ব্যুরোগী মেম্বর অম ওইবক্তা নত্তনা ডিস্ট্রিক্ট কোমসোমোলগী মেম্বর অমম্তু ওইরে। রেলবে সোপ্তুদি মহাক অনৌবা চং-লকপা অমদি ওইবনি অদুবু মহাকু মেনেজমেন্টকী থবক হেক পায়বা নুমিত্তগী পুন্নমক মহাকী খুত্থামনুংদা থম্বা হৌখি। মশাবু হেন্না থাজজবনা মরম ওইহনা মহাকু হায়বনা লোইরে হায়না লৌজবগা কোয়নবা মশাগী মত কোংদোকপদা য়াম্না থুই। হেক হৌবদগী মহাক্না কোমসোমোল মেম্বরশিংনা তৌবা থবকম্তু মহাক্না পায়শিন্দুনা নমথনবা হোংনৈ।

থবক খুদীংমক মহাক মশানা তৌননবা হোংনৈ। অফিস কী কা নৈতেংবা কাওবদা মহাকী মত মতুং ইন্না পাংথোকই। থবক খুদিংমক লোয়না পায়শিনবা মরম্না নংনরক্কুবা মতমদা মহাকী তেংবাংবশিংদা পোয়ম থংদে হায়হনা চৈ।

মীটিং অহু মহাক্না শিল লাংলমই। ক্লবতগী পুরকপা অমথকম্তু নৈজবা অয়োনবা আর্মচিয়ারদা মশা নোম্না কয়-দুনা মীটীং হৌজোকপমই। মীটিং অহু অয়োনবা মীটিং অমা ওইরমই। অহানবমক্কদা পার্টি ওর্গেনাইজর খোমুতোভনা বা হাংনবা শিল্লমই। মতমতুদা খোঙদা কনাগুম্বা অমনা

থীপলকলমই। অয়োমবা অমদি অরুবা মীটীং ওইবনা খোঙ পূনা লোনশিন্দুনা খরনি। টঙ্ডেতারেঙ মীটাংদুদা অপনবা পীয়কপা অহুদা শাণ্ডনা চৈয়ক্লমই। অদুবু খোঙহুদা থিল্লিবা লেপ্লমদে হেমদুম থুগংলকই। কাত্যা ভেলেনোভা হৌগংলুম খোঙ হাংদোক্লুনা য়েংশমই কমানো হায়দুনা। কোর্চাগিন ছুবিমা খোঙজিন্দা লেপ্তুনা লৈরমই। শকথংলবা কোর্চাগিনবু মহাক্ল মদুং চংহল্লমই।

কোর্চাগিনা অহাংবা কমকম অমদা ভপ্পা চংশিনবা মতমদা টঙ্ডেতরেঙনা মঙোন্দা ঙাংলকলমই।

"কোর্চাগিন মসি ব্যুরুগী অরুবা মীটীংনি।"

কোর্চাগিনগী মায়থোং ঙাংশিল্লকলমই। ঙাংশল্লপ্পা মায়থোংনা ভপ্পা ভপ্পা মায়োক্লবা টৈবললোমদা লৈশিল্লক্লমই। "ঐম্মু থইনে, মহু, অহুবু কিদিন য়াথোকী মরমদা নথোয়ন পীবা মত অঠ ঐ তানিংই। মরমদি ঔরম অসিগা মরী লৈননা ঐগী মায়কৈদগীম্মু য়া থর হায়গদবা নৈ। মসিদা নহাক্লা ঐবু থিংবগী মবম করিগীনো?"

"ঐনা নংবু থিংবগী বা নত্তেনে পাভেল, ব্যুরুগী অরুবা মীটাংদা মেঙ্গরশিংভমক য়াওগদবা'ন হায়বসি নহাক খংগদবনি। মী অহুকী মাতক য়ামলিবমখৈ ঐখোয়না বাকম অমবু তং তানা থম্বা হায়বসে লায়না খোক্তে অহুবু নহাক হৌজিক্তি মফমসিদা লৈরবনিনা অত্থম্ক লৈরো"

অসিগুম্বা বাহৈ বাত্তাশিংসিনা পাভেলবু খুদোংথিবা পীবদি ভমদেদি হায়রগা মহাক্কী লাইবক্তা মমথোং শুকতোকপগী মমি অমদ তায়রমই।

"কোয়মেলিটী হায়ববু করিনো?" খোমুতোভনা য়ানিং-দনা হংলকপমই, তৌইগুম্বস্থং কোর্চাগিনা করিগুম্বা ঊজিং অমনা থামলমই অহুদগী কমথখিরমই। করে করে, মসিনি ঐন, হায়বা পামলিবদি," খোমুতোভনা চথরক্লমই। "অচুম্বনি

খোঃনারোম থবক হৈবগী কাংলুপ্তা চল্লি তৌইজস্পম্ভং ব্যবহার হায়বদুগী মতাংদদি থর তৌমিতাই লৈরি। থুদেকপগী থবক সি অসুম চথদুনা কোমসোমোলশিংনা ত্রিল পংথুদা থুদেক-লবদি মথৈথংদা ঐখোয়গী থবক শুনবা থুংলায় লৈরকলোই। নন পার্টি ৱার্কৱশিংদা ঐখোয়না কায়দবা থুদম পীদুনা য়েংপগী কায়বা লৈতে। অদুনা ঐগী মতুদি নুপা অসে য়াম্না মওং তাবা থংহন বা অমদি হায়গদবনি।" টক্সভেটারেভনা খোমু-তোভকী মা লোইশিনহনবগী থুদোংচাবা পীদনা য়েংপা হেক্ত-মক হৌরকলমই। মিনিট তরা মথৈ য়েংনবদা হৌখিরমই। মতমদুদা পাভেলনা উরখই—করম মায়কৈদা। সুংশিং অদুনা শিংলিবগে হায়বদো। মথৈথংদা, কল তাবা তমত্রদুনা তোট তেৌনরসি হায়না: থম্রকপ মতমদা পাভেল হোৌগংলক্লমই অদুগা মা থর তাংবনবা মাথং নিরমই। টক্সভেটারেভ মানিংদনা মাখিরমই।

"কমরেডশিং, ফিদিনগী ৱাখোক অসিগী মতাংদ ঐগী ইশাগী ওইবা মত থজিক্লং পীর্জনিংই" অস্থুনা পাভেলনা অচৌবা খোজেল অমগা লোইননা তাংবা হৌরকলমই।

"ফিদিনগী ৱাকয় অসে য়াম্না মরুওইবা ৱাকম অমনি. অদুবু, মসি কোসত্যানা তৌগেনা তৌখিবদি নত্রে, মসিনি য়াম্না মরু ওইরিবা হায়রবু। তুরাং ঐনা ফিগর থর খোমজিল্লুই." পাভেল মাগী ফুরিংখাউদগী নোট বুক অম লৌখোলকলমই। "মসি টাইমকিপরদগী শিল্লকপনি। মরম অদুনা হৌজিক্তা অমুক্তা মুমা তাবীয়ু: চাদা কুনহুমদোইদি ঐখোয়গী কোম-সোমোলশিংনা থবক মিনিট তরাদগী তরামত্তা কাওবা হুমিং থুদিংগী থেংনা লাকই। মসিনা সুংতিগী হৈনখিবনা নিয়ম অম ওইরকলে। চাদা তরাতরেং অমনা থা থুদিংগী নোংম নম্রপা মিন্সি থবক তবগী রিপোর্ট পীদে, থবক তদে। নন পার্টি ৱার্কৱশিংনা থবক কাদবগী অমুক য়েংবা তারবদি চাদা তরা

মখিনি। মরম অহূনা কমরেডশিং, অমিগুম্বা চাং নাইদবগী থৌরবা মমু অসিনা খিনবদা, শাজেনা মৈবদগী হেন্না ভমথোইহল্লি। মসিমক্তা ঐনা ইশিল্লকই থা অমগী মতুংদা পার্টি মেম্বরশিংনা নোংম থবক কাদে অদুগা চাদা মখিন্না থেংনা ক্লাই।

নহারোল শিল্পীশিংনা পোৎ-চৈ থুপায়-থুদেক্তুনা মাংহনবগি চাদা মরিখুত্তরানি, অনৌবা চংলক্‌শিংনা চাদা তরেংনি। অহূনা বারোইশিন অসিদা মশানা তাজরিবদি পার্টিগী শিল্পীশিং অমদি অহল ওইরবা থবক শুবশংদগী কোমসোমোল ঐখোয়না য়াম্না ফত্তবা হেল্লি। কাভম অসি মকম মফমহুগী ওইনা থেম্বরা লৈ। ফাউন্দরিগী রেকোড তি অণ্ডকপা ফংনা ফজে, মফুদা থবক তৌরিব ঈলেক্ট্রিসিয়ানশিং ফত্তবা নত্তে, অতৌপ অমদা শংদে অমদ ইমান মাম্না লৈ কমরেড থোমুত্তেঙ্কগী ডিসিপ্লিনগী মওমদ হায়রিবা অংগী মীচং অংনি ঐগী মত্ত অসি। মরম অসিনা, ঐখোয়ন থুদকসিদা শায়থংকদবা থবক্তু অসিগুম্বা অমোংপাশং অসি শেংদোকপনি। ঐহাক মফমসিদা এজিটেসন হোংগে হায়থগী অনিংবা লৈত্রদে, তৌইগুমন্নুং থবক্ত চেকশিন্দবা, থরেক ওরেক্কবা অসি ফিংবা তাবনি। অহল ওইরগা মীশিংদি, মাষ্টরশিংগীদমক, শেমগাও পায়বগীদমক্ত মথোয়না থবক নিংথৌজন, শুরি, করি অমত্তা মাং তাকহন্দনা। হৌজিক্তি, মফমসিদা ঐখোয় ইশানা ইশাবু মাস্টর কায়বদো ওইজরবান। মরম অসিনা থবক শোয়বগী চাকপীনিঙ্কাই মরম কারিস্থ লৈত্তে। ঐখোয়না কোসত্যা নত্রগা অতৈ কনাবুন্থ, হেন্না শোয়হল্লি হায়ত্রনা মরাল শিরুফম থোক্তে, দরকারস্থ ওইদে। মরাল লৈরিবদি ঐখোয় পুন্নমকনি, মরমদি ফত্তবা থবকপু মুথংনবগীদমক হোংনজত্রনা ঐখোয়না কঁরিগুম্বা মতমদা কোসত্যা নত্রগা কনাগুম্বা মরাল লৈরবা মীবু কয়নবা ক্ষোংনৈ

"সমোখিন অমম্তুং বুটাইল্যাকনা হৌজিক হায়খিবদু, কোসত্যা কিংন অফবা মী অমনি, কোমসোমোলগী অকবা

মেম্বরশিংগী মনুংদা মশীং থাবা ম্নাবা শুপামচা অগনি। মহাক্ত্রিল অম থুদেক্খিবদো, মসি মীপুম খুদী'মক্সা থোক্লবা য়াবনি। মহাকসু ঐখোয়গুম অথনি অহুগা কোয়মেনদি .নত্তে। অহুবু কন্না অমত্তনা খোংডোরোজজ বা হায়নবা কোংনচে, হোংলনত্রমে? মসিমদী কাওবীগনু, খোদোয়োজ পার্টিদা য়াওদবা ওইরবসু মহাক চাঁহ কুন্থ্র। চুপ্পা থবক শুরকপগী মতীক চপ চামা জ্ঞান লৈরবনী। মহাকী রাজনীতিগী মতাংদা ঐখোয় তাংমগনুসী। মরমদি, রাকম অসীগী মতাংদদী মহাক্ত চুমলীবনি। রাকম অমরোমদা য়েংবা তারবসু মহাক মপানগী মীনি, অহুবু, মহাক্তদি ক্রৈটকী লনবু চেকশিন্না ঐখোয়না মমল য়ায়া য়ায়বা থুং-লায়শিং থুগায়্রিবা ম'সগী মওং অঁসবু নখোয়না করিনি হায়্নিংবগে? মতাং অ'সদা ঐনা থাজবৈ মহুদি ঐখোয় অহানব ৈংকু অমনা হৌজিক রাকম অসিদা য়ৈহুন পেনদবা কোংদোক্তদবনি।

"থবক লায়থোকপা অমদি থুংলায় মংহনবগীদমক্ত ফিদনবু কোমসোংমোলদগী তাম্বো ক্লবগীদমক্ত ঐহাক্ত থাজৎচরি, লোয়মনা মহাককী য়াগম অসে থংর চেশিংদা ফোংগদবনি। থবককী চাংচৎকী মশীং অসিসু, তুংদা ওইরক্তদবা কলগী অকিবা তৌদনা সম্পাদকী বারোম্দা মচা থায়ন হৈগদবনি। হৌজিক ঐখোয় কল্লমনি, ঐখোয়গী শক্তি মতিক চানা লৈরবনি মত্তবু ওাক্ত-নবগীদমক। ময়াম্নসু থংবীরিবহুম, কোমসোমোল মেম্বরশিং অসে অফবা বার্কর ওাক্তনি। হায়রিবা মেম্বরশিং অসিগী মনুংদগী মী অমফুদি মোয়র্কাগী রেল লম্বী শেম্বদা তশেং-নমক তমথীরবা অরাবা থাংলকলবনি। অহুগুম্বা মথৌ হাপ্লক্লবা মীশিং অহুগী মত্তেংদগী অমদি মখোয়গী তেংবাংদগী ঐখোয়না থবকশীং অসে শোয়দনমকী পাংথোপা ঙমগনি। ঐখোয়না তৌগদবা হায়বদু ঐখোয়গী থবক খুদীংমক্তা ঐখোয়না চংলিবা লমচৎ মতং অসি অমুক্তং পুমওন ওলহনসি, মী পুম্মকী ওইনা।"

কোর্চাগিন, মহৌশানা তপ্প ইংবা, জ্ঞান তানা, নিংথৌজনা মহাক্ক খংজবা পুম্নমক লোয়না হায়দোক্কনা অকনবা ঈথক অমগা লোয়ননা ঙাংবা অহুনা টজভেটায়েভপু চায়নমক ঙক-হল্লমই। পাভেলনা ঙাংবা তারগ টজভেটায়েভনা মহাক্কী পুক্নিদা অহানবা ওইনা অশে ববু পাভেল খঙলমই। মসিমক্তু মহাক্ক খঙলমই, পাভেলনা হায়রিবশিংদো অশেংবা মচুম্বা না। তাক্কনি। তৌইঙম্মক্তুং মহাক্ক মসিমদি চেকশিনজরমই মহু'দ পাভেলনা ঙাংলিবা ব। পুমনমক অদো অচুম্বা ঙাক্ত ওইরবক্তু ইকোং ফোংনা হেক্ত য়াবদি পামদে। মহাক্ক লৌরমই কোর্চাগিনগী বাঙাং অহু, ওর্গেনাইজেসন পুম্বদ। তমথীনা জনবনি, মরম অসিনা মহাক্ক মহাক্কী পাম্বা অহুদা টজভেটয়েভকী শক্তি উংননবা হো-অবগা লোয়ননা পাভেলন। মঙোন্দা হায়তহনগে হায়না লেপলমই। অস্তুমনা লেপলহুনা, কোর্চাগিনবু মেন-সেভিক খোদোয়োভ কম বা হোংনৈ হায়হুনা মরম শীদুনা ঙাংবা হৌরকলমই।

অকনবা লোংলৈ সুংশিং অনি জমভিয়বগী মতৌঙম, কোর্চাগিন অমদি টজভেটায়েভকী বাইবগী লান পুং অহুম্লোম চংথরমই। বা লোইশিনবা য়াবগী তানজা সুমিদাংগী থেংলবা মতমদা য়ৌরক্লমই। মতুদি কোর্চাগিনবু সুংশিদবা অমদি মহাক্কী মীচং বাংপগী খুদোং চাবা লৌহুন। টজভেটায়েভনা অয়ানবা খোঙথাং অম থাংজিললকলমই। মহাকন গনতন্ত্রগী আইনবু থুগায়দুনা কোর্চাগিনবু ভোট থাথনত্রিরৈগী মমাংদা কা থাদোক্কুনা চংথিনবা হায়বমই!

* কবে, টজভেটায়েভ, ঐ শোইদনা খোকখিগনি অহুবু নংগী লমচংসিনা নঙোন্দ ঔজ্জংতি পীত্রে। ঐনা নঙোন্দ মশাবু চেশিনজনবা হায়রিবসিনি, করিগুম্বা নংনা নংগী মতুমক চং-নগনি হায়না ভকশিল্লকপা তাররবদি নমেংগী জেনেরেল মীটিংদা বাকম অসি ঐনা পুখোকনি, মকথক্তমদি নংনা কৈদৌঙৈমদম্থ মীশিং

হেন্দুনা মায় পাকলোই। টস্ভেটায়েভ, নংনা তৌরিবসি চুমদি চুমদবনি। অদুগা কমরেড খোমুতোভ, ৱাকম অসে পার্টি গ্রুপকা লোয়নননা জেনেরেল মীটিংদা পুথংপা হায়বসি নহাক্কী তৌকম খোকপা থবকনি হায়না খল্লি"

"ঐঙোন্দা থমকাকাক্কি তৌরকনু পাভেল," টস্ভেটায়েভনা য়ায়া চাওথোকপা অমদি শাওনা লাওরকলমই।

"ঐহাক ইশানস্সু পার্টি গ্রুপ্তা চংপা ঙমই। ঐনা মহোন্দা হায়গদবা হায়ববু. নংনা থবক শুবা পামজবস্নু শুরিবা মী-শিংবু দি অপনবা পীগনু।"

পাভেল, হাংলবা অফিসকী কা কাওহনা শাউনা থোঙ খিংজিল্লমলগা থোকখিরমই। ৱাটি হিক্দা লৈবা টোকারেভকী অশিকপা য়ুম তমনা লম্বীদা চংনা চংমা পাক্লেল শ্বর চনিং তানা হোন্দুনা চুরুট অম চমথংলমই। মহাক্ক টোকারেভকী য়ুম য়োৗবা মতমদা টোকারেভ জুমিদাংগী চাকলেন চাদুনা লৈরমই।

"চংঙকউ, পাভেল, করি করি পাউনো তাসি। ডারিয়া, মুপামচানিংগী অঙৌবা প্লেট অম পুরকউ" টোকারেভনা চা-মিন্নসি হায়বগী লোন অমগা লোয়নননা পাভেলবু টেবলদা কৌশিল্লমই।

টোকারেভ, পিকলবস্নু, মহাক্কী মুপী; ডারিয়া কোমিনিস্না ময়েপ ৱাংবী, মশা নোয়বী, অঙৌবা ফীজোলগা লোয়নননা টেবলদা অঙৌবা প্লেট অম থম্মদুনা মুংশিনা হায়রকলমই:

"কম্মরো, লাকঅো ইবুংঙো।"

অহল অসিনা রিপায়ারসোঙ্গা থবক তৌরিঙৈ মতমদা পাভেলনা য়ামনা তোয়না তোয়না য়ুমসিদা লাক্নুনা জুমিদাং কয়াদা অহল অনিসিগা ৱারী শান্নদুনা মুংঙাইনা লেনখিন-নখিবনি। তৌইঙম্মস্তুং, মহাক্ক টাউনসিদা লাকপদগী ঙসিনা অহানবা জুমিংজি মকমসিদা লাকপা।

পাভেলনা চৌকিদা হেক কমথবগা খোকখিবা খোঁদোক্কী মরমদা বারী লীবা হৌরকই। অহল ওইরবা মেকানিক পাভেলন ঙাংবদুদা করিস্সু খুম্বা ত্তৌরমদে। মহাক্কী চাকলেন অহুম্মক চাঠুনা লৈ, ত্তৌইগুম্মসুং বারী অয়ুবুদি মুম্না তারমই। চাক চাব' লোয়রবা মতুংদা রুমাল অমনা মহাক্কী নাত্তোম সুমাংগী মকোই ছৈতখোকলমই অমুগা মচিম ত্তেংলমই।

"নংনা হায়রিবদো, চুমই," টোকারেভনা হায়রক্লমই। "ঝাহং অদো নিংথীজনা হংবগী চপ চাবা মতমনি। ডিস্ট্রিক্তী মথম অভৌদা লৈরিবা কোমসোমোলগী মশীংনা ঝাম হেল্লি। মকমদুদগী ঐখোয়না ঝাকম অসি পাংখোকপা হৌগদবনি। নংবু টক্সভেটারেভকা খংনরুরব্রনে হা? অমুদি কক্তে। মাস্ত্র খরদি শাউগনম্বনি। নক্তে নংনা মাবু খংনবা ত্তৌরুব্রনে? অমুগ', ৱার্কসোপ্ত নংম ত্তশেনা ত্তৌরিবা থবকপু করিনো?"

"ঐহাক হৌজিক্কী ওইনদি ডিপার্টমেন্ট অমদা থবক ত্তৌরি। পুম্নমক্কী ওইনা হায়বা তারবদি ঐ মকম খুদীংমক্ক থবক ত্তৌই। ঐ ইশাগী সেলগী ওইনা হায়ব তারবদি পোলি-টিকেল ষ্টডি সারকল অম ঐনা লূচিংদুনা চংথরি।"

"অমুগা ব্যুরগী মতাংদদি?"

হন্দক্কী ঝাহং অসিগী পাওথুমদি পাভেল চিংনরণ ত্তৌই।

"ঐগী খোঙদা থজিক্তং মুংঙাইতবা লৈবনা ঐহাক মতম থর লাইরিক পাহুনা লৈগে হায়না খল্লি। অফিসগী খোঙদস্নু মতম থরদি লুচিংবগী থবক লৌখিরোই।"

"অমু ওইরেকো!" টোকারেভ ঝানিংজনা লাওরক্লমই "য়েংঙ্, সুপামচা, মদো নংগী হকচাং ঙমদবগী ওইরমদবা তারবদি ঐ নঙোন্দ খীনা চৈরমগদবনি। হৌজিকপু মহাক করবা নক্রমে? হায়দগী কল্লবা নক্রনে?"

"হোই, কল্লে"

"ফরে, ফরে হৌজিক্তী থবক কজনা ভৌরগদবনি। নংগী লম্বী নত্তবদা চংপা লেপলগদবনি। অহুনা নংগী তৌফম খোকপা নথৌগী রাংমদগী কেন্দোক্ল তৌরুবা অহুনা নত্তোন্দা করিম্মু কাম্নবা পুরকলোই! নংনস্থু থংইবহুনি মহাক নংগী দাইত্তবু মাংহন্নবা হোংনরি হায়বসি। অদু য়া'দে। হয়েংদগীদি মহাক থবক নিংথৌজনা ভৌরগদবনি। রাফম অসে ঐনা ওকুনেত্তা হায়গনি।" টোকারেভকী খোনজেন্দা ঙাইঙমদবগী খুৎ অমদি য়াওরমই।

"নত্তে, পাবু", মত্তোন্দা করি অমত্ত হায়বীগনু," পাভেল ভহাননা টোকারেভকী য়া থংলমই। "ঐনা মত্তোন্দ ঐত্তোন্দ থবক অম কাওবা পীবিগনু হায়জবনি।"

টোকারেভ হৌনা পাভেলদা চৈরকলমই। "নংনা মত্তোন্দ হায়জখিবা, হা, অদুগা মানস্থু নংবু থাদোকপীরকপা? ওহ, অফবনি, ঐখোয়না কোমসোমোল নখোয়দা করি তৌজবা ঙমলুগনি ফরে, ফরে ইচানুপা থবরদু থৎ অমুক্ত হৌনা পাবীরকউনা? মীংসে নখোয়গুম্বা খোৎক্রেনে।"

পাভেলনা হায়খিবগী মতুং ইন্না জেনেরেল মিটীং তৌরমই। বার্কসোপকী পার্টি ব্যুরুন, য়ারেপপু শোগংপগা লোয়নন, পার্টি অসিনা অমদি কোমসোমোল কাংবুনা থকশি, খাশি নাইদনা থবক ভবগী কাম্নবা অমদি অরুবা য়াকমবু প্রমান পীদুনা নৈনরমই। অসিদগী নত্তনা মিটিং অহুদা টজভেটায়েভপু থীনা থীনা চৈরমই। টজভেটায়েভনা মহাক মশামকপু থীনা চৈবীবা অহুদা ধমক তৌহুনা মশাগী মরাল ঙাকখোক্লবা হোংনরমই, অহুবু করিগুম্বা লায়না অমদগী মশা ভাইরবা, মহুনা মরম ওই-দুনা খোইরুগী মচুগুম, মাপু চংলবা কুচুনা লৈত্তেংবা, মখোয়গী মরক্তগী থজিক্তং অহল ওইবা সেক্রেটরি লোপাখিননা টজ-ভেটায়েভকী য়াবু থংলমই। মতৈদদি টজভেটায়েভ মহাকনা

তৌখিবা থবক অহু লাল্লে হায়বা থংজবগা লে'য়ননা মশাগী মরাল থর মখৈদি য়াজরমই।

মথংগী মুমিত্তা থরব চেদা রাকমসিগী মরমদা ইবা আর্টিকলশিং কোংলকলমই। আর্টিকলশিং অছুনা রেলরেসোপ্ত রাখল থলহন্নিঙাই ওইবা চৈথেং অম পীরমই. মতুদি, পাওচেবু ফিংথৌজনা পাহনা মহারোলশিংনা মিটীং তৌরমই। মহৌশাগা মান্নদনা মিটীংদা মী য়াম্না তিল্লমই অমদি মখোয়না থাজংলিবা অদুবু কয়মক নৈনরমই। নৈনবগী ফলনা ফিদিনবু কোমসো-মোলদগী তাম্থোক্লমই। মতাকী মতুংতা কোর্চাগিনবু অনৌবা মেম্বর অম অমস্তং রাজনীতিগী থৌপুং ওইনা য়ুরুদা হাপ্লমই। ফিদিং অহুদা মেতজানোভনা অনৌবা চংশিল্লকলিবা খোঙথাং অসিদা রেলরে রার্কসোপশিংনা থেংনগদৌরিবা থবক্কী চাঙ-বাংপা শরুম অম পুথোক্লুনা রা ঙাংব' মতমদা মী পুন্নমক্ক তুংিন্না তারমই।

মিটীং লোয়রবা মতুংদা টজভেটায়েভনা পাভেলবু, মহাকপু মপান্দা ঙাইহনা নৈথ' থেংনরমই।

“ঐহাক নঙোন্দা করিগুম্বা থর হায়গদবা লৈ,” পাভেলনা হায়রমই।

“করি মরমগীনো ?” টজভেটায়েভনা শাউগংলপ হংলক্লমই। পাভেলনা টজভেটায়েভকী খুদাং পায়রদুনা খোঙকাপ থর চংলবা মতুংদা কানশাং অমগী মনাক্তা লেপলমই।

“ঐখোয় ঙাইহাক্তং ফমসি ?” পাভেলনা ঙাইহাক্তং ফমহনা রারী শান্নবা হায়বগা লোয়ননা মখোয় অনি ফমথরমই। টজভেটায়েভনা থকলিবা চুরুটকী মৈ ঙাংশং ঙাংনা চাকলমই অছুদগী অঙম অম্বম মুংথখিরমই।

“টজভেটায়েভ, নং ঐঙোন্দ করি থনবনো ?” পাভেলনা হংলমই। মাহংগী পাওখুম খুদক্তা কংলমদে, মরমহনা মীকুপ থরাদি মফমদু ইচিক চিকলমই।

"ওহ, নংনা পামইববু মরৈ য়েংমবগী বাব্রা ?" টজভেটায়েভ লৈহৌদে, অশাউবগী খোনজেল্লি। মহাক্কু মথুবু লোংনবা হোংলক্কে। পাভেল, মহাক্কী থুংনা টজভেটায়েভকী খুকউ মথক্কু পামহুরনা হায়রক্লমই: "শাউখিনুনে ডিমকা। নংনা ভাংলি বতুদি অচৌ-অশাংগী বানি, ঐখোয়গী নত্তে। অসিগুম্না মথলগী মুংঙাইতবা অম নংনা ঐঙোন্দা থম্‌লিবনু কন্নিগীনো অনুকতা হায়য়ু ?"

টজভেটায়েভ শাওনংনা যমযম খজিক্কং লেংলমই। "পাভেল, নংনা ভাংলিবদুবু কন্নগী মতাংদনো ? নঙোন্দা মুংঙাইতবা করিগী লৈগদগে ? ঐনা নঙোন্দ থবক পী, নংনা লৌদে, নংবু লৌব্রনে ? অদুগা হৌজিক্কু ঐনা নংবু তাঙ্গে কুবা হোংলৈ চায়হুনা ইরাল শিরি।"

টজভেটায়েভকী শাউবগী বাঙাংনা পাভেলবু ভাগ তাঙনবা চংলমদে। হায়গী মতৌগুম মহাক্কী খুকউ মথক্কু পাভেলগী খুং লেংদনা থমলগা পুক্নিংগী ঈশিল অমগা লোয়ননা মথা চংথরকলমই:

"নংন মদো হায়দ্রবস্থু ঐনদি শোইনমক্কী হায়গনি। নংনা থবক শিনবা ওইবনিনা, ঐনা খবক্কীমক নঙোন্দা তানগদবনি হায়না থনবগা লোয়ননা ঐনা নংগী হৈনবীদা অকায়বা পীরে হায়নস্থু নংনা খল্লি। কোসত্যাগী বা মতাং অসিদস্থু নংনা হৌরকলমদ্রবদি ঐখোয়নি করিস্থু খংনরমলোই। ফরে, হৌখিবনা হৌখ্রে, অদুগা টজভেটায়েভ, অসিগুম্বা ঐখোয়গী মরক্ত লৈন-রিব মরিসিনদি ঐখোয়গী থবক্ত অকায়বা পীবা নত্তনা করিস্থু ওইরোই। করিগুম্বা থবকসিদা নং ঐ য়াওরমদ্রবদি, নংনা থমগে মথে খল্লবস্থু ঐ করিস্থু চেকশিল্লমলোইদবনি। অদুবু, হয়েংদগীদি ঐখোয় অনি পুম্না থবক তৌমিন্নগদৌরিবনি। মওং মতাসিদদি করমনে ঐখোয়না তৌদৌরিবাসবু ? টজভেটায়েভ, মুম্না তাবীয়ু। ঐখোয়নিগী মরক্ত মুংঙাইনদবা অমকাওবা

লৈবা য়াদে, ইবাম্রিমক শিনমী ঙাক্ত ওইবা মরমনা ইবাম্রিগী মরক্ত করিগুম্বা মুংঙাইনদবগী খমি মচা অমকাওবা লৈবা য়াদে। মহাক্ত ঐখোয়গী থবক অসিবু লুনা থল্লবদি, মুংশিরবদি মংগী থবক খুদোংমক ঐঙোন্দ পীবা য়াগনি, অতুনা হয়েংদগীদি ঐখোয় অনি মরুপ অম ওইনা থবক হৌরগনি।"

হাপ্তা অম হৌখিরমই। পার্টি ডিস্ট্রিক্ট কমিটি ওফিসকী মুমিংতুকী থবক শুবগী মতম লোইরকলমই। তৌইগুম্নসুং টোকারেভতি মহাক্কী টেবলদা অতুম্মক লৈরি। আম চৌকিদা ফমদুনা অনৌবা রিপোর্ট অমমু পারি। মতমমতুদা মহাককী থোঙদা কমাগুম্বা অমনা থিল্লকলমই।

"চংলকউ য়ানি।"

কোর্চাগিন চংলকলমই অতুগা সেক্রেটরিগী ডেস্ক মথক্ত য়াংং ঙাক্ত অমদি পাউথুম পীরবা চে অনিথক থম্লমই।

"সিদি করিনো ?"

"মসি দাইত্ত চাং নাইদবগী অরোটবা চেনি। পাবুং, করিগুম্বা নহাক্ত হংলকলবদি, মসি মতম চপ চাবনি। ঐহাক্কী মত অসিগা নহাক্কী মহকা মাম্নরমলবদি য়াম্না মুংঙাইগনি।"

টোকারেভ চেতুগী মকোক্ত ইরিবশিংদা মুম্না য়েংলমই অতুগা পাভেলদা য়েংখেল্লমই। কলম অম পায়খেলদুনা চেতুগী মথাদা ইরমই। "কমরেডশিংগীদমক্ত লৈরিবা পার্টিনা পাভেল অস্ত্রেয়েভিটচ কোর্চাগিনবু রুসিয়ান কম্যুনিষ্ট পার্টি (বোলসেভিকস) কী মেম্বর অম ওইনবগীদমক রিকোমেন্দ তৌরি," অসুমনা ইডুনা শোক ১৯০৩ থারমই। মথাদনা মহাক্কী মমিং নিংথৌজনা থারমই।

"সে ইচাম্নুপা, অহল অমুক ওইরকলবা মতমসিদা নংনা ঐগী মাহ খুদল্লোই হায়বসি ঐহাক চেংনা থাজে।"

কা মনুং শুর কোনবা ঙমদবমথৈ শাই। পুম্নমক্কী পুক্কিংদা য়াথেল অমত্তমক চপ য়ুংনা থন্দুনা লৈরমই মতুদি, য়াবনা

থুনমক মকমন্তদগী চৎথোকতুনা সেলোমেনকাগী চেসনট পাম্বীগী উকম লাংবা ইংলবা উখোঙদা হেক য়ারিব-খৈ থুনা চৎথোকখিবা।

"লোইশিল্লো পাভেল, ঐ মিকুপ অমকাওমা চোম্বনা লৈবা ঙমলরোই," মশা পুম্বা ছমাংনা পুংলুপ লুপ্না টঙভেটারেঙনা হায়রকলমই। কাটুসা অমদি অভৈনম্ব মহাককী বাবু শৌগৎলমই মখোয়না কৌগৎলকপগা ফক্লাংদা য়াল্লিব অরিবা মওংগী টেলিফোন খিংলকলমই। টঙভেটারেঙ টেলিফোনদ' চংজুনা পাওখুম পীরমই। কাম্বদা লাংলিবা খোঞ্জেনশিং অতুনা টঙভেটারেঙ মত্তোমত কয়া কয়া লাওদুনা বা ঙাংলমই। রিসিভর ফক্লাংদা অমুক য়ানশিল্লমলগা মহাকন কোর্চাগিন্দা ওনশিল্লকলমই।

"পোলিস কনস্টেবলটকী অচৌবা রেল অনিথক ষ্টেসন্দা লাইট য়াতুনা লৈরে। মখোয়গী ৱাৱদা অশোইব থর শোইদনা লৈরমগনি। রেলগাড়ীশিং অদু পুংমুক লৈরগা চৎখিগনি হায়। খুংলায় থর পুরগা অমুক্ত চেললু, পাভেল, মসি অজেণ্টনি।"

অহানবা রেলবে প্লেটফোর্মদা লৈরিবা রেলগাড়ী মমাংগী স্লিপর অনি অমদি মিংশেল নিংথীজনা তকথোকপা মরমনা ইরং লংনা উই। সেলুন কেরিয়েজ, পেসেঞ্জরশিংগী চাক_চাকম দাবাগী পাক্লবা মিংশেলগী খোঙনাউস্থ ইরং লংই অদুগা থংনবা দাবাশিংদি ইমক মকই।

পাভেল কাখৎকম থাকী খুৎপায়কম পায়রদুনা জু নাল্লবা রেলগাড়ী অদুগী মঙ্গুংদা চংননবগীদমক কাখৎলমই। অদুবু ঘপা অমনা ষ্টেসন প্লেটফোর্মদগী তুংলোমদগী পাভেলগী লেংবান্দা পায়রদুনা হংলকলমই।

"নংনা চৎলিবদু কদায়দনো?"

মুপাচুগী খোনজেল পাভেলনা মমাংদা তাপ্রবা খোজেন্নি। পাভেল নৈশিলক্লমই শাউনগী জেকেট লিংপ', মতোম পাকপা, টুপী উপ্পা, মশা পাব, মমিং অনিদা চিংনবগী ঈরাং অম য়াওরবা মুপা অচুবু উরমই। পাভেলনা হেক উবমক্তা খংলমই মহাক আটুয়খিন্নি হায়বা। মহাক্লদি পাভেলবু অহানবা উম্নবমক্তদা শকখঙবা ডমলমদে। অচবু, হৌজিক্তী পাভেলগী লেংবানবু পায়রিবা মহাকী খুৎ লোংথাকপমই, মহাকী চাংনবগী তাইরবা মায়থোং থরদি কোমথোকচরমই. তৌইগুমম্সুং পাভেলনা পুরকলিবা খুংলায় উপুদা করিগুম্বা অম য়েংনিংনা য়েংদুনদি লৈরমই।

"নহাক্ত কাখংকদোরিসিবু কদোদোরিনে?" নেংথরবা গোপ্রেন্দ অমুকস্তু হংকলমই।

পাভেল শম্পাংনা পুম্নমক শন্দোক্ত হায়রমই। মতমচুদা অতোপ্পা মী অমগা গাড়ীগী নাকল্লোমদগী থোরক্লমই।

"ড্রাইহাক্তং পাইবীখো, এ মপোয়গী গাড কৌরক্তে।"

গার্ডকী মতুং ইন্দুনা পাভেলনা নাল্লবা গাড়ী মনুংদা কাখৎপা মতমদা উরমই, মমল য়াম্নবা লমকোয়বগী ফিজেৎ শেংনচুনা সেলুন কোরিয়েজ্ত মনুংদা ফমলবা মীশিং। মুপী অমগা গোঙলোমদা মতুং ওনশিল্লচুনা শিলক ফানা ফীদা ওইনা কুপ্পা টেবল অমগী মনাক্ত ফমলমই। পাভেলনা চংলকপা মতমদ মুপী অচু মরেপ য়াংবা ওফিসার অমগা হারী শাচুনা লৈরমই। ঈলেকট্রসিয়ান পাভেলনা চংলকপা মতমদগীদি মখোয় অনিগী বারা লেপখিরমই।

কোচাগননা য়ামনা থুনা হায়রিশিংবু চেক তৌরমই। কোরিডোরদা খাল্লবা ইরোই লোইবা বলব ফাওবা চেক তৌরমই। করি অমত্ত অশোই অতাম য়াওদনা লৈয়ে হায়রব খঙবদগী কা অচু থাদোক্তুনা শোহরিবা মকম থানবা হোংনবদা, মশা চাওবা, মচক তেনবা গার্ড, পোলিস ঈপলগী চাওরবা পিথাইগী কুদামশিং ইরং কংবা, ইউনিকোমগা লোয়ননা পাভেলবু য়ামনা চেকশিন্না শেম্নরমই।

"থংনবা দাবাদা ঐখোয় অমুক্তং য়েংসি, মকমসিদদি অশোইবা করিস্ত্র য়াওদে, অশোইবদি মথংগীসিদা ওইরখস্ত্র য়াই।" পাভেলগী বা তারগা গার্ড অহুনা মহাক্ত পায়রিব শোক্লনা খোঙ হাংদোকলমই। অমম্বা কোরিদোর কাওহুনা মখোয়না মথংগী দাবা তানা চংলমই। তিংলিবা তারাশিংদা তোর্চলাইট কাপতুনা পাভেল চেকশিন্না য়েংলমই। খুদক্ত পাভেলনা লাইন সোর্ট ওইরিবা মকম থেংনরমই। মীকুপ খরগী মতুংদা কোরিদোরগী বলব থোইদোক্ত মঙান শন্দোক্তনা ঙাল্লমই।

"দাবা মনুংগী বলবশিংদি চাকলে, শিন্দোক্তবদি ঙাল্লরোই" কোর্চাগিননা মাবু লথজিংলিবা গার্ড অদুদা হায়রমই।

"অহু ওইরবদি ঐ মুপীহু কৌগে, মহাক্ত শো পায়বনি" পাভেলবু মতোমত কাহুদা থমনিংদবগী মওং অমগা লোয়ননা গার্ড অহুনা পাভেলদা মাগী তুং ইল্লকুবা হায়রমই।

শো পায়বী মুপীহুনা ইহান হান্না কম্পার্টমেন্ট মহুংদা চংলমই, পাভেলনা তুং ইল্লমই। গার্ড অহুদি চংকম থোঙ-ঙাক্লহুনা থোঙজিন্দা লেপতুনা লৈহৌরমই। কজরবা শাউনগী লমকোয় বেগ অমি, কজরবা শিলকী ইন্নফিনা কমকমদা তাদুনা লৈরিবা অহুগা মমম মুংশিবা থাউ লিক্লী অমগা লোয়ননা অশিকপা কোসমেতিকসকী উপু মচা অমনা থোঙনাউ মপাগী টেবল মথক্ত লৈরিবহুবু পাভেলনা উরমই। মুপী কোচগী কাচিন অমদা কমলগা নিংথীজরবী মহাকী শমলাংবু তপনা তপনা নান্নহুনা ইলেকট্রিসিয়ান পাভেলনা থবক শুবা য়েংলমই।

"মেদাম; ঙাইহাক্তং হৌগংপীবা য়াগদ্রা?" গার্ড, য়ান্না ঈকায় খুমনবা উৎপগী মওংদা অচৌবা মশা অমদি অতেনবা ঙক বানা নোক্তহুনা হায়রমই। "মেজর সাহেবনা অইংবা বিয়ার থকুনবা হংলকই।"

"নহাক চংখিবা য়ারনি," মুপীহুনা থজিক্তং শোকপা খোনজেন্দা খুমলকলমই। মখোয়না ঙাংনরিবা অহু পোলিস লোন্দা ওইরমই।

কোরিদোর বলবকী মৈঙাল মুপী অদুগী লেংজুমদা তারমই। পেরিসকী কীজেংকী লমদা হৈরবা মীনা ভুবা, মমল য়াম্লবা শিলকী কীজোল নিংথীরবী মহাকী লেংজুম অমদি পাস্বোম্মুদি কুপ্পা থুংহন্দে। খোং নৌরবা না অনিদা লংলবা হীর। অনিনা ভনিক তনিক্ল লংলি। কোর্চাগিননা নিংথীজনা কীজেং লৈত্তেংলবী মুপী অদুগী মোয়া উরবা লেংজুম অমদি পাস্বোম মাম্ব উরমই। মায়থোংদি মৈঙানগী মমিনা খমজিল্লি। হৌজিক পাভেল কম্না ক্রুট্রাইভরগা লোয়নন সিলিংদা থবক শুরি। থুনমক মহাক্ল চাক্লবা বলবশিংবু শিনদোক্লমই। মীকুপ খরগী মতুংদা কম্পাটমেন্ট মৈ ঙাল্লমই। মহাকী হায়ববু মুপী অদুনা কম্লিবা সোকাগী মথক্ত থমলিবা বলব অদু খক্ত ঙাইরে শেমগদবা।

"মতুগী বলব অদু অমুক্ত য়েংজগে." কোর্চাগিন্না মুপীদুগী মমাংদা লেপলদুনা হায়রমই।

"ওহ, য়েংঙু. ঐনা নংগী লম্বী থংলমাল্লে," মপুং ফারবা রুসিয়ান লোন্দা মুপীদুনা খুমলকলমই। মহাক ইয়াং য়াংনা হৌগংলমই অদুগ পাভেলগী ভুংদ নক্ল লেপলমই। হৌজিক্কী পাভেল মুপীদুগী চপ চাবা শক্লম তক্ল তরুনা উরে। লীকুং শানা কোল্লিবা পীগুম অমদি নিংথীজনা মচ্ শংলবী চিনবান লোইনমক খংই পাভেলন', মসিদা চিংনিঙাই করি অমত্তা লৈত্তে মখোয়গা য়ুমলোয়ব' উকিলগী মচা নেল্লি লেজকজিল্সকীনি হায়ব'। মুপী অদুদি পাভেলনা ঙকনা য়েংলি হায়বা খংলবসু মহাক্লদি খংলমদে। মহাকপু শকখংলবসু, হৌখিবা চহি মরিসিগী মমুংদা য়ায়মক ওল্লবনি। মরম অসিনা মহাকন ঈলেকত্রিসিয়াম অদুবু মখোয়গা য়ুমলোননবা খুদোং থীনিঙাই ওইরব' মুপা অদুনি হায়বা খংবদা য়ারমই। পাভেল অংকেপগা লোয়ননা মুমা য়েংব, অদুদা হৈনত্রগুনা শুক্তোক্লুনা কম্পাটমেন্ট থোঙ তানা চংখিরমই অদুগা অকবা শাউন্না

শাবা ইরং লংবা মহাকী খোঙ্পকী খুনিং অনি কক কক খেংন্দুনা তৌকম খংদনা লেপলমই। পাভেল খংনবা বলব অমগা মহাকী মীৎয়েং চিংশিল্লমই। মহাক্না বলব অহু হন্দোক্লুনা লৌখোক্লমই অহুগা অনৌবা বলব অম পানশিন্দুনা মৈ চাল-হল্লমই। মতমহুদা নুপীহুগী চকপদা খেংখিবদি মহাক্না পোলিস লোন্দা হংলকপদুনি।

"ভিক্টর অহুম লৈরিকো?" পাভেল না চাংবা মতমদা মমায় লৈখোক্লক্লমদে মরমহুনা মহাক্না নেল্লিগী মায়খোং উরমদে, তৌইশুমসুং চাইহাকী অচিকপা অহুদা লোয়নরক্লিবদি মহাকী বাহং অহুনা নেল্লিবু পুর চময়হনবনি।

"করিগীনো, নংনা হায়রিসিবু নহাক মাবু খংব্রা?"

"উম, নিংথৌজনা খংই। ঐখোয় য়ুমলোয়নবনি, নহাক্নসু খংইদুনি।" পাভেল নুপীদুদ য়েংশনবা লৈশিল্লকলমই। "পাভেল — নহাক ওইরেকো, — গী মচানুপা" অঙকপগী হায় ম খংদবা অমগা লোয়ননা হায়রক্লমই।

"নখোয়গী পুজারীগী," পাভেলনা মহাকী লোইশিন্দবা বাবু মতেং পাংলমই।

"নংবু কমাইনা চাওয়কপনো! ঐনা খংখিবা মতমদদি নহাক শাথীবা মুপামচা অম ওইরমই। অসি হায়রহুনা নেল্লিনা পাভেলবু খোঙদগী তোন ফাওবা চেকশিন্না য়েংলমই।

"নংনা ভিক্টরবু হংলিবদি করিগীনে? ঐনা অস্থুম নিংশিংবদদি, নখোয় অনি মরুপতি ওইনখিদে," মহাকী অঙকপা মাওরবা খোনজেল্দা অহুমক হায়রক্লমই।

অসিগুম্বা ইথা থাজদনা খেংনরবা লাম্বা অসিনা নুপীদুগী হৈজিংদবু শোয়দনমক পোথাহনগনি।

পাভেল শিলিংগী অরোয়বা স্কউ থুনা লৈশিল্লমই।

"অকক্লবা লন্দোপ খর হৌজিক ফাওবা শিংদনা লৈরি। নেল্লি নহাকন মহাক উন্নবা মতমদা মতোন্দা খর হায়বীয়ু,

মহাকপু অমুক্তং উম্নবগীদমক ঐনা থমজরিবা আশা অসি মাংবা লৈতে।"

"অতুদি ঐঙোনদা হায়্যু, নহাককী মঙোনদা কয়াম তোনশিনগ্রবনো, মতু ঐ নঙোন্দ পীগে।"

মহাক্ন নিংথীজনা থংই, কোর্চাগিনগী পুক্লিংদা লৈরিবা শিংগদবা লন্দোন অদু। মসিমন্তু মহাক্ন থংই, মহাকী মবুংনা পাভেলবু পেটল্যুরাশিংগী মখুত্ত তাহনখি। অদুম ওইনমক, মহাক্না "ভবথীরবা মুপা" পাভেলগী অনিংবা অদুবু থিংবদি ঙম্নমদে।

ঙাইহাক্তং কোর্চাগিন ভুমিন লৈরমই।

"অমুক্ত হায়্যু, ঐখোয়গী য়ুম অদো লোটনবা লুট তৌগ্রে, অদুনা হৌজিক্তী তেকথরে হায়বসি অশেংবরা? ঐখোয়গী সমরহাউস অমদি মোংশোং পুম্নমক লোইনবা মাংহনগ্রে হায়না ঐনা থল্লি," নেল্লিনা মরৌ লৈনা কংলকলমই।

"য়ুম অদো নখোয়গী অমুক ওইরয়োই, মদু ঐখোয়গীনি ঐখোয়না ঐখোয় ইশাগী লন-থুমবু কৈদৌঙৈদস্তু মাংহন্দে।" পাভেলনা অস্তুমনা খুমলমই।

পাভেলগী বা তাবদা নেল্লি নোক্লবগী মীনোক্ল ঙাইহাক্তং নোক্লমই।

"অোহ, নহাক নিংথীজন নহে ভমলমলেদনা! তানজা চাদবদগী গাড়ী অসি পোলিস মিসনগী ওইরমলে অদুগা ঐনা মসিগী মিসত্রেস, নংনা মমাংহৈগী মতৌঙমনা অদুম্মক মীনাই। নংনস্তু থংইবত্নি, হৌজিক নহাক্ন ঐঙোন্দা থৈ পীনবরা থবক শুরিবত্নি, ঐনা সোকাদা মুংঙাইনা কপ্পা অমদি পাবা য়ান-নবগীদমক। নংগী মমানা ঐখোয়গী ফীভ ফীজাম তৌবা নংনা ঈশিং হোনবা। ঙসিদি চপ চাবা মকম মতমদা ঐখোয় অমুক উম্নরে।"

মহাকী খোনজেন্দা কত্তবগী ঈথক অম য়াওরি। মতুনি পাভেলনা হৈনদবা। থায়দোকনরিবা বায়ার অনিগী মঙোন

পেন্নবাইকনা শমজিন শমজিন্না পাভেল মুণীচুদা মাঙ্গা তুকচ্চবগী ওশিংতবা মীংমেং অমনা কোংনা য়েংলমই।

"ঐনা নঙোন্দা করিগুম্বা ফজবা অমত্তম্ম তৌরেই, তৌইগুম্মম্মুং, বুর্জুবাশিংনা পুথোকলিবা অচৌব শাবগী শাক্ত অহু ঐখোয়ম্মু ওমই হায়বসি থংগু। অদুবু ঐখোয়না মখোয়গী ওক কৈদৌইউম্মু কক্লোই। অচুম্বমকম্মু, নহাক্ল হায়বা পামজরিবা অদুগুম্না ঐখোয়না মখোয়বু ইকায় খুম্নরি নোল্লুকলি।"

নেল্লিগী মায়থোং ওাংশিনখিরমই।

"মখোয়না বাসে লৌশিল্লবদি ঐঙোন্দা করি তৌগে হায়বা? নংনা ঐবু মতুপ মতুপ কক্লুনা চাগে হায়বরা নত্রগা নংগী: মুশী ওইগে হায়বরা?" অসি হায়রগা নেল্লি থোঙজিন্দ মাঙ্গা লেম্বা শাছুনা লেপলমই। শাউমনখিবনা মনাঙোন কেং কেং চিংবগুম তৌরমই। মতমচুদ সোফা মপাগী মৈ ভাল্লক্লমই। পাভেলস্ত চুমদ্রিং কেক্লা চংথরকই।

"মংবু. মংগুম্বা অম কাংপদা কনাম্ব রাবীগনি! নহাক শাউমম্না বা ওাংত্রে। নং লৌদৌ শক্কপুদি ওক্কবী অম লৌক্লবনা হেন্না কৈ।" হায়ম হায়রমলগা পাভেল খুমক খুংলায় উপু লৌথংলদুনা থোঙদা থোকখিরমই। মহাক চংখিব মাননবা নেল্লি খজিক্তং লৈথোক্লমই। কোরিডোরদা থর চংলবা মতুংদা নেল্লিনা মঙোন্দা চৈহৌবা তারমই।" "ফতবা তুটকী বোলশেবিকস!"

মথংগী মুখিদাংবাইদা পাভেল লাইব্রেরীদ চংলমই। লম্বীদ কাটুাসা জেলেনোভা উননরমই। জেলেনোভানা পাভেলগী ফুরিতকী ফীজী পায়ছুনা পিক্লবা মথুংমা থায়ছুনা ফাগীগী মওংদা নোক্লীংনা লম্বী থংলমই।

"রাজনীতিগী অরান খুভম কংলবা হম্মুবা, নংনা চংলিবদুবু কদায়দনো?"

"লাইব্রেরীয়নি," ইসে, থাবগঙ্," পাভেলন্না কাগী পাওখুম অহুমক পীরকই। মহাক্না ভেলেনোভাগী লেংথোন্দা শাংদনা নাকল থমদা ইল্লোক্লমই। কাট্যুসা হৌজিক্তী থণা কোমথনা পাভেলগী নাকন্দা চৎলমই।

"ভাও, পাভেল! নহাকনসু খংইহুনি, নহাক লাইব্রিক পাহুনত লৈবা ওমলোই। হুমিদাং পার্টিদা চংলুনি অমগে তৌবনি। জিনা গ্রেভিসকীদা য়ায়াম পুনগনি। লৈশাবীশিংনা অং পুক্কউ চায়হনা ঐঙোন্দা তকলিবনি। অহুগা নংদি ঙসি ঙয়াংসি রাজনীতি নৈনবা নতনা অতৈ করিস্থ থন্নমা'ন। নংবু কুম্নেসিবু ইপাম্মক পাযত্রবরা কৈনো? মহুনা নংগী লাইব্রিক পাববু নিংথীজনা যাম্বোকননি," কাট্যুসানা তকশিল্লমই।

"করম্বা মথলগী পার্টিনো মদুদে? ঐখোয়না চংলপা মকমহুদা কৈদৌরুদৌরিবা?"

"ঐথেং য় 'কদৌরুদৌরিবা হায়বা!" কাট্যুসান' মোকনিংমা পাভেলদা ইল্লমই। "ঐখোয় লাইশোল শোমবা চংপা নত্তেনে, হুংঙাইখোকপা চংপনে, মদুনঙাইরে নংবু একোর্ডিওন খোংবদায়রে, খোংজ্রবে নংবু? নংনা খোংব ঐ অমুক্কশু তাখিত্রি! ঙসিগীদমক্তদি পাভেল নহাক লাক্কুন: ঐখোয়গীদমক্ত নহাক একোর্ডিওন খোংলোইত্রা? ঐবু পেলহল্লবোইত্র? জিনাগী মথুৱাগী একোর্ডিওন অম লৈ। মহাক্তি করিস্থ খোংবা হৈতবনি। লাইরিক্কী মী, মহাপুদি লৈশাবীশিংনা য়ামন পায়নি। কোমসোমোলশিংস্থ হুংঙাইখোক্লোইদবনি হায়বা কনানা হায়বা লৈবগে? লাকও পাভেল, ঐনা নংবু হায়জবদা নায়কল্লিংঙেসিদা, নত্রবদি নংগা ঐগা থংনরকলগনি অহুমগীদি ঐ নঙোন্দা থা অংয়োম যা ঙাংলোই।"

কাট্যুসা য়ুম য়ং তৌবী হুপীনি, মহাক অকবা কমরেড "অন ওইবত নতনা খুংগীদগী কবা মথলগী "কোমসোমোলগী মেম্বর অমনি। পাভেলনা অহুঙবী মী অমগী অদিংবু শোকহনবা

পামলমদে, 'মরীম অহুনা' মহাক্কু অহুগুম পার্টিদা মাওম পামজবসু যাখিরমই।

নহা ওইরিবা, লাংগলম মীয়াম অমনা জৈনতিন থৌবা মেন্তিসকী মুমদা পুরমই। মুপা মচ ১৫ রোমগা কৈশাবীশিংগা অচৌবা মী কয়কম কাদা থাদোক্লম্নগা অহলশিংনা অতোপ্পা শকা অমদা কম্নমই। লৈশাবী পাখংশিংনা ক'ম্নবা কা অসিগী মজোল অম লৈবত মতমা অশিবপা লৈকোল অংসু লৈ। কাট্রুমানা পাভেলবু পুহুনা লাকপা মতমদদি "থুমু মচিজাক শীজবা" হায়বা মশামা অহুখর চংশিল্লমলে। কাট্রুসা অমদি পাভেল লৈকোল মচা অমদি মজোল কাওহুনা লাকলমই। মজোলগী ময়ায় মরুদা চৌকি অনি তুং ওনশিন্নদুনা থারি। মশাম্না অহুগী লু'চংবী অহুনা "হৌজিক থুমুশিং মচিনজাক শীজরো" হায়না হেক লাওরকপা মতমদা লৈশাবী অমগা পাখং অমগা চেনশিল্লক্লুনা চৌকিদা তুং তুং ওনশিন্নদুনা কম্নমই অহুগা। তু'লোমদ মঙক লোংনা কোহুরক্লুনা মচিনবাল অনি চুষ্টে মদো অয়েংবশিংনা য়াম্না হুংঙাইনা লৌনৈ। মশাম অহুগী মখংদা "দি রিং" অমসুং "পোষ্টমেনস নোক" শাননৈ। অনিমক চুপ্পবগী মশাম হাক্ক'ম। "পোষ্টমেনস নোক্তি" মহ্নামহুনা মাজোলগী ইঙান ঙানবা লৈঙানদা শাননবা হুংঙাইতে হায়হুনা কাগী মনুংদা চংনৈ মরমদি কাগী মনুংদদি মৈ পংঙাল ঙাননা থাদে। অহুগুম্বা মশামশিং অদুবু পামদবা লৈশা পাখংশিংনা কাগী মনুংদা কাচিন অমদা অকোয়বা টেবল অমদা কমহুনা "ফ্লোরার ফ্লিরট" হায়বা মশাম অহু শাম্নৈ। মশাম অহুগীমদক্ত অকোয়বা টেবল অমদা মথক্তা ফ্লোরার ফ্লিরট কার্ড শদুন অম থমই। পাভেলগা মুমলোমবা, চহি তরা-তরুবী লৈশাবী, নিংথীজরবী, শংবাজনবী মিতৈনাগা লোয়নন্না মশামক্ত পাভেলদা "শ্রী মুরানি" হায়না কনক তাকচরমই। অদুম্না শক তাক্লদুনা মুরানা পাভেলদা কার্ড অম পীরমই।

ইকায়রবগী মীংয়েং অমনা য়েংবগা লোয়ননা পাভেলদা কার্ড অম পীরদুনা য়াম্না থোংপা থোক্লেন্দা হায়রক্লমই:

" মজ্রা মচু "

চহি থরগী মমাংদা পাভেল অসিগুম্বা পার্টি কয়াদা য়াওরমই। অদুমকপু, মহাক্কু অদুগুম্বা অপংবা মামবগী থবক অদুদা মশা-মক্না চপ চাবা শরুক্তী থক লৌরকখিদে। মহাক্কু থনখি, মশামশিং অদো ইচম চম্বা মশাম নত্তে হায়না। হৌজিকসু মহাক্কু অ।পকপা টাউনগী পুক্লিগী পেত্তি বুর্জ্জোাগী লমচং অদু ভুং কোইনগী ওইনা থুগায়রি মরমদি মীপুন মথলদু মহাক্কু অপংবশিংগী ভুকচনিঙ্ই ওইবা মওংনি হায়না থল্লি।

তৌইগুম্ সু, হৌজিক্তী মহাক্তী মথুক্তা " স্প্রিট ক্লোবার কার্ড " পায়রি।

মুয়ানা ইকায়ওবগী থোক্লেন্দ। য়াম্না থোংনা হায়রকপগী পাওখুম ওইনা পাভেলনা মজ্রামচুগী ওম তৈয়বদা কার্ডতা ইরিবা য়াহৈশিংবু পারমই:

" ঐ নংবু য়াম্না পামই,"

পাভেল য়াহৈশিং অসিগ কোয়নমা নৈশাবী মুয়াদা য়েংথংলমই। মুয়াসু পাভেলনা য়েংলিবা মিংয়েংতুগী পাওখুম করিগুম্ব চিংনবা অমত্ত য়াওদনা পীরক্লমই।

পাভেলনা মথ, তারমই "করিগীনো" মহাক্তী য়াহং অদু কয়া মওং তাদবা ওইরমই, অদুম ওইনমক মুয়া মহাক্তী পাও-খুম শেম শাদুনা নৈজরমই।

" অতোরগুলাপ, " মুয়ানা শোল্লক্লমই অদুগা পাভেলদা অতোপ্পা কার্ড অমস্থ পীরক্লমই। কার্ড অদুদা "নহাক ঐগী কীদমনি" হায়ব য়াহৈশিং অসি ইরমই। কোর্চাগিন হেক ওমজবমথৈ মহাক্তী থোক্লেল থোংথনবা হোংনরদুনা মুয়াদা হংলমই:

" অসিগুম্বা অপংবগী থবক অসিদা নহাক করিগীদমক চৎলিবনো ?" মুৱা, পাভেলগী ৱাহংদা অহুকী মতিক ওক্লমই মহুদি, করি হায়গদগে হায়বা কাওবা থংখিজে।

" নহাকপু ঐগী ইপাওসে তানিংজবরনে ?" মুৱানা মচিনবান থৱা ইম্বোকলপ ভৌনা ইংনা হংলমই।

পাভেল ৱাহং অহবু খৌশারমদে। অহুম ওইনমক মুৱাগী মরমদা থংনিংবগী লাংতক্লবদি লৈরমই। মরম অছুনা মহাক্ল মুৱাদা মশীং নাইদবমখৈ হংলমই। মুৱাস্থ অনিংবা অমগা লোয়নন। লোয়নবা থুমলমই। মীকুপ থৱগী মতুংদদি পাভেলনা থংলমই, মুৱা সেকেণ্ড্রি স্কুল তমলে হায়বা। মহাকী মপা ৱিপায়ার সোপতা থবক ভৌবনি, অদুনা, মহাকন পাভেলবু মমাংহৈদগী থংলকলবনি অমদি পাভেলগা লোয়নবস্থ পামজবনি।

" নখোয়গী য়ুমমাক করিনো ?" পাভেলনা হংলমই।

" ভোলিন্টসেভা।"

"নহাকী নবুং রেলৱে য়ার্ড কোমসোমোল সেলগী সেক্রেটরিনি, নত্রনে ?"

" মাম্নি "

হৌজিক্কী পাভেল ৱাকম অমবু ভশেং ভশেংনা থংলে। ডিস্ট্রিক্ট মমুংদা কোমসোমোলগী থ্বাইদগী অকনবা মেম্বর অম ওইরিবা ভোলিন্টসেভা মশামক্লস্থ অসিগুম্বা মকমসিদা মহাক-মকী মচন মুপীবু থারি। হৌখিবা চহি কয়াদা চুম্নবগী পার্টি কয়াদা মহাকী মচন অমদি মমায়বী কয়াস্থ কয়ারক য়াও-রকলবনি। মুৱানা পাভেলদা মসিখম্ন হায়রমই মহুদি, মহাক্ল পাভেলবু মহাকী মবুংগী কাদা কয়ারক উপ্রে।

মুৱানা থংলমই, পাভেলনা মখোয়গী শাজংভা য়ানিংদে হায়বসি। চৈনিংবগী মীনোক অমনা লৈভেংলিবা পাভেলগী মায়খোংবু য়েংলগা মুৱা, মহাকপু " কিভিং দি পিজন " য়াওরনবা

কৌবা য়াৱমদে। মচুগী মহক্তা পাভেল মখোয় অনি কয়িমচুনা মিনিট খর মুৱানা মশাগী ৱাৱী শাৱমই। মতমচুমক্তদা কাটুাসা মখোয়গী মনাক্ত লাকলমই।

"ঐ একোর্ডিওন পুৱকখোৱা ? কাটুাসানা পাভেলদা হংলমই। মুৱাদা মৱৌ লৈবা মীংয়েং অমনা য়েংলগা মখা অমুকন্তু তাৱক্লমই " নখোয় অনি মৰুপ শান্নৱবোইৱে ?" কাটুাসা বা ওংবা লোয়ৱবদা পাভেলনা মহাকপু মখোয়গী নাকনদা কমহল্লমই। মীয়ামগী লাংবা নোকপা অমদি নিল খোংবগী খুদোংচাবা লৌৱচুনা পাভেলন হায়ৱমই:

"ঐ ওসিদি, একোডি'ওন খোংলৱোই। মুৱা অমসুং ঐ, ঐখোয় অনি চংলগনি।"

"ওহো, নং মতোন্দা নুপ লবোইৱে, নুপলবৱনে ?" কাটুাসানা তকশল্লকলমই।

"মচু অচুম্বনি। হায়ুয়ু কাটুাসা, ঐখোয় নত্তনা অচুদা কোমসোমোল অভৈ লৈৱৱৱা ? নত্রগা ঐখোয়দৱা "পিজন কেনসিয়ৱবু ?"

"ফত্তবা থবক্তু মখোয় তোকসপু,' কাটুাসানা মৰুপ ওইবগী খেমজিনবগী মওংদা হায়ৱমই। হৌজিক ঐখোয় জগোই শাৱ-গনি।"

কাটুাসানা য়াচু হায়না হায়না কোর্চাগিন হৌগংলক্লমই। "ফৱে, ফৱে লৈশাবো শৱি, জগোই শাহৌৱো, মুৱা ঐখোয় অনিদি চংলে।"

নোংবা সুমিদাংবাই অম, অম্না যোহর্টি ওকুনেভকী য়ুমদা লাক্লমই। মহাক্ন মক্তমচুদা কোর্চাগিন মতোঙক্ত লৈবা খেংনৱমই।

"পাভেল, নং থবক য়াম্না চিনবৱা ? চাউদ সোভিয়েটকী প্লিনৰি সেসনা চংপদা ঐবু খঙ্গ চেকশিনবীগেৱা ? খেংন হৌৱকদবা ওইবনা ঐ ইভোমতদি চংত্তবনা ফৱে।"

কোর্চাগিন খুমক্ত য়ারমই। চংকদবা অহুগীদমক খুংলায় অম লোয়নবা কৈ খম্নুনা মহাকী কমুং মথক্ত থমলম্বা মাউজর লৌরুশিন্না থম্লমই, অহুবু মহু থর লুম্বা ওইদনা ক্রোবারদগী ওকুমেওকী পিস্তোল লৌহুনা ফুরিটথাউদ হাপচিল্লমই। মহুদগী মহাক্কু বাহৈথরদং ওকুমেওতা ইহুনা থমলমই। কাগী খোওগী শোপ্তু লৈখিনবদা মুপাদুনা থংগদবা মকম অমদা থনমলগা অমাগা লোয়ননা চংপা হৌরমই। মখোয়না মিটীং মকমদা থুংবা মতমদদি মিটিং হৌরমলে। মকমদুদা মখোয়না পান-ক্রাটোভ অমদি ওলগা য়ুরেনেভা উদ্দরমই। মখোয়মখৈ হোল মমুংদা পুম্না ফমিম্ররমই। মিটিং তম্খায় চল্লকপগী ভাইহাক লেম্লদা মখোয় মখৈ পুম্না ক্ষ্যারদা চংখোক্রমই। অমাদা থন-খিবগুমনা মিটীং অদু থেংনা লোয়রমই।

"মুমিদাংসিগী ওইনদি মহাক এগীদা চংপনা করোইব্রা?" ওলগাদ অমাদা হংলমই। "থেংনু থেংদ্রে, নংগী চৎকদবা লম্বীন্তু শাংলি।"

ওলগাগী মত অহুবু অমানা য়ারমদে। "পাভেলনা ঐবু য়ুমকাওবা থিনবাগনি হায়না য়াবীরে" অমানা খুমলমই। পানক্রাটোভ অমসুং ওলগা অচৌবা লম্বীদা চংখিরমই অহুগা অভোয়্না অনিহুনা অওম্বা কাখৎতুন সোলোমেনকা ভানা চংলমই।

য়াবদা মম্বা অমদি কীনিঙাই ওইরবা নুমিদাংলি। জীব পানথা অমতা চংদ্রবা, হাংলবা লম্বীদা নহা অনিহুনা লাকপা মতমদা শহর ভুম্বগী ইচিক হনদ্রে। মখোয়না লম্বীদ চংপগী খোঙউপকী মখোল অচিকপা ময়ক্ত ভিজখিহুনা ভম্না তপনা খাংখিরমই। পাভেল অমদি অমা মশা খিংনা এপ এপ চংলমই। কৈথেল য়োবা মতমদা পেট্রোল অমনা মখোয়বু থাম-হুনা চে চাংশিং চেক ভোরমই অহুগা থাদোকলকলমই। লম্বী মতাইদা উ পয়েং পয়েং হৌবা লম্বী লানথোকলকলমই, অহুদ অচিকপা, অময়বা, অপাকপা লমবী অমবু শমহুনা

চৎলিবা লম্বীদা চৎলমই। ওইরোমদা লৈশিন্দুনা, অচৌবা রেলবেগী বায়ারহাউস কা পরেং অমত্তদা চৎলিবা পীক্ত শাংলবা অমম্বা লম্বীগা, কাংক্রিকী ব্যুলডিংশিং থাদোক্লখদুনা চৎলমই। মতাংদুদা অম্না অকিবগী শক্লোন পুবা বাখল অমন মাবু কারমই। মহাক্ত অময়ময়ক্তুদা লাংত্তক্লনা য়েংলমই। চৎমিন্নরিবা পাভেলগী বায়ীদা ভাপ যেন ভাদনা মক্রক মক্রকপা পাওখুম পীরমই। ঈলেকিট্রক পোষ্টকী অময়গী মমি উবঃ মতমদা মহাক য়াম্না কীরমই। ভাপ ভারকপা মতমদা হৌনা মোকলহুনা মহাকী জ্ঞান ভাদবগী বায়ী পাভেলদা লীরমই। মহাক্ত পাভেলগী পাম্বোম পায়রক্তনা মহাকী লেংজুম তপ্না চৌংথরক্লনা হায়রকই।

"ঐ হৌজিক চহি কুনহুমদোই শুরবনি তৌইগুম্মসুং, অহল ওইরবী মৌ অমদগী হেম্না ভাপ চোইরে। ঐগী কীগনবগী মত্তৌ অসিদা নহাক্ত ঐবু পাংদবনি হায়না থল্লবদি মহু মংগী অশোয়বনি। থংদে, মুমিদাংবু ওইরবদি ঐগী জ্ঞানসি মপান থোকথিবগুম তৌই। হৌজিক্তী নহাক য়াওবনা ঐ করিস্ত্র খন্দে; অহুমদি ওইরগা ঐগী কীগনবা অসিগীদমকত ঈকায়জৈ।"

হৌজিক্ত মখোয়না মিটিংদা তারকপা, মুমিং অহুগী মমাংদা টাউনগী মতাইদা, মুমিদাংদা, মী চিকলকলবা মতমদা, কীনিঙাই ওইরবা মীহাৎপগী থবক পাংথোকথিবা, পুক্নিং থকৎনিঙাই ওইরবা বায়ী অহুগী অকিববু ভাইহাকংহ্নদা কাওহল্লিবদি, পাভেলনা থকলিবা চুক্তটকী মৈনা মহাকী মায়থোং তংথায় অম ভালহল্লিবা অমদি পাভেলগী পুকচেল ফাজনব, অইংবা, কাবগী মওং মান্দবা মহাকী পীগুন তহ্না হমজিল্লিবা থৌনা ফবগী ঈরাং অদুনি।

বায়ারহাউস তুংদা লৈহৌরে। মখোয়না উপাক্লা থাবা থোঙ মচা অম লাক্লমই অহুগা অ:চৌবা লম্বীদা চৎথরমই। হায়ধিবা অচৌবা সড়ক অসি রেলবে লাইনগী মথা কাওহুনা

চৎলগা, রেলবে ডিষ্ট্রিক্টকা শমনৈ। হৌজিকতী ষ্টেসন বুলডিং, য়েংথংবা শরুকতা অা তুংদা লৈহৌরে। মফমদুদা রেলগাড়ী অম. ইনজিন থমফম শঙ্গী তুংলোমদা থানবা হোৎনরি। তশেংনমক মথোয় মথোয়গী য়ুম লৈরিবা লমদম য়ৌরকলবনি। রেলবে ব্রেকী মথক্তনা সিগনেলগী মচু শংলবা মৈঙাম্না অমম্বরক্ত তনিক তনিকলি। ইনজিন শঙ্গী বাং-মদনা গাড়ী অম ব না ঙংলহনা মযুমদা হল্লকলমই। রেলবে লাইনগী মথাদা চৎলিব টনেলগী হেক চংফম মচিন্দা লম্বীগী বলব অম, কোলহিং কাৱবা হক্তগী য়াম্বদুনা ঙাঁম্ল। মুংশিংমা হুম্বদগী বলব অদু তপন তপনা হাইহনা মহাক্কী নাপু মচুগী মৈঙাঙনা টনেলগী ফক্লাংদা জগোই শাবগুম তৌরি। টনেলগী চংফমদগী গজ অমরোম লাপনা, হাইরেগী নাকন্দা অপিকপা থাংপোকশঙ অম তরকনা লেপলি। চহি অনিরোমগী মমাংদা অ শম্ব বম অম তাশিন্দুনা পোকথায়খিনদগী শঙহুগী মমুং অমদি মপানগী শরুক চাকথেকখিবদগী থাংপোকশঙ্গী মশক থীহনবত্ত নত্তনা মহাক্কী মশাদা অচৌব অগোবা অম লৈরি। হৌজিক্কী পোকলিবা থাংপোকশঙ অহুনা লম্বীগী নাকন্দা চাকনিবা অমগী মতৌগুম মশাগী শুরুপ চাদববু উংহুনা লেপলি। মতমদুদা টনেলগী মথক্ত রেলগাড়ী অম ঙংলদুনা চেল্লকলমই।

"ঐখোয় য়ুম য়ৌদৌ.রকো," অমান। খুদোং থীবা পুমমক নাম্বোকলে হায়বগী মুংঙাইজব অমগা লোয়ননা হায়রকলমই। পাভেল অমাগী খুৎকা কোৎশি-নহুনা চৎলিবা খুৎ অমুক্তং তিংথোককে হায়নগী বাখলদা তপনা লৌথোক্লবা হোৎনরমই অহুবু অম্রানা য়ারমদে, কীবনা মরম ওইহুনা। অনুম্বা মথোয় ভেকথরবা য়ুমশিং লৈরিবা মফমদু লাম্বোকলমই।

খুদক্তুমক্তদা, ইথং থংহৌদনা মথোয়গী তুংদা করিঙম্বা অম পোকথায়খিরমই, মহুগা লোয়ননা মী চেল্লকপগী মথোল, খয় হুইনা হোনবগী খোনজেল তায়মই। অমা অমদি পাভেল

খ'হৌদবা মতৌদুদা ইণ্ডক ওকলমই , পাখংপগুম ত্তৌরমই ।

তামজাদুদা কোর্চাগিন অমাগী লেংবান খক্ত লৈরিবা খুং লৌখোক্লবা হোংনরমই অদুবু, অকিবনা য়েহৎলবী মুংগী মুত্তি ওইরবী মহাক্ন পাখংপগুম করিগুম চেংনা পায়শিনখিরমই । অমানা চেংনা পায়শিনখিদুনন্থ মহাক্ন মথুং শঙ্ঘোক্লবা হোং-নবা খর তপক্রে, মহাক্তী মওক্ত অচেংপা খুংপায় অমগা লোয়নন চপশিনক্রে। খংনবা মীকুপ্ত মহাক্ন মশা হুং হুং লৈহনা মহাকপু মাংহনবা হোংনরিবা লাম্বা অদুগা মায়য়োক্লবা হো'নরমই । খংনবা মীকুপতা মহাক্তী ওকশমদা কো ন্নবা খুংভু তপনা তপনা ওকশম তমনা শিংচিল্লকলমই। ক্ষুরিত্ত কোলরগা গুপ্পায় পায়শিল্লুনা মহাক্তী মমায়দা থিনজিল্লক্লমই। অত্রদগী রিভোলভর অমনা মমায়দা মুয়চন' নোংমৈ চিন্দোননা মমায়দা অকোয়বা লৈই চিংবগী ভৌগুম লৈবা হৌরকলমই।

পাভেলগী হে শিংলবা মীংনা নোংমৈ চিন্দোলনা কোয়না লৈবগী খোঙচংপু খৌনা কবাগী মিংয়েং অমগ লোয়মনা ইমহুনা য়েংলমই। অশিবা কোবনা নোংমৈ চিন্দোন্দা তোংল-হুনা মহাকপু মুনা য়েংবা হৌরকলে। অবাবদি, মহাক্তী খৌনা করবা মীংয়েংনা নোংমগী চিন্দোন্দগী লৈখোকনবগী পাঙল অমদি অনিংবা লৈননবগী শক্তি লৈরমদে। পাভেল অরোইবা মীকুপ ভাইবা নত্তনা মহাক্তী উপায় করিন্থু লৈরমদে। অদুবু, মীহাংপহনা নোংমৈহু কাপলক্রে, মহুৎ খুদোংচাবা লৌহুনা লৈ লহনা য়েংলিবা পাভেলগী মিংনা কাঙ্গোক্নবদগী মুয়ুক মুনা চোমলবা কোইনী অমম্বা শঙ্কুম, রাং চাউরবা মুর্ত্তি, অচোবা মমাবু উরকলমই তোইগুমসুং, মমিংভি টুপীগী থাকনা থনবদগী উবা ওমলমদে। পাভেলনা টুপীনা খন্দুনা অশেংবা শকত্তম খংরেবা ভাকুদুগী শক্তমত্তদা য়েংহুনা লৈরমদে, মজিং নাম্মন ভাকুগী মমথাব। শত্তাবু শেমরগা মখিং নাম্মনা অকোয়বদা

য়েংলমই। মীকুপতুদা ভাকু অদুগী মমুংদগী অমনা টনেগা ফক্লাংগী অহোবা অমদা নমহুনা চিংশিল্লিবী, অফিবা অমদি পাখংপনা মচু ভাইরবী অমাগী অডোবা মায়খোংবু হায়:কং উরমই। পাভেলগী হায়কেংপা মীংয়েংগী মাংদা লুপাহুনা তম-থীনা অম্রাবু মথুং তুংদা লৈহংলগা লৈমায়দা ইনথুরমই। ভানজহুদা অতোপ্পা মমি অমসু মখোয় তম্না চোংশিনখিরমই। পুম্নমক অহু পাভেলনা টনেলগী ফক্লাংদা তাবা মিদা উরমই অম্না, নিংহনমনদবা থৌনা অমগা লোয়ননা মখোয়গা লাক্লিরি, অমাগী মচিন্দা টুপী অমনা যেনশিনবা মরমনা মহাক্ক কপ্পুনা লাওবগী খোনজেল অমুক মুক থংলাও থংলাও লাউরকলমই, মরমদি মহাক্না মগুক হাই-হুম্বদা। ইথা থাজদনা অচৌবা মুড্ডি, শুন্দাহুনা পাভেলবু থৌজালবীরমই, মহুগী মহুক্তা শারকন-গদবগী যোংনরিবা অদোমদা মহাকী পুক্লীং চীংশিল্লমই শারাক্লিরিবা শাহীং চাবা ভীবনা মচিজাক্কা চোংশিনবগুম, মহাক্কী রাথল অ:দামদা চংখিরমই। প'ভেল তামজাহুদা খং-লক্লে অচৌবা তমথীরবা মুপ অদো কাংবু অদুগী লুচিংবনি, মহাক অকেমপাক্তা চাবা মীনি। অহুগুম্না ঈজ্জং মুনবগী শারাক্ল কুশৈদা পাভেলবু য়েংহনবা হায়থসে লুচিংবহুনা পাম.দ। থৌজিক্ক মহাকনা মগুকশম হেংলিব' লুপামচাসে য়াম্না নহানি, য়েংবদসু "রেল্বে ম্যাডকী অপংবা" মা'ল্ল। নপচোবা মডোন্দ কৌনিঙাই করিস্থ লৈতে। মকোকসিদা কীম্না নিংথীজম থীন-জিল্লু অহুগা মডোন্দা হায়মু, লোবুক্ক শমদূনা ভুং হন্না যে দম্না টাউন ভামবা চেমক্রো হায়দনা। অস্থমনা হায়হুনা মহাকনা পাভেলবু থাদোকসমই।

"হে, নং চেমক্রো, নংনা ভমলিবমথৈ য়াংনা চেমক্রে, অহু লাওবদি য়াদেকো, থংঙত্রা, নঙ্গবদি নকোক্তুদা জোংথৈ মক্ক অম কাপশিনগদবনি।" মুপাহুনা পাভেলগী লাইবক্তা মহাকী যেরেলনা নমলহুনা হায়রমই।

"হৌজিমক চেনগ্রো," অশোনবা খোন্দ লোয়া হায়রমই। অহুদগী অসিগুম্বা মীসিদা ভুংদা নোংমৈ মুহুনা লৈবগী করিস্নু কায়দে হায়বা উংপা ওইনা মহাকী নোংমৈ চিন্দোল লৌথরমই।

কোর্চাগিন ভুং হন্দুনা মীহাৎপহুদা ফেংলহুনা লমবীগী মতাইদা চেনবা হৌরকলমই। গুন্দা, মুপা নহাহু অদুম কীহুনা লৈরিবোই নিংবা অমদি মহোন্দা করিস্নু ভৌরক্লোই নিংবদগী লৈথোরকুনা অমনবা যুমলোমদা চংশিনবা হৌরকলমই।

য়েক্লবগী লায়থোকপগী চিরবা মীকুপ্প পাভেলগী খুৎ ফুরিখাউ য়ৌশিরমই। খুবমক্কনা মহাক্ল অস্তমনা পাংথোকপা ঙম্মনি। শিস্তোল হায়কেং লৈরগা ওইথংবা খুৎ মাংলোমদা তিংথোক্লমই, মতুগীমথক্ক নোংমৈ পারবা খুৎ থাঙ্গৎনগা য়ামনা থুনা নিশান থাহুনা কাপলকলমই।

তাকু, অশোয়বত্ত খংবদা থিন্থমল্লমই। মথৎ থাঙ্গৎপা মংত্রিতৈনা পাভেলগী নোংমৈ মরুনা মহাকী মশাগী নাকচেপ্প পাল্লমই। নোংমৈ মরুগী কল্লবা শাকু অমনা তাকু টনেলগী ককলাংদা খোমজিল্লমই অশোকপগী চৈনাবা খংহৌদনা লাও-রহুনা মথুংনা টনেল বালদা বোংলহনা তপনা তপনা লৈমায়দা তুথখিরমই। থুদক্লুমক্কদা অতোপ্পা মমি অমস্ত শঙ মনুংদগী খোকল্লকুনা টনেল মনুংলোমদা চংলকলমই। থুরবা কোর্চাগিন অতোপ্পা মমিহুগীদমক কং কং শারবা নোংমৈ মরু অমস্থু থাখি-রমই। নোংমৈ মরুনা অশিবা কৌবনু প্লহুনা তায়রকপা অদুদা পাখংলহুনা মশা কোন্দহুনা মমলবা টনেলগী মনুংলোমদা চেন-শিনখিরমই। মখোয়গী নোংমৈ অমুক কাপলকলমই। অমম্বা মমিহু, নোংমৈ মরুনা ভৌখায়রবা লৈমায়গী উফুল মরক্কগী নাকল অমদা চোংথোকুনা অমম্বরক্ক মাংখিরমই। অমুকস্থু হয়া পাভেলনা নোংমৈ কাপলমই মরমদুনা, টনেল বলবকী মৈতান্দা রাউথানেবা উকুলগী মপৈ অম পাইখংলহনা অহিংগী অচিকপনু লৈভেংলমই। টনেল কল্লাংগী মনাক্কনা মকোক চাওবা তাকু অরাবগী মশক ওইরবা অশিবগা কয়া লাক্লরি।

কোর্চাগিন চেনশিন্দুনা অমাবু কোনথংলমই। অকিবনা য়েহংলবী, মশা নিকলবী অমা, নোংমৈনা পাকবদগী শিগদোরবা, কীনিঙাই ওইরবা তাকুগী শক্তমবু উবদা, কী-তুজুংবগা লোয়নবা ওক্না য়েংলমই। মদুবু উক্রগা মহাক মশাবক তাকুগী মথুত্তগী নাম্বোক্তুনা হীংলক্লবনি হায়বা কাওবা থাজবা ওয়মদে।

তেললবা পুন্সি থরসিগী মমুংদা খুদোং থীবা কম্বামুক থেংনজরকলবা পাভেল, খুংলৈ থুনা অমাবু কোল্লহনা খুদোং থীবা থোক্লিবা অমম্ব মকম অমদি টনেল বলমকী কোয়রক কোয়বা মৈঙালবু থাদোক্লমহুনা মথোয়গী য়ুম লৈরিবা টাউনগী ষ্টেসনলোমদা চেললকলমই। ইংবেক্কমেন্ট মথকতদি অহিংগী অমমবু মাংহললগে মত্তাঙুম ঈলেকট্রিক বলবনা তনিক তনিক্না ঙাললি।

টনেল মনাক্তী রেলওয়েদগী গুম্দাশিংনা নোংমৈ অমুক কাপলকলমই।

বাত্তি হিলদা মথোয়না অমাগী কাদা থুংবা মতমদদি নোং ঙাল্লমদাইগী য়েন থোংলে। অমা, ফমুংদা লোংনা হিপথরমই। কোর্চাগিন টেবল অমগী মনাক্তা ফমকদুনা চুরুট থক্তুনা ফম্লমই। মহাক্তী চুরুটকী য়াউথাংবা মৈখুম মথকলোমদা লৈ কৈদুনা কাখংথিববু মুনা য়েংহনা লৈরমই। .. অচুম্বনি, পাভেল মহাক্তী পুন্সিদা ওসিগী থৌদোক অদু থাবগা মরিয়ক গুবা ওইনা শিক্লরবনি।

অশিবা কৌবগা মায়ম্বোক্লরবা খুদোং থীরবা তাঞ্জা অগ্রদা লৈরকপা মহাক্তী থৌনা মশামক্তা ওক্তবা ওমদে। মপুং কারবা মুত্তি অসিদা করিগুম্বা মশক উদবা পোশক অমনা মঙোম্দা হেক হেক তোংশিনখিবরা ? থৌদোক্তুগী থৌদোক খুদীংমক মিংশিংলগা মহাক মশানা য়াজরমই, কীনিঙাই ওইরবা অমুবা মুত্তিহনা মহাক্তী মঙকশম মেংহুনা নোংমৈ চিনদোলগী অমুবা মমিংনা মঙোম্দা থানা য়েংলকপা মতমদা মহাককী থম্মোইদা

অকীবগী কল্লবা খুবাম অমনা পায়শিল্লকখি। অশেংবমক, মহূ মহাক্কী মীংয়েংগী শক্তি থজিকতং ৱাংপদগীনি। মতমচুদগু মহাক্ক মথুং ওইনা ফুরিটখাউদগী মোংমৈ লৌহনা কাপলম-লবদি কীনিঙাই ওইরবা অমগী মূর্তিশিংদু মহাককী মথুঙগী নাম্বোকপা ঙমলমগত্রা? ঙমলমলোই। মরমদি, খোঙকাপ অনি অহুমগী অরাম্নদা লৈরিবশিংবুদু মহাক্কী মোংমৈ মরুনা লামনা কাবা ঙমই, অদুবু, পাখংপা অমদি তফিংনখিবদো, জ্ঞান মাংবগী খুদম শোক্টদনা ওইরমগনি, মদুননি মহাকপু মীকহনখিবা।

টেবল থাউমৈগী মৈঙাম্না মহাক্কী মায়থোংদা মৈরি। অম্নানা কমুংদ মহাক্কী মও মতৌ অদুবু লাংতক্লনা য়েংলি। পাভেলগী মীংশিং পাখংপগী লাংতক্লবা কয়িস্থ লৈতে, ইংনা লৈ, অদুগা তকতোকলিবা পীগুম অনিচুনা উংলিবদি, মহাক ৱাখল্দা লুপ্লুনা লৈরমই।

"পাভেল, নংবু কয়ি খল্লিবনোনে?"

থংহৌদনা হংলকপা ৱাহং অদুনা মহাক্কী ৱাখলবু ইথং থংহনবগুম তৌরমই, মৈতালগী অকোয়বদা চুরুপকী মৈখুনা তপনা তপনা পাইথোকখিবগুম, মহাক্কী ৱাখলদু মাংখিরমই। মরম অদুনা ইহান হানবা মহাককী জ্ঞানদা লাকপদুমক খুমলকলমই।

"ঐ হৌজিক কমানডেন্টগী অফিসতা চংকনি। অসিগুম্বা থবকসে খুদকত রিপোর্ট তৌগদবনি।"

ঙাইহমদবা অমদি থাংবদা ৱারবগুম, মহাক ফুক হৌগৎলমই। অদুবু, অমানা মহাক্কী খুং তাপ পায়দুনা থামলমই। মতোমত থাদোকখিব. চিংনবদগী চুংলোমদা চিংলমই চৎখিদনবা। অদুদগীদি, মহাক্ক পাভেলবু অহিংদু লোইখিত্রবা কাওবা খোঙজিন্দ লেপচুনা লৈবা উরমই।

হৌজিক্তী কোর্চাগিনগী রিপোর্ট'না তশেং তশেংহল্লে, য়েলরে পার্ত্তশিংবু তাকু মীহাংপশিংনা কীহল্লি হায়রবসি। অশিবা তাকু অদুবু উবদগীদি খুদক্ত থংলে, মহাক জেলদা কুইনা লৈরুরবা তমথীবা মীহাংপা কিমকা ভেদকুপনি।

মথংগী সুমিংতা মী খুদীংমক্না টনেলদা থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা য়াম্না ঙাংনরমই। মসিমক্তু ঙাংনরমই মহুদি, থৌদোক অদো পাভেল অমদি টজভেটায়েভ মখোয় অনি নুংঙাইনদবদগী থোকপনি। টজভেটায়েভ বার্কসোঙা চংলক-লমই। মহাক্ত মমাই থংবা সিফ কাওবা চংহুনা কোর্চাগিন্দ মপান্দ ঙাইহক্তং থোকউসি হায়রমই। কোরিদোরগী অমোংপা কাচিন অমদ' পাভেলবু পুরমই। মহাক খমথেংনা পুকনীং লাংতক্লবা হায়বচ্চ ওইরে, মরমহুনা বা কয়মনা হৌদোকদগে হায়বা কাওবা থংদবগুম তৌই। কায়নথংদা মহাক্ত থংহায় হায়রকলমই;

"ঙরাং করি থৌদোক থোকখিবগে?"

"নহাক্তী থংঙমগনি হায়না খল্লি?" টজভেটায়েভ হৈনদম্না মরেংজুম ইনখংলমই। পাভেলদি থোইদোকনা থৌশাদে মরমদি, টনেলগী খুদোংথীবা থৌদোক অহুনা মী অ'ভদা পীবা চৈথেংদগী টজভেটায়েভদা পীবা চৈথেংনা খর কনবা হেল্লমই। মহাক্ত থংলমদে, য়োংঙবা সুপাহুগী মমামগা মান্নদবা মপান-থোংগী শকতম, অহুনা অমা বোয়হ'ভপু মঙ্গুং য়োনা পামজবগী মওং ওইরিবহু। অময়োমদা, অমা বোয়হ'ভপু পামজবা মীদি মতোমতপু ওইরমদে, তৌইগুমমুং, মহাক্তী বোয়হ'ভকী বাথলগী চৈথেংনা চানরমক ৱৈহৎলবমি। লঙটিমানা মঙোম্দা হৌজিক্ত হায়রকপনি টনেলদা থোকখ্রিবা থৌদোক অহুগী মরমদা। বারী অহুবু তারগা পাওখুম পীবা ঙমদবা বাহং অমনা মঙোম্দ তংতনা ওংলি। বাহং অহুনা কনা য়াম্না ওংতুনমু পাওখুমদি অদুমক ফংদনা লৈরমই। পাভেলগী মকমদতু মহাক্ত ইশেং

শেংনা হেক্ত ফংবা ঙমদবা ওইহনস্থ মহাকী থম্মোই ওৎলিবা ৱাহং অহগী পাওখুমদি পাম্নমই। মহাক মশামকী থম্মোইনস্থ মহাকী লাংভক্লবা অমদি চিংনবা অহবু ওইজবা থীবগী য়ুম-কমদা লেপ্পগীনি হায়ৱমই. অহুম ওইনমক মহাকী ৱাখলনা মকম মন্না থংদনা পুক্লীংবু ওৎলিনা অহদি তমথীরবা ভাকু-শিংনা অমাগী ঈজ্জং মুনখিরমগত্রা হায়বগী চিংনবা পোকহল্লিবা অহানবগী থৌদোক্কুনি।

"অমুক্ত তাখো, কোর্চাগিন, অশোনব' খোমজেল অমনা মহাক্ল হায়ৱমই। "ঐহাক থংই, অমাগী মরমদা ঙাংবা নহাক্ল পামদে হায়ব', তৌইগুস্মস্লং, মকম অসিদা নহাক্ল ঐবু থাজবা ৱাগনি। অমুক্ত হায়য়ু, ডাক্ল অহুনা নংবু ফাজিল্লিষ্ঠে মতমদা অভোম্প্রশিং অহুনা অমাগী ঈজ্জং মুনবীখিবরা?"

ৱা থর অসি হায়বা লোয়ৱিষ্ঠেদা মহাককী মমিং কহুরকলমই থনঙমদবা ৱাখল অমগা লোয়ননা।

কোর্চাগিন, কৌক্তিকন্তী টক্ষভ্রেটায়েভকী পুকনীংদা করি লৈৱিবনো হায়বক্ত তপনা তপনা থংবা কৌরকলে।

"মহাক্ল অমাগী মরমদা করিস্থ থব্দব' ওইরমলবদি মহাক করিস্থ নাংব কায়রমলোই তহুগা অমাস্থ মাবু মুংশিরম্বা খোকলবদি, অহু ওইরবদি "' ―" পাভেল অমাবু মরাল শিবগী ৱাহং অহুদা শাওরকলমই।

"নংন! অহু হংলিবা করিগীনো?"

টক্ষভেটায়েভ পাভেলগী ৱাহংগী পাওখুম খুদকত্তা পীবা ঙমলমদে। মচোই মচোইব! ৱা থর শেংদনা ঙাংলমই। মহাক থংলে, পাভেল মহাকনা হংলিবা ৱাহংদা করম্বা অর্থ লোয়নরি হায়বা অমম্লং মহাক্ল শাওখিবগী মরম।

"ৱাকোম তরঙ্গু, ঐনা পামলিবদি অতিংবা পাওখুম্ব।"

"নং অমাবু মুংশিত্রা?"

পান্ডেলনা হাসি হংবা মতমদা টঙডেটাযেত চাইহাকুং চুমিন লৈরমই। হাহংদুগী মওংদা অচিকপা কম কুইনা শাংথরমই। মবেদা টঙডেটাযেত থংথায় হায়দোয়রুমই:

"ভং, মুংশি।"

কোর্চাগিন মশাগী অশাউববু ময়থরগা মমায় লৈথোরক্লনা হন্না য়েংলমদনা কোয়রিডোরদা থোরক্লমই।

নোংম চুমিদাং অম ওকুনেভ, মহাকী মরুপকী কমুংগী অকোয়বদা কোয়েং য়েংলমই। চাইহাক লৈরগা কমুংদা কমথ-রগা পান্ডেলনা পারিবা লাইরিক্ত মথুং থমহনা পাবা চংথদনবা থনজিল্লমই।

"তাও, পান্ডেল, ঐগী থম্মোইসে কায়খিগদবা করিগুম্বা বা থয় লৈরে। অমরোমদা, মসি থোইদোক্ল মরু ওইবদি কত্তে, অতোপ্পা মায়গৈদা য়েংলগনা পুন্না ওন্না-তৈনবনি। টালয়া লগুটিনা ঐথোয় অনিগী মরক্ত লাম্না লোনবা হাকম অম লৈরে। অহানবমক্তদা, মহাক্ল থংইবহুনি, মহাকপু ঐনা পামই হায়বা।" ওকুনেভ কোংদোককম থংদনা মকোক চোং-লমই। তৌইশুম্মসুং, মহাকী কুম্থংনবগী মতৌদা মরুপতুনা নোক্লীংবগী মায়থোং অমত্ত ভংলকত্রবদা, থৌনা থোমজিন্নুনা মথা তারক্লমই। "তৌইশুম্মসুং, টালয়া — — অসিম্ন করে, মংনম্ন থংইবহুনি। ঐ নত্তোন্দা হাকম থুদীংমক শুগায়না হায়ররোই মরমদি পুন্নমক অসে কয়মনা ওইরিবনো হায়বা মহাক থংবনি।

"গুরাং ঐথোয় অনি লুহোংলসি হায়না লেপ্পরমই। থল্লু নংন্থ, ঐথোয় কমাই তৌদোরিনো। ঐ চহি কুম্নিথোই শুরে, মান্থ অম্নুমনা ওই, ঐথোয় অনি চহি মাপৈ। মায়বা মওং অমদা ঐথোয় অনি পুন্না লৈমিন্নবা পাম্নে। মসিদা মহাক করি থনবগে?'

কোর্চাগিনন: ৱাকল খল্লিড়াই ওইবা মওংদা থুরকলমই। "ঐনা করি হায়বা শুমগনি, কোলয়া? নখোয় অসিমক ঐগী মরুপ ওাক্তনি, ঐখোয় পুন্নমক কোম.সোমোলগী মেম্বর ওাক্তনি; ঐখোয় মকম খুদোংমক অমত্তনি। ইচম চম্না হায়রগদি টাদনা কজবী লৈশাবী অমনি।"

মথংগী সুমিত্তা বার্কৱশিংগী য়োক্তৈলদা পাভেল চংলমই। সুমিং থরনিগী মতুংদনা, থকপা চাবা য়াওদবা, য়ায়া চৌংলেম্বা পার্টি অম অয়াংনা শিন্দুনা মহাকীদা পাংথোকলমই। পার্টি অহুং টাদনা অমত্তুং নিকোলাইবু ইকায় খুম্নবা পীহনা ওক্লবগী দমক্তনি। পামজবা লাইব্রিকশিং পারগ' মদুদগী লৌথোরকপা কজ কজরবা মতাংশিংবু নিংশিংবগী সুংজাইরবা সুমিদাং অম ওইরমই। তিরিংগী মীয়ামনা নুংশি সুংশিন্নবা ঔশৈ কয়া নুংশিন্না শকলমই। ঔশৈগী ৱাংলবা খোনজেল্লা তামনা তাঁমনা শন্দোখিরমই থোম্বাং ময়না। মতুংদা, কাট্যুসা অমদি তোলিমজেভানা একোর্ডিওন অম পুরকলমই। সুংশিরবা, পুকনীং শুমহৎনিঙাই ওইরব মম্লদুগী খোনজেল্লা কাহুবু নিলকল্লমই। সুমিদাং অদো পাভেল তশেংনমক সিংথীজনা একোর্ডিওন খোংলমই। মহাক্কী শুমহৎপগী খোনজেল্লা তিল্লিবা মীয়ামবু সুংজাইবগী তাইবং অমদ' পুবত নত্তনা মীয়ামবু জগোই শাহনিংবগী ঔথিল অমম্তু পীরমই। পানক্রাটোভ চোংথোকুনা জগোই শাঁরমই। মতমচুদা পাভেল মহাকনা শিজিননখিবা অনৌব মম্লগী শুর কাওথোকখিরমই মরমচুনা অন্নিবা মম্লগী শুরদা মীপুম খুদোংবু শুমহৎলমই।

অহল কোলচাক্কী মাহথীবা
তেলিবিকনা থংলকপা মতমদা
ওহ! মহাক কয়াদা চাওখ্রদৌবা!

হৌজিকা মতমগী অথা অনাগী হারৌফিং, লাম্বথেংনফিং, মায়পাকপগী সুংজাইব অমদি ওসিগী মরুপ মপাং ওইবগী

অপোনবদু থাহুনা; একোতি'ওনগী নুংশিরবা শুরগী তানথাদা শকলমই। ওইহাক খোংলমলগা মহাক্কী একোতি'ওন তোলিন-খেবতা থমুক শীরমই। তোলিনখেৎ, অঙকপা মংলবা "মায়োচমো" জগোয়গী তাহাদা খোংলমই। মী পুম্নমক তাঙ অমুদা থাংবা তথক্রহুনা তোংখোক চোংখোক্লুনা জগোয় শরিমই। শাঙলন, মহাক্কী পুন্সিগী অহমগুবা অথদি অরোয়বা ওইনা চোংখোক্লুনা জগোয় শারমই।



## মরিশুবা মতাং

ক্রণ্টিয়ার লাইননি। পোষ্ট অনিথক মায়োক্লনা ভুমিম্না মুক্রহুনা মশা মশাগী লমদম অমমমদা লেপলি। অমদি, উগী মুখানি, পোলিস বোকস অমগী মতৌগুম, অমুবা অমত্তুং অঙৌবা মচু নিংথীজনা শংই। মুখাতুগী মতোন্দা মকোক অমত্ত পানবা উমাইথীগী অশাবা মুক্তি অম অচৌবা য়োংশীনা মকম লেংদনবা থাজিল্লি। অকোনবা মচিন ইত্থোক্লনা, মশা কন্দোক্লুনা খুনজিন শাংলবা খুংশাশিংনা অমংবা মুখীমু চেংনা শায়রগা, মচিনজাক চাগদবগী থানা য়েংবগুম মাথোকনবা, মক্লক মক্রুকপা, অকোয়ব অচৌবা উমুং উগী চেংনা মুংলিবা মুখীগী মতোন্দা নশজিবা থাজোল অমত্তুং মুঙথংগী অশাবা মুক্তিনা ওমথীনা য়েংহুনা লৈরমই। হায়রিবা মুখী অদি অদি খেঙকাপ তক্লকলোম থাগ্রনা লৈনবদি। মখোয় অনিগী মথক্ত থান্নবা খোংথাল অমনা থন্দুনা, মথাম্লিনা লমদম অমমমশীদমক লেপলিবদি। খোঙকাপ তক্লকী কোমগী লমহাং অদু মনাগীদু

নত্তবা লমনি হায়না লৌই, হায়বদি কনাগুম্বনা মহুৎবু লানশিংবু হোৎনক্লবদি পুম্নি কোম্বগী খুদোং থীবা মংগনি। মসিনি, বোয়দর লাইন হায়বদো। নেক সিদগী কিলোমিটর লীশিং লীশিংনা খুজিং ওইদুনা অরাং থংবদা আর্টিক ওসিন কাওবা শপোকত্রিব., লেংদবা লাইন, সোভিয়েট সোসিয়েলিষ্ট রিপা-ব্লিকী থবক শুবগী মার্কনা মথোয়গী য়োংকী সিনডশিংদ, হক্লিবা তুমিন তুমিন লেপলিবা সন্ত্রীশিং সোভিয়েটকী লমদমদনি। অদুগা, মাগা অরাব থৌরাংবগী মীংথেং অমনা তমথীবা কংনা লৈতেংলিবা উমাইবী তোংলিবা পোষ্ট অহুনা সোভিয়েট উক্রেন অমদি বুর্জ্জুা পোলেণ্ড অনিগী বোয়দরগী হৌকমনি। মফম অসি উক্রেনিয়ান হিন্টরলেণ্ড য়োনা চংশিল্লিবা অপিকপা বরেজ-দোল্ড টাউন্দগী কিলোমিটর তরা লাপই। বেরেজডোভকী মায়য়োক্লবদনা কোরেটসকী পোলিস টাউমলেট লৈ। স্লাডুটদগী অনাপোল কাওবগী বোয়ভর লাইন ক্রন্টিয়ার গার্ড বটটা-লিয়ন অমন ঙাকই।

অস্থয়া ক্রন্টিয়ার পোষ্টশিংনা উনগী লৌবুকশিং, মোংশোংশিং, তঙ্গলশিং কাওতুনা চংলি। ওয়বা চাংগী চাংচেপ্পা, কাওদুনা চংলি, তম্পাক অমুক কুমথৈ। পোষ্টশিং অতুনা চাংদোল য়োবা মতমদদি মাংখিবগুম তৌথ্রে মরমদি তুরেল অমগী ভোর্ব্বাল্দ লেপলগা নিংথম থাগী পাক্লবা শকথংদবা লম্পাক অমবু য়েংনলবগীদমক।

মস্থংদা শামতু তোপলবা, খুরাই কাবী বুটকী খুয়া কাওবা অইংবা কাওহনবা ওয়ব', তমথীনঃ ইংলবা সুমিংশিংগী মস্থংদগী নোংম, অচৌবা রেড আর্মী সুপা অমনা অচৌবা খাঙটুপী অম উপলদুনা, থাঙ্গোল মুওথংগী মার্কাগা লোয়নলা উন মরক্ত চংলমই। মহাক বাউথাংনবা ওভরকোট অম লীংলি। ওভর-কোটকী কোলারদা অশংবা মচুগী মখি অমগু চেপ্পি। খুরাই কাবী বুট তোংদুনা অমদি অচৌবা কোংকী মথক্ত য়াও মচুগী

অচোনবা কোট অমুকন্থু লিংশিন্দুনা অইংবগী তমথীবথু মখোন্দগী হন্দোকহনখিনবা হোংনরি। কোক্তনা থাঙ টুপীগী মথাদা অযোনবা কীনা য়োমদুনা অমদি খুৎতা য়াও মচু তোম্মা খুৎখোজা উপত্তুনা অইংবা মরক চৎলি। মহাককী রাইফল নোংমৈ লেংবান্দা থাজংলমই। মহাকনা চৎখিবগী তুংদা অপিকপা মরম অম শাংনা হন্দুনা লৈরোই। মচু মহাকী অচোনবা কোটকী কীনান উন মথক্ত চৌংবদগীনি। থাং চাউরবা গার্ড ফুরিটখাউদগী য়াম্না হাবা য়ুমদা মরনাই শেম-জবা হিদাকমনাগী চুরুট অম লৌথোক্লুনা চমখৎলমই। ইহাং হাংনা শন্দোক্লিবা সোভিয়েটকী বোর্দর ডাকলিথা গার্ডশিং কিলোমিটর অমমম থাপনা লৈনৈ, মরমদি থংনবা লম্বু মকম খুদীংমক্তগী য়েংব য়াননবগীদমক। থংনবদা পোলিসকী বোর্দর ডাক্লিবা সন্ত্রিশিংদি কিলোমিটর খুদীংগী অনি অনি লৈ।

পোলিসকী সন্ত্রি তারিবা খোঙমী লাম্মী তন্দে মান্দেনা য়েত্ত আর্মি সন্ত্রীয়োমদা চৎশিল্লকলমই। শংনা রাউথোকপা মচুগী ইউনিফোর্মগী মথক্ত অমুব কোটকা ফজোন্দ, যোংলবা আর্মী বুটনা লৈতেংলি। অমুবা কোটকী লেংবানগী কুদাম অনি ইরং লংই। ইউনিফোর্ম মচুগী অকোয়বা টুপীদা ঈগল ইমব্লেম থেংলি। হায়রিবা অচৌব ঈগল ইমব্লেম অসি সোল-ডর ষ্টেপ অমদি কোটকী কোলরদশু থেংলি। মচুনদি মহাকপু অইংবদগী পোথাহনব ঙমলোই। অইংবগী চিংশিনবনা মহাকী মশা পুম্বা চৈথেং পীরে, মরম অচুনা মরক মরক্ত মহাকনা মহাককী খুবাক অনি কু কু তকনরমই, নাতোন পাম্মরমই। চৎপা মতমদা মহাকী খুনিং থেংগায়নরমই, অপাবা খুৎখোতনা ডাকথোকপা তমত্রবা খুৎশাশিং চাননমক পাংশিল্লব'ন। পোলগী সন্ত্রী ডাইহাক ফাওবা চৎপা লেম্মা তমলমদে, করিগুম্বা অমুক মুক চোংই মরমদি অইংবনা হেনজিন্নকপনা মহাকন লেপপা আয়বদি মহাকী তাংশিং কোহোক কোনশিন য়াখিরোই। নাক

মাকী সন্না অমিচু থক নকশিল্লকপা মতমদা পোলগী zolnierz রেড আর্মী মীপারোমদা লৈশিল্লকুনা চংশিল্লকই।

ক্রুটিয়ার লাইন্দা মাক অমিগী সন্নৈশিংনা ৱাকী শান্নবা অমদি বা চাংনবা আইন্না য়াদে। অদুমক্তু, কিলোমিটর অমগী মমুংদা লৈরিবা অতোপ্পা সন্নীশিং অমদি, কনাগুম্বনা ভ্রপ্রবদি নত্রগা মী লৈত্রবদি মখোয়না লোয়া নত্রগা ইন্টর-নেসনেল আইনবু থুগায়দুনা বা চাংনবা ঙমই।

পোল অদুদি য়ায়মক চুরুট থকনিংলবনি। অমরোমদা রেড আর্মী মীপানা চুরুট থকপগী মনমন্থু ঙপনা হুমলিবা নুংশিংনা মতোন ভমনা পুরকলমই। মনম অত্তনম্থু রেনমুক মচাককী থোয়রাংবম্থু ঈথৌ লাংহল্লি। পোল সন্না মাতোন ভকপা লেপলগা অকোয়বদা কোয়রৈ লৈদুনা য়েংবা হৌরক্রমই। কনানা থংগনি, মখোয়গী কেপ্টেন নত্রগা লেফটেনেন্ট পান ইন্সপেকসনগীদমক শগোল তোংদুনা চৌংদুম মচাগী মকুমদগী ফাওদেংরকপম্থু য়াই। ভৌইগুম্মন্থং, মীংশা মঙালনা লংথংপা অম য়াওনা ভৈরোক ভৈনা শংন্দোকখিবা অহাংবদুদা থরাই পানবা জীব অমত্ত উররদে। অতিয়ান্থু থোইদোক্লা লৈচিল থাংবা ওইরমদ, মহাক্ত তায়বা মকম কাওবদা কনা লাক্লিবনো হায়বা উবা ঙমলম্ই।

"ম অমুক্ত লৌগে, কমরেড?" ইহান হান্না পোলসন্নীনা আইনগী অকনবা শলবু থুগায়রকলমই। মরেংবান্দ য়াল্লিবা কেন্স মেগজিন রাইফল ভুংলোমদা অরংবা সন্নীনগ' লোয়ননা লৈথরগ পংশিল্লবা খুংশানা লুরবা কোটকী কুম্মিটথাউদগী অহোংবা চুরুট উপু অম লৌথোক্লকলমই।

রেড আর্মী মীপা মহাক্ত হায়রিবদো তাবদি তায়, অদুবু কুশ্চিয়ামদা ৱারী শায়বা য়াদে। অমরোমদা, সন্নীচুন হায়-বদো থোন্মজন তায়বম্থু মরোল শেংমদি লৌশিনবা ঙমদে। অদুম অদুনা মহাক্ত লুমলবা বুটনা ভাশিল্লবা উন মথক্ত নেৎভুনা কাকৈ কাকৈ অমুমক চংলমই।

"কমরেড বোলসেভিক, মৈ অমুক্ত লৌগে? য়ারবদি মৈখেৎ উপুদু পলসি লায়া হুনজিনরকেয়া?" হন্দকমুক্তী মুপাদু রুসিয়ান লোন্দা ছাংলকলমই।

য়েন্ড আর্মী মুপা পোল সয়ীদা মুনবা য়েংলমই। "পান সয়ীসে ইংবশা চিংশিল্লেদনা," মতোমতা শোনজরমই। "তোল্লবা মুপাসে বুর্জ্জুবাগী সিকাই ওইরবনু কয়াদা বানা খাংলিবা, অইংবা মরকসিদা। চুক্রুট থকপা কংত্রবদি উচি অমগী মতৌগুম মহাক পলসি লায়া চোংশিল্লকপনু য়াই।" য়েন্ড আর্মী সয়ী পোল মুপাদা য়েংবনা মৈখেৎ উপু অম লংখিরমই। পাইরকলিবা মৈখেৎউপু ওক্রুগা কয়া বোংনহুনা মহাক্কী চুক্রুট চমলমই। মুংশিং শিংপা মরমনা মৈখেৎ মরু কয়ামুক মাংখল্লমই। অহুগ' অমুক হমা মৈখেৎ উপু লংলক্লমই।

"অহুম থয়ীরো, ঐগী অতৈম্নু য়াওরি," য়েন্ড আ'র্মী মুলা ক্রুটিয়ারগী আইনবু কাওথোক্ল হায়রমই।

ক্রুটিয়ারগী বাংমদগী অমুকম্নু খুম্নক্লমই।

"থাগৎচরি কমরেড. ঐ মদু থমদনবা কৈ। করিগুম্বা মখোয়না মদু কংপ্রবদি ঐ চহি কয়ামুক জেল চংগনি।"

মহাক্কী বাহৈ ভাবদা' য়েন্ড সয়ী মৈখেৎ উপুদা য়েংলমই। মৈখেৎ উপুগী মথক্ত মপলিবা লেবেলদা এরোপ্লেন অম অগম্নুং খুহুম তাশিনব। খুং অম থাজংতুনা য়েক্লমই। মখোয়গীদি জহাজ অম, "Ultimatum" হায়বা বাহৈসিগা লোয়ননা য়েকপনি।

"উম, চুমই, মখোয়গীদি ঐখোয়গীপা মায়দবনি।"

অদুদগী পোল লাল্মী য়েন্ড আর্মী মুপাগা খোঙথাং মায়না হন্দোকখিরবই। অশেংবমকম্নু, হাংলবা লমহাং অহুদা মতোমত্ত লৈবা পামদে।

শগোল ভোংবা লাম্মীশিংনা, উন মরক্ত শগোলগী নোম নোম্বা ভান অমদা চংলমই. শগোলশিংগী নিংথীজবা খোঙ-

থাং অমদা, উনগী অইংবা মুংশিং মরক্ত গে, গে লাওবা সাবলগী খোমজেলগা লোয়ননা খর মুইনা মুইনা হোম্মুনা চৎলমই। শগোলশিংগী কাবথোরকপা খর ইংবেনিন' ভৌরোক ভৌবা লৈচিলগী মতৌগুম্নমই। শগোলশিংগী অমুবা নাত্তোনগী অকোয়বদা উম। পকশিনবগী অহল ওইরবা মীগী অত্তৌবা মকোক্তুম, ত্তৌরোক ত্তৌরমই। বট্রালিয়ান কমাণ্ডরগী শগোল অমোম, নিংথৌজরবী, মণ্ডক লোকথংলহুনা য়াম্না চিং লেয়া চংলমই। মহাক্তী মচু অরাংবনি। শগোল ভোংবা লুচিংবা মুপা অনিমক খ্বাংদা পেট্রী কাজিনবা লাম্নীগী ওভরকোট লিংলি। মখোয়গী স্লিভশিংদা রেড স্ক্যার অহুম অহুমনা লৈত্তেই। খেন্নরিবা হায়বদু বট্রালিয়ান কমাণ্ডর গাভ্রিলোভ-কী মুরিংকী কোলারদা অগংবা মরি চেল্লি অহুপা মহাকা লোয়নরিবহুগী অঙাংবা মরি চেল্লি।

গাভ্রিলোভ ফ্রন্টিয়ার গার্ডশিংগা লৈবনি, কিলোমিটর কয়মুতরা শাংনা শন্দোক্লুনা ত্তাক্লিবা গার্ডশিং মহাকী বট্রা-লিয়ানগী মীশিংনি। মহাক্লা মকমহুগী ইনচার্জ পুই। মহাকা লোয়নরক্লিবা মুপাদুনা বেরেজদোভতগী লাকপনি। মকমগী মেংবা লাকপনি। ভিজিটর অদু অত্তে কনাম্নু নত্তে, ইউনি-ভরসেল মিলিটরি ট্রেনিং সিস্টেমগী বট্রালিয়ান কমিসার, কমরেড কোর্চাগিননি।

মুখিদাংদা উন য়াম্না তাখিবা মরম্না অত্তৌবা উনগী লৈমায় অথোংপা অত্তৌবা পোংশক অমণ্ডম উরি। মহকী মথক্তা থরাই পানবা জীব, মী নত্রগা শানা চংখিবগী খোম্নুল তারমদে। শগোল ভোংবা মুপা অনিমুনা য়াংনা থুনা অজলদগী থৌদোরক্লুনা অহাংবা লমহাং অম লাম্থোক্লদৌরি। হায়রিবা মকম অহু ফ্রন্টিয়ার পোষ্টদগী খোঙকাপ নিমুথোম লাপথোরক্লে। মতাংদুদা গাভ্রিলোভনা উনগী লৈমায়দা করি-গুম্বা মথি অম তাবা উরমই। থুদক্লুদা গাভ্রিলোভ, মহাকী

শগোল খুজি চিংখৎতুনা খায়লমই অদুগা শগোল মথকতগী মশা চানখৎহনা য়ায়া মুমা খংনিংবা অমগা লোয়ননা য়েংলমই। মরি অহু য়েংবদা করিগুম্বা কাংথোং পানবা পোৎশক অম চৎখিবা মালদি। মদো, মরো লৈবা অপিকপা শা অমনা মকম মরা খংদবা, চনৈনবা খোঙ্গুলশিং থমলমলগা চৎখিবা ওইরমগদি। কয়ম্বা লম্বীদা জীবন্তুনা চৎখিবনো হায়ব' খংনবা হোৎনবা অরায়বা ওইরমদে। কমান্দেন্টনা মহাককী শগোল খামহনা লেপখিবগী মরমদি শাগী খোঙ্গুল অদুহুদগী খোঙ-কাপ অনিরোম লাপ্না পাইরিবা উন মরিকশিংগী মথাদা মীনা চৎখিবগী মরম অমত্রু লৈরি। তারমলিবা মীগী খোঙ্গুলশিং অদুগী মরমদি লায়া শেংদবা অমত্তা লৈরমদে, মদুদি খোঙ-গুলশিং অদুনা চুমথ্রং জঞ্জালোমদা চংশিনখ্রি। মসিনা চিংনবা অমত্তা লৈহল্লে, ফ্রোন্টিয়ারগী আইনবু থুগাইরিব মী-শক্কো পোলিসকী এলাকাদগী লাকপনি। অদুম ওইনমক, তাংদাংব অম থংননবগীদমক বট্টালিয়ান কমাণ্ডরগী শগোল থৈহনা খোঙ্গুল অদুবু সন্না পোস্ট কাওবা ইমরমই। হৌ-জিক্তী কমজন্নবা উনগী মথক্ত; তারিবা খোঙগুলশিং অহু পোলিসকী এলাকাগী মীগীনি হায়বা তশেংহল্লে।

"কমাণ্ডরা অমগা হৌখিবা মুখিদাংদা বোর্দর লানশিল-লমদে," বটটালিয়ন কমাণ্ডরনা শোল্লকলমই। "অহুমগুবা প্লেটুন তুম্মুরেদনা, মসিগী মরমদা অয়ুকী রিপোর্টতন্ত পল্লক্কে!" গাজ্রিলোত্তকী নাতোন সুমাংগী কোয়, অইংবগী মুংশা ঘর হোনবদগী পকশিন্নবা অইংবগী মকুপ উমা লুপাগী মতৌগুম তৌরোক ঙৌনা মহাকী চিনথাপথক্ত য়াম্বরি। মতমচুমক্তদা অথাম্লনগী শগোল তোংবা মুপা অনিথক মথোয় তম্না চংশিন-লক্লমই। মুপা অমদি অয়ুবা কোট লিংলি, মশা পায়, মহাকী মমগঙ্গা য়ারিবা ফ্রেঞ্চ শর্জীন মুংশাগী মচান ইবং ইবং লংনা মচান কুপলমই। অতোপ্পা মুপা অমদুদি চাওই,

বর্টটাকলিয়নশকয়াঙমহুনা শগোল ,ভাংখংলহুনা চংলমদাইদা লঙমখীমা য়াহৈ থরনা লাখেলমখই।

" অখোয়নে, "মখোয়শিংহুদংগী থাপনা লৈথনা থৈকো।"

"মহাক্নে খোয়দঙদা খীং না শিংনা চংকদবনিকো," কমাণ্ডর'অহুনা' ফ্রেন্টিয়ারদগী থেরেজডোভ ভাবা লম্বীদা য়াংনা শগোল থৌহুন। চংলকপা মতমদা মহাক্না লোয়ননা হুপাহুদা হায়রমখই। "ইচম চম্বা শোয়খিবা অমনা মুংশিরবা, নংগী পুন্সি কোয়খিবা য়াই। ঐখোয়গী অসগুম্বা থবকসিদদি ঙাই-হাক্ত কাওবা থিং না শিংদনা লৈবা য়াদে। মুংথিল পোবোপ্ত কাওবা থক লায়খোকপা য়াদে, 'মুখিদাংদদি ঐখোয় য়ায়া শিংনা লৈবা ভাবনি। হৌজিক্তী নংম্ভু খম্মুনা য়েংঙু কমরেড কোর্চাগিন। ঐগী সেক্তর অসিনা খুজং মরি কাওদুনা চং-লখনি, মসি নিংথবকশিং অসিবু লুর্লিরবসি। য়ামনা হায়নিঙাই লৈতে, নংনা নংগী গার্ডশিং থম্মে, মখোয়গী মরি মভাশিংনা নাকল অমদগী নাকল অমদা লাম্দুনা লুহোং খোংদোংবা অমদি উসব মেলাদা য়াওরুগনি, য়েংঙু, কয়াদা লুপ্পবনো। ঙকনি-ঙাইদি লৈতবনি, মরমদি য়ামনা মক্কুবা লমনি, য়ুম অমদগী য়ুম অমকাওবদা খোঙকাপ থরদনি লাপনরিবা, খোঙবানম্ভু পংচাউ চাওবা মন্ত্রে, মেন অমনম্ভু ঈরায় লায়না লানবা ঙমই। অসিদম্ভু নত্তনা মলিদা লোন পোং-চৈ য়োনবগী থবকম্ভু চং-থরিবনি। অশেংবনি, অপিকপা মওংদা নুপী অমনা লাম্হোক লানশিন ভৌদুনা পোলিস ডোটকা (য়ু) লীক্লি অম অনি য়োল-লিবনি। অহুপা পৈশা য়ামনা থাথহুনা অচৌবা মওংদা "আইম য়াদথা থবক অসি মমথংহুনা শলোনবগী থবকম্ভু চং-লিবনি। পোলশিংনা খোয়দর খুজং থুদীংমক্ত মহাক্ত লৈনিংবদা কংগদবা চকান অমম্মম্ভু হাংলিবনি, মসিবু মহাক ভাবরমনে? মমুক্তবা পুকানশিং অদো মখোয়গী লাইররবা প্রজাশিংগীদমক্ত হাংবা মন্ত্রে হায়বসি মহাকীম্ভু শোয়দবা মত ওইসনি।"

বট্টালিয়ন কমাণ্ডরগী ৱাহু তাৱপা কোর্চাগিনগী ৱাখনদা ক'রিগুম্বা মথাল অম পীরমই মচুদি, খোৱদম্না লৈহুম মঙ্গী তৌবগী পুক্নি অসি লোয়নাইদবা লানফাবগী থবকনি।

"চংথরিবা লোনা পোং য়োনবগী থবক অহুনগী হেন্না নুংবা থবক্ন লৈরম্বা য়াই। মতাংসিদা নহাক ক'রি হায়নিংবগে, কমরেড গাভ্রিলোভ?"

"মদো, মহাক্ক খল্লিব' খুদোংথীবা অদুথক্কি," বট্টালিয়ন কমাণ্ডরনা মায়খোং মক'শন্না খুম্লক্লই।

য়েরেকডোভ, ভলগী মনিংদা লৈবা অপিকপা টাউন অমনি। জিউশিংগী য়ুমশিংবু থা'ডল্লিবা শহরগী মনুংদা লৈবা টাউন মচা অসি য়ুম চনি চাক্কনা পাকতক্না শন্দোক্না তাশিল্লি। টাউনগী ময়ামদা অচৌবা মার্কেট স্ক্যার অম লৈ। মার্কেট স্ক্যারগী ময়ায়মক্তদা দুকান কুন কুন্ব্না লৈঙেং ওইহুনস্ত্ মার্কেট স্ক্যার য়ামনা ফোংলি। টাউন খোংপগী অকোয়বদা লৌমিশিংগী থাংপোকশিং লৈ। ভিউ সেন্ত্রেল সেকসন্দগী শাহাংশঙ তাবা লম্বীদা মল্লবা, কিন্থগদোরবা জিউগী ল ইশংগী ব্যুলডিং অম লৈ। য়ায়রিবা ব্যুলডিং অসি নম্বা ওইহুনস্ত্ হৌজিক থাও-বদা থাংত কুমিংশিংদি মীয়াম অম চিংশিনবা ওমলি। মফাকী পাথং ওইবগী মুংঙাইবগী মতম লোইশ্রবা ইহুদি পণ্ডিত কনানস্ত্ পায়রোইত্রবা মগীং অমদা সিন্যাগোগ মনুংসিদা হিংলি। শোক ১৯১৭ ভদি অ'সগুম্বা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংত্রব' শঙ-সিদস্ত্ ফত্তবগী খুদম অদুমক লৈখি, মচুদি, নহারোলশিংনা মহাককী কীভমহুবু উরগা করিস্ত্ ঈজ্জং তৌবীত্রে। অচুম্বমক্কি, অহল ওইরবা পণ্ডিত অহুন' হৌজিক থাওবদা 'কোনর' ডাক চারি, তৌইগুমস্তং নহারোল কয়ামুকনদি 'পোর্কসোসেজ' পানা চানরকলি। পণ্ডিতকী মতদি অদুগুম্বা চিক্সাক অযো চারবদি ঈশ্বরগী শিরাপ কংই। নহ'রোলশিংগী থাখল অমুকন্ত্ লাংহৌ অমনি। নো'ম' ওক অমনা অখোংপা মায়ক মচিন্না

য়ুং ফাং তৌরুনা তৌথাবগুম্না করিগুম্বা খর চাননবা থীরমই। ৱাশিবোক্কথ য়াম্বা শাওবা অমগা লোয়ননা ওক্তুদা খোঙপাক্লা কাওরমই। অশেংনমক ৱাশিনা ওল্লক্লিবা মওং অদুবু পাম্লমদে। বেরেজদোভপু ডিষ্ট্রিক্ট সেক্টর অম ওইরগনি হায়রবসি ৱাশিনা য়াদিংদে। টাউন মচা অদুবু মখক নখা ওখোক্লকই হায়না মহাক্ লৌরিবা কম্যুনিষ্টপুম্বু মহাক্ য়াদে। মরম অসিনা মহাককী মকথদদি য়ুংতি য়ুমিং খুদীংগী য়ুংভাইতবা পেন্দবগী পাওজমক তারমই। খুদম ওইনা হায়রবা তাররগা, ষ্ট্রাং লাইমিংবা অমগী কোম্থোংদা "বেরেজদোভ ডিষ্ট্রিক্ট কমিটি, য়ং কম্যুনিষ্ট লিগ অফ দি উক্রেন," হায়না খাব সাইনবোর্ড অম থেৎপা মহাক্ উরমই। ৱাশিনা পুম্নমক অদুবু উরগা ভুংদা কত্তবা খোকলক্লবগী খুদমনি হায়না হায়রমই। মহাকী রাখন্দা অম্বুককী মতিক শাওরমই মদুদি, মহাক্ 'সিনাগোগ' মনুংদা চংক্রিচৈগী মমাংদা, চংকম থোঙদা থেংলিবা 'লাওখোকচব' হায়বা চেহ্ মহাক্ খংলমদে। চেহ্গী মরোল্দ:

"ঙসি ক্লবতা শিগ্নী নহারোলশিংগী মীটিং অম তৌজগনি। ইকজেক্যুটিভ কমিটীগী সভাপতি, লিজিটসিন অমদি, কোমসোমোল ডিষ্ট্রিক্ট কমিটিগী একতিং সেক্রেটরি, কোর্চাগিননা মীটিংদুদা বা ঙাংগনি। মীটিং লোয়রবা মতুংদা নাইন্থ ইয়ার ক্লাসগী ছাত্রশিংনা ঈশৈ শকপগী থৌরম অম পাংথোকনি।"

ইহুদি পণ্ডিত চেহ্গুম্বু হেক উবগা অশাউবা অমগা লোয়ননা মখুৎ অনি চংহুনা কোইদংলমই অদুগা মচেৎ মচেৎ শেগায়রমই। — অদুদগী অদুম থৎনবা হৌরে।

লোকেল চর্চকা শম্বা অচৌবা ফিংথোল অমগী ময়ায়দা মভুম অমদা লাইমিংবা মুপাশিনা লৈরম্বা অমনবা য়ুম অম লৈ। মখয়কপগী ভবক্লবা য়ুমগী কা মনুং হৈনত্ত্ববা মনম অমনা লৈজেংই। য়ুমহুগী মনুংদা য়ুমহুগা য়ামনা অহল ওইরক্লবা লাইমিংবা মুপা অমদি মাগী ঙুপীনা কুইনা লৈরকলবনি।

লালহৌগনবা অহুবু মীনাই ওইরবা রুসিয়াগী লৌমীশিংনা মখোয়গী লেংবাল্দা খুংগাইনা তোংলিবা লুহুপ উমা হীচাব-শিংবু করম্না লংথোকখিনব হোংনখিবা, ষ্টেপান হেজিন অমম্নুং পুগাচোত্তকী লালহৌশিংবু নিংশিংহন্নমই। নোংমা খুমিদাংবাই অম অম্নাগীদা নহারোল ময়াম অম মমাংগী মতৌগুম পুন্নমই। মীয়ামখুগী মমাংদা পাভেল মহাকী অচাং ওইরিবৈদগী হৈন-খকলবা হকচাং মাংহনবগী থবক চুরুট থকপা থাদোকলগনি হায়গা লাওথোকলমই।

"ঐ চুরুট অমুক হন্না থক্লরোই," মহাক্না অরেম্না অমগা পোন্ননা লাওথোক্লমই। মহাক্না অম্মনা লাওথোকখিব অহুদা ইথা থাজদন হেংনবা অম থোকলকলমই! মফমদুদা য়াওরিবা নহা অমনা মত পীরক্লমই — চুরুট থকপা হায়বসি প্রমান ওইনা, মসি ঐথোয়গী পুক্নীংগী অনিং শক্তিদগী হেন্না ক'ন্ন। মসিদ "চুনা মত কয়ামুকম্ম পীনরক্লমই। অহানবদদি কোর্চ গিন বা চাংলমদে তুমিন লৈরমই, অতুবু মমৈদদি টালয়াগী মনাক্ত চংশিন্নুন। মখোয়না চাংনরিবা অহুদা য়াওরমই।

পাভেলনা হায়রমই "মীওইবনা মশাগী হৈনবীবু ভাক্তুনা থমই, হৈনবীনা মীওইববু ভাকপা নত্তে। অস্নম্না তৌরমক্রবদি ঐথোয় করি ওইরমনি?"

"বাহৈদি নিংথীজে," টক্ভেটায়েভনা মহাকী কমকমদগী হায়রক্লমই। "কোর্চাগিন বঃ চাওনা চাওনা চাংবা পামই। অহুগা করিগীনো মহাক্না মহাকী জ্ঞানবু মশামত্তদি পানশিন-খ্রিবা। মহাক চুরুট থকপা মীনি, নত্রনে বাবু? চুরুট থকপা কত্তে হায়বসি মহাক থংই, অহুমকপু মহাক্না অহুব থকই। মসিনা তাকপদি মহাক্না চুরুট থাদোকপা তম্নোই," বা থর চাংলগা টক্ভেটায়েক খোমজেল ওন্দুনা য়াগা করেম্নবগী মওং অমদা মথা তারক্লমই: "পংকুই কুইক্রি, মহাক্না মীদি সার্কলদা সংস্কৃতি শন্দোকপগী থবক তৌরকলিবা। তৌইগুমম্নুং মচুনা

মখোয়না লুজদনা ল্লোন লৈমিজনবুরদি থীংবা ওথরিনবা ? পাঙ্লাবু থংবা মী পুম্নমক ঐন, হায়রি-হুদি, মহাক তোঙ্মা রাশকনবা মীদি নত্তবনি, নশামক্ত ধর্ম- লৈব, অকবা মী ওইবদগী মীতোম্মা পাঙ্তাক পীবনা লায়বা হেল্লি।"

টকভেটায়েভকী রা তারগা কা মঙ্গংদ লৈরিবা মীশিং চুরিন চুমিন লৈরম্মই। মহাক্কী থোনদেন্দুনা মীয়ামগী থল্লোই হৃহৃহনবগুম্বী বঙং অম তৌরম্মই। মরম অদুম, মকন্দু পুমচিক চিক্রম্মই। কোর্চাগিনস্সু খুদক্কুদদি পাওখুম পীরকপমদ্রে। তপ্র মহাকী চিনবাল অনিগী কারক্ক চপলিবা চুরুপ লোৎথোক্লহুনা লংথোকখিরমই অহৃগা ইংনা হায়বা হেইরক্লমই:

"ঐ অমুক শাংখনা চুরুপ থক্লরোই।"

তাইথক্কং লেপলগা মখা শমথরক্লমই:

"ঐহাক্ক মসি ঐ ইশামকী ওইনা ভিমক্কানা হায়বদগী হেন্না তৌরবনি। মী অমনা মহাক্কী রুদ্রবা হৈনবীবু থাদোকপা চুমজরবদি মহাক করিস্থ ক্লায়দবা মীনি। মহুনা তাকপদি বাপাকখিবা হায়বসি শোইমরমক চেকশিনগদবনি, তাককদবনি। তিমকা মশানা ঐহাক তোঙ্মা শিরাপ কংবা তাদে হায়না মাজরবস্সু ঐহাক ইশানা থংজৈ মদুদি ইকায়নিঙাই ওইরবা হৈনবীনা ঐহাকপু কৈদৌঙৈদস্সু লাকখুদে। ঐহাক্ক হায়রি, লুজনবা বাহৈ শিঙিনম থাদোকপনা চুরুপ থকপা থাদোকপদগী হেন্না লুই। মরম অহুনা, ঐনা চুরুপ একলিটৈ মতমদা ঐহাক্না ওৎংবা ওমখিদরহুনি। হৌজিক্কী মহুস্থ লোইশিনখ্রে, ঐনা মচু লোইশু লোইশিনখ্রপনি।"

। চিংথমথা চংলকখ্রিগী মমাংদা, যেংশিংথোগী ঊশিংন কাওথরক্কুনা চুল্লেলগী মরিন্দা থোইংশিং মপৈ মপৈ তাওথখিরমই। অথেংনমক যেংশিংথোগী ঊশিং ঊচাওনা মাঙমক দরকার ওইজিবা শীং উবু মহাক্কী মরব থাকুদা চেখ্‌খিরমই। মরম অসিনা অমুকস্থ হনা সোলেথেনকানা মহাক্কী মীশিং থাহুনা মমক মামব শীং উবু

কয়নবা হোৎনরমই। শীং উ কনবগী থবক অতৈগী নৈথোক্কুনা লৈহৌনিংদবনা কুদীং কুনা চুরবা নোংলক্ত, ইংলবা ঈশিং মরক্তগী উ লৌথংপগী থবক য়াওরমই। তুরেলগী খোঙবান্দা, শীংশিং নিংথীজনা পৈশিল্লবা হাপ্তা অমগী মতুংদদি পাত্তেলগী মশা মহুংদা ভমথীরবা লায়না অমনা লোনা লান্দাখি হায়বা থংলকলমই। উন মহীগী মতোঞ্জুম অৎ চিংশিন্ন ইংলবা তুরেলগী ঈশিং, লৈনিনংকারবা য়েনিংথাগী লৈমায়থঙ্গ, মহাক্কী শিংলিগী ঈচেল মরক্ত লোনা চেল্লিবা য়েক্কুবা হৌদোক্কুনা চংপা কাওব ওমহল্লবা লায়না অমনা লান্দারক্লমই। হাপ্তা অনিয়োম চুপনা পাত্তেল এক্যুট রুমাটীজমগী লায়নান ওংলমই। মহাকনা ডাক্তরদগী চল্লকপা মতমদা, বেঞ্চ অমগী মথক্ত মকয়াং ফা-ক্তোক্কুনা কয়গা নাক য়েত্তা মখোঙ য়াল্লত্রবদি বাইসতা থবকশুবা ওমদে। মহাক্কী মওং অদুবু উরগা ফোয়মেম খুংঙাইতনা মচুক হাইরমই। খুমিং থরনি লৈরগদি মেডিকেল বোর্ড অমনা মহাক থবক শুবদা মতিক চাবা পাঙ্গল লৈত্রে হায়না লাওথোক্কুনা ডিসচার্জ পে অমদি পেন্সন তৌনবদা মহাক্কী অধিকার চুমলে হায়বগী সার্টিফিকেটনচিংব চে চাংশিং পীরমই। অহুম ওইনমক, পাত্তেল, [illegible], মশা মতোমত শাউনিংখা পেন্দবা অমগা লোয়মনা লৌ হায়বা য়ায়মদে।

থম্মোইদা খুংঙাইতবা চৈথেং অংগা লোয়মনা পাত্তেল সোপ থাদোক্কুনা লাকলমই। চৈতুদা মশ ওমথরদুনা খোঙথাং খুদীংগী চৈথেং ফংলবা অকনবা অনাবা অমগা লোয়ননা তপনা তপনা খোকলকলমই। মতমদুদা নাইতোম তরক্তা লৈহৌরবী মমানা মমুমদা লাকলো হায়বগী চিঠি তোয়না তোয়না থাজিল্লকলমই। মচাশিংগী খনজবতদা লাজরবী, অহুম ওইরবী, নাইতোম তাহৌরবী মমাগী মরমদা হেক খল্লুম খুদীংদা পাত্তেল কায়নরমদায়গী মতমদা মঙোজা মতম অমদাম্পাহায়কিমা মমাগী বাবু হেক হেক চিংশিংলমইঃ

"মহাক্ত নাপ্নে চংপা ওমলক্ত্রা মতমলতনি ঐনা নংবু উবা ফংলিবা!" ওহ! করাদা নুংশিগ্রবা, মমা মচা ওইবগী মরক্ত লৈরিবা নুংশিনবগী রাখল অসে।

পাভেল শুমার্নিনা কমিটিদা মহাক্কী কোমসোমোল পার্টি রেজিস্ট্রেশন কার্ড শিন্নরক্লপা, নুমিং থরমিগী ছুতি লৌহনা মুংশীদমক টাউন থাদোক্লমই। হাপ্তা অনিরোম চুপ্পা পোকচবী মথানা মহাক্কী পংশন্নুনা চাওনা পোমথংলবা থোঙবু মীগা মৈদুন সোইরমই। অস্তুম্মা চংথরকপনা থা অনিগী মতুংদদি পাভেল অনাবা কমিতুমা চৈত্ত মাওদনা চংপা ওমলমই। মহাক্লা করাদা হরাউজথিবা, মুংহাইনা চংপা ওমলকলবদা, অমুকন্ন হন্না কৌনিঙাই ওইরবা পুন্সিগী অনাবগী মথলবা ডাইবঙবু নমহংতুনা নুমিংকী মঙাল চংলকলমই। গুবর্নীয়া কমিটীদা হন্নিবৈগী মথাংদা য়ুমদা নুমিং হুমনি লৈরমই, মতমদুদা ওর্গেনাইজেসনেল ডিপার্টমেন্টনা মহাকপু রিজনেল মিলিটরি কমিসরিয়াটকী মিলিটরি ট্রেনিং ইউনিটতা পোলিতিকেল রার্কর অম ওইনা থারমই।

হাপ্তা অমগী মতুংদা পাভেল উত্তর কুপ্লব অপিকপ টাউন্দা থুংলমই। মকমতুদা মিলিটরি কমিসার অম ওইনা বটটালিয়ন অনিগুমদা থংক তৌরমই। মতমথুদগ্গ, রিজনেল কমিটি অফ দি কোমসোমোলনন্ন মহাকপু টাউন্দুগী মচোই তারব কোম-সোমোল মেম্বরশিংবু খোমজিন্দুনা ডিস্ট্রিক্ট অহুদ য়ুথ'লিগ অর্গেনাইজেসন অম লীংথংনবা হায়রমই। অশুম্মা, অনৌবা পুন্সিগী লম্বী অমদা খোঙ থাংবা হৌরক্লমই।

মুংশা, মপান খোকপা ওমদবমথৈ শাই। চেরি শ্যাম্বীগী উপ অমনা ঈকজেকুাটিভ কমিটী চিয়ারেনগী ওফিসকী হাং-দোক্লবা খোঙনাউদা ওশিন্নুনা মুনা য়েংলি। লম্বীগী মাংহুদনা পোড়জিস চর্চকী শরিকী মথক্তা খিল্লিবা ক্রোস, মুংশাগী মঙান্ন খিং থকপা মথৈ লংলি অদুগা, পিকলবা খোঙনাউ অমগী

খুমাংদা যোন যোন লাওনা উরবা, মাপীশিংগী মতৌশুম শংরিক শংলবা তাদু 'মচাশিংনা, ঈকজেকুটিভ কমিটি কিয়ারটেকরগী অফিসকী অকোয়বদা য়াম্বা কয়া মচিল্লাক থীরি।

ঈকজেকুট্টীভ কমিটীগী চিয়ার্মেন্না হৌজিক্ক কংবা চিঠি অম লোয়নবা পারি। মহাক্না পারিদুগু মতমদা মহাকী নাল্লবা লুমাংগী শম চবুল অম মায়থোং তম্না নাম্বরকলমই। চাউরবা মরৈ মরৈ তাশিল্লবা, অচৌবা খুৎলাম্বা শমচুবু মহাকী 'লাইমক্ত থাম্লমই। বেরেজদোত্ত ঈকজেকুট্টিভ কমিটীগী চিয়ারমেন্ন, নিকোলাই নিকোলেয়েভিচ লিজিটজিন চহি কুম মরিথক্ত শুরি, অদুবু, মহাকী 'ডিষ্ট্রিক্টকী থবক তৌবা মীশিং, লোকেল পার্টিগী কর্মীশিং কনা অমত্তনা মহাক্কী চহি অদুবু খাজবা ঙমদে। মশা চাউবা, মপাঙ্গল কনবা, তমথিবা, লোয়নবা অকিবগী মশক ওইরবা মায়থোংবু উরগা, কনা-না মহাক চহি কুনমরিগী মহানি হায়বা ঙমলোই, চহি কুন্থ্রা মঙারোমগী মীওইনি হায়বা নত্তবা। মপাঙ্গল কয়া উরব কাবক মুত্তি, অচৌবা কোক, কয়া উরবা চাওরবা ঙক, মীংয়েং হক্লবা য়াউর্থাংনবগী মীং অমম্বুং শক্তি লৈরবা য়াগী পরেং, কনানম্বু কীদবা ঙমলোই। মহাক শংবায়র খোজাও অমদি ওইথংবা থবাকী য়ুরিংকী মথক্ত 'ওউর অফ দি রেড বেনর' খেৎপা য়াউথাংনবা কত্ত্রবা অম য়ুরিং লির্লি।

মহাকী মমাংদা লৈরম্বা, মহাকী মমুথোক অমদি মপাগী মতৌশুম, মতাক পিকশিনবা মতমদগী হৌনা কোক্কাক লৌবগী থবক তৌরমই। ওক্তোবর্র রিভোলুসনগী হেক মমাংদা টুলা মুনিসন প্লান্ট অমবু য়াথংবগী থবক তৌরমই। অদুগুম্বা মটমগী মুখিদাং অদুদগী হৌরদুনা টুলাগী মীংথৈ শাবা খুপালিনা মরেংবাম মীংথৈ অম থাজংশদুনা মথখাবরবা শিন্নাগী শক্তি কীমনবগীদমক লাম্হৈংনবা চংশিনরমই। অদুনা মহাক পাটিগী থীয় 'শিংলিবা মুংশিনো, থৌদোক কয়ামুক্ত কাথিরমই।' পক্রিতোনী

লুসন পার্টি অমদি পার্টিগী লিজিটসিনবু করুবা লানফম অমদগী লানফম অমদা থারমই। অরু অরুব' ডাবগা কয়াদা মহাক্তী পাগল অমদি থৌনাগী শক্তি উৎংলমই। মায় পাকপগী লানথুম ফিরান অমগা লোয়ননা পুক্লিচুপ্পা শিনমীগী লৈখা তারবা পুক্লিগীদমক্ত থরাই কৎথোকলবা ইচম চম্‌' য়েড আর্মী অফিসনা হৌখিব থৌদোক রাথোক, লাম্ফেল কয়ানা থুদম ওইরে হায়রগা মথং মথং রেজিমেন্ট কমাণ্ডরদগী কমিসার ফাওবা করকখি। হৌজিক্তী, লানফম ময়ামগী নোংবৈ, বোম-তোপকী নিল-খোংবা হৌরবা মতমগী থাবুক্লুংদ' চোংশিনরে। পুয়মক হৌরবা মতুংসিদা নিকোলাই লিজিটসিন পুক্লিগী মরা তারবা লম্বী অমদা ঈকজেকুট্টিভ কমিটিগী চিয়ামেন ওইনা ইংলবা কা অমদা কমছুনা থবক শুরি। মুমিদাংগী থেংলবা মতম কাওবদা থাগৎলকপা রিপোর্ট কয়াদ পুক্লীং তপনা য়েংছনা পারি। হৌজিক মহাক্ত পুক্লীং চংনা পারিবা চেয়োল অহু-নদি হৌখবা মতমগী থৌদোকপু মীকুপ থরদি নিংশিংহল্লি। হৌরবা রাঙ্গীশিংবু তেক্তক্ত নিংশিংহল্লিবা চেয়োল অদো তেম্না তেম্না ইবা টেলিগ্রামগী পাওযেন চে ওইরমই:

"অরোনব থবক। বেরেজদোভ ঈকজেক্যটিভ কমিটিগী চিয়ামেন লিজিটসিনগী মকমদা।

"পানশিংনা অচৌবা লাম্মী কাংবু অম কুষ্টিয়ার ডিষ্ট্রিক্টপু কীহনবগীদমক থোয়দরদা থাজিল্লকুবা হোৎনরি। থংলকপা থিন্নরে। চেকশিন থৌরাংশিং পায়থংলু। থোমজিল্লবা টেম্নকা লোয়ননা মরু ওইবা দরকারশিং কাইনাল ডিপার্টমেন্টতা ঈপ্পীং তৌথো, মকমছুদা থাথো।"

টেলিগ্রামগী মরোল্দু পাবা লোয়রগা লিজিটসিন থোঙনাউদা য়েংথোকলমই। মী পুয়মক ডিষ্ট্রিক্ট ঈকজেক্যুটিভ কমিটীগী মুংলডিংদা চংলকপা মহাকনা উরমই। কমরেড পাভেল

কোর্চাগিনবুসু সিড়িগী থাক্ত কাখৎলকলা মখোন তাইরমই। মরুপ অমগী মখুৎনা ওথোক্লী খোঙদ শিক্লকলমই।

" কমউ, কমউ, পাভেল, নঙোন্দা হায়গদবা রা থম কৈরে," পাভেলগী তিংথোরক্লিবা খুৎপু শোক্লদুনা লিজিটসিননা হায়রমই। অফিস মচুংদা পুং অম পুম্বা মখোয় অনি নকশিন্না লুনা বা থমরমই। কোর্চাগিননা অফিসতগী থোকলকপা মতমদদি হৌখিৎ চপ থুংলে। মহাক্কু থোকলকপদা লিজিটসিনগী মচল সুপী, মহাক্কী চহি মতাংদগী লেনজিন্না ঈকায়খুম্নবা অনিমুক্তা হিংথোলদগী মঙোন তমনা চেকশিল্লকলমই। মহাকসু মতম পুম্নমক্তা কোর্চাগিনবু উবদা হরাউ হরাউ তৌই। মখোয় লুখাংদা হায়থরকলিব। শমলাংবু হাইগৎলদুনা ইকায়না পাভেলবু কৌরমই।

" কোলয় বু থরক য়ামনা চিলহৌবরা ?" সুপীমচাদুনা পাভেলদা হংলমই। " মেরিয়া মিখাইলোভনানা ঙসাইদগী চাক লোয়রদুনা চাইরিবনি।"

" চৎঙু অনিমুক্তা, মহাক মতোমতা লৈহৌবনি।"

মথংগী অযুক্ত. নোংঙাম্রিটৈ অহনবা মতমদগী গাড়ী অহুম্মথক মশা করবা শগোলশিংনা চিংলদুনা ঈকজেক্যুটীভ কমিটিগী অফিস মমাংদা থায়মই। গাড়ীশিং অদুগা লোয়ননা লাকপা মীশিংনা লোনা করিগুম্বা থম অমাই অথুম তৌনরমই। অমদগী ফাইনান্স ডিপার্টমেন্ট মচুংদগী মফিল সিল নিংথীজনা তৌরবা থাউ কয়ামুক লোন্দোরদুনা গাড়ীশিংদা থাপচিল্লমই। মপোৎ কারবা গাড়ীশিং থাউলৈংবু পুরদুনা হাইরেরোমদা চৎথবা হৌখীরমই। গাড়ীশিং অদুগী মাথংবা মীনা কোর্চাগিননা ওইরমই। কিলোমিটর নিকু থাপ্লা রিজনেল সেন্টর তানা চৎকদবা লম্বী অদুগী মচুংদগী কিলোমিটর কুন-মঙাগী মাংদা লম্বীদা শোংলবা জঙল কাওদুনা চৎকদবনি। মদুগীদমক্ত

থুংলোংখৌরম্না করি অমত্তা য়াওদনবা মরু ওইরবা পোৎ-চৈ পুম্নমক ন্যাশনাল ডিপার্টমেন্টকী যোল্টশিংদা হাপ্লমই।

সুবিৎ থরনিগী মতুংদা শগোল লানমী অম কুস্তিয়ারগী মায়কৈরোম্বলগী লেমেজলোজোমলোমদা থুরুপ থাংলক্লমই। মহাক্ত লখৌদ চংলকপা মতমদা মকমদুগী মীশিংনা অঙকপা লোয়নন য়েংলমই। অদুগা থৌজিলকপনা ঈকজেকুটিভ কমিটীগী অফিসকী কোহোংদা শগোল লানমী কুমথরমই। মথুং নাশ্ননা নাকন্দা য়ালিবা থাংশাং শেমরহুম্না লুমলবা লানমীগী হুটনা থাক মথক্তা কাখৎলক্লমই। চিয়ারমেন লিজিটসিন সুপাঙ্গী মখুত্তগী মিপাইবগী শুকতোকপা মীংশং অমপা লোয়ননা চিঠি অম লৌরমই। মীকুপ থরনি মতুংদ' পাও পুবা শগোল লান্মী, মহাক্ত লাকপা মায়কৈদা অমুক থুরুপ থাখিরমই।

করা অমত্তনা হৌজিক থারক্লিবা চেক্লগী মরোল থংগোই, ঈকজেকুটিভ চিয়ারমেন নত্তনা। পাউ অদুদা য়াওরিবদি মরু ওইনা, মকমতুগী দুকান ফম্বশিংদা অপিকপা মথলগী তুরান পোৎ য়োনবগী থবক লোন' চংথৈ অমদি থুদোং থীবা থোক-অরগনি হায়বনু থংবগুম তৌই।

শগোল তাংবা সুপা অনি মিলিটরি ট্রেনিং বট্টালিয়নগী হেড কার্টস তম্না য়াম্না মশা খিংনা লাক্লমই মখেয় অনিগী মতুংদা অমদি পাজেস কোর্চাগিননি। মহাকপুদি অউবা থুদীংনা থংনরবনি। মহাক মতম চুপ্পদা লোংমৈ অমপা লোয়নৈ, অদুগা মহাকা কোয়নরকলিবা পার্টি কমিটিগী সেক্রেটরি ট্রোফিমোবকী নাকন্দ য়ালিরা রিডো'ফ্ডর অদুনদি করিগুমবা কংতবগী থুদম অমা থোক্লকলবগুম কৌইহল্লি। মথোয়না লাকলবা মতুং মীনিট কয়ামুক লৈরগা লাম্নাই ময়াক অম শঙ্গীন তোপলবা লোংমৈপা লোয়নরা হেড কার্টস মতুংদগী চেক্লোমক্লমই অদুগা লমথাইনকমদ লৈরিয়া মিন অমা চংশিনখিরমই। লৈহৌব লোকেল কম্যুনিস্ট পার্টি অমদি কোমসোমোল মেম্বরশিংদা পার্টি কমিটি অফিসতা

মোংদৈ য়েন্নরহই। ঈকজেক্যুটীভ কমিটীগী চেয়ারমেন, লিজিটসিন কোমেক টুপী উপলপা নাকন্দা কলটয়দ্রি মাউজর য়ানলহুনা য়াংনা শগোল থৌথিরম্মই। মসিনা তাকলিবদি করিগুম্বা থরদি ডলেংনমক থোকলে। মরু ওইবা কৈথেলগী লমদম অমদি লম্বী সড়ক ইথং-থংহৌদনা মী তাকখিরম্মই। থরাই পানবা জীব অম কাওবা উবা ফংলমদে। অশিকপা হুকানশিগী খোঙদা থংহৌদনা অচৌ অচৌবা শোশীং য়ানখিরম্মই, খোঙ-মাউশিং মায়থুম উপশীনখিরম্মই। কীবা থংদনা লৈরিবা হায়ববু য়েনবীশিং অমদি ওকশীংনা অমোং অমোংপা মফমদা তৌথায় খোগায়হুনা মচীনজাক থিরিবহুত্তনী।

হৌজিক্তী, লানমী কাংবু অহুম টাউনগী মথাই থংবা হীংখোম্নদা থুংলমই। মফমহুদগীদি চুমজিং চংলিবা লম্বীগী মরমদা য়েংলগা অথাপ্পদা লৈরীবা অহাংবা লৌবুক নিংথীজনা উবা ঙমলমই। লিজিটসীনমা ফংলিবা চেগী মরোল য়ামনা শমনা ইরমই।

“হৌথিবা সুমদাংদা, পোল্যাণ্ডকী লমদমদা লাম্ছেং-মরমলবা মতুংদা লাইট মেচিনগন অনি য়াওব, মী চাম্মরোম্মা শাবা শগোল লানমী কাংবু অম সোভিয়েটকী টেরিটোরিদা চংশিনখ্রে। চেকশিন খোয়াং পায়থংলু। স্লাভুটাগী উমংদা কাংবু অহুগী খোঙুল মাংখ্রে, মকম থংখিজ্রে। কাংবু অহুবু তায়নবা য়েন্ত কোমেক কম্পনি অম থাঞ্জবনি। হায়রিবা য়েন্ত কম্পনি অহু সুংথিলগী মতমদা বেরেজডোভ কাওহুনা লাকনি। য়েক্কুমবু থিম্বিবনি থন্দুনা মখোয়বু লাম্না লৌগন্থু। গাফ্রিলোভ কমাণ্ডর, ডিটেটচ ফ্রন্টিয়ার বটটালিয়ন।”

পুংথায় অম লানথিজ্রাবৈদা, ফিলোমিটর অমরোম লাম্না, মতুংদা শগোল লানমী ময়াম অমা ইমহুনা, শগোল লানমী অম লম্বীদা উরকলমই। কোর্চাগিনগী শিংলবা মীংনা শগোল লানমী অহুবু চেকশিন্না য়েংলমই। মাংজিল থারক্রিবা

মদা ওইরিবা রেড আর্মী দুপাদো সেভেন্ট রেড কোসেক রিভিমেন্টকী লানমীনি। খোল্লুবা য়াব য়েক্লবগী লাম্বাদ' মায়-য়োং য়ারপনি হায়না থৌনা কনা মাইতোম মাংজিন থানা লাক্লিবা দুপা নহাদো, লানগী মপুং ফবা জ্ঞান লৈজখ্রিবনি, তম্বগী থবক চংথরিবনি। অহুম ওইদুনম্বু, মহাক্ন মহাককী লম্বীবু চেকশিন্না য়েংহনা লাক্লমই। ভৌইভম্বনুং, লম্বীগী নাক অনিগী হিংখোলশিংদা লোংভুনা লৈরিবা পিকেটশিংবুদি য়েংলমখ্রে। মরম অহুনা, মশাকা খংজখ্রিরৈঙগী মমাংদা হিংখোলগী মনা মশিং মরক্ত লাংলিবা লানমীশিং খোরক্লুনা মহাকপু কে'য়শিনখিরমই। মথাক পাথংলমই, অহুবু, লান-মীশিং অহুগী ফুরিংশিংদা কোমসোমোলগী মার্কা থেংপা ঊবদগী পুক্নীং নেমথরহনা ঈকায়না মোমোন নোক্লমই ভাইনাক্তং মরুপ মপাং ওইবগী অশম্বা বারী থর শান্নরবা মতুংদ মহাকী শগোল মমায় লৈহনা, মথোন্দ তম্বা কম্না থৌভিল্লকলিবা মাগী তুংইনবশিং তম্না য়াংনা থৌখিরমই। রেড কোসেকী পিকেট-শিংস্ত মথোয়গী লোনা য়েংকম হিংখোলশিংদা অমুক চংখিরমই।

রেড আর্মীগী শগোল লাম্নাশিংনা ভায়রবদগী, শগোলভোংবা য়েক্লবগী কাংবু বোরদর লাম্থোক্লুন' তহ'নবা চেনশিনখিরমই। য়েক্লবগী নারোলগী লান্দা মায়পাকখ্রে হায়বা খংখ্রিরৈঙগী মমাংদা লিজিটসিন মুখিং কয়া নিমুক পোথাকম খংদনা লৈরমই।

মী তরামাপলনা শাবা বোলসেভিক কাংবু অমনা অথাং কনবা থৌনা অমগা লোয়নবা ডিস্ট্রিক্ট অহুগী মমুংদা সোভি-য়েটকী পুন্সি অম শাগৎপগী থবক চংশিল্লমই। শেমগৎ শাগৎপগী থবক ভৌরকলিবা অনৌবা শেম-শাগৎপগী কাংবু অদুনা পোং খুদীংমক মথোঙদগী মতোন কাওব' শেমগৎপা তারমই। মরম অসিনা মথোয়না বোরদরগা মরি লৈনবা কোর্স পুম্মক লোইনাইত্রবা মীং-লা শিংবগী শক্তি অম লৈনমবা হাযখিরমই। লিজিট'সিন, টৌকিমোভ, কোর্চাগিন অমম্ভুং থরাই য়াওবা

মতমদা উরমই, মহা ওইরিবী থৌ মহা অমনা কপ লাওহুনা খুদং মমুংদা কোয়চেন চেল্লবা মহাক্না কপ লাওবহুদা নক্লবা থাঙ-পোকশঙশিংদগী মুপী অহলশিং অমদি মুপা অহলশিং থোরকল্লই। মপাক্তল করবা মুপা মহা কনা অমত্ত থোরক্লমদে।

" ও ও-ওহ! অকবা. মী পুম্মক, থুনা চৎলো! থুনা চৎলো! আদা, মখোয় মশেল অমগ অমগা ওনশিনম্লুনা হাৎমরে!"

কোর্চাগিননা মকমহুদা থুংবা মতমদদি মীয়াম অমনা নুপীহুবু কোয়শিন্দুনা, মহাক্ত শেৎলিবা অঙোব ব্লাউজ পায়হুনা লাংতক্লনা কয়ামুক হংজিল্লই, তৌইশুমঙ্গুং, মখোয়গী বাংশিং অদুনা নুপীহুগী শাগৎনা লাওরিদুনুদি থিংবা ঙমলমদে। " মীহাৎপমি! মখোয়না মখোয়বু ককথৎলে — ." বাহংশিংগী পাওখুম পীবগী মতুঙ্তা নুপীহুনা অঙ্গম্না লাওরমই।

মত-তুদা অহল ওইরবা মুপা অমা ইরোংনা শাজবা ফীনা তুবা খোজা ও শেৎলহুনা চেনশিল্লকলমই। মহাকনা চেনবা মতমদা মথুং মাম্মনা থুকউদা নম নমদুনা মথাং কোল্লরমই।

" পংলাউ লাওগন্নু, তুমন নৈযু" পাথৎলবী নুপীদুদা অহলদুনা লাওহৎলমই। "কনা হাৎলবা? করিগী হাৎলিবা? নিংথীজন। জ্ঞান তানা হায়ুু, পংলাউ লাওগন্নু অপংবা!"

" ঐখোয়গী মীগা পোদ্দ্‌বটজিগী মীয়ামগা থোবদরদা অমুক থুংখোক্লরে। মখোয়না ঐখোয়গী মী হাৎহৌরে!"

পাথৎলবী নুপীহুগী পাউ তাবদা, তিল্লিবা মুপী ময়াম অম পাথৎলহুনা কপ লাওবা হৌরকলমই। অহল ওইরবা মুপাশিং অশাউবনা যায়থোং মকশিল্লকলমই। পাউ অহু নোংলৈ মুংশিং অমগী মতৌঙুম থুনমক শন্দোকখিরমই:

পোদ্দ্‌বটজিগী মীয়াম্না ঐখোয়গী মীবু থাজোলনা কেন্দুনা হাৎলে ' থাউদ্দ'রিদ' অমুক থুং থোক্লরে!"

লানবুং অহৌবমক খুনংগী মী পুম্নমক চংলমই। হৌগৎ কাংথংগা ঙম্জবা, কমুংদগী হেনবা ঙমজবা মীশিংঙনি ইমুংদা লৈহৌরবা হায়রবু। অকং অকংবা খুংগু খুংলায় তাপ তাপ পায়রগনা খুজাশিংনা চেল্লমই। চক্ক খোংনবা কাচি কায়োং পানবা য়োংকী খুংলায়, শীংতং অমদি শম্বলশিংদগী শং-তোকলকপা উচুক পায়হনা থ নক্রবা, চৈখং তানা চহিগী শীংবরিবা, লমখৈ অনিগী মরক, হখোয়গী লৌবুক তানা চেন্নরমই।

কোর্চাগিন হখোয়গী মওং অহু উবদা মহাক্কী শগোল থুরুপ থাহনা খৈরমই। শগোল অহুম শংথৌরিবা মপুগী য়াথং ঙাক্লা অশাংবা মঙক ইকৈক্কুনা, লৈমায়থক্ত খোঙকম চেংনা নেংলহনা মুংশিংকী মনাং থানা চেল্লমই। মুংশিংকী মনায় থায়হনা চেনবনা পান্ডেম নাকোংদা উই…স উই…স লাওবা খোনজেল অম তারমই। লৈতোং অমগী মথক্ত লৈরিবা রুইগুমিনগী তিংথোকলিবা মশানা লন্থী থংলগদবগুম তৌরি। মতুগী য়েংথংবা শরুক, ভুরেলগী তোর্বানলোমদদি নাপী হৌবা লমহাং লৈরে। ওইথংবা শরুক, য়াই পাম্বী কৌরিবা লম-লমচুদি মীংয়েংগী অবোইব কাওবা উরিবা পুমমক অহাংবা মালংবা লুপখিকগুম তৌরি।

মমুন করবা য়াই পাম্বীগী নাম্বশিংদা লিরি হুমলিবা মালংনা চিরোল তৌরি। ঙাংনা মচ শেংলবা পোপী পাম্বী-শিংনা সতকী নাকন্দা হৌরি। মতমতু য়াম্না চিকই, শ বম্নু হায়নিঙাই লৈতবমখৈ শাই। তাংজ লিনগী মতৌগুম শাংনা তিংথোকলিবা, মুংশাগী মচান্দা লুপাগী মরি মাল্লিবা মকমচুদগী অথাম্নদা হাংনরিবা লানকমগী লাও থোংবা তাই।

মশা থিংলবা শগোল খোঙথাং হন্থবা তৌদনা নাপী হৌরিবা মায়কৈবোমদ য়াংনা চেনশিনখিরমই। "করিগুবা মহাক্তু খুদী থীবা তারবদি ঐখোয়নিমকী অয়োইবনিকো;" পান্ডেলগী বাথন্দঃ খঃহৌদনা কাওরক্লমই। তৌইগুমন্নং য়াংনা চেল্লিবা শগোলবু

থাম্বা নত্রগা ভপথহনবদি ভৌরদে । মনুগী মহক্ত মহাক মশামক সাবলগী মাংলোমদা ভাযথহনা মনাকোং অনিদা হুইক হুইস লাওনা হুমলিবা মুংশিংতা হাংমবগী খোমজেল য়াও-রকপম্বা হায়হনা মুমা তাম্নই । অমুম্মা চেন্নকপগা লানথুং থংগৌদনা য়ৌরকলমই । পাভেল নোংলৈ মুংশিং অমগী মতৌ-গু: ইথোং চেন্নবা মীহাংপুংদা থৌজিললমই । মী কয়ামুক লৈমায়থক্ক ঈথেং হাথহনা তাম্নলে । মতমহুদা মকোম চোম্বা কৌগী ময়ন। থাঙ্গোলগী ভেকথবা মকোক অম পায়রগা. মমায়দা ঈজিং নাইবিংগা লোয়ননা, নহা ওইরিবা মুপা অমবু তাম-নরমই মনাক নকপা অমদনা মুংশানা মায়থোং কাহংলবা অগৌবা মুপা অমনা মহাক্তী অচৌবা বুটনা মুপা অমগী শবুক্ত কাওরমই , থংনরিবা, অকং অকংবা থাজিন্নরিবা, কাওশিন্নরিবা, থিন্নদ-রিবা মীয়ামগী মরক্ত কোর্চাগিন মহাক্তী শগোল য়াংনা থৌজিন্নমই । শগোলনা নেংথায়খিগত্রা কীবদগী মীয়াম অহু মায়ক থংদ শমজি থায়দুনা চেন্থোকনখিরমই । থংহৌদনা থেংজিন্নকপা শগোলগী লান্দা অহুগী থকৎ পাথংপা নমথহনা জন তারকক্রিঙৈদা পাভেল মী অমদগী অমদা থৌজিন থৌচন্দন তানথায়রমই । পাভেলনা থংলমই. অশাউবনা মাংওইনহনা খুৎ-থোকনরিবা য়াননরিবা নাকম অনিগী মী-শিংদুমু তানথাচগে হায়রবদি মথোয়গী অশাউবগী অকীবদগী হেন্না অকীবা শক্তম অম উংপা তায় ।

"থংনবা ভোক্লো, হে ওকশিং !" অশাউবগা লোয়ননা পাভেলনা লাউরমই । "নত্রবদি হে হুয়ানবা, মীহাংপা ভাক্রুশিং মথোয় থুদোংমক কাপথুহনা হাংকদবনি !" পাভেল মাউজম থাজংলহনা, অশাউবমা নমহংখিহনা তমথীবগী শক্তম পুৱবা মুপা অমদা কাপশিন্নমই । অমুকন্থু হয়া শগোল উক্ক উক্ক লৈনা লৈনা থৌরহনা মহাক্তী ময়াউজমনা খোজেন খোক্লা লাওরমই । হন্দক্তী থংনরিব মী থম্নদি মথুক্তগী থুংলায়

থাদোক্লমহুনা চেৎথিরমই। লৌবুক ময়াবদা হজং হংদা থৌহুনা চেনখোকখিবা মী পুম্নমকপু ৱানা তাম্‌ৎনা তানখায়রমই। মখৈদদি কমিসার অহুনা কীঙম অহুবু খুহুম চনবা ঙমলমই। লৌমীশিংনা মায়কৈ থংদ শমজি থায়হুনা চেনখিরমই নোংমৈ কেপ্তুনা কাপলিবা, তমথীরবা অশাউবগী মায়খোং পুরহুনা শগোল থৌজিল্লকলিবা দুপাহুগী মমাংদগী ঈমু-নাইমুনবগী মাইত্র থাদোক্লমহুনা চেলহৌক্লমদি অৱাবা নংগনি হায়বদি মখোয়না থংলমই।

লাইবক ফবদগী কনা অমত্তকাওবা শিবদি শিরমদে, অশোক অপন্দি য়াওরমই। অশোকপশিংবু নিংথীজনা খোমগংলমই। ইকুই কুইদনা, মতুংদা, থৌদোক অদুগী কেশ চংথনবগীদমক ডিস্ট্রিক্ট সেসন কোর্ট পোদ্ধ্রবটজিদা কমলমই। কোর্ট অহুদা বিচারপতিনা কত্তবা থৌদোক অহুগী লুচিংবা থিগংপগী হোংনবা পুম্নমক মহৈ য়াল্লমদে। অহুমকপু, মহৈ য়ান্দ য়ান্দনা অথুাং কনবা অমগা লোয়ননা বিচারপতিনা শাউরবা লৌমীশিংবু মহাক্তী মমাংদা পুখোক্লবা হোংনরমই। মেংবীমু, কয়াদা মুংশি হৈংথক্লবা মখোয়গী থবকনো অহুগা অসিগুম্বা মীম্নুংশি থংদবগী অত্যাচারসি কৈদৌহৈদম্নু পাংথোকলোইদবনি হায়বগী বাথল মখোয়দা ফাওহমবস্থ বিচারপতিনা হোংনরমই।

"ময়াল শীগদবদি বাউণ্ডডিশিং অসিনি, কমরেড র্জক" লৌমীশিংনা হায়রমই। "মখোয়না থবকশিং অসে চনৈনহল্লে, চহি থুদোংগীনি ঐখোয়না মখোয়গা থংনরিবা।"

অহুমকপু, লৌমী থরদি থংনবা অহুগী পাওখুম পীবা তায়মই।

হাপ্তা অম নৈরগা কমিসন লৌবুককী লমদা বা হংবা লাক্লমই অহুগা থংনরিবা লাইন অহুবু শম্বল চুপ য়ুংবা হৌরমই।

"লম ওনবা অম :ওইনা ঐহাক চহি কুম্বা্য়োম থবক তৌরকলবনি। থুদোং থীবা হেক থোকইবসে লম-থন

লাইনসিন্নরি।" হরিসনগা লোয়নরকলিবা সরুজেভের অহুমা কিতা কোনশিন কোনশিননা কোর্চাগিন্দা হায়রমই! অহল সরুজেভর লম ওয়্যোক ওনশিন্দা, মুংশোগী মৈশাদা মপা পুবা হৰাংবা পুমচোং চোংলমই।

"নাপী হৌরিবা লমহাং আসিদা য়েংঙ. খায়দোকইবা আসিনি নংদি খাবু থাজরোই। মুঙাউবা মুপা অমনম্বু অতিংবা লমথম পরেং অম হেক্ক শেমই। মখোয়না শেম্লিবা খোঙলম মচাশিংসিন্থু খোঙকাপ অহুম পাকই, অমনা অমদা হেকত লানশিনৈ। মখোয়সিবু খায়দোক্লবা হোংনবা হায়বসে ঐখোয়বু কল্লবা শেগ্গা মল্লবা কৰিম্বু ওইদে। মসিদসি, লৌবুক অসিদা হেন্না খুদোং থীবা খোকহল্লিবা। মখোয়গী মচাশিংনা চাওরক্লগা, মপা ওইবশিংনা মচাশিংগী লম খায়দোকনবাসিদনি মখোয় মশেল হাংদোকনরিবা। ঐবু থাজো, ঙসিদগী হৌরদুনা চহি কুন শুবা মতমদদি লৌবুক কৈরোই লৌরি ঙাক্কা ঙাইগ্রগনি! অসুম্না লৈরিব লমশিং অসিগী চাম্নগী মপুংদ তরাদি লৌরিনা মাংহললি!"

অহল সরুজেভরগী বা তাবদা কোর্চাগিন মোমোন নোক্লমই
"ঙসিদগী কহি কুন শুবদা ঐখোয়না লৌর অমত্তম্বু থমলরোই, তাবীয়ু কংরেঙ সরুজেভর.

কোর্চাগিনগী বা তারগা সরুজেভর পেনজনা মঙোন্দা য়েনক্লমই। "নংনা হায়রিবসিবু কম্যুনিষ্ট সমাজ অম নত্রনে? কজে, মদো ভুংগীদমক অফবা থবক্লি, নত্রা?"

"বুদানোভকাগী কলেক্তিভ ফার্মগী মরমদা তাবীরবা নত্রা?"
"তারেনে, ঐ বুদানোভকাদম্বু লৈক্লরবনি, তোইঙখম্নুং মহুদি উত্তোখানি, কয়রেঙ কোর্চাগিন"

কমিসমা লম ওনবগী থবক চংথরমই। মী অনিনা ওনখিবা লমগী ঙমখৈদা চুপ য়ৈশিল্লমই। নাকল অনিক্লনা লৌমী-শিংনা লেপতুনা য়েংলমই। হৌজিক্কী মখোয়গী থীংনা ভশেংজো

উরে, নাপী মরক্ত হান্নগী তেকথরবা, পুমথরবা উচুপশিং লমথান্ন পরেংদা অমত্ত উবা ফংত্রে।

অশিকপা শগোল, শাজৈ থারহুনা, গাভী থৌরিবা বা ভাংগনবা হুপাহুনা মহাক্কী মীশিংদা ওনশিল্লকলমই।

"ঐবু মায়থীবা পীরয়গা কোমসোথোলগী হুপামচাশিং কদায়দা চংগ্রবনো?" মহাক্ক মীশিংহুদা হায়রমই। "সিগুম্বসি মমাংদা থোকখিবকাক নহাক নীংশিংত্রা?" মসি হৌদোকখিবসি স্কুল ওঝা ওইবী হুপীহুননি, মসি শোয়ত্রবনি। য়াকিটিনা কৌবনি, নংস্থু মাবু খংলম্বা য়াই, খংত্রনে? চহিদা য়েংঙু রবদি মহাক অঙাংনি, ভৌইগুম্মসুং, খুদোং থীবা থোকহনবা মীদি ওইবনি। খুঙ্গংগী হুপী পুন্নমকপু থোমজিন্দুনা অপংবা বাখল ময়াম অম হাপচিনবীদুম অনৌবা মওং অম হৌদললিবনি, মসিনি করমনা খুদোং থীব হৌখিবনে হায়বদো। মসিনা থোকহললিবদি, হৌজিক্কী, হুপা অমত্তনা মহাককী নুপীবু ফুবা য়ারয়োই। মমাংদৈদদি নহাক্ক হুপী অহল অম ফুক্করে হায়না খল্লো, করিগুম্বদা নংনা মতিক চায় হায়না খন্দুনা, হুপীছ চেনখিগনি, ভুমিম্না লোংখিগনি, অদুগা, হৌজিক্কী অদুগুম্বা খ হেন - টৈনবদো। মহ ক্ক য়ারল্লয়োই ন'না িংলবস্থু মঙোন্দা শোকপা গুল্লরোই"। করিগুম্বা শোকউরবদি নঙোন্দা পিপলস কোর্ট পন্দুনা কীহল্লকনি। য়াকম অসি মহা অঙাংদা থায়মবগী য়াদ পুশিনবা তারবস্থু, নহাকপু কোর্টত পুথোকনি, আইন খুদীং-মক নঙোন্দা পানশিল্লকনি। চেনবা হিংলোই। য়েংঙু, ঐগী গনকাদা অমুক্ত মহাকসে য়ান্না ইংজবী হুপীনি। নংনা হেক খং-জরকপদগী মহাক ভপচ ইংগুত্রনে? হৌজিক্কী কৈদৌরে, পুন্নমক অহু মাংগ্রে, মশামক ভেলিগেট অম ওইরে। মসি থর অকল ওইরবী নুপীশিংগী মরক্তস্থু অন্নম ভৌবা য়াওরে হায়বসিনি, ঐ হায়গে খল্লিবদি। খুদংগী হুপী পুন্নমক নুমিৎ খুদীংগী

মাগী মনাক্ত লাকইবনি। মহাক ঐগী চৈ চাগদৌরবনি, মহুমু ঐনা হেক ভারকপা মতমদা, অহুনা, ঐনা মখোয়গী অসিগুম্বা থবকসিদা তিন শিংলিবনি। মখোয় লোয়নবা কন্তবা অসোমদা চংশ্রসন্নু! জবেং জবেং ঙাংজসন্নু। মাতদি য়াওহনবা পামদে। নত্তে, ঐগী গনকাদো মুপী অম ওইনা ইমুং মনুংগী থংক শুবা নোম্বনদি ইকং কংতবদি ওইদবনি!"

ঙাংনা ঙাংনা গাজী থৌরিবা মুপ, কুরিৎ কুদাম থাদোক্লবা, মতু হৌবা মহাককী থবাক্ত হোৎলমই অতুগা শগোলগী মপুক্ত শাজৈনা কক কক ফুরমই। গাজী মনুংদা তোংলিবা মীশক অনিদু রাজভালিখিন অমম্ভং লিদ ওইরমই। মখোয় অনিমক পোন্দবটজিদা থবক লৈবম। লিজানা মুপীশিংগী কমকবেক্স অম শাংথোক্লবা শিনব পামলমই অতুগা রজভা-লিখিনবুনা থবক অদুগী লোকেল সেলদা জেংবাংনব থারকপনি।

"অহুদি, নহাক কোমসোমোলশিংসে পামদেনে হা?" লিজানা কাগী ওইনা শগোল গাজী থৌবা মুপাতুদা হংলমই। লিজাগী বাহংগী পাওগুম মীমিংগুদা মুশাত্র থজিক্তং চোম্বা মকোম্বদ ঙাইহাক্তং পালমই:

"ওহ, মখোয়গীরা, ঐ কমিস্নু খন্দে - ঐগী মতদি নহারোলশিংসে শান্র-খোংনহুনা মুচ্চাইথোকচসনু। কবু করবদি ঐদি ফাগী জুগাই ফাওব পাঃজবনি। অহানবদা, ঐখোয়না থলগদি নহারোলশিংসে যাম্না লম হেল্ল, তৌইগুম্মসুং, মতুগী ওম হৈত্ররবদ। পুরা লৈথোক্লকথি। খুজংগী মীশিংনা হায়নবা ভাই, মখেয় মু থকপা অমদি যম্ভবা থবকুচিংবদি য়াদে। মতুগী মতুঙা লাইরিক নিংশীজনা পাই, তৌইগুম্মসুং, মখোয়না ঈশ্বর ফাওবা খন্দোক্তনা থমগংদে। মখোয়না চর্চশিং লৌশিন্নুনা ক্লব ওগ্লোকলি। মতুদ কন্তবনি, অহল ওইরবা খুজাশিংনা মখোয়গী মাময়োক্ত শৈরক্লিবসিনি তৌইগুম্মসুং অপুনবা শঙ্কম অথদা য়েংলবাদ মখোয় অফুক য়াম্না কন্তবদি নত্তে। কমিগুম, নখোয়না

হংলকলবদি, মথোয়না থুদং মহুংসিদা মথক মথা ওহোকপগী, কনাগুম্বা মী অমবু চাহোকপগী নত্রগা কনাগুম্বা অমবু মশাগী লৌবুক্ত চৎহন্দবগী অরানবা থবক ময়াম অম তৌরিবশিংসে ওইত্রনস্থ, মথোয়না ইনাক কৈরাক থুনবগী মচাশিংদদি করিস্থ তৌবা ঙমদে।"

অঙ্গম্মা বারী শাম্ম শাম্নন গাভী অহ্ চীং মচা অংদগী কুমথরক্তুনা স্কুল শঙগী মথাংদা থুংঙুরমই। মথোয় লাকপগী শিল লাংবা য়েং'শনবা মীহ্নুনা মঁনৌ অ'নদুবু থম্লমদুনা চক্ত মরক্ত তুম্বা চৎথিরমই। লিডা অমসুং রাজভালিখিন থেংনা লোয়বা মীটীং মথমদগী হল্লকলমই। মতম থেংলকলবানিনা মিটি'দগী হেক কল্লকপগা তুম্লনবা শেম শারমই। তুমকম-শঙ মমুং মমল'মই মরম অহুন' লিডা ম ক হোংদোক্লুনা কমুং কাথং'লমই, থুনমক তুমথখিরমই। মহাক্র তুমথখিবগী থুদোং চাবা লৌহুনা রাজভালিখিন হপনা চ'শিংকলগুনা মহাকী অনিংবা পাংথোকলগে হায়বগী মতাঙম লিভাগী মথক্ত মথুংনা নাল্লকলমই

"কনানো, করিগীনো ?"

"তুমিন লৈয়ু, লিঙা লাংগস্ত ঐ নংগা তুমিন্ননিংবনা ভাওয়ে তুম্মদগী হেম্ন নুংঙাইবা অম নহাক থংত্রনে ?"

"ঐহোন্দ পাম্মরক্তন্নু, কন্দোকথো থুদক্ত !" লিডানা মহাকপু ইন্দোকলর্হনা হায়রকলমই। রাজভালিখিনগী মরৌ লৈরবা মোমোন মঁনোক্ত লিডাবু মতম চুম্মদা পংথহনবনি। মহুদা লিডানা রাজভালিখিনবু কর থীনা চৈব পাযজবনি, চাং ভাহনবা পাম্বনি, তৌইগুম্মঙ্গুং নিত্রা দেবীনা কমমক নমথরকলমই, মহাক থমিং অমুক উইশিনখিরমই।

" আ লাকখোনে লিঙা ! ভানজা অমদগী নহাক লখোইবীশিংগী আখড়াদা পোকলমদে নত্রা ? করিস্থ থংদবা শাশিমরম্থ, নংনা অদুম্না তৌশিমরগা ঐবু অপাংবা শেম্বা মায়োই।

করিগুম্বা মহাক্নু চাওখৎলবী দুপী অম ওইরবদি, ঐগী পুক্নীংগী খৌরাংবসি অমুক্ত পেলহল্লংখো অহুদগীদি নংনা হেক তুম-নিংবমথৈ পেমবা ভুমলো।"

লিডাদি ভুমহ্রবনিনা মহাক্নু ঙাং-শক্লিবশিং অমত্ত তারমদে। খুম্মক্রবনিনা রাকম অহু লিডানা য়ারে খন্দুনা অমুক হনমা চংশিন্দুনা লিডাগী কমুং মপাদা কমলমই অহুগা লিডাগী লেং-বান্দা, মাগী ওইরবগুম, তপ্না পায়রমই।

"নংদা মাংগ্রসন্নু!" লিডা ফুক হৌগৎতুনা লাওরক্নমই। "রাকম অসিগী মরমদা হয়েং ঐনা কোর্চাগিনদা শোয়দনমক হায়গনি।"

লিডানা হৌগৎলকপদা রাজভালিখিননা খুৎ ভাপ পায়দুনা ফারমই অহুগা য়াম্না অর্থ লৈনা হায়রমই:

"নংগী করিম্নু লৈতবা কোর্চাগিন, ঐ করিম খদে. ঐনা হায়ব্রিসিনি ইরেনজনা য়াহৌ নত্রবদি নমফুদা নংগী মুংঙাইবা মুংগদবনি"

অম্নুম্না ঙাইহাক্তুং লাক্নু ফানরমই। লিডা শাউমনখিবনা রাজভালিখিনগী মথক ইদা খুবাক্নু অতিরক শেং শেং লাওমা থারমই। অকনব মথা অদুনা রাজভালিনখিন খর হন্দোক-লমই তানজাত্নদ লিডা থোঙলোমদা চেনশিন্দুনা পোত্ত হাংদোক্নবা ইললমই অহুদগী মপানলোমদা চেন্দোকখিরমই। সুমাংদুদা, ফিডৌ ফৌরবা থাবলগী মঙান্দা রাজভালিখিনগী শাকৎপু ভুকচবগা লোয়ননা অশাঙ্গিংনা থুমহৎনা খর থবেং হোম্দুনা লিডা ভুমিন লেপতুনা লৈরমই।

"মতুংদা চংলকউনে, হে অপংবী।" রাজভালিখিননা লিডাবু ওক্তবগী খোনজেম্না লোম্না কৌশিল্লমই। মহাক্নী কমুং মপান্দা থাংদোক্তুনা অহিংতুম রাজভালিখিন মপান্দা পেক্রমই। লিডা ইমুংদা চংতুনা খোঙ পৌয়োন থাজিন্দুনা কবুং থক মপা থুপচিন্দুনা ভুমখিরমই।

অমুক্ত মথোয় অনিমক মুথশীদমক থোঙশাজবা হৌরমই। রাজভালিখিন মুংওক মুংতাননা শাথোবগী মাকন্দ কমলঙ্গনা চুরুট মচৈ অমদগী অম মথং মথং কুপ্পংলনা থক্লমই।

“রানখিদবগী থৌদোক অসি ভশেংনমক কোর্চাগিনগী মকমদা চংঙ্গ্রগনি, ‘কার্চাগিনগী কল্লবা মৈরিদা শীং রাংশিল-লুরগনি, অহুদগীদি ঈ কান্নবা মহিং অহনা ঐবু থীরকলগ'ন.” চুরুট থক্ল থক্ল রাজভালিখিন্না থল্লাই। “লিডানা অস্নমনা থোইচং বাংচংনবী অম ওইখিগনি হায়না ঊন কৈদৌঙৈদম্ব থন-দবনি। মহ ক্ল ভৌথোরকপা, হায়বদি শেংপা চাবদম্ব ভঙকপা কংবা কল্লক্লোংডাই মওং অমদা ফজবনি, অমরোমদদি মঙোম্দা যেং'নগ্গাই করিম্বু লৈভবনি। অহুমকপু, মরাক ঐগা ভাইশিনব'দ কৈ নল্লবদি থুদোং থীবা থোক্লবা মাই” রাজা ইকায়বা শাশিনদুনা রাজভালিখিন লিডাগী মাকন্দা চংশিল্লমই। নেমথবা শ্বর অমদা হায়জবগী রাহৈ থরগা লিডাগী মকমদা লানগ্রে হায়জরমই। থুমংগী লমভিন রৌগ্রিচৈঙদা লিডানস্থ মহাক্তী ত্রিক অহুবু থাজরম্বন হৌথিব মুখিদাংচন্দ কবি থোকবিবনো হায়বা কনাদস্থ হায় দাকলোই হায়বগী থাজবা মাবা রাশক অম রাজভালিখিনগী মকমদ' থমলমই।

কোমসোমোল সেলশিংনা অমগী মথংদা অম যে'বদর থুমংশিংদা চংশিল্লুনা থবক ভৌরমই। ডিস্ট্রিক্ট কমিটীগী মেম্বর-শিংনা অহুঙবা অহানবা ওইনা থংহৌ হৌগংলক্লিবা কম্যুনিষ্ট নহারোলশিংবু চেকশিন্না শেন্নরমই। কোর্চাগিন অমম্বুং লিডাম্বু থুমং কয়াদা মকমহুগী কোমসোমোল মেম্বরশিংগা থবক ভৌ-মিনহনা লৈরমই। রাজভালিখিনদি থুমংশিংদা চংপগী থবক পায়রে। মতৌ করুম্না লৌমী নহারোলশিংগী থাজব' অম ভৌগলগে হান্নবা মহাক্ল থংলমদে স্নুমগী মথোং মমম থংদবা থবকদা থবাই রাওরমই। অমরোমদা লিডা অমজি পাভেল মথোয় অনিদি লৌমী নহারোলশিংগা মরুপ শান্নবদা থোইদোক্ল

অকৎবা থেংনরমদে। হুপী নহারোলশিংনা লিডারু হায়রই মরম অদুনা থুদক্ত মখোয়দু মখোয়গী মী অমনি হায়বা য়াখং-ঙমই। অদুমনা লিডারনা নৈপাকৌশিং পুক্নীং য়াকায়হন্দুনা কোমসোমোলগী থবক্তা য়াওনিংবগী ঊখিল পীরমই। কোর্চা-গিনগী ওইরদি, থুজংশিংদা হেক নৈরিবা নহারোলশিংগী মচুংদা মতাকপু থংদবা মী য়াওদে।

মতাক্তা থুজংগী নহায়োলশিংগী মচুংদগী মী লৌশিং অম চাত্তুনা থনথংলুনা, মিলিটরি সরভিসকী মথক্ত মহাক্না বট্যালিয়নদা অহানবা থাককী ট্রেনিং পীরমই। অসিগুম্বা থবক কয়াদা, কোমসোমোলগী নহারোল খোম্নগী থবক্তা থুজংশিংদ মহাক্না একোর্ডিওন অতুকপা ফংলবা দাইত্তু অম লৌরমই। মহাক্না খদোং থীরকলবা পুন্সিদা কড়িম্বু নৈত্রবা একোর্ডিওন অমনা অম্বক চাওরবা থোদাং থক লৌরকখিত্রে। মম্বু অতুনা পাভেলবু থুজংগী লংমমদ নহারোলশিংগী মরক্তা অম্বক্না মতিক শকথংনবা গীপক অম ওইহনরমই। থুজংগী নৈরক অমদা নহারোলশিং পুনগনি, পাভেলনা একোর্ডিওন খোংগনি, হেন্না নহারোল তিল্লকনি। ইরায় ল য়খোক্কনবা, লম্বী সোরোক্তা চংতুনা নৈবা নহারোল-শিংসু একোর্ডিওন তাবা হৌরকনি, অদুদগী পাভেলনা মখোয়বু কোমসোমোলগী লম্বীদা কৌশিনগনি। কমজংনিডাই মশক ওইরবা খোনজেল অ দ খোল্লাং হাপ্লতুনা মখোয়গী পুক্নীংবু মুনগনি, চৈংথং শীগনি, থৌনা হাপকনি, অরাবগী ঊপাক্তা পুথগনি, কাথংকনি, শিংলিশিংদা অশাবা অশেংবা ঊ চেমকন-গনি, অম্বা শক্নি উক্রেনগী অনৌবা আশা পীবা চমবা, অশেংবা, মুংশিবা ঊশ থম্দুনা। নহারোলশিংনা একোর্ডিওনগী ঊশৈ তাগনি, অদুদগী একোর্ডিওন খোংলিবা পাখং, রেলবেগী থবক শুবা মী, হৌজিক্তা মিলিটরি কমিসার অমদি কোমসো-মোলগী সেক্রেটরি ওইরবা, থৌনা ফবা, মহাক্তা তাংবা তাগনি। মখোয়না একোর্ডিওনবু তারগা পাখং অদুনা তাংখিবশিংগা

অমত্ত 'ওইনা তিনশিনখিবগুম ত্তৌরমই। খুনমক খুঙংগী লম-দমদা অনৌবা ঈশৈগী মরেক অমদি শুর শক্করকলমই। মসিদগী হেক্নোত্তুনা লাইশোল লাইরিক অমদি বাইবলন্তমক পানরম্বা থাংপোকশঙশিংদা অনৌবা মতমগী ৱাওনপুবা লাইরিম কয়াম্পু পানরকলমই।

কৌক্তিক্তী লোনা কাররবার ত্তৌবা মীগী মশীংনা লমথৈ ঙাকপা সিফাইশিংদগী মশীং হেললে। মহুবু থেংনরবগীদমক কোমসোমোল মেম্বরশিংগী মমুংদসু থাজব ৱাবা মীওই কয়া অমদি থরাই ৱাওব ত্তেংবাংবা মীওই কয়াম্সু সোভিয়েট সর-কারনা ফংলে। করিগুম্বা মতমদা কোমসোমোল সেলশিংনা লমথৈদা অনিংবনা লমজিংদুনা চংলমই অদুগা য়েক্রুবরু ত'ন-নরমই। অদুগুমবা মতমত্তুদা কোর্চাগিন লাকত্তুনা মখোয়বু ত্তেংবাংলমই। পোদ্দ্বটজি সেল সেক্রেটরি, মখিৎ শংবারবা শাউগনবা মরৈ য়েংনব পাম্বা গ্রিস্তচকা খোরোজোডকো ধর্ম্মগী মায়য়োক্ত রা থৌন' ফনা ঙাংবা সুপানি; নোংম মহাক্ত লনাই মীওই থরদগী খুঙংগী মিলদা হুরানপোৎ থর মুমিদাংদুদা পুর-কপৌরি হায়বগী পাত্ত ফংলমই। মহাক্ত কোমসোমোলগী মেম্বর থুর কৌত্তুনা মখোয়গী ট্রেনিং রাইভল পাম্মত্তুনা, শঙ্গীন অনিগা মী চিকলবা মুমিদাংদা মিলদা এমবুস ত্তৌরমই অহুগা মখোয়না ভাম্লিব পোৎ অহু ঙাইরমই। লমথৈ ঙাকপা মীশিংনম্সু মহুগী পাও ফংলত্তুনা মী থরস্ত মকমত্তুদা থাররুমই। মুমিদাং-ত্তুদা থংনদবনা লমথৈ ঙাকপা লাম্মীশিংগা কোমসোমোলগা থেংগায়নরমই! ঙাইহাকী ওইবা লাপ্সেংন অহুদা, থোরদর লাম্মীগী হৈ শিংবা অমদি লানগী পোরম থংদবনা চহারোলশিং থর অরাবদা ত্তামরই। মখোয়বু কায়মই, খুংলায় মুলমই অদুগা ফিলোমিটর মরিয়োম লাপ্পা লৈবা খুঙং অমদা পুদুনা কাত্তুনা থম্মমই। মতমত্তুদা কোর্চাগিন্দা গাভ্রিলোভকী মনাক্ত লৈরমই। বট্টালিয়ন কমাণ্ডরনা অমুক্তুদা পাংভলগী মকমদা

খোকথিবা খৌদোক্কী মরমদা পাও ঙম্লমই। পাওহ্ রেক ভাবগা পাভেল খুনমক শগোল ভোংখংলহুনা মহাক্কী অস্তাংশিংবু কয়নবা চংখিরমই। পাভেলদা পাও তম্না তম, ৱৌখিব। বাৱী লীব লীবা লমথৈ ৱাকপা লাম্মী নোক্লমই।

"ঐখোয়না কবি ভৌগৎপে হায়বদো ঐ হায়গে, কোর্চাগিন," লাম্মীহুনা হায়রমই। "বস্তাংশিংসে অকবা অহাং ৱাকতনি, ঐখোয়না মখোয়দ' থুদোংথীবা কৈদৌঙৈদম্ব পীরোই. ভৌইগুম্বশং নহাক্কদি মখোয়দা থৱ ৱাংথীবা তাই। অহ্ ওইরব'দ মতুংদা ঐখোয়গী থবক মখোয় ১ 'কদৌঙৈদম্ব থুং থিংজিন্নলোই।"

অস্তুয়া বাৱী শায়রহুনা সম্রীনা অস্তাং'শংবু কাহুনা থম্লবা কাগী খোং হাংদোক্লমই। অস্তাং তরামাখোই হৈনিংদনা মথং মথং ঙৌগংলকলমই।

"মখোয়দা অমুক ফেংঙু" বোরদরগী মীহুনা শুক্তোকপা মায়থোং অমদা হায়রকলমই। "মখোয়না মকম মরা থংদবা থবক থৱ ভৌগে, অহুনা কৌজিক ঐনা মখোয়বু এ'রম্না হেড কার্টার্সত পাবা তাবনি"

বোরদর রুপাগী ৱাস্তাংতারগা ত্রিম্বুকটা বা ৱাংলক্লমই।

"ভৌইগুম্বুং. কমরেড সাথারোভ" চংজবগী মথং ওইনা কৌন হাংরকলমই। "ঐখোয়না করম্বা কত্তবা ভৌগ্রবগে? কলাক্কী মীশিং কুইনদগী ঐখোয়না শেয়রকলিবনি। ঐখোয়না পামজব হায়ববু সোভিয়েট অখোরিটিবু ভেংবাংফবতনি। অহুগা নহাক্ক ঐখোয়বু ফাকু অংগুম কাওনা থম্মীরি।" অঙ্গবনা হায়রহুনা পেন্দবা অবগা লোয়ননা মহাক্কী বা লোইশিন্মুনা লৈখোকখিরমই।

কোর্চাগিন অম'দ সা রেল্ভে মখোয় অনি লিংথীজনা মা তানলরমই। মখোয়গী ঔজ্জংপু ৱাকননবা কম্না হোংরমই। মবৈদ' মখোয়না থংলমই, নহাশিংসে চপ চানা কৌবে হায়বা।

"করিগুম্বা নহাক্ত মখোয়বু অমুক হন্না যোয়দরদা চংহল্লোই হায়বগী দায় পুবা অমদি য়াশক্লবদি ঐ মখোয়বু থাদোক্লগে." সাখার্কোভনা পাভেলদা হায়রমই। "অভোপ্র' মায়কৈ অমদসু মখোয়না ঐখোয়বু ভেংবাংলবস্স য়াই।"

"য়ামনা সুংগাইজরে, ঐনা মখোয়গী দায় লৌজরে। ঐগাক্ত থাজকৈ মখোয়না ঐবু অমুক হন্ন চিংথরয়োই।" বা লোইশিন্নবা মতুংদা নহারোলশিং ঈশৈ শক্লদুনা পোন্দ্রবটজিদা হল্লকলমই। হায়নখিবা য়াগী মতুং ইমা থৌদোক অহুগী মরমদা ভূমিন ভুমিন হায়দোক্লদনা লৈনরমই। অহুবু, ইকুই কুইদনা আইনগী মতুং ইমা মিল মপুহু কাখিরমই।

মাইদন-ভিল্লাগী উমংদা ইনাক খুনবা জর্মন লৌমী থরনা লোইচনবা মকম অম লৈ। কুল্লাকী কার্মশিং কিলোমিটর ভংখায় অমমম থাপনবগী মসুংদা, অপিকপা অয়েকপা লানথল অমমমগী মতৌগুম য়াম চেকশিন্না লৈ। মাইদন-ভিল্লাদগীনি এস্তোয়ুক অমদি মহাকী গুণ্ডাগী কাংবুনা ওপরেসন তৌবা হৌরকলিবসি। এস্তোয়ুক মতম অমদা জার লাম্মীগী সর্ভিয়েন্ট মেজর ওইরমই। হৌজিকনা. এস্তোয়া মহাকী নক্লবা ইমুং মসুংগী মী তয়েং খোমগংতুনা মহাকী ওইবা ডাকু কাংবু অম শেমগংলমই। হায়রিবা মীশিং অদুনা পিস্তোল পায়হনা খুদংগী লম্বীদ: লাকপা মীশিংদগী পোং-চৈ মান মুনবগী থবক তৌ-রমই। এস্তোনয়ুক্লা হায়খিবা বা য়ায়া য়াংলমই। পোংকী মমল হেনগংতুনা হেয়া য়োনবা ইনাক খুনবা কায়বার তৌবা মীগী মরল মথুম মুন্দুনা ঈমু নাইমু তাহনবদা মহাকী চিংনবা অমদি অরাবা করিস্নু লৈরমদে। মায়কৈ অদোমভদা নভনা মহাক্ল সোভিয়েট য়ার্কয়শিংদা খুদোং থীবা শীবসু লেপলমদে। নোংম মহাক্ল কো-ওপরেটীভ সোসাইটি ষ্টোর কেরানি ওইনা থবক তৌবা মতে মনাওগী মুম লুট তৌরমই। মুমড়না হেক লৈরম্না পৈশা, কোপেক অম কাওবা থাকলমদনা লোয়..বা

লৌরিরমই। মোংমনা, কিলোমিটর কুন মাপ্রা মৈরা খুদং অমদা পোষ্ট অফিসতা থবক তৌবা মী অমগী মুম লুট তৌরমই, খুদোম মুমমই, মৈরবা মৈপা থুনীমক লোইনগা লৌরমই। থবক অসিদা এক্ষোনমুক্তা মহাকী মমাংবা গুণ্ডা থোর্ডগা অরেন তাম্ররমই। মখোয় অনিগী মরক্তা মিলিমিরা অমসি মখোয়গী এলাকা এলাকা চাকপা এরিয়াগার্ডশিং য়ায়া মথৌ চিন্না থমমই। গোটৈ এক্ষোনমুক্তগী মৌলা তমথীরমই। এক্ষোনমুক্তি মেরে-ঙভোভকী মপাস্তুতা অপরেসন তৌরগী থবক চংথরমই। মরুম অতুন। টাউন অমা লাকপা মীশিংদা খুদোং থীনা থোকল-মখই। মহাকী থৌদোক রাখোল হেনক্লিরুবা মতমদা, মহাকী মরমদা ময়ং ময়ং চাংকরকলবা, য়াম্না শাপংলবা ফীরম অমদা মৈরকলবদা মহাক হেক্ক নাম্বোকখিগনি। থোরদরগী রাংমদা ছুমিন মৈলেখাকখিগনি অতুগা মহাকপু থৌশানরকরবা লায়-থোকলকপা মতমদা অমুক চংশিনলক্লুনা অপরেসন চংথরা হৌরগনি। অস্তুম্না, মহাকপু কানবা হোৎনবদা নামথোকখিবা অসিনা মশামক্কী ফীভম অমদি মশামকপু খুদোং থীবদা তাকলনি। করবা, তমথীরব' গুণ্ডা অসিনা চংথরিবা মীওং মীনৈগী, হয়ান-পোংমুনবগী অনৌবা রিপোর্ট খুদোংমক্তা কমাণ্ডর লিজিটসিনমু মৈ হৌনা শাউহন্দুনা মচিমমাল চিকহল্লমই।

"খুথু ঙংলিবা তমথীবা লিনসিনা এখোয়মু চিকইরসি কৈদৌদৈ তোকখিগদগে? কস্তবা শাফু, মহাক চেকশিনবদি কৈ, নত্তবদি ইশামক মহাকপু কারগা মতুপ মতুপ কককংকদবনি," কমাণ্ডর মম'ক্রক ক্রক চিক্রক্লনা চুং চুং এংলমই। অসিরুক ডিষ্ট্রিক্ট ঈককেক্যুটীভ চিয়ারমেননা কোর্চাগিন অমসি অক্ষোয়া কম্যুনিষ্ট অহমগা লোয়ননা মৈথক নেথুনা ডাক্রুচগী থোয়ুল লাক্লরবনি, অতুবু, এক্ষোলুক চংখিবনা হায়রে। মকুমদা সিপাসি-য়েল ডিটেচমেন্ট অম গুণ্ডাশিং অতুগা থেংনমগীদমক এরিমা সেক্তরগী থেংনজভোভনা থারকলমই। ডিটেচমেন্ট অমু মহা

ওইদ্রিবা, মখোও মথুং মাংবা কিলাটোত ক্রৌবা ফুগা অমদা খাৎলমই। ঊ শারবা মহাদুনা, ফ্রন্টিয়ার রেগুলেসনগী মতুং ইন্না ঊকজেকুটিভ কমিটি চিয়ারমেন্দা চৎপগী পাও তাকলম-গদবা অহ তাকলমদনা চুর্মরং থাইদগী নকপা থুজং সেমাকি ভাগা চৎথিরমই। মমলবা অহীংদ' মখোয়গা থুজংদা থুংলমই অহুগা মহাকী মীশিংবু থুজংগী মভাইদা লৈব যুম অমদা সুমিদাংহৌগীদমক লৈহল্লমই।

থুংলাগ শারবা মীশিং অমুনা অঙকপা এওং অমদা, অমিদাংদা থুংলবা অহুমু লমমমদুগী কোমসোমোল মেথর অমমা ফুগ্রা উক্লৌরম্মই। কোমসোমোল মেথর, লাম্মীশিং অমুনা লৈদ্রিবা যুমগা হেক থললা লৈবদ্রি। থুংলায় শারবা মীশিং অমুগী তাংথাংবা মম থংলবদা কোমসোমোল মেথর ভিলেজ সোভিয়েট চিয়ারমেন্দা পাও তাকপা চৎলমই। ভিলেজ সোভিয়েটকী চিয়ারমেন, কিলাডোভ অমদি মহাকী মীশিংনা থুজংদা থুংলে হায়বা থংদবনা, মখোয়মু গুপ্তগী কাংমু ওইনা লৌরদুনা থুদক ফুপামচা অহুমু তেংনাংনবগীদমক মী থরগা ডিষ্ট্রিক্ট সেন্টরদা চৎলমই। কিলাডোভকী অপংথোকনা অমুনা মরম ওইদুনা মী কয়াগী পুন্সি কোমখ্রবা য়াই। লিকিটসিন সুমিদাংহুদা মহাকী কিলিসিয়া ডয়ালনিখোই ফোকোকহুনা সেমাকি থুজংদা ভাকুশিং থেংনবগীদমক চৎলমই। যুমগু লৌরবা মতমদা শগোলগী কুমথতুনা যুমতু থাজিনবা শমল কাখৎতুনা যুম মথুং ভগা চংশিল্লমই। মখৌ তাবখা থোক তাকপা মরাগী মকোক্ত মিযোলভর বটটনা থরমই। টৈনা অহুমা মহাকপু ঠেলমাম নক ভুষিন লৈহনশিরমই। অতদগী চিয়ারমেন লিকিটসিন চংশিললমই। মহাকী চাউমা লেং-দুনা থোঙগা থেন্নুনা থোক চুরেক্রমই, যুমগী অমুদো অহাক মহাকী শীশিংগা লোয়নদা চুপিরমই। লিলিচগী শাহদুনা শাখিবা থাক্টৈবনা কাহুগী মমথবু পুবা যাওবনা

ঙমদে, মুংশি মুংশি ঙাক্সি। খুং নাম্বনাঃ কেণ্ড গ্রেনেড অম পাম্বরগা নাম্বনা মাউনর পাম্বরদুবা লিজিটসিননা মুম মচুং-ঙ্গর খোঙনাউবী খোঙনাশিং কাওবা মিকপনবৈ ঙংলক্লমই:

"চংজৌ! নত্রবদি মচেং মচেং খোকপমখৈ কাপখায়গনি!" থংনবা মীকুপ্তু' তুমলল্লিবা মী পুম্নমক ভয়থীরবা মোংমৈ মরুগী নোংজু অমনা মথো'রবু ককথংগ্রগনি ডায়বগী পাখংপগা লোয়-মনা কুক কুক হৌগংনরক্লমই। অদুবু, মথুত্তা কেণ্ড গ্রেনেট অম পাম্বরদুনা লংশিনগদবগী মুক্তুনা লেপলিবা, অম্নকী মভিক অকীবা পোকহনলবা মওং অদুনা মথোম্ন পুম্নমকপু হায়রুবা নাইদনা খুং থাজংহল্লমই। মিনিট থরগী মতুংদা, গুণ্ডানি হায়না কৌরিবা মীশিং অদুবু অন্দরুবিয়ারতমক শেংতুনা মপান্দা লেপক্লমই। থরাই মাংবা য়াবগী চিরবা মতাংদা ফিলা-ডোভনা লিজিট'সনগী কুরিতকী মথক্ত নল্লিবা ভকমান উরমই। খিম্নবা অমুক জৌদন' খুদোং পীবা খোক্সিকৈঙগী মমাংদা রারম খুদোংমক নিংথীজনা শেংদোক্লমই।

"কে ভুট, অপংব!' মহাক্ত হোংনক্লরিবা পুম্নমক অরেম্বা ওইরেকো হায়বগী অশাউবা অমগা লোয়ননা লিজিটসিননা ফিলাডোভতা চৈরক্লমই।

জর্মন লালহৌবগী পাউ, হমবর্গকী লানথন্দা শোক্লরিবা লানগী মোংমৈ কাপনবগী মখি শামিবা খোনজেল বোরদর য়ৌরক-লমই। মরম অসিনা বোরদরগী লমদমদা অরাংবা ঈথক অমদা' হাইদুনা নৈরমই। থবক চেশিংদা লানগী পাও য়াওরমগনি। ্য়ায়বগী খৌরাংবা অমগ লোয়নন। পানরমই। অদুগুম্না লাল-হৌবগী ঈথক পুরবা মুংশিং নোংচুপলোমদগী হুমলক্লমই। মরম অসিন কোমসোমোল মেম্বরশিংনা মশানা য়ানা চোং-খোক্তুনা লানফমদা চংননবগীদমক হেড আর্মীদা য়াওজপে ডায়বগী দরখাস্ত কয়ামুক থানরকলমই। কোর্চাগিন, পুম্নমক অদুবু শেংদোক্লবা মোংনবদা "থৌ য়াম্না' চিল্লমই। মহাক্ত

হায়রমই, সোভিয়েট ইউনিয়ননা য়ুম্লোমব লৈবাক' লাম্নেংননিংবগী অনিংবা কন্নিপ লৈতে মরম অহুন। লৈবাক অসিনা শান্তি থম্নবগীদমক নীতি কয়া পায়খৎলি অম্নুম্বা কোমসোমোল দরখাস্টকারিশিংদা শেংদোক্কুনম্মু পোক্‌দোকপ। কান্নব ফংলমদে। নোংমাইজিং খুমিং খুদিংগী প্রেয়েষ্ট য়ুমগী অচৌবা লমপাক্তা ডিষ্ট্রিক্টকী কোমসোমোল পুন্নমক্কা মাটীং তৌরমই। নোংমগী খুমিং য়ুংবা মতমদা পোদ্দুবটাজ সেলগী কোমসোমোলশিং লানজংবগী চপচাবা মওংদা ডিষ্ট্রিক্ট কামতি লম্পাক্ত লাক্লমই। ইমুংদগী কোচাগিন লাকলিবশিংবু উরহুনা মপান্দা থোরক্লমই। খুপামচা ভরামাথোইবু খোরোভোডকোনা লুচিংলহুনা, মখোগুদা খুরাইকাবী বুত অমদি নমগন্দ কেনভাসকা খাউ পোরহুনা। কমিটিগী চংফমদা ট্রিলগী চপ-চাবী নিয়মদা হোলট তৌরমই।

"করিনো তৌরকইসবো, গ্রিসা?" কোচাগম্না ভক্লা হংলমই। পাভেলগী পাউখুম পীবগী মতমতা মমিংনা অফিস কাদা চংননবা ঊজাত তৌরকলমই। লিডর, রাজভালখিন অমদি কোমসোমোল মেম্বর অনিগনা গ্রিসাবু কোয়শন্নুনা মখোয়না লাকপগী মরম শন্দোক্লবা তকশিল্লমই। খোরোভোডকো খোঙজাও থীংজিল্লগ, মৈতান্দ লংখৎলবা পীগুম শুক্কোক্লহুনা শেংদোক্লকলই।

"ঐগী রাখন্দদি কমরেডশিং, মসি লানজংগদবা লাম্নীশিংগী থোন য়েংবগী চাংয়েং মখল অমনি। ঐনা মখোয়দা হায়রবই, ডসি অয়ুক ডিষ্ট্রিক্টগী রাষ্ট্র কনফিডেন্সিয়েল ওইবা টেলিগ্রাম অম ফংই, মরোন্দি ঐখোয় জর্মন বুর্জুৱাশিংগা থেংনবগীদমক লাল চংলগনি, ঐখোয়না থিন্দনমক পোলিস পেনিগা লাম্নেংনরগনি। মোস্কোনা রাখং অমা থারক্নুনা কোমসোমোল পুমনমকপু কৌখংলি। কনাগুম্বনা লানচংবা কৌরবদি, দরখাস্ট অম থাজিল্লগা য়ুমদা লৈহৌবা য়াগনি। ঐনা অতাংশিংদা মসিমম্মু হায়রমই, লানগী রাকম অসে কনাগুম্বা মী অমত্তদা

হায়রোকপা য়াদে। খোঙচৎ অসিগীদমক মখোয়না পাউরুটি তল খর অতুগা শা অয়াইবা মকক নত্রগা ভিলহৌ মরু খর হমক পুরকউ। ঐখোয় পুন্নগ খুন্নংগী মতাইদা উয়সি অতুগা ভিক্টি সেন্টরদা চংকনি, মকমতুদগী খুংলায় পীগদৌরিবা এরিয়া সেন্টরদা চংকদবনি। হৌজিক্তী, মখোয়না থংলগনি, অঙাং শিং অতুদা করম্বা চৈথেং পীরবগে হায়বদো। অতুদগ্রীদি মখোয়না ঐঙোন্দা বা য়াম্না হংলকলমই। ঐন থবক য়ায়া চিন্নি হায়জিন্দুনা মখোয়গী য়াহংশিংবু ককথংলমই। মখোয়না য়ায়মক হংজিল্লরুবা মতমদা ঐনা হায়রমই য়ুমদা। লৈহৌবা পাম্বা মীশিংঙনমক অম্মুম্বা হায়বনি। পায়বদি অতুম লৈহৌবা য়াগনি। ঐখোয়দি মশাক্ষা য়ানা চোংথোরকপা অদুতমক পামই। অতুদৈদি অঙাংশিংদো চংথোক্লগে, হুশেংনমক ঐ থরাই য়াবা হৌরকলে। কনা অমত্তনা অমুক লাক্লমত্রবদি? অয়ুমবু ভোরবদি ঐ সেল অসি মুথংতুনা অতোপ্পা মকম অমদা চংলমগনি। ঐ খুন্নংগী মশাক্ষা য়ামনা নিংবা কায়না অমদি পুক্নিং হন্থনা তুমিন্না মখোয়বু ঙাইহনা কয়লমই। ঙাইহাক লৈরগদি মখোয় অমময লাকপা হৌরকলে। মখোয়গী মমুংদা থরদি য়াম্না মথরাই য়ানা কপ্পা য়াওরে হায়বসি, ঐগী মাংদা লোংনব হোংলরবস্থ, মায়থোংশিংদু য়েংবদা থংবা ঙমই। মখোয় তয়ামক লোয়নবা ঙনা থুংঙরমই, কনাখত্তা চেনবা য়াওরমদে। মসিনি, ঐখোয়গী পোদ্দুবটজিগী সেল, নংগীদমক থবক ভৌ-রিবা!" অম্মুমনা গ্রিসানা য়ায়া মুংঙাইনা শম্মোক্লমই।

"নংনা হায়রিসিবু করিনো। মসিনা মখোয়বু চাংয়েংবগী খাইদগী কবা লম্বীনি হায়বা, ঐনা হংইবসিনি? চুমইনে, মখোয়গী মায়থোংদা অকীবগী খুদম করিম্ব লৈতে। ঐনা মখোয়বু এরিয়া সেন্তরদা শক উংলুনবত্তা ওইনা পুগদবগী মখোয় লোইনা চোকথরে। কোর্চাগিন, নহাক্ত মখোয়দা করিগুম্বা বা থরদি ঙাংবা কৈ. নত্তে, নংবু ঙালোইত্ররে?

ৱা অমমকাওবা ঙাংবীদনা থাদোকখিবদি কল্লে। মখোয়দা থর হায়বীয়ু, লাম্মী খোঙ্গা অমদি লানফংবগী থবক অসি মৈথোক্লে হায়না নত্রগা করিগুম্বা মওং অমা, অদুগা মসিমন্নু হায়বীয়ু, লৈবাক অসিনা মখোয়গীদমক চাওথোকচৈ।" মুংঙাইত্রবা লিডা পোলিভিথনা চৈয়কপা মতংদা গ্রিসা ইচুক চুকনা য়েংলমই।

কোর্চাগিন এরিয়া সেক্তরদা কয়া তোয়না চংল্লে, মকমচুদা চৎপা নোংমা নিনি চংগদবা অমদি মহাক্কু ডিস্ট্রিক্ততা লেংদনা লৈবা মরমনা থবক ময়াম অমনা তকশিল্লকপনা। অমরোমদা ৱাজভালিখিম্না করিম্মু নত্তবা মরম অম অমগীম্মু হেক্ত চংলি। মরম লৈত্রগনা মহাক্কু মরম অম শাফিম্মুনা শেমই। মহাক্কু চৎপা মতমদা কেনিখোর কুপরগী হেরোশিংগী মতৌগুম, খোঙ-দগী তোন ফাওবা খুৎলায়না লৈন্তেংলমই। মহাকন জঙ্গল চৎলকপা মতমদা অনকপদা তোংলম্বা ক্লাক অমদি খোঙ য়াংবা কৈংয়োইগুম্বদা খুৎ চুম্বা শাম্বুনা নোংমৈ কাপশিল্লি। মাইতোম লাকপশিংবু থাবক্তন', য়ামনা অকন মরিং শা'হনা, হংলমই : কনানো কদায়দগী লাকপনো, কদায়দা চংকদৌরিবনো? টাউন য়ৌশিল্লকলবা মতমদা মহাক্কী খুৎত খুলায়শিং লৌথোক্লুনা গাড়ীগী চক্র মথাদা লোৎশিল্লি, ফুরিত খাউদা রিবোলভর লোৎলি, রাইফলনা চক্র মরক্তা লোৎলমলগা ইচম-চম্বা মওং শাম্বুনা কোমসোমোল রিজনেল কমিটীগী ওফিসতা চংলমই।

"ও — নং লাকপা য়াম ফয়ে. খেরেজডোক্তকী করি করি পাও লৈ?" ৱাজভালিখিম্না চংলকপা মতমদা রিজনেল কমিটীগী সেক্রেটরি ফেডোটোভনা হংলকলমই।

ফেডোটোভকী অফিস মতম অমত্তদা মী য়ামনা য়ামনা তিল্লমই। অসিগুম্বা মওংসিদা অফিসতা থবক শুবা হায়বসে অরায়বদি ওইদে। মী মরিনা বা ঙাংবা তানা তানা, মখা-তুবা মীগী পাওথুম পীবা, ফানজাহুমকদা কৈনো অমত্তু ইবা, অঙকপা থবক্কি মহাক্কু তৌরিবা। ফেডোটোভনা পার্টিদা য়াও-খিবসি য়ামনা নহা ওইরিদ্রেদগীনি। ১৯১৯ দগী মহাক পার্টি

য়াওখি। লানগী মুংশিং কয়া শিংলবা মতমদুদা মশাগী চহি ১৫ তমক শুরিবা মুপামচা অমনা পার্টিদা থিংচনবা কংখিবসি ংতোমতন্সি।

"অহ, পাওগী রায়া, য়ামনা নৈ." থৌওই রাওইদনা রাজভালিখিননা খুমলমই। "অমুক্তদা লোয়নবা হায়দোকপা ডায়বসি. হায়মনবা হায়বহু ওইগনি। মসিদি অযুক গুস্তাদগী মুখিদাং কাওব চংগনি পাওশিং অসি তম্বদা। হায়গদবা য়ামন নৈ। অহুনা মকোক্কগী হেক্ক হোঙংগে। ঐনা অনৌবা সেল অনি লৌংখংলে। সিনি। হৌজিক, ঐবু মকমসিদা কৌবাবগী মরম করিগীনো হায়বীব্রো?" অস্তুমনা হায়রহুনা রাজভালিখিন আম ঠিয়ার অমদা য়ামনা মথৌ চিনব শাহুনা ফমথরমই।

ইকোনোমিক ডিপার্টমেন্টকী হেড ওইরিবা, ক্রিমস্কী মমাংদা পৈরিবা চে ময়ামদগী মহাক্কী মীংয়েং ভাইহ কতং লৈখোরকলমই।

"ঐখোয়না কৌবদি কোর্চাগিন্নি, নহাক নত্তে.'

ক্রিমস্কীগী বা তানা তান' রাজভালিখিন মচিন্দগী চুক্কপকী মৈথু মপৈ অম কামথোরকলমই।

"কোর্চাগিনদি মকমসিদা লাকপা পাংদে, মরম অহুননি ঐন' মহাক্কী থবকশিং তৌরিবসি " ' পুম্নমক্কী ওইনা স্নেং-লগদি সেক্রেটরি থরদি ইকাং হাংনা লৈরে। মখোয় করি অমগু তৌদ্রে। গথংগুম্বগী মওংদা থবক ময়াম অম ইপোং কানা তৌবসিদি ঐখোয়গুম্ব'সিনি। কোর্চাগিন্দী করিগুমব: মহাক্ক বোরদরদবু চংলবদি কাপ্পা অনি অহুমদি হেক্ক লৈখো-রকই, মতমহুদ' থবক পুম্নমক ঐদোন্দা লোয়নবা ইনশিল্লমইবনি।

রাজভালিখিনগী রায়াম অদুনা ভাক্লিবা ঈজৌংতি, ডিস্ট্রিক্ট সেক্রেটরি অম ওইনা থবক পুবদা মহাক্র হেম অকবা মী-শকনী হায়বসি ভাবিবশিংনা নিংথৌজনা থংই।

রাজভানিখিন্না চংশ্রবা মতুংদা কেন্ডেটোন্ডনা মহাককী মনাক্তা লৈরিবশিংদা অন্থুনা হায়রমই, "মসিগী মপাসে ঐদি কয়া পামদে ,"

নোংম কেন্ডোটোন্ডকী অফিসতা লিজিটসিন চংলমই। মকমতুদা লাকপা মী থুনীংমকনা চিঠিশিং পুত্থনা অমুক হন-থিবসি ডিস্ট্রিক্টতগী লাকপা মী থুনীংমককী ভৌগদবা মথৌ ওইরমই। লিজিটসিনস্তু যোল লৌবা চংলমই। চাইনাক ভেডোটোন্ডক কমথিন্নতুনা রাগী শামবা মতমদদি রাজভানিখিনবু তশেংনমক পুথোকলমই ভমদি অনি অত্তনা মনাকপু কয়না মীনে। হায়বা থংলমই। রাজভালিখিনগী ভৌশিনবা মওংবু নিংথীজনা উনরমই।

"থবক চিনব' চিন্দবা থংদে, কোর্চাশিনবু মকমসিদা থাবীরক্তবা য়াদে," কায়নরমদাইদা কেন্ডোটোন্ডনা লিজিটসিন্দ হায়রমই। "ঐখোয়না মকমসিদা মাবু নিংশিংবগী য়ায়ুক মর-কার ওইরে।" "য়াম্না নুংঙাইজরে. অহুবুনে. ঐখোয়দগী মাবু লৌথোকখিনবদি হোংনগনু, মসি কাওবীগনু। মদুমদি ঐখোয়না য়াবা ঙমলোই।"

হৌখিবা চহি দগীদি কুমশিনা ওক্তোবর রিভোলুসনগী মপোক পালন যোরদরদা য়াম্না চাওনা অমদি থরাই য়াওনা পাংথোকলমই। যোরদর সেন্সেক্রেসন কমিটিগী চিয়ারমেন কো-র্চাশিনবু থল্লমই। যোরদর খুদংশিংদস্তু পালন অসি ভৌবদা কোর্চাশিন্না সভাপতি অত্তমক ওইরমই। পোক্স্ বটজিদা পালন অসি পাংথোকপগী মীভিন লোয়রবা মতুংদা থংনবা খুদং অহুমদগী লাকপা লৌমী নীশিং মগানা কিলোমিটর তংখায় অমরোম শাংনা পরেং লেংহুনা প্রোসেসন চংলমই। মিলিটরি বেণ্ড পার্টি অমদি ট্রেনিং বটচ'লিয়ননা নাং থারহুনা মীশিংনা অগাংবা যেমরশিং পুরহুনা ঈথক হৌনা চংলমই। মীশিং অদুনা য়ায়া মথং মনাক্ত নাইবা মওং অমদা লোভিয়েটকী লমথৈ মমুংতদা

চৎলবই। মমাংথক্ত পোললশিংনা অসুক খাংবা 'মীয়াম অমনা ওক্তোবর রিভোল্যুসনবু নিংশিংবা ওইনা লৌখৈবা চৎপা থক উখিদ্রি। মহাক্তুর মীয়াম অহুবু বট্টালিয়ান কমাণ্ডর গ্রাচিয়-নোক্ত অমদি কোর্চাগিননা মাংজিন থাদুনা চৎলবই। মথোয় অনিমক্ষুদ্র ম্ফুংদা মর খোংবা কাংবু, নুংদনা মেমর পাববা কাংবু মেমরশিংগা অহাংবা অজিয়াদা পাইরবই, 'মীয়ামা 'খোমজেল অমম্ভদা শকলকপা ঈদৈশনা তাবা তাবা খোঙাং মৈখিকলবই। কৌরবী পাথংশিংনা হোজিদে স্কুইট শেংলকুনা অমাংব থৌনা অমগা অমদি খুমংনী চমুরাশিংনা চয়াওনা লোকুনা অচল-শিংনা চৌংলেমনা খুংচোয়কনা চংলমই। মীয়ামনা থোয়বা, ভুরেলপা পাঙথকনরবা, মীগী মরী অদুনা মীংক্লেংগী অয়োকইবা কাওবা ভামনা ফিংখোকখ্রি। কেক মনাক্তী হৈলপম অদুনা বোয়দর লাইননি। অদুবু, অদুক খাংবা মীয়ামডগী মথুংদগী কনা 'মস্তনা আইয়ম্ম মাত্রবা লমথৈ অদুবু থক লানশিংলমদে। কোর্চাগিন খিংচমলরোইত্রবা থৌনা অমগা লোয়ননা হৌরক-পিবা, মাওথবা মাথে হাবনা চোংখোকুরকুনা ফিজনিবা ওক্তোবর রিভোলুসনগী নীংশিং পালনগী মীগী সমুদ্র অদুবু পুক্রীং চংনা য়েংলমই কোমসোমোলগী পরেং অদুনা থৌনা মবগী ঈশৈ শক্লমই—

"তক্রবা উমংদগী বৃটেনগী সমুদ্র কাওবদা,
রেড আর্মীনা, কনবা হেন্নি পুম্নমক্তগী!

অমুকহ্রু লৈণাবীশিংগী খোমজেলনা খোঙাং শাপখ্রি—

আ লোইবী চৌংগী নাপোয়মদা, লৌ শাওফি খুজলী চমুরাশিংনা ... ... ... ।

অকনবা ঈখিল অমগা লোক্ললা লাকলিমা খোজেলগী মীয়ামবু লোভিয়েতকী মরী অমিরশিংনা কবাউ খুংত্রইবা কোয়দোকুনা থাম্বলবই। অমযোমদা, মীয়ামগী মতো অদুবু উমদা খোজিন অমীশিং পুয়া চেনখাওরে। অদুক্তপু, খো-

সৈনন অদুদা মথোয়বু পুমৎক শুকহনখদি শুমত্রে। মরমদি পোলিস কমাণ্ডনা মাংজৌদনা থাকখসিগী মরমদা পাওজাক পীরকপ্রবদি। লমগায়নকম লমদা চৎপা প্রোসেসন' ওইবদা সোভিয়েটকী শগোল ভৈাংবা জেনডার্ম'শেট্রোলশিংদু হরুৎ লদ্দ শগোল থৌহনা মীয়ামবু মীকুপ নাছমশিংনা থাকজমই। মসিগা ঈরোয়নমা, সোভিয়েট গার্ডকী শক্তী হায় নৈরথদগী শরুক মঙা হেনগৎলমই। থোকলব' য়াবা, থংজৌফনা ওইরকপ য়াবা খুদোংথিবদগী থাকথোকুবগীদমক্ত মনাক নকপা চীংশিংগী মপ্রোনদা খুংলায় পায়বা লাম্নী কয়ামুক্কা করিদা সোয়খিগদগে কায়বগীদমক মশা মশাবু চেংনা শেমহনা নৈরমই। সোভিয়েট কী লমথৈথ মপুংদতা' চৎপা ওইবনা কনানসু খুদোংথিবা থোক-লকনি হায়বা থল্লমদে। মী থুদিংমক্কা হরাউ মুংজাইনা ঈশৈ শক্কুনা চংলমই। মিল্লবা থোমজেলনা হাংলবা মালংগী লম-দম ফাওব' পুম'মল নিল্লমই। মনাক নকপা মকম অমদ, নৈপুং অমগী মথক্কা পোলিস সম্রী অম ভুমিন লেপ্তুনা মীয়াম চৎপা য়েংলমই। অহানবা কোলম, মাম্নবা থোঙ-থাংদা চংশিল্লক্লমই লোয়ননা মার্চ'পাগ অমগী হৌনবী, ওস্ত্রো-থর রিভোল্ভসনবু টৈকায় থুমনব' মোংমৈ কাপলমই। মোংমৈ কায়া অদুবু উরগা' পোল সম্রী মহাক্কী রাইকল সৌরুঙনা মোংমৈ মত্তোন্দা পায়রগা ফীজম চুমনা লেপ্লমই। পোল সম্রীগী থম্মোইদা কম্যুনিষ্টপু পামজবগী ঊথিল অম থাওরমই। "কম্যুনিষ্ট কুইনা হিংসনু!" সম্রীহনা ভাংবোবা কোর্চাগিমা লম্নাশেংনা' ভাহৌরমই। সিপাহি অদুগী মীংয়েংদগী পাভেলনা ভশেংনমক থংথ শুমলমই, কম্যুনিষ্টপু থাগংথিবা মুপাদো মহাক্কী হায়বা। পাভেল মুপাহুগী বাইদা শুমৎপা অমগা সোয়নমা য়েংলমই। লমলানবা মীভোপ অম ভইয়বমু সিপাহি গী "কিজোপা অত্তোমা লমদম অম ভাক্লবা হিংলমনু, কম্যুনিষ্ট কায়াকীগী শিড়িমোস্ট্রেসন অহুম উমগা থম্মোইদা মীহুংশিগী কাউ-

ময়া ঊচেল অম চেল্লিবা মপাসে হৌশংনবক মরুপ অমনি। পাভেলন্দু থোং-নৌরবা মীমুংশি অহুমীদমক অথোং-অথেংবা ৱাহৈ থম্লুনা পোল মরোম্দা থুম্লমই " গ্রিটিংস, কমরেড!"

চংলিবা মীয়ামা লাম্বোক'থ'রবা কাওবা পোল সম্বী মহাক্ত সেপলিবা মকমদা অহুমক লেংদনা লেপ্তুনা লৈরমই। পাভেল মপাহুগী মপা হেন্দোক্লবা কাওবদা মুশি মুশিরবা অশিকপা মুর্তি অহুবু মন হম্লুনা য়েংলমই। পাভেলনা চংলিব মকমহুদা অতোপ্পা পোল সম্বী অম মখৌ তাহুনা লেপলি। অহেন ওইশিল্লরপদগী মকোয় তৌশিল্লরবা সম্বী থোইদোক্না থোশাবা তৌদনা লেপলি। লংলবা খেজ খেংলিবা চুপীগী মথাদগী মীংকম হোংদনা য়েংলিবা মপাহুগী মীংনদি কবিন্দু হায়দে। অদুবু, মমাংগী সম্বীগী মুংশিরবা ৱাহৈ অহুগী থোহাং দি পাভেলগী থম্মোয়দগী থক লাপথোক্তে। মরম অদুনা পাভেলনা থাজরি— অনৌবা মপাহুন্দ মমাংগী থম্মোয় অদু লৈরমগনি হায়না। থাজ্জবমক্তনা পাভেল মতোমতা পোলিস মরোম্দা শোনজরমই, " গ্রিটিংস, কমরেড।"

অদুবু পাউখুম অমত্তা ফংলমদে।

ওইরিবা থৌদোকশিং অদুবু তা'রবা য়েংলিবা গাভ্রিলোভ পাভেলদা য়েংলগা মোমোন নোক্লমই। " নহাক হেনমম্না অাশা তৌই, মথোয় অসে অচম্ব পোটলাম্বী হাক্তা নক্তে, মথোয়-শিং অসিগী মমুংদগী থরদি জেনডার'মি। মহাকী মুরিত্তা থেংহৌবা মার্কা নহাক উরব্রুনে? মপাদো জেনডার' শোয়-দনা ওইগনি,"

মাংজিন থাবা কোলম, থোয়দম লাইকনা অনিথোক্লা থায়দোকলবা থুমং তাবা চীং মচা লাম্বোক্তুনা কুমথরক্লমই। সোজিয়েটকী শরুক তথায় অমা ওইরবা থুমংগী থুনজাশিংনা লাক্লিবা মীয়ামবু ওক্লনবগীদমক অচৌবা মওং অমদা শিন্‌-নাংলমই। অশিকপা চুঃমলগী মথক্তা থারিবা জোর্দন থোকনী

মনাক্তা অমদি থোঙদা খুনজাশিংনা প্রোসেসন অহুবু ছাইররই। নহারোলশিংনা লম্বীগী নাক-য়েক্তা পয়েং শানা লেপলমই। পোলিস লমথৈরোমদগী ক'টয়ারগা নকুবা য়ুমশিংদা খাঙপোকশিং পুম্নমক প্রোসেসন অহু য়েংগদবগী লাকপা মীশিংনা পুময়োম য়োমখ্রে। কাখৎপা য়াবা য়াদবা খীদনা খাংপোকশঙগী য়ুমথক কাওবদা কাখৎপা য়াওখরে। লৌমীশিংনা য়ুমগী কুমথকম থাক মথক্ত, শম্বল মনাক্ত অমদি শম্বলদা পুময়োম য়োমখরে। নাকন অনিমক্ত মীতনা পুমন্নিন তিনগ্রবা, মীয়াম অনিগী মরক্ত চৎ-লকপা মতমদা রেড পার্টি কাংবুনা Internationale ঈশৈগী তান খীনগংতুনা ঈশৈশু শক্রকলমই। মহুগী মতাংদা উনা অমদি উশাতন' শারবা প্লেটফোম' মথকতগী নহা ওইরিবা লুচিংবশিং অমদি লাম্মীগী থবক কূইনা তৌরক্লবা অহলশিংনা মরিক চুম্লবা ৱা' মীয়ামদা ঙাংলমই। কোর্চা'গিনসু মীয়াম মমাংতুদা উক্রেনগী মরোল্দা ৱা ঙাংলমই। কোর্চাগিনগী খোরব' ৱাহৈগী তেম্ব মীগী সমুদ্র লাম্হোক্লুনা পাইপ্রগা তোর্বান ৱাংমদা লৈরিব জেনডাম'শিংগী নাকোংদা থম্মোই কাওন' সেংলমই। অশেংবমকনু, মৈ হৌরবা ৱাহৈশিং অহুবু হেক তাবা মীগী থম্মোইসু শোইদনংক মৈহোগনি অঙকপা ৱাহৈগী শক্তিনি। কীবমক্তনা মরম ওইরতুনা পোল সন্ত্রী তারিবা জেনর্ডামাশিংনা খুনজাশিং তানখায়বা হৌরকলমই। শপোল শাজৈনা চুইস চুইস লাওনা কনবা অমদি সুক্রংদা নোংমৈ কাপখৎপা হৌ-রক্লমই। লম্বী সড়কশিং খংহৌদনা ইহাং হাংখিরমই। য়ুমথক্ত কাখৎতুনা জুংচাইনা য়েংলম্বা অঙাংশিং জেনডাম'শিংগী নোংমৈ মক্ত কীবনা কন কন চোংথরক্লুনা লোংনখিরমই। সোভিয়েট-কী নাকন্দা থোঁদো অহুবু য়েংলিবশিংগী মায়থোং অশাউবগী শক্তম্বরকলমই। মীপুংশি খংদবগী মওং অমদা পোল সন্ত্রীশিংনা মরাল লৈজনবা প্রজাশিংবু তানখায়রিবা অহুবু ' য়েংলগা অহল ওইরবা য়াওশেনবা জুপা অম জুপামচা থরগী মহেংনা

প্লেটফোর্ম মথক্ত কাখৎলমই অদুগা য়ামনা পেন্সব মওং অমদা ৱা ঙাংলকলমই।

"মখোয়গী নমিংময়ক্ত উরেদনা অঙাংপা ? অস্থমননি ঐখোয়বু তুইৎপীরকপা, তৌইগুম্লসুং, অসিগুম্বা শাজং অসি লৈরম্লোই। লোৌমী-শিন্নী ঐখোয়গী ইথক্ত শাটেজ থাবোমবা কনাগীম্লু খৌনা লৈবম্লোই। অচৌ-অশাংশিং অমদি মখোয়গী তমথীরা শাজংপুদি ঐখোয়না লোইশিন্নবনি। ঐখোয় হৌজিক শক্তি প য়রব'নি। ইচাপ, শক্তি অসে নখোয়গীদমকতনি. মক্কম অসিনা শকতী অসিবু চেৎনা পায়গদবনি। ঐদি অহল ওইরবনি অহুপা ৱা ঙাংবসু খোইনা হৈতে। করিগুম্বা ঐনা ৱা ঙাংবা হৈরমলবদি ঐনা হেক ভুমলিবমথৈ য়য়াম অম ঙাং-লমগদবনি। জারগী মতমদা শল লাবা অমণী মতৌগুম করম্ন। ঐখোয়বু ওং নৈবীরম্বগে হায়বহু ম'রিক চুম্বা ৱায়ী লৌরমগ-দবনি। মীওং মীনৈগী মরকতা হৌংলকপনা মরম ওইদুনা আসোমদা পোলশিংনা মরাল লৈজদবা তোল্লবা খুনজাশিংবু ওং-পীবদা থাংওাত্রবনি" মুপা অহল নিক্রবা মখুৎ থাজংদুনা তোর্বান ৱাংমদা থিল্লমই অদুগা পোলগী মীওং-মীনৈবু য়েংনা য়েংনা কপলকলমই।

মথংদা গ্রিস্নুটকঃ খোরোভোড়ক ৱা ঙাংলমই। শাউরবা ৱাঙাং অহুমু তানা তানা গাভ্রিলোভ মহাক্কী শগোল লৈশিন্দুনা তোর্বান ৱাংমদা কনাগুম্বনা ৱাশিং অত্তুবু তাশিন্দুনা ইশিনবা য়াওবরা হায়না মুন্না য়েংলমই। অত্তুবু, তোর্বান ৱাংমদো তশেংনমক খুন্তাক লানশিরমলে। তাবকতি লায়রদনা খোঙ চাকপা সন্নী কাওবা লৌথোকখিরমলে।

"হুংঙাইরেদা, কোরেন এক্সিয়ার্স কমিসাম্বিয়াটতা ৱাকং অম কাওবা থাগৎনবা লৈরোইদৌরিয়ানে," গাভ্রিলোভ নোক্লমই।

শরত ঋতুগী মৈখৈ চোম্বরকপা, লোং য়াম্না চুবা চুমিদাং অমদা এক্তোমুক অমদি মকাক্কী মী জয়েংকী তমথীবরা ঊরি-

ঈম্পাংন-ছরান পোংম্নুন মীহাং মীপুনগী পুক্সিগী লম্বী লোই-শিনখিরমই। মাইদন-ভিল্লাদা ইনাক থুনবা জর্মন লৌমী অমগী যুমদা লুহোংবগী থৌরম অম পাংথোকলমই। হায়রিবা থৌরম অদু য়াওননবগীদমক লাকপা মতমদনি স্রোলিনস্কী কম্যুনগী লৌমীশিংনা মহাকী খোঙ্গুল লীরকখিবা।

জর্মন কোলোম্নিদা পাংথোকদৌরিবা লুহোংবগী থৌরম অদুদা পামনরবা অতিথীশিং অদু লাক্কনি হায়বগী পাও থসি মকমদুগী শুপীশিংনা শন্দোরকখিবনি। পাওদু তাবদা কোম-সোমোল তরানিথোইনা থুদক্ত পুনশিন্নরমই অদুগা শিভিন্নব' য়াগদবা অরৈ অরৈবা থুংলায় পায়রহনা শগোল পাড়ো তোংলগা মাইদন ভিল্লাগীদমক খোঙশানমই। মখোয়না চংলিবা খোঙচং অদুগীদমক পাও পীবা ওইনা য়াম্না থুবা পাওপুবা মী অম বেরেজডোভস্তা থারমই। পাও পুবা মী অদুনা থংহোদনা ফিলাডোভকী ডিটেচমেন্টক' সেম্বাকিদ' থেংনরমই, মহাকা অদুম্না য়ারোল পুম্নমক তমদমই। ফিলাডোভ অমদি মহাকী কাংবু শোয়বা য়াত্রবা তালজা অদুগীদমক ভাকুশিং অদুগী খোঙ্গুল লীজনবা য়াংনা শগোল থৌখিরমই। ডিটেচমেন্ট অদুনা লম্বীদা লাকলিঙৈ মতমসিদা স্রোলিনস্কীগী মীশিংনা শুগ্তা কাংবুনা লৈরিবা কার্ম অদুবু কোয়শিন্দুনা থুংলায় থাবা হৌরমই। অপিকপা কার্ম হাউসকী তোপথোকপা অমদা লৈদুনা মপানা লাংদা চোংশিনবগুম তৌরবা এস্তোয়ুক অমদি মহাক্কী কাংবুনা শঙ মঙ্গুংদগী মখোয়গী নোংমৈনা হেক ফংবা মথৈ পংকাপ্তা কাপলমই। য়াম্রিবমথৈ এস্তোয়ুক্কা লাংদুদগী নাম্বোক্তুনা চেন-খিনবা হোংনরমই অদুবু, মহাকী মী অম শিবদগী চেম্বোকখিবগী য়াখল থাদোক্তুনা শঙ মঙুংদা চেনশিন্দুনা অদুমক লৈখিরমই অসিগুম্বা লুরবা তাংকম কয়াদা এস্তোনয়ুক্কা হেণ্ড গ্রেনেড অমগী মস্তেংনা মহাক হেক হেক নাম্বোকখিবনি। তামজাশিনদু মহাক্ক হেণ্ড গ্রেনেড অম পোকথায়হনমই, মৈথুগী অমদা মরক অমদি

বোম পোকথারবগী চরাংনবা মরক্তুদা মহাক নাম্থোকখিনবা হোংলরমই। মহাকনা নাম্থোক্লনবগী পোরম ম্রাংপদা হেননা খুদোংচাহনখিদবদি ওস্ত্রোলিনস্কীগী কোমসোমোল অনিগী অরোইবা ওইখিবসিন্ন অম ওইরমই। অদুবু এস্তোনয়ুক্কী লাইবক থীবদি চিরবা তাংকমহুমকদা কিলাটোঙ ১দি মহাক্কী কাংবু থুংওরমই। হৌজিক্কী এস্তোনয়ুক্ক ন্টরে, লানকম অহু অরায়বা ওইদ্রে। ঐথক অদো মাপ্পা বাংলে। অহুদগী এস্তোয়ুক্কা শওগী থোঙ-নাম্ভশিংদনী নোংমৈ কাপ্পা হৌরকলমই। অহং চুপ্পা লেপ্পা লৈত্তন নোংমৈ কাপ্লমই, থৌইগুম্মস্তুং, নোংডাল্লকপদদি মখোয়বু কায়মই। কোমসোমোলশিংগী মথুন্তা তারমই। মায়থীরে হায়বা থংনা থংনা গুণ্ডাশিং অদুগী মনুংদগী কনা অমত্তনা চংজরমদে। মহু পুরবা তমথীরবা লিস অহুগী মকোনবু থুগায়-বদা মী মরিগী পুক্সি কোন্নখিরমই। শিরিবা মরিহুগী মনুংদগী অহুমদি ইনৌ লৌন শেমগংপা ওস্ত্রোলিনস্কী কোমসোমোল গ্রুপকী মুপামচাশিং ওইরমই।

ডিভিজনগী ফোর্সশিংবু ওটম মেনুভর্স তৌননবগীদমক্ত হেড কোর্টরদা কৌথংলমই। কোর্চাগিনগী বটটালিয়নবুসু মেনুভর অদুগীদমক কৌথংলমই। বটটালিয়ন অহুন নোংমতদা, কয়া চুরিব মোংলঙা কিলোমিটর নিকু লাপনা লৈবা ডিভিজনেল কেম্প তানা চংলমই। বটটালিয়ন অহুনা অঙনবা অয়ুকতগী থোঙশানবা কোরমই অহগা থেংলবা মুমিদাংদা মখোয়গী পন-থুংকমনা থুংলমই। বটটালিয়ন কমাণ্ডর গুসেব অমদি মহাকী কমিসার, মখোয় অনিদ শগোল তোংত্তুন চংলমই। মী চা-নিপানমা শাবা বটালিয়ন, পম্বুংদা থুংহুনা বেরেকশিংদা চংবা মতমদদি মাপ্পা চোকথনরে। মরম অহুনা হেক হিপথবগা অদুম্মক তুমথনদ্রে। মেনুভরদি হয়েং অহুক্ত তৌগদবনি, জিলা ডিভি-জনগী হেড কার্টরনা পাও থেংনা পীরকখিবনা, বটটালিয়নগী মীয়ামনা তংখানমা চংপগী অবাবা শাংখিবনি। হৌজিকতী,

কোর্চাগিনগী বটটালিয়ন ইন্সপেকসন তৌরমবগী মথক 'নিংথীজনা পরেং লেপলে। চপ চানা মামবা কীজোল শেংলগা, রাইফল পায়রদুনা নিংথৌজনা লেপলবা মতমদদি চাননবক কজবা মতৌং অমদা উরে। অহুগুম বটটালিয়ন অহুবু মতিক চাবা ট্রেনিং পীবদা শুসেব অমদি কমিসার কোর্চাগিন মতম কুইনা চংখিবত্ত মতুমা য়াম্না কমল্ল হোৎনখিবনি। গখোয়না থাজবা অমদি থমলি, মহুদি, নিংথীজনা হন্নীরবা গখোয়গী বটটালিয়নবু অকবা বটটালিয়ননি হায়না থনবগী মাঙ্গ পাকপা ফংগনি। ওফিসিয়েল ইন্সপেক্সন লোইখ্রে। কোর্চাগিনগী বট্টালিয়নসু ত্রিল গ্রাউণ্ড দা মহাক্কী থৈ-শিংবা উৎখ্রে। মাঙ্গ পাকপা হায়বস্থু ওইখ্রে। মতুংদা শকহেনবা অহুবু মায়থোংদি চহোপ চকোপ্ল। উবা ফুপা অমনা কোর্চাগিন্দা ওনশিন্দুনা থর কল্লপ্ল। হংলকপমচ:

“নহাক্কা শগোল তোংলিবা কয়িগীনো? ঐখোয়গী ট্রেনিং বট্টালিয়নগী কমাণ্ডর অমদি কমিসারশিংদা শগোল তোংনবগী য়ত্ত পীদে। নহাক্কী শগোলহু শগোলশংদা থমলু অহুপ মেমুত্তর খোঙনা চত্তুনা রিপোর্ট পীগদবনি”

কোর্চাগিন মশানা থংজৈ মদুদি করিগুম্বা মহাক্কু শগোল মথক্তুগী কুমথদুনা খোঙনা চৎলবদি অত্তেনবা কিলোমিটর অম কাওবা চৎপা ঙমলোই। অহুবু, শাউনগী পেটিনা লেংজুমদগী থবক লাম্বরিবা, য়াম্না কেবা, রা চাউনা ঙাংলিবা মুপাহুদা কয়ম্বা মহাক্কী কিজম অহুবু শন্দোকলুগনি ?

“মেমুত্তরদা ঐহাক খোঙনা চৎতুনা শরুক য়াবা ঙমদে।”

“কয়ি মরমগী ?”

থর হেন্না শন্দোক্ল হায়বগী দরকার ওইরে থমুনা নেম্লবা খোজেন্দা কোর্চাগিনন: খুম্লমই: “ঐগী খোঙগী তাংশিং পোথ- থত্তলে, মরম অহুবা হাপ্তা অম পূম্না চেন-চোংবা অমদি চৎপা ঙমলোই। অদুগা, কমরেড চানবীদুনা ঐত্তোন্দা হায়বীগনি, মহাকপু কনানো?” “অহানবদা, ঐসে মখোয়গী রেজিমেন্টকী

চিক থক হৌরকনি, অসিগুম্বদা ঐনা নত্তোন্দা অমুক হন্না য়াথংলিনা মহাক শগোলদগী কুমথৌ। কৰিগুম্বা মন্না খোঙনা চৎপা ঙম্-ত্রবদি মহাক লাম্মী ওইবদা মতিক চাদে।"

মতাং অহুদা পাভেলনা খল্লি, কৰিগুম্বা মহাকী শগোল শাজৈ অহুনা মত্তোন্দা য়াথংলিবা মুপাহুগী মথায়দা কপ্পবা ভারবদি। অমুমনা থন্দুনা মহাকনা শগোল খুজি চাংখৎলমই, অহুবু. গুসেবকী কল্লবা থুবাংনা মহাকপু থাখলমই। মীকুপ খরদি পাভেলগী থম্মোইম্নুংদা ঈজ্জৎ মাংবা অমদি পুক্নীং কাজনবা হায়বা অমি অসি অহেন তামহুনা কন্না য়েংনরমই। কৰিগুম্বা কোর্চাগিননা থম্মোই লাকশিন্দবা তারবদি, ইউনিট অমদগী ইউনিট অমদা থম্মোই ইয়াং য়াংনা কোয়কোং হোংবা, কোয়চৎচৎপা ওস্থ রেড আর্মী মপাদো মহাক অমুক ওইরমোই। অসিদম্ মচন হৌজিক মহাক কমিসার অম ওইরবনি। অহুগা মহাকী বটটালিয়ননা মহাকী ভুংদা লেপ্লিবনি। কৰিগুম্বা মহাক্কু য়াথং অহুবু ইন্দবা তারবদি মহাকী মীশিংগী মমাংদা বাবহার হৈতবগী অত্তোনবা শাক্তং অমু উৎপা ভাবনি। অসিগুম্বা মহাকী থৌরবা অপাংবগী বাখল অমুগীদমক্তা মহাক্কু মতম চংনা মহাকী বটটালিয়নবু শেমগৎলকখিবম্ মত্তে। থীন্দনমক পাভেল শাবল খোংনেংকমদগী মখোঙ থাংদোক্লুনা লৈমায়থক্ত কুমথরহুনা চিক চিক লাওনা থুকউদা নারিব। অনাবা থাংলহুনা মহাকী বটটালিয়নগী নাকন্দা চংলমই।

মুমিং কয়ানিমুক মকৌশাগা থামদনা অতিয়া তক্ক তক্করমই। মেঙ্কতরগী থবকম্ অকুবা তাংকম অমদা চংশিল্লকলি। মচাশিংগুমা মুমিক্কা ক্রপ অহুনা সেপত্তোপকারী মনাক হায়া নকশিল্লকলে। মকমহুদদি মখোয়গী মেগুতর.ন্যোইশিনখদোরিবম্। ক্রিমেনচোডিচি থুদংলোমদগী চংশিন্দুনা ঝেসন লোইশিনবগী থবকম্ থেরেজডোভ বটটালিয়ননা পীরমই।

কোর্চাগিন হৌজিকসু মরুম লৈরমদা লৈরে চংশিল্লক্লিবা পুন্সিমকপু মহাক্না ওসেকপা উখিরমই । মখোয়গী বটটালিয়ন অফিসর্না থাম্বদোকুনা, থা-মচেং শানা কোয়না য়েরুবগী মতুংদগী ষ্টেসন ব্যুলডিং মনুং ভমনা চংশিল্লমই । ষ্টেসন ব্যুলডিং মনুং মৌশা মতমদা মখোয়না করাউ লুংখাইনা লাওরমই । ওপরেসন অহুগী মায় পাকপ, অমদি লাল্লোংবু মায় থাংনা থাগৎনখি । থেরেজডোক্তকী মীশিংনা ষ্টেসন লৌশিন্নুমা লৈরিবৈ মতমদা অজলদগী হল্লোক্লকুবা বটটালিয়নগী মসুবু ওকপগী থবক তৌরমই । অজলনা লৈরুবা মীশিংগী চামগী মনুংগী মী য়াৎথে মাংলে হায়না লৌরমই । ষ্টেসন লৌশনবগী থবক তৌরিব', অফিসর্ থায়-দোকলবা বটটালিয়নগী, শরুক অমগী কমাণ্ডর কোর্চাগিননা ওইরমই । মহাক্না মহাক্কী মীশিংবু ষ্টেসন ব্যুলডিং থাদোকুনা লম্বীদা শন্দোক্লুনা লেপনবা য়াথং তৌরমই । বটটালিয়নগী মীশিংনা লম্বীদা লেপ্লি মতমগী কমাণ্ডর অমদি অহুমগুবা কম্পানিগী পোলিটিকেল ইনসট্রক্তরসু য়াংরমই । মতমহুকা রেড আর্মীগী সুপা অম মঙোম্না ওইনা চেল্লকলমই ।

"কমরেড কমিসার," সুপাহুনা শ্বয় থবেং থবেং হোন্দুনা হায়রকলমই, "বটটালিয়ন কমাণ্ডরনা মেচিনগনশিং রেল লম্বী থায়নকমদা লৈরিব্রা লৈতবরা হায়বা খংবা পামই । মরমদি কমিসন হৌজিক মককদুদা লাকদৌরি ।"

সুপাহুগী পাও তারগা পাভেল অমদি কমাণ্ডরশিং রেল থায়নকমদা চৎলমই । রেজিমেন্টেল কমাণ্ডর অমদি মহাককী ভেংবাংবশিং মকহুদা লৈরমলে । কমাণ্ডরনা ওসেবপু মহাক্কী মায় পাক্লবা ওপরেসন অদুগীদমক থাগৎলমই । মাল্লা ট্রেনিং তৌদুনা হৈরবা বটটালিয়নগী মীশিংদি য়ামনা হৈজিংসনা উরে অমদি মখোয় মশা কাওবা করি অমত্ত থনবা ওমদেওম লৈরে । মশাবু থাগৎলকপদা ওসেবনা খুম্লকলমই:

"মসিগীদমক্ত ঐন। ঈজ্জং লৌবা ঙমলোই। ঐখোয়দা লম্বী খুদোংমকপু তাকখিবা, পোরম উংখিবা মীদি কোর্চাগিনি। মহাক্ত মায়কৈ খুদোংদগী কুপ্তিল্লকখিবনি। মরম অদুনা ঈজজং মান মর্যাদা পুম্নক কোর্চাগিনগীনি।"

গুসেবকী মা তারগা চিক অক আর্মী স্টাফ পাভেললোয়দ মহাকী শগোল মমায় লৈশিল্লকলমই অতুগা কয়েম্নরপ হায়রকই:

"নং নিংথৌজনা চেনবা ঙমলমলেদনা, কমরেড। শগোল ভোংলহহুদি মীয়ামদা উংননবা 'সো' ওইরিনি, হা? সিদম্বু মতুনা মহাক্ত মথা থরম্মু শাংথনা করেম্নিংবনি অহুবু পাভেলগী মায়থোং উবদা মথা তারকখিদরে।

অচৌবা কথাগুরহুনা চংগ্রবা মতুংদা পাভেলনা গুসেবতা হংলমই। "নহাকপু মাগী মমিং থংত্রা?"

গুসেব চংশিললকতুনা পাভেলগী লেংবান্দা পোপ পোপ থারমই।

"অহ, নং মতোন্দা হেম্না থনক্তিল্লুরম্নু, মরাইবক কবদগী কম ফংখিবা মুপাসিগী মরমদা। মাগী মমিং চুকামিন কৌবনি। হায় মহাক থ্রাইদগী পীকপ' কমিসন অফিসার ওইরম্মনি।"

মতম কয়ামুক চংনা পাভেলনা মুপা অহুগী মমিং কয়ম্বা মকমদা তাখিবনো হায়না নিংশিংলমই অদুবু নিংশিংবা থোক্লমদে।

মেম্নুভরগী থবক লোইশিনদ্রে' কোর্চাগিনগী বট্টালিয়ন য়াম্না য়াংনা থাগংশগী ইজজং ফংলত্তুনা যেরেজভোভ হল্লমই। মেম্নুভরদা খোঙনা চংখিবনা, মহাকী খোঙগী অনাবগী অয়াবা য়াম থাংখিবনা' মরম ওইহুনা পাভেল য়াম্না চোকথরমই। মরম অহুনা মুমিং নিনিয়োম ময়ুমদা লৈহুনা পোথারমই। নিনি চুপনা মহাক মুমিং চুপ্পা তুমহুনা লৈরমই, অহিং মিশেল কয়া থাংখিবনা। হমনি গুবা মুমিত্তা হোৌগংতুনা ঈনজিন সেডতা মমাগা আর্টেম উমবা চংলমই। লৌকাং থাংলবা, মৈথুনা ইমু মুশিলহন্নব মকমহু পাভেল ঙশেংনবক হৈনরমই।

মমলবা, মুরবা কয়লাগী মৈথু মরক্তু হুংগাইনা খর হেংগুল্লমই। মকম অসিদনি মহাক্ত মহাকী পুক্নি হিংলকখিবা অমদি ৱাখল ময়াম অম থললকখিবা। মকম অসিদগীনি মহাক্ত পাভেল ওইরকখিবা, ওইরক্লবা নিংলকখিবা। ময়লবা মৈথুগী মরক অমদি মৈথু চুশিন্দুনা ঘোংকল্লবা কাসিদা, মুংশজরব পোংশক অমদি চামনমক ৱাংপগুম ভৌরি। থাক কয়ামুক্তী মমাংদনি মহাক্ত ঈনজিমা গুংবা তাখিবা। স্টোকরগী তেংবাংবা অমা ওইরম্বদগী ঈলেক্ট্রিসিয়ান অম ওইরকখিবা, অদুদগী মপান নাটদনা পাক-চাওরবা সমুদ্রদা চহি কয়ামুক লৈরুরবা জহাজ থৌবা সেলরম্বগ মুংশিননা মরুপ শাম্নরকখিবা। হৌজিক মহাক্লা খল্লিবা ৱাখল ময়াম অসি থক্রিগৈগী মমাংদমি মহাক্ত অচুম্না ওইখিবা। হোংদোক হোংজিন তৌবা মৈকম অমদা ময়াম্বা আর্টেম থবক শুরে। পাভেল ময়াম্বদা খোইদোকনা বা গাংলমদে। মহাক থংলমই ময়াম্বা আর্টেমগী মায়থোংদা অনৌবা মখি অম তারিবতু। মহাক্লা উরমই হৌজিক আর্টেম অচাং অমিগী মপা ওইরে। ময়াম্বা য়াম্না ৱারে হায়বসি ময়াম্বনা ফোংদোকত্রবশু পাংভগনা থংলমই। হেক থংনমা মথোয় পুং অম অনিরোম থবক তাখিন্নরমই অদুদগী কায়নরমই।

রেল লম্বী থায়নকমদা পাভেল শগোল খুজি চিংথংলহন ভাইহাক্তং লেপলমই। রেল ষ্টেসনদা মুম্না কনা কুইনা চুম্মিম্না য়েংহনা লৈরমই। অদুদগী শগোল শাৰৈ থাহনা জঙ্গল কাওবা লম্বীদা থুরুপ থাখিরমই। হৌজিক্তি লম্বী থুদিংমক চংশদা কৱিমক্ত কৌনিঙাই ওইত্রে। গুণ্ডাগী অশিক-অচৌ কাংবু থুদিংমক বোলসেবিকনা মুথৎত্রে, মরম অচুনা থুজংশিংদা শান্তি লৈনা হীংবা ঙমনে। অসুম্না, মতম অমদা কৌরম্বা, লম্বী লমশাং কাওচুমা লাকপন' চুমিং মুংবা মতমদা পাভেল বেরেজভোভতা থুংলমই। লিভা পোলিস্তিক ডিস্ট্রিক্ট কমিটীগী লম্পাক্তা চেম্বারকুনা মহাকা উমরমই।

তমথীবগী থম্মোই পুরব, কনানা অদুক য়াম্না নহা ওইরবা মুপ। অসিগী মথৱাই লৌরিবা, শিনময়া ৱুংলায় থাবিবা অৱ-য়োমদা, লুপ্রাবী খোয়োতোজকোগী অমত্তা চাইজবা মচাহন্নাসি ? অদুকী মুখিং ওই মুখিদাংগী থাজ ওইদুনা মচাতত্ত্বু য়েংজরগা সিডিন ৱারগী লানকমদা শিপ্রবা মপুয়োইবগী কায়না মৈচাক থাংজরিবীনি। কেক্তরিগী শিপ্পী ওইরম্বা মপাইখুংতোম্ মতম অমদা পোর শিকেক্টস কমিটীগী মেম্বর অম ওইরম্বনি। লৈক্ত-লাইব শিপ্পীশিংগী লালহোদা মথৱাই কংথিবনি। হৌজিক্তী নংজরবী মমাদো কপচবা নংতনা করি উপাই লৈথিত্রে। অনা লায়চয়ে. কমুংথক্ত লায়কম্রে। অচুগা মহাক্তী, পুম্নমক অচবু করিম্ থোশাদম্না, ইইং ইংথনা মতম চাদনা চংলকপা অশিবা কৌবগী অয়োনবা মুত্তিবু লাংতুনা থমলি।

ত্রিস্টকা লৈথিদবা অসিনা খুজং অপুম্বা লৌংজেল মামবা অমদি থৌনা হেনগংহল্লে। নহা ওইরিবা কোমসোমোলগী লুচিংবা, লায়রবা লৌমী প্রজাগী অথোইবা শক্তমসিনা লৈথি-দবমা খুজংগী লমদমদা য়েকনবা শেমগংপদগী মরুপ শেমগং-পনা হেলহল্লে।

য়াকিটিনাদি, পাও অদুনা চানমমক মরু কংনা লিংবা কায়খি। মুখিং চুপ্পা কা মমুংদা কপতুনত্তা লৈথি। কোর্চাগিনা চংলকপা কাওবা মহাক হজংনা য়েংখিত্রে।

"নহাক্না থনবদা মহাকপু কনানা হাংপনো, য়াকিটিনা ?" কোর্চাগিন চৌকিদা মশা লুমথনা কমথরদুনা শেল্লপনবা খোন-জেমন। হংলমই।

"মিলগী তাকু কাংবু অহ পোইদনা ওইরমগনি। হয়ানবশিংদো, মথোয়গী লম্বীদা মহাক্ন য়ামনা তোয়না তিংথং ওইখিবনি ?"

খুজং অসিনা ত্রিস্টকা থোয়োতোজকো পোৎলোইনবগীদমক পুমথই। কোর্চাগিনস্থ মহাক্তী বট্টালিয়ন পুরক্লমই, কোমসোমোল

ওর্গেনাইজেসন পুম্নমকস্ত, মুংশিরবা, খৌনা করবা কমরেড মকপু্দা অয়োইবা ওইনা ঈকায় খুম্নবা পীনরবগীদমক লাক্লমই।

গ্রান্ত্রিলোভনা যোরদয় গার্ড চনি য়াম্বৈনা শাব কম্পনি অম শেমলহনা ভিলেজ সোভিয়েটকী স্ক্যারদা লেপহল্লমই। পীয়াং পীরাকনা হেংখা নাওই পাংখোকলিবা ঈকায় খুম্নবগী খৌরম অহুদা গ্রিস্টকাগী অশিবা হকচাং অহাংবা কৈতোয়া য়োম্নবা কু অমদা নিংথীজনা হীপহললহনা স্ক্যারদা পুখোর ক্লমই। সিভিল ৱারগী লানকমদা মথৱাই কংগ্রবা পার্টিসান-শিংগী মোংকমগী মনাক্তা অনৌবা মোংকম অম তৌহনা অয়োয়বা ওইনা কমরেড গ্রিস্টকাগী অশিবা হকচাং নৈরোম চনখৎমই।

গ্রিস্টকানা পুক্লাং অনি লোংদনা পুথংপীরম্ন: পাংজেপ মাম্নবা হায়বদো মহাক্ত নৈখিত্রবা ভুংসিদা ভশেংনমক ওট-রুকলমই। মহারোম এগ্রিকলচরেল লেবররশিং অমদি লায়রবা লৌমীশিংনা কোমসোমোলবু শোগংকনি হায়না হাশক লৌ-রমই। মখোয়না কমরেড অদুগী মোংকমগী নংকন্দা লেপ্লগা অশাউবগা লোয়ননা দাবী তৌরমই— মীহাৎপশিং অদুবু মতিক চানা চৈহনা মখোয়গী বিচার মোংকমগী স্ক্যারদা তৌগদবনি. অদু ওইরবদি মীপুম খুদীংমক্তা য়েক্রুনশিংদো কনানো হায়বা শোয়দনমক থংগনি।

নৈখিত্রবা কমরেডপু ঈকায় খুম্নবা উংপা ওইনা নোংমৈ অহয়া অমুক্তদা কাপলমই। নৈরোম চনত্রবা মোংকম থক অনৌবা, তদেক তদেকপা স্প্রুস মশাশিং থমলমই। মুমিং অদুগী মুংখিলদা রাকিটিনাবু অনৌবা সেক্রেটরি ওইনা থল্লমই। খুদক্তুদা যোরদর পোক্টতগী টেলিগ্রাম অম কংলমই মদুদি মখোয়না মীহাৎপশিং অদুগী খোজুল দীবা হোৎরে।

হাপ্তা অম নৈরগা টাউন থিয়েটরদা সেকেণ্ড ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস অফ সোভিয়েটকী মীটিং অম তৌরমই। থিটীং অহুদং লিজিট-সিয়া মায় পাকপগী চাংলেন্থা থমগা লোয়ননা লাওথোক্লমই।

"ঐহাক্না কংগ্রেস অসিদা য়াম্না মুংঙাইবা কোংদোক্লুনা রিপোর্ট অমি পীরক্লি।— ঐখোয়না মৌশিবা চহিদা অচৌবা থৌনা অমগা থবক কয়ামুক পাংথোকখ্রে। ডিষ্ট্রিক্তগী সোভিয়েটকী শক্তি মরা চেংনা লিংখৎলে, ডাকু, গুণ্ডাগী থবক কয়া মুথৎলে. কালা বজার মাংহনলে। থুজংশিংদা লায়রবা লৌমীশিংগী মরা চেংলবা সংস্থান কয়া লিংখৎলে। হান্না লৈরম্বা কোমসোমোলগী শক্তিদগী শরুক তরারোম হেনগৎলে, পার্টিগী শক্তিসু কনখৎলে। পার্টিগী ওর্গেনাইজেসনসু য়াম্না চাওখোকলে। পোদ্দুবর্টজিদা কুলাকী তমথীরবা শাজংকো অরোইবা ওইখ্রে। তমথীরবা শাজং অদুনা ঐখোয়গী মুংশিরবা কমরেড খোরোভোজকোগী পুন্সি কোম্লাখবনি। হৌজিক্তা মীহাৎপশিং অদু ফারে। মীহাৎপশিং অদুদি মিলগী মপু অমদি মহাক্কী মমাক মুপানি। মুমিৎ থরনিগী মনুংদা গুবর্নিয়াগী বিচার লোয়শঙদ মখোয়গী বিচার তৌরগনি। থুজংগী সংস্থান কয়ামুকনা কংগ্রেস অসিদা মীহাৎপশিং অদুবু থাইদগী ওংবা মথলগী দণ্ড পীবানবা রারেপ লৌবীয়ু হায়না তকশিল্লকলি "

লিজিটাসিনগী বা অদুবু য়ানিংনা মীয়ামন হোল মনুংদা ভুং ভুং নীল্লক্লমই। "পীয়ু পীয়ু! সোভিয়েট শক্তিগী য়েক্লবশিংদ হাৎপগী দণ্ড পীয়ু!" তাঞ্জাসিদা খোঙগী ময়াদঃ পাভেলনা লিডা পোলিভিখ উরমই। মহাক্কু পাভেলদা কোরিডোরদা খোরক্লবা ঊঙ্গীত ভৌরক্লমই। হোলগী মপান মাঙ্গোন্দা লিডানা পাভেলদা চিঠি অম পীরমই। চিঠিদুগী মথক্ত "অর্জেন্ট" হায়বা বাহৈ অম ইরমই। থুংক্লবা পাভেলনা চিঠি অদুবু হাংদোক্লুনা পারমই:

"বেরেজডোভ কোমসোমোলগী ডিষ্ট্রিক্ট কমিটীদা— ডিষ্ট্রিক্ট কমিটি অফ দি পার্টিদা পীবা কোপি। গুবর্নিয়া কমিটিনা লেপ্লবা রারেপকী মতুং ইনা কমরেড কোর্চাগিনবু ডিষ্ট্রিক্টতগী গুবর্নিয়া কমিটিদা কোমসোমোলগী অচৌবা য়াম্না শূবা থবক অম হাপনবগীদমক্ত কৌখৎলি।"

শুবর্নিয়া কমিটীনা কৌথংপগী মতুং ইন্না পাভেলনা হৌখিবা চহিদা থবক তৌরক্লবা ডিস্ট্রিক্টতগী থৌদায় লৌরমই। মথাক্ত ডিস্ট্রিক্টপু খাদোকহ্নবগী মথাংদ' পার্টি ডিস্ট্রিক্ট কমিটীগী মিটিং অম তৌরমই। মিটিং অদুদা থরাগদবা য়াথং অনিথক থম্‌-লমই। (১) কমরেড কোর্চাগিনগী কম্যুনিষ্ট পার্টি মেম্বরসিপ হোংবা, (২) কোর্চাগিনবু হান্নগী থবক কোমসোমোল ডিস্ট্রিক্ট কমিটিগী সেক্রেটরিগী কমদগী শুবর্নি'য়াদা চংপা য়াবা অমদি চে চাং থুনীংমক পীখোকপা।

কায়নরমদাই মীকুপত' লিজিটসিন অমদি লিভানা পাভেলগী খুৎপু চেংনা পায়শল্লমই, মুংশিনা কোনশনরকই, পুকমেম পাঞ-মেমনরমই। মকমদু থ'দোকতুনা চংননবগীদমক পাভেলগী শগোলনা কমিটীগী শুমাংদগী লম্বীয়োমদা মমায় লৈপ্রবদা কম-রেডশিংনা পিস্তোল অমুক্তদা পুন্না কাপ্পুনা পাভেল কোর্চাগিনবু কায়ন ঐকায় খুম্নবা উৎখি।

— — — —

## মঙাঙবা মতাং

কুন্দুক্রেমেভঙ্কা স্ট্রিভা থ্রামকায় অম কম্না চংলহনা চেল্লি। চেল্লিবা থ্রামকায় ওপেরা হাউস অমগী মপাদা থায়মই অদুগা থ্রামকায় মথুংদগী মহা ওইরিবা মী থর কুমথরক্লমই। অদুদগী থ্রামকায়দু অহুক খৌগংলমই।

"ঐখোয় থর থুনা চংপা কৈ, নত্রবদি শোইদমকী খেংলগনি।" পানক্রাটোভনা অভোপ্পশিংতদা তকশিল্লমই।

থিয়েটরগী চংফমদা ওকুনেভনা মখাক্তা খেংনরমই।

" চহি অহুমগী মমাংদা মাম্নবা মরম অমগীদমক্ত মকমসিদা লাকখিবহৌ গে২কা, নহাক নিংশিংজিবরা ? ডাবক্তা ' ৱার্কর্স ওপোজিসন'গা লোয়নবা হৌরকখিবহৌ। অচৌব মিটীংদো! হৌমি-দাংদনা ঐখোয়গা মহাক্তা অমুক মরৈ য়েংনখিবদো!"

হৌশ্রবা খৌদোকপু মখোয়না নিংশিংলমই, অহুগা পানক্রাটোভনা পাওখুম পিরক্তিংগী মমাংদা মখোয় হোল মজুংদা চংলমই।

"চৎলই, ইতিহাস হায়বসে চপ মান্নবা মকম অমত্তদা অনুম হনজিন্নি।"

মখোয় পুম্নমক তুমিন লৈখিরম্ই অহুমগী মুংথিলগী কনফরেন্স সেসন হৌরক্লে। মখোয়মক মাংজোননা চংদুনা অহাম্বা কংবা কমকমদা হেক্তুমক কম্নমই। মতা ওইরিংবী মুপী অমনা মীয়ামতগী মমাংদা য়োসক্নমদা বা ঙাংলি। মুপীহৌ কনাত্তু মক্তে টালয়ানি।

" ঐখোয় মতম চান থুংলরে। তুমিন্না কমলগ মুপীসিনা কর্ি হায়রিবনো হায়বদু অমুক্ত তাসি," পানক্রাটোভনা ড্রাবক্তাদা মখুংনা শবুক্তা কক থিল্লহৌনা লোনা হায়রমই।

" ৱাকম অসি থম্নবদা ঐখোয়না মতম অমদি পাজল মাংহল্লে। ঐহাক্তা থাজবৈ, ঐখোয় খুদীংমক নীংথিজনা লাই-ব্রিক লাইঙত্তু হৈয়বা অমদি মতগী মঙাল ফংলবা ঙাক্তুনি। ঙসিগী মীকমসিদা ঐখোয়ন থংজিনবদা মুংঙাইব অমদি ত্রোটস্কা-ইটগী তুংইনবশিং ম'য়থীরে। কোর্টতা বিচার তৌদে হায়বগীদমক মখোয়না ৱাকংপা ঙমদে। মদুগী ওম্ন তৈক্তনবদা মখোয়গী অনিং-বশিং কো'দোক্তনবগী তাননা অমদি খুজোংচাবা ফংই। হৌজশেংনা হায়রবদি ঐখোয়না পীবা নিংত্তম্নবু মখোয়না শেয়ামনা শীজিন্নরে অমদি পার্টি ডিসিপ্লিনবু চাওনা ঊক্তং মাংহল্লে।" টাক্সা ঙাইকাক্তং চমথরে হায়বসে মহাক্রুহৌ, মতাক্ত মায়খোয়দো মুমাংদগী শম চবুল অমা নাক্তবক্তুনা মায়থোং অমদি মহাকক্ত মীংসনা কুপশিন্নিংত্ত থেংলগা লায়না থংবা ঙমপনি।

"ডিষ্ট্রিক্টকী কমরেড অমাম্বা মকমসিদা বা ভাংদুনা মখোয়গী মত কোংদোকপীহৌ, ট্রোটস্কাইটশা ওয়া মওংদা থবক তৌরগে হায়বগী মতাংদা। কনফরেন্স অসিদসু ট্রোটস্কাইট কয়াঃমুকসু য়াওরি। ডিষ্ট্রিক্টনা মুম্না থম্লগা পার্টি কনফরেন্স অসিদা মখোয়গী বা ভাননবা ঐখোয়দা তানজা পীদুনা মখোয়বু থারকপনি। করিগুম্বা মখোয়না মসিগী থুদোংচাবা লৌজবা শুমত্রব দ, মচ, ঐখোয়গী ইরাল নত্তে। মরম অসিনা ডিস্ট্রীক্টশিংগী সেল-শিংনা মখোয়গী মপুং ফানা মায়থীবা অসিদা মখোয়দা করি-গুমবা থরদি চানমক তমবীরে। অদুনা, ঙসিগী কনফরেন্স অসিদসু মখোয়না ওয়াং হায়খিবশিংদো অমুক হন্না ঙঙাইদনা হায়বা ভাবনি।"

টালয়াগী বা মতাংশিদা, হোলগী য়ংথংবা শরুক্ত কম্মিবাশিংদগী য়া লাওবা খোনজেল অমনা য়ানিংদনা থংলক্লমই:

"হোজিক কাওবদা ঐখোয়না ঐখোয়গী মত করি অমত্তু হায়খিত্রি।"

টালয়া বা ভাংলকলিবা মায়কৈরোমদা ওনশিনক্লমই।

"অতু'দ ফরে, ডুবভা, চংঙকত্ত্ব, লাকও অহুপা বা ভাংলো, ঐখোয় নফাক্লা ভাংবা অমুক তাংগ'।"

টালয়াগী বা তারগা ডুবভা, মঙোন্দা মায়থোং মকশিন্না মমিং লংথংনা মুননা য়েংলমই। শাউবনা মচিনবাল অনি চীকশিন্নরমই।

"মতম লাক্লগা ঐখোয় ভাংগনি!" ডুবভানা লাওরক্লমই। মহাক মশামকী ডিষ্ট্রিক্টকী মমাংদা মহাকপু মায়থীবা পীরে হ য়না ডুবভানা থম্লমই। বাকম অসিমক্ল মহাকী বাথলবু অহুমক বাইন্দুনা লৈরমই।

অমুকসু মুকম মুকম ভাংনবা খোমজেল অমনা হোলহুবু নিলহল্লমই। পানক্রাটোভ থাংবা শুমত্রদুনা লাওরক্লমই:

"ইহ, পার্টি থুগায়নবা অমুক হোংনরব্রা?"

ড্যুবভানা, লাওয়ক্লিবা খোনজেল অদুবু মুমা থংলমই, অদুবু লৈহনদি য়েংঙক্রে। তুমিন্না নোম্বহনা মচিনবাল চৌতুনা লৈরমই।

"ট্রোটস্কাইট'শিংনা কয়ম পার্টি ডিসিপ্লিনবু থুগায়বগে হায়বনো ড্যুবভা মশামকন্না পনবা য়াবা প্রধান অম ওইরে," টালয়ানা মথা চংথরকলমই। "ড্যুবভা কোম্সোমোলদা চহি কয়ামুক থবক তৌরক্লবনি, ঐখোয় অয়াম্বনা মহাকপু খংই। মরু ওইনা খুংলায় শঙগী ৱার্কসশিংনা হেমমুক শিংথীবা খংই। মহাক খারকোভ কম্যুনিষ্ট ইউনিভর্সিটিগী ছাত্রনি, অদুম ওইনমক সুমঙ্কোগা লোয়নননা মহাক মকথাংসদা হাপ্তা অহুমলোম লৈরকলবনি। ইউনিভর্সিটি টার্মগী মথ্য অ'সদা মখোয়না সিদা তৌরকইসিবু করিনো? অচুম্বনি, হৌখিবা তুমিং থরনিদা সুমঙ্কোনা য়াকম অমি থংবগী মওং উংগ্রবনি। অদুগ'দ মখোয়বু মকমসিদা খারকইববু কনানো? মখোয়দগীম্ বেন্দোক্লন' মকমসিদা, ওর্গেনাইজেসন কয়ামুক্তগী অতোপ্প ট্রাটস্কাইটগী মশীং নিংথীজনা লৈ। মখোয় থুদীংমক মকমসিদা মতম অমদা নক্রপা অমদা থবক তৌরক্লবনি। হৌজিক্ত পার্টিগী মফুংদা সুংঙাইনদবা খোকহম্নবা অমুক লাকলি। মখোয়গী পার্টি ওর্গেনাইজেসননা মখোয় করি ওইরিবগে হায়বসিবু খংদবরা? তশেংনা খংদবনি।"

কনফরেন্স অহুমা থনবদি ট্রোটস্কাইটশিংনা হয়াউ হয়াউ চংশিল্লক্লুম মখোয়গী মরাল য়াজগনি হায়বসিনি। অম্মুমনা থল্লহনা টালয়ানা মখোয়দা মরাল য়াজনবা পুকচেল শেংনা হায়জবনি। কমরেড অম ওইবগী মওংদা, মিটিংগী অচুম্বা নিয়ম খোইদোক্লা থীদনা মহাক্ল মখোয়দা অপাম্নবা হায়জরনি।

"চহি অহুমগী মমাংদা, হোল অমিমক্তদা 'ৱার্কর্স অপোজিসন'গা লোয়নন ড্যুবভানা হন্নকপিক্ত নিংশিং'লবরা? অদুগা মহাক্ল করি হায়খিবনো হায়বহ্ নহাক নিংশিংলিবরা?

মহাক্না হায়খিবনি: "ঐখোয়না কৈদৌউদম্ পার্টিগী কীরানবু ঐখোয়গী খুত্তগী নাম্বনলোই।" তৌইগুম্বসু, চহি অহুমন্থদি হান্না হান্না হৌখ্রে, অত্তুগা, ড্রাবভানদি মহুমক তৌরি। অচম্বনি, ঐনা হা অহুবু অমুক হন্না হায়রি, মহাক্না পার্টিগী কীরানবু মাঙখহন্নে মখোয়গী মথুংতগী। "ঐখোয় ঐখোয়গী হায়কম খোকপা হায়খিন্দ্রি!" তৌতিত্তা মহাকন হায়খিবহুনি। মহুনা ভাকপদি মহাক অমদি মহাকী মযামবা টেটিপ্কাইটস্‌শিং হায়গী মওং অহুদ অত্তুম্বক চংথগে হায়না থল্লি।"

"হাসে হায়নগ্রে, মরমহুনা টুকভার যেরোমিটরগী মরমদা অমুক চাংহনসি। মহাক ঈশিং-মুংশিংকী মরমদদি নিংথীজবা থংবা মীওইনি" মনিং থংবা পরেংদগী খোঞ্জেল অমনা লাওরক্লমই।

মতুদা য়ানিংনবা খোঞ্জেল কয়ামুক্তা ভুং ভুং নিল্লক্লমই:

"অদগুম্বা অপংবা কানীদো মতুগী মতাং হল্লে।"

"মখোয়বু পার্টিগী থংনবা লেপলগন্ত্র নত্রগা লেপ্লোইদ্রা? মহু মখোয়বু অমুক্ত খুমহল্লু"

"এন্তি পার্টি ডিক্লারেসনদো কয়ানা ইহনো মখোয়বু অমুক্ত হায়ত্লু।"

অপাউবগী চয়াংনবা তোল মন্নুংদুদা অস্তুম তেনগংলক্লমই। সভাপতিনা অরাংবা অড্ডবু নমথনবগী হক বেল শাংনা খিংলমই।

মীয়ামনা নাংবা অত্তুনা মরম ওইদুনা টালয়াস্থ মথা ভাবা ঙমলমদে। মীয়ামগী মিল খোংবগী ঈপাক্তুনা টালয়াগী খোনজেল ঈয়াকয়মই। অদুবু, সভাপতিগী বেলনা মীয়ামগী মিলখোংববু কাথবা মতুংদদি টালয়াস্থ মথা ভায়ক্লমই।

"অথাম্না মকমচা নৈবা কমরেডশিংনা থাবকপা চিঠি থম্বংই। চিঠিদুদগী ঐখোয়না থংবা ভমই, মখোয় ঐখোয়গা লোয়ননা নৈরে। মহুমক পুক্নীং খোংনিঙাই ওই। ঐখোয়না কঞ্জরিবা চিঠিসিগী শরুক থম্ব পখোকচনবগী অয়াবা পীবিনবা হায়জরি। চিঠিসি ঐখোয় খাইনা থংনবা ওলগা হুরেনেভাদগী

কংবনি। অর্গেনাইজেসনেল ডিপার্টমেন্ট অফ এন এরিয়া কমিটি অফ দি কোমসোমোলগী ইন চার্জ ওলগানা ওইবনি।"

অমুমনা হায়রগা টালয়ানা চে মপুল অমদগী চিঠি অম লোথোয়কলমই, অদুগা পাখবা হৌরমই:

"হৌখিবা মুমিং মরিনিদা ব্যুরোগী মেম্বর পুরমক, ট্রোটস্কাইটনা কয়া কেম্প্যান ডৌরিবা ডিস্ট্রিক্টশিংদা লৈবনা, থবক ওইনা পাংথোকদবা থবক পুম্নমক লেপ্লমই। হৌরাং থোকখিবা থৌদোক অমনা অর্গেনাইজেসনবু চপ চানা চমানহল্লে। টাউনগী সেল অমত্তদগী মীচং কংদনবা ওপোজিসন অসিন, ইডুকেসন ডিপার্টমেন্ট, রিজনেল প্লানিং কমিসন, কম্যুনিস্ট ৱার্কিং সেল মাংনা রিজনেল মিলিটরি কমিসারিয়াট সেলগা থেংনবগীদমক মখোয়গী মীফম থোরমি। সেল অদুগী মেম্বর নিকুনিথোক নৈ তোকটশুমন্ন ট্রোটস্কাইটশিং থকমহুদা পুন্নুনা নৈ। মিটিং অমদা ডাংখিব এন্টি পার্টি মাখোংদা ওসি কাওবদা ঐ অদুদা রাম্রাং ত্যুকরক্ত মিলিটরি কমিসারিয়াট মেম্বর অমনা চুমজিং হেক-তমক হায়খি: "করিগুম্বা পার্টি এপেরেটস হল্লক্ত মদ ঐখোয়না মতুবু নমক্রদ পুগায়গনি।" মিলিটরি কমিসারিয়াট মেম্বরগী মাদুদ ওপোজিসনিস্টশিংনা হয় উমা থুবাক থৃহনা শোগংলমই মতাংদুদা পাভেল কোর্চাগিনা মহুগী পেন্নবা কোংদোক্নুনা মা হাংই "করমনা নখোয়না ফেসিস্ট অমুবু থুবাক থুহনা শো-গংলিবনো? শোগংলিগা নখোয়বু পার্টিগী মেম্বর কৌজরিবা?" তোকটশুমন্নুং পাভেলগী মাহ্ মথা তাবা থবদথমথৈ মীয়ামকুনা লাউ-খোংহুন মখোয় মখোয়না কমলিবা চৌকিদা ফম্লমই। অয়াংবা অমুবু, অমদি ফেসিস্টপু পামদবা মীওইশিংনা কোর্চা-গিনবু মা হাংকনগদবনি হায়না ভকশিল্লমই। তোকটশুমন্নুং লাও খোংবা অমুক হৌরকুনা পাভেলগী মা মথা তাবা ওয়াংদে।

"অসিয়নে নখোয়না প্রকাতত্ব হায়রিবদো?" মীয়ামগী নিল-খোংবা অদুগী মথক মহাক লাওরমই। "হৌজিক ঐহাক

বাকম অদুদা বা ঙাংগদৌরি।" মতাং অসিদনি মখোয়না পাস্তেলদা মীংথেং পুম্না চীংশিন্দুনা ষ্টেজদগী চীংথনবা হোং-নখিবা। ময়ক্তুদা চাননমক চময়বা অম লৈখি। পুম্নমক অহুবু থেংনখ্রগা পাস্তেলনা বা ঙাংলমই তৌইঙম্মুং মহাকপু ষ্টেজদগী চীংথহনা মাকন খোঙ হাংদোক্তুনা মপান্দা ইহ্নোকখিরমই। উপশিন্দুনা ভাবদগী পাস্তেলগী মায়খোং ঈ থোক্ল শোকলমই। মহুগী মতুংদগীদি মেশর অয়াম্বা মিটীং থাদোক্তুনা চৎনখিরমই। খুদোং থীব থৌদোক অসিন মী পুম্নমক্কী মীং পাংহল্লে ।"

অম্সুমনা পারয়্লগা টালয়া প্লেটফের্ম থাদোক্লমই।

এজিটেশন অমস্তুং প্রোপেগণ্ডা ডিপার্টমেন্ট অফ দি গুবর্নিয়া পার্টি কমিটীগী ইন-চার্জ সেগালনা থা অনি মপুং ফানা পুরকলবনি প্রেসিডিয়মদা টোকারেভকা হেক থংনমা কমহুনা সেগালন ডেলিগেটশিংনা ঙাংলিবা বাবু মুম্না তাশিল্লমই। হৌজিক কাওবদ বা ঙাংলিবশিং অয়াম্ব-া কোমসোমোলদা লৈরিবা নহারোল ঙাক্তনি। মখোয়গী বাবু তাবগা সেগালনা থল্লমই: "হৌখিবা চহি থরসিদা মখোয়বু কয়ম্না মওংদা মপুং ফারকলিবনো।"

"ওপোজিসনশিং অসে কক্তনা শাওরে." সেগালনা টোকারেভতা থংহল্লমই, "অহুগা, মপাঙল লৈবা আর্টলরিদি হৌজিক কাওবা শীজিন্নত্রি। ফুপা নত্তা অসিনি ট্রোটস্কাইটকী খোঙ্গুল লৌরিবা।"

মথংসিদা চুফটা প্লেটফোর্মদা বা ঙাংনবা কাথংলক্লমই। মহাকপুম্বু মানিংদনা নোক্লবা, লাও-খোংবা, মোকশিনবীনচিংবা ফুংঙাইতবা লমচৎ কয়ানা ওকশিরমই। মদুদা চুফটানা প্রেসি-ডিয়মদা ওমশিন্দুনা মঙোন্দা চৎলকলিবা লমচৎ অদুগী মায়োক্ত বাকৎলমই। মতমহুদদি হোলহু তপেংনমক ইইং ইংথত্রে।

"কমাণ্ডম্বা অমনা ঐবু ঊশিং-মুংশিংকী ময়মদা অথংবা কৌখিবদো, মহুনহি, কমরেড পুম্নমক, নখোয়না ঐগী রাজনীতিগী

"হৌজিক ঙসবসিদা ৱুরিনেতাগী চিঠি অমা লাওথিনাবা পাখোকথিবহনি, মরম অদুনা ঐখোয়না হেক্নোকপা বাহংশিংগী পাক্লুমে পীগনবগী আশা তৌজদে, মহুদি বা শাংনরকপগী মতুং ইন্না মশানা লাকচগনি।"

ঙমকীপা হেক ভাষনবা কর্দিবা টকতেটায়েভ শাউনা হংলক্লমই:

"অপংবা, মখোং হুক্তবা বাশিংসে ... ...।"

"অং।" ঙমঙ্কীনন্থ খুমলক্লমই। "মসিগী বুদুসিদা এখোয়বু পুম্নাং মাংহনগদৌরি।" টুকটাদি অহুমক চংথরমই। মহাকী অয়াকপা অহৌবা খোজেলদুনা হৌনা হৌনা লাওহনা অতাবশিংগী নাকোংবু বায় চিলহনমই।

"করিগুম্বা নখোয়না মশাং হেনবা কাংলুপ অমা শেম্বা তাববদি, ঐখোয়নস্থ মশাং হস্থব কাংলুপ অম শেম্বগী চপ চাবা অধিকার লৈ।"

বাহুদগী অমুকস্থ হোল মনুংহু লাংব হৌরক্লমই। অশাউব কৌবা খোজেনগী নোংনা মায়কৈ পুমনমক্তগী টুকটাগী মথক্ত চুথরকলমই:

"অহুবু করি হায়রিবনো? অমুকস্থ কমা বোলসেভিক অমস্থুং মেনসেবিকী বা।"

"রুসিয়ান কম্যুনিষ্ট পার্টি অসে পালিয়ামেন্ট নত্তে।"

"কাংলুপ নাইবা শেমনবগীদমক মখোয়না কম্না যোমলি, মায়াম্নিকোতভগী মার্তোভ কাওবা।"

মীয়ামগী অশাঙবগী নোং মরক্তুদা টুকটা তুরেল অমদা চোংথরগদবগুম, মথুং অনি তিংথোরক্তুনা শাউনা মৈ চাক্লবগী মক্তৌগুম পুনা লাওরকলমই:

"হোই, ঐখোয়না কাংলুপ শেম্বগী নিংজবা লৈ। অহু নম্লবদি করিজিন্নো, ঐখোয়না অস্রক নিংথীজনা শেম্বা, লৈবাকমক্তা

তারবা য়েজোবিটিগী মাহোক্ত ঐখোয় ঐখোয়না মামদবা মত করামুক পীশিন্নুনা য়েংনরিবা ?"

হেন্নমুক নিল-খোংবা হেনগৎলক্লমই। হন্দক্তা পানক্রাটোভ তুমিন্না কপ্পা ওবলক্তুবাম্রে হৌগৎতুনা লাওরক্লমই:

"মাবু অয়ুক্ত ওাংহনজি কৈদৌবগে। মাগী অপাম্বসু অদুক হায়জসু। ঐখোয়গী অপাম্বসু টুকটানা হায়রকপসু য়াইনা।"

অমুকসু অরাংবা নেমথখিরমই। হৌজিক্তা টুকটা জ্ঞান তারক্লে মহাক লাপথম্না চৎলুরে। মতাক্তা হায়গী ৱাঙাংদো তোক'খবসু য়ারে। মহাক্তা ৱাথমসু মওং তাদবা ৱাঙাং অহুবু জ্ঞান তারক্লহনা মহুবু থাদোক্লগা মরিক চুমব ৱাহৈগী পওখৈদা চংব' হৌরকলমই·

"নখোয়ন ঐবু মকমসিদগী ইপ্লোকপা ওমই। অহুগী থবক্তি কাম্না হৌগ্রবনি। ওবর্নিয়া ক'মিটি অক দি কোম-সোমোলদা ঐহাক কৈন্দ্রে হায়বসি মীয়ামনা উবীরবনি। ম'সিগীদমক্ত খনবীক্লগসু, ঐখোয়না তম্মনমক খ'লগনি অচুম্বা কন'নো হায়বগে" অসি হায়রম্লগ টুকটা ষ্টেশনদগী চোংখহুনা কুমথখিরমই।

টঙ্গভেটায়েভনা তুাবত্তাদা চে অম পীরহুনা হায়রমই। "মিট্যাই, মহাক্লা মথংসিদা ৱা অমুক্ত ওাংবীয়ু। নত্রবদি কৌজমসি করয়োই। কৌভমসি কত্রে হায়বসি অপেংনা উরবনি। ঐখোয়না টুকটাবু চুমথোকপা তাবনি। মকম মরা থংদনা ৱায়াম ওাংবা অপংবা নুপাসি"

তুাবত্তা ৱা ওাননবগীদমক্তা হায়জরমই অদুদি মহাকপু মীয়ামনা য়াবীরমই। মহাক্ত ম্রেটকোয' মথক্ত হেক কাখৎ-লকপদা হোন মহুংগী মীয়াম পুমনমক অমা তৌনিঙাই ওইবা মওং অমদা তুমিন নৈখিরমই। মীয়াম তিনবা সজা অমদা কনাওমনা কন্নিওবা খব ওাংদমদাইদা মী·পুমনমক তুমিনমা

লৈবা হায়বসে হৌনশানি, অদুবু, ড্রাবভাগী মতাংদদি মহোক্না করিগুম্বা তমথীবগী ঊথক অম য়াওদ্রি। অদুগুম্ব ঊথক অদুগা লোয়ননবা লোমনলগী মিটীংশিংদা য়া তাংখদনি চীয়াদবু ইংথান-খিদবা। নগা থাক্কী কমবেভশিংগী মকথদা লোংস লোংসগী মায়-থীশিল্লকপা, ঊশিংগা থাউগা য়ানশিন্নবগুম খোকলবা, কুচু তাইরবা মংাক্কী য়াথলবু, ইচম চমনা মরাল য়াজবা চমদবগী মমশব নৈখুনা মহাকপু থানা থনভিল্লকলমই। মরম অসিনা, মহাক মশামক মেজোরিটিদগী তোঙান 'তায়গনি থংনা থংনা চুমজ্রিং হেক্কমক ডাংলগে হায়না লেপচরমই। খোম্না লুজক্রবদু লয়া শেংবা খোনজেম্না মহাক্কা ডাংবা হৌরকপমই।

"ঐহাকনা য়া ডাংজবা মতমদা চানবীহুনা ঐঙোম্না য়াহংনচিংবা হংবীহুনা পুক্নীং লাংহনবা অমদি মরক থংপীগন্থু। ঐন। মীয়ামগী মাংদা ঐখোয়গী কীভম অসি তরু তরুনা থমজনিংবনি, অদুবু, ঐহাক্কা কান্না থংজরে মতুদি মসিগী কারবা লৈরোই, মরমদি মখোয়না মেজোরিটি ওই"

মতাক্কা য়া ডাংবা লোইশিল্লকপা মহমদদি হোল মচুংহন্না বোম অম থাথহুনা পোকথায়বগুম তৌরমই। অশাউবগী অকনবা নোং মুংশিং অমনা লাও খোংবদু পুহনা মঙোন তম্না হুমজিল্লক্রমই। শাজেনা কমবগী মতৌগুম করিগুম্বা নমু অমনা মঙোম্না থীল্লকলমই।

"ইকায়নিঙ্গাইদনি!"

"কাংলুপ নাইহন্দুনা লৈখা তাহল্লবা!

"চাংতাবা মতিক ওকই!

লোক্লবা অমদি করেম্নবগী মীনোকসক্কা ড্রাবভা মহাক্কী কমকম তম্না চংশিন্দুনা কমথরমই। মীয়ামগী মীনোক-করেম্নবগী হাহৈ অদুনা মহাক্কী থম্মোয়দা ছুরি অমনা থিনবগুম তৌরমই। মখোয়না লেন পুবা নোং মুংশিংকা লোয়ননা হুমজিন্দুনা মহাকপু পেনহনগদৌববুদি, অয়ানবা য়া হেনজিম্না ডাংলিবা,

ওইদবা রাকপদা খোনজেল থাদিবা, কাদবা শীলক অমুসু করেদবা থবাদি লোকুবগী থবক ভৌদপবনি।

"অবংদা দুকসীনা বা তাম্নীগনি," অতাগতিগা ক'গি থাদ্রমই।

দুকসী কৌগংলকপমই। "ঐহাক বা থাই: ওবোই।"

দুবস্কীনা অদুম্না হেক হায়খগা মখিংগী পরেংদগী পানক্রাটোভকী নেনবা খোনজেলা লাওদরকলমই।

"ঐহাক বা অদুক্ত তাংবলে!"

ভ্রুবভানা পানক্রাটোভকী খেন্নিজেল ওারগা থংবা দুবই মহাক বা তাংনিংবনা মপাদো খ্রোক খ্রোক চাকলে। অদুগা মহাক্ত তমথীনা মায়থীরবা মতমদা মহাকী দুম্নবা খোনজেলা হেক হেক তংলকই। মরেপ রাংবা, কোন্তুক তৌথা মুণ্ডিতুনা ষ্টৈজ মথকত শুকথরগনা প্রেপ প্রেপ কাথংলকপা মতমদা মচৌদ হৈজদবা রাথল অমনা তায় তৌরকমই। মহাক্ত থংই, পানক্রাটোভনা ক'র হায়রকদৌরিবনো হায়বহু। লাহন কোমসোমোলদা পাংথোকখিবা মিটিং অমগী মতাংদা থুদম্ভুদা মহাকনা থুরমই। অরিবা মকুপশিংমা ভগোডজিসন থুগায়নবা মচৌদা হায়জখিবদু। টজভেটারেভ অমসুং দুবস্কীসু মহাকা লোয়নরমই। মিটিং অহু টোকারেভকী যুমদা তৌরমই। মখোয়না চংপা মতমদা পানক্রাটোভ, টালয়া, ভোলিন্টজেব, ভেগেমোভা ষ্টারোভের:রাভ অমসুং আর্টিযুখিন লৈরমগে। ভ্রুবভানা পুনশিন্নবা হোংলবা কনানসু থৌশাবীরমদে। মরম অহুমা মিটিংগী মথাং চল্লকপা মতমদা টজভেটারেভকা লোয়ননা মহাক মপান্দা থোকলমই মরমদি মহাকী শোয়ষিবু মরালি মীজগে হায়না থগবগী তাকনদা খানিংদা চেংনা থমহুনা। দুবস্কীদি মীচিংহুদা "অচুম্বা লৈতৌরমই।" অহুগা হৌজিক্তা মহাক বা তাংডু "হায়বা তাদবা"। "মকু রাওদবা নাইহিন্নি হৈবা। মখোয়না থাবু খাপথিনবীগদবা থাই," ভ্রুবভানা অদুম্বনা শাওনা থরমই। মচুং তাম খংবীবা অসিনা মহাকী অরিবা মকুপ থাবু কাননহল্লে।

কমরেডশিং, মখোয়গী ৱাডাংদো য়েংথীচাওবা কয়াক থম্বনবা ৱাডাং ডাক্তনি। অকনবনা নিংথৌ ওইবা, অকনবন্না লৈবাক ডাকপবু পার্টি অসিনা শৌগৎপা বোলসেবিক অম ওইনা অমদি লৈবাক মীয়ামগী অপাম্বা অমদি ৱিভোজুসনবু মাংহনবা অম ওইনা মখোয়না কমকয়েন্স অসিদা ৱাওরি। রুসিয়ান কম্যুনিষ্ট পার্টিবু লীংথংলকইরা, তমথীরবা মায়গী কৈতুমশঙদা অরাবা থাংলকলবা, কমরেড লেনিনগী ৱাথলগী পরিংদা নিংহন্নদবা থৌনা অমগা লোয়নবা মেনসেভিজম অমদি ট্রোটস্কাইটকা লাম্বেনরক্রিব'. খ্বাইদগী হেন্না পার্টিগী থাজনিঙাই ওইরবা কাংলুপ, নিংথীজনা মরা চেংলবা মীংচং ফংলবা, ওলডগার্ড বোলসেভিকশিংবু মখোয়না ব্যুরোক্রেট পার্টিনি হায়রুনা কমা হন্দুনা ঙাংলি। য়েক্লবা মী নত্তুন, কনানা অসিগুম্বা ৱাডাং করমনা শীজিন-নগনি? পার্টি অসি অমদি মসিদা থবক তৌরিবা মীশিংসিবু অমথক্তরা? পুমম্বক অসিগী মরমদা ঐহাক থংবা পামই? ঐখোয়গী ইউনিট অসিবু য়েক্লবনা লাজোয় চল্লবা মতমদা নহা ওইজরিবা রেড আর্মিবু, কমাণ্ডরশিং কমিসারশিং অমদি হেড কাটরসগী মায়োক্তা থবক তৌনবা থোজিলোবা মীশিংবু ঐখোয়না করি কৌগনি? ট্রৈ টস্কাইটশিংগী মত মতুং ইমদি ঐনা মেকা-নিক নত্রগা থুংনা থবক শুজবা মী অম ওইরিবমথৈ ঐ অহুম করি, তৌইগুম্মসুং, করিগুম্বা ঐনা মরেংদগী পার্টি কমিটিগী সেক্রেটরি অম ওইবা তারবদি, ঐহাক ব্যুরোক্রেট অম ওইগনি, চৌকীদা স্থুব কমজিন্নুনা লৈবা মী ওইগনি।

মসিবু অহকপা নত্তবে কমরেডশিং? প্রকাম্বনীদমক ব্যুরোক্রেসিগী মায়োক্তা থবক তৌরিবশিং অসি। খুদম ওইনা হায়রবদা টুকচা মহাকী থবকনী ব্যুরক্রেট অম ওইবগীদমক লৌখোকখিবা নত্তবে? নত্রগা লোলোমেলকাগী মীয়াবদা মহাকী ডিমোক্রেসিগীদমক্ত নিংথীজনা শকথংলবা টঙকেটোরেক্ত। নত্রগা মতুক হায়গৎপা অমদি পোদোরক্ত ভিত্তিতা থবক, তৌবা

নৱাংৱগীদমক্ত থবক্তগী অহনক লৌখোকলবা অক্লাজেৱ ? পূম্মক অসিনা করি পূৱকলে ? পার্টিনা মখোয়গী অয়ানবা থবকীদমক দণ্ডি শীখিবশিং অহনা অমত্ত ওইনা পুনশিন্দুনা পার্টিগী মায়োক্ত থবক তৌরকনি ; মৱম অহনা ওলড বোল-সেভিকশিংনা ঐখোয়না ট্রোটস্কাইটকী 'বোলসেভিজম'গী মতাংদা ৱা ঙাংহনবা কৈ। ট্রোটস্কাইটাশিংনা বোলসেভিকী মায়োক্তা থেংনশিবগী ইতিহাস হৌজিকী নহারে'লশিংবু ভাহনবা অমদি থংহনবগী তঙাই ফদনা য়াম্নমক দৱকার ওই। ওপোজিসনগী মায়োক্ত থবক তৌবা অমদি মখোয়গী শক্তিগা থেংনবনা ঐখোয়গী লাম্মীশিংবু মখৌ হাপই অমদি কীদম নৈহনলি। তশেংনমক, বোলসেভিক পার্টি অমদি কোমসোমোল অসে বুর্জ্জুৱাশিংগা থেংনবদা 'য়োং' হায়বদু ওল্লবনি। মীয়ামবু কীহনবা অমদি পাখংহনবা ওপোজিসনগী থবক থৌওং অসিনা ঐখোয়গী রাজনীতিগী থোঙথাং অমদি আর্থিক অবস্থা শোক্ক-হল্লি। অহনবু, অথং-অহৈ শাহ্নুনা ৱা য়ামনা ঙাংলিবা মখোয় অসিগী মমল হয়েং হায়বা মু´মং অহনা ঐখোয়না থংব ঙমগনি। মখোয়না ভাম্লি, ঐখোয়না থাব্রিবা ওলড বোলসেভিক টোকা-রেন্ডকী মফম হনজিনববু লৌখোক্তুনা মুংশিং মশী ওইরিবা, পার্টি´গী মায়োক্ত থবক তৌববু থৌনা কবগী থবক্তি হায়না থমজরিবা তু বস্তানা মহৎ শিন্নবা। নত্তে, কমরেডশিং, ঐখোয়না মহু য়াপদবা নত্তে, য়ায়োইদৌবনি। ওলড বোলসেভিক-শিংবু লৌখোক্তুনা মহৎ শিন্দোকপগী অয়াবা নৈ, অহমকপু ঐখোয়না করম্বা ওলড বোলসেভিকপু শিন্দোকনগে হায়বহু মুম্না থীজিনকম থোকই। পার্টি´গী খুদোং থীবা ভানভা ওই-মকলবা মতম অদুদদু পার্টি´গী মায়োক্ত থবক তৌরিবা মখোয় অহু ওলড বোলসেভিক ওইরবদু মখোয়দি শিন্দোকপা ভাবনি। মরম অসিনা, কমরেডশিং, ঐখোয়গী চাওরবা পার্টি´ অসিগী একতাবু কৈদৌউৈদদু থুগায়রোইদৌবনি। থুগায়নবা শিনবা

তাখিনি। অদুগুম, ঐখোয় চাইবা তাথনি, মেখো তাকনি খুংশিং অসে কদোমদা শিংলিবগে হায়থনে'ঙ, অতম্বহুদনি ঐখোয় খাংখিবা তাকনি।"

চুকতা হৈনিংলনা চৌকিদা থগা লেপলমই, মিংখা কাপ্পা তেকথরমই, থোঙনাউ থনাক্ত কমলদুনা মখুং চুজিন চাক্কুহনা লৈরমই। টককেতাক্সেতকী বাবু তাপ্পা মহাক্কী হৈনিংদবগী মতুং মাংপ্রুন: জিচাংদা তাশিল্লকলমই। "অসিগুম্বা মেদুতন্দা মায়োক্তা ঐ লৈরে." বংশাউ শাউনা হায়রকলমই। ঐহাক ইশাগী ওইনা থনতবদি কনকয়েলকী তাবেদ অদু ঐখোয়গী ঊথতপি। ঐখোয়না ঐখোয়গী ইমাদিগীদমকত খেংনেরকলি, অদুনা হৌজিক্তী. লৌথিবা থাবেগ অদুনা ঐখোয় চংবা তাই।"

কোরোতেরোক মথোঙ্দা মানিংনা যেংলকলমই। "ঐস হায়গে হায়না থরিবগ মহুসি।" টারোতেরোকনা থুম্মক্লমই।

ত্যাবতা কয়েমলবন্তুনা মাংয়েং অমগা মুম্বা যেংলমই। "মংবু কৈনোমা তৌ হায়মদি কমানস্থ থাথনবীয়কে। হৌজিক নহাক শুবজিন্না কনকয়েলতা 'তেংথাক্কুনবা' তাজা লৈরি।"

স্নুমস্কী শাউবনা কুক হৌগংলমই। "ভথিন্নি! মংগী খোম্নাক ঐ মানিংদে, শেগ্না হায়রবদি নংগা ঐবু খৈংবীবনি অদুগা ঐগী হায়রী কীতমদা অমুক হনজিমবা ইমশিনিবনি।"

ত্যাবতান মহাকপু ইম্মোকলমই। 'নহাক্কু তৌরিবদুমক্কি ঐনা থরাম্ম। তেনজ্ঞৌ, চত্‌লো, অদুগা তেংথাহনা য়াকংলুবো থেং-থক্রিইতসিনা।" রাসি হায়বগা ত্যাবতা চুকতাগা খুং পোকন-রমই, কমলিবা থী অতৈলগী অহুনগী থোকখিরমই। স্নুমস্কী অমদুং কোরোতেরোকপু হৌগংতুনা থোকখিরমই।

শোক ১৯২৪ হায়বা চহি অসিগী ইভহাসতা থীবুমারি থীগী অইংনগী লৌথোকপু নীংশিংহল্লি। থা অসিগী উনগী লেপলপা খুংগাংনা উন তাবা মখমশিংবু চৈংনা পীম্মিশিলক্কমই! থা অসিগী মমাক চলশিন্নকপা মতমদি উন পুবা খুংশিংনা

উ উ থোংবা থোনজেলগা লোয়মনা মকম খুদীংদা হুমলমই অমদি অকিবা কংনা উন তায়মই।

সাউর্দন রেলবে অপুম্বা উন কুপশিনখিরমই। ইংবনা রং চিংশিল্লবা উন মরক্তুদা মীশিংনা রেল ভাশিনু কুপশিল্লিবা উন শেংদোকলমই। টেলিগ্রাফ ওয়াবশিংদগী উন মরি মখি য়াম্বরলই, উ য়াশিং মশা পুম্বা উম্ভনা য়োমলমই। উন অহনা হেনজিল্লক্তুদা রেল লম্বী ভরাগানিথোই লৈবগী মফুংদ অহমম্বক শিজিন্নরমই। অমনা চম্নো ইউরোপিয়ান অচুগা সরকার অচুগী লম্বী অনিগা।

সেপভোম্ভকাগী ষ্টেসন্দা মেচিন অহুমনা লেপ্পা লৈতনা তেক তেক হায়রব' থোনজেলগা টেলিগ্রাফ মেচিনশিং মথৌ চিন্নমই। লেপ্পা নাইদব', লৌকম খংদবা টেলিগ্রাফকী থোজেল অদো অখংবা মীগী মাকোংদদি মরোল নিংথীজনা লোল্লমই। থবক্তুদা অনৌবা চংলকপী মুপী ওপরেটরশিংনা শিজিন্নরিবা কিভাদি কিলোমিটর কুন্দগী হেন্না চংখ্‌ত্রি। অচুগা মথোয়গী মাকন্দা থবক তৌরিবা অহৈবা ওপরেটরনা শিজিন্নরিব কিভাদি কিলোমিটর চনি হেন্না চংগ্রে। মহাক্না থবক শুমিন্নরিবা মমানলবশিংগা মহাক্না মায়দে — মহাক্তি টেপ্পা ইরকলিবা মরোলবু পাক্কবগী থোইদোক্কে, থোজেন্দু তাবতনা মরোল পুম-নমক খংলমই। মকম মকমদগী তৌরকলিবা বাহৈ থরতনা অর্থ চাওমা ফোংদোকপা, অপুনবা বাহৈ অমদি অরুব' বাহৈ-মচিংবা মঙোন্দদি থোইদোকনা চমম্বা লৈতে। মরম অহনা মহাক্ন টেলিগ্রাফকী তিক তিক হায়বা থোনজেন্দুতমক তারগা অচুম্বক ইরমই। মরোল ময়ামচুম্বী মরুকত খংহৌদনা "মী পুম্নমকতা, মী পুম্নমক্তা, পুম্নমক্তা!" হায়বা বাহৈ অসি তাবরক্লমই।

"উন শেংদোকপগী অনৌবা সারকুলার অম ওইরম্বা য়াই," বাহৈশিং অচুবু ইশিন ইশিন্না অহল ওইরবা অংদি হৈরবা টেলিগ্রাফর অদুনা থল্লমই। মহাক্না থবক তৌরিবা টেলিগ্রাফ

কুমগী মপান্দা উন লিংখৎলবা তারি, খোঙমাউদা উনগী মরি মরি যাম্বরি। মতমচুদা টেলিগ্রাফ অচুনা থম্লমই, কনাগুম্বা অমনা খোঙদা থীগ্নি হায়না। মরম অদুনা মহাকনা খোঙজেল লাকপা মায়কৈরোমদা য়েংলমই অদুবু, খোঙনাউদা মরি মরি য়েংশিনদুনা যাম্বরিবা উনগী অচৌবা শকতমনা মহাক্কী মীৎয়েং কাখিন্নমই। অচৌবা উমা মশা-ময়েং মশোক্তুনা লৈপাল ওইনা হৌরগা, তনৌ তনৌরবা উনাশিংনা মরুবগী শক্তম হাঙ্গভুম, লিংখৎলবা উনগী দৃশ্য অদু খুৎহৈবা কনানা মসমক লিংখৎলনা হক্তুনদ্রু মচুগা চাংদমবা ওমলোই। মীকুপ খরদি মহাক্কী বাখল লম্ফাংলমই, শুমহৎনিঙাই ওইরবা প্রকৃতিগী দৃশ্য-য়োমদা চংখিদুনা টেলিগ্রাফকী মরোল তাবা লেপলমই। খুদক্ক জ্ঞান হেক লাকপগা টেপ্পা য়েংদুনা মহাক্ক নানখোকপ্রিবা বাহৈশিংবু পানবা হোৎনরমই। টেলিগ্রাফ অচুনা বাহৈশিংবু অদুবু ইশিল্লমই:

"মুম্বিদাংবাই পুং ৬'৫০ জনুয়ারি ২১ ···· —" তহাননা বাহৈশিং অদুবু ইশিল্লগা ওপরেটর টেপ্পা মশা তামথদুনা মথুং খদাংদা শোৎরগা টেপকী মরোলবু মুমা তারমই। "ভরাং গোর্কিদা লৈখিদবনি ········" তপন তপন পাউ অদুবু মহাক্ক চেদা ইশিল্লমই। শাংলব মহাক্কী পুন্সি অনিগী মমুংদা অরা-মুংঙাইগী পাউ কয়ামুক তাগ্রবনি। কয়াদা তোয়না মহাক্ক অতোপ্পা মীশিংগী অরাবা নত্রগা মুংঙাইবগী পাউ হায়া তাবা মীশক ওইরকলবা।

টেলিগ্রাফকী অতেনবা বাহৈশিংদা করি হায়রিবনো হায়বগীদমক বাখল মুমা মুমা থনবা তোকখিবা কুইরবনি, মুপ্পগী খোনজেল তাবগা ইশিনবা নত্তনা। ওসিদি মহাক চানমমক বাখল থনখি।

হৌজিকস্ত কনাগুম্বা অম শিরে হায়বগী অশেংবা পাউ পীরি। টেলিগ্রাফ ইহান হানবা ওইনা পীরকখিবা অহোবা বাহৈশিং

পারমই; তোইঙুখমরু, মাতৈশিং অঁহু ওঁনু থাম্বা মাখিত্রে "ভলাডিমির ইলিচ লেনিন শিরে।"

মরি মশাং 'ওইনা' চংলিবঃ টেপ কিতাদা হৈরিংগী মুমা য়েংলক্লনা অহল ওইরবা ওপরেটর কিংবা ফুক হৌগংলমই। কৌজিকী, মিটর অমি শাংবা টেপকী মরি অঁদুনা মহাককী থাজবা ওইবরু নাখৈ শেংহল্লে। ডাক্তরবা মাগখোং অমগা লোইননা থংবা মহাকী মক্কুপু ওনশিল্লুনা পাখংনা অমদি অকিংবখংগো মামরবা খোনঞেল অমমা হৌরা লাওরমইঃ "লেনিন শিরে!"

ভর্থীরবা পাউ অঁসিনা, কম্না শিংলিব নোং-মুংশিং অমগী মতোওম, লাওনা হাংদোকলিবা টৈলিগ্রাফ অফিসকী থোঙ লাম্না স্টেসন তম্না চংখিরমই। ইংলবা উনগী মরক্ত, রেল তালিশিংগী মরক্ত শমহুনা, শাটে থাবমা শগোলওম, মাংনা চেন্নুশা য়োংকী কোনখোঙ নমথাম্লুনা রেলয়েসোপ তমনা চংশিনখিরমই।

অতোনবা গেরেজদা ক্রিমুশিংনা ঈঞ্জিন অম কম্না শেমলি। অহল পোলেন্টোভস্কী ঈঞ্জিন মথাদা পাকথদুনা মেকানিকশা মাখবা মকমশিং তাকলি। ডাথায় ক্রজাক অমদি খার্টেমবা অকোনবা স্ক্রেপ চুমখোকলি। ডাথায়না মুঙকাল মথক্ত য়োংচৈ থাজংলহনা শায়রি। আর্টেমনা অকোনবা য়োং মথক্ত মুঙ-থংনা য়ৈখল্লমা চুমখোক্লবা হোংলরি। ডাথায় অহল ওইরে। কৌথিবা চহিশিংনা মহাকী লাইমকতা শুপচিনবা মরি থরো-রমলে অমদি কোকত অতোবা মচু শংবীরে। মথাং কোত্তক তৌরে, মুংশিল্লবা মীং অনিদা অহল ওইরকপগী মরি তারে।

ঈঞ্জিন শেমকম শঙ্গী খোঙজিলদা মীকুপ অমরোম মথক শেংনা উদবা, মরি শাখিবা মুত্তি অমা লেপলমই, অমুদগী চুপ্লিরংবাইরমগী মতামদা মবাকপু কুপশিল্লরমই। মুশা অচুমা অহানবা লাওখিবা খোনজেল অমুদি, অকোনবা স্ক্রেট

মুক্কথনা ঋৈথবগী খোনজেল্লা নুমথংখিদুনা থবক শুরিবা, মী-শিংদুনা মহাক্কী খোনজেল তাল্লমদে। মরম অদুনা মুপা অদুনা শিল্লীশিংদুগী মনাক্তা চংশিল্লুনা হায়রমই। মতমদুদা আর্টেম মুথংথ, পাম্নংদুনা ঋৈথপদবগী মুকুনা লৈরমই। "কমরেডশিং লেনিন লৈখিড্রে!"

অঙকপা অমদি, তুকুংখিছাই ওইরবা রাইহেশিং অদুবু তাবদা আর্টেমগী মহাক্কী লেংবাম মথকতগী মুথং তপন তপনা মাদু-রকুনা পাজল করি অমত্তা রাওরবা মী অমগী মখোওম, মুথং অদুবু কাংক্লিক্তী লৈমায়থক্ত তপনা থমলমই। "করি! মহাক্ হায়খিবদু করিনো?" পুক্নীং তুকুংখিছাই ওইরবা পাউ পুর-কলিবা মুপাদুগী রাও মতুগী খুং-থোঙা উপলিবা খুং নিক্নদুনা হংলমই।

আর্টেমগী থক্কংলবা মওং অদুদা মুপাদু ঊংথরগা, থব চনিং তানা কোন্দনা নেমলবা খোনজেলদা হায়রক্লমই: "অচুম্বনি, কমরেডশিং, লেনিন লৈখিড্রে।" আর্টেমনা থংলমই, মরম অদুনমি মুপাদুনা লাওখিদবদু। পাউ অদু তশেংনা তমথীবা ওইমনা। হৌজিক্কুদা আর্টেমনা থংলকলি, থম্মোই কায়নিছাই ওইরবা পাউ পুরক্লিবা মুপাদু কনানো হায়বা। মহাক লোকেল পার্টি ওর্গেনাইজেসনগী সেক্রেটরিনি। শক মমুংদা থবক শুরম্বা মীশিংনা মপান্দ থোক্তুনা, পৃথিবী শিনবা থুংনা অমদি পৃথিবী অপুম্বা শন্দোকলিবা, অচৌবা মুপা অমনা লৈখিদবদা ওইরক্লিবা লৈবাক্কী ঊরাং অদুবু চিক্ক য়েংলমই।

ষ্টেসন গেটকী মপান্দা ঊনজিন অম মীয়ামগী মরক্তা নিক নিক লাওরবা খোনজেল্লা শংলক্না খোংলি। মীয়ামগী থম্মোইদু নীকহল্লবা খোনজেল, ষ্টেসনগী অথাম্বা নাকল অমদা চংলিবা ঊনজিনগী খোনজেল্লা খোঙাং হাপ্লমই। অপুম্বা অমুকন্দু মহুমতৌব ঊনজিন অমনমুক শকথরমই। মখোয়গী অপুনবা খোনজেল্লা ষ্টেসনগী খোংজিলবা সাইরেনগী রাংলবা

খোনজেলগা তিময়থিঙ্গনা, করিগুম্বা অহাংবা খুংলায় অমনা পাইশিল্লকুনা পানবগুম, পুক্লিং তুজুংবা পোকলবা খোনজেল অচুন্না মীয়ামগী থম্মোয়দা হংচুনা চংলমই। কাইত্তনা চংকদোরিবা, লক্করবা মী পুবা রেলগাড়ীগী লূমলবা খোজেলগী ঈপাক্তা মী পুম্নমক ঈরাকনবগুম তোরমই।

সেপতোভকা-বার্সো একসপ্রেস হায়না থাবা পোলিস রেলগাড়ীগী ঈনজিন খোঁবা ড্রাইভর, খুদোং থীবা নত্রগা থম্মোই শোকপা খোঁদোক অম থে'কসে হায়বগীদমক খোংলিবা সাই-রেনগী মরম থংলকপা মতমদা চাইহক্তং তুমিন্না খোজেল অচুবু তাহুন্না লৈরমই। মীকুপ খর হোৎলবা মতুংদা মখুং তপনা তপনা থাজংচুনা ঈনজিনগী হুইসেনগী কোর্ড চোংলমই। মহাক মশানা থংজে, মহাক্ক হোৎজিক খোংলিবা হুইসেল অসি মহাকীদি অরোইবা তানজানি। করিগুম্বা মহাক্ক মতাংসিদা ঈনজিন অচু থোৎখিনবগীদমক্ত খোংহৌত্রবদি মহাকী পুক্নিদা ঈনজিন অচুবু অমুক হন্না খোঁবা ফংলরোই। মহাকী পুক্নিংনা যানিংদ যানিংদা হোৎলবা হুইসেন খোংচুনা ঈনজিন চুংবা হোৎকললক্লমই। চাই-হাক তুমিন লৈক্লগ হুইসেল থংখোং খোংলকপা অমদি ঈাজন চুংথংলকপা অচুদা GPU এজেন্ট অমদি চানমক থংলমই। মহাক্কসু নত্তে থংলিব পোৎলমকী কোয়য়রাশিং অমদি ডিপ্লোমেটাশিং মোল্লব কমকমদগী, বার্থতগী ফুক ফুক হোগৎলমই।

লৈথিত্রবা কমরেড লেনিনগী অশিবা হকচাং লৈরোন চনবগী রেলবে ৱার্কসোপ মসুংদা পাংথোকলিবা মিটিং অহকপা ফংনা মী তিল্লমই। চাওরবা ব্যূলতিং অহাংবা মচি অম ফাওবা লৈরমদে। অচুবু অচুক য়ামগ্রবা মীয়ামদো চেক-মোক ফাওবা লাওরমদে — লূমলবা থম্মোইগা লোয়ননা হুংগুক-হুংজানন তুমিন তুমিন লৈবনা পুমচিক চৌরুমই। মতম কুইনা বোলসেভিক ওইরক্লবা শায়াত্রিননা মীয়ামদা ৱা ঙাংলমই। বোলসেভিক শায়াত্রিন সেপতোভকা রিজনেল পার্টি কমিটীগী সেক্রেটরি ওইবনি।

"মুংশিজরবা কমরেড পুম্নমক! পৃথিবীগী লৌমী-শিনমীশিং লুচিংবা লেনিন লৈখিদ্রে। মহাক লৈখিদবা অসিনা কেনশিনবা ওমদরোইদ্রবা অমাংবা অম ঐখোয় শংহৌরে। লৈত-লাগনি লৌমী - শিন্মীশিংদমক থবক কয়া ঙমিবা বোলশেভিক পার্টিবু জীংথংশীনবা, য়েক্কবশিংদা পুক্নিং লৈত্তাহনবা ঈথিল অমা পীবিরম্বা লুচিংবা মুপাদো লৈখিদ্রে ― ―। ঐখোয়গী :পার্টি অসিগী লুচিংবা মুপাসিনা লৈশিদবা অসিনা ঐখোয়দা হায়রি, থবক শুহনা লৈয়বম্মু, মপুক থনবা ওমদ্রবা প্রোলেটেরিয়েটকী থৌনা কবা মচাশিং য়েক অসিদ মাওরো হায়দুনা ― "

কমরেড লেনিনবু ইকায় খুম্নবা উংদুনা চংলিবা কর্নেল মার্চকী মীয়াম কনা অমত্তনা টুপী উপলম্মদে। মুংশুক মুংজানবা মায়খোং, মুংহক্কুবা থম্মোয় পুদুনা ডুমিন ডুমিন চংলমই। মীয়ামদুগী মরক্ত, চহি তরামত্তা চুপনা কয়া হায়বত্ত থংলকত্রবা আটেম থম্মোয় ঈথিলনা মথনাও কুনগংদুনা, কমব লেংবান ইনথংদুনা থাংবা ওমদনা চংলমই। মীয়ামগী শব্দনা রেলবে ক্লবকী কক্লাং খোনজেল থোক্লা তেংথাবগুম তৌরমই। ব্যুলডিং অদুগী মপান্দদি হায়নিঙাই লৈতনা ইংলমই। ক্লবকী চংকম কোম্মোংদা হৌরিবা য়াংলবা দেবদারু পাম্বী অনি উম্না ঙোরোক ঙৌনা কুপশিন্দুনা অঙৌবা কীজোলনা লৈতেংলমই। মহাকী উপাশিংদগী অঙৌবা উনগী মরি মরি য়াহুরি। অম্ভুক য়াম্না ইংলবা মপানগী শক্তম, ওইদ্রনমু অহুংমদি মী চাকককী ঈনিন অমদি ঙৌভকী মৈশানা থর কুনবমাংখ শাগথলমই। চাওরবা নিংশিং মীতিন অদো পার্টি ওর্গেনাইজেসনা শীন-ল্যাংলমই।

মহৌশাগী মঙোওম য়োল মহুংদা ক্রিংলবা মীয়াম ঙুং ঙুং ওংলমই। লাংখিবা অকুম্নি মহৌশাগী মাঙদ। মুংঙাইতবকা নমহংলবা, কুনগংলবা খোনজেলনা লোনা শাংলমই মী খুদোংমকী মাবগোংদা থরাই গ্রংঙাইতবা অমদি পুক্নিং লৈত্তাদবগী মথি ভাই। কমবা নোং মুংশিংবা হিকাও শঙ্গা

মীৎ লাইজন্দুনা মংখমীগ্রগা, মিরেন্দুনা জোংলিনা মীয়ামনা হা-কার লাওদুনা খরাই হানা লৈহৌখওম, মী পুন্নমক খবাকগী ঐপাওনা তাহৌরে।

ভুমিজ ভূমিজ ধ্যুকগী মেম্বরশিং ৎপ্লচকেপম মথক্কা কাখৎতুন মা মাগী কমকখদা কপ্পশিন্নরই। মপা মোয়বা, মপা-জল কমা উখা সিরোণ্টেকো কোলিংখেল ভুপনা থাজলেগই, ভুপনা খিংলবই অহ্নপা ভুপনা টৌখল মথক্ক অমুক খয়লমই। ঐখক অহুগী মীয়ামদু মেকখহনবা মচুনা মতিক চায় হাম্মনা খরখি।

অহানবা ওইনা সেক্রেটরি অফ দি পার্টি ওর্গেনাইজেসন, সিরোণ্টেকো বা মাংমনখগীদমক হৌগৎলকলমই। মহাক্ল লাও-থোরকপা হাউাংদো মেমোরিয়েল মিটিং অমগী চপ চাবী মওংগা আমন্ত্রনদু কনা অমম্ভনা অহকপা পোক্লখিদে।

"হায়কর কয়াফুক্ল," মহাক্ল হায়বমই, "ঙসিগী মিটিংদা মপোম্ম পার্টিনা মাওজগে হায়না দরখাস্ত থারকলি। দরখাস্ত অসিদা কমরেড কুম্ভতরেৎনা সহি তৌরি।" অম্নম্না হায়রপা মহাক্ল দরখাস্ত মরোল পাখোক্ললমই:

"টু দি রেলমের ওর্গেনাইজেসন অফ দি সোলসেভিক পার্টি এট সেপতোভক' ষ্টেসন, সাউর্দন রেলয়ে।"

"ঐখোয়গী সুচিংবা লৈখিদম। অসিনা ঐখোয়দা সোলসেভিকনা মাওননবা ঐথিল পীবিরে, মরম অসিনা, ঙসিগী মিটিং অসিদা ঐখোয়না হৎকচি লেনিনগী পার্টিদা মাওবদা ঐখোয়দু মতিক চাত্রা হায়বগী বিচার তৌবীয়ু।"

লৈপ্রিবা অপথ ষ্টেটমেন্ট অহুগী নাকপা সাহি অমিথক জোৎশিন্নমই অহুমগী সিরোণ্টেকোগা পার্টিগী মেম্বর অম ওইবা কাকপনি হানবদা থরবা মীশিংগী মিং পাখোকলক্লমই। মহাক্ল মিংশিং অদুবু পাখোকপা অতমদা চাহিক্ছাক ওইহাক লেপ্তুনা মীয়াসনাশিংখীনবা তাৎনৌনবা তপনা তপনা পাখোক্লমই।

"চহি কুহ্‌ত্রুক ঈনজিন থৌবগী থবক তৌরকলবা ড্রাইভর কৌনিসলেভ জিগমুন্দোভিচ পোলেন্তোভস্কী।" মালিংবগী ঙ্গুং ঙ্গুং নিমবা খোনজেল অমনা কমরেড অদুবু শৌগংলমই।

"আর্টেম এগ্রেয়েভিচ কোর্চাগিন মেকানিক অম ওইনা চহি তরাঅরেং থবক তৌরকুবা।" "চহি কুনমাথোই ঈজিন থৌরকুবা ড্রাইভর জাথার ফিলিপোভিচ ব্রুজ্জাক।"

মতম কুইনা থবক তৌরকলবা, থুবাক কুরোন হদুন মথাং মথাং হৈরবা থুংবাঙ্গা মামবা লৈংজেল অমগী মথাদা থাগৎলকইবা ফিং পরেং অদুবু মথং মথং পাথোলকপা মতমদা হোল মঙ্গুংদা তিম্লিবা মীরৎলা বাকন অদুবু শৌগৎলদুনা মুরুম মুরুম শোননবগী খোমজেলা ঙ্গুং ঙ্গুং নিল্লমই। অদুবু, পাথোকলিবা মীংশিংগী খ্বাইদগী মমাং থংলিবা পোলেন্তোভস্কীনা মীয়ামগী মমাংদা বা ঙাংনবগীদমক্তা লেপলকপা মতমদা মীয়ামদো অমুক হুমিন হুমিন নৈনখিরমই। ঈনজিন ড্রাইভর অদুনা মহাক্কী হৌরবা পুন্সিগী বারী লৌহুনা বা ঙাংলকপদা মহাক মশামক্কী এজিটেসনবু মাংহল্লমই।

" — — কমরেডশিং, ঐহাক্না নখোয়দা করিবু হায়রুগনি। মীয়ামা হেন্না থংবীরবা বাকমনি। থবক শুবা শিন্মী মুপা অমগী অহল ওইরকলবা মতমগী পুন্সি। পুন্সি চুপ্পা মীনাইশুম পাজল থেক্লা থবক শুবা অদুগা মুংতাইরকপা হায়রবু অহল ওইরকলবা মতমদা চাকনিবশুম হৌংবা। লালহৌ অসিনা হৌরকপা মতমদা ঐ ইশামক ইমুং মচুংগী পোংলুপ্পা নম্বরবা অহল অম ওইনা পার্টিদা যাওহনা অচৌবা লম্বীদা চংবগী মহুত্ত: হুমিন্না নৈহৌরমই। মসিগীদমক ঐহাক্না মীয়ামগী মমাংদা ঈরাল য়াজরি। অদুবু, ঐহাক্না পার্টিদা যাওহনা লালহৌ অদুনা যাওবিদে হায়হুনজ্জ মেরুবগী মায়কৈদগী নৈখিদে। কম্রিশুনা তানজাদা লালহৌ অদুগী অচৌবা শরুক লৌরকখি। শোক ১৯০০ দা ঐহাক মার্কসোপ রেলবে সোপকী অপলোন

কমিটীগী মেম্বর অম ওইখি। থবক ওইনা চংশিল্লকপা মতমদা ঐহাক বোলসেভিক্কী মায়কৈদা লৈখি। মতমদুদদি ঐহাক মহা ওইরি পাজল মতিক চান কল্লি। কমরেডশিং, হৌজিক্তা খোঁঙোক বাক্কীশিং অসিবু নীংশিংলুহন্না কদৌক্লদগে! পৃথ্বীগী মীপুম থূদীংমক্কী মহাক্কী মিং থংনরবা, ঐখোয়গী লুচিংবা ইলিচনা লৈখিদবা অসিদা ঐগী থম্মোয়দগী মরু কংনা পোকই অহল ওইরক্লবা মতমসিদা ঐহাক্কী মকমসিদা বা ফাংলবসে মসিনা অরোয়বনি। কমরেডশিং ঐদ বা ফাংবস্তু হৈজদে, অদুবু, ঐনা তিনথৌরিবা মীয়ামদা হায়জরি: ঐগী পুন্সিনা চংকদবা লম্বীদ বোলসেভিক্কী লম্বীদনি, মসি মত্তবা অতৈ লম্বী অম লৈতে।"

বা থরসি ফাংলমলগা ঈনজিন ড্রাইভর, মন্তক লৈ-লৈদ্রনা অঙোবা পীগুম্না লৈতেংলবা মমিংনা ভাবকশিংদা। ইংনা অমদি লেপ্লবা মওংদা য়েংহনা মীয়ামগী অয়াবা ফাইরমই। কনা অমত্তনা অহল অতুগী মাংয়াক্কা বাবৈ অমকাওবা ভাংলক্লমদে। ভোট পীনবা মতমদসু কনামত্তনা ভোট পীদনা লৈহৌরমদে। পার্টি য়াওদবা মী ফাওবা ভোটকৌদমক অয়াবা পীরমই। মীয়ামগী অয়াবা ফংলবা, অমুবত্তা নংলকলবা অহল পোলে-ষ্টোভস্কী প্রেসিডিয়ম টেবলদগী কম্যুনিষ্ট পার্টি মেম্বর অম ওইনা কুমথৌথরমই।

হৌজিক অমুকস্তু মীয়ায়া করিগুম্বা মরু ওইবা বাক্য অম লৈরে হায়না শংলমই, মদুদি, চাউরবা আর্টেমগী মুক্তিনা অহল ওইরবা ঈনজিন খৌবা হুপাদুনা লেপলমকমদা লেপ্লরে। মহাক্কী পুন্সিদা মীয়াম মমাংদা অমুকস্তু খোক্লুনা বা ফাংখি-দবা ওইবনা মহাক্কী মীয়াম মমাংদদা করম্বা লৈগদগে হায়বা ফাওবা থংজরমদে। মথুং থমকম থংজ্রত্তনা টুপীবু চেংনা পায়রিল্লমই। লীংলিবা শামতুগী জেকেটসু কিবাস্নি লংতনা ফাইরে, মচু থাংজ্রে। জেকেট মমুংদা লীংলিবা চক কাবী আর্মি

নিংথৌ লাপ্পা লৈখিবনা মহাক্ক ঐবু য়েংশিনখীবা গুম্মে . ... অহুপা থবক শুকখদা কপংলকপগু লৈতে। অর্গ'ন মুপ, অহুগী মনাও মুপানা ইন-চার্জ ওই। মহাকসু অংকপা কন্তবা মী অমনি। মহাক্না ঐহোন্দ নত্তু-নত্তবা কয়া করেম্বীরমই। 'সিদা অমুক্ত লাকউ অহাং" মহাক্না ঐবু কৌই। 'আদগী ঐশিং অরুব্বা পাক্রত অমুক্ত পুরকউ' কাগী কাচিন অমদা মৈথক্তা থাঙ্গংলিব পাত্র অমদা মথুং হিন্দুনা ঐহোন্দ হ'য়রমই। য়েংবদা মুগুক মুনা শারশ্মোইদৌবগুম উরবস্তু পাত্রহ্ পায়রুবা মতমদদি খুং চাকথেকপ মথৈ শারমই। মহুদা অনাবগী চৈনা থাংবা গুং গ্রহনা লাওরমই। ঐগী ইতৌহ্ উবদা মহাক্কী পংোক্ত নোক্রমই। অমুক চোঙ্গনা লৈব গুম্মরোই, ঐহ'ক য়ুমদ ইমাগী মনাক্তা চেল্লমই। ইমাগীদি করি উপায় লৈরুগনি ঐবু মকমদুদা অমুক পুরক্কুনা থমলবা মত্তুনা। ঐহাক নিংশিংলি ইমানা লম্বীদ কপ কপ্তুনা ল'কখিবদো, ঐহ'ক নিংশিংলি। চহি অহুম শুরকপা মতমদ' মখোয়না ঐংগু'ন্দা থর থর তম্বীবা তৌরকলমই, ফুখীবগী থবক্কি লেপলগদে। অমুকসু থাংবা গুমগ্রগনা ষ্ট'রে'কোন্সটেমটিনোভতা চেল্লমই। মকমহুদা শাশেন্ত ফেক্টরি অমদা চংলমই। মকমহুদসু কোন চাম্বতদা চহি অম তৌখিরমই। অহুদগীদি মপু অহুনা ফেক্টরি ডু'ব্রদা থ'দোক-খিরমই। থা মরি কোপেক অমত্তসু পীবিদনা ফেক্টরি অহু লোইশিনখিরমই অদুগা মহাক মাংথোকখিরমই। কোম অহুদগী অমুক চোংথোরক্কুনা ডমেরিনকাদা য়েলগী থবক থীবা চংলমই। মকমহুদদি ঐহাক লাইবক কবা হায়বহ্ ওটথি। ঐবু খুং'শবীব য়েলবে মুপা অম থে'নরমই। ঐনা মহোন্দ ঐহাক মেকানিকী থবক থর থর হৈ হায়রমই। অহুদগী মহাক্ক' ঐবু মথোয়গী য়োসত মহাকী মমাক্কী হায়না পুশিনখীহুনা থবক অম পীখীনবা হায়জরমই। ২তমহুদা ঐগুম্বা মীগী মথলসি কোপেক তর্ব'-তংেং পীহন থবক তৌহল্লি অমুম্বা মকমহুদা ঐহাক মেকানিক

অমগী তেংবাংবা ওইনা থবক তৌরমই। হৌজিক হৌজিক ঐহাকী থবককী মতাংদা হায়জবা তায়বদি ঐহাক মকমসিদ। চহি মিপাল শুরে থবক তৌরকলিবা। মসিনি ঐহাক্না ঐগী হৌগ্রবা পুক্নিংগী বারী লৌজবা ঙমলিবা হায়ববু। ঐগী হৌজিক হৌজিককী পুক্নিংগীদি কমরেডশিংনা খংবীরিবা অহনি”

য়া খর অসি তাংলপা আর্টেম লেপ্লমই। চুপীনা মহাকী লাইবক্ত হুমাং কারিবহু তৈত্থোক্লমই। খর শাংনা হৌল্লমই। মহাকী ওইন থ্বাইদগী মরু ওইরবা বাদি হায়খিত্রি। মহুদি মকাংকনা হায়বদম্ব অরুবা অদুম্মক ওইবনি, তৌইশুবমুং মী-য়ামনা মতোঙ্গ নাম্থোকপা য়ায়রোইত্রবা বাহং কয়ামুক হংলক-খিতৈগী মমাংদা হায়দবদি য়াদে। অঙ্গমা খল্লহন, শোংলবা পীশুম শুকতোক্লহনা মহাকী বাদী অমুক চংথরকলমই।

“কবিগীদমক্ত ঐনা বোলসেবিক্তা মাংজোননা য়াওহৌ-ত্রিবনো? মাসমক মীয়াম্বা শোয়দনমকী হংবা য়াবা বাহংনি। বাহংসিদা ঐনা করমনা পাওখুম পীগনি? ঐহাক হৌজিক মক অহল ওইবদি নত্রি, অহুগ কবিগী ঐহাকনা ঙসি ফাওবা অচুম্বা লম্বী কংত্রবা? কমরেড পুমনমক, ঐ কবি অমত্ত লেংত্তে, পুংনমকী মমাংদা পুকচেল তিংনা হায়রিবসিনি। ১৯১৮ দা ঐখোয়না জর্মনগী মাম্থোক্তা হৌবা মতমদা নাম্থোক হৌরবা লম্বী অহুবু অমুক লৌশিনবা য়ায়ম্বনি। সেলর কমরেড জুখ্রাইনা ঐতোঙ্গ তোয়না তোয়না হায়খিবনি লম্বী অ'সদা চংনবগীদমক। ১৯২০ দতদা মংতে ঐহাক্ন লোংয়ম পায়খংখিবা। লালহৌ অহুনা লোয়ল্লবদা ঐখোয়মা য়েক্নবা হবাইটশিং ব্লেক-সিদা তানশিনখিবনি। অদুদগী ঐখোয় য়ুমদা হল্লকলমই, য়ুম পানবগী লম্বীদা চংশিল্লমই, মুপী অতাং থাক-পতগী বাথল্লোমদা চংশিনবা হৌরে। মদুনা ঐগী থাক-থুং পুনশিনরে, নাম্থোকপা ঙম্নরোইত্রবগুম থনরে। —— অহুবু হৌজিক্তী লৈবাক অসিগী লুচিংবা, ঐখোয়গী লুচিংবা কমরেড

লেনিন লৈখিরে। মহাক্না লৈখিদবা অসিনা ঐখোয় খুদিংমকপু পাটিদা য়াওনবা কৌরি। ঐহাক্না ঐগী হোৎনবা পুংফাগী য়ায়ী নৌহৌনা নিংশিংদুনা য়েংবদা খংলে ক য় য়াংলিবগে হায়বদো! মরম অসিনা কমরেড পুম্নমক ঐহাক্ন করি অঁম ফাওবা লোৎতনা ভিনবীরিবা মীয়ামগী মমাংদা খম্মোয় শেংনা হায়জরি ; ইশা ইশাগী শক্তিবু ভাকপতনা মতিক চাবা ওইদে, অচৌবা ইমুং অমগী মতৌগুম ঐখোয় পুন্নপ পুনশিনদুনা, লুচিংলিবা লেনিনগী মহুত্তা চাওয়বা য়োংকী চীং অমগী মতৌগুম লৈবাক অসিগী একতাবু শেম্নবগা লোয়ননা সোভিয়েট শক্তিবু ভাকদবনি। ঐখোয়গী পার্টি বোলশেভিকতা ঐখোয় খুদিংমক য়াওশিনগদবনি।"

মহাক্ন বা ভাংবা লোয়রবদা কনা অমতনা শাংলবা য়াভাং অহবু য়ানিংদবগী খোল্লাও লাওরকখিদে। আর্টেমগী মকমদদি মহাক্না ভাংখ্রিবা এায়াম অহুনা লুমলবা পোংলুম অমগা শক পাম্নরগা ভাংখোর্কখিবা অদুনা থাংখৎথিবগুম তৌরমই। মপ কোমজরমই, ইয়াং য়াংখৎলকপগুম তৌরমই। মুষ্ঠি চুমনা লেপ্লগ মীয়ামগী য়াহংবু ভাইরমই।

"কনাগুম্নশা করি য়াহং হংনিংবা লৈবগে?" সিরোক্টেকোনা মীয়ামগী অচিকপবু থুগায়দুনা মীয়ামদা লাওথোক্লমই।

হোল মপুং ইয়াং লাংনবা ১দি খোকলমই তৌঈগুমক্ষুং সভাপতিনা অহানবা কৌবা মতমদদি কনা অমত্তন। পাওখুমলকলমদে। মমৈখংদা ইনৈজিন স্তোকর মপক মুবা মূপা অমনা লাওরক্লমই: সিদবু করি অমুক হংনিংভাই লৈখিগদগে? মাবু ঐখোয়না খংদবা মীয়নে? মগোন্দা তোউ পীহুন' থনবীয়ু!" মখংদা য়োংতবা সিলিয়াকা, মৈগী মৈশাদা কুইনা লৈরকপদগী ভাংশং ভাংশল্লবা অায়খোংগা লোয়নমা হৌনা লাওরকলমই: "কমরেড অসিনা হায়খিবদো অচুম্বনি। মহাক্ন

কৈদৌঙৈদম্বু' কত্তবা থবক তৌরকলোই ! মহাকপু থাজবা'য়াই, সিরোঙ্কেকো, মঙোল্বা ভোট পীয়ু !"

কোমসোমোলশিংনা কয়গিবা খুাইগী মনিং থংব শরুক্তগী কনাগুম্বা অমনা হৌগংলুনা হায়রকলমই। মকমত্ত ময়াদিকনা মশক থঙ্কদি ওখদে। "কমরেড কোর্চাগিনবু অমুক্ত শন্দোক্ল হায়হল্লু, করিগীদমক্ত মহাক্ল লমদুদা খুন্দাক্লরিবা অতুগা মতৌ করয়া মহাকী লৌমী অম ওইবগী মকমথু প্রোলেটরিয়াট মনোবিজ্ঞানগা লোয়নমা থাদোকলবনো ?"

রাকম অত্তুদা হায়রপ য়াদিংদবগী মওং মানবা নিল-খোংব খোক্লমই, লোয়মনা রাহং অহুবু য়ানিংদবা কোংদোক্লকলমই, "করিগীদমক্ত নহাক্লা অচম্বা লৌমী প্রজানা থগেদবা অচম্বা রাহং হংজ্রবনো ? মসি হায়বগী চপ চাব ভানজানি ‥ ‥ ।"

তোইগুম্মম্লুং আর্টেমনাদি পাউখুম পীরকলমই:

"অচুম্বনি, কমরেড, শুপামচা অসিনা ঐনা খুন্দাক্লবগী মতাংদা হংলকলিবা অসিসু অচুম্বনি, তোইগুম্মম্লুং ঐনা কৈদৌ-ঙৈদম্বু থবক শুবা কাংবুগী রাখল্লোনবু নমথাক তৌখিদে। অম থংদে, অম থংদে, মতুদি হৌজ্রবান। ঐহাক অমদি ঐগী ইমুং মনুং থবক শুকম মমাক্লা হোংদিল্লে। মসিনম্বু কথা হেল্লি। অপিকপা লম মচেং অহুনা শিরাপকী মপক লৌহুনা মতম কুইনা ঐগী থৌনাওবু কোংচিন্দুনা থমখি।"

মীয়াম্না যা লাওনা হৌগংভুনা খুং মরাম অম থাজখলদুনা মহাকী রাকমবু শৌগংলকপগী মতাংজ্রদা, আর্টেম অমুকন্ত হন্না থম্মোয় নিকলকখি। লেপখংভুনা খুং থাজংলিবা মীয়ামগী মরক্তা চংজ্রুনা মহাকী কককমদা কমথবা মতমদা সিরোঙ্কেকোনা লাওখোরকপা তারমই। "য়েংলবা লৈতনা থরে।"

অহুমগুবা ওইনা প্রেসিডিয়মদা যা ওংসদোরিবা রুপাদি মতম অমদা পোলেঙ্কোভস্কীগী ভেংবাংবা ওইরম্বা জাথায়

ক্রুজ্জাক্কী। মা ইথাং থাংদবা অহলদো হৌজিক্কী ঈনজিন ড্রাইভর অম ওইরবনি। ক্রুজ্জাকনা মহাক্কী পুক্নিংগী অৱাবা খুদোং থীখিবগী ৱাফম লীরমই। হৌজিক কাওবদা ওইরিবা পুক্নিংগী মরম পল্লমই। মহাক্কী খোনজেল ইংই, খোং নোংই, তৌইগুমসুং মী পুম্নমক্না তাবা ঙমনবগীদমক্তা অঙ্গুমক হৌরমই:

"ইচাশিংনা হৌরক্লবা থবক অসে লোইশিনবা ঐগী ইথৌনি। মখোয়না ঐবু ঐগী ৱারবা পুক্নিংগা লোয়ননা মচি অমদা তুম্মিন্না লোংতুনা থম্বা পামদে। মসিগীদমক্তা নত্তরা মখোয়না মথৱাই কংখিবা। অদুবু, ঐনদি মখোয়না নৈলশিন্নবা মতুংদা কাংহৌরিবা অহাংবা মকম অদুবু যেনশিননগে হায়না থক খোংনখিদে। ঙসিদি — — ঐখোয়গী লুচিংবা মুপান্ন নৈখিদবসিনা ঐগী মীৎপু পাংহল্লে। হৌজিক্রবা ৱারীশিং অদুবু পুথংতুনা ৱাফং হংবীরকম্মু। ঙসিদগী হৌরদুনা ঐখোয়না অনৌবা পুন্সি অমদা চংলবনি!" হৌজিক্রবা পুক্নিংগী ৱারী নিংশিংবদা জাখারগী মায়খোঙ মকশিল্লমই, খম্মোয়দা খাং-ঙমদবা চৈনা পীরমই। তৌইগুম্নসুং মীয়াম অমনা খুং থাজংতুনা মহাকপু শোৌগংলকপা মতমগী মহাকপু পার্টিদা য়াওহনবা য়ারে খনজদুনা তখপ তখপনা মমিং পাংখোকলমই। পোক্কু পুমতৌ হৌরবা কোক অমুক নোম্বদুনা লেপখিত্রে।

অহিংগী খেংলবা মতম কাওবদা পার্টিগী অনৌবা মী লোবা অমদি মরাল নৈরবা মীশিং লৌখোকপগী মীটিং চথরমই। মী খুদীংমক্না মশক নীংথিজন খংবা, মরাল শীনিঙাই নৈতবা থ্রাইদগী করবা মীশিংতমক খল্লুনা পার্টিনা লৌরমই।

লূচিংবা লেনিন্না নৈখিদবা অতুনা থবক শুবা শিন্মী লৌশিং লৌশিংনা খোনসেন্তিক পার্টিদা য়াওরমই। লুচিংবা মুপাঙুদি চংখ্রে তৌইগুমসুং নৈতৌরিবা পার্টিদি ঈঙ্কূবা ঙমদনা নৈং-হৌরে। নৈমুংদা চেংনা মপাল-মরা তাগ্রবা উপাহৌদি মপাল-খোংগী মশং-মাবং ককথংপনা টৈকলৌটৈদম্ন মাংহনবা ঙমদে।

## তরুকশুবা মতাং

কনসর্ট হোলগী চংকখদা লুপা অনিথক লেপ্তুনা মখো তারি। অনিছুগী মহুংদগী মরেপ খর বাংবা লুপা পিনস-মেজ অনোক উপই, অতাংবা আর্মবেন্দগী মথক্তা "কমাণ্ডেন্ট" হায়বা বাইহেসি থাই।

"উক্রেনিয়ান ডেলিগেসনগী মিটিং তৌরিবা মফমছু সিদরা?" রিতানা লুপাদুদা হংলমই।

মরেপ বাংবা লুপাছুনা চংকম থোঙবু থংলগা রিতাবু থোঙদগী তোন কাওবা মুমা য়েংলমই। "অদোমগী ডেলিগেট যেনজেট য়াওবীরকপরা?"

"যেম্বর ওফ দি সেন্ট্রেল কমিটি" হায়না অরংবা মযেক্ত ভোংথংনা ইবা কার্ড পুখোক্তুনা রিতানা লুপাদুদা উৎলমই। অদুদগী থুদক্তা লুপাছুনা রিতাবু চংহল্লমই।

"কেং শনবীয়ু কমরেড," ইকায় খুমখগা লোয়ননা লুপাছুনা হায়রমই।

"মমুংদা অথাংবা ফমফম লৈবনি।"

রিতা হোল মমুংগী মরকী লবী (আইল) দা চংলমই। অহাংবা ফমফম অম উরদুনা চংশিন্দুনা ফমথরমই। মতমচুদা মিটীং নিংথীজনা চংথরে। সভাপতিনা করিগুম্বা থর হায়রি। মহাকী খোনজেল অদো রিতানা তাপ্রবা খোনজেম্নি।

"দি কাউন্সিল অফ দি অল-রুসিয়ান কংগ্রেস শেম্নে। কংগ্রেস অসি পুং অনি চুপনা চংথগনি। মরকসিদা ডেলি-গেটকী মিং পরেং অমুক্তা হন্না পাখোকচগে।"

ঙাংলিবা সুপাদো অকিমনি! ঙহাননা মহাক্ন মিং পরেং পাখোক্লকপা মতমদা ৱিতা পুক্নীং চংনা তারমই। অকিম মশানা মহাকী মিং পাখোকলকপা মতমদা ডেলিগেটশিংনা খুং থাজংহুনা অয়াবা কোংদোকলমই। ইথং থংবোদনা ৱিতানা তাহনত লাকলবা পানক্রোটোভকী মিং তারমই। পানক্রাটোভকী মিং হেক তাবগা ৱিতা হোল মনুংদা কোয়বৈ লৈহনা য়েংলমই, তৌইগুম্মনুং, মরোল মাইমা কয়দিবা মীশিংনা মহাকী মীংয়েং থর্থিবনা ষ্টেভতোয়হৃগী মায়থোং উবা ফংলমদে। মিংশিং মথং মথং পাথরক্লমই। অমুকন্দু ৱিতানা মিংথৌজনা থংবা ওকুনেভকী মিং তারকলমই, হেক মথংদনা জার্কিগী মিং তারমই। ডেলিগেটশিংগী মায়থোং মথং মথং য়েংলকপদা মহক্ন জার্কিগী মায়থোং উরমই। মহাক মঙ্গোল্দগী পংল্যাপ লাপ্পনা কমদি। মায়থোং তংথায় অম মতোল্লোমদা ওনশিনলি। চুমই, ভয়্যানি। মহাকী কীবম মুর্তি কুইনা উথিদবনা কাওর খোকলবনি। মথং মথং পাথোকলকপনা কমাগুম্বগী মিং অয়ান্দ্রি ৱিতাবু পুমহক ঙকহলমইঃ মহ্ন কনাগী মিং নাঃহ, "কোর্চাগিননী"

অথাপ্পনা, মমাংগী, পরেংদা খুং অম থাজংলক্লমই অদুগা অমুক থাথখিরমই। কোংয়োকপদা অম্সকী মতিক ঙক্নীংই ওই, মহাকী লৈখিত্রবা মরুপকী মিংগা চপ মান্ননা মিংগোইবা সুপাহুবু কনা ওইবিগনা! অবাবা অমদি খৌয়াংলবা মীয়েং অমনা খুং থাজংলকপা মায়কৈদা, মুম্না য়েংলমই। য়েংলিবা মীংয়েং অহুদগী ঙাইহ্নক্কং কাওবা মহাক লৈখোকচন্না ঙম্নহদে। মহাকী পুক্নীং অম্সুকী মতিক লাংভক্রজরমই। অহুবু, মমাংদা কমলিবু মীয়ামগী মকোক্কী সমুগা অমথা ইমান মায়মঙ্গল তৌরমই। ঙাইহম্নক্লহনা ৱিতা হোৗপংলগা আইদ্দা মমাংগী পরেং তমনা চংলমই। তানজাহুমক্লদা অকিম্না মিং, পরেং পাথোকপা লোইখিরমই। তিল্লিবা মীয়াম কুক কুক হোগংনরক্লনা হোল মনুংদ মহারোলশিংগী নোক খেবগী খোনজেল্লা,

তরক্যাগী লাও-খোংবা, মীয়ামগী নিল-খোংবা মহৎগী কয়বা শিংজি ওইরিবা মীয়ামগী অয়াংবা খোনজেল হাংদোকলিবা খোঙদা খোকখিহনা হোল মঙুং ইচিক চিকহৌরে। চৌরবা হোল মঙুংদা মখোয় অনিদি বারী শারি। পুং ৬ তারকলে অদুবু মখোয়গী মকমদদি মিকুপ অমখক্তমক উরখিবগুম তৌরি। পুং ৬ কী ঐথক্লা মখোয় অনিবু খোলসোই থিয়েটরদা চংননবা কয়া তকশিল্লক্লি। মখোয়নিনা ষ্ট্যারগী পাক্লবা লম্বীদা কুম-থরকপা মতমদা রিতানা পাভেলবু অমুকক্তু হয়া যুয়া য়েংলমই। পাভেল য়ায়া য়াংলমলে, মঙোন্দগী য়াংবা হেক্লমলে, মপুং ফানা চাও শাংলমলে, মশাগী মঙাল লৈতরমলে। তৌইগুমম্মুং, মহাক পাভেলনি, চহি অহুমগী মমাংদা রিতাগী থওাই হকচাং অনিমক্লা থংখিবা পাভেলনি, অতে কনাম্থু নত্তে।

"হৌজিক মহাক কনাম্বনা থবক তৌরিবগে হায়বা কাওবা ঐনা হংদে," রিতানা পাভেলদা হায়রমই।

"কোমসোমোল রিজনেল কমিটিগী সেক্রেটরি ওইনা থবক তৌজরি; ড্যুবভানা "কলমগী মী" কৌবদো, ঐনি," মোমোন নোকলদুনা পাভেলনা খুমলকলমই।

"মহাক মাগা উম্নবীরব্রা ?"

"উমরে, মীচিংদুগী মুংঙাইব্রবা খৌদোক অহু নিংশিংলি।"

মখোয় অনি লম্বী তানথ' চংলমই। পাড়ীশিংনা খোংদুনা লম্বী পুম্বা কন্দুনা চেল্লি। লম্বী চৎপা মতমদদি মখোয় অনি বারী করি অমত্তা শানদে, মুপ্পগী থিয়েটর য়োবনি মখোয়না চংলিবা। কোংদোক্লব্রগম্ চপ মাম্নবা য়াথম্দী অঙাম্বক থমরমই। থিয়েটর য়োব' মতমদদি মীনা অঙকপা ফংনা তিল্লংলে। মীগী সমুদ্র অম ওইরমলে। থিয়েটরগী চংফমবু চাকলিবা, পন্নেং লেপলিবা রেড আর্মীগী ফৌরেপপু মীয়ামদুনা নমথাম্নরগদবগুম তৌরমলে। ডেলিগেটশিং হায়বা থংনমবা থথাক্ত কার্ড' কপ্লবা মীশিংদি শক্লিশিংনা অথিংবা থমদনা চংহল্লমই। তিল্লমলিবা

মীয়ামদে কোমসোমোলগী মী ঙাক্তনি। কংগ্রেস হাংদোকপগী থৌরমহুৎশীদমক্ত টিকেট কংবা ঙমহৌদবশিংনা উপাই অম অম তৌহুনা হোল মহুংদা চংবৌনবা হোৎনৱমই। মশা খিংবা নহারোল খরনা ডেলিগেটশিংগী মরক্ত চংশিন্নুনা চংব য়ানন-বগীদমক্ত অবৌবা শেম্বা অঙাংবা চে মচেৎ অমমম উৎলমই। মী খরদি থোঙদা লিংশিন্নবা হোৎনৱমই, অদুবু, সেন্ত্রেল কমিটী মথৌ তাবা মীনা নত্রগা কমাণ্ডেন্টনা খিংলমই। মথোয়না অতিথিশিং অমদি ডেলিগেটশিংবু মথোয় মথোয়গী কমকমদা কমহন্নবা শিন্নমই। টিকেট য়াওদবা মী খুদীংমকপু পেলহন-নবগীদমক্ত টীকেট য়াওদবা কনা অমত্তবু চংহল্লমদে। হোল মহুংদা চংহুনা থৌরম অত্তবু য়াওগে হায়না খল্লিবা পুম্নমকপু চংহনবা তারবদি হোলহুনা অদুক য়াম্না মীয়ামত্তবু কোনশিনবা কৈদৌরৈঙদসু ঙমলোই।

রিতা অমন্থং পাভেল চংকম থোঙ তানবা মীয়াম মরক্তা নমথায়দুনা ৱানা চংলমই। রেলগাড়ীনা লাকপা, কারনা লাক ডেলিগেটশিং মথং মথং চংলরি। চংকমমক্তদা পৈরিবা মীয়ামা ইনশিল্লকপদগী, মীয়ামবু ঙাকপগী মথৌ তারিবা রেড আর্মীশিং অমদি কোমসোমোলশিং কক্লাংগা তপ নপনরে। মীকুপ্পুমক-তদা মীয়াম মরক্তগী লাও-থোংবা অম থোরকলমই।

"বাউমান ডিষ্ট্রিক্ট চংলে!"

"লাকখো মুপামচাশিং, ঐখোয়গী মায়কৈনা জয় ওইরে!"

"হুররে!"

থোঙজিল্লা রিতা অমন্থং পাভেলগী মরক্তসু, মমিৎ মনা শিংবা কোমসোমোল বেজ থেৎপা নহা অম কমাণ্ডেন্টদগী নাখোজুনা য়ামনা থুনা কোয়র (হোল মহুংদা লৈবা, হাপ থাবা মতমদা নত্রগা ঙাইবা মতমদা মীয়াম তিন্নবা থম্বা অহাংবা মফম) তানা চংশিনখিরমই। মীকুপ অমগী মতুংদা মহাকপু মীয়ামগী ঊখক্তা কুপশিনখিরমই।

"ঐখোয় মকমসিদা ফজলনি," কোৎলগী মনিংদা কাচিন ওইরুপথা মকক অমদা হাংদুনা লৈবা কুমজম্ম ভাক্লহুন্নবা রিতানা পাভেলদা হায়রমই। মখোয় কপথরমই।

"মঙোন্দা যংগদবা বাহং অমদি হংদবা যাজে," মখোয়মনা কমথবা মতমথা রিতানা পাভেলদা হায়রমই। "মসি ঐখোয়গী হৌজবা মতমথা মখি লৈতে। মহাক্ত শোইদনমক্তী পাওথুম পীবীরকনি। কম্নিদমকত মহাক্ত ঐখোয় অপি পুম্না লাইরিক পাম্নিবা অমদি ঐখোয়গী মরুপ ওইবগী মরিবু থুগাইখ্রিবনো?"

কুইনা উমখিদবা মতমশিংদা, কম্নিগুম্বা অমুক উমবা ভাবরদি বাহং অসি রিতানা মঙোন্দ শোইদনমক্তী হংলক'ন হায়বসি মহাক্ত খংই, অদুমকপু বাহংদুমক মহাক্ত পেনজদে। মখোয় অনি মীৎচানরমই। রিতাগী মীৎয়াবু য়েংলগা পাভেলনা খংজে মহাক পেন্দ্রে হায়বসি রিতানা খংলে।

"রিতা, মহাক্তস্মু পাওথুম অদু শোইদনা খংবীরমলগনি। চহি অহুমগী মথাংদা থোকখ্রবা থোদোক অহুগীদমক হৌজিক ঐনা পাভেলবু মহাক্ত তৌখিবশিং অহুগীদমকত মরাল শীরি। অশেংবা হায়বা ভাবরদি কোর্চাগিন্না মাগী পুন্সিদা অপিকপা নজ্রগা অচৌব অশোয়বা থবক কয়ামুক তৌখ্রে। মদুস্মু ময়'মসিগী মথুংদ অম'ন।"

প'ভেলগী পাওথুম ভারগা যোযোন নোক্রমই।

"ফজবা বাহৌবোক্নী। হৌজিক্তি পাওথুম অমুক হায়রো।"

"ঐভনি ইরাল শিগদবা," পাভেল নেম্নবা খোজেন্দা পাওথুম পীবা হৌরকলমই। "লালহৌবগী লামবুংদা মুংশি-মুংভরগী বারী পুশিল্লকলিবা গেডফ্লাইগীস্মু মরাল লৈ। ঐদি মতমদুদা লাইরিক্লা অকনবা ঊখিল পীবা ওমই। লাইরিকত ফোকলিবা, ফিংথমদবা থৌনা লৈবগী দৃশ্যশিং অদুদা ঐ লুপই, মতুনা ঐখোয়গী মরম ওইহল্লকই। ঐঙোন্দা বাথল থমবীবা মীদো, মহাক্তীদমক ঐনস্তু থম্মুনা মত্তুকপু মুংশি। মহাক

অমশুং ঐগী মরকতা অসিগুম্বা ৱাখল অম লৈকদ্রিবনি 'দি গেডফ্লাই' হায়বা লাইরিক অদুনা ঐবু হুমদুনা পুখদগীনি। মহ, ঐগোম্বা হৌজিক ওইথোকলরোইদ্রবা থবক অম ওইরে অদুনা। মদুগী মতমদা ৱাঙাংবদগুম্ হায়গুমদবথৈ ঈকায়জরে।"

"অদুদি গেডফ্লাইগী ৱাখল্লগী মহাক হোংলে সিন্না?"

"নত্তে, রিতা, মরুওইবদি ৱাকমতুলগী নত্তে। মী অমগী ৱাখল্লা করিগুম্বা অৱাবগী চৈথেং অম পীডুন পুক্নীংবু চাংয়েংবগী থবক অদো ঐনা পামজরক্রবতন। গেডফ্লাইগী পুন্সিগী মশুংদা থ্বাইদগী মরুওইবা ৱাখললোনশিং অমগীদমক হৌজিকসু ঐহাক লেপলি। মী অমগী পুন্সিদা পংনা ওমনদ্রবা থ্বাইদগী হেন্না থাংবা কনব', ময়া থৌরবা থৌনা, অৱাবা কয় হেংনবদা কনাদসু ৱারে হায়কুদনা ভুমিন্না থাংবা ওস্বগী অকনবা পুক্নীংগী শক্তি, থম্মোয় চেৎপা থৌনা অদুগীদমক্ত রিতা, ঐ লেপনি। ঐ কৈদৌঙৈদসু চেম্দে। সমাজ অমগী পুন্সিগা চাংদমনরকপা মতমদা মশাগী পুন্সিদি করিসু লৈত্তে হায়না লৌরিবা রি-ভোল্সনরি অমগী পু'ন্সদো, মতুগীদমকতা ঐহাক খোঙকম অম লেংদনা লেপলি।"

"চহি অহুমসিগী মশুংদা নহাক্না ঐগোম্বা করি অমত্তা কোংদোরকখিদবদু, পাভেল, ঐগোম্বদি ৱানিঙাই ওই।" মীমুংশি থংদবা মাল্লি," মহাক্না ৱাখল লমকাংনবা লৈয়ে হায়বসি উংলবা মোমোন মীনোক্না নোক্লদুনা রিতাবা হায়রমই।

"মীমুংশি থংদবা, নত্তে রিতা, এনা নংবু কমরেড অমদগী হেন্না করম্বা মতমদা থবখি?"

"ৱাকথ অদু লাল্লি পাভেল, নহাক করিগুম্বা থৱদি ৱাকথহুদগী হেন্দোক্না থম্বনগনি।"

"মদুদি চুমথোকপা ওমই।"

"মতম হেনগ্রে, কমরেড গেডফ্লাই, মতম হেনগ্রে। নহাক্ন থংইগনি, ঐহাক হৌজিকলইচানুপী অম লৈ.র।" মোমোমরহুন'

রিতামা মথা তারক্লমই। "মপাবু ঐনা য়ামনা নুংশিজৈ। মীংয়েং অমদা হায়বা তারবদি ঐখোয় অহমসে অচেৎপা মরুপনি, অহুপা ঐখোয়গী মরি অসে থায়দোক্লবা ঙমলোই।" অসুম্না হায়দুনা রিতানা পাভেলগী খুৎতা তপনা নাল্লমই। মহাক্কী মঙং অদুনা পাভেলবু পুক্নীং লৈতাহনো হায়বা খংলদুনা করিগ্নু কামদে হায়না খল্লমই। অচুম্বনি মহাক চহি অহুমসিগী মনুংদা য়াম্নমক মপুং ফারে, কীতম মুর্তিদত নত্তনা। মহাক্কী মীংন্না অমিবু য়েংলগ রিতানা লায়রব খংবা ঙমই, মহাক্না শেংদোকপা অহনা পাভেলবু চৈনা অম পীরে, তোইগুম্ন্নং, পুম্নমক অহুবু লোৎচুনা থমলগা মহাক্ন অসুম্না হায়রি:

"ঐহাক্না থাদোকখিবা অহনা কৌজিক ঐঙোন্দগী মাংখ্রিবা পোৎশকসিদগী হেন্না মমল য়ামলি।" রিতানা মসিমশু খংই, হায়রিবা বাকম অসি ইচম চম্বা অর্থ য়াওদবা পাওখোং অম নত্তে। মসি ইচম চম্বা অশেংবা কোংদোকপা বাঙাংনি।

মযাংদা কাখৎচুনা কম্বগী মতম ওইরক্রহুনা মবামনি হৌগৎলগা উক্রেনিয়ান ডেলিগেসননা কমলিবা ষ্টেজগা নক্লবা মযাংগী পরেংদা কমলমই। মতাংহুদা মম্ন পার্টিনা মম্ন খোং-গৎলকলমই। ঙাংশং ঙাংনা লংলবা পর্দারনা মীয়ামগী মমাংদ পাক্লা থন্দুনা লৈরি। পর্দারগী মথক্ত অয়ংবা ময়েক্লা ইরু: "ভুংগী পুন্সি ঐখোয়গীনি!" মী লীশিং লীশিংনা হোল মনুং পীক থম্না তিল্লি। অসিগুম্বা মীশিং অসিনা পুম্না পুনশিল্লগা মপাঙ্গল কল্লবা পোৎশক অম ওইনা চোকথবা নাইত্রবা শক্তি অমগা হোল মনুংন্থু নীক নীক লাওহল্লি। লমদমহুগী চাওরবা ইন্দস্ত্রিয়েল ব্রদরহুডপু ঙাকলিবা, লৈরাংগা শাংথক্লয়ব: মহারোল পার্ড পুম্নমক মকমহুদা পুল্লে। চাওয়বা মুখলগী মথক্ত অয়ংবা ময়েক্ল' থারিব 'ভুংগী পুন্সি ঐখোয়গীনি" হায়বা বাহৈদগী কাপখোকলবা মঙাম মীং লীশিং লীশিংবু থকহন্দুনা হোল মনুংহ মীয়ামগী ঔনিম্না পুখনিম নীল্লমই। মীকুপ থম্বগী

মতুংদা চাওরবা যুথল মাকল অমদা চিংথোকখিরমই। কসিয়ান অমসুং কম্যুনিষ্ট লীগকী সেক্রেটরিনা কংগ্রেস হাংদোক্লে হায়না লাওথোক্লুবগীদমক থৌরাংদা থোক্লকলমই। চাওরবা সভা অমগী চৌং লেম্রবা শরুক, কয়াবা শক্তিহঙ্বু উবদা মঙোন্দ অখিবা ১দি শুক্লংপগী রাথল পোকলকপগুম ভোরমই। মিকুপ অমরোম হায়রিবা রাথল অদুনা মতাকপু কাক্লরবা মতুংদা শাথংপগী নিকপগুম ভোরবা থোনজেলনা লাওথোরকলমই :

"তরুকত্তবা কসিয়ান অমসুং কম্যুনিষ্ট লীগকী কংগ্রেস হাংদোক্লে হায়না ঐবাক্ত লাওথোকচরি।"

অসুক য়াম্না চাওবা, থম্মোইবু অতকপা থৌনা অম পীবা, লীংথাব' শুমদনা মশা পুম্না ঐথক ঈরাং হৌহনবা, চাওথোকচনিংঙাই ওইরবা, রিভোলুসনগী শুক্লবা শক্তি অসি পাক্তেলনা মমাংতৈদা অমুক্তম্ম উখিদ্রি। মহাকী থম্মোইদ' সুংঙাইবা অমদি অপেনবা চাওথোকচনিংবগী শিংথমত্রবা চৈচেল অমনা অকনবা শক্তি অমগা লোয়ননা তুমজিল্লকলমই। পুক্সিনা মতাকপু পুশিনবীরক্লুনা কাইটর অম অমদি বুলডর অম ওইহনবীদুনা অসিগুম্না অমসুং গার্ড বোলসেভিকী মায়পাকপগী মীপুন সভা অসিদা য়াওহনবীরি। মসিমক কয়াদা চাওথোকচনিঙাই ওইরবা। কংগ্রেস অদুগী মীফমদা অহিং সুংথিল অনিমক য়াওবা মরম্না মহাক্ত রিতা উমবা শংলমদে। সেসন লোইগদবা নোংম রাংলিতৈদ শাক্তেল রিতা উমরমই। মতমতুদা রিতাদি উক্রেনগী মী কাংবু অমগা লৈমিন্নরমই।

"কংগ্রেস হেক লোইশিনবগা থুনমক ঐহাক চুমথলা চংলগনি।" রিতানা মঙোন্দ হায়রমই।

"নহাকা ঐগা অমুক উমবগী মতম নহাকী লৈথিপক্রা, লৈরবদি ঐনা নহাকীদমক, কুইরবা ডাইরি নোট বুক অনিমক ১দি অক্তেনবা চিঠি অম মহাকপু পাহম্রবীদমক লেম শারি। মথোয়শিংহবু পাবীয়ু, পাবা লোয়রগা অমুক পোট্তা থাবী-

থবক লৈবনা কাইথতা চংকদৌরি। পাভেলসু ড্যুবভা অমসুং অম: উমক্লনবগীদমক কাইথতা চংকে হায়না লেপলমই।

রিভাগী মকমদা নোট বুকশিং অমুক'হন্না পোষ্ট অফিসতা থাক্লগা হল্লকপা মতমদা মখোয় পুম্নমক চংখিরমলে। পাভেল মজোমতা লাকলমই। ড্যুবভা অমদি অমাগী মমগী মপাদা ট্রামগাড়ী থাম্লমই। পাভেল গাড়ীদগী কুমথরগা উমগদৌরিব মক্লপাশিংগী মুখ তম্না চংলমই। অনিশুবা মথোল তম্না কা-থংলমই অহুগা ওইথংব শক্তা লৈরিবা অম্নাগী কাগী খোঙ খিল্লমই। বনা অমত্তনা পাওখুম পীরকলমদে। অমাগীদমক্তদি থবক চংপা ঙমমনবা মতম ওইরি। "মহাক ছুম্নমখিগনি," পাভেলন খল্লমই। অমাগী কাগা হেক থংনবদা ড্যুবভাগী কা লৈ। পাভেলনা খোঙ থিনবহৌদা ড্যুবভা ভারহুনা ছুম্বগী মখিং থুইক্লম থুইক্লমন। খোঙ হাংদোক্লুনা খোরকলমই। ড্যুবভাগী মায়খোং উং মচুদোনা তাইরে, অমদি মকশল্লে। মহাকনা খর হোন্দোক্লকপা মতমদা তিলকৌ মকুগী মনম অমদি মুনম কল্লা লমই। তংখায় অম হাংদোক্লুনা লৈরিবা খোঙগী নাক-চিদগী কমুং মথক্ত কনাগুম্বা মুপী অমগী নাল্লবা লেংবান অমদি খোঙ উরমই। পাভেলগী মীৎয়েংহুগী অর্থ খংলহুনা ড্যুবভানা হাংদোকলিব খোঙ মখোঙন কাওশিন্দুনা খিংথিল্লমই।

"নহাক কমরেড বোরহার্ট উম্নবা লাকপা ওইরমগনি?" মহাক্না চকম্নরপ তোবা খোনজেন্দা পাভেলগী মীৎপু নিংবা কায়হল্লহুনা হংলকলমই। "মহাক্তী মকমসিদা লৈরে, মহু মহাকপু খংরনে?"

কে চাগিন শুকতোক্লবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা ড্যুবভাদা থংনিংদা য়েংলমই।

"ঐ খংদে, মহাকপু কদায়দা চংখিবনো?"

ড্যুবভা কং শাওগংনা লাওরকলমই "মহু ঐগী ইথৌ নত্তে!" থগেরহুনা কচ্চবা থবক অম পীরগে হায়বগী বাখলপা

লোয়ননা মখা তারকলমই: নত্তে, নংবু মহাক্কী পুক্কীং থেম-জনবীরমলরোইদ্রনে ? অহাংবা মকমশি মেনশিন্নবা মহাক মতম চানা লাকইদা। নংগী থুদোং চারবা তানক্কা অম লৈরে। নথরাই রাগল্ল, মহাক্কা নংবু যাদবা তৌরোই। মহাক্ক ঐক্তোঙ্গা তোয়না তোয়না হায়বনি নহাকপু পামৈজ হায়দুনা — — — অপংবী মুপীশিংমা অন্দ্রবনা চায়বনি। চংশিল্লনে, যোংতু শারিকৈদা য়েহৌ। মতুনা থরাই হকচাং অনিগক্কী অশেংবা জুংশি ঈত্তিরবনি।"

ড্যাবভাগী রাঙাং তাবদা পাভেল থজ্জাই ঙাংশিনবা হৌরকলমই। মশাক্কী থিংজমদ্রব মীহুল পিং পিং চোংবা হৌরকলমই। পাভেলগী থুরবা তানজাত্ত য়োরকলমই. অত্তবু. থীংজমদ্রবা রাখল অত্তবু নমথরগা স্বর কাতুনা তপনা হায়রক্লমই।

"নংমা তৌরিসিবু কবিনোনে মিট্যাই! অস্থক যামনা নেম্রবা লমচৎ অসি নহাকু চংলকখি হায়বা ঐ থনখিদে। নং ফত্রবা মীদি ওইরমদে। কবিগীনো নংনা নশাবু হুইগী মরাদা লংশিল্লবা ?"

ড্যাবভা মতুং হন্দুনা ককাংদা ঙাথরমই। খোংজ্যপ তোংদবা খোঙ্গা লৈমায়দা লেপ্পনা অইংবা কাওরক্কুনা নীক্লমই। মতমতুদা কমুংদা হীপতুনা লৈরগী মুপীন্থ খোঙ হাংদোক্কুনা খোক্লমই। পোংথোকলবা মায়থোং অমদি পোমথংলপ তৌরবী মীংসনা অনিনা ড্যাবভাদা ওনশিল্লকলমই:

"চংজসি লাকও, মুংশিবা, কবিগীনো নংনা সিদা লেপ্তুনা লৈরিবসিবো ?" মুপীহুনা মখা তারকপা ঙমত্রিকৈদা ড্যাবভানা খোঙদু গম লাওনা থিংজিল্লমই অত্তুগা খোঙ মপাদ থংতুনা লেপলমই।

"ফজনা হৌরেদনা," পাভেলনা থিজিনবগী মীংয়েং অমগা লোয়ননা হায়রকলমই। "নহাক্কা থমলিবা মুপীসিদা অমুক্ত লেংজ, হায়মু, পোলোইদু কদায়রাইদনো ?"

শুদনা মুশিং খুদাংবী লেপ্তোকুনা মুমিদাং থেংনা ভুষা মীশক অমু পাভেলদি ওইদে। য়াংলবা পুক্সিগী ইথক অমদা পাভেলনু হাংলম্লই। মাংহনগ্রবা অতোপ্পগী মচমবু শাংবত নত্তনা মহাক মশাবক্তা পুক্সিবুন্সু শাংলেমই। ভুমনদগীদমক্তদি খাইদগী তেনবা মতম শাংজিনরুমই। ইত্তং-তংত্তনা থেংলবা মুমিদাং কাওবদা পাভেলনা কাগী খোঙ্গমাস্তদ মৈশাল উরমই। মী খ্যাংবু অমনা ইকোঙ্ক কোয়না কমচনা কার্টেরিক পাবদা পুক্কীং লুপলমই। চহি অনিথুগী মরুংদা মথোয়না ‘Capital’ কী অহুমশুবা ভোলুাম পাবা লোইরমই। মরম অসিনা মথোয়বু Capitalist exploitation গী ভ্রমবু নিংথীজনা খংলম্মই।

রাজভালিখিন কোর্চাগিনন’ হৌজিক হৌজিক থুনমু তৌরিবা মকমতুদা লাকলে। গুবর্নিয়া কমিটীনা মহাকপু ডিষ্ট্রিক্ট কোমসোমোল ওর্গেনাইজেসনগী সেক্রেটরি খল্লু হায়বগী শোগংপা বারোল অয়ুপা থারকপনি। মতমতুদা পাভেলদি লৈরমদে। মহাক য়ু’ওদনা ব্যুরোনা রাজভালিখিনবু ডিষ্ট্রিক্ট অমদা থাখিরমই! কনানা হায়গ্রবস্সু পাভেলনা চল্লকপা মতমদা পাউ অত্ত তারমই। থা অমগী মতুংদা ইথা থাজদনা পাভেল রাজভালিখিনগী ডিষ্ট্রিক্টা চংতুনা রাজভালিখিন উমরমই। থৌদোক অতুগী মতা’দ থোইদোকপা প্রধান পীনিঙ্গাই লৈরম্রস্সু, মকমতুদা তৌরমলিবা থৌওং অদুগীদমক্তা য়ায়া লৈথা তানিঙ্গাই ওইরমই, মতুদি রাজভালিখিন মু থক্তুনা চীরোল তৌবা মীশিংগী রাথলবু নমথদুনা মহাক্তী চীরোল তৌবগী রাগী শাররমই। পাভেলনা রাকম অদু ব্যুরোদা থাজংলমই। রাকম অতুগী মরমদা থমনবগীদমক্ত মীটিং তৌবা মতমদা ব্যুরো মেম্বরশিংনা রাজভালিখিনবু য়াম্না চৈরমই। পাভেলগী মকমদগীস্সু মীয়াম্না তকলবা বা অম তারমই। পাভেলনা হায়রমই:

"ঐনা রাজভালিখিনবু কোমসোমোলদগী তাক্ষোকদবনি হায়বা প্রস্তাব অসি থাল্লংলি, লোয়ননা মহাকপু ভাক্ষোকপা ফারবদিনা মরোইজা বা ওইগদবনি।"

পাভেলগী ৱা তাবদা মেম্বর পুম্নমক নীংহন্নবগুম তৌরমই, ৱাকম অহুবু শৌগংপদা! লৈরিবা অমদি ওইরিবা ফীভমগুদা পাভেলগী মোং অদুমক হাকময় তমথীবা ওইরমই, তৌই-গুম্নমং পাভেলনদি তকশিনবা লেপলমদে।

"মীকন্ত বদমায়েস সি তাম্মোক্কদবনি। মচং নাইবা অকবা মুপা অম ওইননবগীদমক মহাক খুদোংচাবা কয়ামুক ফংবনি, অদুবু, মহাক্ল কোমসোমোলসিদা মপানগী মীভোপ অমগুম তৌরি।" ৱাকথসিগা লোয়ননা পাভেলনা মেম্বরশিং বেরেজ-টোভকী থোংদোক্কী ময়মদা ৱারী লীরমই।

"ঐনা কোর্চাগিন্না থাঙ্গংলিবা ৱাকমত্তগী মায়োক্তা ৱাকংলি!" রাজভালিখিননা লাওরকলমই। "কোর্চাগিন্না লনাইগী ৱাকমবু মকম্‌সদা পুশিল্লকলি। মহাকনা হায়রিবশিংসে ওইদবা মীনম্বা ভাক্কনি। মহাক্ল চায়জ তৌরিবা ৱাকমসে চে-চাংনা সাক্কি পীহনা শৌগংহল্লু। খল্লসি, ঐনাস্থু কোর্চাগিন কলা বাজার তৌই হায়বগী ৱারী অথ ময়ামদা লীরো, মতমহুদা ময়াম্না মহাকপুস্থু তাম্মোকপীগদ্রা? মরম অসিনা মহাক্ল হায়রিব ৱাকথসিগীদমক অইবা চে-চাংনা সাক্কি ওইহনগদবনি।"

"কড়ি অমত্ত ৱাগন্থু, দরকার হেক ওইবা প্রমান পুম্নমক ঐহাক্লা লোয়নবা থুাক্লদা উংকনি," অস্থমনা কোর্চাগিননা খুমল্লুমই।

রাজভালিখিন কোর্চাগিনগী ৱা তারগা হৌগংভুনা কাহু থাদোকখিরমই। ৱাকম অত্র নৈনবগী পুংখায় অমগী মতুংদা পাভেলনা থুাক্লদা রাজভালিখিন কোমসোমোলগী এলিয়েন ইলে-মেন্টনি হায়বা ৱাকথসিদা মহাকপু কোমসোমোলদগী তান্মোকপগী ৱারেপ অম লৌবীনবা তকশিল্লমই।

কালেম্বা চংলকপগা লোয়ননা ছুটিগী মতম ওইরক্লমই। পাভেলগী মযামবা ৱারকর পুম্নমক ছুটিগী মতমবু মুংঙাইনা লেপ্লুনবগীদমক চংনখিরমই। হকচাং কয়া কত্তবা মীশিংগীদমক্কি

সমুদ্র থোঙবান্দা সেনাটৌরিরমদ' লৈননবা অমদি পৈশাগী ভেংবাং কংননবা পাঙেলনা হোংনরমই। অচুম্বা মীওইশিং-গুনা মায়থোং তাইকেং তাইনা চংনখিরমই, অদুবু, লাকদৌরিবা ছুটীগী বাখল্দি অচুম্বক সুংঙাইজরমই। মথোয় মরামগী থবকী হাংহোরবা মকম অদুবু থেনাশিন্নবগী পোৎলুম অদুদি পাঙেলনা বাহৈ অম কাওবা হায়দনা লৌহৌরমই। মতম থরগী মতুংদা ছুটী চংখিবশিং মায়থোং মকা লাম্না, মহৌ-মরাই থম্না যাওরবা পুক্নি অমগা হল্লকলমই। মখোয়না হল্লকলবা মতুংদা অতোপ্পা থবনা অমুক চংখিরমই। কালেজ্জাগী মতম অকিসতা মী বাংলমই মরমদি ছুটী চংকখিবনা। অম্মুম্না অফিসকী মপুংদা চংথোক চংশিন, ওস্থোক ওনশিন কয়ামুক তৌহনসু পুক্নিনদি মহাকী য়াংলবা খোঙচংপু থক তপথহনবা ঙমদে অঙগা পাঙেলহ্ন নোংম কাওবা থবকগী নাহোকপা ঙমদে।

কালেজ্জাগী মতম লোইরে। শরত ঋতু অমদি নিংথমখা ওইরক্লগনি থনবদা পাঙেল কীজবা পোক্লমই, মরমদি, হায়রিবা থাশং অসিনা মহাকী হকচাংগী পাজলবু য়াম্না অৱাবা পীহনা শোনথহল্লি। চহি অচুগী লাকলিবা কালেজথাবু করিগুম্বা অনিংবা বাখল অমগা লোয়নন্না পাঙেলনা য়েংলমই। মহাকীদমক্তদি য়াম্না সুংঙাইতনিঙাই ওইহনস্ত্র, মহাক্ক থংলমই— চহি খুদোংগী মহাকী পাজল অমুম অম্পুম হনথরকলে। মরম অসিনা মহাক্ক মহাকী থবকী মতাংদা বাকম অনিগী মতুংদা অমত্তমক থনবা তারমই, মহুৎ:— থবক য়াম্না চানশিল্লকলবা মতমদা থবক্কা মতোন্দা পীরক্লিবা চৈথেং অচু মহাকনা থাংবা ঙমদে, মরম অসিনা মহাক থবককীদমক্তা চংনবা য়াত্রবা মীশক অমনি হায়না লাওথোকপা, মত্রপা, ঙমলিবমবে মহাকী পোৎ অচুদা অচুম্বক থাংহ্নবা নৈবা। মহাক্ক অয়োইবগী বাকমসি থল্লমই।

নোমে রিজনেল কমিটীগী ব্যুক মীটিং তৌরমই। মীটিং অচুদা মতম কুইনা পাটিগী অপরগ্রাউণ্ড বারকর ওইরক্লবা

হৌজিক্কা পাম্বিক হেলথকী ইন চার্জ ওইরবা 'ডা: বার্তেলিক মীচিংদু য়াওবা চংলক্লুনা মহাক্কী নাকম্না কমথরম্লই।

"কোর্চাগিন নংঙে য়েংবদা হকচাং ওমদবা মাল্লি। নংগী হকচাংবু করম করম তৌরিবগেনে? মেডিকেল কমিসন্দা নংগী হকচাং য়েংশিনবা? নত্রে, মখু য়েংশিনকদবনে? য়েংখোকপা কৈ হায়না থম্লি। অদুগা নংগি মুম 'য়েংবদগী মীংথীজনা য়েংখোকপগী সরকার লৈরেমে মরূপ। শগোলশেল জুম্বিংকী মুংখিন্দা লাকই ঐখোয় মহাক্কী নশাদ চেক অমুক্ত তৌগে।"

ডা: বার্তেলিক্কী য়াচ্ছীদবক পাভেল চংলমদে। থবক য়াম্না চিক্কন্না চংপা ওমথিদে। তৌইগুম্বসুং, বার্তেলিকুদি মাবু কাওদে। মুখিং থম্লনি লৈরগা ডা: বার্তেলিক মশামক্তা পাভেলগী মনাক্ত লাকলম্লই। মহাক্ত পাভেলবু কমিসন্দা পুথং-লম্লই। ডা: বার্তেলিক, হায়রিবা কমিসন অমুদা মুরোপে-থোলোজিষ্ট অম ওইনা য়াওবনি। খুদক্তুদা মেডিকেল কমিসনা পাভেলবু রিকোমেণ্ড তৌরম্লই।

"অতম কুইনংগী নাররলবা লায়না অসিবু রেগুলার মেডিকেল ট্রিটমেন্ট পীননবগী মতম্তা ক্রিমিয়াদা থাগদবনি। অম্মুমনা য়েংহৌজরবদি য়াম্না ওমথীবা লায়না অম ওইরক্লুনা খুদোং থীবা মতুং থম ওইরকপা শোয়দে।"

লেটিন মরোন্দা ইপ্রিবা শাংলবা অশোকপশিংগী মিং পয়েংদা রিকোমেণ্ডেসন অসিস্তু য়াওরম্লই, অমদি, পাভেলন বাকম অথথক্লমক জ্ঞান তাম্না থংলম্লই — 'মরু ওইবা খুদোং থীবা পীরিবদি মহাক্কী খোংদা নত্রে, সেণ্ট্রেল নরভস সিষ্টেমদনি। হায়রিবা মকম অসি নিংথীজনা মশাকল শোয়রে।'

বার্তেলিকনা কমিসনগী রিপোর্ট অদু য়ুক্রেন পুথংলম্লই। মহাকনা থাজংলম্লই অয়েংপা থীখিংবা অমত্তা য়াওদনা কোর্চা-গিনবু থবক্তগী মুদক্ত থাদোক্লকপনি। হাকথ অসিদা পাভেল [illegible] তৌরম্লই মচুদি [illegible]

ডিপার্টমেন্টকী চিকনা মরুক'ৱবা কাওবদি মহ কী চৎপগী থবক অমু মৈথবীবা। মসিগী মরমদি কমিটী অমবু লুচিংবা য়াওদনা থাদোকলগা মহাক্না পামদে। পাভেলগী ৱাকথ প্রস্তাপ অদু ডা: বার্তেলিক্না থেংথবা য়াগ্রগন্ত ব্যুরুনদি য়াখিরমই।

অমুক্না হাপ্পা অহনগী মতুংদগীদি মহাকী পুক্নিদা অহানবা ওইনা ছুটি লৌগদৌরি। মহাকী নৈকম চাকমগীদমক্তা য়েস্ত-পাটোরিয়া সেনাটোরিয়া কন্দুনা থমলমই। মহু য়ারে হায়বগী চে অমম্মু মহাকী টেবলগী ড্রোয়াৱরদা থমলি। মতম থরদি মকমহু থাদোক্লমগদৌরে হায়বগী য়াখন্দা মমাংদগী ভেয়া অকনবা শক্তি শীজিন্নদুনা থবক কয়া অমুক শুরমই। মহাক্না রিজনেল কোমসোমোলগী প্লেনরি মিটিং পাংথোকলমই। চোকথবা নাই-দনা লোইশিন্দবা থবক কয়ামুক লোইশিললমই। অমুমনা তৌরমলবদি থবক চৎপ্রগা মহাকী পুক্নীংনা মুংঙাইনা পোথবা ওমগনি।

চৎলমদায়গী মতমমক্তদা, অকানবা ওইনা সমুদ্রগী মঙাল উগদবা মুংঙাইরবা মতাংদুদা থাজবা ওমদবা অঙকপা থৎন-চৈনবগী থৌদোক অম থোকখি। পাভেলনা মহাকী থবক লোয়রবা মতুংদা পার্টি প্রেপেগণ্ডা' সেক্সন্দা' চৎলমই। মকমহুদা মীটিং অম য়াওগদব নৈ। মহাক্না মকমহুদা থুংবা মতমদা কয়া অম কাওবা লাকলমগ্রি, মরম অহুনা হাংচিক লাংবা থোঙ্গনাউ মনাক অমদা লাইরিক থয়া উপুগী মকুমদা মতোমক ময়াম লাকপা ঙাইবা ওইনা ছুমিন কমহুনা লৈরমই। ঙাইহাকী মতুংদা মী কয়ামুক চংলকলমই। লাইরিক উপুনা থনখিবনা পাভেলনা মথোয়গী মশক্তী উবা ফংদে তৌইঙমমদুং খোনজেল থংবা মী অমগী মখোন্দো তারমই। খোনজেল অদো রিজনেল ইকোনোমিক ডিপার্টমেন্টকী ইন চার্জ কাইলোগী ওই-রমই। কাইলো মশক মতৌ ফজে, মরাকা মমুংগা য়েংনবদা মমুংলা ওমই। মহাক থৌনা কয়া লাম্নী অম ওই। পুম্নমক

অসিগী রাংমদা মতোম্দা থোইদোক হেন্দোকপা মশুন অমগীদমক মাবু ঙাংদৈ, মদুদি— যু থকপা অমদি হুপী কোয়বা। মসি মহাক্কী অহেনবা শুন অম ওইরমই।

কাইগো মতম অমদা পার্টিসান অমা ওইরমই। মহাক্ক মাথনোগী শুগা কাংবুগী মী থর হাংখিবা, মচুগী থোনাবু শাংথাক্লা মহাক্ক নাপল তোক্লা থবক খুদীংদা শাংথারমই। পাক্তেলস্ত মহাক্কী নাপগ অহুবু মৈথংনবগী তানজা কংদবনা ঙমলমদে। নোংম কোমসোমোলগী লৈশাবী অমনা পাক্তেলদা কপলখি। কাইলোনা মহাকপু লুহোংবীগনি হায়দুনা থাজহন্দুনা মহাক্কী পুক্লীংবু শুমচুমা ওইজবা খুদীংমক তারমই। ওইজবা কংগ্রবা মথুংদগীদি কাইলোনা মবান্নীগী মরক্ত থমখিবা রা ঙাকখিদে অমদি লৈশাবীগবু হন্দোকপীরমই। অদুগা লৌনম তৌবীরমলগা, ওইজবা কংগ্রগা মুপী অহুবু থাদোপীরম্বা হাপ্পা অমরোম কারে। হৌজিক্তী কাইলোনা লৈশাবী অহুবু মুং-শিবীবদি লায়রঙবা উম্নবা মতমদা কৌবা কাওবা কৌবী-রমদে। রাকম অহু কম্রোল কমিসন্দা থাজংপ মতমদা কাইলো যাম্না হৈ-শিংবা লৈথোকখিরমই মচুদি লৈশাবী অদুনা প্রমান পীবা ঙমখিদে। কম্রোল কমিসন্দা মায়থীবা ফংলক্রবস্ত পাক্তেলনা মুপী অদুবু থাজে। মহাক্ক হায়রিবশিং অদো অচুম্বা ঙাক্তনি। কমিসন্দ কয়মনা প্রমান পীগন। চৌনগী রা ঙাক্তা ওইখিবনা। অদুগা কাইলোনা থবক অসিদা হৈনরকপনা ঙসিদি মপামক্তী অকিস মদুংদা মহাক মশামক লৈনা লৈনা অচুগুম্বা রাকমদুগী মরমদা অতোম্নশিংগা কমি অমত্ত অখিংবা য়াওদনা রায়ী শারি।

"কাইগো, করম করম তৌরি। অথেংবা ফাওবা নহাক কদায়দা চংলুই?" কাইলোগা যাম্না লুনা তিমবা মরুপ গ্রিবোভ না হংলমই। গ্রিবোভ কম্তব', অপংবা, রাখন শিকপা মা অমা ওইদুনদু কমিশুম্বা মরম অমদগী প্রচারক অমা

ওইখি। মহুনা মরম ওইদুনা থবক অম অমদা প্রচারক বারকর অমনি হায়বগীদমক মহাক মশাগী চমথোকচবা মাপল লৈজরমই।

"মুপা মচা, নংনা ঐবু থাগৎপা য়াগনি ঙরাং ঐনা অনৌবা অম অয় তৌরে। কোরোটারেঙানি ঐনা লানজংলিবা মীশক্তু। নংদি করি অমত্ত ঙাংদনা তুমিন্না পংলৈত লৈ। মহুদনি নহাক্তু শোয়হৌরিবসি। থংজিল্লু মুপামচ। করিগুম্বা ঐনা মুপী অমবু তায়রবদি অথুবা থংদে, অঙম্বদা থংদে নোংংদি শোয়দনা ফংলগদবনি," মহুদা নত্তুনা মীয়াম মমাংদা কোংনা শামবা য়াদবা ওক্তবগী বারী অমম্তু শাহুনা কাইলো ফজরমই।

লাইরিক উপু মরুমদা কম্লিবা পাত্তেল বারী অহু তাবদা মহাক্কী মায়থোংদ' অঙাংব ঈচেল চেনশিনলকলমই। থাংবা ওহগী শক্তি হেন্দোকপ্রভুনা জ্ঞান মাংবগী ফিংগৎলবা তাঙ'হ য়োরক্লমই। কোরোটারেঙা বৃমনস ডিপার্টমেন্টকী ইন-চার্জনি। কাইলোনা রিজনেল কমিটিদা লাকপগা লোয়ননা কোরোটা-রেঙাম্তু লাক্লমই। পাত্তেলনা মহাকপু মশক মুন্না থংই। পুকচেল শেংবা, মপুক তপ্পা, জ্ঞান লৈবা পাটি বার্করনি। মুপীশিংবু লুচিংবদা মতিক চাবীনি। মুপী অয়াম্বনা মহাক্কী মনাক্ত চংহুনা বা তাবে, পাওতাক লোই, তেংবাংনি। মথান-নবাশিংনা নিংথীজদ ব্যবহার তৌই। মসিমম্তু পাত্তেলনা থংই মহাক য়ুম পানজিবী লৈশাবীনি। মরম আসনা কাইলোনা বারী শাবদা বাওরিবী মুপীদো মহাক ওইগনি হায়বসিদা চৌংন-নিঙাই করি অমত্তা লৈতে।

"মথা চথৌ কাইলো। নংনা মহাকপু শেম্লবা! নংনা হায়রিবা মীদো মাঙম্বদদি মানদে।"

"ঐবু, মহাকপু শেম্বদা? নংনা ঐবু করিনি হায়না লৌরিবগে? মহুদগী হেম্না হেম্না লুবা বাকয় কয়ামুকম্তু লৈবনি। অচুম্বা লম্বীদা চংশিন্নবদি, মহুবু কয়ম্না ওইরকলিবনো হায়বহ থংগনি। কনাগুম্বী থরবদি লুনা থোকলবম্তু মাঙম্ববগী মথন্দদি

থোক্তোক্না লূরোই । অতোপ্পা মীশিংনদি চংশিনবতনা 'থা অমত্তোম চংশিনবনি । থাইদগী মরুওইবা ৱাকতদি মথোইনা কৱি থল্লিবগে হায়বা থংলোকপনি । মতুংবু থংলবাদি, মত্তু অচুম্বা লম্বী ওইরে । মসিমনি ফুপাশিংগী অকন্দা পুন্সমক থানা "বিজ্ঞান অহ ওইরিব", অদুগা ঐনা 'বিজ্ঞান থাদিগী প্রোফেসার । হো! হো! হো!"

অশুমনা হায়রগা কাইলো মতিন অম্-ম তাবমথৈ এপুক শেম্না নোকলমই । মহাকী পাওদথবু তারিবশিংনা হেমখুক থম্মোই পেংথোকপ। ঊত্রি মমোম চোংখনবা ৱাঙ্গী মখা চথনবা তকশিল্লমই ।

কোর্চাগিন কমলম্বদগী ফুক হৌগৎলমই । খুত্তম চেংনা পায়শিল্লমই । মহাকী থবাক্তা থিংবা শুমদবা মিহুন তিং তিং চোংলকলমই ।

" ইচম চম্বা মওংনদি কোর্নোটায়েভাবু ফাবা তুমলোই হায়বাস ঐ থংই, তৌইশুমস্তুং থবক অসিদি ঐ থাদোক্লোই । মরু ওইনা থবক অসিগীদমক্ত ঐনা গ্রিবোভতা যু শিক্কি কমামুক পীগ্রবনি । মরম অসিনা, ঐনা বা তাংবদা মখল মখলগী লৌশিং শীতিমে । মহাকী অকিসতা নোংমদা অনিমক মক্লপা হঅহুম-লক চংই, তৌইশুমস্তুং, ঐনা যাবু ঊথক অম পীথদি তমদে । অমত্তোমদা, ঐগী মরমদা মীনা কাঁম্ব কররিবো তাং জোং তাংনবা তাই, মহাকী মাকোংমকনস্ত অদুগুম্বা অপংবগী বারেম অহু তাঞ্জবনি । মরম অদুনা, হৌজিক্তী ঐনা মশা শোক্লবগী লৌশিং তৌবা তাবনি, অহানবা লান্দা শোমখিবা ওইখনা । হো ! হো ! মশক্তী কজবনিহে ! য়েংও, ঐনা মত্তোম্দা ঐগী অৱাবা ৱাঙ্গী লীরমই । করম হায়রন। ঐনা লানকমদা লাম্হৌংনবকপা, লানগী-দমক্ত চংশদা শোকখিবা, অৱাবা কম্না অংখিবা, মকম মকম খুদীংদা কোয়চং চংলমদস্ত ঐনা অকপা হুঁপী অম কাওবা কংবা ওমখিদবা ! মরম অদুনা হৌজিক কাওবা 'ঐ কনাগুম্বী

অমত্তনসু হুংশিনবীরবা, হুংশিনবীনবা লৈরবা "কায়রবা মী অমত্তুম পুঁজি লেপ্লিবা। 'অদুগা ঐনা'মহোৎপা বারী কয়ামুক লীরমা মহাক্কী অশোকনবা মকম য়েংলমই। থংজেকো? মহাকপু কংনবা ফোংনবদা ঐ খুদোং থীব কয়ামুক মায়োইক্কে হারবসিদি ঐ টশানা লাকরি। অংতোপপা মওং অমমনা ঐনা বাকম অরথক্কং থলকারি. মাবু কংহুমা মখেনবা অদুগা মসিগী থবক পুরবক অসি লেপখোকপা। কৌজিঙ্কী মসি মিরনগী থবক অম ওইরে — অদুগ নিরবগী বাংমদসু লৈরে। অম থংদে অম থংদে —ঐখোইদি অদু থিনগাম্নবলি। মথেদদি, ঐনা বাখী অখিবেবু মরখাইরে। মসিদা নখোয় করি থনবগে? মহাক লৈশাবা ওইরমলে। হা! হা! কয়াদা হুংজাইপ্রবা!"

মতুনসু লোয়দনা কাইলো ইজ্রী লালহৌবগী বারী মথা চৎথরকলমই। পাভেল বারীশিং অদুবু তাদুনা ভুমিননা হৈংথোকপা গরখিজ্রে। অশাউবগী মৈনা মৈরি থোক্না থঙ্গোই-হুংনা ডাংনা চাকথংলক্লে। কাইলোগী মনাক য়োবা থংহৌদরে। "হে ওক!" পাভেলনা শাওনা লাওরমই।

"খোহ ওক, ঐবু ওক্লনে, লোম্ন' পাও তাবা মংনা করি?" খুদক্কুদা পাভেলনা করিগুম্বা বা থরসু ডাংলমই। মদুনা মরম ওইদুনা কাইলো শাওগৎতুনা থৈরেং ছুরেংননা পাভেলগী থবাক্কী ফুরিত পায়খিরমই। "ঐবু ইয়াল শীরিজ্রা, ইহ?" লাওরতুনা কাইলোনা পাভেলগী মমাংদা খুদুম্না চিল-লকলমই। মতুনা পাভেলগী মকমদদি অচাকপা মৈদা শীং য়াংশিনবগুম থোকক্রে। মনাক্তা লৈরম্বা উবুং উগী লুমলবা ষ্টুল অমন কাইলোবু লৈমায়থক্তা থোমথরমই। অমুক্তং য়েথ-খনা মডিক ওকনা কাইলো লৈমায়থক উপনা তাখিরমই। কাইলোগীদমক্তী মহু লাইবক কবানি। অশাউবনা হেনখিদুনা পাভেলনা মহাকী লোংথৈ শীজিন্নখিদে। করিগুম্বা লোংথৈ শীজিন্নরবা থোক্রবদি মীকুপ্পু মতমদা কাইলোগী পুঁজিগী অরোইবা

হায়বদু ওইরগদবনি। অহুমকপু ৱাখল লৈতবগী থাজনিঙাই ওইদবা, ইকায়বা য়াবা থৌদোক অমদি থোকখ্রে। অহুনা মরম ওইদুনা ক্রিমিনাদা চংনবগীদমক্তা লেপলবা মুঙিংচুদা পাক্ষেল কোর্ট কাবা তাখি।

টাউন থিয়েটরদা পার্টি ওর্গেনাইজেসন পুন্নমক তিন্নখই। থৌদোক অহুনা পার্টিবু অঙাংবা ঈথক অমদা লৈফল্লখই অমদি পার্টিগী নীতি-নিয়মগী, লমচৎকী অমদি লনাই মরি লৈনবগী মতাংবু পুথোক্নুনা কয়া খম-লৈনরখই। ৱাকম অহু থম্নবনা পার্টিগী মপুংদগী হেন্দোক্নুনা মীয়ামগী ওইবা থৌদোক ৱাথোকপু খম-লৈনবগী খুদম অম ওইহল্লি লোয়ননা থৌদোক অহুনা হৌরককমগী ৱারীবু হন্দুনা য়েংহল্লে। মীয়ামগী মমাং অদুদা কাইলো ওস্নোক্না থকশি খাশি নাইদবা মওং অমদা বা তাং-লখই। নোক্রেপ্পবা অমদি থৌওই উশিংতনা মহাক্ন খমকা তৌরমই — ৱাকম অহুবু পিপলস কোর্টতা পুখংচুনা কেশ তোগাল। কোর্চাগিনবুনা, মাবু মরাল শাহুনা ঈকায়বা পীব-গীদমক হার্ড লেবর সেনটেন্স পীগনি। অহুনা মরম ওইহুনা মহাক্ন ৱাহংশিংগী অচুম্বা পাওখুম পীয়ু কায়বা য়ারমদে।

কোর্চাগিন নংনা ঐগী লমচংতা লোৗনম্বা পামলে। মহু কমিস্ সামরোই। নংনা হেক পাম্বা মওংদা ঐবু ইরাগ শীয়ু, তৌইগুম্বম্রং অচুম্বহুদি মসিনি— মকমসিদা লৈরিবা ঙুপীশিংনা ঐহোন্দা থাং মুরিবনি, ঐনা মথোয়বু থোয়দাবীদে হায়বগী-দমক, অহুগা নংনা মকমসিদা থাঙংলিবা কেশ অসিনদি ঐবু কত্তবা শাংদা চলহনবদা মতিক চাদে। করিগুম্বা মসিনা শোক ১৯১৮ গী অহুরাইদা ওইরম্লবদি অঙাওবা কোর্চাগিনসে ঐগী গুন খংহল্লমগদবনি। অহুনা হৌজিক্কী, ঐহাক য়াওঙবগ্ন নহাক্ন অহুম চংথরো।” অম্মুমনা হায়রক্লগা কাইলো হোল থাদোক্নুনা চংখিরমই।

কাইলো চংশ্রবা মতুংদা চিয়ারমেয়া পাভেলদা করি করি থোকখিবনো হায়না হংলমই ! পাভেল মহাক্না অশাউবা কয়াবু নমথরগা ভপনা ইংনা চিয়ারমেনগী পাওখুম পীরমই।

"বাথোক পুম্নমক অসে ঐ ইশানা ইশাবু কাক্তিনবা ভমজনবদগী থোকখিবনি। থুংকা কোক্না, থুংনা হানবা ঐগী কিংলবা হুমিংশিংদুদি মতম শাংনা কৌশ্রর্বনি। মতাংসিদা থোকশ্রিবশিং অ'স থৌদোক অম ইথং থংহৌদনা থোকখিবা হায়বহুনি। ঐনা ভৌরিবসি করিনো হায়বা থক্জিন্দ্রিন্দেদা কাই-লোবু লৈমায়থক্ত থোমথরমই। মসিমক পার্টিসানগী থুং থুবগী ভরংলবা থুনম অমনি। মমাংগী লৌশ্রবা চহিশিংদা অসিগুম্বা কোক্না থুংকা মায়দবা অসিগীদমক ঐনা কয়ামুক লানখি, অহুবু, ঐনা মহুবু কুইনদগী থাদোকপ্রবনি। কাইলোদা যুথখিবঃ অহুদি ফুয়ে হায়বা অহুম য়াবনি। কাইলোগী মওং, অসিদি য়ামনা ভুকচনিঙাই ওইবা লমচং অমনি। ঐথোয় ড়ান ভাবা ঙমদ্রে মানা ভৌরিবসি করিনো হায়বা। ঐহাক্না থাজবা ঙমদ্রিবদি, রিভোলুসনরি অমা অমসুং কম্যুনিষ্ট অমা ওইনা অ'সগুম্বা ভুকচনিঙাই লমচং অসি করিগীদমক চংলিবনো হায়বসিনি। মসিগী ওয়-তৈমবা মায়কৈ অমদ হায়বা ভারবদি মসিগী থবক অসিনা কম্যুনিষ্ট ইমায়বশিংগী লনাইগী লমচংতা ঐথোয়গী পুক্নীং থিংজিল্লি।"

পাভেলগী বা ভারগা য়ায়বা মীয়াম অহনা কাইলোবু পার্টিদগী ভাম্বোকপা হায়বসিদা ভোট পীরমই। গ্রিবোভপুস্নু য়াম্না থীনা চৈরমই। করিগুম্বা মহাক্না মতুংদা অমুক অসি-গুম্বা থবকসি ভৌরক্লবা অদু ওইরবদি মহাকপু ভাম্বোকনি হায়না পার্টিনা কৌহল্লমই। কাইলোগী বায়ী অন্ত ভাবা য়াওখিবা মথোয়শিং অহুদি মশানা ময়াল য়াজবগা লোয়ননা লাম্নে হায়-জবদগী থাদোকপীরমই। অহুদগী বাতে'লিক্না ভিন্নিবা মীয়ামদা পাভেলগী শার্ভ'কী ওইখিবা কীবনগী মতাংদা বা থর ভাংলমই।

হোৎজিল্লমই। অরোইবা নাইদনা শন্দোকখিবা, মীংয়েংগী লম্পাক অম ওইরিবা মপান নাইত্রবা সমুদ্রবু থবাই তানা য়েংলমই।

মুংঙাইরবা ঈথক অমদা থম্মোই মীং অনিমক থম্না লেপ্লিবৈ মতমচুদা পাকলবা সমুদ্রগী ঈথক্কা মহাক্কী খোঙ তম্না সনাগী নৈচোই পুদুনা ত্থার কারকলমই।

————

## তরেৎশুবা মতাং

সেন্ত্রেল পোলিটেক্নিককী হীংখোলগা সেন্ত্রেস কমিটি সেনাডোম্বিয়মগী চীংখোলগা অনিসি শমনৈ, ঈকাও কাওনৈ। মরম অমিনা অনাবশিংনা সমুদ্র খোংবাম্বগী হল্লকপা মতমদা পোলিটেক্নিক্কী হীংখোল কাওতনা অশদ্বা লম্বী ওইনৈ। হ'য়-খিবা অশুম্বা লম্বীসিগী মনাক্ত বাংলবা অচৌব' শুপ-মুওগী কল্লাংগী নাকন্দা মশা- মরেং ফন্দোক্নুনা প্লেন কৌবা উপাম্বী অথক হৌখি। উপিগী মখোঙদা উরুপ লাংনা ফমচুনা হাং-চিক লাংনা মকমচুগী দৃশ্য য়েংবা পাঙেননা য়াম্না পামজৈ। চিক্রবা মকম অত্তুদগী হীংখোলগী লম্বীদা হরাউ-নুংঙাইনা চৎলিবা মীশিংগী দৃশ্য উই অমদি মুমিদাংবাইগী মুংশিরবা মঙ্গী খোনজেলশু চৎলিবা মীশিংগী হরাউ-তয়াম্বগী ঈথক্কু নমহৎতেনা সিংথিজনা তাবা ফংই।

ৱসিম্থ. পাঙেল পামজরবা মকমচুদা লাক্লি হৌজিক্ত ইরুজরকপা অমদি মুংশাগী মচাক্তা উইজিংবা পোক্লমই। মরম অচুমা অয়াব চৌকিদা তম্মে মান্দেমমা ফমথরমই, অচুপা উইরমই। ঈরুজ কী টাউয়েল অমদি মহাক্কা পারবা লাইরিক

Insurrection চৌকিগী মথক্তা মহাকী নাকন্দা ভাশিন্নুনা লৈরি। সেনাটোরিয়মদা লৈরকপগী অহানবা মতম্‌সিদমক্তু মহাকী নার্ভতা সুংঙাতবা, কোক চিকপা কব লৈরমদে। সেনাতো-রিয়মগী ডাক্তরনক্তু মহাকী হুংঙাইতবগী অপোয়বা মকমশিং খংলবক্তু লাইনা অতুগী মরু খংনবা হোৎনবদা চয়মুবা অমা ওইরমই। অদুমকপু, মখোয়না মরু অতুবু ফংননবা থিজিনবদি লেপ্লমদে। অমরোমদা পাস্তেলগী লাইমা অসে ডাক্তর মমাম অমনা লেপ্তুন' য়েংলকলিবা, মরু খংদনা' লৈরকইবা লায়না অমনি। অসিনা মরম ওইদুনা ডাক্তরশিংনক্তু মায়ু মথরাই বাহন্দুনা, কীহন্নুনা কাগী তৌরমই। মতুদি মারিবমথৈ থুনা মহাকী বার্ড খাদোক্তুনা চংথিদুনা অতোপ্পা স্পিসিয়েলিস অমদা চংনবা হায়রমই। মপুক ফবী ডাক্তরনা অসিমক্তু মথা তারমই: য়েংনিংদবা অনাব নংবু য়েংবদা বারে।

"পুম্নমক অতুগী হোৎনবদা ঐ চোকথরে," পাস্তেলনা ডাক্তর সুপীহদা হায়জরমই। "নোংমদা মঙারক ঐনা ঐগী মারী হনজিন হনজিন লীহুনা পেন্দবা বাহংশিংগী পাউথুম পীগনি: নংগী মবোক সুপীবু অঙাওবগী লায়নানা নারমবরা নত্রগা নখোয়গী অচৌবা নবোক্তু ক্যামাটিজমনা নারমবরা? মহাকপু ক'রি লায়নানা নারম্বগে হায়বা ঐনা মরম খংগনি? ঐগী পুন্সিদা মহাকপু অমুক্তম্ক্তু উথিত্রি; ঐ পোক্তি লৈদো শিগ্রবনি! ডাক্তর খুদীংমক্তা ঐবু গোনোরিয়ানা নাই হায়রন বাহমবা হোৎলৈ, মখোয়বু মমায়দা থিজিলগে হায়ত্রিবা কাওবা অচম্বা হেক হায়। অহুনা ডাক্তর, ঐহোন্ন পোত্থাজনবগী তানজা অমুক্ত পীবীয়ু। মতুথক্তনি, ঐনা পাবজরিবা হায়ববু। করিগুম্বা ঐনা ঐ ইশাবু মকমসিদা থা তরুক লৈরিদেদা ইতোমত লায়েংজবা তারবদি ঐহাক সমাজসিদা খুদোংথীনিঙাই ওইরবা পোংশক অম ওইরগনি।"

পাস্তেলগী বা তারগা মেরুসলিমচিক নোক্তুনা কাপী তৌরমই। মীকুপ থরগী মতুংদদি মহাক্তু ভপনা হোৎংতুনা

মায়থংনরবা মতুংদা ভোর'না মতোন্দা মথাক্সি থংনবা হৌখিবগী য়াম্বা নোক্লীংবা থোঁদোকপু হেক হেক মিংশিংলমই।

লোংমা মুংখিল মুমিদাংবাই অমদা থালাসা সেনাটোরিয়মগী লম্পাক্তা ওপন আর কনসর্ট অম তৌরমই। কনসর্ট অহুদা পাভেলনা মহাক্কী অরিবা মকুপ জার্কি উরমই। মীয়াম তিনবা ইরাং লাংবা ওইবরা পাভেলনা জার্কিগী মনাক তম্না চংশিনবা অরায়বা ওইরমদে। কোকস্ট্রোট জগোই শারকপা মতমদা মথোয় অনি উরবা ওমলমই।

কনসর্ট অহুদা মশা লোয়বা ঈশৈ শকপা মুপা অমনা 'ওহ, ঈস্ত্রি মৈকৌরবা অহিংশিং' হায়বা ঈশৈ অম শক্রমই। ঈশৈ অহুগী মুংঙাইরবা ঈথক্তা ভাবকশিং তাওরমই। অহুদগী ষ্টেজ মথক্তা মী অনিথক চোংথোরকলমই। চোংথোরকলিবা অনিহুগী মমুংদা মুপাহুদি কীজোল মতং অমত্তাক শেংলমই। মকোক্তা কোকতোত্তুমক কুম্না টুপী মচা অম উপলমই। মহাক্কী মকৈগন্দা অরংবা মকুপ মকুপ নপলমই, বো টাই পুন্দুনা ইরং লংবা ফুরিং অম লীংলমই। মহাক্কা লোয়মরিবী লাইথী মানবী মুপী অহন' চোন-চোন লাওবা স্কর্ট শেংলমই। সেনাটোরিয়ম পেসেনশিংনা কমলিবা আর্ম চৌকিগী তুংদা লেপলিবা মঙক চাওবা দুকান্দারশিংগী মুংঙাইরবা মায়থোংশিং অমদি মীয়ামগী ঙং ঙং নিল্লবা অরাংবা অহনা মথৌ হাপলবা জগোই শাবা শাবী অনিহুনা ষ্টেজ মথক্তুদা কোয়না কোয়না চৎতুনা মথোয়গী তৌঙবা শক্তিবু মীয়ামদা উৎলমই। অহকপা মতং অমদা অয়েংবা ভাবকশিংবু থাংঙমদবা ঈথিল অম পীরিবা দৃশ্য অম উৎলকসবই। মশা কবা, মশাগী শাদোংশিংবু উৎলিবা মুপা-হুনা, কাগী মানবা টুপীহুগা জগোই শামিন্নরিবী মুপীহুবু চেৎনা কোনশিন্নমই। মথল মতং মতংগী পোজদা ষ্টেজ অহুবু প্রোক প্রোক চাকথেকহল্লমই। পাভেল মহাক্কী মতুংদগী মশা কবা বা থরী ইস্ত্রি থুদুম চনবা ওমদবগী অশাবা খর কোনবগী

শিংশা লাওবা খোনজেল তায়রক্লমই। হৈনরুহনা মহাক চংলগে হায়দুনা হৌগংলকলমই। মতাংদুমক্তদা মমাংদা কনাগুম্বা অমনা হৌগংদুনা লাওরকলমই:

"ওক্তবগী লীলাহ্ ওক্লে, লেপলো।"

পাভেলনা খোন্জেলদুদা থংলম্মী, লাওরকলিব' মীশক্তু জার্কিনি।

পিরামো খোংবা মুপা খোংবা লেপখিরমই, ভাইওলিনস্ তপনা তপনা লেপখিরমই। স্কেট থক্ত তগোই শাব্রিবা অনিত্থ্ কোনশিন্নবা লেপলমই। তুংদা তিন্নিবা মীয়াম' কুম্ম লেপখিবতুদা অশাউবগী খোনজেলনা মুরুম মুরুম শোমররুমই।

"কয়াদা লমহেনগ্রবা, কুম্ম অসিবু লেপহনবা!"

"ইউরোপ অপুনা কোকট্রোট তগোই শান্নিবনি!"

"কা হেনমল্লি!"

মরক্তুদা বেরেপোভেৎ কোমসোমোল ওর্গেনাইজেসনগী সেক্রেটরি অমদি কোম্মুনারগী অনাবা অমগনা থুংচোয় মরি মচিন্দা থিনজিন্দুনা না হৈরুংপমথে কয়া হুইসেন খোংলক্লমই। অতৈম্পু মবান্নিগী মতৌতমতুনা চইসেন হুইটস হুইটস লাওনা পংখোংদা খোংগহলক্লমই। মীয়ামগী তপথবা মাওত্রবা অরাংবদুনা পাথংলদুনা কলাকার অনিদো অকনবা নোংলৈ অমনা হুমংদোকখিবগুম তৈজদগী মাংখিরমই। মমাংলৈগী চীয়োন-খোনবাংবা মী অমদগী হেম্না কন্নিম মাক্রবা এনাউন্সর ইংগ্লপাহনা বাবহার তৌরিবনি হায়দুনা মশা মামা কোহনা মীয়ামদা লাওখোরকলমই — কনসর্ট ট্রুপ অদু চংল্লে।

"কক্তবা থবক্তগী হৈনা নাক্লোকখিদা" মীয়ামগী নিলখোংবা অমদি নোকপগী খোনজেলক্তদা সেনাটোরিয়মগী দুপা মচা অমনা বাখয়োবকী কীজোন্দা লাওয়কলমই।

তামজাহনা পাভেল মমাংগী পয়েংদা কাখংতুনা জার্কি উয়রমই। মরুপ অনি অহ পাভেলগী কাদা হুইনা কমদুনা

খোংবান্দা তারমই অমদি মথক মথা ওলমই। গাড়ী অমুদা তোংলিবা মী খুদীংমক শোক্লমই। পাভেলগীম্ব য়েংথংবা থুকউ কাম্বমই। ঙ্গুমিং থরমি লৈরগা মতাকপু থার্কোভকী সার্জিকেল ইন্সটিটুাত্ত পুরমই। X-রেনচিংবা লৌচুনা নিংথিজনা য়েংলবা মতুংদা মহাকী শোকলিবা মকমচু থুজ্জা অপরেসন তৌবগী দরকার লৈরে হায়না মেডিকেল কমিসন অমুনা পাওতাক পীরমই।

পাভেলনা মহাকী অয়াবা পীথোক্লমই অপরেসন অদুগীদমক।

"হয়েংগী অয়ুক্তা," কমিসন অমুবু লুচিংলিবা মশা চাউবা প্রোফেসার অমনা পাভেলদা হায়রমই। প্রোফেসার হৌগৎ-লমুনা থোকখিরমই। মহাকী মতুংদা অতৈ ডাক্তরশিং ইরখিরমই।

পীকনা ইরং লংলবা কা অমু কমুং অমথক্তুমক থাই। অবোংশা মকম অমত্তা মাওরবা, ভরু ভরুবা অথমবা হোস-পিটালনি। ডাক্তরশিংগী ইত্তোপ তোপপা মমমচু পাভেল তারক'খদবা কুইরে, কাওরে। পাভেল মহাকী অকোয়বদা লৈরিবা কাগী দৃশ্য য়েংলমই। মহাকী কমুং অমুগী মাকন্দা অঙৌবা কীনা কুপ্পা টেবল মচা অম লৈ। টেবলগী মনাক্তনা অঙৌবা মচুনা লংবথৈ শংলব' স্টুল অম লৈ। অদুম্না কাগী মমুং অদু অঙৌবতনা লৈত্তেং ওইচুনা পুমচৌ ঙৌরমই।

হোসপিটালগী নর্স অমনা পাভেলগী চাক পুরকলমই। পাভেলনা চাক অদু চাদনা হনহনখিরমই। কমুংদা মশা ভং-থার অম করলগা কোম্বৌনা চিঠি ইরমই। থুকউদা মারিবা অনাবা অমুনা মহাককী মাথলবু অথিংবা পীবতা নত্তনা অরাব থৌরাংবু মুনবীরমই। অমুম্বা, বানা চিঠি ইবনা মরিত্তবা চিঠি ইরিবৈ মত্তমদা কাগী থোঙ শুপনা হাংদোক্লুনা অঙৌবা কীজোল অমদি অঙৌবা টুপী উপ্পা মূশী অমা পাভেলগী কমুং ভয়া চংশিল্লকলমই। ঈলেকত্রিকী মৈঙান্নুদা মুবেবা মীংম্না

অনিগী মথক্তা লীরুং শানা কোল্লিবা পীগুং অনিমা লৈতেংল্লুনা মায়খোংগী কজবা হাপলিবী সুপীহুগী ওটথংবা মখুংনা পোর্ট-ফোলিও অম পায়রমই অদুগা মেৎথংবা মখুংনা চে অমগা পেনসিল অমগা পায়রমই।

"ঐহাক নহাক্কী বার্ডসগী ডাক্তরনি," ডাক্তর সুপীহুনা পান্ডেলদা শকতাক্লমই। "অদুনা হৌজিক ঐন' নঙোন্দা বাহং কয়ামুক হংগদৌরি, য়ানিংবা য়ানিংদবা খিদম' ঐগী বাহংশিংগী পাওখুম নহাক্ক পীবীবা তাই।" মোমোন নোকপা শুমহৎ মীনোক অমগ ডাক্তর সুপীহুনা মহাক্কী কুপথয়বা বাহংগী তোর্বান্দা লেপ্লক্লমই। পান্ডেল পুং অমরোম, য়ানিংদবা অমত্ত য়াওদনা ডাক্তর সুপীহুগী বাহংগী পাওখুম পীরমই। মহাক মশাগী বারী লীখোকপতা মন্তুনা পান্ডেলনা সুপীহুগী মকমদা মীরোল কয়া লাল্লোকপ্রবা মহাক্কী মরী মভা-ইমুং মনুংগী বারীস্থ পাওখুমলক্তুদা তিলহল্লমই।

.... .... .... ওপরেসন থিয়েটরদো। মাগী মনুংদা লৈরিবা মী পুম্নমক চীন অমদি নাতোন কুপ্পা অপাব ফীগী মায়খুম উপই। ইরং 'লংবা নিকেলগী খুৎলায়শিং ময়াক চপ্পা অশাংবা টেবল অমগী মথক্তা পুল্লপ পরেং নাইনা থমলিবা। মদুগী মথাদনা ঈশিং হাপ্পা অচৌব' বেসিন অম লৈ।" ওপরেসন টেবল মথক্তা পান্ডেলনা হিপথবা মতম অদু ফাওবদা প্রোফেসার মখুং হায়হুনা লৈ। মহাককী মতুংদনা ওপরেসনগীদমক্তা শিল-লাংলি। শিল-লাংলিবা অদোমদা পান্ডেল মহুক লৈশিন্নুনা য়েংলমই। মর্স অদুনা পিনসিটশিং, লেনসেটশিং মকম চানা শিন্দোকলি।

"য়েংহু পণ্ডু, কমরেড কোর্চাগিন," মহাক্কী বার্ড ডাক্তরনা হায়রকলমই। বার্ড ডাক্তর মতমহুদা পাংভলগী খুকউগী অশোকপা মকমহুদা য়েংশিল্লমলিবা বেণ্ডেজ লোথোকলমই। মহাক্ক বেণ্ডেজ লোথোক লোথোক্লা মথা তারমই:

"মহ য়েংঙ্‌বগা নার্ভতা হুংঙাইজবা কাওরকনি।"

"কনাগী নার্ভপুনো ভাক্তর?" কাগী মীনোক অমগা পাভেলনা মহাক্কী বার্ড ডাক্তরদা হংলমহই। মীকুপ থরগী মতুংদা চ'ওরবা মায়থুম অমনা মহাক্কী মায়থোং কুপশিল্লক্লমই। মায়থুমদুগী মতুংদা পাভেল প্রোফেসারহুনা ডাংবা ডারমই।

"ঐখোয় মচোন্দা অ্যানীস্থেকতিক (ডান মাংহনবা হীদাক) থাগদৌরি: মাচোন্দা থর শাংনা শাংনা হোল্লু অদুগা মশীং থীবা হো।"

"য়াম কনি," মায়থুম মতুংদগী হৌদবা খোনজেল্লা ইংনা থুমলকলমই।

"অদুবু, ঐহাক্না প্রোফেসারগী মকমদা মাংজৌননা হায়জরি, ক'রগুম ঐহাক্না লুদব', লৈবাক মচা তাদবা বাঙাং শীজিন্নরক্লবদী ভাকশীয়ুকো।"

পাভেলগী রা তাবদা প্রোফেসার যোমোম নোক্তবা ওমদে। ঈথরগী পিক্লবা মরিক অমথক্তনমু থর ফুনথগুম্বা থাংওমদবা কল্লবা মনম অম কাওহল্লি। পাভেল থর শাংনা শাংনা হোন্দুনা লম্বা শেংনা মশীং থীনবা হোৎনরমই। মীকুপ থরগী মতুংদগীদি খোংজেল খোকথিদরে, পুরা পংথখরে করি অমত্ত থংথিদরে। হৌজিক্কী, মহাক্কী পুক্কিগী অবা পোলোয়ইনবগী মুখল অদু হায়গৎখরে।

আর্টেম, মনাও মুপানা থাবকপা চিঠিগী মখুম পুকনীং তনিক্লনা হাংদোকলমই। মমাংগী বাহৈ থরদা আর্টেম তগ্না পারমই অদুদগীদি লেপলিবা চিঠিগী মরোলশিং পানিংঙ্গী খোয়াংলবা ডহানবা পুক্নীংনা য়াংনা পাবা হৌরকলমই।

"ভাচৌ আর্টেম! ঐখোয় অনি অমনা অমদা চিঠী কয়া তোয়না ইনদে। চহি অমগী মতুংদা অমুক নত্রগা অনিরক্লবক ইনবগুম তৌই। অদুবু, মসিবু চাংনা লেপলকরা? নহাক্ক নংগী মক্ক অদু মুকতংপগী অনিংবা লৈবনা মেপতোক্তকা

টু কাজাটিন রেলবে মার্ডতগী ইমুং মনুংগা লোয়না হোংলে মায়না ইরকখিবনি। ঐ খংই, ইতৈমা স্টাইওপা অমদি মহাক্কী শ্যাটেগশিংগী মাথয়োন, অপিকপা মপু ওইবগী অনিংবা অহুনা নহাক্কী মকুবু শোংখনরে। ইতৈমা স্টাইওসাগুম্বা খীগী মথলগী মতম্মাংদা বা' ওাংবসি কয়া নুংঙাইতে, মরম অহুনা ঐনা নহাক মায় পাক্লোই হায়বগী কীজবা নৈ। 'নহাক্কী অহল ওইরক্লবা চহি মতাংসিদা' নহাক্না লাইরিক পাবগী মতম ফংবা বাই হায়না হায়খদো, অদুমকপু নহাক্না তৌরকলিবদু ইকং কন্তবদি নংতে। টাউন সোভিয়েটকী চিয়ারমেন ওইরনবগীদমক নহাক্ক কেকরি থাদোকউ য়াদবা নহাক্কী থপংব' থাখলহু ওশেং-নমক লাল্লি। সোভিয়েট শকতিগীদমকত নহাক ল্যাম্বেংনরকপা নত্রবে? অদু ওইরবদি চিয়ারমেনগী কম অহু লৌশিন্নুনা কেকতরি থাদোকউ। ঙরেংদগী টাউন সোভিয়েটকী কমহু লৌশিন্নুনা থবক তৌবা তৌরো।

"ঐ ইশাগী হৌজিক ওইরিবা কীবগী মরমদা হায়বা তারবদি ডাক্তরখানাগা তোয়না শম্বনা ঐগী ইশাদা কমিগুবা অশোয়বা অম লৈরে হায়বা তাকই। অনিয়ক গুরে ওপ-রেসন তৌরিবা। মরম অহুনা ঐগী ঈ অমদি পাঙ্গল য়াম্না মাংখ্রে, তৌইগুম্মদুং, মসি কৈদৌংগৈ লোইখিগদগে হায়বদি কনানম্ভু হায়বা ওয়লোই।

"ইকুই কুইমনা ঐ থবক শুবা ওয়লগনি। ঐ অনৌবা শিনকম অম ফংলে। ঐনা ফংলিবা শিনকমসি 'চংনবা য়াত্রবা' হায়বদি পাঙ্গলগী থবক মত্তবা শিনকমনি। য়েংথংবা থুকউ কোম্বোক-কোমশিন য়াদবনা, অশোকপসিগী চিকপা, নাবন-চিংবগী অরাবা কয়া তুশিন্না থাংলি। ঐগী ইশা পুম্বসে শোকপগী দাগকম ওাকতনা ওাইরে। হৌজিকী অকোনবা মেডিকেল ডিসকোতরিনি — চহি তরেংকী মমাংদা ঐগী কোকত শোকখি-মহুনা ঐগী পুক্সিবু থাদোকপা নৈতনা কোননহনগদৌরি।

তৌইগুম্বসুং, ঐহাক্ত অমুক হন্না য়েক্কদা হপজিনবা ঙমদ্রিবা কাওবদি অরাবা লীশিংসি খাংনবগীদমক ঐ লেপলি।

"য়েক্কতগী ভোকপা হায়বসিদগী হেন্না ঙমখীবা মপক অম ঐগী পুন্সিদা লৈতে। মসি ঐগী পুন্সিদা খল্লবা ঙমদবা অম ওইরি। মরম অসিননি, 'ঐনা, ডাক্তরশিংনা ঐগী ইশাদা তৌনিংবতা তৌবদা অথিংবা পীদ্রিবা। অহুবু, ঐগী হকচাংগী কীবম কগংলকপদি লৈতে। নোংম নোংমগী অমম্বা লৈচিন্না কুপশিল্লকলি। অহানবা ওপরেসন তৌখিবা অদুগী মতুংদা ঐনা হেক চৎপা ঙম্মগা ঐ থবকত চংলমই অহুবু ঊকুই কুইদনা ঐবু অমুক খুদোং পীবদা পুনশিনবীরি। হৌজিক ঐ মখোয়না থাবীদুনা য়েভপাতোরিয়া সেনাটোরিয়মদা লৈরি। হয়েংদগী ঐ মকমসি থাদোক্তুনা চৎলগনি। ঐনা ঐগী হকচাংগী মরমদা রায়ী শাবসিদা নহাক পুকনীং হন্থগদ্রু, নহাক্কুম্ব থংইবহুন আটে'ম, ঐ কৈদৌঙৈদম্ব শিরোই। ঐগী মতিক চাব পুন্সি অহুম্মক লৈ। অকমদক ঐহাক শিক্কবদগী হল্লকপ্রবনি তা'চৌ, নহাক অমম্বুং ঐহাক করিগুম্বা অফবা থবক থবদি তৌসি। মরম অসিনা হকচাংগীদমক চেকশিনবীয়ু। কৈদৌঙৈদম্ব মহাক্কী পাক্কলবু কা হেন্না শিজিন্নহনা মবেং তাহনগনু। হকচাং কংলকতবা, শোল্লকপা হায়বসিনা য়াম্মক পার্টিবু চেৎন্নে। থবক শুরকপদগী থেংনরকইবা, থংহকইবা মরাম ; লাইব্রিক পাবদগী কংহকইবা মমল নাইস্রবা জ্ঞানশিং অসে তাক্তর থানাদা শীজিন্নদনা লৈহনগদবা পান্মুই। তাচৌ, নহাক্কী থুং শোকচরি।

"পাভেল"

পাভেলগী চিঠী পাবা মতমদা আর্ট'মগী চাওরবা পীগুম শুবতোক্লমই। মনাওগী চিঠীনা মহাক্কী কল্লবা থম্মোইদা চৈথেং অম পীরমই।

কোসপিটিলদা পাভেল ডাঃ বাজানোভদগী মীদাম্ব লৌরমই।

"নহাক হয়েং ক্লিনিকদা চংলগনি হায়বা?" বাজানোভা মহাক্কী নৌরবী খুং পীরদুনা ইংনা হায়রমই। "নংবু মকমদুদা কমাইনা খঙম লেনবিগদৌরিবগে?"

"কম্রেড রোস্তকিনা মকমসিদা লাক্লগনি," পাভেলনা খুমলকলমই।

"মখোয়গী ইমুংগী মীশিংগা শকথং-মায়থংনেকন্নবগীদমকত ঐবু মখোয়গীদা পুথীগদৌরি। মুমিদাং অসিদি মখোয়গীদা লৈরগনি, হয়েং মানা স্টেসনদা থীন্দোকপীগনি।"

ডাঃ বাজানোভা ডোয়াবু নিংথীজনা থংই। মহাক হোসপিটালদা পাভেল উৱবা তোয়না লাকই।

"অদুবু, কমরেড কোর্চাগিন, নহাক্কু চংল্লিবৈগী মতাংদা ঐখোয় ববাদা নংগী হকচাং য়েংকনগনি হায়বদু কাওরবরা? ঐনা ববাদা নহাক্কী অমাবগী মরমদা অকুপ্পা মরোল য়ারী শাপ্লবনি. মহাকপু ববাদা য়েংকনবা পামই। মুংথিল সিমক্কুম্ন মহাক্কু থবক অসি পাংথোকপা য়াই"

পাভেল ডাঃ বাজানোভাগী য়াকমদু খুদক্তা য়ারমই।

মথিং চংলবা সার্জন অদুনা পাভেলবু য়াম্না কুপ্ন ইকজাখিন তৌরমই। মচানুপীনা X-রে শিকচর অমদি ক্লিনিক্কী নৈন চে পুমুমক পুরক্লুনা মপাবু য়েংকল্লমই। পাভেলগী মশাবু চেকশিন্না য়েংলবা মতুংদা সার্জন অদুন লেটীন লোন্দা অশাংবা রিমার্ক অম ইরমই। রিমার্ক অদুবু য়েংলগা মচানুপীগী মায়খোংদা মুংঙাইতবগী মমি অম ভারমই। কবিগীদমক্ত অদুক য়াম্না মুংঙাইতবগী মমি তাবনো হায়বা পাভেল থংলমদে। চাওরবা, তাংলব প্রোফেসারগী কোক্লা মচোন্দা নোম্ছুনা খৌরবা মমিংনা পাভেলগী মশাদা কবিগুম্বা থৱ থীরিবদুবু পাভেলনা য়েংলমই. তৌইগুম্নমক্তং, ডাঃ বাজানোভকী মায়থোংগী লৈমায়দা কোংলিবা থাখলদুমদি থংবা ঙমলমদে।

পাভেলনা মখি শেংচিল্লিবৈ মতমদা প্রোফেসারনা মচম্পীদ লায়রেংবদগী ফংলকলিবা ফল অমু পাভেলদা তাক্লনবা শীন-নরমই লোয়ননা পাভেলগী মফমসম্ব্ কনক্করেক্স মমা লৈরনা চংলিবনি হায়রমলগা থোকখিরমই।

থাভানোভাগী কক্কবু', নিংথীজনা লৈতেংলব' কাদা পাভেল হিপথক্তনা ডাক্তরদুনা ঙাংলকপা ঙাইরমই। তোই ঙম্মম্ম্ং, মহাক্কুদি কয়া বা হৌদোকদগে হায়বা থংলমদে। মরমদি মপানা মথোন্দা শিন্নমলিবা রাকম অমু মহাক মশামক্লা হন্দুনা পাভেলগী মফমদা হায়বা ঙমলোই। রাকম অমুদি থবক শুবা মতমদা পাভেলগী তাংশিংদা মৈহৌবদৌনা শারগা পোম-থংলিবা ভমথীরবা লায়না অমু হীদাক চাবনা ফবা ঙম্লোই। রাকম অসিদা ওপরেসনগী তঙাইদবা লৈরে হায়বগী খুদম প্রোফে-সার অক্লনা উৎলমলবস্থ মশামক্ক ওপরেসন তৌববুদি য়ারমদে। মরমদি প্রোফেসারনা অম্মুয়া মচাম্পীদা হায়রমই।

"নহা ওইরিব পাথং অসে মাগী হকচাংগী কয়াংলিং লেং-ওংপা য়াগম্ম হায়না ভমগ্রবোইরে, মহাকী পুক্লিগী অরাবগী পোলোই অসিবু ওহোকপা ঐখোয়গী শক্তি লৈতে।"

ডাক্তর অম ওইনা নত্রগা মরুপ অম ওইনা পাভেলগী মফমদা অচুম্বা খুদীংমক হায়দোকপা কায়থেস মহাক্ক অশিংবনি হায়না শল্লমদে, মরম অসিনা কগদবা রাটৈ খন্দুনা শাক্তিমরগা অচুম্বত্তগী শক্কক খজিক্কমক হায়রমই।

"ঐনা হায়রিবসি অচুম্বনি, কম্মরেড কোর্চাগিন, য়েভপা-টোরিয়াগী *mud না নংবু শোয়দনা ফংনগনি। অটমসিদদি নহাক থবক্তা হনজিনবা ঙমলগনি।"

বা অসি হায়বা মতমদা মহাক্ক কাওথোকপা অমদি লৈরমই মহুদি মহাকী খোৈরবা মীৎনা মহাক্কপু মীক্কুপ খুদীং য়েংশিল্লিকহু;

---

(Mud) Bath in the mud of mineral springs e.g. as a cure for rheumatism.

"নহাক্ত হায়রিব্রদগী, নত্রগা নহাক্ত হায়দোকপা থগ্নিবা, থগ্মোইমুংদা লোৎলিবা ৱাশিং অদুদগী থংবা ঙমই হীবম অসে অরুবদা লৈরে। ডাক্তর, ঐঙোন্দদি অস্থুকী মতিক চমথোকপীয়ু, পুকচেল শেংবীয়ু হায়না ঐনা হায়জবদো কাও-থীগনু। নহাক্ত ঐঙোন্দা অমুক লোৎপগী করিস্তু কায়রোই। মতুনা ঐ ৱাস্থখিগদবা নত্রগা ইতোমত শিজগদবা লৈত্তে। ঐগী মরমদা করি লোৎতুনা থমলিবগে হায়বদো ঐ শেংনা থংজবা পামই ডাক্তর,"

পাভেলগী ৱা তারগা বাজানোভানা পুক্নীং থোগৎপগী মুংঙাইরবা ৱাতা অমদা চুমথ্রিং হায়রক্লমই। ডা' বাজানোভানা পাভেলগী তুংগী পুক্নিদা ওইরকপদবা মশকপু পন্দুনা ডাংখবা ৱাগী অর্থ অদু পাভেলনা মুথিদাং কাওবদা থংবা ঙমখিদে।

"ঐসে নহাককী মরুপনি হায়বসে কাওগনু, কমরেড কোর্চাগিন," বাজানোভানা মখোয় অনি কায়নবা মতমদা ইংনা হায়রমই। "কনাগা থংগনি পুক্নি অজিনা নংগীদমক করি তুংশিন্দুনা থম্মীরিবা। করিগুম্বা মতমদা নহাক্না ঐগী ইত্তেং অমদি পাওতাক দরকার লৈরকপদদি ঐঙোন্দা ইথীরকউ। ঐগী হেক লৈজবা শক্তিগী মনুংদগী মহাকপু তেংবাংনবা হোৎনগনি।"

শাউনগী জেকেট লীৎতুনা চৈশুদা মশা ঙামথনা হপনা; তপনা রেটিং কেব কাওবা চংথ্রিবা মুত্তি অদুবু ডা: বাজানোভানা থোঙনাউদগী তুমিন্না য়েংলমই।

য়েভপাটোরিয়াদা অমুক হন্না লরে। থা মায়কৈগী শারবা মুংশাদা মুংশা মঙাল চারবা মায়থোংশিং নিংথীজনা মরেক লোয়নবা স্কুলকেপ উপল্লনা ইরাং লাংলমই। মীনিট তরাথকুং পাঙ্গী তোংহন্না অনৌবা থুংজিনবা মীশিং অদুবু মাইনাক সেনাটোরিয়মগী মখোল অনি বাংবা বাঙনাংনবা মচু শংলবা মুঙগী বুালডিংদা পুররকলমই।

মথৌ ভারিবা ডাক্টরনা পাভেলগীদমক কা অম কন্নুনা সেন্ত্রেল কমিটি, উক্রেনিয়ান কম্যুনিষ্ট পার্টিনা থমলে হায়বা খংবদগী পাভেলবু কাং নং ১১ দা পুখংলমই। "ঐনা নহাকপু কময়েঙ ঈবনবগা লোয়ননা লৈমিন্নরম্মগনি। ঈবনর জর্মনী, মহাক্কু রুসিয়ান অমগা লৈমিন্নমিংই হায়" ডাক্টর অদুনা থোঙদা খিনবা মতমদা পাভেলদা শক্তোকু হায়রমই। থোনজেল অমনা জর্মনগী লুম্নশা খোঙ্গোকতা কা মমুংদগী খুমলকলমই: "মমুং চংলকউ" পাভেল মহাক্কী লমকোয় থেগ থকলমই। অদুগা মশক কজবা, শংবাময় মীলম্না অনিনা লৈতেং ওইরিবা কমুংদা হিপলিবা জর্মন মুপারোমদা ওনশিল্লমই। জর্মন মুপা অদুনসু মোমোন নোকপা মীনোক অমগা পাভেলবু ওক্লমই।

" Guten Morgen. Genosse. ঐনা হায়বদি অকবা মুমিং।" মতোমতা অর্থ হনজবদুনা শেংল্লবা অশাংবা মথুং পাভেলদা তিংথোরকলমই।

মীকুপ থরগী মতুংদা পাভেল জর্মন মুপাগী কমুংদা কপলমই অদুগা পুম্নিগী বারী শান্নরমই। মথোয়না " international language " দা বারী শান্নরমই। বারী অদুদা লোন অদুনা দাইত্ত্ব খভিত্তমক লৌরমই। অমুয়াদি লোন পুম্নমক মানশিন্নদুনা ভাংনরমই। ঈজংনা শরক শিবা থেনথংলমই। ভাপনা শাদুনা অর্থ লৌনরমই। নিংথৌজনা থংবা বাহৈ অমত্তমক কায়রগা মথা তাবশিং মথুং, মমিংনা মশানা ঈজিং তৌদুনা হায়নিংলিবা বাকমচুগী অর্থ কোংনরমই।

বারী অদুদগী পাভেলনা থংলমই— ঈবনর জর্মন কম্মী অমনি। ১৯২৩ গী নমবর্গকী লালহৌদা মকৈগন্দা শোকখিবনি। কুইনগী মমাংদা শোকপ্রবা মকমচুবু অমুক নৌহৌনা হাংদোকুম্না য়েংবনি। অসিননি মহাকনা কমুংদা হিপজুম্না লৈরিবা। অদুনা মরম ওইদুনা কমুংদা হিপজুনা লৈরবসু মহাক্কু অনাবা থাংবগী অগাব অমুবু ম'মথোং মকা লাম্বা হরাউনা লৌরমই।

মসিনা মরম ওইদুনা পাভেলগী ঈকায় খুম্নবু জয় তৌদুনা মহাক্না মকমদা পাভেলনা খুদক্ত থমলমই। মসিমক পাভেলনা পামজবনি। করিগীদমক্ত শোল্ল-শারবাশিংনা চিন্তা তৌদুনা মায়থোংমক্না লেনগদগে ?

পাভেল অতোপ্পা হেন্না নুংঙাইগদবা রুমমেট অমগীদমক থজ্রে। অয়ুক ঙন্তাদগীনা সুমিদাং ফাওব বারী শায়বদা, নুপা অদুনা মহাক্না অনাবগী মরমদা থক শললমদে তেংথাদে, নারে হায়দে। মহুগী ওম-তৈনবদা, বারী অদুনা অমনা অমগী অনাবগী অবাববু কাওহল্লমই। "ঐনা জর্মন অমত্ত থংদবসি ফাত্ত" পাভেলনা মতোমত নিংঙমদনা থল্লমই।

সেনাটোরিয়ম লম্পাক্না মচি অমদা শুঙনা চন্দুনা শাবা চৌকি কয়ামুক লৈ। মদুগী মনাক্তা বাগী টেবল অম অদুগা বাথচিয়ার অমি থম্লি। মকমদুগী অতোপ্পা মীশিংনা "ঈকজেকুটি অফ দি *কমিন্টর্ন" হায়নবা পেসেন্ট মঙানা মখোয়গী মুংতিগী লায়রেংবা লোয়রবা মতুংদা মতম লেনফমনি মকম অদু।

ঈবনর চৌকিদগী মশা তংথায় অম ঙাবথবগা ফমগনি। চৎপা ওমত্রবা পাভেলস্থু অদুপ্পা। অতোপ্পা মীশক অচুমক্নুনা, রিপব্লিকান কমিসারীয়াট অফ ট্রেডতা থবক তৌবা, মশা থাবা বৈমান, য়েংবদা চহি তরানিপালগী লৈশাবী অম মানবী, শেটট মচা বাউথাংনবী মীংস্লানা লৈতেং ওইবী মার্টা লাউরিন, অমদি, ময়েপ বাংবা, মশা চেকশিনবা পোক হৌবা সাইবেরিয়া মচা, লেদেনেভ। কমরেড মস্তা পুনবা অশিকপা কাংবু অদুগী মীওই খুদীংমক তোঙান তোঙানবা জাতিগী মীহুং ঙাক্তনি — জর্মন, ইস্টোনিয়ান, লেটিটস, রুসিয়ান অমসুং উক্রেনিয়ান। মার্টা অমদি বৈমান মখোয় অনি জর্মন লোল ঙাংই। ঈবনরনা মখোয় অনিগী বারীগী অর্থ ময়ামদা হন্দোকই। পাভেল অমসুং ঈবনর মখোয় অনি মরুপনি মরমদি কা অমত্তদা পুম্না লৈমিন্নবনা। মার্টা, বৈমান, ঈবনর মরুপনি মরমদি মামবা

*Communist Internationlist Party of the USSR (dissolved in 1943).

লোন ঙাংবনা। লেদেনেঙ অমত্তুং কোর্চাগিনগী মরক্তা লৈনরিব মরীদি ‘চেস’ নি।

লেদেনেঙনা মকমতুদা লাক্লিন্নৈগী মমাংদা কোর্চাগিনা সেনাটোরিয়মগী চেম্‌পিওন ওইরমই। মীংথোল অসি নৈমাংগা কনা থেংনরবা মতুংদা পাভেলনা খংখিবনি। পাখংকন্নবা, ইহৈংদা ইংবা ঈস্টোনিয়ান মায়থীবা অত্তুগীদমক সুংঙাইরমদে অমদি মহাক্ত কোর্চাগিনবু কুইনা কাওথোকপা ঙমলমদে মহাকপু মায়থীবা পীরমবগীদমক্তা। তৌইঙ্গুম্ন্তুং, নোংমদি মরেপ বাংবা মশাগী চহি মাথৈ শুরবন্ত নহা মাঙ্গা ওইনা উরিবা মুপা অম সেনাটোরিয়মদা লাক্লমই অত্তুগা কোর্চাগিন্দা চেস শান্সি হায়রমই। পাভেল মহৌশাগী মহৌশা থোইদোক্ত খুদোং থীবা থোক্লগনি হায়বা খল্দনা তপনা ইংনা ক্যাইনস গেমবিট অমগা পো থাংবা হৌরমই। মতুদা লেপ্লেনেঙনা মমায়দগী মহাকী পো থাংবা হৌহনা তকশিনবা অমগা লোয়ননা মায়ক্লোং মারমই। পাভেলদি মকমতুগী “চেমপিওন” অম ওইবনা অনৌবা লাকপা মী খুদীংমক শাগৈ। মতমতুদা থরাই মাওবা মী কাংবু অমনা কোয়রক কোয়শিন্দুনা য়েংলমই। পাভেলনা মাপল্লক শুবা ওইনা পো থাংবা মতমদগী থংবা হৌরকমই— মহাকী লাম্বা অত্তুগী পোনা মঙোন্দা তপনা তপনা তকশিল্লকলি। তৌজিক্তী পাভেলনা উরে. মহাক তমথীরবা লাম্বা অমগা থেংনরে, অমদি অহানব হৌবা মতম্‌দ মাংনা লায়না উশিংতনা হৌখিবতুগীদমক ঈকায়রকলমই।

পুং অহুম চুপ্পা লাম্থেংনবদ' মহাকী নৈ-শিংবা, তৌবা ঙম্বা লৌশিং পুম্নমক শীজিন্নগ্রবনি। অত্তুবু মহাকী নৈশিংবশিংবু নমতুনা কামহল্লে। মহাক মায়থীয়গনি হায়বসি য়েংলিবা মীশিংগী মমাংদা কুইনদগী উরকলবনি। উপাই লৈরক্লবা পাভেলনা মহাকী লাম্বাদা য়েংথংলমই। মতমতুদা লাবাতুনন্থু মঙোন্দা যোযোন নোকপা থৌজালগী মীংমেং অমবা য়েংতুনা

লৈরম্মই। শামবা অহু করম্মা লোইগদগে হায়বচু পাভেল মহোন্দা তশেংলে। শাংলবা শামব' অহুগী মতমবু চেকশিন্না ইমরিবা ঈস্টোনিয়া অহুগী মায়খোংদা অমদি থম্মোইদা পাভেলবু মায়থীবা পীনিংবগী করিগুম্বা অয়োনবা য়াথল অম কাওবা লৈরমদে। করি থোকলিবগে হায়বগী থৌশাবা কম্রিম্ন লৈরমদে।

"ঐদি মতম চুপ্পদা অয়োইবা পে। কাওবা থেংনবনি," পাভেলনা লেদেনেভতা হায়রমই। লেদেনেভ য়ানিংনা মচুক নোমলমই।

মুখিং মঙানিগী মনুংদা পাভেলনা গেম তন্না শামরমই। তন্নাহুগী মনুংদা তরেংনা মায়থী, অনিনা মায় পাকখি অহুগা অমনা মামখি। রৈমান্দী ররাউরমই। "থাগৎচরি, কমরেড লেদেনেভ, থাগৎচরি। অচুকপা চৈফুনি নহাক্না মহোন্দা পীরিবসি! মহাক্না মদু ফংগ্রবনি! ঐখোয় অরিবা চেস শামরোই পুম্মকপু মহাক্ক কাওথোকপীখিবনি অদুগা খৌজিক্না অরিবা মী মশামক্না অমুক মহোন্দা লমম শীংলবা। হা! হা!"

"মায়থীবা ওইবসি করম তৌবগে হা?" মহাক্ক মায়পাকপা মাংলবা পাভেলদা লংনরমই।

পাভেল "চেমপিওন" হায়বা মীং অসি মাংগ্রবনু, মহাকী ভুংগী পুক্সিদা মমল নাইত্রবা মীশক অম ওইরকখিবা লেদেনেভকা মরুপ ওইবগী মায় পাকপদি ফংলমই। মহাক্ক খংলক্লমই মহুদি মহাক্ক চেসবোর্দতা মায়থীবা ফংবসি ওইখোকপা য়াবা হায়বদু কাওবভনি। মরমদি চেস শামবদা মহাকী লামলোং পুম্মক্তগী মথক থোংনা লৈবনি অদুগা, চেসকী অয়োনবা গুন খুদীংমক নীংথিজনা খংলবা, লম অসিদা জ্ঞান লৈরবা মাগী মখুংতা মায়থীবা ফংবনি।

পাভেল অমম্পুং লেদেনেভনা খংলমই: মখোয় অনিমক য়াম্না মরু ওইবা তারিখ অমতদা মরু ওইবা থৌদোক মামনা থোকখি। পাভেলনা পোকপা মুমিত্তা লেদেনেভনা পার্টিদা

য়াওই। মখোয় অনিমক য়ং অমদি ওলড গার্ড বোলসেবিকশী মীহুৎ ওইরিবা মীশক ঙাক্তনি। অমন', মতম কুইনা রাজনীতিগী থবক্তা য়োনা য়াওরকলবা অমদি অন্দরগ্রাউণ্ড মুভমেন্টা চহি কয়ামুক থবক তৌরক্তুনা জারগী জেলগী অরা-অমা খাংলকলবা মীশকনি — অমন', মহা ওইবগী ময়াই কাররা থৌনা অমগা লোয়ননা চহি নিপাল চুপনা লান্থেংনবা য়াও-রকলবা, মী কয়া শিত্রবা লানকমদা চংলক্তুনা হীংলকলবা মীশক অমনি। অদুগা নহা অহল মখোয় অনিমক পুল্লিবু থৌরাংলিবা হকচাং শোক্লবা মী ঙাক্তনি।

সুমিদাংরাইরমদদি পাড়েল অমদি ঈবনরগী কা ক্লব মচা অম ওইরকলমই। রাজনীতিগী পাও থুদীংমক মকমতুদগী থোকথিরমই। নোকপা অমদি রা ঙাংবগী খোনজেল্লা কাহু পূমনিল নিল্লমই। অতুগুম্বা রাগী মরক্তুদা রৈমাম্না তোয়না তোয়ন অকামপেৎ য়াওবা হারী মাগী মায়কৈদগী হাপচিনবা হোৎনরমই, তাইগুম্মল্লং কোর্চাগিন অমদি মার্টাগী মায়কৈদগী অথিংবা পীরকলমই। মতাং অমদা মর্টানা খোইদৌশিকপা রা ঙাংশিন্দুনা রৈমানগী রাবু থংলমই। অম্মুমনা চংথরকপা মতমদা উপাই লৈহন্দনা কোর্চাগিনস্থ অমুক মরক থংলক্তনি।

"নহাক্তী কাগী মওং অসিদি সুংডাইবা য়োদে, খ'ঙ্কেকো রৈমান," মার্টানা হায়গনি।

"রাকমহুবু নংনা করম্না লুকথহ'ল্লবনো হায়বদো ঐ ভাপ তাবা ঙমদে," কোর্চাগিননা হায়বা হৌরক্ত'ন। অদুদৈদি রৈমানগী মথা থংবা অথাব চিনবান তুমখোক্তুনা নোক্লিংবগী ঈরাং য়াওরবা অপিকপা মঙ্গিংনা তিঁল্লব মীয়ামদা কে.ইক্ল কোইক্ল য়েংলক্লুহই।

"পোলিটিকেল ঈনলাইটনমেন্টকী মথাদা ডিপার্টমেন্ট অফ মোরেলস হায়বা অম লীংখৎলসি, মহুগীদমক্ত কোর্চাগিনবু চিফ ইনসপেক্তর ওইননবা রাপাংলি। .করিগীদমক্ত মার্টানা খিংলিবনো হায়বদো ঐ থংই, মহাক সুপীশিংগী মায়োক্ত লৈবা

প্রোফেসনেল ফেমিনিষ্ট, তৌইগুম্মসুং কোর্চাগিন্দী পমলিবা অঙাং অমগুম করিস্ সংদনা লৈনবা হোৎনরি " "। করি ৱাৎলিবগে হায়রদি — য়েনবীবু ওয়াগে হায়না হোৎনরিবা য়েরুমবু ঐনা থিংলি।"

মথোয়না ঙাংনরিবা সুংঙাইরবা ৱাশিং অসে কম্যুনিষ্ট নীতিগী য়ুমফমদনি। লুজদবা ফাগী তৌনরিবদুস্ নিয়মগী ফীরেপ অমমনি। মাট'না, ফোংদোক্লরকলিবা মত ময়াম অহুবু ঈবনরদা অর্থ শন্দোক্লনা হায়রমই।

মাট'গী ৱা তারগা ঈবনরনা হায়রকলমই: "Dei erotische Anekdote," "মদু অকবা ওইদে, ঐ কোচ'াগিনবু য়ানিংই।" ৱৈমান অমুক্তা হন্না মহাক্কী ফাগী তৌদুনা হন্নমথৈ মরুপশিং অহুবু নোকহন্নবা হোৎনরমই, তৌইগুম্মসুং, অকাম্পেং য়াওবা ৱারীদি য়াওরকখিদরে।

পাভেলনা মাট'াবু চহি তরামপল্লোমগী লৈশাবীনি হায়না লৌহুনা কোমসোমোলগী মেম্বর অমনি হায়না খল্লমই। অহুবু, ১৯১৭ তগী মাট'া পার্টিদা য়াওরকলে অমদি মপাগী চহি কুন্থ্রা-মাথোই শুরে হায়না খংলকপা মতমদ'দি পাভেল ইঙক ঙক্লমই। মাট'া লাটভিয়ান কম্যুনিষ্ট পাটিগী লেপ্পা লৈতনা থবক তৌরিবা কর্মী অমনি। ১৯১৮দা হংবাইটশিংনা মহাকপু কাপ্পুনা হাংপগী দণ্ডী পীখিবনি। লাইবক ফবদগী বন্দী ওয়বদা মহাক য়াওরক্লনা চীরবা তাংফম অহুমগী হৌংলকখিবনি। মহাক হৌজিক Pravdaগী ইডিটোরিয়েল ষ্টাফ অম ওইনা থবক তৌরি। মতমচুমক্লদা ইউনিভর্সিটি কোর্স অমস্ত তম্লিবীনি। পুম্মক অসি খংজিনৈ মমাংদা মথোয়গী মরক্তা মরুপ ওইনবগী য়ুমফম থোনগ্লবনি। ইতং ভৎতনা, পংচাও চাওদবী লেটট জুপীক্লনা ঈবনব উমবা লাক্লমই। মথৈদদি মহাকপু মথোয় মঙ্গাতুগী মতুংদগী থায়দোকপা ওমলরোইদ্রবা মী অম ওইরকথি।

শাভিয়ান অন্দরগ্রাউণ্ড ৱার্কর, ঈপ্সিটনস্থু মার্টাগী মকমদা মহাক্ত ওমতবগী মনুংদঃ কাপী তৌরমই। "অা মোক্কোদা য়ুমদা কায়নবগী অৱাবা থাংহুনা লৈহৌরিবা ওজোলদি করম্মা লেল্লমগদগে? ওহ, মার্টা নংবু করম তৌরিবগেনে?" অয়ুক্কী বেল খিংত্রিচৈঙেদা, মুমং খুদোংগী সেনাটোরিয়মদা ময়াই কায়বা ক্যাক্কী খোনজেল অম তারমই। মতুদা সেনাটোরিয়ম এটে-ন্দেন্টশিংনা মকম অমদগী অমদা হক্সং হন্দা চংতুনা মতম পুগায়রিবা উচেক অচুবু থিরমই। মখোয়না কন কয়া থীহুনস্থ উচেক অচুবুদি কংবা ঙমলমদে; মরমদি কমরেড ঈবনয়না খোংবা কাক্কী খোনজেলদি ঈবনয় ক্বাক্কী মতৌ তমহুনা খোংবা নিংথীজনা হৈ, মরম অদুনা মহাক্ত অসিগুম্বা মথলগী কাগী অসি য়ায়মক তৌরমই।

পাভেল মহাক্ত সেনাটোরিয়মদা লৈগদবা থা লোইশিল্লকপগী মতমদুদা মহাক্কী হকচাংগী ফীবম ওন্থোকনা ফংদ্রিল্লক্রমদে। ডাক্তরশিংনস্থু চংথোক্কনা কমুংদা লৈননবঃ পাওতাক পীরমই। পাভেলগী হকচাংগী ওইরিবা ফীবম অদুবু উরগা ঈবনয় নিংবা কায়বা হায়বদো ওইরমই। নৌরিচৈঙ পুক্সিগী মতমদা অংশাকপা হায়বহুনা হকচাংগী শক্তি মাংহল্লবা, খোনা ফব, পুক্সিগী অঙকপা শক্তি লৈরবা, মুপামচা পাভেলবু ঈবনয়না য়ামনা মুংশক্তরমই। ডাক্তরশিংনা লেপ্লিবা পাভেলগী চুংগী পুক্সিগী অৱাবগী পাও মার্টানা ঈবনয়দা তস্কা মতমদা ঈবনয় থাংহুম-দবমথৈ অৱাবগী ঈপাক্কা নিংব কায়না লুপলমই।

সেনাটোরিয়মদা লৈগদবা মতম অপুম্বদা পাভেল কমুংতদা লৈরে। অনাবগী অৱাবা চৈথেং, মুংঙাইহবা বাখল পুম্নমক পাভেলনা মহাক্কী মরুপশিংদা ওমলিবমথৈ থংহন্দনথা হোংল-রমই। মার্টানদি, মহাক্কী অকিবা ফংনা তাক্করবা য়ায়থোংবু উথদা থংলমই শোইদনমককী পাভেল নায়মগনি। পাভেল মহাক্ত চংলদবা বাপ্তা অমা বাংলিটৈলো উক্রেনিয়ান সেক্রেদ

কমিটিগী চিঠী অম ফংলমই। মখুদি, সেনাটোরিয়মগী ডাক্তর-শিংগী পাওতাক মতুং ইন্না পাভেল থবক্তীদমক মতিক চাবা পাঞ্জল লৈত্রি— মহুনা মরম ওইহনা মহাক্কী ছুটি থা অমি অমুক শাংদোকলে। চিঠী অদুগা লোয়ননা মহাক্কী থবচশিংগী লৈশাঙ্গ থুংঙরমই।

পাভেল চহি কয়াগী মমাংদা মহাক্না বোক্সিং তম্লিরৈদা জুগ্রাইগী মকমদগী অহানবা চৈক্ষু কাংখিবনি। অদুদগী মহাক ভুখি থুদক্ত অমুক হৌগংননবগীদমক।

ময়ুমদগীন্দু মমাগী মকমদগী চিঠি অম ফংলমই। মখুদি য়েভপাটোরিয়াদগী পংলাপ লাপ্তুন, অপিকপা পোর্ট টাউন অমদা লৈবা মমাগী লৌরবা মরুপ অনবিনা ক্যুটসাম উন্নরমনবা। চহি তরামঙা চুপনা উন্নখিদ্রবা মরুপ অদুবু মহাক্না ক্রিাময়াদা লৈরিঙৈ মতমদা উন্নরম্ববা মমানা কয়া ইরক্লমই। হায়রিবা চিঠি অসিনা পাভেলগী পুন্সিদা মরুওইবা দাইত্ব অম লৌরকখি।

হাপ্তা অমগী তুংদা পাভেলবু সেনাটোরিয়মগী মরুপশিংনা অংাজগী পীয়র কাওবা সুংশিনা থীন্দোক্লমই। ঈবনর কায়ন-রমদায় মীকুপতুদা পাভেলবু পোকাময়বা মনাও অমগুম চেৎনা কোনশিন্দুনা চুপলমই। মার্টাদি মতমদুদা লৈত্রে, মহাক হায়া চৎপ্রবান। মার্টানা চৎখিবা মতমদা পাভেলনা 'কায়নর.স' হায়বা কাওবা হায়খিদবনি সুংঙাইতবন।

মথংগী অয়ুক্ত পাভেল মহাক্না পীয়ারদগী পুরকপা হোর্সকেপ অপিকপা লৈকোল অমগী মমাংদা শাবা য়ুম মচা অমদা থনয়ে।

ক্যুটসামগী ইমুং মীজা মঙা লৈ। মশা নোয়বা, মশক মুবী বা কয়া ঙাংগন্দবা, অহল ওইরকলবন্দু ফজবগী মমিদি মায়থোংদা লৈরিবা মমা অনবিনা, মহাক্কী মচা মুপী অমি, লোলা অমস্তুং টালয়া। লোলাগী পীকানবা মচা মুপা অমদি মুমুরেন ওইরিবা মশা চাওবা, ওক মানবা, কয়া সুংঙাইতবা মীচা

অহল কুটসাম কো-ওপরেটিভ ষ্টোর অমদা থবক তৌই। নহা ওইবী টায়াদি হেক অরাকপা থবক অহম্মক তৌরমই। লোলাদি টাইপিস্তকী থবক তৌই। ইকুই কুইস্ত্রিচেঙী মথাংদা মহাকী মুপাগা খায়নরকপনি। মরমদি মহাকী মুপাদো যু য়াম্না থবকপা, যু ঙাওবা অমদি য়ায়া খংনগনবা মীতা ওই-রমই। অদুনা মরম ওইদুনা লোলা য়ুমদা হল্লকুনা মচা মুপাগী পুক্সিবু য়েংশিনদুনা অমদি ইমুং মনুংগী থবক্ত মমাগী মতেং পাংদুনা লৈরমই।

মচাকুপী অনিহুমক্ত মশুনা জোজ কৌবা মচা মুপা অমত্ত লৈরমই কুটসামগী। পাভেলনা য়ুমদুদা থুংবা মতমদদি জোজ লৈরমদে, লেনিনগ্রেড্ত চৎখরমলে। পাভেলবু ইমুংগী মী পুম্নমক্না হরাউ তয়ামনা ওকলমই। অহল মুপা কুটসামতনদি পাভেলদা তমথীবা অমদি চিংনবগী মীংয়েংনা য়েংলমই।

পাভেলগী মফমদা অলবিনানা, ইমুং মনুংগী মুংঙাইতব কয়াবু খাংদুনা ইংনা মখোয়গী ইমুংগী রারী লৌরমই। মরম অসিনা পাভেলনা কুটসামগী ইমুংগী পুক্সিগী চাওথাকপ মওং অম খংলমই। লোলা চহি কুম্নখোইগী মো নহা অমনি। রাউথাংনবা মচুগী শমলাং তেম্না ককলবী, মপোপ মতাং ফবী, মায়থোং কোবক্লবী, অচম্ব পুকচেল চেনবী মো নহানি লোলা। লোলানা পাভেলবু লোংমতংদা উগ্নবা ওইদুনম্ব থাজে, মরম অদুনা পাভেলগী মফমদা ইমুং মনুংগী হায়দোক্লীংদবা থৌদোক রাথোক শন্দুনা রারী শারমই। মহাক্ত পাভেলদা হায়রমই— মুপা অহল অদুনা ইমুং অসিবু মনিং-মথা তৌনা পাল্লি। কনাগুম্বা অমগী পীকপবা নিং-তম্বা অম ক'ওবা পীবাদে। তশেংনমক শুপ্রম সানন হায়রুবনি হন্নুবসিনা তৌরিবসি। রাখল পীকই, থম্মদা কা হেন্না থাজদুনা মথিৎ তালবনি, মীগী অশোয়বা ছিন্নমক য়েংদুনা লৈবনি। মতম চুপ্পদা মহাক্ত ইমুংগী মী

পুন্নমক্তা তমথীহনভ লৈ। মতুগী লমচং অদুগা মরম ওইদুনা মহাক্কী মচাশিংবু তুকচরে অমদি মশামক্কী মুশীবু মুংশিল্লে। শাংলবা চহি মুনমঙাসি চুপ্পা মহাক্ন কনাগী বা লৌদনা ইমুং-সিদা শুপ্পক সাশন তৌরকলিবমি। মহুবু থেংনরিবা মহাক্কী মুশীগী পুক্নি অরেম্বদা তাবতা নত্তুনা অৱাবা ফংলিবনি। থংনবা মতমদা ইমুংগী মী মথেনা ঈমাগী মায়কৈদা লেপই। লেপ্পা লৈতনা থংনা-চৈনরকপনা মখোয়গী পুক্নিবু কঙহল্লে, অমগা অমগা মুংশিনহল্লে। মুমিং শীংবুম কয়া অসে থংনা-চৈনা, লাইনা-খোংনা তৌবগী লাক্কত হৌরবনি।

ইমুং অসিদা অনৌবা থুদোং থোবা পীরিবা মীওইদি, লোলানা পাভেলদা তমলমই— মহাক্কী মপুবা জোর্জনি। জোর্জ করিম্নু শুদবা, করিম্নু ওইদবা, অদুবু ৱায়ঃ চাওখোকচবা, নাপল তৌবা অপংবা অঙাংনি। ইমুং মমুংগী লৈত-লায়রা অরা-অনা, অরৈ-লৈতগী মরমদা মহাক করিম্নু থদে। মহাক্কী হায়ববু অহাউবা চাবা, য়ু থকপা ফীজেং কভবা শেংপা অসি-ভনি। হায়স্কুল তমবা লোয়রগা ইউনিভর্সিটি তমবা চংননবা পৈশা পীয়ু হায়না ইমাদা হায়রমই। ইমানদি মাবু য়ামা মুংশিজবনি! অদুদগী ঐঙোন্দা হায়গনি।

"লোলা নংগী থুদোপ অহু কায়খোকলসি, নংগীদি পৈশা তান্নগা কোম্না অমুক শায়বম্নু য়াই. হৌজিক ঐ পৈশা চংনগদবা লৈরে, লৌক্নকমগ্ন লৈত্তে।"

ৱাকম অত্তুদা ইমানা কব্রিম্নূ য়াদবা তৌরোই হায়বসি জোর্জনা থংই। মরমসিনা মহাক্ন ইকায়বা থংদনা থুদোং চাবা লৌনবা হোৎনৈ। ইমানা মঙোন্দা নুনা তৌরিবা অহুগী থুদোং-চাবা লৌত্তুনা ঐথোয়বু হন্থনা য়েংই। ইমানা মপুঃরাইবদগী লৌবা ওয়া থর লৌরগা টায়ানা তানজবস্ন লৌরগা মচা মুপাবু লাইব্রিক তশ্না থাই। অমরোমদা জোর্জ ইক্লেস পরিক্ষাদা ফেল ওইরে। লাইব্রিক তমরে, মহুবু, লেনিনগ্রেডতা থাগী

মথুরাগা হুংজাইনা লৈখ্রে। মহুৎসু লোইদে। ইত্তং ওংজনা ইমাদা পৈশা থারকই হায়দনা টেলিগ্রাম থাজিনজুনা ওৎলিবনি।

পাভেল, মহাক্ক মুমচুরা থুংলবগী মুক্তিদাংবাইং অথেংবা কাওবদা টাযাবু উরমদে। টাযা লাকলবা মতমদা মযাবা হাক্ক খোজুনা লবীন পাভেল লাকপগী পাউ ওমলমই। লোঙা ভাংনবা বা ওইরবস্থ পাভেলনা ভাবা কংলমই। টাযা চং লকুনা অনৌবা মীভোপ পাভেলগা ঈকাযবা থুং শোক্করমই। থুং শোক্কবা মতমদা মহাকী মাযখোং অমদি নাতোন ভাংখং ভাংশিল্লমই। পাভেলস্থ টাযাগী কন্দানবা থুবাংবু মীকুপ খর খাদোকনা চেংনা পায়শিল্লমই।

টাযা চহি তরামপলগী লৈশাবীনি। মশক মতৌ ফজবী রূপী নত্তেদি হায়ববু, কোয়রাওনরবী মীংসনা, তাবারবা পিত্তম, মাল্লবা লাইবক, নিংথীজরবা নাতোন, ওত্তেক্রবা চিনবাল পুয়মক অহুনা মতোন্দা কল্লকনিঙাই ওইবা ঙন অমদি হাপই। অরাংবা চিনতক ভোবা ফুরিতনা লৈশাবী ওইবগী নিক নিক্কবী খাইনগী ঈপোম লাংববু পুরা থুমহুনা থম্বা ঙমদে। কল্লকনিঙাই ওই।

মখোয় মচিন মনাও অনি ভোঙান ভোঙানবা অপিকপা কা অমমমদা লৈনৈ। টাযাগী কাদ মরাক চপ্প' ম্বোংকী কমুং অম লৈ, ভ্রোযাব ময়াম পানবা উপু অমসু লৈ। উপুহুগী মথক্তা করি করিনো পোৎ-চৈ ময়াম অম থমজিল্লি। অপিকপা মীংশেল অম, অদগী কল্লাংদা ফোটো ময়াম অম থেংলি। পোষ্ট-কার্ড খরস্থ থেংলি। খোঙনাউগী খোঙবা মনাক্তা নাপু মচু অমদি অঙাংবা লৈরাংগী পাম্বী মচা মচা হৌবা গয়লাশিং লৈ। কমুংদা থল্লিবা কাংখল বিবোন অমনা নিংথীজনা কাজিন্নৰা থমই।

" টাযাগী কাদা মহৌশাদগী হুপা চংবা থিংই। অহুক "মহাক্ক অকবা অমদি শেমলি," লোলানা মনাউ হুবীদা কাকী

তৌরমই। মথংগী মুংখিলদা মখোয়গী ইমুংগী মী পুল্লপনা কময়ুনা যুমথাইদা চা থক্লমই। ক্যুটসাম চা থক্লা থক্লা অমোক মমুংগী মমিংশ: মখোয়গী অ'ভিখিদা ওমথীনা মুমা য়েংলমই।

" হৌজিক্কী মতমসিদদি ঐহাক লুহোংবগী আইনগী মতাংদা করিম্ থম্রে," ক্যুটসামনা হায়রমই। " ঙদি লুহোংগনি, হয়েং কায়মগনি। মখোয়গী পেয়নকগীদমক্তা। তৌনিংবত য়েৌবা, মনিং মথা তৌবা।" অদুম্না হায়রগা অহলহ্ থর ঊক ঊক তৌরমই। নিংথীজনা থর হোল্লবা মতুংদা লোপাদ ওন'শিন্দুনা মথা তাররকলমই।

" মঙোন্দা য়েংউ, মহাক্কী শকহেনবা মুপাদুগা কনাগীস্ অমাবা য়াওদনা লুহোংখি, অদুগা কায়নরকই। হৌজিকসা ঐনা মহাক্তা নত্তনা মচাগা অনিগী মপুক থাক্লিবা। মসিবুনি ঐনা মচৎ নাইদবা হায়রিবনি।"

মপাগী বা তাররা লোলা মীংসমা অনি পীয়াংনা থুম্লরমই। মহাক্কী পীয়াং অহ্ পাভেলনা উখিদনবা লোংনবা হোংনরমই।

" মহাক্না খল্লিববু মীকত্ত অদুগা অহুম নৈমিম্লো সিরনে?" পাভেল মমিং লংথংলদুনা হংলক্লমই।

" মহাকনা লুহোংগদৌরিবা মুপাদো কমানো হায়বা য়েংগদবনি।" অলবিনানা মরক থংলমই। অশাউবা নম-থরদুনা মহাক্না মপুরোইথদা ওমশিন্দুনা হায়রক্লমই: " অসুম্বা বাসিবু মীগী মমাংদা করিগী ভাংলিথমো? সি নত্তবা অতোমা বা অম ভাংলিভাই নৈত্রবরা?"

অহলহ্ অলবিনারোমদা থুনা নৈশিল্লক্লমই।

" নংমা ঐঙোন্দা করি তৌগদগে হায়ত্রবস্ ঐ ইশানা ঐনা ভাংলিবনি কম্লিমো হায়বা থংইনে।"

অহিংদো, পাভেল ভুম্বা য়াখিদে। ক্যুটসাবগীদমক্ত থম্নুনা নৈখি। কমিওম্বা অমদগী ইথং-থংহৌদনা ইমুংসিদা মহাক চংলকলে, ইমুংদুগী ত্রাবাদা মহাক য়াওকয়ে। শায়ং অহদগী

মমা অমদি মচানুপীশিং অদুবু করমনা নাম্থোক্নদগে হায়না: পাভেলনা খল্লমই। অদুবু, মহাক মশাক্তী পুক্নিংনা হেন্নমক লৈতাদবা ওইরিবনি, রায় ভাদবা খুদোং খীবা কয়ানা কোয়-শিল্লুনা লৈরিবনি। পুক্নীংগী লেপলবা, চপ চাবা খবক পায়খৎলিক্লৈগী মমাংদা মসিনা হেন্নমুক লুবা হেল্লক্নি। রাকম অমদি তশেং তশেংনা লৈরে। মচুদি— ইমুং অদো কায়র-গনি, মমানে মচাশিংনে মখোয়না মপাবু হুন্দোক্লমদুনা চৎখিবা, তোইগুম্বম্সুং, মসিমক্সু ইচম চম্বা, ঈরায় লায়বা খবক নত্তে। পাভেলনা ঈমুং অদুদা অহোংবা অম পুরক্লবগী লম্বী লৈত্তে, মরমদি মহাক্তী নোংম নিনিতমক লৈরমলগা চৎপ্লগদবনি। অদুদগীদি পুক্নি চুপ্পা মখোয়গা উন্নে উন্নদেন্সু খংদে। অনৈবা ঈচেলসি অমুক নৈথায়গদবগী শক্তকপুদি মশাগী ফীবমসিদা অদুম লৈরনবনা কত্রা? তোইগুম্বম্সুং হৈরদবা অহলচুগী মীৎয়েংচুনা মহাকপু ঈংনা পোৎথাবা ওমহন্দে। পাভেল মখল মখলগী রাথল কয়া থন্দুনা হৈনরমই। তোইগুম্বম্সুং পুম্নমক অদো খবক ওইনা পাংথোকপা য়ারোইদবা ভাক্তা ওইবনা মহাক্তী অনিগুব' রাখম্না পাভেলবু খামলমই।

মথংগী মুমিংতো নোংমাইজিং ওইরমই। পাভেল টাউন্দ চৎলুবদগী মল্লকপদা য়ুমদা টায়া মতোমত লৈরমই। অভৈদি মরি মতাগীদা কোয়থি। পাভেল টায়াগী কা ভানা চংদুনা চৌকি অমদা চোকথনা কমথরমই।

“কৱিগীনো নংদি কোয়বা য়াওত্রিবদি?” পাভেলনা টায়ায়া হংলমই।

“ঐখি কোয়থোকপা পামদে,” টায়ানা খুমলকলমই।

তানজাডুনা পাভেল মহাক্ত মুমিদাং তুমদবমৈ খনখিবশিংদু নিংশিংলকলমই। পুম্নমক অহু টায়াগী মকমদা হায়রগে লেপলমই। মরম অসিনা ঈমুংগী মী অভৈনা হল্লক্লিভৈদা রাজ লোঈবৌনবা চুমথ্রিং হেক্তা খরপ প্ররপ কাংলক্লমই।

" তাও, টায়া, নং অমত্তং ঐ মরুপ ওইরবনি। করিগীদমক্ত ইবানি অমনা অমবু হজোইনগদগে ? ইকুই কুইদনা ঐদি চৎলগদবনি। ঐ ইশামক্কী খুদোংথীবা ময়াম অম লৈরিবগুে মতমসিদা নখোয়গী ইমুংদা চংলক্কুনা, ইমুংগী রাল্পী ময়াম থংবসি রানিঙাই ওই। করিগুম্বা ঐ ইশাগী খুদোংথীবা লৈরমজ্রবদি মওং অম শিনবা য়াররগনি। মসিনা করিগুম্বা চহি অমগী মমাংদা থোক্লম্বা ওইরমলগদি ঐখোয় পুম্নমক মফমসি থাদোক্কুনা চৎলগদবনি। নত্তাকুম্বা, লোলাগুম্ব। মী য়ামনা দরকার লৈবা থবক য়ামনা লৈবনি। মরম অসিনা, অহল অসিবু ওদ্বোকপগী করিস্থ দরকার ওইদে। লৈরিবা লম্পী হায়রবু য়ুম অসি থাদোকপনি। তৌইগুম্মস্তং, হৌজিক হৌজিক্কীদি মত্ত ওই-থোকলোই। ঐত্তোম্দা হৌজিক করি থোকলবনো হায়বা ঐ থংত্রে। ঐ হৌজিক থবক্তা অমুক হনজিম্মবা তকশিল্লি। ডাক্তর-শিংনা ঐগী অনাবগী মরমদা করি করিবো পংকায়দ হায়রি, কমরেডশিংনস্ত ঐবু লোইনাইদবমথৈ লায়ে়নবা শীল্লি। অদুবু য়েংবা তাবনি মত্তগী মরমদা — —। মহাক্কী খুদোং চাদবা অসিগীদমক ঐ ইমাদা চিঠী অম ইগে, ইমাগী পাওতাক লৌসি। লৈরিবা মওং অসিদা স্থুম চৎথহনবদি ঐ পামদে। তৌইগুম্মস্তং, পুম্নমক অসিনা হায়রিবদি অমদি থংগদবনি, টায়া নংগী হৌজিক হৌজিক্কী কোমথোক্লবা পুক্নিসে চেৎশিনহনগদবনি। মত্তবু নংনা পামগত্রনে, অদুগা অত্তুমনা চৎথবত্তুদা মহাক্কী পাত্তল লৈগত্রা ?

পাভেলগী বা তারগা টায়া য়েংথংলক্রমই।

" ঐ মত্তু পাম্বদি পামই," ইংনা খুমলকলমই। " অদুগা পাত্তল অত্তুগীদি ঐ থংদে।" রাফমদূদগী মহাক্কী লৈতাদবা পাভেলনা থংবা ঙমলমই।

" করি অমত্তা থনগম্নু, টায়া, অপাম্বা হায়বদুবু লৈরবদি পুম্নমক ওইথোককনি। অদুদি হায়য়ু ঐত্তোম্দা, নহাক নখোয়গী ইমুংদা য়ামনমক লুপশিনবরা ?"

টাম্রা মীকুপ অমরোমদি পাওখুম পীগদবা চৗংনরমই।

"ইমাগীদমক্তা য়ামনা নুংঙাইতে," মমৈগুংদা মহাক্না খুম্লরমই। "ববানা ইমাগী পুন্সিবু বাহল্লে অচুপা হৌজিকনা জোর্জনা অমুক ঙংগীরে। ইমানা ঐবু জোর্জ নুংশিবগুম নুংশিবীত্রবস্থ মহাক্তীদমক্তদি ঐ য়ামনা নুংঙাইতে ....।"

মখোয় অনি কুইনা থম্মোই থম্মোইগী ওইবা বারী শায়রমই। টকুই কুইদনা ইমুংগী মীশিং হল্লকলমই। মতাংদুদা পাভেল ফাগী ওইনা হায়রমইঃ

"অহলচুনা নংবু কনানো অমদা হৌজিক ফাওবা লুহোংবীত্রিবসি ঐ শুকই।"

বাখলদুদা পাখংনা টাম্রা মথুং হাইরকলমই।

"ওহ, নত্তে, ঐ য়ুম পাল্লোই। লোলা কায় ওইরিবগে হায়বদো ঐ খংলবনি। অচুনা, ঐ য়ুম শুকপান পাল্লোই।"

পাভেল নোকলমই। "নংগী লৈরিবা পুন্সি অচুগীদমক্ত বাকম অচু লেপলেকো? করিগুম্বা মশক ফজবা শকহেনবা পাখংককাক চংলকলবদি কমদৌবা?"

"অদু ওইরস্ত ঐদি পাল্লোই। নুপা খুদীংমক অহানবা কোয়বা হৌবদদি লোইনা ফজবনি। লৌরমদাই ভেংনা মানবী থায়নরমদাই য়োংমানবী হায়বচু"

পাভেল টাম্রাগী লেংবান্দা মখুৎনা পায়রদুনা খেমজিল্লমই।

"অচুবনি টাম্রা। নপুরোইবা অম য়াওদনা মহাক হীংবা ঙম্বা য়াই। তৌইগুম্মনু:, পাখংশিংদা অচুক য়ামনা তমথীবগী কায়বা লৈতে। মহাকপু কোয়নবা ঐনা হোৎনরি অমদি খুদোং থীবা থোকহনগনি হায়না চৗংনদবা নংগী বাখলচু অকবনি," অগ্নমনা হায়রচুনা পাভেলনা টাম্রাগী পাম্বোমদা মচন মবুং ওইবগী বাখল্দা পোপ পোপ থারমই।

"মহাকুম্বা মীদি অকবা নুপী অম লৌগদবনি," টাম্রানা ইংনা হায়রকলমই।

সুমিৎ থরনি লৈরমলগা পাভেল খার্কোভতা চৎলমই। টায়া, লোলা অলবিনা, মহাকী মনাও সুনী য়োজাগা লোয়ননা পাভেলবু ষ্টেসন্দা খিন্দোকপা লাক্লমই। অলবিনানা পাভেলদা মহাকী ফীবম চাত্রবী মচাশিংবু কাওবীনদবা অমদি মখোয়দা অকবা লম্বী অম ফংহনবীনবা হায়রমই। মখোয়না পাভেলবু য়াম্না নকুরা মরিমতা অমগুম সুংশিনা কায়নরমই। ময়ামগী সুংশিবা অহুগী শরুক থর হেন্না সুংশিবা, মহাকী য়াঙাং খুদোংমক কাওজবা ওসদবী কনাগুম্বী অমদি মমা-মচেগী মরক্ত নিংথীজরবী মীৎসনা অনিদ: পীরাং ঈহৌরমই। থম্মোইগী করম্বা কাচিন্দা করি য়াবু লোৎতুনা থমলিবা, কনানস্ু হায়বা ঙমদে। গাড়ীগী খোঙনাউদগী পাভেলনা মহাকপু খিন্দোকপীরক্লিবশিংবু সুংশিন য়েংলমই। লোলাগী অঙৌবা ফীজোল, টায়াগী অয়াংবা ফীজোল। লেপ্পা লৈতনা চেল্লিবা গাড়ীনা মখোয়বু অসুম অসুম তামহল্লমহুনা পীশক পীকপা মুত্তিশিং ওইরক্লমই। মীৎয়েংগী শক্তি লোয়খিহুনা মাংপ্রবা ফাওবা পাভেল খোঙনাউদা য়েংলমই।

খার্কোভতা পাভেল মহাকী মরুপ পেট্যা নোভিকোভকীদা থুংলমই। মহাক্ত ডোরাগীদা থুংহুনা অয়েংপা পীনিংদবনা। লম্বীদা লাকপগী অরাবা ঙাইহাক্তং হন্দোকলবা মতুংদা পাভেল সেন্ট্রেল কমিটিদা চৎলমই। মফমহুদা মহাক্লা অকিম ঙাইরমই। অকিম লাকলবদা মখোয় অনি য়ারী শাম্নরমই: পাভেলনা অকিমদা মহাকপু থবক্ত অমুক থাবীনবা হায়রমই। পাভেলগী য়াকম অহবু য়ানিংদনা অকিম মকোক হাইরমই।

"মহু ভৌবা য়ারোই, পাভেল! মেডিকেল কমিসন অমদি সেন্ট্রেল কমিটিনা নহাকী হকচাংগী ফীবম য়ামনা ফত্তে হায়বদো মহুগী অরেম্বা ঐখোয়গী লৈ। ম্যুরোপেথোলোজিকেল ইন্স-টিট্যুটতা লায়েংনবগীদমক্ত নংবু থাগদৌরিবনি অহুনা নঙোন্দা থবক পীবা য়াদে।"

"মখোয়না হায়রিবথুদা ঐনা চেকশিনগদৌরিবসি করিনো. অকিম! ঐনা নঙোন্দা হায়জরিবসিনি। থবক তৌননবগী খুদোং চাবা অমুক্ত পীয়ু। হোসপিটাল অমদগী অমদা অন্নুম চৎথোক চৎশিন তৌবসিনা ঐবু শিজনগদৌরি।"

অদুবু অকিমনা য়ায়মদে। "কমিটিনা লেপখিবা ৱারেপ ঐনা থুগায়বা ঙমদে, মতুগী মায়োক্তত্নু চৎপা ঙমদে। পুম-নমক অসে পাভেল নংগী কননবগীদমক্তনি হায়বসিবু নহাক খংজ্রনে?" অকিমনা য়েংলকলমই। তৌইঙুম্মনুং, পাভেলগী মরম অঙ য়ামনমক থবায় য়াওবা উবদা অকিম য়াদবা ঙমখিদরে।

অকিমনা য়াখিবগী মতুং ইন্না পাভেল মথংগী ন্নমিৎমক্তদগী স্পিসিয়েল ডিপার্টমেন্ট অফ দি সেন্ত্রেল কমিটি সেক্রেটরি-য়েৎতা থবক তৌবা হৌরমই। মহাক্না মাংথ্রবা পাক্সল শক্তিবু হনজিন্নবগীদমক্তনি হায়বসি পাভেলনা খনজরমই। অদুবু ইকুট কুইদনা মহাক্ন উরকলমই— মঙোন্দা অশোয়বা থর লৈরে হায়বা। মহাক্ন পুং নিপাল চুপ্পা পোৎথাবা লৈতনা ফমতুনা থবক শুরমই। চাক চাবা চৎতনা থবক শুবগী মরমদি কাস্তিন ফাওবা ট্যাব অহুম লাম্না কনগৎ হন্দা চৎপা কৌব-দনীনি। মরমদি মদু মহাক্না পাক্সলনা ঙমলোই। ঈতৎ তত্তনা থবক শুরিঙৈ মতমদা মহাক্না মখোঙ মখুৎ পৎথরক্লমই। করি-গুম্বদনা মশা পুম্না মীকুপ অম অনিয়োম পুরা পৎথরমই। মশা নীকলকলমই। করিগুম্বা অয়ুক থরদনা ফমুংদগী হৌগৎপা ঙমলমদে। মতমদুদা পাভেলনা খংলকলমই— মহাক্না লায়নানা মাবু নিংথীজনা লান্দারে হায়বা। অসিগুম্বা মতমসিদদি মহাক থবক্ত পুং অময়োম থেংথনা কারমই। নিংবা কায়বা হায়বদো তশেংনমক ওইরে। রাথমা খনজরবত্ন পাক্সলনদি রাথলগী ভুং ইনবা ঙমদরে। মমৈথংদদি অফিসকী থবক্ত থেংনা রিপোর্ট পীবগীদমক পাভেলবু রিপ্রিমাও তৌরমই। হৌজিক্তী পাভেলনা

উরকলে— মহাক্ত পুক্সিসিগী মথুংদা খাইদগী কীজবা, অকিবগী শক্লোন উবা হৌরকলে— মহাক ৱেম্বদগী নাম্বা হৌরক্লে।

অনিরক অকিমনা পাভেলবু ভেংবাংতুনা থবক অমদগী থবক অমদা মহাকী মুংঙাইগদবা ৱেংদুনা থারমই। অদুবু, থাদোকপা ঙমত্রবা, নাম্বোকপা য়াত্রবা অনাবনা মহাকপু অমুক লান্দবা হৌরকলমই। থা অময়োমগী মতুংদা মহাক্না থবক্তগী হল্লকপদগীদি পাভেল ফমুংদা লেংদনা লৈরে। মতমতুদা বাজানোভানা মবাম্নি কায়নরমদাই মতমদা হায়রকখিবা ৱাহৈ-শিংবু নিংশিংলক্লমই। মরম অতুনা পাভেলদা ডা: বাজানোভাদা মহাকী মুংঙাইতবগী মরম পন্দুনা চিঠি ইরমই। ডা: বাজানোভা চিঠি হেক ফংবগা পাভেলগী নাক্তা লাকলমই। বাজানোভানা পাভেলদা মহাক্তী অপাম্বা করিনো হায়বা থংনিংই হায়না হংলমই। হোসপিটালদা চংপা হায়বসে পাভেলনা তকশিনবা ৱা ওইরমদে।

" ঐহোক্দা অমুক চোম্বন লায়েংবগী কাম্বা লৈরিবরনে? য়েংদবনা কৈ।" অম্বুম্ব পাভেলনা হৱাউনা হায়রমই তৌই-শুম্মস্বং মহাক্তী কাগী অদো কবিস্ত্র কাম্নরমদে।

মপাঙ্গল থর হেক কনখংলকপগা পাভেল সেন্ত্রেল কমিটিদা থবক চংলমই। হন্দক্তি অকিম কন্নমক থাংগ্রে, পাভেলদা থবক পীয়ু হায়বা য়ারমদে। অতুগী মতুংতা মহাক্ত পাভেলদা হোসপিটালদা চংতুনা লায়েংনবা কম্না তকশিল্লমই।

"ঐ লায়েংবা চংলরোই," পাভেলনা চোকথনা হায়রক্লমই। "লায়েংবা চংলুবগী কবিস্ত্র কাম্নদে। ফসিদা ঐগী চপ চাবা প্রমান লৈ। ঐনা তৌবা য়াবা অমদি লৈরি— মতদি পেন্সিন লৌরগা পোংথাদুনা লৈবা। অদুবু ঐনা মতুদি থক তৌরোই! অদুগা অকিম, নহাক্তুম্ব ঐবু থবক থাদোকহনবা ঙম্মোই। ঐহাক চহি কুনময়িথকত শুরিবনি, থবক শুদনা ঐগী লেমলিবা ভুংগী পুনসি চুপপা হোসপিটাল অমদগী হোসপিটাল

অমদা কোইচং চংডুনা লৈবদুনা ঐঙোন্দা অকবা অমত্তা পুরকলোই হায়বসি ঐ খংই। অদুনা অকিম, নহাকনা-ঐগী পাঞ্জলগা চানগদবা খবক খরদি পীবীয়ু। যুমদা ওইরবস্মু নত্রগা অকিসতা লৈদুনা শুবা ওইরবস্মু। অমনা, চেগী খবক্তী ঐঙোন্দা পীবীগন্নু। ঐহাক খবক শুবা ভাবনি, মদুনা ঐবু ঐহাক হৌজিক ফাওবা খবকত কান্নবা মীশক অম ওইরি হায়বসি খংজখদা ইতোমত্ত তুংঙাইজবা পোকনি।"

রাসি ঙাংবা মতমদা পাভেলগী খোনজেল নীক্রমই, পুক্নীং ঈথিন্না থুমহংলদুনা, অমদি অশ্নম অস্নুম লুমথবা হেন্নক্রমই।

অকিমগী খম্মোইদস্মু পাভেলগী ওইরিবা কীবমহুগীদমক য়াম্না ফাওরমই। পার্টিগী মকমদা মহাকী তেন্নব পুন্সি অপুম্বা কংখোকলবা, অদুবু, তমথীরবা অনাবা কৌবনা রেক্কদগী মুন-বীদুনা মাংলসন্নু হায়না ওন্নবা পুন্সি অমদা লানকমদগী থাপ্না লৈথ্রগদবা, খম্মোই-ঈথিন্না ফুনগংলবা পাখং অসিগী কয়াদা অরাবগী মশক ওইরব পুন্সি অদুবু অকিমনা খংলমই। রাখল অসিগা মহাক্র হেক ওমলিবমখৈ অমদি তৌবা য়াবমখৈ পাভেলবু তেংবাংগে হায়না লেপলমই।

"করে পাভেল, কীংগংখিগন্নু। হয়েং সেক্রেটরিয়েটকী মীটিং অম তৌগনি। মীটীংদুদা ঐনা নহাকী রাকম অসি কমরেড মযামগী মমাংদা পুখোক্কনি। পাভেল, ঐনা রাশক-ইবসিনি, ওস্মখৈ নংবু তেংবাংগনি।"

অকিমগী রা তারগা পাভেল রানা হৌগংলকলমই অদুগা অকিমগী খুৎপু পাযরমই। "নহাক তপেংনমক খনত্রা অকিম, পুন্সি অসিনা ঐবু শুক্রবা কাচিন অমদা ভানশিন্দুনা চপথায়বা ওমগনি হায়না? ঐগী খম্মোইদা মীহুম্না হেক হুল্লিবমখৈ।" পাভেল অকিমগী খুৎপু থাঙ্গংডুনা মহাকী খম্মোইগী মথক্তা থমলমই, মহাকী মীহুম চোংবহ খংহন্নবা—" ঐগী খম্মোইদা মীহুম্না হেক চোংলিবমখৈ, কনা অমত্তা ঐবু পার্টিদগী থায়দোকপা

ঙমলোই। অশিবা হায়বদুনা ঐবু য়েক্কতগী তাম্মোকপা ঙম্বা মস্তনা। মরূপ, মসি কাওবীগনু।"

অকিম করি অমত্ত খুমদনা ভুমিন্না লৈরমই। মহাকনা খংই— পাভেলনা হায়রিবা বাকম অদো মথরাই পান্দবা পাওরো নস্তে। মদো তমথীরবা লানফমদা শিবা য়ানা শোক্লবা লাম্মী অমগী মীকপনি। অসিমন্থু অকিমনা খংই— কোর্চাগিনগুম্বা মূপা অমনা কৈদৌঙৈদম্থু অরাবরু তেংথারোই নত্রগা ৱাকংলোই। অথাং-কনবা মীনি, ভুমিন্না খাংখিগনি।

মুমিং নিনিগী মতুংদা অকিমনা পাভেলদা খুদোং চাবা থবক মকম অম লৈরে হায়না তাকলমই। মতুদি অচৌবা খবর অমগী ষ্টাফতা থবক তৌবনি। মকম অদুদা মহাকপু সাহিত্যগী থবক্ত শিজিন্নবা য়াগনি। ইডিটোরিয়েল অফিসতা পাভেলবু য়াম্না ঈকায় খুম্না ওকলমই। কুইনা পার্টিগী কর্মী ওইরকলবী, প্রেসিডিয়ম অফ দি সেন্ত্রেল কন্ত্রোল কমিটি অফ দি উক্রেনগী মেম্বর অমম্থু ওইরিবী, মূপী এসিষ্টেন্ট ইডিটর অমনা পাভেলবু ইন্টরভিয়ু লৌরমই।

"কমরেড, নহাক ক্লাস কয়ানো? ইডিটর মূপীদুনা হংলমই।

"ঈলিমেন্টরি স্কুলদা চহি অহুমথক তমহৌই।"

"পার্টি পোলিটিকেল স্কুলদদি তমলুবা লৈত্রা?"

"লৈতে।"

"ফরে, পূম্নমক অসি য়াওত্রবম্থু অকবা জর্নেলিষ্ট অম ওইবা য়াই। কমরেড অকিম নহাকী মরমদা ঐখোয়দা য়াম্না শারে। মূখদা শুনবা ওইরবম্থু, ময়াম শুনরিবা মওংসিদা ওইরবম্থু নহাকী ফীবমদুগা চানবা থবক অম পীনবা খোয়াং তৌরে। অচুম্বনি, অসিগুম্বা থবকসিগীদমক্ত মতিক চাবা জ্ঞান লৈতবা য়াদে। মরুওইনা সাহিত্য মমদি লোনগী লমদা জ্ঞান লৈতবা য়াদে"

মতুদি পাভেলবু পুক্নীং থৌগৎপা ওইরমদে। পুংখায় অমগী ইন্টরভিয়ু অতুনা পাভেল জ্ঞান মপুং কাদে হায়বা নিংখীজনা উৎলমই। আর্টিকল অম ইতুনা চাং য়েংবা অতুদগী অশোয়বা য়াম্না লৈখি। আর্টিকলগী খু-ই, নোমনা অমদি বনান য়ামনা লানখি। লাল্লিবা মকমশিং অমাংবা পেনসিলনা থোংচিন্দুনা আর্টিকল অতু পাভেলদা অমুক হল্লমই।

"নহাক্কী থরনিঙ্ঙাই ওইবা প্রতিভা লৈ, কমরেড কোর্চাগিন," ইডিটরনা হায়রকলমই। "অতুনা থর কল্লা হোংলরবদি নহাক্কনা ইবা ঙমগনি। তৌইগুম্বসুং, হৌজিক হৌজিক্কী ওইনদি নহাক্কু ইরিবশিংসিদা ব্যাকরনগী অরানবা য়াম্না লৈ। আর্টিকল অসিদা নহাক কুসিয়ান লোন নিংখীজনা হৈতে হায়বা উৎলি। মতুদা ঙকনিঙ্ঙাই করিম্ব লৈতে, মরমদি নহাক্কু মতু তম্বনবগী মতম কংখিদে। সুংঙাইজদবা বাকম অমদি নহাক ঐখোয়না থবকসিদা শিজিন্নবা ঙমলোইদৌরি, অতুমকপু, ঐনসু হায়্না হায়জখিবতুনি নহাক প্রতিভাদি লৈ। নহাক্কী আর্টিকল অসিদা ইরিবশিং অসি, হীরম পরেংগী মওং থুগায়দনা নিংখীজনা চুমথোকলবদি অকবা ওইগনি। অতুবু হৌজিক হৌজিক্কী ওই-নদি নহাক্কুসু থংইবদুনি ঐখোয়গী মী রাংলি মতুবু চুমথোক্লুবা।"

কোর্চাগিন চৈশুদা শোয়রদুনা হৌগৎলকলমই। নহাক্কী য়েংথংবা পীশুম কেং কেং চিংলমই।

"হোই, ঐহাক নহাক্কী বাকম অদু খংলে। ঐবু করম্না মথলগী জর্নেলিষ্ট অম ওইগদগে? ঐহাক মতম অমদা অকবা ষ্টোকর অম ওইরম্বনি অতুগা ইকং-কত্তবা ঈলেকট্রিসিয়ান অমদি ওইখিদবনি। ঐহাক নিংখীজনা শগোল তোংবা হৈ। কোমসোমোলগী নহারোলশিংবু করম্না থোমগদগে হায়বা ঐহাক খংই, অদুবু নহাক্কী মাংসিদদি শোয়রবা মুত্তি অম ওইনা ঐনা উঙ্গরি।" পাভেল ইডিটর মুপীতুগা খুৎ শোক্লুরম্লগা থোরক্লমই। কোরিডোরগী লৈশিনবা মকম অমদা পাভেল ভুথরকলমই।

তানজাহন্দা কনাগুম্বী মুনী ঘমনা লাকপা নম্বীদা থোকলুবনা মুপীদুনা চেনশিন্নুনা পাভেলবু ঙাকলম্মি। করিগুম্বা মুপীচু লংক্লমন্দবা থোক্লবদি মহাক লৈমাদা শোয়দনা হাইথয়বগনি।

"করি তৌরে, কমবেত ? মহাক নশ, ৱাখ্রা মুংঙাইতনা উই !"

পংথবগী জ্ঞান হনগৎপদা মীকুপ খর চংলম্মি। জ্ঞান তারকলবা মতমদা পাভেল চৈগুদা পুরা ঙাকলৌ ওইহন' তপ্না তপ্না থোরকলম্মি।

মুমিং অহুদগী হৌরম্বনা পাভেলনা খংলকলম্মি— মহাক্কী পুন্সি মরাম চাম্বথবা হৌরকলে। থবক শুবা হায়বসে হংলুবা ম্রাব্রবা ৱাহং ওইরে। হায়দগী হেন্না হেন্না কমুংদা ম্রাতান্নবা লৈরে। মহাক্কী ফীবম অহুদা সেন্ত্রেল কমিটিনা মহাকপু থবক্কী থাদোকপীদুনা পেনসন পীরম্মি। মতম খরগী মমুংদা পাভেলগী মফমদা সেন্ত্রেল কমিটিনা পাভেলগী পৈশা অমদি চে-চাং অপুম্বা পীরম্মি। চেশিং অহুদা মহাক্ক হেক চৎনিংবা মফমদা চৎপা ম্রাবগী বারোনম্ভ ম্রাওরম্মি। মহাক্কী হকচাংগী মুংঙাইনবা য়েংবদা মতিক চাবা অধিকার পীরম্মি।

মতমমহুদা পাভেল মার্টাগী মফমদগী চিঠী অম ফংলম্মি। চিঠী অহুদা মোস্কোদা লাক্কুনা মহাকপু ঊমবীরনবা অমদি পোংথাবীরনবা হায়কলম্মি। পাভেল মোস্কোদা চৎনিংবগী অনিংবদি লৈরম্মি— মরমদি অদ ইউনিয়ন সেন্ত্রেল কমিটিনা মহাকপু থবক অম ফংহনবদা তেংবাংগনি মরম অহুনা কোমচৎ চৎপগী কান্নবা লৈতে হায়বগী মুংলিবা আশাদো মাংথিরম্মি। মোস্কোদা থুংলবা মতমদগু মহাকপু অকবা হোসপিটাল অমদা লাম্বেংনবা হোসপিটালগী অকবা কা পীরম্মি। পুন্নমক অদু পাভেলদি ম্রারমদে।

মুমিং তরামপন্নি মার্টাগী য়ুমদা পাভেল লৈরম্মি। পাভেলনা মার্টাগী য়ুমদা মোস্কোদা থুংলুবা মতমদা মার্টাগী মরুপ নাডিয়া পেটর্সনম্ভ মোস্কো ভানা পাইরক্কুনা মথোয়

পুন্না লৈমিন্নরমই। মতমহৃদা পাভেল মতোমতগী থম্মোইদা হুংঙাইজদবা অম কাওরমই— মতুদি নহা ওইরিবী মুপী অনীহৃদি অয়ুক চক্তাদগী থবক শুবা চংখিবনা। হুমিদাংৱাই থেংনা হল-লকলমই। মরম অদুনা মতোমত ঙাইরবা ঈমুংচুদা পাভেল লাইরিক পাম্নুনা লেনবা নত্তনা অতৈ অম লৈরমদে। লাইরিক য়াম্না লৈরবা মার্টাগী লাইব্রেরীনা পাভেলগী পোৎথাকম ওইরমই। হুমিদাংৱাই মতমদগীদি মুপীশিং অদু অমদি মখোয়গী মমায়বীশিংগা হুংঙাইনা কায়ী-ৱাতাই শাহৃনা লেপ্লমই।

পাভেলনা মার্টাগী ক্লেস্তা লৈরিঙৈ মতমদা মার্টাগী মমা ক্যুটসামনা মহাক্কী য়ুমদা কোয়রকনবা চিঠি থারক্লমই। চিঠি অতুদা পক্লক্লমই— মখোয় থাংবা ঙমদবা পুন্সিগী অরাবা অমদা লৈরে, মরম অদুনা মহাক্কী তেংবাং পামই হায়দুনা।

মরম অসিনা, নোংম অয়ুক অমদা কোর্চাগিম্না ওস্যাটিনকোভ স্ক্রিস্তা লৈবা মার্টাগী চীকলবা, অপিকপা য়ুম থাদোক্রমদুনা চং-লমই ক্যুটসামগী ময়ুম লমদম তঙ্গা। খা থংবা ক্রিমিয়াগী অটমগী চোৎ-চোৎনরবা, হুংঙাইরবা সমুদ্র খোংবানবু থাদোক-লমঙুনা রেলগাড়ী অদুনা পাভেলবু সমুদ্রগী খা-থংবা মায়কৈদা পুথিরমক। খোঙনাউ মনাক্তা ফমহুন। টেলিগ্রাফ পোলশিংনা মহাক্কী নাকন্দা পাইখোকহৌবহু গাড়ী মচুংদগী হুংঙাইরবা ঈথক অমগা য়েংলমই। মখিৎ শুকতোকলদুনা পীতম অনি ইনথৎলপন পাভেলনা দৃশ্য অদুবু খোয়দানা য়েংলমই। দৃশ্য অদুগী হুংঙাই-মীৎয়েংদা মুৱবা পাভেলগী মীৎসনা অনিদা থিংঙমদবা ৱাখলগী ইয়াং অমগী মঙালনা লৈত্তেংলমই।



## নিপানশুবা

মচিন-মকোয় মামত্রবা, চাইথায়হ্না ভারিবা সুগুশিংগী মথক্তা সমুত্রগী ঈশিংনা ঈনোং হাপনা ঈথক কারি। থাপ্লবা টর্কীগী লম-দমদগী হুম্লকপা অকনবা সুংশিংনা সমুত্রগী মায়থোংদা শাফু কয়া হুন্নি। অকনবা সুংশিংনা পুথংলকলিবা তমথীরবা ঈথক অহুদগী ঙাকথোকনবগীদমক হিথাংকম, থেকখোয় নাখোয়নবা থা মচেং শাবা, বাংলবা সুগুগী পল অমমা মায়রোং মানা লেপলী, সমুত্র খোঙবান্দা। সমুত্রগী চাওরবা ঈশিংগী মপৈনা সুগুগী পল অদুগী মথক্তা লেম্না নৈন্তনা বা বা চাইথংলী। হাইরপ য়েংথংখিবদনা সমুত্রগা শয়না উপ্রিবা, সহরগী মতাইদা লৈবা চাংশাং নাপোমগী মচেপ্পা পীক্ল পীক্লবা অচৌবা থাঙপোক-শঙশিংনা ভুমিন ভুমিন লেপাল।

টাউনগী মতাহদা লৈবা অরিব' পার্ক ইচিক চিকহ। মাপী হোৌজল্লবা খোঙলম্বীগী মথক্তা মেপল উগী নাপু মচুগী অকংবা উনানা মালংগী শহুমদা তপ্না তপ্না থরো থরো ওন্নি।

টাউনগী মতাই অমদা পাভেলবু পুয়কালবা পাাস'য়ান ক্যাবী থৌবা অহল গাড়ীগালাহ্না শকথংদবা বাল্রিত্তুদা হংদবা ঙমলমদে।

" মকম স্থাইসিদা লাক্লিববু করিগীনো? নৈশাবী নৈবন্থু নত্তে, হয়াঙ কুম্মেন্থু নৈত্তে। লমহুই নত্তনা কনান্থু নৈত্তে "। মকমসিদা নহাক করি তৌদোরিনো? ঐবু টাউন্দা অমুক হমা থৌথিবনা কপত্রনে মিষ্টর "তোভারিস!"

---

Tovarish – Comrade ( USSR: Tovarishch )

পাভেল গাড়ীবালাদা ভারা পীরমই। ভারা লৌরগা গাড়ীবালা পাভেলবু অচিকপা মকমহুদা থম্লমলগা টাউন্দা হন-খিরমই। পার্ক অদো তশেংনমক চীকলমই; তমথীবগী শক্লোন পুরমই। সমুদ্ররোমদা ওনশিনবা, অঙম্বা মকম অমদা ফমফম অম ফংলহুনা ফমথরমই। য়েংলবা অটমগী হুখিংতা মায়থোং হায়গংনা য়েংলমই।

পাজলগী শক্তি নোংম নোংমগী অরেপ্পা লৈতনা মাংথরক্লবা পুক্নি অসিদা করি তৌগিগে হায়বা খমনবগীদমক পাভেল অচিকপা মকমসিদা লাক্লি। লৈরিবা অমদি ওইরিবা ফীবম-হুবু মুম' য়েংলগা, তং-ভাবা রাখল অম থন্দুনা অরেপ্পা কীরেপ অম লৌননবগী মতম ওইরবনি

অনিশুবা ওইনা পাভেলনা ক্যুটসামগী য়ুমদা কোয়ক্লবা অদুনা ঈমুং অদুদা থংনবা অম খোকহল্লমই। ঈমুংহুদা পাভেল থুংগুরে হায়বা হেক থংবদগী অহল ক্যুটসাম শাওনা মপাল খোকখিরমই। মদুনা তশেংহল্লে— পাভেলনা ইমুংহুদা থংনবা খোকহনবগুম তৌরে। মী থুংগুবদা অহলহুগী লুজদবা লমচৎ অহুগীদমক মহাক্কী হুপী অমদি মচাশিংগী মকমদগী ছমথীরবা মীচৈ ফংলমই। চৈক্লবহুনা অমুকন্থ মরম ওইহুনা মখোয় থং-নরমই। পাভেলনা থুংঙুবা হুমিংহুমক্তদগী ঈমুংদো য়েক্লবা অনি কেম্প অমমমদা তোঙান তোঙান লৈনবগী মহৌগুম অনি খোক্লা থায়দোক্লরমই। অহল অনিনা লৈরিবা কা ভাবা খোঙজাও পুনা লোনশিল্লমই অদুগা নাকনগী কা মচা অম পাভেলদা ভারা শাল্লমই। পাভেল কাগী 'ভারা মাংজৌননা পীখোক্লমই। মওং অদুনা অহলহুগী অশাওবা থব নেরথ-হনবগুম তৌরমই, অদুবু শাওরবা মচা হুপীশিংদি মহাক্কা তোথায় তানরমই। মতুংদা অহলহুনা মচাহুপীশিংবু অমুক শৌগৎপা অমদি য়েংশিনবগী থবক হৌখিজে।

কুটনীতিগী ওইবা মরম অমদগী অলবিনাদি মপুৱোইবগা লৈমিন্নরমই। অহলদুনা ইমুং অত্তবু য়াম্না চেকশিন্না তোথায় তানা থম্নগা মহাক্ত থম্মোই য়াওনা তুক্কচনা লৌ'রবা মুপাং-পাভেলগা উম্নবা, বারী শান্নবা পুম্বা থাদোকখিরমই। পুম্নমক ওইহনম্বু য়ুমগী মুমায়দদি মানা হেক উমজবমখৈ লাংলমই, মহাক হৌজিক কাওবা য়ুম অত্তুগী য়ুম্মুৱেল ওইরি হায়বা উৎননবা।

অহল, মহাক্কী থবক মকম কো-ওপরেটিভ সোপ্তা চৎলিরক্তৈগী মমাংদা খোঙ্‌পা শাত্তুনা অমদি উ শুবগী থবক তৌহনা মহাক মশাত্তগী হীংননবা পৈশা তাল্লমই। থবক অদুগীদমক্ত ঈং-খোলগী মনীংদা অপিকপা ৱার্কশোপ অম শাম্নমই। মমত্তুদা ভারা লৈরিবা পাভেলগী লাইব্রিক পাবা থুগাইনবগীদমক্ত অহল অদুনা ৱার্কসোপ্তগী ৱার্কিং বেঞ্চ থাংদোক্লুনা পাভেলগী কাগী খোঙ্গনাউ মপাদা মুমায়দা থম্নমই অদুগা পুং কয় মুক দোং দোং য়ৈরমই। থৌওং অহুনা কোর্চাগিনগী লাইব্রিক পাবদা অপনবা পীরে থংবদা মহাক য়াম্না মুংঙাইজরমই।

"মহাক থাংত্ত," মতোমতা ৎংজরমই, "ঐনা নংবু মকমসিদগী ভাম্বোকনি ।"

অহাংবা মালংদা অম্নবা মৈখুগী মপৈ কামথংলত্তুনা ষ্ট্রীমর অম চেল্লি। লেপ্পা লৈতনা চেল্লিবা ষ্টিমরদগী লেপ্পা লৈতনা কামথ লকলিবা মৈখুনা অতিয়াদা পাইরি মরী মশাং ওইনা। গল উচেক্কী শঙ্গুনা ঈমায়থক্ত অকিবা কংলবা খোঙ্গেম্না লাক্লা লাক্লা খোংদুনা পাইরি

পাভেল মথুং খদাংদা শৌরদুনা বাখল্দা লুপত্তুনা কম্নি। মহাক্কী নিংশিং মীংয়েংগী মমাংদা হৌখিবা পুন্সিগী ইতিহাস খোদোকশিং মথং মথং উরকলি— অত্তাং ওইরিত্তৈগী অমদি হৌজিক হৌজিক্কী পুন্সি, মত্তৌ কয়ম্না চহি কুনমম্নি অসিদা হীংলকখিবা? মতিক চানবু ওইরবস্ত্র, চাদনবু ওইরবস্ত্র ?

কৌই। নিংবা কায়বা অমদি থৱাই ফুংঙাইতবমা ময়ম ওইদ্রুনা লাল্লী অমগী পুন্সি মতোমত মাংহনজববু কনানা হয়না য়েংগনি ?

পল্লেণকম থংত্রবা, ৱাথল লম্মুক্লবা থুংশাশিংনা ফুন্নিংখাউজ ভপ্পা থিংজিন্দুনা পাক্তানবা ত্রাউনিংগী থুংপারকমদ' পায়রমই। তপ্পা তপ্পা পিস্তোল লৌখোরক্লমই। থম্মোইদা মুৱমই।

"অসিগুম্বা ৱাথলসি করিগীদমক থল্লুল্লিবনো ?"

উশিংত্তবা মীংয়েং অমগা লোয়ননা নোংঠৈ চীন্দোল লৈখোকখিরমই। পাভেল থুকউ মথক্তা পিস্তোল থম্লহুনা থম্মোই শোক্লা কপলমই। খোং-নৌরবা শারবা পীরাংনা কল্লবা ফুঙগী মথক্তা মচোয় মচোয় তাগ্রি— কোরৌ মন্তান্দা কংখিনব'। পুমনমক থাংগুমদবা থম্মোইগী চৈনাখোলনি চাক্লবা থম্মোইগী তেংথাখোল্লি।

" মমল হোংবা চেয়োগী থবক্কি, ল্পপামচা ! অপংবা মীতনা মশানা মশাবু কাপথুক্কগদবনি। মদুন' খ্বাইদগী লায়বা লম্বীনি, পাংদবা, অপংবগী লম্বীনি। পুন্সিসিনা নন্তোন্দা কয়মক চৈথেং পীরক্লবা মতমদা থাংবা গুমদত্তুনা মশানা নশাবু কাপশিননবা হোৎনগনি. তৌইগুম্মম্লং, নহাক্ল হেন্না কবা লম্বী অম পুন্সিসিদা কংনবা হোৎনরত্রা ? মপাঙ্গল কল্লবা য়োংকী শারং অসিবু নমথায়নব থুদাংমক তৌরে হায়বসিবু শোয়ত্রবরা ? নহাক কাওরবরা নোভোগ্রেড ভোলিনস্কীগী লানকমদো ?

অবা-অনা, অশোক অপন পমনমকপু থাদোক্কুনা নোংমতদা ঐখোয়না ভরাতৱেংলক হন্না লান্দাখিবদো ? মায় পাকখিবদো ? থুনমক নোংমৈ অত্ত্ব লংখোকখো, কনা অমত্তদা ৱাকম অসিগী মরমদা থর অমত্তত্ব হোললুগত্ন। পুন্সিসিনা থোংগুম্মক্লবা, পু-থাংবা গুমলকত্রবা মতমদা করমনা হীংগদগে হায়বসি ভম-গদবনি। নবাকী পুন্সিবু কায়বা ওইহনগদবনি।"

পাভেল কমলম্বগী হৌপংলমই অচুপা লম্বী তাখিরমই। লম্বীদা লাক'পা মাউন্টেনিয়ার অমগী পাত্তীদা ভোংথংলমই।

মখোয়না সংরদ থুংলবদা পাভেল খবর অম নৈরমই। ডেম্যান বেডস্কি ক্লবতা সহরচুগী পার্টি গ্রুপকী মীটিং অমা তৌগনি হায়না লাওথোকপা খবরগী ৱারোল পারমই। মুখিদাং অদু মহাকনা মীটিংদগী হল্লকপা য়াম থেংলমই। মুমিৎ অদুগী মিটীংদা পাভেল বা ঙাংলমই। অচৌবা মীয়ামগী মিটীং অমদা মহাক্না ঙাংল্লকপদগী ওসিগীসিনা ইবোন কোনবা ওইরমগন্না খল্লি।

মহাক্না য়ুমদা থুংবা মতমদু কাওবা টায়া তুমলমল্লি। পাভেলনা কুইনা য়ুমচদা হল্লকবচুদ টায়া ৱারম্মিবনি। মচোল্লা করি তৌগ্রবনো? মতম চুপ্পদা ফুংঙাইচুনতা নৈবা মায়খোংদা ফুংঙাইতবগী মাম ভাখিবা অমদি মমিৎ অনিনা শুকখিবা মহাক্না উখিবা অয়ুক্কী মাখোংদো টায়া নিংশিংলি। মহাক্না কৈদৌঙৈদসু মহাক্কী অৱাবগী মরমদা ৱানাদসু ৱারী শাক্লোই অদুবু টায়ানা খংলমই মচোল্লা করিগুম্বা ৱাখলগী য়ামনা ফুংঙাইতবা খরদি লৈরে।

মমাগী কাদগী পুং অনি তারকপগী মতুংদা বেল খিংলকপগা লোয়নবা টায়ানা কোম্ফোং হাংলকপগী খোনজেল তারমই। জেকেট লৌখিন্দুনা থোঙ হাংদোকুবা চংলমই। লোকাদি মহাক্কী কাদা মুংঙাইনা তুগলি। টায়ানা মহাক্কী মনাক্তা চংপা মতমদা লোলা জ্ঞান তাদব চোইরোল লোল্লকলমই"।

"ঐ থবাই ৱারমলবনি," পাভেলনা চংলকপদা, অৱাবা কোকসে হায়বগী খরগা টায়ানা লোল্লগা হায়রমই।

"কম্রিদ্ ৱানিঙ্গাই নৈতে, ঐঙোন্দ করিস্ থোক্তে, টায়া," মহাক্না লোয়া থুমলমই। "লোলাদি তুমগ্রবরা? করিগুম্বা মরম শরদগী ঐদি তুমনিংবা পোক্তে। ঐ নঙোন্দা করিগুম্বা থর হায়গদবা লৈ। মহাক্কী কাদা চংসি লোলা যৌগংলক্তনবা।"

টায়া চিংনবগুম তৌরমই। মতমদু য়াম্না থেংলবা ওইখ্রে। অদুক য়াম্না থেংলবা মতমসিদা মহাকপু করম্না মহাক্কী কাদা চংহনগনি? মচুদা ঐখানা থংপ্রগা করি থনখিগনি? তৌইগুম্বসুং

মহাক খংলব্রা ? টাপ্পা মহাক খঙলব্রা ? মহাক ঐগী পুক্নিগী লেংদবী খোঙলোই, ঐগী মুপী ওইগব্রা ?"

পাত্তেলনা খঙ্মোইগী রা খুদীংমক অমত্তা খাত্তনা শেংনা হায়রকপা অদুদা টাম্বাগী খঙ্মোইদসু মুংশিবগী চৈথেং ফংলমই, তৌইশুমক্নুং অমোই বাহৈ খরচুনদি মহাকপু ইঙক শুকরলমই ।

"মুখিদাং অসিমত্তদা নহাকী পাওথুম পীরো হায়নদি হায়রে," পাত্তেলনা মথা চথ্রকলমই । "রাকম অসিদা নহাক কুপ্পা অমদি চেকশিন্না থল্লু । মরামনা চংনরিবা মওং, ব্রোয়বা শাম্মা অমত্ত য়াওদনা ইশেং শেংনা নচোম্বা রাকম অসি কোক হায়বসিদা নহাক ভাপ তারমলোই হায়না খল্লি । অদুবু, কায়দবা খবক অদো নং-ঐদদি দরকার করিসু লৈতে । মুংশিবরী, ঐ নচোম্বা থুংসি পীরি । করিগুম্বা নহাক্ত ঐবু থাজববদি মসি লৌ, মদুনা নংবু কৈদৌঙৈদসু লালংল্লোই । ঐখোয় অমনা অমদা করিগুম্বা খরদি পীনবা ঙমই । অদুনঃ ঐনা লেপলিবা রাকমদো সিনি — নহাক্ত মপুং ফাবা মী অমা ওইজ্রিবা ফাওবা, অশেংবা বোলঃসবিক অম ওইজ্রিবা ফাওবা ঐখোয়গী চুক্তি অসি চংনগনি ঃ। করিগুম্বা ঐনা নংবু মী অম ওইহনবদা তেংবাংবা শুমত্রবদি ঐসে কোপেক অমগী মমল লৈত্তবা মীশক্তী । নহাক্ত মতিক চাবা মীশক অম ওইরক্নবা মতমচুদা অথিংবা খুদীংমক্তগী নহাক নিংতমহনগনি । কমানা খংগনি ভুংদা করি থোকলবা ? হকচাংগী কীবম পুমনমক পুমথেক তেকলবা মীশক অম ঐহাক ওইরকপা য়াই, মতম-চুদা নহাক্ত কাওরোইদবদি নহাক ঐচোম্বদা লুপশিন্দুনা লৈ হায়না খক খঙ্মোইদবনি ।"

রা খুরে মসি হায়রগা চাইহাক্তং ভুমিন লৈরমই । অদুগা খান্দনা থোং মৌবা মুংশিবগী খোনজেন্দা মথা ভাবকলমইঃ "মৌজিকী ওইনরি ঐগী মরূপ ওইব অমদি মুংশিরবু নচোম্বা

লৈরি।" বাদি হায়না হায়না পাভেলদা টায়াগী খুৎশাশিং পায়রমই: টায়াগী অয়াবা লৈরবগুম য়ায়া ইংনা।

"ঐহাকপু পুক্সিগী থাদোকলোই হায়না বাশকপরা?"

"মহাক্না মকখদগি ঐ বাশক ওমই, টায়া। ঐগুম মীশক অমনা মহাক্না মরুপশিংগী থাজবা মাংহন্দে হায়বসি মহাক্না থাজবা য়াগনি"। ঐনন্তু আশা তৌই মখোয়না ঐবু নমথাক তৌরোই," পাভেলনা য়ায়া লুনা মখা তারমই।

"সুখিদাং অসিদদি পাওখুম পীজবা ওমলোই। ইখং-খংহৌদনা থোকপা ওইনা তৌই।"

পাভেল হৌগৎলমই। "ভুম্মুরো টায়া, নোং ভায়রুপনি।"

অসি হায়রমলগা পাভেল মপাগী কাদা চৎলমই। কী হোংদোকপা তৌদনা অদুম্বক ভুমশিল্লমই। থেংলবনিনা কোক্না মোনগা হেক ভাইনবগা মহাক ভুমথখিয়মই।

থোঙনাউ ময়াদা থাবিবা টেবল মথক্তা লাইরিকশিং, খবরশিং অমদি লোইনবা ইশিল্লবা নোটবুকশিংনা বাংনা পৈথনা লৈ। লাইরিকশিংদি পার্টি লাইব্রেরিগীনি। কা অদুদা কমুং অম, চৌকি অনি, অমুবা অমদি অঙাংবা কিয়ালগী মার্ক তৌশিল্লবা চিনাগী অচৌবা মেপ অমনা টায়া অমদি মহাক্না কাগী কাওনকমদা কাওনবা য়াদনবা খিংভিন্দুনক থম্লিবা থোঙদা নপশিল্লি। লোকেল পার্টি কমিটিনা পাভেলদা লাইরিকশিং অমদি জর্নেলশিং লেপ্পা লৈতনা থারকনি হায়না য়াবগা লোয়-মনা টাউনগী মমুংদা খাইদগী চাওবা লাইব্রেরিগী লাইব্রেরিয়ানগী মকখদন্তু মহাক্না হেক দরকার ওইবা লাইরিক পীবয়বা হায়খিগে হায়নন্তু য়ারমই। ইকুই কুইদনা অচৌ অচৌবা লাইরিক খয়োম থুংওবা হৌরক্লমই। অঙনবা অয়ুক্তগী পোথাবা অমদি চাক চাবগী মতম কাওবা কায় থাজনা সুখিদাং কাওবা লেংদনা লাইরিক পাথনা লৈবা উবদা লোনা ওকলমই। সুখিদাংগী মতমদদি পাভেল মচিন-মনাও মুপী অনিদুগা বারী শাদুনা

লেল্লমই। মহাক্ন পাখিবশিং অমুক মচিন মনাওগী মকমদা যারী লীথোকলমই।

অহীং নোংমাইগী মতমদা অহল ক্যুটসামনা পাভেলনা লৈরিবা কাগী থোঙ অহোবদা মৈঙাল লীথোক্লকপা উরমই। অতুদগী অহলচুনা তপ্না চংশিন্দুনা থোঃনাউগী অহোবদা য়েংলমই। মহাক্ন য়েংবদা পৈরিবা লাইরিকশিং উরমই।

"লৈবাক-মচা তাবা মীশিংদি পুংকমসিদদি লোয়ননা তুমবনি, ভৌইগুম্নম্নুং মহাক্না অহীং চুম্না মৈ থান্দুনা থম্লি মকমসিদা মহাক্ন মাষ্টর ওইবগুম, মাষ্টর অমগী মচৎ চৎলি মুপী অনিসিম্ন মহাক্ন হেক লাকপদগী খুত্তগী পুম্না নক্নোক-খ্রবনি।" হন্নুবা ক্যুটসাম ফমুংদা হিপথ হিপথনা মত্তোমতা মুক্লম মুক্লম শোল্লমই।

চহি নিপাল অসিগী মনুংদা মহাক্না মথুত্তা মতম মরাং কায়না কংবসি লক্লকা অহানবনি। করিগুম্বা মথৌ অমত্তা লৈতনা, মিটিং অমত্তসু য়াওদবা য়াদে হায়বা লৈতনা, ইহাং হাংনা, মশা কোমজনা। অদুবু পাভেলনা মতমশিং অদুবু নিংথীজনা শীজিন্নরমই, পুকনাংগী খৌরাংবা অমদি থরাই য়াওবগা লোয়ননা, লাইরিক পাচুম কেংমই। নোংমদা পুং তরানিপাল লাইরিক পাচুনা লৈরমই। কল্লবা থবক অসিবু মহাক্না হকচাংগী পাজলনা কয়া কুইনা থাংবা ভমগদগে হায়বা য়ানা থোকই - অদুবু - টায়াগী মকমদগী উংলকখিবা থাজবা য়াবা ঈজিত অমনা, নোংম, পুম্নমক অদুবু পুমওন ওলহনখিরমই।

"নংগী কা তাবা থোঙদা খিংলম্বা চেষ্টপ্রোবার ঐনা থাংদোকলবনি। করিগুম্বদা নহাক্ন ঐথোন্দা য়াককাক হায়নিংবা লৈরকলবদি লোলাগী কা কাওগ্রবসু চুমজিং হেক্তা লাকপা য়ারনি।"

পাভেলগী খায়থোং থম্বালদা অঙাং মচুনা লৈতেংলক্লমই। টায়া মোমোন নোক্লমই। মথোয়গী মুংশি-চুক্তী চেংশিল্লমই।

অহল কুচ্যটসামনা পাভেলগী কাগী থোঙনাউদা মৈগী মঙাল উথিল্লে, অমরোমদা টায়াগী মমানা মচা নুপীগী মীৎসনাদা ঈনৌ নৌনা তারকলিবা মহাক্ন থংবা ঙমদবা- নুংঙাইববু মাং- হল্লিব, অরংবা মমি উরকলমই। শামিরবা মমি অদুনা মরোল লোল্লি অহীং কয়া তুমদ্রে হায়না। ইতং ভংতনা পিক্লবা কাগী মঙুংদগী টায়ানা গিতর খোংবগী, ঈশৈ শকপগী খোম্থাং রৈবত্নু ভাই।

টায়াগী থম্মোইনুংগী নুংঙাইবা থক তুমিন্না লৈরমদে— নুপী ওইবগী য়াকায়রবা রাথন্না মহাক্নী অরোনবা মন্নী অদুদা ঈহৌ কয়া ঈথিল পীরমই। মহাকনা ঙাংথোরকপা খুদীংদা খোনজেল নীক্লমই। অসুমনা মতোমত নুংঙাইজরিবৈদা মমা লাকপগী খোঙথাংখোল তারক্লমই। করিগুম্বা মমানা মুমি- দাংদা করিগীদমক থোঙ লোনশিল্লবনো হায়না হংলক্রবদি ? রাথল অদুনা মহাকপু মীপাইহল্লমই। পাভেলনা খংলমই মহাক্ন মীপাই- জবগী মওং অদু। অদুনা থরাই রাদনবা টায়াবু খেমজিল্লমই।

"নংনা কৗরিবত্নুবু করিনো ?" মহাক্ন নৌনা হায়রমই।

"ফরবম্নু ফত্রবম্নু ঐথোয় মপুং ফারবা মী ঙাক্তনি। রাক্লগন্নু নুংঙাইনা তুমথোকউ। কনা অমত্তনা ঐথোয়গী পুন্সিবু থিংলোই।"

পাভেলগী রাদা মীপাইজবা কোক্লত্নুনা মমুন ফারবা ঙাংলবী মায়থোং থম্বালনা পাভেলগী থবাক্তা ঙাথত্নুনা তুম্লমই। ভনৌরবী পাম্বোম অনিনা নুংশিজবা মাগী মথৌ শংলবা হকচাংদা কোল্লমই। তপনা হোল্লিবী শ্বরগী তম্থা তারগা পাভেল হৌগৎ- লমই, মহাক্নী নুপী ওইবীগী নৌরবী পুন্সিবু, পাথং ওইবা মাগী মঙ্গাদা শিন্নরবী, নুংশিজরবী চান্নজবী মাগী তুম্বা কায়খিগনি হায়ত্নুনা।

পাভেল অমদি টায়া মথোয় অনিগী মরক্তা লৈনরিবা নুংশিবগী মরিনা মরম ওইত্নুনা, টায়াগী কুপ্নাক্লরিবা মায়থোং

থম্বালদা তাৱিবা পু'ন্সগী অনৌব' মনুংগুাই অমগী মমিচগী হৌরককম অহানবা ওইনা খংবসি টাৱাগী মচে লোলানি। মুমিং অচুমগী হৌরভুনা মচিন-মনাও অ'নিগী মরক্তা লুংশিনমবগী মমি অম তাখিরমই: ইকুই কুইদনা মমানস্তু'মহাক্তী চীংনজবা অচু চুম্নে হায়না খংলকখি। মহাক খুদোংথীবদা তারমই। কোর্চাগিম্না অচুম্না তৌরক্তনি হায়বসি খন্দবনি।

"টাৱা মহাক্তী মুপীমক্তী নত্তে," মহাক্তু লোলাদা হায়কম খংদনা পল্লমই। "কম্বাইনা মসিবু ওইৱকলিমনো ঐ ভুকই ?" খুদোং থীবা থোকলক্তনি হায়বগী মকিবা রাখল কম্বানা মকাকপু ওংলমক্ট তৌইগুম্মসুং মহাকনা নৈজবা থৌনা থোমজিন্দুনা কোর্চাগিন্দা হায়বদি ভুমলমত্রে।

লমদমমচুগী নহারোলশিং পাভেলবু উম্নবা লাকপা হৌরক্লমই। করিগুম্বা মতমদদি মী য়াম্বনাথবনা মহাক্তী পীক্লবা কানা মীয়ামচুবু কোনশিনবা ভুমদবস্তু য়াওই। থোই মচুমদা থোইনা ভুং ভুং ভুংবগী মতৌগুম মীয়ামগী ঈশৈ শকপগী থোনজেম্না কা মচাচু নিল্লমই। রিভোলুসনগী থম্মোইট ঈবৌরবা ঈশৈগী অপুনবা থোনজেম্না কা মচাচুগী থোঙ-থোঙনাউদগী লীংথোকখিচুনা অহল ক্যুটসামগী নাকোংদা য়োখিরমই:

অকীবগী শাক্লান পুরবা সাগরনি ঐথোয়গী,

অহিং-মুংথিল অনিদা তাৱিবা থোঙ্গেলসে অশাউবগী ....

মতুংদা পাভেলনা পামজবা ঈশৈ অমুক শকলমই:

পাক-চাওরবা পৃথ্বী পুম্বসে পীৱাং পীৱাক্লুরে.... ....

পাভেলগী কাদা মীয়াম পুল্লিবসে—নহারোল কর্ম্মীশিংগী নৈনবগী সভানি। প্রোপেগণ্ডাগী থবক থর তৌজগে হায়বগীদমক পাভেলনা পার্টি কমিটিদা তোয়না হায়জবদগী পার্টিনা পাভেলদা শিন্নবা থবক্লী। মতম থরদা থাজবা ভুমদবম্বৈ মায়-থৈক্লবা পুক্তিগী হীৱেনগী নৌবু অমুকতু হম্না মহাক্ত খুবাম অনিনা ভেংনা পায়শিল্লমই অনৌবা লমদম অমদা হীহোম্নবা। লাইব্রিক

পাহ্না, নৈনহ্না, ভমহ্নমা য়েক্কদা অমুক হনজিনগে হায়বা মংলান অদো মহাক্কী লম্বীদা উরকলে। তৌইশুঙ্মস্নং পুন্সি অসিনা মহাক্কী লম্বীদা অথিংবা কৌবা পোংশক্। কৈগাক কৈনা থংলরে। মহাক্ন য়েংশিন্না উরকলমই অথিংবা অমমম্না মহাক্কী পম্মুং ফংবমু নাম্বহনগদৌরি।

নোংমদি মরাইবক থীরবা ছাত্র জোর্জ মোক্কোদগী মুপী অম পুরহ্না হল্লকলমই। মহাক মোস্কোদা মকুবোক উকিলগী য়ুমদা নৈদুনা মমাদা পৈশা থারকউ হায়না ওংলম্বনি। জোর্জ লাকপনা ক্যাটসামগী ইমুংগী থংনবা, নাক তানববু পাকথোক চাওথোকহল্লমই। জোর্জনা হেক থুংঙবগা মহাক্কী মুপীগী ইমুংগী মীশিংগা মপাগী নাকন্দ, তোংশিল্লমই। এস্তি সোভিয়েট অম ওইনা মহাক্ন ফত্তবা পোথী-লৌশিংহ্না কোর্চাগিনবু য়ুম-হুদগী তাম্হোক্লুব অমদি টায়াগা নৈনব মরি থদংনবা হোংনরমই। অদুবু জোর্জনা থুংঙবা হাপ্তা অনিগী মতুংদা অতোপ্পা সহর অমদা লোলা থবক ফংলহ্না, মমা অমদি পীক্লীবা মচা মুপা পুরহ্না য়ুমহু থাদোক্কুনা চংখিরমই। মতুংদা ইকুই কুইদনা পাভেল অমস্নং টায়াস্ন য়ুমহু থাদোকলমলগা অথাপ্পা সমুদ্র মপান্দা নৈবা সহর অমদা চংখিরমই।

আর্টেমনা মনাও মুপা আর্টেমগী মফমদগী চিঠি ভোয়না ফংলমদে। অদুবু, ডসি সিটী সোভিয়েটকী অফিসতা মহাক্কী ডেস্ক মথক্তা নিংথীজনা থংলবা থ্হইনা চেথাউ মথক্ত ইরহ্না নৈরম্বা উবদা আর্টেম থম্মোইদা মীহুন কম্না চোংলক্লমই, মুংঙাই-জবনা। কুইর কুইরবা মতুংদা অস্নুম্না চিঠী হেক হেক নৈরম্বা মতম খুদোংদা আর্টেম হয়াউবনা পুক্কীং চেনগুম চেনগানৈ।

"পাভেল, নহাক ঐগী ইনাক্ত নক্লা নৈরম্মবদি," চেথাউ ভহাননা লৌথংলগা হাংদোক্লমই। "নহাক্কী লমতাক মতুং ইম্না ঐহাক থবক তৌরমগদবনি— মুংশিবা মুপামচা," আর্টেম মুংশিনা থনক্রমই।

"তাচৌ, আর্টে'ম," চিঠি পাবা হৌৱকলমই। "কুইন। ইখিত্রবা মতুংসিদা ঐঙোন্দা করি করি খোকচ্রবগে হায়বড় হায়মনবগীদমক চিঠি অসি তাচৌগী মকমদা ইজরিবনি। অসি-ঙুদা ৱায়োল অসি নহাক্কী নকমদা মতুনা ঐনা কনাদম্ব ইদবনি। নহাক্কু ঐবু থংবা মরমনা ঐনা ইরিবশিংসি নিংথীজনা জ্ঞান তাবা ঙমগনি।

"হকচাংগী লানকম অসিদা পুন্সি অসিনা ঐবু নমথবীরি, চৈক্ষু অমগী মথংদা অমনা। ঐগী খোঙদা নাবা অচুমা মমাং থাদগী হেন্না মীনুংশি থংদবমখৈ ঐবু লান্দাবীরি, মদুবু খেংনবদা ঐহাক ৱানা শাংলি অমদি লান্দা অসিনা ঐবু নেমথহল্লি। খ্বাইদগী হেন্না তমথীবা শক্তম অমদি লান্দাশিং অচুবু থীংনবা ঐগী শক্তী লৈজদ্রে। অহানবমক্তদা ঐগী ওইথংবা পাম্মোম শীজিন্নবা য়াদ্রে, মচুনা ওক্রবগুম হৌজিক্ক অমুক ঐগী খোঙবু শীজিন্নবা য়াহদ্রে। ঐ কা মনুংদগী হেন্না চংপা ঙমদ্রে, মসিনম্ভু লোইবীদমা হৌজিক্ক ফমুংদগী টেবল ফাওবা উপনা শিংতুমা ৱানা চংহল্লি। হয়েং ঐঙোন্দা করিবু পুবীরকপগে হায়বদি কনানম্ভু হায়বা ঙমলোইদি হায়ববু, কৌজিক্কৌ, ঐহাক্ক হায়বা ঙমলে— তুংগী পুন্সিদনা হেন্না খুদোং থীরগনি।

"ঐ হৌজিক য়ুমদগী চংথোক্তনা লৈরে। ঐগী নুংঙাইজরিবা হায়ববু য়ুমগী খোঙনাউদগী সমুদ্রগী শরুক খরগী দৃশ্য উবা ফংইবসিতনি। কীন্থরকক্লিবা উনগী মোং নুংশিৎ মরক্ত, খুত্তা খুৎলায় পায়চুনা লানকম তম্না চংশিল্লিবা ফাইটর রেঙ্কশিংগী মরক্ত, থরাই হকচাং য়াওনা থবক তৌরিবা বোলসেবিক অমগী অরাবা ফংনা থাজবা মাংহল্লবা হকচাংনা, শাথোরবা মীগী য়াথং ঙাকল্লবা শগোলগুম, মশামক্কী য়াথংবু ইনবীত্রবা হকচাং পোলাংচুনী মপু ওইরিবা মী অচুগী পুন্সিদগী হেন্না ৱানিঙাই ওইবা তাইবঙসিদা করি লৈরবথিগদগে ?

"ঐগী পাক্লনা ঐহাক ইশামকী য়াথং ইংগ্রৱস্থ, হৌজিক কাওবদা থাজব্রি— লান্দাব্রিবা কোলমশিংদা ঐগী মচিন তুমণা শক্তীগা অমুম্মক লেংদনা মথৌ পাংথোক্কুনা ঐহাক ৱেক্কদা হজিনখিগনি। মসিমচু ঐহাক্ থাজগদবনি মহুক ঐহাকী অধিকার নৈতবা নত্তে। চহি তৱা চুপ্পা পার্টি অমদি কোমসোমোলনা ঐঙোন্দা লানথেংনবা তম্বীরে, লুচিংবগী বাহৈ তাক্নবীরে, ঐঙোন্নমক্তদা মাম্না পানশিবীরে: "পৃথ্বীসিদা বোলশেবিক-শিংনা লৌশিনবা ওমলোইদবা লানবল অমত্তা নৈতে।"

"ঐগী পুন্সি অসি হৌজিক, লাইব্রিক পাক্লনতা মতম লেপ্লে, লাইব্রিক ময়াম ময়াম অম, হেন্ন' হেন্না। তাচৌ, ঐহাক ময়াম অম পাংথোকলে। ক্লাসিক পুন্নমক নৈনরে, করেস-পোন্দেন্ট কোস'তা কম্যুনিষ্ট ইউনিভর্সিটিগী অহানবা চহিগী পরিক্ষা ওৎলে। ঙসিদাংদ ঐহাকনা কম্যুনিষ্ট য়ুথকী ষ্টডি সার্কল অম লুচিংলি। হায়রিবা নক্কারোলশিং অসিনা পার্টি ওর্গেনাইজেসনগী থবক্কী পুন্সিগা ঐগা মরি নৈনহল্লে। অদুদগী টার'গী অশেংবা মুংশিবা, ঐগী লোয়নবী ওইবগী প্রেমগী য়েংলবা খুশোক। অশেংবনি তাচৈ, টাগ্গা অমম্তুং ঐ থ্বাইদগী হেন্না কবা, মুংশিবা মরুপনি। ঐথোয়গী য়ুমপানবগী মহীংদি য়াম্না চমই— ঐহাকী পেন্সনগী রুবল কুস্থানিথোইগা টায়ানা তাঞ্জবা থরগনা নীংথিজনা হীংবা ওমই। ঐহাক্ পার্টিদা চংলম্বা লম্বী অতুমক টায়ানা ইল্লি। মতম থর মহাক ডোমেষ্টিক সর্ভেন্ট ওইনা থবক তৌরমই, হৌজিক্কা কানন্তিন অমদা কোনজাম্বী ওইন থবক তৌরি (টাউনসিদা ঈন্দষ্ট্রী নৈতবনা)।

"নোংম অমদা টাম্না চাংথোকচনা ঐঙোন্দা রুমনস ডিপার্টমেন্টনা শীরকপা অহানবা ডেলিগেটকী চে চাংশিং উৎ-লমই। মদু মহাকী মকমদা ইচম চম্বা কার্ডবোর্ড মতং অম লত্তে। ঐহাক্কা নীংথীজনা থংবা ওমই— লহাক মশামকী মমুংদা অনৌবা মুপী অম পোকলে। মহাক্ক অনৌবা পুন্সি অমদা

পোক্লকপসিদা ঐনা হেক চুমজিবমখৈ মতেং পাংদ্রি। মতম অম লাকখিনি, মহাক্ন চাওরবা কেক্তরি অমদা থবক ভৌরগদবা অচৌব শিন্না কাংলুপকী শরুক অম ওইন, রাজনীতিগী জ্ঞান মপুং ফারকদবা। ভৌইগুম্নসুং কৌজিক হৌজিকী ওইনদি মতোঙ্গা ওইগদবা, অরায়বা থবক্তমক পীদ্রি।

"টায়াগী ঈমা মকমসিদা অনিরক কোয়রক্লমলে। মহাক্ন জ্যাক-স্মেন তাদনা মচা দুপীবু মখোয়গী কান্নগী মশাগী ওইজবা থীবগী অপিকপা থম্মোই চেনবা পুন্সিদা অমুক হন্না পুশিন্নবা হোৎনরমই। ঐহাক্লসু অলবিনাগী মকমদা থংকমবা হোৎনরমই— মতুদি মচানুপীনা খল্লিবা লম্বীবু মাংহন্নবগীদমক মখোয়গী হৌগ্রবা মুংঙাইবা য়াওব্রবা পুন্সিগী মথি অমুক ভাহনবা মচানুপীনা য়ারোই। ভৌইগুম্নসুং, মতুনা করিস্মু কান্নবা পীরমদে। ঐঙোন্দা রাথল অমদি ফাঙই, নোংমদি মমা অসিনা মচানুপীগী লম্বী থংনব হোৎনরকনি— অতুদৈদি মুকথায়নব শোইত্রবনি। ভাচৌ নহাক্কী থুং শোকচরি। "ননাও পাভেল"

ওলড মাটজেসটাগী সেনাটোরিয়ম নং ৫ চেক্লা শাবা মখোল অহুম রাংব ব্যুলডিংনি। চৌংগী চৌংচেপ অমদা কক-থতুনা শাই। শোংলবা উ বাগী জঙ্গলনা মহাকী অকোয়বদা লৈ। সেনাটোরিয়মদা কাথৎ-কুমথগী লম্বীনা থেকখোয়-নাখোয়-ননা সমুদ্র তমথ্রি। কাগী থোঙনাউ পুম্নমক হাংদোক্লুনা থম্বনা লীরি হুমলিবা মালংনা বসন্তগী মুংশিবা মনম পুদুনা কা তম্না হুমজিল্লকলমই। কাদুদ লৈরিংসি পাভেল কোর্চাগিন মতোমতনি। হয়েংদগী অবৌব' অনাবা অম লাকলগনি— অতুদগীদি কাগী মমায়বা অম কংলগনি। থোঙনাউগী মপান্দ খোঙথাংগী মখোল অমদি মহাক্ন ভোয়না ভারবা লোনদিমরবা খোনজেল অম তায়মই। মপান্দা মী কয়ামুক্লা রা ঙাংনরি। অতুপা মহাক্ন মমাংদা ভাখিবা পীক্লা লুপ্নবা খোঙজেন্দো কদায়দা চৎগ্রবনো? নিংশিংবগী লোক্লুংদগী মহাক মাংগ্রবরা? কাওবদি লৈতে, মিং অতুবু নিংশিংলক্লমই!

"লেভেনেভ, মহাক মত্তনা কনাপ্স ওইরমলোই"

পাভেল মুংশিনা মহাকী মরুপ অহুবু কৌরমই। মীকুপ অমগী মতুংদা মরুপ লেভেনেভ মহাকী কমুং নাকন্দা লেপ-লহনা মুংশিনা খুৎ শোকনরমই।

"কোর্চাগিন পাঙ্গল কল্লিকো? করে, নশাগী ওইনা করি হায়নিংবা লৈবগে? নহাক নিংথীজনা নারে হায়নদি হায়রকনুংকা। মতু কৈদৌঙৈদস্ম হায়রোইদবনি! ঐঙোমকদা নহাক্ল প্রমান লৌবা ওমগনি। ডাক্তরশিংনা ঐবু সেকতা থম্মনবা হোৎনবনি তৌইওম্মসুং ঐনা মখোয়বু থাদোক্লবা হোৎ-নরিবনি।" অমুম্মা হায়রহনা লেভেনেভ হরাউনা নোকলমই। লেভেনেভনা হরাউনা নোক্লমম্ম পাভেলনা থংলমই মোমোন নোকপা মীনোক অহুগী মরুমদা অরাবগী শকক্ম অম লোৎলিবহ্র।

পুং অনি চুপ্পা মখোয় অনি বারী শারমই: লেভেনেভনা পাভেলগী মফমদা মোস্কোগী থ্বাইদগী নৌবা পাও পুম্নমক ওমলমই। পাভেলনা মহাকী মফমদগী অহানবা ওইনা পার্টিনা লৌথিবা মরু ওইরবা বারেপ তাবা ফংলমই। বারেপ অহুদি লৌউ শিংউবগী থবকপু স্টেটনা কম্রোল তৌবা অমদি খুজংগী পুন্সিবু নৌহৌনা শেমগৎপনি। মরিক চুমবা, পামজরবা পাউ অদুগী মচুম্মু পাভেলনা খৌরাংনা থকলমই। বাহৈ খুদোংমকী মুংঙাইববু লৌশিল্লমই।

"ঐনা থল্লম্বদি নহাক উক্রেনগী য়ুম অমদা থবকশিং পাংথোকনবা হোৎনবদা থৌ রাম্বা চিল্লমগনি," লেভেনেভনা হায়রমই। "অদুবু, নংনা ঐবু নিংবা কায়হল্লে। মসিগীদমক থললুগনু, ঐস্ম হেন্না ফংত্রবা কীবম অমদা লৈরম্বনি। ঐনা থল্লমই, অফবা মরমগীদমক কমুংদা পুনশিন্নুনা লৈরগনি, অদুগা হৌজিক নংনা উরিবদুনি ঐহাক খোঙনা অম্মুম্মক চৎপ ওয়ি। হৌজিকী মতমসিদদি পুন্সিবু তরাইনা লৌবা য়াত্রবনি। ঐনা রাথল অমনীদমক ইরাল য়াজরি — মতম অমদা ঐনা থল্লমই,

'নহাক্কী মুংঙাইনা খঙ্গদোক্লিবা অচুম্বনা মতম খরদং পোথাজবা থংলবদি করম্ব মুংঙাইজগদবা হায়না। হৌজিক খবক শুক্রে, 'মুংঙাইবরা হায়রবদি 'মুংঙাইতে। মথাংহৈগী 'মতৌগুম অচুক য়ায়া নহা ওইবদি ঐহাক ওইরবনি— নোংমদা পুং তরা তরা-নিথোই খবক লেপতনা শুরকপা ১ণ্ডমদা করিগুম্বদা য়াদা থোকপা য়াওরকই। য়াকমসিগী মরমদা ঐহাক খরমখৈদি ঙাইহাক খললুই, পোৎলুম অচুবু খরদং থাংথনবা হোৎনক্কই, তৌইগুম্বসুং 'ঁঅদুগী কায়বঁ: ফংখিদে। মচুবু নহাক্ক খংজিনবদা নহাক্কী মাকোংনা অমুক হন্না তারি— কৈদৌনুংদস্ত ঐহাক অহিং নোংম্বাই য়ৌজিবমখৈ য়ুমদা হন্দবনি। শক্তি লৈরবা মেচিনগী অচৌবা চাকা হেনগৎনা উংহন্দুনা, মুংতি-কুমিং খুদৌংগী ঐথোয়না হেনগৎনা য়াংনা চেনখৎহনবনি— মরম অচুনা ঐথোয় অহল ওইরবা মীশিং অসে নহা ওইনা লৈবা তাবনি।"

লেভেনেভ মহাক্কী লাইবক্ক মথুৎন' নাক্লবই অচুগা থৌজাল হৈবগী মওং অমদা হায়রকলমই:

"অহনা হৌজিক্কী পাভেল, নহাক্কী য়ারী অমুক তাসি।"

পাভেলনা লেভেনেভকী মফমদা মথোয়না ইকোন কোনবা উমখিবা মতুংদা থোকখিবা য়ারী পুম্বা লীরমই। মহাক্ক য়ারী লীবা মতমদা মরুপ অহনা মুংশিন' অমদি য়ানিংনা তাংহনা মহোন্দা য়েংলিবা মীৎয়েং পাভেলনা খংলমই।

চৌংগী তোংখৎলবা মচি অমদা মশা মরেং কন্দোক্কুনা হৌরিবা উপাস্থীগী মরুমদা সেনাটোরিয়ম পেসেনশিং টেবল অমদা কোয়রক কোয়না ফমলমই। ১খোয়গী মরক্ত কনাগুম্বা অমনা পীশুম শুকতোক্কুনা Pravda পারি। অমুবা রুসিয়ান কুরিং, মতু থাংবা মল্লবা টুপী, কোয় কোকবা মায়থোং অমদি কুংশিন্নবা মীৎ, পুম্বক অহনা তাকলি .মহাক মাইনর ওইনা কুইনা খবক্ক তৌরকলবা মীনি। শ্রিসালক চয়নোকোজোফ, সরক'রগী য়াথনা মরু ওইবা পোষ্ট অব পায়নমথগীদমক্ত মাইনরগী

থাজদনা ভয়থীরবা অনাবা অমনা মহাকপু, হুংঙাইরবা পুন্সিদগী মুনবা হৌরকলমই। খোঙ অনীমক পংথকিদ্রমই। হৌজিক্তী স্প্রিংগী খুং য়েংতমক ঙাইরে মহাকী থাখং ঙাকলিবা। পাভেল মচিনবাল চিকশিল্লুনা মখোঙ মথুংতা ঈ চেল্লকপা ঙাইরমই; অদুবু কয়াক লেংননবা হোৎনবদা মায়থীরবা মতমদা মথৈথংদা মহাকনা খংলক্লমই; মহাক লেংবা ঙমদ্রে হায়রবা। মপুরোইববু তেংবাংবা ঙমজদবদা নিংবা কায়রবা অমদি থাংঙমদবা থম্মোইগী অৱাববু টায়ানা লোৎনবা হোৎনরমই, মপুরোইববু খংহন্দনা। তৌইঙম্নং পাভেলনা মহাক্তী মকথদা চংজবগী যোম্মোন মীনোক্লকলমই:

"নং অমম্মং ঐ কায়নবা ঙাবনি, টায়া। পুম্নমক ওই-হনস্ত্র মসিদি ঐখোয়গী চুক্তিগী মনুংদা লৈরগদে। ঙসি ঐহাক ৱাকমসিদা মুন্না থনগনি, মুংশিরবী!"

পাভেলনা ৱাসি হায়ব মতমদা টায়াগী নৌরবী খুৎশানা পাভেলগী মচিনবান থুম্লমই। নিংথীজরবী মীৎসনা অনিদা নীগী, ঈরা চেল্লক্লমই, থংহৌদনা হৌরকপা অমুবা নোংগী ময়ক নোংথাংনা লৈই তীংবগুম, হীকনা হীকনা কপ্পুনা পাভেলগী থাবুমনুংদা যোম্লব মায়থোং লোৎলমই। মহাক্ত য়াইহেনা থমলিবা চুক্তী অদু নত্তবা টায়াগী থম্মোইগী চুক্তীগী মনুংদদি পুম্নমক অসি য়াওই। পুন্সিগী সুংঙাইরবা লমদম অমদ, অশেংব মালয়াগী ঈপোমদ হীংমিন্নক্লরসি হায়না লাক্লগা মহাক্ত অৱাবদ ভারবা মতমদা ক্লরমনা থাদোক্তুনা চৎল্লগনি। মহু পুন্সিসিদ ওইররোইদৌবা য়াকমনি

মনাওম্নপাগী থীরবা লাইবকী পাও তাবদা আর্তেম মমাগী মকমদা চিঠি ইরমই। পোকচবী মমা মেরিয়া য়াকোভলেভনাবু মুমগী থবক পুম্নমক থাদোক্লমগ অচানুপাগী মনাক্ত পুনমক লাক্লমই। হৌজিক্তি মখোয় অকম পুম্না লৈমিন্নরে। অহানবা ওইনা টায়া অমদি মেরিয়া পুম্না লৈমিন্নরমই।

মহাক্কী মশাদা অনাবা কয়া লৈহুনম্ব্ পাংভল পাবদি লেপ্লমদে। নোংম নিংথমথাগী হুমিদাংবাই অমদা টায়া মায় পাকপগী পাও পুরহুনা হল্লরমই — মহাক সিটী সোভিয়েটতা থরগৎপীরে। মহুগী মভুংদগীদি পাভেলনা টায়াবু মতম শাংনা উবা কংখিদ্রে। সেনাতোরিয়ম চাকশংগী থবক ইনথাং লোট-রবা মভুংদা টায়া সিটী সোভিয়েটতা চুমখ্রিং চংলমই, হুমিদাং থেংনা হললকলমই। চোকথনা হলককলমই অদুবু রাথলদি হুংঙাইনা। মথংদিদা টায়া পার্টিদা কেন্দিডেট মেম্বরসিপ অম ওইননবা দরখাস্ত থাগদৌরি। কুইনা ঙাইরকলবা হুম্মিং অদুবু খৌরাংনা ঙাইরমই। অদুবু, হুংঙাইরব' আশাগী ঈপোম-লক অসিদা অনৌবা লাইবক থীবা কৌবা পোৎশক অমমুক য়াওশিল্লকলমই। খোঙ-খুং পংথবনবদনা „পেত্রমাল্লে— পুম্নমক ভুম্না লৌশিল্লগগে খনগ্রমাল্লে। পাভেলগী য়েৎথবো মীৎতা চিংথায়বগদবগুম নাবা অনাবা অমগী চৈনা য়াওরক্লমই, অহুদগী মৈনা চাকথেকলবগুম তৌরকলমই। থৌদৌ অসি থুনমক ওই-থংবা মথিং লানখিরমই। মীৎয়েংগী উবা ঙম্বগী শক্তী পুম্নমক মুকচাবীনা মুক নপথোকপগুম চৈনা অহুনা নপথোকশিহুনা মহাক্কী মীৎমাংদা অমুবা য়ুথল অম থাথরকলমই। অরাবনি, মহাক্কী পুক্সিদা মীৎ-তাংবা হায়বহুগী অকৌবগী শক্রোম্না মথা লাওনা কাথোক্কুনা অঙানবা মঙালবু পুমমোং য়োংশিনখিদ্রনা অমম্বগী খর কামশিল্লকলমই। অনৌবা পল অমনা ভুমিম্না চংলক্কুনা মহাক্কী লম্বীদা থংলরে, অকৌবগী মশক ওইরবা ল্যাম্প্লোক-ঙমলরোইদ্রবা রাংলবা পল অম ওইন। অরাবগী ঈপাক অসিদা নিংবা কায়রবী — মমা অমদি মমৌ হুপী থাংওমদনা চেংথারমই। তৌইঙম্মস্থুং পাভেলদি করিস্থু থৌশাদনা ইংনা রারেপলকলমই:

"কল্লি ওইরকপনো হায়বদো ঙাইখিবা তাই। করিগুম্বা মসিনা চাননমক মাংদা চংশিনবগী ওইথোক য়াবা পুমনমক

মাংহনখ্রবদি, ঐনা য়েক্কদা হনজিনবা ঙোংনরিবা অপুম্বা অসিবু মীং উবগী মোংলৈবিনা হৃদোকপীখিবা তারক্লবদি: ঐনা পুম্বক অসিবু লোইশিনগনি।"

পাভেলনা রাকম অসি পন্দুনা মহাকী মরুপশিংদা চিঠি ইরমই। মরুপশিংনসু খোৌনা খোকজিন্দুনা লাম্হেংনি অদুবু অদুন চংথনখ্রুকপা পুক্নীং থোৌগংশীরকলমই।

মতমদো পাভেলগীদি হকচাংগা তমথীনা লাম্হেংনবা মতম ওইরমই।

মরক্তুদা টায়া মামথোং মকা লামন' মুমদা হল্লক্লমই অহুগা পাভেলদা হায়রমইঃ "ঐহাক পার্টিগী কেন্দিদেট মেম্বর অম ওইরে, পাভেল!"

পাভেলনা টায়াগী মকমদগী মীটাংতুদা মতো করমনা টায়াবু পার্টিগী কেন্দিদেট মেম্বর অম ওইবা মাখিবগে হায়বগী নুং-ঙাইরবা বারী তারমই। মহাক্ন নিংশিংলকলমই— হৌজিক মহাকী পুন্সি, মহাক্না পার্টিদা অহানবা চংলকপগী খোঙথাং।

"নুংঙাইয়ে, কমরেড কোর্চাগিনা, হৌজিক্তী নং অমসুং ঐ ইবানিমক কম্যুনিষ্টকী কাংলুপ হায়বদো ওইরবনি," টায়াগী থবাংবু নোইরদুনা হায়রমই।

মথংগী নুমিত্তা পাভেলনা সেক্রেটরি, ডিষ্ট্রিক্ট কমিটিদা মহাক্কীদা কোয়বীরকনবা চিঠি ইরমই। নুমিৎতুগী নুমিদাং-বাইরমদা লৈখোম লৈনাং তেরবা গাড়ী অম পাভেলগী কাগী মপাদা থারমই। মীকুপ খরগী মনুংদা মীয়াম চল্লবা, মাতোন নুমাংগী কোয় ফন্দোকলবা লেটট মচা অম চংলক্তুনা পাভেলগী খুং শোকঅরমই।

"করম করম তৌরি? অসুমনা তৌরিবসিগী অর্থ করিনো? নংগী আশা লৈরবা, ঐখোয়না নংবু খুদক্ত খুজুংদা থবক তৌনবা থাগনি," লেটটতুনা নোকখি মোকখিনা হায়রমই।

মহাক্ন পাভেলগা:প্নুং অনিয়োর্ক বারী শায়রমই। পুম্নমক কাওথোক্লুনা বারী শায়মই— মহাক য়াওগদবা মিটিং কন-ফরেন্স অমদি কমিটিগী থবক পুম্নমক। মহাক্ন কাপ্পগী মন্নুংদা হকং-হক্না চংখুনা পাভেলনা থবক শুনিংবগী বাকংলিবা বাণ্ডাংবু মুম্না তায়মই।

" ষ্টেট গ্রূপকী মতাংদ' গুাংলিবা অদু লেপলো," পাভেলনা ঙাংবা লোয়রবদা নুপাক্লনা হায়রমই। "নহাক পোথাবা তাবনি। পোথাবগী য়ামনমক দরকার লৈ। অদুগা নহাকী মীংকী মওং অদুদু ঐখোয়না য়েংথোকনি। হৌজিকদু ঐখোয়গী তৌবা য়াবগী তানজা লৈখিগনি। মোস্কোদা চংলগ' স্পেসি-য়েলিষ্ট অম ওাানবগী করম তৌই? মসিগী মতাংদা নহাক থল্লু..........."

তৌইগুম্মম্লুং পাভেলনা মরক খংতুনা খুমলমই।

" ঐহাক মীয়াম অম পামই, কমরেড ডোলমর, হিংলিবা পাঙ্গল অমদি জ্রচেল কয়া চেপ্লিবা মীয়াম অম। মমাংইদগী ঙেয়া ঐনা হৌজিক মখোয় দরকার ওই। থোইদোক্না জ্ঞান লৈজত্রিবা নহারোলশিং ঐঙোন্দা থাবীরকউ। খুঙংগী লম-দমচুদা মখোয় ওইরোমদা য়ামন্না মায়ঙ্গে, কলেক্তিভ ফার্মশিংমা মখোয়দা মতিক চাবা থবকী লম পীবা ঙমত্রে, মখোয়না কম্যুনশিং শেমগৎনিংলে। নহাক কোমসোমোলশিংবু থং-ইকো, করিগুম্বা নহাক্ন মখোয়বু খামহৌত্রবদি মখোয় পরিং হেনগংনা চেনখংনবা হোংনরুকপা য়াই। মদুমক ঐহাকনা থেংনবা পামই।"

ভোলমরনা মহাক্কী বায়মদা লেপলমই।

" নহাক্ন মদুগী মরমদা করম্না থংইবনো? ওমিত্তরি মখোয়না ভিষ্ট্রিক্টগী পাউ পুরকইবা।"

পাভেল মোমোন নোকলমই।

"ঐগী লোয়নবীনা হায়রনি। নহাক্না মাবু নিংশিংবীরম্বা য়াই? পার্টিদ্‌ ওয়াংড ফিং চনবনি।"

"কোর্চাগিনা, কোনজাম্বীদো? ওহ, নংগী মুপী ওইরেকো, হায়দি ঐদি খংদেবো।" মহাক ওাইহাক্তং ভুমিন লৈখিরমই, অহুদগী মমাইবক্তা পোপ পোপ থারমই, করিগুম্বা জান অম কংলবগুম।

"নচোম্দা কনা থারকদগে হায়বদো ঐ খংদে। লেপ্ত ময়জেনেভ নন্তুনা নহাক্না হেম্না কবা কমরেড অম খম্নবা লৈ-রোই। মহাক নহাক্না পামজবা থবকমক্ত নংগী খোঙ্গুল ইল্লিবা ৰূপা অমনি। হাই ভোলটেক-ট্রান্সফো'রমর অনিগুম, নখোয় অমি নিংথীজনা লোয়নবা য়াগনি। নংগা থংইবহনি, ঐ মতম অমদা ঈলেকক্ট্রিসিয়ান অম ওইরমই। লেভনা নংগীদমক বায়ার-লেস অম পানথংকমি, মতুগী হীরমদা মহাক অথংবা অমনি। ঐ ইতং জংতনা মহাক্তা কাদা অয়ুক্তা পুং অনি ফাওবা কমই ইয়ারফোনশিংতুগা লোয়নমা। ঐনা য়ুমদা থেংনা থেংনা হল-লকপহুদা য়ুমগী মুপীনদি ঐবু চীংনবনি। ঐনা য়ুমদা থেংনা থেংন হল্লক্লিবদো করিগীনো হায়বা মহাক্না থীগংপা পাম্লিবনি।

কোর্চ'গিন মোমোন অমুকম্ নোকলমই।

"মহাক্না ময়জেনেভ হায়রিবদুবু কনানো? পাভেলনা হংলমই। ভোলমর হজং হন্দা চংপা লেপ্তুনা কমথরমই।

"মহাক ঐখোয়গী অঙম্বা মীশক অমনি, মহাক্না অঙম্বা অম ওইখিত্রবম্ব ঐদি বেলেট ডান্সর অমনি। ইকুই কুই-ত্রিতৈদা মহাক মক্লওইবা কম অম পায়খিবনি। রিভোলুসন হৌরকপদগী পার্টি মেম্বর অম ওইরক'খবনি, লালহৌ অসিদা শোক ১৯১২ দগী য়াওরকপনি। রিভোলুসনি ট্রিবুনেল অফ দি সেকেণ্ড কেভসরি আর্মীদা য়াওহুনা সিভিল বারদা য়াওখিবনি। ঙখোয়গী মতমদনি ককেসসতগী হরাইপার্ভকী মহিকশিংবু তান-খোকখিবা। টক্তারিটসিনদম্ব মহাক লৈরমই, সাউর্থন ফ্রন্টতম্ব।

মতম থর মিলিটরি কোর্ট অফ দি কার ইষ্টর্ন রিপব্লিগকী মেম্বর ওইরমই। অকনবা মতম অম থেংনরকখিবনি।

মমৈথংদা চ্যুবক্লোসিসনা মহাকপু পায়খিবনি। অহুদগীদি কার-ইস্ট থাদোক্নুনা ককেসসভা লাকখিবনি। অহানবদা মহাক শুবনি'মা কোর্টকী চিয়ারমেন ওইনা থবক তৌই অহুগা টেরি-টোরিয়েল কোর্টকী ভাইস চিয়ারমেনসু ওইরমই। মহুদগী থম্মোইগী লায়নানা মহাকপু থবক্তগী কাওথোক্লকখি। অহুনা মরম ওইহুনা মহাক মফমসিদা লাকখিবনি, লায়নাহুবু কাউ-থোক্নুনা মশা কোমথোক্লনবা নত্রগা ভুটতুবু থাদোক্লবা। অম্পুম্বনি ঐথোয়গী শক্লাইবা অণ্ডম্বা অম লৈজরকখিবসি। মফমসিদা মহাক্ল তৌরিবা থবকসিদি মহাক্নৌদমক্তি ফজবা, অকবা থবক্নি। অদুদৈদি মীশিংনা গ্রুপ অম শেমগৎপগীদমক মহাকপু কংখি। মহুগী মতুংদা মহাকপু ডিষ্ট্রিক্ট কমিটিগী মীশক অম ওইনা খন-গৎখি। মহাক্লা থংজত্রিতৈণ্ডদা মহাকপু পোলিটিকেল স্কুল অমগী থবক পুহল্লি। হৌজিক্ল মথোয়না মহাকপু কন্ট্রোল কমিসন্দা থম্বোরি। মরুওইবা কমিসন খুদোংমক্নৌ মহাক লেংদবা মেম্বরনি। চয়েৎ-থোদানবা, লুদবা কিশি পুম্নমক থোক্লনবা মহাকপু কমি-সনগী মেম্বরদা লেংদবা কার্য্যকারী সদস্য অম ওইহনবনি। মসিনস্থ লোইদে মহাক্নৌ থবক। মহুদগী থায়দোক্নুনা শা তানবা চংলি; রেডিও কেনবু য়াম্না পামজবা মীশক অমম্থ ওই। মহাক্নৌ থম্মোই অমথক্ত ডাইজরবস্থ য়েংবা মতমদদি কনানস্থ থাওরোই; নহাক্লস্থ। মুপ্লগী মশীঙ্গাতননি মহাক্ল হৌংলিবসি। মহাক শিগ্রবা মতমদদি ডিষ্ট্রিক্ট কমিটী অমদি কোর্টকী মরক করিগুম্বা মফম অমদা লৈগ্রগনি।"

লেটট সেক্রেটরিগী রা তারগা পাভেলনা তেনশিনহল্লমই।

"করিগীনো নহাকন মঙোন্দা অহুক য়াথবা পোংলুম থোনজিলজিবদি?" পাভেলনা শাউরপ্না হংলমই। "মমাংদা মহাক্ল তৌরম্বা থবক্তগী হৌজিক্লা য়াম্বা হেল্লি।"

জোনসন পাক্কনা কাওরী মীৎয়েংকো চেন্থরকই:

" কনিগুম্বা ঐনা নখোয়গী লেডি মার্কন অমা মরুপগী কনিগুম্বা মহুৎসিদি লেপনা খোঙজিনা হাপগদি: করিগুম্বা মহাক্না নখোয়গী অহুক লুবা পোৎলুম খোম্জিনবীদিবা? মহাক অপানহ হাপ্তরবনি— তাইরবা মানাবা চহি মঙা লৈগদৌরবী শক্তকপুন্দি মসক কয়া ওইনা চহি অমত্তমক হাইবনা হেক্রা কৈ। মসিনা মাল-হন্নি, ঐখোয়গী মীশিংবু নিংথীবা চেকশিন মীৎয়েংনা য়েংশিন্নবগী মথাংদা, ঐখোয়না লোসিনখিবা সমাজ অমা শেমগৎলকপবা।"

" মহু অচুম্বনি। চহি মঙা করিগুম্বু তোৎনা লৈগদবা শক্তকপুন্দি চহি অমত্তক্রা হিংবনা ঐসু পাখই, তৌইগুম্বসু করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়না আইনা থাদবা মতুংদা ঐখোয়গী শক্তা শীজিন্নগনি। ঐহাক হৌজিক্তা খংলে মদুদি— থকক চুমদবা অমদি থাইতু খংদবদগী হেন্না অপোৎবা ওইদবগী থুদম অমা লৈতে। হৌজিক্তদা ঐহাক্না উবা হৌরকনি — ইশাগী হকচাংবু অহুক মায়া পংনা থৌশাদবসিদা ঐহাকী অধিকার লৈত্তে হায়বা। ঐহাকনা মসিমক্তু খংলে— ইশাবু চেকশিন-জবা অমদি হকচাংগীদমক্ত থনবদা অপোৎবা ওইদবগী মা করিসু লৈত্তে। লায়না নমকিংলবা *স্পার্টনগী নিয়মবু ইল্লমক্রবদি ঐহাক চহি খর চোঙনা হিংলম্বা য়াই। থাইে অংবোমদা হায়রবদি লেকটিজমগী অঙাংগী লায়না অসিনি মক ওইনা থুদোং থীবা ওইরিবা।"

" মসিনি মহাক্ন হায়রিবা," জোনসননা থল্লমই, " তৌইগুম্বসু মহাক অমুক করকুনা হৌখংলকখিসনু অদুবৈদি পুক্নমক কাও-থোকখিগনি থবক নত্তনা।" জোনসন করি অমত্ত দুম্লমে।

মখংগী মুখিদাংবাইরবদা লেত্ত থান্নেনেত্ত লাকলমই। মহাক লোংমাই মতুংদা পাক্কনবু থাদোক্লমজুনা হনখি। মহাক চৎনা চৎবা মনাক্তি মপা অমা কংলে হায়না থমজিল।

---

*Spartan :— হকচাংগী অমঃ মনাগী লোইমোক্লা থদবা মী

মোং চ্যানলী মখুতো পাভেলগী সুখাও ওয়ারলেস এমতিনা অম মুংথংলমই। লেভনা মুম মমুংদা মিলিতিং সেট সৈম্বা মখৌ চিন্না চিননা পাভেলদা মথৌদা পুনশিনা সুংঙাই সুংঅইবনা থাবীবু পীডুনা সুংঙাইবনী মচুম ফকলেমমই।

মীং উদথিনা খোজেল অবা নত্তবা অতৈদি পাভেলনা শংবা ঙমদে তোইঙ্গাম্বুং টায়ানা থাবদগী মহাক্কু থংলমই— লেভ মরেপ বাংবা, শম কজক, শব্বানবা মীংশ্রানা লৈজেংখ, পুক্নীংথা কাভলঙাই ওইবা মওং মতৌ লৈবা নহা অমনি। মখোয় অনি ইহান হানবা উম্নবমক্কদা— মহাক্কু পাভেলগা চপ-থামবা শকক অম য়েকলমই।

কুমিদাংগী মতমদা পাভেলগী কাদা কলম অহুন্না ইরং লংনা ঙাল্লমই। লেভনা পাভেলদা হরাউ সুংঙাইনা ইয়ারকোন পীরমই। পাভেল ইয়াকোন নাকোংদা উপশিল্লমই। মকম মরা থংদনা লাংলবা খোনজেলনা ঈথক্কুদা লাকলমই। বন্দরগী ট্রান্সমিটর-শিংনা, উচেক শঙ্ক অমনা চেক চেক খোংবগুম ইনিল নিল্লমই। অহুপা পংথাপ থাগুনা, সমুদ্রদা লৈব জহাজ অমগী ওয়ারলেসনা লোয়বা নাইত্রবা ডোটশিং, ড্যাসশিংগী ভুরেল অম থারক্লমই। তোইঙ্গাম্বুং, অমগা অমগা তোংশিনবা, অমগা অমগা ক্রিক ক্রিক ইন্নবা খোনজেলগী ঈরৈদুনা তরু তরুনা থাহৈশিংবু কাজিনবা ঙমহল্লমদে, অহুবু টনিং কোইলনা অরাংবা অহুদগী তক্ত তক্তবা অইংবা, মমেক শেংবা খোজেল কারক্লমই:

" This is Moscow calling … …. …. …. …. "

পিক্রবা ওয়ারলেস সেট অহুনা পৃথিবীগী মকম মকমদা লৈরিবা ব্রোড কাস্টিং ষ্টেসন হুক্ক কাদুনা পাভেলগী নাকোংদা ঙাহল্লমই। মহাকপু চংহন্নবা পুক্নিগী অথিংবা পলবু ইয়া-কোন মৈথত্রেক্লনা নমথাঁয়হুনা মহাক্কী থম্মোইম্বুং মৌনা চংহুনা অমুক হন্না কললবা মীহুন হললকপা পাভেলনা কাওরমই। পাভেলগী থাম্মোং থম্বাল অমদি মীংসমা অনিদা পেনজবগী

অরুংবা মঙাল উরকপদা চোকথরবা ৱরজেনেভ মপুক পেনজনা যোয়োন নোকলম্মই।

পাভেলগী চাওরবা মুখ, অহিংগী মতমদা ইচিক হল্লম্মই। তুম্বা মতমদা টায়া পোংথাকম থংদনা চোইয়োল লোল্লম্মই, মুকুম মুকুম শোল্লম্মই। হৌজিক্তী পাভেলনা টায়াবু মতম শাংনা উবা ঙম্মে। মহাক মুমিদাং থেংনা থেংনা, চোকথনা হল্লকলম্মই, ইংবনা থক থক নীকলম্মই। থবকন' মহাকপু য়ায়া য়ায়া, হেন্না হেন্না তান্নরম্মই। মহাক থবক য়াম্না চিল্লম্মই। মরম অদুনা মহাক্তী অশংবা মুমিদাং অম কাওবা লৈরম্মদে। মতমতুদা পাভেলনা নীংশিংলকলম্মই ৱরজেনেভনা মশামক্তী মায়কৈদগী করি হায়খিবাঃ

"করিগুম্বা যোলসেভিক অমনা মুপী অম লৈরবা, মহাক অস্থুম্ মহাক্তী পাটি কমরেড ওইরবা, মখোয় অনি পংনা উম্নবা ঙংদে! তৌইগুম্মম্মুং মসিনা কায়নবা অনিথক ঙংহললি—কৈদৌঙৈদম্ম্ চোকথনদে উম্নবা মতমদা, অমনা, থংনবগী মতম ঙংদে।"

অশেংবনি, করম্না মহাক্নু খিংলুগনি? মসিতমক আশা তৌগদবা ওই। টায়ানা মশাগী লৈজবা পুম্বা কংথোকলবা মুমিদাং কয়া লৈখিদবা নত্তে, লৈখি, লৈরি — মদুন' মখোয়গী থম্মোইগী মরিবু, তদেক ত'দক্রহন্দুবা তনৌ তনৌহল্লি, পুক্নিংগী মুংঙাইববু ঙংহল্লি। তৌইগুম্মম্মুং, অহানবা মতমদদি টায়া মহাক্তী নুপী অমদি লোয়নবী মরুপ অমা ওইরম্মই, হৌজিক্তী মহাক্তী ছাত্র ওইরবনি, পাটি কমরেড ওইরবনি।

পাভেলনা থংলম্মই টায়াগী রাজনীতিগী জ্ঞান য়ায়া হেন্না মপুং ফারে, লোয়নমা মপুরোইবগী মকমদা কংথোকপ' ঙম্বগী মতম মরেং তাশিল্লকলে। থবক্তী দাইত্থ পুম্নমক উরগা পাভেল তঙাইদবা অহুনা চংজরম্মই। পাভেলগী মকমদম্মু ষ্টডি

থ্রুপ অম অমুক হয়া পীরে। মরম অহুনা পাভেলগী কা তুমিদাংগী মতম মীনিয়া ইনিল পীল্লমই। অহুগুবা পুংজো-শিংদা পাভেলগী মকমদা অনৌবা পাজল-শক্তী-থৌনা য়াওরবা নহা ওইবগী কল্লবা গুন হাপকংলক্লমই। লেমহৌরিবা মতম পুম্নমক্তা ইয়াকে'ান রেডিও তাহুনা লেল্লমই। মদুনা থরাই কয়ামুক লুপপ্রথগে হায়ববু চাকংস্নগী মতম কাওবদা মখানা ইয়াকে'াক্লগী থায়দোক্লুবা রায়মই।

মীৎ উদবা হায়বহুনা মহাক্কী মকমদগী মুনবীপ্রবা জ্ঞান নৌনা তামশিনবগী থুদোংচাবা, মখাংদৈদা শোক পনথিবদগী হক-চাংদ কাওরিবা থাংগুমদবা চৈনা, মীৎ অনিদা মৈ চাকপগুম শাগংলক্লিবা অমদি নোংদম থীরবা লাইযক্লা মীঙ্গুংশি থংদনা পীরম্লিবা অরাবগী মপৈ, পুম্নমকপু, রেডিও অহুনা কাওহম্লুনা পাভেলগী মকমদা অনৌবা থৌনা পীরমই।

রেডিও অহুনা পাভেলগী মীরোনবু মহুৎ শীন্দৌরিবা থৌনা ফরবা মাগ্নিটোগ্রোইগী কোমসোমোলগী পাউ পুরকপা মতমদা পাভেল মুংঙাইবগী পন্দোম লোমলমই। মহাক্কী মীৎ-মাংদা তরুনা উরকলমই— চরাম্নরবা কৈশালগী শল্লুপ অমগুম তমথীনা উন তারিব: উরেলগী ফমজল্লবা উনগী তমথীরবা শক্লোন। মহাক্ক তারকলমই— উনগী অঙৌবা মুংশিংনা কয়া ছুমলকপগী অকিবগী থোনজেল— মহুগী মরক্তা থৌনা ফরবা কোমসোমোলগী অনিশুবা মীরোম্ন. আর্কলেম্পকী মৈঙাম্দ., চাও-রবা কেক্তরি বুলডিংগী য়ুমথকত— অহানবা সেক্সনগী চাওরবা ম্লাক্টবু উনগী তমথীবদগী কয়নবগীদমক থবক গুরিবা। মদুগা চাংদমনরুবা মতমদা. মথাং চহিদা, অহানবা কোমসোমোলগী মীরোয়া জজলদা উনগী তমথীরবা শকতম কয়াগা থেংনহুনা রেল লম্বী শেমথিবগী থবক্তো কয়াদা পীক্লা উপ্রবা! চুমই, লৈবাক অসি মপুং মরৈ ফানা চাওথংলকলে, মহাক্কী মচাশিংমু। অহুনা অচৌবা থবক কয়া পাংথোকলয়ে।

অমুক অহনজিয়রোই।" মরুৎ তুংদা, করিগুম্বদা চৈংহোদুনা লোকহৎলিবদু মণ্ডপা খোংচেহাদা ওপরেশন তৌরদি লাকখি। পোক্লেন্দ্ররনা চৈংহোবদু থিজনবা ওপরেশন অমা পাংথোক্লবা পাওতাক পীরমই।

ওপরেসন অহুদা পান্ডেলনা অয়াবা পীরমই; মহাক্না ডাক্তরশিংদা হায়রমই, মখোয়না দরকার ওই হায়দা খনব খুদিংমক ওপরেসন অদুদা পাংথোকপা য়াগনি। অমুকন্থ হয়না পান্ডেলবু অশিবগী শকগী খুবাংনা পাম্লশিন্নকপা পান্ডেলনা কাওরমই। পুং কয়ামুক ওপরেসন টেবল মথক্তা অশিবগা পাওথক্লনা য়াতাদুনা লৈরমই। ডাক্তরশিংনা লেনসেট খুৎলায়গা লোয়ননা মহাকী থৌরিদা লেনথায়দুনা পেপ্লাথাইরোইড গ্লাণ্ড লৌথোক্লবা হোংনরমই। তৌইগুম্বসুং, মকম থংদবা অয়াবগী অমম্বা জগৎ অমদা পুংজা কয়ামুক লৈরুরবা মতুংদা মহাক্না অহিংবা কৌবা পুক্নিবু চেংনা পায়দুনা হীংগৎলকলমই। রাজরবী টায়ানা, অশিবগা চপ মান্নবা মাম্ববোং অমদি হকচাং তাইরবা, অহুবু, থোং হাত্রবা, পুকচেল তপ্পবা অহিংবা পান্ডেল অম ওইনা কংজরমই।

"রাগম্বু, মুংশিরবী মুখমচ, ঐবু হাৎপ হায়বসে ময়ায়বা ওইরোই। করিগুম্বা শং-হৈরবা ডাক্তরশিংনা ঐ শিরগনি হায়রবস্থু, মখোয়গী অক্তবু লালহন্দুনা থৌনা কনা য়াকৎতুনা ঐহাক হিংথিগনি। ঐগী হকচাংগী মরমদা মখোয়না হায়বা খুদীংমক চুমই, তৌইগুম্বসুং, ঐহাকপু থবক তৌবগীদমক্তী মতিক ময়কচা চাপ্রে হায়না ইনবা হোংনবা মতমদদি মখোয় য়ায়মক লাল্লি। থৌজিকম্থু ঐহাক থবক শুবা শুমলি হায়বসে উৎকদৌরিবনি।"

অস্থুম্না পান্ডেলনা অনৌবা পুক্নিবু শেঙসং শাথৎলিবা লেঙনা মহাক্কী মকম হৌজিন্নবা লেপ্লমই। মহাক করি তৌগদগে হায়বদি মখলনা জান তানা খংজরমই।

নিংথম থা লোইরে। অমৌগা ৱসন্তগী ইংলেবা মঙালদা খোঙ-খোঙনাউ কাওজিল্লকুনা, মমুং মপাল অনিবু পাখোঙ্কুনা মালেম থুংনা শন্দোরকলে। মথা ভাবা অতোপ্পা ওপরেসন অমদগীসু পাভেল হীংলকলে। মহাক্না খংলে, পাজল থর শোনজরবসু ডাক্তর থানাদা মহাক কুইনা লৈরোই। মারবা মীওইশিংগী মরক্ত থা করামুম লৈরকপা, অনাবগী থাংজমদবা চৈনাগী চৈথেং খাংমনবা হোংনবদ লাও-খোংবা নাহেবা ভাবনা মশামকী অরাববু থেংনবদগী হেন্না থাংজমজদে।

মথংদা অনৈবা ওপরেসন অমম্ভ তৌসি হায়ন ডাক্তরশিংনা থাজংলকপা মতমদদি পাভেলনা অয়াবা পীখিদ্রে। "য়াররোই" অরেপ্পা অমগা লোয়নমনা মহাক্ন হায়রমই। "ঐহাকী ইশাসে ভোবা য়াবা ওপরেসন তৌদ্রে। মতিক চানা ঈ মাংদ্রে। ঐগী হকচাংদা হৌজিক চেনজরিব' লেমহৌরিবা ঈ, থর অসে শিজিন্নগদবা থবক কয়ামুক লৈ।"

মুখিং অহুমক্তদা পাভেলন' সেন্ট্রেল কমিটীদা চিঠী অম ইরমই। চিঠিত্তদা মহাক্ন শন্দোকলমই— মশা লায়রেংনবগী-দমক্ত মফম অমদগী মফম অমদ' কোয়চং চংপগী কান্নবা লৈদ্রে। মহাক্কী লোয়নবীনা থবক তৌজরিবা মফম মোস্কোদা লৈগে হায়না নিংলে। পার্টিদা ওনশিন্দুনা মশাগীদমক ভেংবাং নিবসি পাভেলগী পুন্সিদ মসিনা অহানবনি। মোস্কো সোভিয়েটনসু পাভেলনা হায়জবা য়াত্তনা মহোন্দা লৈননবা য়ুম পীরমই। পাভেল, অমুক ডাক্টর থানাদা হল্লক্রোই হায়বগী অরংবা আশা অমগা লোয়নন ডাক্তর থানা থাদোকলমই।

ক্রোপোটকিনস্ক্যা স্ট্রীতকী অচিকপা মফম অমদা লৈবা, চিংলেম্লবা কা অহু পাভেলগী মফমদদি অকে অমৌগী পন্দোম লোমলবা, নিংথীজনা লৈতেংলবা কা অমগুম তৌই। অহিংগী মতমদা পাভেল হেক হেক হৌগৎলমই— মহাক্ন থন্নমই মহাক ডাক্তরথানাদা লৈরি, ভপেংনমক মহু হৌপ্রবা বানি, অতবু, মশাবু

থাজববদা রায়মই, মহাক্কী পুক্নিগী মথৈথংগী মতম অয়াবা তাক্তর থাবাদা লৈরকখিবনা।

টায়া, হৌজিকতী, মত্তিক চানা তং তারবা পাটিগী সদস্য অমা ওইরে। মশাগী পুক্নিনা অরাবগী মশক অম ওইজরবস্তু মহাক্ক থবক নিংথীজনা শুন্নিবা, মশা খিং'লবা ফেক্তরিগী কর্ম্মী শিংদগী শোংথরমদে, খ্বাইদগী ফবা শিল্পী কর্ম্মী অম ওইরমই। লনাই পুক্নিগী অরাবগী ঈনিল অচুনা থবককী মায়থোংবু খুমজিনবা ঙমলমদে। মমাম্নবা শিল্পী কর্ম্মীশিংনা থিস্তবা তৌদনা ঈকায় খুম্নবা অমদি ঈজ্জং তৌরকলমই। মহাক্কী অইংবগী মতৌ, চাওথোকপা য়াওয়বা চাংলেম্নবা থবক্কী লমচংপু ফেক্তরি টেড ইউনিয়ন কমিটীগী সদস্য থন্দুনা ইকায় খুম্নবা উংখি। অশেংবা বোলসেভিক অমনি হায়বা থবক্কা শাক্তি ওইহন্দুনা উংলকলবী, লৈবাকনা সন-মান ঈজজং পীরকলবী থম্মোইগী লোয়নবী টায়াগীদমক পাভেল চাওথোকচরমই। মচুগী মুংঙাই পেনজবনা মরম ওইদুনা মহাক্কী হকচাংগী অরাবনু ইরায় লায়না থাংবা ঙমলমই।

ডা: বাজানোভা মোস্কোদা থবক অমগীদমক লাকলমই। বাজানোভানা মহাক্কী মতম কায়থোক্কুনা পাভেলগী নাক্ত চং-লমচুনা উমরমই। মথোয় কুইনা ফমদুনা বারী শায়রমই। পাভেলনা বাজানোভাগী মফমদা পুক্নীং মকা লামনা অমদি লীংজেল লৈনা হায়রমই— লাপত্রবা মতম অমদা মহাক কাইটিং রেফদা হনজিন্নবা থৌশিল-থৌরাং পুম্নমক লৈরে।

বাজানোভানা উরমই পাভেলগী কোক্ত পোক চবুল চবুল হৌবা হৌরকলে। পাভেলগী থৌশিল-থৌরাংগী রাবু তায়গা বাজানোভানা ইংনা হায়রকলমই।

" নহাক য়াম্না কম্না হোংনরে হায়বসি উরে, অদুম ওইনমক নহাক্কী পুক্নীংগী থবায় য়াওবগী শক্তিদি অমকাওবা মাংবা উদে।

"মংবু অহুক য়ামনা চেকশিন্নীবা করিগনো ? করে, মচুগীদমক খল্লরম্লু, মাংগ্রবা অচুগীদমক তেংথাক্তুনা কৈদৌনমনি, মহাক অমুক হন্না ইবা ঙাবনি।"

"অচুবু, ঐগী ইকযদগীদি থা তরুকী থবক মুনবীগ্রবনি। মোংমদা পুং নিপাল লেপ্পা লৈতনা চুমিং খুদৌংগী ইজখিবনি। শান্নদাংবশিংহুত মাংগ্রসমু।" অদুগনা পাভেলনা নিংব' কান্নরক্লুবা মতমদা লেজেনেভনা য়'মনমক কন্না খেমজিন্নবা হোংমন্নমই।

ৱাক্লুবগী, নিংবা কান্নক্লুবগী কান্নবা করিম্নু লৈরোই, অমুক হন্না থবক হৌবা নত্তুনা। মক্লপপু খেমজিনবগা লোয়ননা লেডেনেন্তুনা ইননব' চে পীরমই অমদি থূই অদুবু টাইপ তৌতুনা তেংবাংলমই। হাপ্তা তরুকী মতুংদদি অহানবা মতাং অমুক হন্না ইবা লোয়রমই।

কোর্চা'গনগী এপার্টমেন্ট অহুমক্তুদ', থংননা অলেকজেয়েগুকী ইমুং অম লৈরমই। ইমুং অছুগী মচানুপা অহল অলেকজেন্দর কোমসোমোল ডিস্ট্রিক্ট কমিটি অমগী সেক্রেটরি ওইরমই। মহাক্কী মচনুপী, মরম ওক্না মশাখিংবী, চফি তরানিপালগী লৈশাবী অম লৈ। মমিং ভ্যালয়া কৌই। ডালয়া ফেক্তরি ট্রেনিং স্কুল ঙম্বা লোইরে। পাভেলনা মমাগী মফমদা ডালয়াগা ৱারী শাবীনবা হায়রমই। ৱারী অছুদি ভ্যালয়াবু পাভেলগী "সেক্রেটরি" অম ওইনা থবক্তা তেংবাংবীবা ৱমগত্রা কাম্মনা হংবগীনি। মচাগী অপাম্বগী মতুং ঈন্না যেরিয়া য়াকোভলেভনা ডালয়াগী মফমদা ৱারী শাম্নমই। ডালয়াকম্নু হরাউ-হয়াউনা অনিংম্ননা য়াম্নথলমই। নোংম ডালয়া পাভেলগীদা পেনজ মোমোন মীনোক্লা লৈতেংলদুনা লাক্লমই। পাভেল উপন্যাস অম ইরি হায়বা থংবদা ভালয়া মুংঙাইজরমই।

"নহাকপু তেংবাংজবদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাঈজগনি, কমরেড কোর্চাগিন, ডালয়ানা হায়রমই। "পাবুংগী তমচাই ওইরবা,

কম্যুনেল এপার্টমেন্টকী হাইজিন মেন্টেনেন্সকী সার্কুলার লেটটর ইবদগীদি মসিনা য়ায়া হেন্না মুংঙাইগনি।”

ঙসিং অতুদগী হৌরদুনা পাভেলগী থবক মখোল অনি য়াংনা চংলমই। অশেংবমক থা অমগী মমুংদা অদুক য়াম্না থবক লোয়রবদু উবদা পাভেল ঙকলমই। ডালয়াগী ঈচং খৌবা, থবক্ত মায়পুনমা শুবা অমদি পাভেলগী মকমদা থম্লিবা মীমুংশি মহাক্কী মকমদা অচৌবা তেংবাং ওইখি। মহাক্কী পেন্সিলনা অচৌবা চেগী মথক্তা শ্রো শ্রো লাওনা ইবগী খোনজেলগা লোয়ননা য়াংনা চেল্লমই। করিগুম্বা মতমদা, মহাক্কী থম্মোইদা পানবা মতাংশু য়াওরকলমই। মতমদুদা মহাক্কু মতাং অদুবু হনজিন হনজিন্না কয়ারক পারমই, পাভেলগী মায়পাকপা অদুদা থম্মোই শেংনা মুংঙাইজদুনা। পাভেলনা ইমুংদুদা লৈরিবা মীশিংগী মমুংদা মহাক্কী থবক্তা থাজবা মীশক অম হায়বদু ডালয়ানা ওইরমই। ডালয়া অমদি পাভেল মশোয় অনি পুম্না থবক শুম্মিনবা অদুদা ইমুংদুগী মীশিংনা করি অমত্তা খোকলক্লোই হায়বা থংলমই, মদুদি পাভেলনা স্বপ্নগী তম্বরক্লবা পুংজাশিংবু মেনথংনবগীদমক্ত ডালয়ানা মহাকপু তেংবাংহল্লিবনি।

থবক অমগীদমক সহরগী মপান্দা চংলুবদগী লেজেনেন্ড মোস্কোদা হল্লকমই। মহাক্কু পাভেলগী খুংই লাইরিক্কী অহানবগী তাক্কক থর পারগা হায়রকলমই:

“ইখৌ ইখৌ, মরূপ। নহাক্কু মায় পাকনি হায়বসিদা ঐগী চিংনবা করিস্তু লৈতে। পাভেল নঙোন্দা অচৌবা মুংঙাইবা হায়বদু ভুংদুনা লৈরে॥ ঐহাকনা চেংনমক থাজবা পোকই, রেঙদা হনজিনগনি হায়বা নংগী মংলান্দো কুইদনমক মঙকাউনরগনি। পুক্নীং হঙ্গনমু ইচানুপা।”

পাভেলগী বাখল অমদি হকচাংদা অঙকপা কংলবা শক্তীনা লৈতেংলি হায়রা উজবদা অহল লেজেনেন্ড য়ায়মক পেজরমই।

তাদয়া চাংনাইনা পাভেলগীদা লাক্লমই। কাওজমরবা মাংলমচংবী দৃশ্যশিংবু ঙিংগৎহন্দুনা. চেনাশিংবী মথক মহাক্কী পেন্সিলনা লমজেল য়াংম। ইরমই। নিংশিংবগী ঈচাওবা ঈথক কারক্লুনা পাভেলনা বাখল লম্মুক্লরক্লবা মতমদা, নিংথীজরবী মীৎসনা ভনিক্লা য়াংলবা বাখলগী মঙালনা পাভেলগী লুরবা মীৎসনাদা মঙাল ফুদোংববু য়েংলমই। তরং তরংলবা, অমকপা য়াওত্রবা মীৎনহাশিং অহুবু য়েংবদা তাংলবা মীৎনি ঁহায়বা ভালয়াগী থম্মোইনা থাজবা ভমদে।

সুমিৎ অহুগী ইবা লোয়রবদা মহাক্ল ইথিবশিংদো অমুক পারমই। পাভেল ভালয়ানা পাববু পুক্লীং চংনা তায়গা শুকভোকলমই।

"কমরেড কোর্চাগিন শুক্তোকলিববু করিগীনো? মসি মতৌজেনে, ফজত্ত্রনে?"

"নত্তে, ভালয়া মহু ফজদে।"

মহাক্ল পামজদবা লমাইশিং মশামক্লা অমুক ইহৌরমই। পিকলবা ষ্টেনসিলগী কায়াৎশিংনা অপনবা পীরক্লবা মতমদা, করিগুম্বদা মহাক্কী থাংভম্বগী পাজল লোইখিহুনা শাউনা ষ্টেন-সিল লংখোকখিরমই। উবা ঙম্বগী শক্তীবু মুনবীরিবা পুন্সিবু শাওরংনবা মথুৎমক্লা পায়রিবা পেনসিল মতেক মতেক থুদেক্লমই, মচিনবাল চিকশিল্লমই, ক্রক ক্রক চেকশিল্লমই, ঈথেং তাবমথে চিকশিল্লমই। থবক লোইশিল্লকপগী চিল্ল লূরবা তাংকম য়ৌর-কলবা মতমদা; অবাবা, লুংঙাইবা অমদি লুংশি চাওবা, মহাক মশাগী মন্নুংদা মশাখক্তনা অধিকার কংলিবা মীওইবগী অচম্বা থম্মোইগী মচংশিংনা ঈচেল লেপহল্লবা পুক্লীংগী ঈথক্লা ভত্তনা নমথাম্মবা হৌরকলমই, মতম চুপ্পদা মীংশিং-মাশিংনা লৈরিবা অনিংবগী পোনবু। তৌইগুমন্নুং মহাক্ল থংলমই— এমীওইবগী থম্মোইগী মচংশিং অদুগী মন্নুংদগী অমথক্তংবু মায়থীবা পীক্ল-রবদি লাক্তলৌরিবা কল অহু অতাবগী মপক ওইরমনি।

অরোইবা তাক্লক ইবা লোইরে। থুমিং থরনি চোংদুনা অনগানা লাইরিক'অদুবু লাওনা পাদুনা পাভেলদবু তাহল্লমই।

মখোংদি থুংই লাইরিক অসো লেনিনগ্রেডতা লৈবা কনচরেদ ডিপার্টমেন্ট অফ দি রিজনেল পার্টি কমিটীদা থাগ্রগনি। করি-গুম্বা লাইরিক অদুবু মরে হাপনা থনবীরবদি— পল্লিসরশিংদা অমুক শিংগিগনি ............ অহুদগীদি .........।
রাখল অচুমতুনা লাংতক্লবা পাভেলগী থম্মোইদা মীহুম তিং তিং চোংলমই। পুম্নমক অদুনা অকবা ওইরকলধদি চহি কয়া অঘাবা থাংদুনা, পোথাবা লৈতনা থম্মোই ঈরিমনা হোংনথিবা পুন্সি অদুনা পুন্সি অমবু জয় তৌদুনা অনৌবা তদেল্লবা পুন্সি অম হৌরগনি।

লাইরিক অদুগী মোংদমনা পাভেলগী লাইবকী মোংদম্বু লেপকদৌরিবনি। অদুগা করিগুম্বা থুংই লাইরিক অদুবু থন-বীরক্লবা তারবদি— মদুনা পাভেলগীদি পুম্নমকী অরোইবা ওইরগনি। অতোপ্পা মায়কৈ অমদনা, করিগুম্বা শরুক থরদা লাইরিক অদুগী অশোয়বা য়াওরবস্থ, অশোয়বা অদুবু হেম্না চেকশিন্না রাখন্দুনা চুমথোকসবস্থ মহাকনা অনৌবা অরানবা অমমুক হেংনগনি।

মমা ইবেম্মা মেরিয়া য়াকোভলেভনান থুংই লাইরিক অদু পোষ্ট অফিসতা চংতুনা পার্সেল তৌদুনা থাখিরমই। করি ওইরক্কদগে হায়বগী লাংতক্লবগা লোয়ননা ওাইবগী মুখিংশিং য়োৌরকলমই। অম্সুম্না পুক্নীংগী ওাইওমদবা অরাবা অমগা লোয়ননা চিঠী অমবু ওাইবসি মহাকী পুন্সিদা অমুক্তসু থোক-খিত্রি। অমুক ওস্তাদগীনা ওুখিদাংবাইরম কাওবদা চিঠি অদুতবু ওাইহুনা লৈরমই। তৌইগুম্বসুং থৌরাংলবা লেনিনগ্রেডকী, পাও অহুদি থুংওবা মরেরমদে·।

পাল্লিসরশিংনা কুইনা তুমিন্না লৈথোকখিবা অদুনা কন্তবগী থুনমবু য়েংবা হৌরকলমই। মোংম নোংমগী পাভেলগী রাখলদা

মুংঙাইতবগী খুমোং-থীনিঙাইথবা বাথলনা শাংথোব। হৌরক্লমই। মতুংগী পাম্ভেলনা মাজরমই— করিগুম্বা লাইরিক অমুবু থনবীরকপা তাবদি মহাকী পুন্সি লোয়রগনি। মতুংদি মহাক্ কৈদৌৎবৈদম্ থাংজবা ঙমলোই, অদুগা মথা তান। মহাককী পুন্সিনা হিংনবগী মরমশু লৈতে।

অদুগুম্বা থীকুপশিংদ পাম্ভেলনা নৌংশিংলক্লমই, পার্ককী চৌংদোং মথক্তা সমুদ্রবু য়েংগনা মদোম তরক্তা ফমখিবদো—মশা মতোমক বাহং অমতমক হনজিন হনজিনা হংজখিবদোঃ "নহাকী পুন্সিবু কামবা মরম অমগীদমক শীজিন্নবা, য়োংকী কল্লবা শাবংবু থুদেক্লনা য়েক্নবা হনজিনবা ঙম্নবা, নহাক পুম্নমক তৌরবরা?"

অদুগা মহাক্ পা ওথুম পীখিবদোঃ "তৌয়ে, ঐহাক পুম্নমক তৌরে হায়না থাজৈ!"

মমৈথংদা, ঙাইবগী অরাবা অদুনা থাংঙমদবা অম ওইরক্লবা মতমদ', রাথল অমুমক্তা মচানুপাদগী তাদনা অরাবা কীবমদা লৈরকপবী মমা ইবেম্মনা কা মমুংদদা চেল্লক্লদুনা লাওরক্লমইঃ

"লেনিনগ্রেডতগী পাউ থুংঙরে!"

পাউ অদু রিজনেল কমিটিদগী থারকপ টেলিগ্রাফ অম ওইরমই। টেলিগ্রাফ ফোর্মদা অতেম্বা রাইৎনা অমুম্না ইরমইঃ

"উপন্যাস থম্মোই শেংনা থললে। পব্লিসরশিংদা শিন্নরে। নহাকী মায় পাকপা অদুগীদমক থাগৎচরি।"

মহাকী থম্মোইগী মীহুন কমা হুল্লকলমই। মাংলুরবা আশাগী মংলান মঙকাওনরে! য়োংকী কল্লবা শারং কাওথাম্নরে, অদুগা হৌজিক অনৌবা খুৎলায় পাম্বথংলদুনা ফাইটিং য়েক্কদ হনজিনরে। মহাকী পুন্সি হৌংগৎলে।

— — — —

লোইরবা

"মিটিং তৌবগী কান্নবা লৈতে, এজিটেসনগী দরকার লৈতে মকমসিদা, চুমই, টৌকারেন্ড, নহাক্না হায়বা চুমই, সুপামচাশিংসে সনাগী অরুম্বগা মান্নরে। (খুনাক কুরেংনাং ওমাং উচিং চেল, নোংজু সুংশা উলেমলক্ত পাজল থেক্না ... শুরিবা, ওথোক্লাই ঈচেল তিমহুনা, মৈরি রাংনা চাক্লিবা নিংতম্বগী লাংকমদা মশানা য়ানা চোংশিন্নিবা) মকমসিদনি মোংপু মথৌ হাপলিবা।"

"মীওইবগী খ্বাইদগী দুংশিজবা পোত্তি পুন্সিনি, মসি মীওই-বদা অমুক্তমক পীরকই ............... মরম অসিনা, থংহোৌদবা অনাবা অমনা মত্রগা অরাবগী মশক ওইরবা খুদোং থীবা অমনা তেলহল্লবা মীওইবগী পুন্সিগী মীকুপ খুদিংবু, মী অমনা মমল লৈনা শিজিন্নগদবনি।"

"চহি তরা চুপ্পা পাটি অমদি কোমসোমোলনা ঐঙোন্দা লাপ্থোংনবা তথীরে, ঐখোয় পুম্নমক্না লুচিংবগী রাওাং তাহন্বীতুনা তথীরে: ঐ ইশামক মাল্লনা পানশিনবীরে:

"পৃথিবীসিদা বোলসেবিকশিংনা লৌশিনবা ওমলোইদবা লানবল অমত্ত লৈতে।"

---

(লাইরিক অসিগী মচুংদা অমদি মচুংগী অরান অশোয় তাকপীরকপা পুম্নমক হরাওনা য়াজগনি)

অইবা

---

**Printed & Published by :— M. D. Brothers Publishing Printing & stationery Co. Kakching, Manipur**